# [illegible]

# (খুয়া লুখুম)

**Chingangbam Amar Machang**
VICE-PRESIDENT LSTB
Haying Khongbal, Ufong Yumpham,
1st M.R. Complex, Imphal

অইবা ঃ
চীংগাংবম অমর মচঙ, অঙোমচা

ফোঙজরিবা ঃ

**চীংগাংবম জ্ঞানেশ্বর অঙোমচা**

উরিপোক হুইদ্রোম লৈকাই, ইম্ফাল।



কোপি মশিং : ১০০০

মমল : লুপা [illegible]

নম্ফম ঃ কম্পুটর ডিজাইন সেন্টর,
উরিপোক ওভর ব্রিদজ পোন্ট।

# অইবগী সমলগ্না পুন্সি ৱারী

ইং সোক ১৯৩১গী ডিসেম্বর, পোইনু থাগী ২৬নি পানবা লৈবাকপোকপা নুমিৎতা তাইবঙদা খোঙদাজরকখি।। অপোকপা পষ্টৌ ঈপাগী মিংনা চীংগাংবম অঙাংহল কৌনা কোলোইনৈ।। অপোকপী পলেম ইমাগী কোলোইনা নাউরোইবম তথোংলৈ মিংহন্নখি।। পলেম পষ্টৌ অনীমক তাইবঙ থাদোকখরে।। ঐগী লোয়নবীদি কৈসাম নিঙোল ইসৈহনবীনি।। অহানবা ইসাগী হৌরকফমদি লমদেং ময়াই লৈকাইদা পোক্রফম ওয়দুনা খোঙ্গী নাউফম তাফমনি।। হৌজিক হৌজিক, ঙসিমক্তি উরিপোক হুইদ্রোম লৈকাইদা লৈজরি।।

ঙসি ঙসিমক ইং সোক ২০০৬ অসিদা ঈসাগী চৈহী ৭৫ রোম সুরকলে।। পষ্টৌনা থুর্পখিবগী মতুংদা ইচিন ইনাল নুপা ৪ অমসুং নুপী ২গী মনুংদা ঐনা খ্বাইগী অহল ওইনা খোঙদারকই।। লাইরবা ঈমুংদা মীমান্নদনা হৌরকখিবনা লৈত-লায়র, অব্রা-অনা কয়ামুক মাইয়োক্লদুনা হৌরকখিবা পুন্সি ওইখিবনা যাম্না অঙাং ওইনা ইংসোক ১৯৪৪-৪৫দা ফুরিৎ তুবগী সিনফমদা হিংনবা পুন্সিগী অহানবা সেন্দান লম্বী ওইবকখি।। হিংনবগী সিষ্ণা সিনফমদা ফুরিৎ তূনা তূনা চৈহী খরগী তুং ১৯৪৮-৪৯ ইংদগী ১৯৫০ ইং ফাওবসিদা শুমাঙ লিলা তমদুনা অনৌবা সিনফমগী চাংয়েংদা খোঙদাবা হৌখি।। ''পামহৈবা চরিত'' (পুরান মৈ থাবা) কৌবা লিলাদা ইং ১৯৫০-দা ম্লাহন মোরাম্বাগী শক্তম লৌজখি মথং ইং ১৯৫১দা ''চরাইরোংবা'' লিলা তমদুনা ''মচা হাউবা'' শাখি।। ১৯৫৬-৫৭ ইংদা ''মহাপ্রভু পিতা ওনবা'' লিলাদা ''খুঞ্জাউবা'' শাখি।। মথংদা ''সুগু লোয় থাবা'' লিলাদা ''তোম্বা'' কৌবা ফাগী (কোমিদ্যান) কী সক্তমদা কুমখি।। ''মরুপ অনী'' কৌবা হীন্দু, মুসলিম অনী তিন্নবগী সমাজিক লিলা য়াউখি।। অসুম্না মথং মথং লিলা য়াউরকখিবদা ''লৈমা লিছোইঙম্বী'' ''ঈচাগী ঈমৌ'' অমসুং ''(৩০২)'' কৌবা থিংবাইজম তুতেশ্বরনা ইবা লিলাদা য়াউরকখি।। ''লমজা পরশুরাম''দা ''পরশুরাম'' সাদুনা কুমখি।। অসিদা নত্তনা ''অরোইবা পিরাং'' কৌবা লিলাদা অহল অমগী সক্তম সাখি।। মসিগী মতুং তারকপা দ্রমা ২ খক্তসু য়াউজখি।। অহানবদা ফুরিৎ তুরম্বদগী লিলা, দ্রমারোমদা

থোঙ্গজংলকখিবা অসিদা য়ুমগী অহল লমনসিংনদি কন্না য়ানিংদবদগী খামখি॥ মতমগী ঈচেলদা পুক্সিগী অওহনবা য়াওল খোঙচংকি তম্বা ঙমদবা মীওইপোক্কী মপোক ওইরুবনা, অকনবা অঙাউবা নোংজুথাগী তুরেলগী ঈচেলদা তোরে তুথুপ মতুং ইন্না হীদেন কয়াদা কঙাউননা তাওথরকখিবা কৌসিং-কৌনা, নাপী-সিংবীগুম চেহুরকখিবা ঐগী পুক্সিগী ঈচেন ঈরেনি॥ মতুঙ লাই-তিনগী মরমগী মাইকৈদা থীজিন্দুনা অনৌবা পুক্সিগী অওনবা লম্বী মাইওন অমদা খুৎমাবা হৌরকখি ॥ লোয়নননা উমং লাইসিং হরাউরিবা অসিগী লিকলম লিকখুন লিকমাবগী নৌহৌনবা খোঙথাঙদা খোঙদাজরকখি॥ অখঙ-অহেংশিং লৈপাককী সক্লাইরবা খ্বায়না সকখঙনরবা ওজাসিং, অমাইবা অমাইবী, অহল-লন্ধনসিং কথাগী নাক্তা নোঞ্জদুনা চঙজরগা মখোইগী মফমদগী থিজিঞ্জবা হৌজখি॥ নিংঙোম্বম অঙৌতোন মীতৈ ঈনাত চৎপা সুমাঙ লিলাগী ওঝা অসিগী মফমদা অহানবা চঙজবা হৌখি॥ মথংদা য়াইরিপোক পোইরৌখোঙজিনদা লৈবা ওঝা পুয়াম মুহোরি মৈতৈ নাৎকী ৱারী লীবা ওঝা অসিগা মতম শাংনা লোয়নজরুই॥ ওঝা অসিদগী লানিঙ লিখুনগী লিকলমগা লোয়নননা থাঙ-তাগী অকুপ্পা থেঙ্গৌরোলসিং কয়া তমজরুই॥ থেঙ্গৌরোনগী পাফম তুথুপসিং তম্বুবগী তুংদা মথং মখা তাথনা কৈরাউ ৱাংখেমদা লৈবা অহল ইবুংঙো য়েংখোম মেঘ্নে কৌবা চুড়াচান্দ মহারাজগী সনা হাক্তক্তা নিংথৌগী থৌগল তৌবীরম্বা ওঝা অসিদগী মখা তাবা ওইনা থেঙ্গৌরোল তমথজরকখি॥ মসিগী মথংদা মখা তাবদা থোংজাউরোককী ওঝা দেবসিংদা থেঙ্গৌরোলগী অকুপ্পা মরোল তমজখি॥ পুয়ামগী ওঝা মুহোরি অমদি ওঝা দেবসিং অনীদগী থাঙ-তাগী হৌরকফমগা লোয়নননা থাঙ-তাগী অকুপ্পা থাঙলোন-তারোনগী কাঙলোন কয়াগী অথুপ্পা লৌসিংসিং তানসিঞ্জরুই॥ মতম অমগী মমিং লৈরবা মৈতৈগী ৱারী লীবা ওঝা ওক্রম নিতাইদা অমুক চঙজদুনা মৈতৈগী মমল য়াম্নবা পাউরৌ পাউতাকসিং, ঈনাৎকী ওইবসিং লৌজরুই॥ অসিনসু পেন্দবগী অমুক কোংপান খাইদেম লৈকাইদা লৈবা খাইদেম ফজ মীতৈ মাইবা অমদি কুঠিসু য়েংবা পাঞ্জি হৈবা ওঝাগী খুয়াদা চঙজদুনা অপোকলোন কুঠি ইবা, য়েংবগী মহে সিনফমসিং তমজরুই॥ মথং ওঝাগী হন্নচীং চীংমৈগী মখা লৈকায়দা লৈবা লাইশ্রম জাতি সিংহনা প্রসিডেন্ট, অদুগা নোংমাইথেম কুঞ্জোনা ভাইস প্রসিডেন্ট ওইনা চীং-তম গান্ধিজম সোসাইতিগী থৌ পুরিঙৈ ঙম্লিঙৈ মতমদা অহল অনীগী লমজিং লমতাক্কী মখাদা সোসাইতি অসিগী মেম্বর অমা ওইজনবীগদমক ইং

১৯৬৬তগী লোইনজদুনা লাকখি॥ হিজম খোমদোন, থাংমৈবন্দ হিজম দেবান লৈকাইদা লৈবনা ইং ১৯৭১গী জুন থা-দগী ১৯৭১ ইংগী সেপ্তেম্বর থা ফাওবা সোসাইতি অসিগী সেক্রেটরি ওইরিঙৈদা মেম্বর ওইনা য়াউজখি॥ নোংথোনবম চন্দ্রমনি, মন্ত্রি পুখ্রি মনিং লৈকাইগী লমলোঙ্গদা সৈবা মীওই অসিনা প্রসিডেন্ট ওইবীরম্বদগী মসা লৈখিদ্রবা তুংদা তাং ১২।১২।১৯৯৫ ইংগী জে: বো: মিটিং চৈহীগী পাঙথোকখিবা মীফম অমা চীংগাংবম অমর অঙোম-চা উরিপোক হুইদ্রোম লৈকাই ঐহাক্কী য়ুমদা পাঙথোকখিবা নুমিৎতা সোসাইতি অসিগী হাঙলিবা প্রসিডেন্টকী ফম অহৎপা অদুবু ঐঙোন্দা থিনদোকপীদুনা থৌ পুহনবীখি॥ ভারতকী প্রাইম মিনিষ্টর অমসুং প্রসিডেন্টতা কংলা কোনুংগীদমক মরু ওইবা চে-চাংসিং মরী লৈনবশিং থাদুনা অসাম রাইফলবু কংলাদগী হোংদোকহন্নবগীদমক ইং ১৯৫১দগী চৎথরম্বা সোসাইতি অসিগী খোঙজংগী মখা তাবদা লিসাং সিংনা চিঠি কয়া রাকৎ মেমোরেণ্ডমসিং মথং মথং পীসিনখি, থাখি॥ ইং ১৯৯৯দা মেম্বরসিং কয়াগা লোয়ননা অখঙ-অহৈ ওঝা অমাইবা, অহল-লম্মনশিং তানদুনা কংলাদা লৈবা লাইফম ১০৮গী মমিংগা কোন্নরবা লাইফমসিংবু পুথোকপা, তাকপগী থৌদাংদা অচৌবা সরুক য়াজখি॥ লোয়ননা ইং ২০০০দা সেংলবা ঈপা ঈপুসিংগী লাইফম নুঙসেং ঈকোল (নুংজেং পুখ্রি)দগী ঈকৌখৎলগা ঈবৌধৌ পাখঙবা, ইবেম্মৌ লাইম্নাবু কুইনগী তুংদা নৌহৌননা ঈনাতকী ওইবা অচুম্বা মওঙদা পাঙথোকখিবা থৌরমদা নুমিৎ ৭নি চুপ্না হরাউখি॥ অসুম্না ইং সোক ২০০০-২০০১ অমদি ২০০২ ফাউবদা মথং চৈহী কুমজা অহুম হরাউখি॥

ঈসাগী চৈহী ৩১ চংলকপা মতাংদা চীংউ লাইগী ওইবা ঈবুধৌ পাখঙবগী মতীক ময়াইদা লাইগী পাউতাক পাউজেলসিংদা মাইবী চংলগুম্না চীলদা লাই তোংবীদুনা হৌখিবা, ওইরিবা, ওইরক্কদৌরিবা তুংলমচৎকী মতম অহুমগী, থোক্না ওইরগদৌরিবসিং মাংজৌননা হাইদোকপা ঙাঙথোকপদা অঙাউবা অমগী পাঙখক ওইখিবদগী "ঙাওরে" "লাই ওক্লরে" হাইনা খ্বাইনা হায়নখি, ঙাঙনখি॥ ঐ তসেংনমক অঙাউবা অমগুমখি॥

ঈবুধৌ পাখঙবগী অমসুং য়ুমথোং খুদিংগী, সঙলেন লিংলগনি (থমলগনি)॥ সঙ লেন লিংলখিগনি, কংলাগী অকোইবা থাঙ্গপাৎ লৌ উনরম্লিবা মফমসি তৌথোক্লগা লাইজ ঈসিংনা নীক নীক চোন্না ঈয়োক্লখিবনি॥ খ্বায়

নাগমপান লম্বীগা ৱাহেংবম লৈকাইগী লম্বীগা অনীগী সম্নফমসিদা থোংজাও অমা সাদুনা তায়নরখিগনি হাইবসিং চৈহী কয়াগী মমাঙদা মাঙজৌননা লাই তোংদুনা হাইদোকখি, ঙাঙথোকখি॥ নোংমা থোং নম্বোনবীগী মথক্তা মরুপ মপাং ঐখোয় ৩/৪ নুমিদাংৱাইরম লেপমিন্নদুনা ৱারী সামিন্নবদা ঐগী মিংমাঙদা হৌজিক্কী সারিবা লৈকঙথোং (ওভর ব্রীজ) অসি উইহনবীখিবদগী অঙকপগা লোয়ননা মখোয়দা পাউদমখি॥ নোংপোক নোংচুপ অনী লাক্লা তুরগা ফজরবা লৈকঙথোং শারখিগনি হাইরুবদা, মতমদুগী মরুপ মপাংসিং অদুনা থাজখিদে॥ তঙাইবগী চোয়রোল ৱাহৈসিংনি লৌবীদুনা নোক্রুখি॥ চীন্দা লাই তোংদুনা হায়দোকখিব, ঙাঙথোকখিবা ৱাহৈসিং কয়াগী লাইফাও, লাইপাউসিংদা য়ুমগী, কৈরোই-লৈকাইগী মীয়ামশিংনা ঙাউরে, ঙাউনা-ফৈনা নারে, অঙাউ-লাই লাইচুরে হায়নদুনা মাইবা-মাইবী, অখঙ অহৈসিং তানদুনা খৈয়োম লাকপা, চবান থাবা, থৌ তৌবনচিংবা কয়া 'মা হোংনজদুনা ঐহাকপু লায়েংবীখি॥ কংলা অমদি চীং-মান, লোইয়া তময়াগী মফম কয়াদা লৈরমদবা মীতৈগী লাই লাৎপা, পাক্লা শন্না লাইগী সঙলেনসিং লৈরকখিগনি হায়না হৈচী ২৫/৩০মুক্কী মমাংদা মাংজৌননা হাইদোক্লুবদা মতমদুগী মীয়ামনদি থাজবগী মহুৎতা অঙাউবনি ঙাঙনবিখি॥ মীতৈ/ মৈতৈশিংগী লাইনিংবা কয়ানা অৱাংবা চীংদোন কয়াদা, অহকপা অরুবা ঈপা ঈপুশিংনা লাইফমসিংদা পুবিদুনা ঈনাংকী ওইবা মাংফদ্রবা লাইনিং লাইসোন কয়াসিং পাঙথোকমিন্নখি॥ য়েক ৭ নমথনবা, সলাই ৯বু সোম্বহন্দুনা থমায়রম্বা কোনয়াই চর্নসিন্দুনা সুমজিল্লম্বা, অনম-অহা চুহল্লম্বসিং কয়ামুকসিংবু কোকথোক চামথোক্তুনা অনম-অথৌ নাহৈরোল, পোংথৌরোলসিংগা নৌহৌননা য়াকাইহন্দুনা মীতৈ মৈতৈশিংবু মিংকপ থোকহন্নবা, খিংলম্বা থোঙ, থোঙহাংবদা ঈনাংকী ওইবা লাইসোন তিনসোন, লাইৱা-লাইলোন কয়াগা লোয়ননা ঈনাতপু কঙদুনা হিংগৎহন্নবা লাইথৌ থৌরমসিং পাঙথোকপদা য়াউজখি॥

থোইদোক হেন্দোকনা খঙজরুবা, হৈজরুবদি নৎচদে॥ অহল-লক্মান, ওঝা, অখঙ-অহৈশিংগী অয়াবা, তাকপি-তম্বীবা অমদি মাইকৈ কয়াগী লম্বীদা লমজিং লমতাকপীদুনা খুদোম্বীনা থিনবিবা অদোমদা মাইওঙবতনি॥ থুগ্তুনা লৈবা লোৎলিবা লাইফমসিংনা মকা লাম্না ফোংনা মপানথোংদা সাফোঙবিদ্রিবা লাইফম, লাইগী খুভমসিং কয়া কয়া 'মসু খঙবা ঙমদ্রবা কোঙ্গায় 'মসু পুয়া

লাইরিকসিংগী লিকলম লিকখুনসিং লিকমাজরগা খোঙ্গুল খুৎনামসিং খুৎমাজদুনা অখণ্ড-অহৈ, অহল-লম্ভান ওঝাসিংগী তাকপিবা তম্বীবদু ''খণ্ডদবা মপা লাক, উদবা মমি তমজদুনা'' খোঙথাঙগী খুদিংগী খোঙকাপ ফুকচদুনা হৈ-না তুংইঙ্গবতনি॥

মতুংদা ''লাই হরাউবা'' হায়বসিগী পাক চাউত্রবা মপাল নাইখিদ্রবা ঈপাক অসোমদা খোঙ্গদাজরব্দুনা নৈনজবা হৌজরুই॥ ঐখোয় মীতৈ / মৈতৈগী সাগোল্লনা য়েলহৌভেদগী থাদোক্লবা য়ারক্লবা লৈশেমভেদগী লোইনরক্লবা ''লাই হরাউবা'' হায়বা অসিগী নুং-গী ওইবা ঈনুংলোন করিনো থিজিঙ্গরুই॥ ঈনাও ঈচং অনীনা থৌরাই হকচাং অনী ওইরিবা ঈপা ঈপুসিংগী তরায় তরায়দবা লুরবা লিকলম লিকখুন অসিদা পৃক্লিং চঙনা মিংতাজরব্দুনা হীরম অসোমদা থোইদোক্লা থীজিঙ্গরুই॥ ''লাই হরাউবা'' গী থৌরমসিংদা ''তম্মাইবা'' অমা ওইনা মফম কয়াগী লাইফম লাইবুঙসিংদা কোয়না সিচ্ছা পাঙথোক্লবদা অঙকপা, অকীবা, চীংনবা কয়ামুকসিং থেংনজরকখি॥ মহৌসা হান্নগী পরম করাগী পথাপ-পরীং, লিকলম-লিকখুনসিংদা ওন্নবা-তৈনবা, খেন্নবা, মৌনবা, নামুংবা, তৌহৈদবা, অরানবশিং কয়ামুক থেংনরকখি॥ অমরোমদা মীতোপ লমলানবা ধর্ম্মগী তায়োন্নবা ঈনোত ঈথীলগা মীরৌ লাংথাক কয়া'মগী চুন-চানদ্রবা থৌওংসিং য়াউরে হাইবদি পৃক্লিংদা ফাউরকখি॥

অখণ্ড-অহৈ, অহল-লম্ভান, ওঝাশিং অমদি পুয়া লাইরিকসিংনা লেঙদবা য়ুম্ফম ওইজবগা ''লাই হরাউবা'' হাইবসিদা নৈনজদুনা নুং-পান (মনুং-মপান) অনী থোক্লা থিজরুরগা ঈনুংলোন খনুংলোন অনী তু-না য়েংজরুবদা; ঐগী ব্রাখলদা চুসিন্নদবা চিংনবা, পকশিন্নবা য়াদবসিং ফাউরক্লনা লাঙতক্লবা খোইরাঙনবসিং ওইহল্লকখি॥ তান-তীক্রদুনা খন্ন-নৈনজরুবা, হংজদুনা থীজিঙ্গরুবসিংনা য়ুম্ফম ওইজরগা লেঙদবা পুয়া লাইরিক-লাইশুসিংনা লমজিং লমতাকলিবা মিংতাঙবগী চৈসুগুম পাংখক পান্দম ওইজদুনা লাইরিক অসি ইজবা হৌরুখি॥ মরু ওইনা পন্দবা হায়দবা য়াররোইদৌবা ব্রাফম অমনা ঙসি লানখিবা, সোইখিবা, অরানবনা তুংগী মীরোল চারোল-সুরোল, চাথাঙ-সুথাঙসিং কয়াদা লিসাং সিংনা অচুম্না, অসেংবা, অফবা, ফজবসিং মসক খণ্ডনা খোঙদাখিদুনা ফুরুপ (জাতী) অসিমবু মাইকৈ লান্না লমজিংদুনা লম্মুক্রবা লম্লান-লম্বী কন্নবা উপায় পান্থৈ অমা ওইনা; ঙসিগী ইনাৎকী লিখুন্দা

তারিবা অরানবা খোঙ্গুল খুনামসিং অসি মুখত্তুনা অচুম্বা মমি অমত্তং তাহল্লম্দুনা লমজীং লমতাক্লবা ঈলৈপাক-চা খ্বাই মীয়াম পূন্না হোৎনমিন্নবা, থিমিন্নবা মথৌ তাবদগী লাইলিক অসি পুথোকচদুনা ঈলৈপাক মীয়ামনা নৈনবীনবা খ্বাই মীয়ামগী মিৎয়েঙ চিংশিন্নবগা, অসোইবা অরানবা কয়াদা পাউরৌ পাউতাক পীবীনবা ঈকোক নোঞ্জদুনা চরৈ ফিখাউ সানা নিজরি॥

"লাইলিকতি লানদে, লাল্লিবদি মীওইবনি" হায়মসিদা পূক্লিং ফাথবিরগা হায়েনবীনবা নিংশিংজরি॥ চীংলোন তমলোন, লোইজিং-লোইয়া, চীংয়া-তময়াগী অনকপা অরাপ্পা অনীমক্তা লৈরিবা লাইগী খুভম, লাইগী লাইফম, লাইগী খুদম, খুৎসেম লাই-গী লাইবুঙ, লাইগী লাইসঙসিং কয়ামুক্তা হায়গদবা-হায়রোইদৌবা, ওন্নতৈনবা কয়ামুক্তু অহল লক্ষ্মন, অখণ্ড-অহৈ ওঝাসিংনা তাকপীরকপা-তম্বীরকপা পাউরৌ-পাউতাক য়াথংশিং ফংজরক্লবশিংদগী লাইরিক মচা অসিগী কোলোই "খুয়া লুখুম" কৌনা মিংথোঞ্জদুনা খ্বাই মীয়ামগী মফমদা কৎথোকচদুনা অচুম-অরান, অফ-ফত্তসিং খন্নৈনবীনবগীদমক সনা-খুৎ খুবাক খুৎশা তরা লোন্না নোল্লুকচবগা লোয়ননা খুৎসিন্নজরি॥

খুৎশিন্নজরিবা :

তাং ১৩।৭।২০০৬ ইং।

অঙোমচা অমর মচঙ চীংকাংপা
উরিপোক, হুইদ্রোম লৈকাই,
ইম্ফাল ৱার্ড নং. ৬ ॥

# "পঙ্গনিংবা বারোল খরদং"

মীতৈগী লাই হরাউবদা চেংলবা লেঙম্রবা যুম্ফম ওইরগা ইরকলিবা ঈয়োম্বা ঈবুঙঙো চীঙ্গাংবম অমর, উরিপোক্তা লৈবগী লাইহরিক অসি ওললিঙৈ খুৎই ওইনা লৈরিঙৈদা চাউরাকপা পাজদুনা য়েংজখি।। "খুয়া লুখুম" মিংথোনবা লাইহরিক অসিগী চেখুম অমদি মনুংগী লায় য়েকনবগীদমক মওং মতৌ (নমুনা/ ডিজাইন) পুথোক্তুনা য়েকনবগী চিরবা তাঙ্গা অমখক ফংজখিবদা হরাউনা য়েকচখি।। লোলচন (বনাল)গী মতাংদদি অইবগী ওইনা থমজরগা হাইরপ চাউরাক্লা পাখি।। মনুংগী ওইবা পাউরৌ পাউতাক অমদি পাউখোঙসিংনা অনৌবা মিংকপ থোকহন্দুনা অমম্বদগী অঙানবদা পুবীরকখি।। ঈনাতকী ওইবা লোংখুরৌ অমখক মুক্তাগী লৌ-গুম্না লাইহরিকসিগী মনুংদা লোৎনা থুপনা লৈরম্বসিং থেঙনরুই।। ঈসাগী ঈনাত, লীচত (ধর্ম্ম) থাদোকফদে হাইবগী মমল য়াম্নবা লাইবা অমখক খুদোম্বীনা থীন্দুনা তাকলি। তাক্লিবা অসিসু মপানথোং "পান"গী নত্তবা মনুংগী ওইবা ঈনুংলোন "নুং"গী অথুপ্পা লোৎতুনা থম্নবা, হাইদোকহেদে, তাকথোকহেদে হায়নবা অচেৎপসিংসু য়াউরম্বা থেঙনৈ।। অহিংগী অমম্বগা অযুক্কী অঙাম্বগা অনীগী খেন্নবদু উহনবীরিবা লাইহরিকনি। হীন্দু-ধর্ম্ম-গী মমি তাদ্রিঙৈ ঙল্লিঙৈ মতমদা য়েলহৌঙৈদা মীতৈগী ওইবা ঈনাত লীচৎকা মীয়ান (ময়াং)গী লাইনিং লাইসোল মনাৎ মচৎসিংগা অনীগী মরক্তা সম্বল বাংমা বাংমা অমদি তোর্ব্বান অমমমদা লৈনদুনা মুংনবা, তৈনবা, য়েমৌনবসিংদু পনবা থেঙনৈ।। য়েৎক-ওয়গা, থক্তা-খাদা ওন্ন-তৈনবা মীলমগী লীচত (ধর্ম্ম)না তুহৎপিরবা নৈহৎপীরবা অমুকসু লাকথুবিরবা, নমথবিরবা, নিং-খা তমজরম্বদু মাংহনবীরবা মীওইবগী হক মৎপিরবা মীতৈসিংগীদমক নীংসা (স্বর) সদৌ থোঙদুনা অইবনা য়াম্না বাজনা নাহেবসু ফোঙদোকই।। মীতৈ-গী লৈসেমঙৈদগী সাগোন্নরক্লবা হৌজিক-মকসু হিংলিবা "লাই হরাউবা" হায়বা য়াম্নমক মরু ওইরবা লোইথৌ থৌরম অসিদা সরৌ লাংলৌগা লোয়ননা খুরৌ, সেপী থুরগা নরেং, কোনথৌরী থাংলম্বা অমুকসু হুইগঙ হুকলম্ব-নচিংবা কয়ামুক্তা অইবা ঈয়াম্বনা থাম্মোয় সোকনা তেংথাদুনা, মীতৈসিংদা খঙহনিংবা বাফমসিং সাফু ঈনোত পীরক্লিবা লাইহরিকনি হায়দবা য়ারোই।। ঈনাতকীদমক নুংসি চাউজবগী মীহুল অমখক্তী লেপ্তুনা হুক্লিবদু লাইহরিক অসিদা ফোঙদোকই।।

অচুম্বগা অরানবগা অনীগী চাইনরিবা অকনবা লানফমনি হায়বা য়াই। লাই হরাউবদা মসক মচু থোক্লক্তবা, মওং মরীল নাইরক্তবা কয়ামুকনা মীতৈসিংবু লৈখা তানা মাঙথরক্লবগী মচাক ওইরকলিবা থৌওঙ অসিবু চুমথোক্লুনা কলহৌনবা অহানবা ওইনা খুৎয়াদুনা অমাইবা ঈয়াম্বা অসিনা খুৎলী সুদুনা খুৎ থারকলিবা অনৌবা লাইরিকনি॥ পীরক্লবসু মচঙ ওইবা, মীরাইফদবা লাইরিকনি॥ থাজদবা ফুম চিংখৎলুবদা লেমলৈ ঙা-য়াম লোৎতুনা লৈরম্বগুম, লাইরিকসিগী মনুংদা মমল য়াম্লবা ব্রারোল ব্রাফমসিং থুপনা লোৎতুনা থাজরন্দনা য়াউরম্বা থেঙনৈ॥ অমরোমদসু অইবনা চওত-চনৈনরিবা লাইথৌ থৌনি থৌরম, ঈরাত ঈসোন, খৈয়োম লাকপা চবান থাবা-নচিংবসিংগী মতাংদা পেন্দবগী ব্রাকতসিংবু লাইরিকসিগী লমায়সিংদা নীংদোন পোম্না পল্লী॥ লাইথৌগী মতাংদা নাকোইনবা নত্তবা হকথেংনবা ব্রাহৈসিংসু সিজিন্নদুনা ঈনাৎ য়োকখৎনবগী তঙায় ফদবা ওইনা পাউজেল পীরি॥ লাই হরাউবগী লাই ঈকৌখৎপা, লাই লৌখৎপা, লাই হরাউবা হৌবগী লাইহৌ, লাইবৌ, লাই লমথোকপা, খৈয়োম্ লাকপদা, সরোয় খাঙবদা, লাই নুপী থিবা, লাইরোইগী থৌরমনচিংবা কয়াদা অমগা অমগা খেন্নবা, মান্নদবা কয়ামুকসিংদা থেঙনরকপদা অইবনা করিগীনো হংদুনা অঙকপা, অকিবা মপুকনিংদা ফাউরকপদু ফোঙদোকই॥

‘‘মীতৈ-না মীতৈ অমা ওইনা ঈনাৎ ঈসিল, লীচৎ লমচৎ-নচিংবা কয়াবু ঙাকচ-সেঞ্জদুনা ঈনিং ঈখা তমজনা মীমান্নবা খুন্নাই (সমাজ)দা মীওইনা মীওইবা ফুরুপ (জাতী) অমা ওইনা মালেমগী ফম্বাকথক লৈমাইসিদা হীংজবগী হক (অধিকার) অদু লৈত্রবরা ? হায়বা ব্রাহং-গীদমক, লাইরিকসি পারুবগা ঈসানা ঈসা ঈতোমতগী ওইবা পাউখুম থীহল্লকখি॥ তরাই তরাইনা লৌবা য়াদবা মরু চংবা লাইরিকনি॥ অচম্বা, অহাম্বা মথৌবায় য়াউদবদি নত্তে॥ অমাইবা অমগী চাউরবা অহকপা লৈবাক্কী থৌদাং কোক্তা থোনগৎতুনা লৈপাক ’সিগী কাচিন-কোয়া, লোইয়া-তময়া, চীঙয়া-খুনয়া কয়ামুক্তাসিনবা থুঙনা কোইনা চৎতুনা ঈরাত-ঈসোল, লাইসোল-তীনসোলগী থৌরমসিংদা থৌনীগী থৌদাং থৌয়ারুবদগী, কুপনা মুন্না মমুত তানা থিজিনবীরক্লবা ঈয়াম্বা অসিনা লাইরিক ওইনা ইথোকপিরক্লুনা তুংগী হৌরক্লিবা নহারোল অমদি মীরোনসিংগীদমক খুদোল তমবীরকলিবা অসিমক্তী থাগৎনিঙায়নি, ব্রাকচীংদা চুরকখিবা নোং-গুম্বনি সীদ-য়াই নাদ-য়াইনি।

"কংলৈ লুপতীন" ইম্ফাল রেঃ নেঃ - ১৩৮গী মীতৈ/মৈতৈ ঈনাতকী ওইবা লুপসিগী কুইরবা অরীবা মেম্বর অমা ওইনা লৈবীরক্লিবা ঈয়াম্বা অসিগী লাইরিকসি চীলহাই নত্তবা থবক থৌরমনা তাক্লবা, উৎলবা (থীওরি নত্তবা প্রাক্তীকেল)নি লৌদবা য়ারোই॥

তুম্লিবা মীতৈ/ মৈতৈসিং য়াহৌরো, খোমলেন মিকপ থোক্লসি হৌদোক্লুনা অইবনা তীক্রি হংলকলিবা অসিদা লাই হরাউবগী অমাইবা, অমাইবী, পেনা খোংব-নচিংবসিংসু য়াকাইবা ওইরসনু॥ অনৌবা, অশুানবা অয়ুক্কী য়াকাইরোল-নি, তুম্বা হায়বসি সীবা তমবনি॥ লম্ফাংনরবা লম্বীদা লম্মুক্লরিবা, লম্মাংনরিবসিংবু অইবগী লাইরিক মচাসিনা মৈরা মচা অমা ওইদুনা লমজিং লমতাকপিরগনি॥ লৌসিংগী পুক্কৈনি, মমল নায়দ্রবা মীতৈ/মৈতৈগী ললগৈনি॥ অইবা অমাইবগী সোম্লীবা লাইসোল, লাইরোল, লাইহংলোলনা অনম-অহা চুরম্বা, অফা-অপুন্নরম্বা, থমায়রম্বা খিবীক ওসিদগী কোক্লসনু।

মতুংদসু ঈনাতকীদমক অসিগুম্বা মখা তাবা লাইরিকসিং ইবিরক্লুনা খুদোল তম্বীরক্লবা পাঙ্গল, থৌনা, লৌসিং অমদি লীংজেনসিং কয়াবু থৌজানবীদুনা নোংদমবীবা ওইহনবিনবা তাইবঙ মপুগী খুয়া খাদগী থৌনিজরি॥

ইম্ফাল
তাং ৬।১১।২০০৬ ইং,
নিংথৌকাবা
হিয়াঙ্গৈ-১৫নি।

তখেল্লম্বম-চা নুংসিথোই মীতৈ
থৌপুলেল (সেক্রেটরী)
"কংলৈ লুপতীন"
ইম্ফাল।

# য়াওফম তাকপা

| ৱিয়ম | লমাই মশিং |
|---|---|

| বিষয় | | লমাই মশিং |
|---|---|---|





# "ইতেং পাংবিরকপশিংদা থাগৎচবা"

পুন্সিগী অহানবা ওইনা খোরজে খুৎতা পায়দুনা তাইবং মীহৌলোনগী লিকলম লিকখুল পুবারী অচেৎপা, নাহাল খোয়য়ুম লাইরম লেন্দগী শমথরকপা তৎপা কাংবা খন্না লোম্না নাইরোইদবা মালেম তাইবংপানবদা লৈরিবা শাগে শলাই কাংলুপ নাইনা লাই, মী, তিন, কাং শা, ঙা, উচেক, উপান, বাপান, উরি, বারি, নাপি শিংবী, মনা মশিং, হৈপাল, লৈপাল, মহে মরোং মউ নাইবা নাইদবা, মরা তাবা তাদবা মিৎন উবা উদবা থৌবায় পানবা পান্দবা নিংশা হোনবা হোন্দবা, মখোঙনা চৎপা, মবুক্তা মথানা চৎপা খৈবিক অসিবু কোরৌ নোংদোনথক্তা থোক্লিবা থৌবান মিচাক্কুম মশীং লাকণ্ডমদবাগুম মালেম অসিদা মওং শক্তম কৈয়া কৈয়াবু শেম্বীরম্বা তেংপানবগী মপুনা শেম্নম্বগী মনুংদা মীওইবা হায়না লৈরিবা অসিগী মনুংদা মাগী মাগী কাংলুপকী চৎনা পাথাপ হৌনা লিচৎ লাইনিংলাইশোন ধর্ম্মগী ওইবা মরম ময়ামদগী খ্বাইদগী ইতোপ তোপ্পা, কাংলুপ অমদগী পুরুবা বাইরুবা তাংলুবা লৈতবা ইরম অসিগী হৌরকঙেদগী খয়ুম লাইগা থানবা য়াদরবা ইনুংলোন খুনুংলোল, নুং-পান, লাইনিং লাইশোন, চাকচা ফম্ফম, য়ুমপান কৈপাল, য়ুমশা কৈশা, য়ুমলৈ কৈলৈ, পোকপা শিবা, থৌবায় নুংকাবা (নোংগাবা) লাইগী পালম, পুলম শুনা য়াউরবা "খুয়া-লুখুম" পুয়াগী লিকখুন "হরাউ খুম্ভোকলোন" অসিবু মীয়ামগী মফম খুদোন তম্নবা হোৎনজবদা তেংবাংবিরকপা পুকচেল চাউরবা মীওই কয়া, লাইলিক অসিবু ফোঙদবা য়াদে হায়দুনা ইথৌ শংবীরকপা চংগদবা মচাক কৈয়াবু ঐনা গুম্নমখে তেংবাংগনি হায়না, হেক পোকচবা ইচাগুম্না মায়রোং য়াবিবা ইচা ইবুংঙো, ইরম কাংঙবম লৈকাইদা লৈবা থিয়াম শাগে লুবাং শলাইদা তাইবং খুম্ভোক্কুনা তাইবং কুম্মে য়াউজরিবা "বিজেন" অমদি মাগী লোয়নবী মেমতোন লৈমা ইচা অনীনা অহানবা ওইনা শেলগী ইতেং পাংবিরকই॥ মথং চীংমৈরোং মনিং লৈকাইদা লৈবা অমাইবী শিংদা খুম্ভোকলিবা য়াম্বেম শাগে খুমন শলাইদা খুং দাকলকপা "বোবীশু" শেলগী ইতেং মপুং ফানা তেংবাংলকই॥ মথং খুরাই কোনশম লৈকাইদা লৈবা ফোরেষ্টরগী থবক পুরিবা নাওশ্রম শাগে-শলাই লৈশাংথেমচা ইবুংঙো "শরৎ" মাগী লোয়নবী "ত্রিবেনি" ইবুংঙো ইবেম্মা

অনিনশু শেনগী অথোয়বা ইতেং পাংবিরকই॥ মথংদা ইরম শগোনবন্দ লৌখাম লৈরক্তা লৈবা ইচা ইবুংঙো শোইবম শাইগে মোইরাং য়েকচা "হেমন্ত"গী লোয়নবী "পিঙ্কী" অনীনশু শেনগী ইতেং পাঙবী অশিগী মতুংদা মাইকৈ কয়াদগী অথং অহৈশিং অহন লন্ধন কয়া, মরুপ মপাং কয়ানা, পুয়া লাইলিক্তগী অরুবা লিকখুন কয়া অমশু লাইলিক অশিবু লাইলিক অমা ওইবা য়ান্নবা মতেং পাঙবিরকই॥ অইবনা হৈজদবগী থাংহৌবা চিথহৌবা অমসুং লাইলিক অশি পুথোকখ্রবগী মতুংদা তাকপিরকপা পুন্নমক মথংগীদা পুথোকচবা ওমবগী থাফমশু ময়ামদগী নিজরী অমশুং ইতেং পাংবিরকপা পুন্নমকপু তেংপানবা মপুগী মফমদা মতম পুম্বদা য়াইফবা পিনবিয়ু হায়না নুমিৎ থানা লৈরিমখৈ ইতেং পাংবিরকপশিংবু মপুদা অইবনা নিজরি॥

লোয়ননা লাইরিক অশিবু পুথোক্লবা হোৎনবদা অহিং নুংথিল খাক্তনা অমসুং অচিনবা কয়া কায়থোকপিদুনা ঐগীদমক থৌরায় য়াওনা হোৎনবিখিবা প্রেসকী (কম্পুটর ডিজাইন জেন্টর, উরিপোক ওভর ব্রিজ পোন্ট) প্রোপ্রাইটর খুন্দ্রাকপম রাজু, কম্পুটর ওপরেটর মাইবম সঞ্জোই, ওফসেটকী প্রোপ্রাইটর খুন্দ্রাকপম রতন অমদি অতৈ-অতৈসু ঐহাক্না হন্না-হন্না হরাউ তায়াম্না থাগৎচরী অমসুং নুংঙাই য়ায়ফবা মতম খুদিংমক্তা মাইপাকপা ওইবিয়ু হায়না তেংপানবা মপুগী মফমদগী নিজরী॥

অঙোমচা অমর মচঙ চীংকাংপা
উরিপোক, হুইদ্রোম লৈকাই,
ঈম্ফাল ৱার্ড নং. ৬ ॥

তাং ১৩।৭।২০০৬ ইং।

# "খুয়া-লুখুম"

## "খঙগদবা লাইগী লিকলম"

হুয়ি শিদবা খোয়ুম লাইয়িংথৌ, তাইবং পানবগী মপু হে ইবুংঙো নহাকপু, ননাই, ৱাকমা শৈদমজবনা, ইখুৎ খুবাক খুৎশা ১০ লোন্নদুনা, তাংজা লুরেল ইকোক নোম্না খুরুমজরী ।। হে ইমা মহে লাইরেম্বী লৈয়েংদা লৈরগা ইয়েক লৈমা, লৈখোংদা লৈবগা লাইখুলেলবী, লৈতোন্দা লৈরগা লৈনাওতাবী ৩ না অমত্তা ওইনা পুল্লগা নুংতলেং তলেংবী, কৌরিবি "হে ইমা" অনচি 'লৈমা শিংজাখোম্বী' মহে লাইরেম্বী ইমাবু খুরমজদুনা নাহান নোংগী লৈহৌ, নোংহৌবা, লৈরমদববু লৈরকপা, খংলমদববু খংনবা, পা ৱাবি নুংশিবা, পুৱারি অহকপা নহাল লৈশেমঙৈদগী খোয়ুম লাইশিংনা চংনরকপা অরুবা লিক্রম লিকখুনবু, চিংঙুলাইগী মমৈ, নমু তাইবং মীওইবনা লৈবিবা মখৈ, নুমিৎ থানা পাল্লিমখৈ মুৎপা অমসুং তোকপা খন্না লোইবা য়াবলোইদৌবা শৈহৌ শৈরোই, লাইলোন তিল্লোন, ইনুংলোল, খুন্নুংলোন, য়ুমবাল্লোন, ইনাৎ লিচৎ, থকশি খাশি থৌগল্লোন, চাকচা মতম য়ুথক, য়াহিপ ফম্ফম, লাইনিং লাইশোল, হৈকৎ লৈকৎ, থৌরম কৈয়া শুনা য়াউববা, পোকপা-শিবা তাইবং য়ুমপান কৈপান, ফিশেৎ চাকচা, শিল্লম শিহ্না, তাইবংনা চানা থক্লবা মহে মবোং পুথোকপা অমসুং অরোইবগী থৌৱাই নোংকালোন তাক্লবা তাইবং মীওইবগী শৈহৌদগী শৈবোই ফাউবা য়াউববা লাইলিক অশিবু নৌনা পুথোকচবনি :- লাইলিক কয়া কয়াগী লিক্রম লিকখুনবু খোমজিনজরগা ইজবনী, খঙদুনা হৈদুনা ইজবা হায়জবগী ইতিকতি নৎচদে ।। অখং অহে কয়াগী মফমদা খন্নশি, অমসুং খন্নবিয়ু হায়না লাইলিক অসিবু থমজবনি ।। ইং শোক ১৯৫০-৫১ গী মতমদগী অহল কয়াগী তুংইনজবদগী মখাদা থমজরিবা লিক্রম অসিবু ফংজবনি ।।

অদুবু অঙকপা অমগী মঙং অমনা, মশকশু উবা ফংদবা অহল ১ গী খোনথোক অমা ঐগী ইনাক্তা লৈবগী মঙংগুম্না মরক মবক্তা লিকখুন লিক্রম অসিবু তাকপিখি অমসুং ঐহাক্না খনজবা ঙমদবা পাউরৌ পাউখোং কয়া

কয়াবুগু ঐগী নাকোংদা তাহনবিখি ॥ মংগুম্বনি, মংদি নত্তবা , ঐগু য়াম্না অঙক অঙকপা য়াফম কয়া মীওইবা অমগী মফমদা লিথোকপদা ঐহাক ইশামকশি, তাইবং মীমান্নবা অমরা হায়না খল্লে ॥ অদুম ওইনমক মরক মরক্তা মীয়ামগী মফমদা থমউ ॥ অশুম্বা তাকপিখি, মতাং অদুদা ঐগী য়াথঙ্গা অদুদা লাইলিক্কী মমিং করি কৌগদগে হংজবদা 'খুয়া লুখুম' পুয়ানি হায়না তাকপি, অশিগী অচেৎপদি, মীওইবা হায়বশি, খুয়া থম্বানদগী লুবাই লেলফু ফাউবগী মনুংদা মরম পুম্নমক শুনা লৈবনি, অশুম্বা তাকপিখি ॥ 'কাংলোন্দি হরাউবগী লিকখুম ॥ হন্দক্কী লাই হারবা অমি থবারখুনি, মহাকতা ওইহনমংবা ওইবা য়াই, মফম মতমগী লৈফমগী য়াদনি ॥ 'তাইবংপানবা মপুগী হক্তগী ইনুংপুংদগী, পুথোকখিবা অদুনা মরম ওইদুনা, তাইবং মীগী শকতমদি মপু মাগী মমি তন্না শেমখিবনি ॥ মপুগী মমিদি তাইবংমীনি ॥ মীওইবগী শক্তম্নী ॥ মরম অসিনা নহান নোংদা তাইবংপানবা মপুনা, নমু, তাইবং শেম্বা মতমদা জাৎ বিজাৎ, অচৌ পিশক, অতোন অতা, অমাং অশেং, শক চু তোঙান তোঙান্না, মাগী মাগী কাওলুপ নাইনা অমত্তা শেমখিবা লৈতে হায়না মপু মাগী লিখুম্না তাকপিরি ॥ মতম মতমগী মী মীগী লৈফমগী মতুংইন্না, কাংলুপ নাইনখিবা ওাক্তনি '। খুদম ওইনা অমা অনিদং থমজবদা বর্মাদা লৈরগা বর্মিজ, অশামদা লৈরগা আশামমি (তেখাউ) হায়রগশু খঙনে ॥ বেঙ্গোল্দা লৈরগা বেঙ্গোল্লী, চিনাদা লৈরগা চাইনিজ, অসুম্না লম লমগী মতুংইন্না জাৎ বিজাৎ কাংলুপ খাইদোকখিবা ওাক্তনি ॥ থর্ম্মা অমগুং লাইনিং লম্বীশু মী মী অদুনা অনিংবা অপাম্বগী লিচিংগী মতুংইনজবনি ॥ মশিমক চৎতবা য়াদে হায়বগী অককপদি থল্লমদে ॥ অদুবু ইশা ইশাগী ওইবা ইপা নাৎ ইপু নাংকী মখা পোন্না, লিকখুল অদুবু থিরগা অশেংবা পরম অদুবু চৎচবনি । হন্দক্কী উমংলাই হরাউবগী লিকখুল অসি য়াম্না মরু হরুবা মালেম অসিদা অনীশুনা পরম অসিবু লৈতবা য়াম্না মরম শুনা য়াউরবা মীওইবগী পোকপদগী অরোইবা শিবা থৌরাই নোংকাবা ফাওবগী লিকখুম্নী ॥ হন্দক্কী 'উমং অমসুং লাই' হায়বসি করিনো থিবগী মরু হুকপা মচাক খরা লৈ ॥ নুমিৎ, থা, থৌরানমিচাক, অমম্বা-অঙানবা কনা অমতনা উমং অদুদা য়ৌবা ১দি চংবা ঙমদে ॥ অদুবু মকম অদুদা লৈরিবা লাই অদুবু উনবা ঙম্বা, চংদবা য়াম্নবা লাই অদুগী পাউতাক পাউজেল পীনবা অমগুং তাইবংপান্দা মহাক্কী অনিংবদু শাফোংনবা লাই

অদুদি, অইবংগান অসিদা মঙোন্দগী হেনবা লাই অমমুক লৈতেয়ে ॥ মহাক্রা মথোয়য়ে হায়বগী লাই অদুগী মমিংবু 'থৌরাই' কৌএ, থৌরাই অদুবু উমং অদুগী মনুংদা লৈঙমএ ॥ উমং অদুবু মফম মতম অমসুং মতম খুদিংমক্তা থৌদুনা পুদুনা চংপা য়াই, অমশুং থৌরিবা অদুবু মতম খরগীদমক অরাইবনি, রাইবনি হায়বগী থৌরাই কৌই ॥ অসিনা মরম ওইদুনা উমং অদুদা লৈবা লাই উমংলাই ॥ অশিনি উমং লাইগী রাহনথোক্-

উমং অশিবু লাই অশিবু মশক খবদা লাইনিং লিকখুনগী মরু অদুবু ফংগনি চেংনা খনগনি খন্দ্রবদি মাঙজবনি, খঙনিংবদু ফংলোই ॥ অশুম্না চাউরাকপা খরদং ময়ামগী মফমদা থমজবনি ॥ অদুবু লাই উবগী খুনথোক লোন, থৌরম অশিদা মতম অমগী ঐখোয়গী লৈবাক অশিগী নিংথৌরেন চারাইলোংবা ইনিংথৌগী মচাবু 'নুঙ' ওইনা পোক্লবদগী নুঙ অদুনা লাই ওইরকপদগী, মৈতৈ লৈবাক্কী মফম খুদিংগী লৈকাই ১দি খুঙ্গং খুদিংগী, উমং লাইগী লাইশঙ থুদেক্লনা ১শুং মৈ থাদোক্লনা ১শুং লাইগী অহকপা কোলু কয়া কয়াবু খোমগৎলগা, মহাবলি উমঙদা লৈরোল চল্লগা, লৈরোল চল্লিবা কোলু ময়ামগী মথক্তা হনুমানগী শক্তম (মুর্তি) শাজিন্দুনা ঙসি ফাউবদা ঐখোয়গী ওইবা, ইপানাৎ ইপুনাৎপু নমথনবা থমাইবা হৌখি ॥ মতম অদুদা নিংথৌগী চৈরাক কিবনা করিসু মঙম পাঙথোকপা ঙমজখীদে ॥ অসিদা নত্তনা অরুবা লাইলিক পুয়া কয়াবুশু মৈ থাদোকপিখি ॥ অশুম চৎথরকপনা মতম অদুদা অমাই লোইশঙদি অমখক্তা লৈবনিনা, অরৈবা অমাইবা, অমাইবী, পেনা শৈশকপনচিংবা খুদিংমক্তা লৈবাক অশিদা লৈজরিবা শলাই খুদিংমকপু নমথনবা লৈহন, চাহন, হৈকৎ লৈকৎ, লাইনিং লাইশোন ফাওবা ওন্না তৈনবা মওংদা থমাইবা য়াবা, খুনকাই লৈকাইনবা, মীশি মীনা থোক্লবা, য়াউহৈদবা পরম কয়াবুশু হাপচিন্দুনা 'হরাউ খুম্ময়োকলোন্দা' মথং মথং শমথরকলি ॥ হৌজিক্কী মতমগী মাইবা মাইবী, পেনা শৈশকপশু, নাহাননোংগী শমথরকপনা মরম ওইদুনা ইথক্কী অহন্না তাকপি তম্বিরম্বগী, লিকখুন্দা অশুম চৎনখিবনি ॥ অচুম্বা অরানবা ইনুংলোন খুম্নুংলোনদী অমুকহন্না খল্লুদবা থিরন্দবা, লাইনিং ওন্নখিবদগী ওহোকপদগী ওন্নবা ওনথোকপা, মরম অদুদা অচুম্বা ওইনা চৎনরবা অশিনি ॥ অচুম অরানগী রাফমদি ইনাৎ চৎতবনিনা মীনাৎ অদুদা হৈনখিবনা, মরম ওইদুনা মীওই খরদি ঙসি ফাওবদা, ইনাৎপু মীনাৎনা শুমহৎনবা হোৎনবদি

লেপ্পা লৈতরী ।। অসি মরম লৈবনা 'হুন্দক্কী লাইলিক' অশিবু মীয়াম্‌গী মফমদা থমজবনি ।। মীয়াম্না ১দি পাবীরিবশিংনা মনুংগী মচাকপু পারগা নৈনবিগনি ।।

খণ্ডবিগদবা -

অসি লৈবাক্কী, লৈকায়গী ১দি খুঙ্গংগী, থৌরম চাউনা পুবিরিবা লোয়শংগী শংকোক ওইবিবা অমাইবা (মাইচৌ) অখণ্ড অহে অমা ওইবদা হায়বদি লাইরমলেনগী থৌরম অমা তৌবদা খণ্ডদবা য়াদ্রবা পরম খরা, অমাইবা হায়বা মীওই অদু থৌরম অদুবু, লৈপাক্কী ওইনা লৈবা ১শুং থৌরম অদু পুবা তারবদা, অহানবা ওইনা ঐ অসি কনানো ? কনাগী মচানো ? ঈয়েক শলাইগী হৌরকফম ইপু নাং ইপা নাং অপোকপা, অপোকপী মশক খণ্ডবা, যুম্নান-কৈবান শেংবা, য়েকম্যা নত্তবা ঐবু লমজিংবিবা তাকপিবা-ভম্বীবা ইমা-ইপা, অহল-লম্নন, ইপু-ইবেন,ইথক-থোংবা, ইখা-থাবা, শামান-লেংমান্নবা পুম্ন মকপু থকশি-খাশি খণ্ডবা ইশাগী পোকপা নুমিৎ-থা, থৌবানমিচাক, মী- লাই, তাব-তাদবা, হকচাংগী কাংলোন খণ্ডবা, ইশাগী থাগী খোংচৎ খণ্ডবা হৈ-লৈ কৎপা য়াবা-য়াদবা নুমিৎতুবু খণ্ডবা ।। নিংশা ৫ গী কাণ্ডলোন মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, লৈপাক, অতিয়া হায়রিবা অশিনা ঐগী হকচাংদা পুরিবা মতমবু মশক খণ্ডবা ১শুং লাইগী থৌরম হৌরমদাইদা পুরিবা মতম মতমগী কোরৌনা পুবা, অতিংঙা তরংনা পুবা, মতম অদুবু খণ্ডবা ।। ইশাবু ইশানা শেংবা হৈবা, তিনচৎ, লাইচৎ, তিনলম, লাইলম মশক খণ্ডবা ।। শোম্লিবা, শকলিবা লাইগী লোম্নি লাইলোম্নী হায়না খণ্ডনরিবা অদুগী ব্রাংখুলোন (ব্রাহনথোক) খণ্ডবা ।। নুমিৎ চৈয়োন ৭ শিবু পুরিবা, নোংমাইজিং, নিংথৌকাবা, লৈবাকপোকপা, য়ুমশকৈশ, শগোলশেন, ঈরাই, থাংজা, ৭ শিবু পুরিবা।। নুমিৎ নুমিৎকী মচু লৈচু অদুগী মশক অমসুং লাইশক খণ্ডবা ।। থাজা ১২ গী মৈনা, ঈশিংনা, নুংশিংনা, কৌরৌনা, মালেম্মচিংবা থা-থা অদুগী পুরিবা কাংলোনবু খণ্ডবা অমসুং মচুবু খণ্ডবা ।। অহন ৭ পু মশক মমিং খণ্ডবা অমসুং থৌরম তৌরিবা মী অদুদি য়ুম পানবা মতমদা, লুহোংদুনা লৌবা যুম্নান্নবা ওইগনি ।। পি-পা কায়নবা পাম্ব্রা-লুম্ব্রা তাবা মীনা লৈবাক্কী ১ দি খুলগী, লৈকায়গী ১সুং লাইগী থৌরম পুবা ১দি থৌরম তৌবা য়াদে ।।

লৈবাক্কী অকায়বা, খুনগী লৈকাইগী ফংতবা ওই ॥ য়ুমগী লাম্নাইগী ওইনা তৌরবশু হিরম খুদিংদা ফংতবা ওইয়ে॥ অশিদা নত্তনা কাংলোন কয়া লৈ ॥ পরম খরদং লৌখংলগা ইজবনি ॥ (অহনশিংনা থখিরম্না তাকপিরম্নী খ্রাকমনি, নৌবানা শৈদমজরকপনা লোইনা হায়বা ঙজম্রে, খজিক্তা শীংথাজবনি ॥) হন্দক্কী থৌরম পুবিরিবা, অমাইবা-অমাইবী, মাইচৌ (পন্দিত) ১দি পিবা হায়না মিংথোল ফংলিবশিংশিগী মতিক য়াম্না চাউই ॥ ইনাৎ-মীনাৎ, লিচৎ-শাজৎ, লিংজেন-খোইজেন, মিংলম-নারম, মীগী অপাম্বা-পামদবা, অয়াবা-য়াদবা, লাইগী-মীগী হৈনবা, হৈথা-লৈথা, হৈকৎ-লৈকৎ যুম্না অখণ্ড অহৈদা তাম্নবীগনি ॥ অপাম পুক্লিং চঙবা, অশাও নাপন চঙবা য়াদে তাকপিরম্মী ॥ লাইয়মলেন্দা অমদি লৈবাক্কী থৌরমদা অমাঙবা ওই হায়বীরম্মী ॥ থৌরম তৌজমনগী কাম্নবা (মহৈ) ফংদে তাকপিরম্মী ॥ অশি খঙনা অমাইবনা লৈবাক্কী, খুনগী, লৈকায়গী ফনবা তৌবিগনি ॥

লাই হায়বদু করিনো মশক উদবা, খুৎশেম্না মশক শক্তম শেম্নবসু বা , ভাংদবা, করি অপাম্বনো, করি হায়বনো হায়বা ঐনা হংজবদা ঐনা ॰ঙবা ঙমজদবা, অশুক্কী মতিক লুবা, খঙবদা থিবদা হং ̣ন্দা পাঙ্খুম ফংবা ̣মদবা লাইগী পরমনি ॥ অদুবু মীওইবগী খ্রাখলগী লিচিং মতুং ইম্না, পুক্লিং চেংপা অরেম্না ১ দি অচুম্বা মশক খঙবা মীনদি, অরুবা লাইগী পাউতাক অদুবু খঙজবা ঙম্মী, তাকপিরম্মী ॥ মথক্তা হৌখিবা চিংউ লাইগী মতিক ময়াই ফংবা খঙ উরবা, লাইনিংলোয় কয়া কয়া মীওই কয়ানা লাইগী লিক্রমবু মশক খঙবা মীওইশিংনা তাকপিরম্মী তশ্বীরম্মী ১ শুং লাইলিকশীংদা চন্দুনা তুংগীদমক্তা উরবা, খঙলুবা, তুংদা থোক্লকদবা থৌরম, শিছা থৌদোক- খ্রাথোক, চংনা-পাথাপ, থৌরম-থৌদা কাঙলোন কয়াবু ইনুংলোন, খুন্নুংলোন, খ্রাখম্লোন থিবা ফংনবা খঙনবা থশ্বীরম্মী ॥ মীওইবা ঐখোয়না পাঙদবদগী ১ শুং শাজৎ, লিচৎ চুমদবা লিংজেন খোইজেন পুক্লিং শেংতোকচবা ঙমদবা, চাকচা-য়ুথক ফজদবা, ইনাৎ লিচৎ খঙদবদগী, কায়বদগী, মাঙখিবা ভাক্তা ওইনা লৈবদগী মাঙখিবনি ॥ ঙসিশু মালেম অসিদা লাইগী পাউতাক খঙবিবা মীওই কয়া কয়ানা চিংউ লাইগী পাউতাকপু পীবীরি ॥ মীওইশিং অদু লাইবু মশক খঙবা মীওই, ওইরমগদরা হায়না ঐখোয়না খল্লি ॥ অদুবু মিংনা উদবদগী থাজবদি লৈতে ॥ লৈতরগশু থাজবা য়াবা পুক্লিংনা য়ানিংবা খ্রাখন, অচুম্বা কয়াশু ফংই ॥ থাজে য়ানিংঙি ॥ অশেংবা খরা অদু ফংবা ঙম্মী ॥ (অসিনি

চাউরাকপা নিংশিংজবনি ॥ য়াথল ময়ামগী মকমদা থমজবনি ॥) মরম অসিনা লাইগী থৌরমবু য়ায়া পুক্লিং চওনা লাইবু লাইনি খন্না মথৌ তৌবিগনি ॥

মাইচৌ (পণ্ডিত), অমাইবা পুরেন হায়বসি লৈবাক্কী থোক্লিবা থৌদোক, লাইগী-তিনগী, শা-লানগী য়েক্লবা কল্লকপা, হয়ান-চিন্থি, মীশি-মীনা, য়াথোক-লাছোক, খুনকায়-লৈকাই, লৈবাক্কী-ইরৈবাক্কী অবাবা-ফংতবা খুদম-চাংদম কয়া থোক্লকুবদা অমাইবগী মথৌ লাকই। মহাক্কী মথৌ মশিন তারকই , অসিনা মরম ওইদুনা মাইচৌ ১না পুবা থৌশি মরম য়ায়া য়ামখিবনা মহাক্না খওদবা য়াদ্রবা ॥ হৈতবা য়াদ্রবা শিল্লম কয়া কয়া হায়বদা য়াংহৌগদবা ভাক্তনী ॥ অশুক্কী মতিক হকই, অশুক্কী মগুণ চাউই॥ মরম অমদা নিংথৌবুশু মাইবনা চাউই ॥

অসিনা মরম ওইদুনা অমাইবা পুরেন মাইচৌ অমনা হৈগদবা মশিন্দি অশুম্না থন্নীরমই ॥ থেঙ্গৌরোন, মরম শুনা হৈগনি খওগনি ॥ থাঙলোন খওগনি, হৈগনি ॥ থাঙ কদাইদগী পুথোকই, তা কদাইদগী পুথোকই ॥ চুঙ কদাইদগী পুথোকই, মৈ কদাইদগী, ঈশিং কদাইদগী, নুংশিৎ কদাইদগী পুথোকই ॥ মীপোক লোন, মীশেম লোন, শাগী শাকোক, লানগী লানকোক, মী পোকপগী থৌরম, মী শিবগী থৌরম, মীওইবগী মপোক ময়ি ইবা ভমগনি, খওগনি ॥ পুঙ-শেনগী হৌরকফম, জগোয়গী হৌরকফম, জগোয়গী থেংগৌ, থাঙগী থেংগৌ, তাগী থেংগৌ, মী কন্নবা লৈবাক্কী য়েক্লবা মী হাংপা, মীগী ফনবা, লৈবাক্কী ফনবা, লৈবাক নিংথৌ পুন্সিনবা, মহৈ-মরোং চুম্নবা (ফনবা) ॥ মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ তাইবা ॥ চিংউ লাইপাউ খওবা, ফংতবা অফবা খুদম কয়া তৌরকপগী লৈচিনলোন খওবা ॥ নুমিৎ থাগী, খুদম চাংদম খওবা, য়ুহার হাবা, লৈপাক নিকপগী খুদম চাংদম (ফোল) মহৈ খওবা ॥ অফবা ফংতবা ১ শুং হৈরাং হৈথোক পান্দবা, লৈরাং লৈথোক নাইদবা, পামেন শিংজা মরা তাদবা । মরা তাদনা হৌবা । মপান মউ লৈতনা হৌবা (লৈবা), মমি তাদনা লৈবা, শাকোক, লাইকোক, তিনকোক, থৌকোক মখল কয়া মরম শিল্লম কয়াশিবু খওবা (উবা) ॥ থবক ওইনা, শিন ওইনা শুবা ভন্না মীওই অমা ওইগদবনি হায়না থন্নীরন্না খরদং লৌথংচবনি ॥ খুম্নুং লোনগী অচেংপা খওদবা য়াদ্রবা কয়া অমশু লৈরি ॥ মরম শুদরবদি পুথোক্কদৌরিবা, শিক্লমশিবু অচৌবা লাইঙ্গিক অমা ওইবনা, অফংবা খরদং থমজবনি ॥

হন্দক্কী মাইবা অমাইবা হায়বসি খ্বাই গী ম্বাংবা মী খুদিংমক্কী হংনফম, খিনফম, অন্নফম ওইবা মীওইনি।

মাইববু লান্না লৌফদে ॥ ল ংজহৈত্তে, চিংউ মতিক খণ্ডবা, লাইগা শন্ন বা মীওই অমনি ॥ নিংথৌ ফাওবনা অমাইববু লোনজরিবনি, ঐনা থাজজদবা মীশক অমা ওইরবশু, মানা পুরিবা থৌ অদুদি ঐনা পুবা ঙমদবা মীওই অমা ওইরবদি মাবু ঐনা ইকাই হংগোইনা, লুনা চান্না তৌফম থোকই, তৌগনি [illegible]ং থা[illegible] মী [illegible] লিচং নম্ভে ॥ মীওইশিং অদু ইনাৎপু মুন্না মশক খণ্ডবা মীওই অমা ওইগদবনি ॥ অমাইবদি লৈরোন ৯, নোংলোন ৯, লৈথক-লৈখা ১ শুং হকচাংগী থোংলোন ১৮ খণ্ডগনি ॥ হকচাংগীসু লৈথক, লৈখাবু পুরিবা, থোংলোন ৯ গী লাইমিঙ খণ্ডগনি ॥ ইশাগী শাদোং মশক খণ্ডগনি ॥ অশুক্কী মতিক খণ্ডলিমখৈ, মাইবগী মগুণ মতিক হেল্লি ॥

খজিক্কং হায়জরক্সে, লৈরোল ৯ হায়বদি মালেম লৈমা, লৈপাক অশিদগী ঐখোয়না ঙশি ফংলিবা, খণ্ডলিবা মহাউ অশিবু, ইমা মহাক্কী ॥ মরোল কৌই ১শুং মরোন হায়না খণ্ডই মদুদি :- অখাবা, অথুম্বা, অশিনবা, অশাবা, অফকপা, অয়াকপা, ওইনম্বা, হিংগাইনম্বা, ইচম চম্বা, অশিবু লৈরোল ৯ কৌই ॥ নোংলোন ৯ শু নুংশিৎ অশাবা, অয়িংবা, অথুম্বাল শিনমনম্বা অসিনচিংববু নোংলোন ৯ হায়না খণ্ডনৈ ॥ হকচাংগী ইশাগী লৈগী মথকপু লৈথক, লৈগী মখাবু লৈখা কৌই ॥ অশুম্না হকচাংগীসু লৈথক, লৈখারোন খাইদোকই ॥ অশুম্না লৈরোন নোংলোনগী কাংলোনবু খণ্ডবিগনি ॥ অশুম্না মালেমদা লৈরিবা মিৎনা উবা ফংবা, তেংবানবা মপুগী খুৎশেম, উরি-উপান, শা-ঙা, তিন-কাং, লাই-তিন, চীঙমান, খোংলি-লাউরিবা, অচৎপা- চৎতবা, মশক-মওং নাইনা লৈরিবা মীওইবা, থৌবাই পানবা-পান্দবা পুম্নমকসি মপু মাগী খুৎশেম্নি ॥

মশাগী মাশা, মমিগী মমি ঙাক্তনি ॥ লাইদি অনিখক্তনি অমম্বা হায়বা ১ অঙানবা হায়বা ১, পুম্নমক্কী হৌফমদি, কোরৌ ১দি মালেমনী ॥ কোরৌ ইশাগী ঈলিক্লা মালেম ইমাগী লৈমাইদা তারবদা পুম্নমক অশিগ্গী মওং মতৌ, মশক পুথোকপা ঙমলিবনি ॥ অনিগী ময়াইদি চাউখরে ॥ পুম্নমক্কী হৌফমশু

অম্মবনি ॥ পুম্নমক্কী হঙ্গিনফম, লোইফম, থুপনফমশু অমম্বনি॥ খুদমদি - অঙৌবগী মচু মমিশু অমুবনি, অঙাংবগী মমিশু অমুবনি, অশংবগী মমিশু অমুবনি , অরংবগী মমিশু অমুবনি, অশুম্না পুম্নমক্কী মমিসি অমুবনি ॥ অমুবদি অম্মম্বনি ॥ অমম্বদি কি, ইপানি, অঙানবদি কিদে, ইমানি ॥ মীওইবগী লাইবক্তি অমম্বনি অদুগা তাইবং হকচাংদি অঙানবনি ॥ ব্রাথনদি অমম্বনি, পুক্লিংদি অঙানবনি ॥ পুক্লিংগী ব্রাথল অমম্বা ব্রাবু অঙানবদা ফোংদোকই, অমম্বদি লাইনি, অঙানবদি লোইনবনি ॥ অশুম্না লাই, মী, হৈরাঙ, লৈরাং মশক খঙনা চিংউ লাইগী থৌরম মথৌবু পুক্লিং চেৎনা থৌগন তৌবিগনি ॥ হে অমাইবা নঙদি কনানো ? কনানা নুঙবু লাইগী মথৌ, থৌরম তৌ হায়না কনাদা শিন্নরমই ॥ থৌরম তৌরিবা নঙবু কনানো ? তাইবংনা খোয়ুমগী থৌরম তৌববু, চিংঙুবা লাইনা য়াবিবরা ? হৈ-লৈ, কৎচববু লৌবিবরা ? থৌরমগী মপুদুবু মপু লাই ওইবা অদুনা লাই কনাদা শিন্নরম্বগে? মী ঐনা হেক্তা হৈরাঙ- লৈরাং কৎলগা মপু মানা খুৎফংননা হেক্তা লৌবিবরা ? হে ইবুংঙো কনা লাইবু নিংলগা কৎকদগে ? লাইনা লাইগী মথৌ তৌগনি ॥ মীনা মীগী মথৌ তৌগনি হায়বগী ব্রাফমদি থম্বীরমই ॥ অদুবু লাইদি মীশুম্না মশক থোরক্কুনা, হৈরাঙ-লৈরাং কৎপদি মী ঐখোয়না উবা ফংদে ॥ অদুদি লাইনা লাইদা কৎপগী ব্রাফমসি থিবা ১শুং হংবা মথৌ তাই ॥ লাইদি মীগী ফনবতা তৌবিবা মপুনী, মীওইবনা নিংবা অমদি নিবা, খুদিংমক্তা থৌজানবিগে হায়না নোংদমবিবনি অদুবু মীশে শিরগা লাইদা তাইবং পানবা মপুগী মফমদা শিংঙেন লৈরাংগী লৈনম, তাউজিং হৈরাংগী হৈনম ওইনা নশানা নশাদা তিনবনি ॥ ইবুংঙো নঙনা নোংদম্বীবনি । নঙোন্দা হৈগী হৈনম ওইনা, লৈগী লৈনম ওইনা তিনহনবীয়ু হায়না নিজদুনা, নীঙজদুনা খোয়ুম লাইরমলেন্দা তিনখিবগী ব্রাফম, লাইলিক লাইশু লাইনিংকাংলোন মিংখৈলোন, কয়া কয়া মশীঙ লাকঙমদনা থম্বীরম্মী ॥ অসিনা মরম ওইদুনা শক্লিবা, শোম্লীবা তিম্লোন-লাইলোন, তিনশক-লাইশক মফম মতম অমসুং থৌরম তৌরিবা মশক্তো লাই কনানো হায়বসি খঙবা তাই ॥ মহাক্লা কৎলগদি মশাগী মশানিনা শোইদনমক্কী ইপা মহাক্লা ইমা মহাক্লা লৌবিফম থোকই অমসুং য়াবিফম থোকই, নিজবা খুদিংমক মচাগী মচা মশুগী মশুঙাক্তা ওইবনিনা অসি খঙনা লাইগী থৌরম তৌবীগনি ॥ অমাইবশিংনা অহুকপা ব্রাফম অসিবু

থিবীগনি ॥ খজিত্তল লৌখৎচবনি য়াম্না পাক শান্নি, লোইবা নাইদে ইগী মতিক ইমাগী মগুণ মীওইবা অমাংবা ঐখোয়না থিবগী লোইবা ওমলোই অসুম্না থৌবাই মশক খঙবা থৌবাই পানবা খুদিংবু চিংউ লাইগী মশক্তি হায়না খম্বা ওম্না মীওইশিংনা লাইগী মথৌ তৌবদি পুম্নমক্কী য়াইফবনি ॥ মালেম অসিগা মীওইবগী তাইবং হক অসিগা পান্দম অমত্তনি হায়না খনবা মীওইশিংনা অহলগী মতম ওইবক্লবদা হকচাংগী কাংলোন মতুং ইন্না নোং চুপদবা, নুম্ম, শাগদবা, য়ুহাব হাগদবা থৌবম কয়া কয়া ফাওবা খঙবা ওম্মী হায়না অহলশিংনা তাকপীরম্মী, তম্বীরম্মী মীওইবগী হকচাংদি খোইয়ুম লাইগী ময়ুমনি॥

ইনাংকী ওইবা থৌবম পুবিবশিংনা খঙবিগদবা মবম (কাওলম) :

হৌজিক্কী নুমিৎ চৈয়োন তবেৎ মক্কা শলাই ৭ পোকখিবগী ব্রাপু শৈহৌজগে ॥ কোবৌ নোংমাইজিং - মঙাং পোকএ, মমিং য়েংলৈ হিংনপ কৌএ, মিংথৈ অমনা তেঙাং কৌএ, নিংথৌকাবদি (থানে)- অঙোম পোকএ, মমিং ভৌলেনকুপ তবংবা হিংচি কৌএ, মমিং কুপ কৌএ ॥ লৈবাকপোকপদি (নোংথৌনে)-মোইরাং (মুবাং) পোকএ, মমিং লাকলেন লৈতকপা কৌএ, মমিং 'লেং' কৌএ, য়ুমশকৈশাদি - লৈপাকনি, খুমন পোকএ, মমিং খবংনুক কৌএ ১) কং কৌএ, শগোনদি (নুংশিংনে) - খাবা পোকএ, মমিং তে কৌএ ॥ ইরাইদি -(ঈশিংনে) - লুৱাং পোকএ, মমিং কোনফুশাং তবংবা কৌএ, মমিং অং কৌএ ॥ থাংজদি (মীনে) - চেংলৈ পোকএ, মমিংদি শঙলেন চেংলৈ কৌএ, মমিং তেং কৌএ, অসুম্না মমিং অং, কং, হো, লেং, তেং, কুপ, তেঙাং কৌএ ৭ অসিবু অহল ৭ কী মমিংনে অসি খঙবা মপা মপু খঙবা কৌএ , য়োন্দবা ব্রানে অসুম্না থম্বীবম্মী, চেৎনা লুনা তৌ হায়বীবম্মী ॥ অসিবু অমাইবনা খঙগদনে, অসিসু মদোমদে ॥

মসিনা থেংগৌ শাবগী কাঙলোন্নি, কাঙলোন্দগী লৌখৎচবনি ॥

অমগু হায়গে, নুমিৎ-নুমিৎ অদুবু পুবিবা লাই অদুগী মমিং:- নোংমাইজিং নুমিৎত্তি মারজিংনা পুইয়ে, নিংথৌকাবদি কৌব্রুনা পুইয়ে, লৈবাকপোকপদি শলাইলেন্না পুইয়ে, য়ুমশাকৈশাদি খানা চাওবা লোকনিংথৌনা পুইয়ে, শগোলশেলদি ব্রাংপুরেন্না পুইয়ে, ইরাইদি নোংপোকনিংথৌনা পুইয়ে, থাংজদি থাংজিংনা পুইয়ে অসিসু মদোমদে ॥

অমসু হায়গে - শাজিবুগী ১২ পানবদা নোংমাইজিং মরু পোকএ, কালেনগী১০নি পানবদা নিংথৌকাবা মরু পোকএ, ইঙাগী ৯ নি পানবদা লৈবাকপোকপা মরু পোকএ, ইঙেনগী ৮ নি পানবদা য়ুমশকৈশা মরু পোকএ, থবানগী ৬ নি পানবদা শগোলশেল মরু পোকএ, লাংবনগী ৩ নি পানবদা ইরাই মরু পোকএ, মেরাগী ২ পানবদা কোরৌ নোংদা থাংজা মরু পোকএ, চয়োল ৭ পোকপা থাদি অসিনে , অসিসু মদোমদে ।

লাইপুংথৌ ৯ না পুবা ফমলেনদি - লাইয়িংথৌ হনবনা খাই লাকই, খাই পানা পুই, খম্নাংবনা রাংখৈ লাকই, রাংখৈ পুই, মোংবা হনবনা নোংথোনবম পুই, চাখাবনা পুম্রম নোংথোন ফম পুই, নাউকন্না খুরাইলাকই, খুরাই পুই, লুবাং নিংথৌনা অহল লুপ লাকই, অহল্লুপ পুই, মুবানিংথৌনা য়াইস্কুল লাকই, য়াইস্কুল পুই, মারজিংনা হিয়াংলোই হঞ্জবা ওই, কৌব্রুনা চোং খানবা ওই, লাইপুংথৌনা পুবা থৌদি অসিনি ॥

মীওইবগী পা-পি ২ গী মনুংদা থাগী খোংকাপ লৈনুং ইঙাল্লে নুপীগী লাকপগুম, নিপা ওইবা পাগীসু থা ১ গী মনুংদা নোংমা লৈশাং লৈমি তমই, অদু খঙবদা য়াম্না কান্নবা অমসুং খঙদবা য়াদ্রবা রাফমনি ॥ লাইগী থৌরম পুবা মীওইশিংদি নোংমদু লাইদা হৈ-লৈ কৎপা য়াদে, পাইবা য়াদে খঙদনা কৎলুরবদি লাইনা লৌদে ॥ খুলগী অমদি লৈকাইগী, লৈবাক্কী অমাংবা ওই অমসুং ফত্তবা থৌরম কয়া মরুম থোকই, নুমিৎ অদুদা য়ুমপানবা মীনা মরু হুল্লবদি নুপাদু শি, নৎত্রগা অঙাং অদু মাঙই, মী ওইদে কশা ওল্লি অমসুং মমাদু ঈ হাথবগী লাইনা থোকই অমসুং লোয়ননা নুমিৎকী মঙাল লৈরিঙৈ অয়ুক নুংথিনদা মরু হনবা য়াদে, পুকনুংদা অঙাং মাঙই, ফৎতবা থৈবিক থোকই, অসিনি ॥ মরম অসি খঙদবা য়াদবনি ইশাদা খুদম খঙগনি ॥ অসুম্না লাইগী থৌরম পুবিবশিংনা, কাংলমশি খঙবিগনি ১ শুং নুমিৎ অদুগী লাইগী লাই হরাওবগী থৌরমদা, লাইগী পোৎ, চৈ, থাং, তা অমদি চোংপে ১শুং লাই পুগদবা নুপাদু করি নুমিৎতা পোকপনো হায়না অখঙবনা য়াবা য়াদবা মরমদু তাকপিগনি ॥ মশি লৈবাক্কী খুলগী, লৈকায়গী ১শুং মীয়ামগী ফনবনি ॥ অসি খঙনবগী মরম হাজরক্কে মুন্না কুপ্না হকচাংগী কাঙলোনশু থিবিয়ু ॥

চাউরাকপা খণ্ডনবা :-

নেংমাইজিং নুমিৎতা পোকপা নুপাদি থা পানখৎলকপদা পোকপা ওইরগা থা শিগদবা নুমিৎ ৫ নি ব্রাৎলিঙৈদা য়েংবিয়ু ॥ থাবুংগী (পুর্নিমা) মতুংগুদা পোকপা ওইরগা ৫ নি পানবদা য়েংবিয়ু ১শুং হকচাং অফ ফংতগী মতুংইন্না নোংমা নীনীগী খেৎনবশু লৈবনি থেংনগনি ॥ ইশানা খণ্ডজগদবনি, থিজগনি, তাঙাই ফদনা ইশাগী ওইনা ফনবা কন্নবা শান্নবা লাইদা লৈ ১শুং হে কৎপা তারবদা খণ্ডদ্রবদি অমাগুবা ওই ঐগীদা নত্তনা ময়ামগী অকায়বা লৈ, মচুদি হিগোকনি ॥ মচু ফাউবা খণ্ডনবা ইদুনা তাকপিরমই ॥

নিংথৌকাবা নুমিৎতা পোকপা মীদি - পানখৎলকপা পোকপদি পুর্নিমা মতুং থাশি নুমিৎ ২ ব্রাৎলিঙৈদা য়েংবিয়ু ॥ নিনদু° হায়বদি পুর্নিমা মতুংদা পোক্লবদি পানখৎলকপা ২।৩ নিদা য়েংবীয়ু ॥ মচু অঙাংবনি, ইশাগী মচু খংব হায়বদি শীবুনি মনমশু খণ্ডগদবনি ॥ লাইগী থৌরম পুবা মীশি য়াম্না লুবনি, য়াম্না কুপ্পনি ॥ খণ্ডলি মখৈ কান্নে ॥ লৈবাকপোকপদা পোকপা মীদি - নিনমাং পোকপদি নিন্দুং হায়বদি থা শিগদবা নুমিৎ ৭ নি ব্রাৎলিঙৈদা ২২।২৩ নি পানবদা য়েংউ, নিন্দুং পোক্লবদি পানখৎলকপা ৫।৭ তা য়েংউ, হকচাংগী অফ ফংতগী হেন্দোক হেনজিন খরশু লৈবনি, ইশানা খণ্ডগনি ॥ মচু অঙৌবনি ॥

য়ুমশাকৈশাদি - নিনমাং পোক্লবদি নিন্দুং শিগদবা ১১ নি ব্রাৎলিঙৈদা য়েংউ, নিন্দুং পোকপদি পানখৎলকপা ২।৩ নিদা য়েংউ, মচু নাপুনি ॥

ঈরাইদি - নিনমাং পোকপদি শিথরকপা ২৫ নি পানবদা য়েংউ ॥ নিন্দুং পোকপদি পানখৎলকপা ৫।৬ তা য়েংউ, মচু অরংবনে, ১শুং হায়গে, য়াথং চেৎলবদি লায়না খণ্ডগদনে ॥

থাঙজদি - নিনমাং পোকপদি থাশিগদবা নোংমা ব্রাৎলিঙৈদা য়েংউ, নিন্দুংদি নোংমা পানবদা লৈয়ে য়েংউ, মচুদি মুনা লংবনে, অশিগী চাউরাকপা কাঙলোন খণ্ডনবা মরম তাকপনি, অশেংবদি ঐগী ইশাগী হকচাংশি মথক্তা পীরীবা থাবান অসিগা চাউরাকপা চান্নবা চান্নবা নুমিৎতু য়েংগনি, য়াম্না হৈনিংদবা হকচাং য়াম্না চোকথবা তনব, লেংনিং খোৎনিংদবা, ইশাগী হকচাংগী থোংদা মতম নাইদে ফুং লাউবা করিগুম্বা নুংশিৎকুম্না করিগুম্বা ১ থোকখিবা অসিগুম্বা খুদম ১ শোয়দনা লাক্কনি, মদু খণ্ডনবা মথক্তা পীরীবা নুমিৎ থাবান নোংমা

নিনি হেন্দোক হেনবিন ইশানা থিজগনি, খঙজগনি লোয়ননা থাশি ১শুং থানিন নুমিৎ অসিদা অঙাং মরু হুন্নবদি কাইবোক, হায়বদি অঙাং ২ শুগন্নি, নুমিৎ ২শি তাইবং মপুগা পলেম ওইবী ইমাগা লাংপুম ১ তা ওইবা নুমিৎনি; অশিনু মুন্না খঙবিগনি ॥ খঙদবা য়াত্রবা ব্রাফন্নী নুপীগীদি থোইদোকতে, অসুম্না থন্বিরম্মী ॥

**খঙবিগদবা :-**

কুম : পী চহিগী কুম তম্না হায়না খঙনারিবা কুম অদুগী মাইগৈ নাইনা, থাংজিং, কৌব্রু, লোইয়ালাকপা, কৌনু, মথং মারজিং লাই অশিসিংনা কুম ১ গী খোংলাউদুনা কুম তমখিবা নুমিৎ অকা, অকুম পানখৎলকপা, শিথবা, নুমিৎ থাবানশিং অদু অমাইবা, অমাইবীশিংদি খঙবগী য়াম্না অরুবা ব্রাফম ১ লৈ ॥ মরমদি খুঙ্গং খুঙ্গংগী লৈকায়গী লাইগী থৌরম তৌরকপদা, কুমহৌবা কুমহৌবীগী মমিংনা খুন তাইগনি ১শুং শোনগনি॥ শিন্নফম ওইবা ব্রাফম কয়া কয়াবু কাংলম খঙনা থবক ওইনা শিন শুগনি, মশি য়াম্না কান্নবা মরু হুরুবা ব্রাফম অমনি ॥ মুন্না ব্রাখন তৌবীগনি ॥ (কুম তম্না নুমিৎতা মহৈ মরোং মরু তাবা, মরু মরাং, মরু তাবা ফৈ। ইশাইফু ঈশিং হৈবা ফৈ ॥ থাবান লৈতে হায়বিরমই, লাইনা কুম ১গী ফনবা তম্না নুমিৎনি, হায়রি ॥

ব্রারম ১ দি - চিংঙু লাইগী মতিক ময়াই ওইরিবা খোইয়ুম মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, লৈপাক, অতিয়া ৫ অসিনা পুবা মতম ৫ শিবু মাইবা মাইবী, লাই নীঙবা, লাইগী মথৌ তৌবিবা, লাইনিংলোয়শিংনা খঙবীগনি, পুংফম ৫ নি ॥

মতম খঙনবা নুংশিৎনা পুবা মতম - নোংশিৎ লমগী উচেক্লা , খা লোমদা পাইরক্কনি ঈশিংদি- লাইচিদগী উচেক্লা মোইরাং লমদা পাইরক্কনি, মৈগী মতমদি - নোংশিৎলমগী উচেক্লা মৈরমদা পাইগনি, নোংথৌগী মতমদি, অব্রাংদগী উচেক্লা মৈরমদা পাইগনি, লৈবাক্কী মতমদি খালোমগী উচেক্লা অব্রাংদা পাইরক্কনি ॥ তরং (জোম)গী মতমদি নোংচুপ্তগী উচেক্লা নোংপোক্তা পাইরক্কনি ১শুং খঙনবা হায়গে, ইশাদা থোকলিবা তিনশি খর থুম্বগী মওং লৈরবদি - লৈবাক্কী মতমনি, অথুম্বা খরা চাও ॥ হকাম চন্নবদি - নুংশিৎনা পুবা মতমনি খঙগনি ॥ হাকথি খল্লবদি - মৈনা পুবা মতমনি খঙগনি ॥

থগোকলবদি - তরং (জোম)গী মতমনি খণ্ডগনি ॥ লৈশি, ঈং ঈং লাওনা খণ্ডলবদি ঈশিংগী মতমনে ১শুং ঈশিং য়াম্না চৎনিংবা (মপানথোক্লীংবা) অশি তৌরবদি ঈশিংনা পুবা মতমনি ॥ লিক্লা নৎত্রগা নোং খরা খরা খিকপদি - নোংথৌগী মতমনি ॥ হা ওইববু লৈবাক্কী মতমনে, থবক তৌবদা খরা থিনগনি ॥ মী অফবা লাকপদি য়াম্না মপুং ফাবা অফবা মতমনি ॥ হায়রিবা মতম ৬।৭ অশিবু থবক তৌরিবা অমাইবনা অফ-ফৎতা মুন্না খণ্ডবিগনি ॥ ১শুং মতম মতুং ইন্না থৌরম তৌবিগনি, লাইবু তাইনবিগনি ॥ মাইবদি য়াম্না লুই ॥

"থৌরাই হকচাংগী মচুগী মশক য়েংনবা ১শুং লাইগী লৈফম"

| খুউঁদা লৈ | খুজিং খাদা লৈ | লেংজুমদা লৈ | খোয়দৌদা লৈ | কোকতা লৈ |
|---|---|---|---|---|
| |  |  | |  |
| মমিং বিঁ কৌএ, মচু উিখাকনে, লৈবাকনে | মমিং রোঁ কৌএ, ঈশিংনে, মচু | মমিং হোঁ কৌএ, মৈনে, মচু অঙাংবনে | মমিং সোঁ কৌএ নুংশিৎনে, মচু অশংবনে | মমিং আঁ আতিয়ানে, মচু অমমবনে |

'আঁ, বিঁ, সোঁ, রোঁ, হোঁ' 'নিংশা' থৌরাই ৫ গী মমিংনে ॥ অসিগী মশক ৫ মক উনবা হায়গে ॥ মিংথৈ ৫ শিবু শোন্দুনা মফম ৫ মকপু হান্না য়েংউ ॥ অদুগী মতুংদা মিংশেন ১ দা মিৎ কুপ্তনা য়েংউ, নুংশা মপি নুংশেন য়ৌনবা হোন্দোকউ, অদুগী তুংদা মিংশেলদু থম্লগা নুমিৎপু য়েংউ, মিৎ কুপকনো ॥ অদুদগী মিৎ উইশিন্নু ॥ উইরিঙৈদা (নিংশা ৫ মক উগনি ) নিংশা ৫ হায়বদি অহানবগী মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, লৈপাক, অতিংঙা ৫ শিবুনি ॥ অসি খণ্ডনা থৌরম তৌগনি মরম খৈবিক্তা ফৈ ॥ উরবা মতুংদা মাগী মাগী লৈফম মফমদা হাপচিনগনি ১শুং হাপচিল্লু, মশিগী কান্নবদি হকচাংগী মতিক লৈ, থবক খুদিংদা মাই পাকই ॥

খুমন লাল ওম্বনে ॥ অরুবনে মুন্না খংঙো ॥ তেংনা হায়রব_ন, অপংবদি খণ্ডলোয়য়ে ॥ তৌগদবা মওং ১দি - ইশাদা থোক্লিবা তিনশি খরা থুম্বনে-লৈবাক্কী মতমনে, অথুম্বা চাউও, ঈশিংদি অফম্বা চাউও, মৈদি অশিনবা চাউও, নোংশিৎতি অশাবা চাউও, আতিয়াদি অখাবা চাউও, মথক্তা হায়রিবা

খৈবিকশি থবক খুদিং অরুবা থৌ চৎলমদাইদা ১ শুং লাল চৎলমদাইদা, অমসুং লাইগী থৌরম তৌরমদাইদা ঈশিংদা, চাকতা, হিদাক থকপদা, চরুগ্না মথক্কী মিংখৈ ৫ শিবু নিংশিংদুনা চাউও ॥ ঐগী অমদি লৈবাক্কী থৌরমদা অফবা, অকাবা ওইবনে ॥ ইশাগী মতিকশু হেনবনে, মী খুদিংনা লুনা চান্না তৌবনে রা অসিবু লৌরোইদৌবা মীদা ১ দি অপঙবদা হায়রুগনো ॥ অশুম্না থম্বিরমই, ফোঙদোক্লবনে ॥

## কিশেৎ লৈভেংদগী কংজবা খন্না :-

নোংদা লাইনা কুমশিং ৩১০৮ দা নিংথৌ ওইখনি, মাগী মতমদা পানা, খাইদোকপা হৌই ॥ অহানবদা ২ খক খাইদোকই, মমিং অহানবা অহল্লুপ, ২ শুবা নহালুপ, অসুম্না পানা ২ খাইদোক্লুনা, রায়েন থৌদবা হৌই ॥ পানা ২ লৈবদগী ৪ মরিথোক্লা অমুক খাইদোক্লে ॥ অহল্লুপগী লাইফম পানা খাইদোকলে ॥ নাহা লুপগী খাবম পানা খাইদোকলে ॥ পানা হায়বা রাহৈশি মী লৈবা অপুনবা অদুগী মমিং খংনবা মফমবু পানা কৌই ॥ পানা ৪, মরীগী লুচিংবা মকোক, ১মম থল্লগা রায়েন থৌদা তৌই ॥ পানাগী মচু ১ অহল্লুপ পানা, মচু মুরৈনবা, অমুবদা অরাউবা মচুনি, লাইফম পানাগী মচু অঙাংবনি, নাহালুপকী মচু অঙৌবনি, খাবম পানাগী মচুদি উং অঙৌবদা অমুবা চংবা মচুনি ॥ অশুম্না পানা ৪ গী মচু য়েল্লম্মী, পানাগী অনৌবা মমিং-ন্বাই পানা, খুরাই পানা, রাংখৈ পানা, য়াইস্কুল পানা, মচুদি মথক্কীগা মান্নে ॥

শলাইগী মচু - অঙোম শলাই -অঙৌবা, মঙাং -অঙাংবা, লুরাং - অরাউবা, খুমন -অমুবা, মোইরাং -অমুবদা অঙাংবনা লাংবা, খাবা - শংবান্নবা, ঙানবা - নাপু অরাউবা অসিনি ॥

নোংদা লাইনা চহি ১২০ নিংথৌ ওইনা পানবা, মশাগী চহি ১৪৭ কুমশিং (৩২৫৫) (খৃ: চহি ১৫৪) শুবদা মচা ইবুংঙো খোয়তোমপোক্লা নিংথৌ ওইনা পাম্লি, চহি ১১০ পাম্লমই ॥ মতম অদুদা লৈরম্বা অমাইবগী মমিং থোংঙাক কুরুম্বসু (লাঙ্গোল কুরুম্বসু) কৌই ॥ মরিং হনুবা লাহাও ঙম্বগী মতৈ-মনাও, মখোয় ৩ লৈরমই ॥

থৌরান থাগী ২৫ নি পানবা ইরাই নুমিৎতা পাখংবগী মচন থিংঙা তাউবীনা চাক্লি-ফিনিবা নুমিৎনে, নুমিৎ অসিদা লন-থুম, য়া লুপা, হি-য়াই,

পিথোকপা তৌহৈদে, য়াদে ॥ পিথোকলুরগা লল ময়েং তাইয়ে, থৌবান থাগী তংনবা নুমিৎ ১ য়েংলগা, থৌবান পোংলাকপা হায়দুনা ঈবুথৌ পাখংববু ঈরাংলে ॥ কংনিংবা হৈ, লৈ অচা অথক কংলগা থৌনিজেয়ে ॥ অফবা লৈবাক্কী ১ দি মফম খুদিংগী অফবা ওইয়ে ॥

লাংবন থাগী ৩ নি পানবা, কৌরৌ নোংমাইজিং নুমিৎতা নোং ঙানবা তু উরকপদা, ফুহিং স্নামহি শাইওনবা নুমিৎনে ॥ ইঙা থাদা ১০ নি পানবদা থাংজগী নোংয়াইদা ঈরাই পুলিং লাই পোকএ, কুম কাংদনবা ইরাং থৌনিতৌএ ॥ ইঙাগী ১৫ নি পানবা শগোনশেল নুমিৎতা পাখংবা পোকএ ॥ মেরাগী ১ পানবদা লৈবাক পোকপা নুমিৎতা শিন্নেমা পোকএ ॥

মেরাগী নিনি পানবা য়ুমশকৈশা নুমিৎতা, লল লৈমা পোকএ, ৮ নিপাম্নি পানবা লৈবাকপোকপা নুমিৎতা ফুনান নিংথৌ তেনহৈবা পোকএ, মমিৎ ২ তাংঙে, মেরা থাগু লৈবাক পোকপা নুমিৎতা লৈনুং থোংঙারেন পোকএ, লৈনুং লাইবু থৌনিএ ॥

বাকচিং থাগী ১২ নি পানবা ইরাই নুমিৎতা চিংখৈ হুল্লকপা মতমদা তুংবাইবী থোইনুনা পোইরৈতোন পোকএ, নুমিৎ অসিদা লুবাং শলাইগী অপোকপা খুরুম্মী, লল লৈমা ইমোইনু ইমাবু থৌনিয়ে ॥

ফাইরেন থাগী ২৬ নি পানবা য়ুমকৈশ নুমিৎতা অয়ুক্কী য়ুথক্তা লফুবী লৈমনুনা লমলেক শাংগা নুংঙৌ য়ুমথংবগা পোকএ, নাওরোইবীদি হুইমু লৈমনে, নুমিৎ অসিদা শারাঙ লৈশাঙথেমগী শলাই অপোকপা থৌনিয়ে ॥

লমতাগী ১৫ নি পানবা কোরৌ নোংদা, নোংদালাই পাখংবা নোংদম নোংখাই পাখংবনা, মালেমদা খুনকুমলকয়ে, লাইগী চহি খুদিংগী নুমিৎ অসিদা ইলাং থৌনি তৌজেয়ে, লৈবাক্কী অফবা নিজেয়ে ॥

হুং শিদবা লাইয়িংথৌ তাইবং পানবগী মপুবু খুরুম্না ইজরক্তে । আতিয়া শিদবনা লৈপাক শেম্না লোইরবদা অশিবা কোনজিন তিংথোকপা অনি মবু, তীনগী মরুপ লুচিংবা লাই নামুংবা কৌয়ে ॥ "হাউং হায়েং" হায়বা থোঞ্জেন অসিদগী মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ অহুম্না পোকখাইরে, তিল্লুপ-লাইলুপ খায়দুনা

চিংেক ৫, মাইকৈ ৮, লাইপুংথৌ ৯, লাইনুরা ৭ শুনা লৈরবদা, মরুশিদবনা লোইশং লিংগে নিংলদুনা নোংলৈনা য়োমদুনা পুথরকলে ॥ শং মওং ১ ওইনা খিল্লরে, মমিং নোংহক্ষশং কৌয়ে. য়াম্রা কোন্দোনগা লোয়ননা য়োইরেল্লা ফাউরকই হায়বগী য়োইরেন লোইশং কৌএ ॥

'উং' কৌবা খোঞ্জেন অসি পুরে, ঈশিং পোকখাইরে ॥ পুকনুংদা থা তরা নাউপুরিঙৈগী নুংঙাইনবা থৌদি য়োইরেম্না পুই, তাইবং পানবা অসিবু মনুং ওইহন্নবা মানা মানা থিরে, মারচিং কৌএ ॥ 'মাইবা লোইশং' লিংলে, হুং কৌবা খোঞ্জেন অসিবু পুরে, মৈ পোকখাইরে, শিরমদাইগী নুংঙাইনবা থৌদি মাইবনা পুইয়ে ॥ খোঙদি মলোং খোংদা নেৎলে ॥ থৌরম পুম্নমক অসিবু থোকহল্লগে হায়দুনা থোংঙারেন কৌনা লৈরে ॥ অশে লোইশং লিংলে ॥ উং (য়েং) কৌবা খোঞ্জেন অসি পুরে ॥ নোংশিৎ পোকখাইরে, পোকপনগী শিবা, তানবা, অসিগী মনুংদা নুংঙাইনবা থৌদি অশৈবনা, পুই, খোঙদি লাইখোংদা নেৎলে ॥ লাই-তিন, মী-পোং, শা-ঙা, তিন-কাং, সিং-মান, তু-খোং, পুংলোন-খেনলোন, লৈরোল-নোংলোন, থৌরাই অচং-চংতা য়ারেল্লা পুম্নমক অসিগী মনুং ওইনবা, তিনশোল-লাইশোন, ইরাং-থৌনি, তেংথা-নারোই, কুমহৌ-থাহৌ, কুমচন-থাচন অশি খৈবিকপু য়োয়রেন মাইবনা, অশৈবনা, মাইবী সঙ অহমদা মাগী মাগীবু খাইবিরে ॥

অসিগী তুংদা নোংথাং লৈমনা মপান ফাউনা খংহনলগে হায়না ফোঙদোকলে ॥ পান্থোয়বী কৌরে, মাইবীগী মরোল তম্বীরে ॥ পু পাং শুহল্লে ॥ শঙজেন মাইবী কৌএ, মাইবী লোনদি খাইনুবী, লাইয়িবী, মাংরাইবী, তুংরাইবী, শাজিবী, লাংকাপ্পী, লাইশ্রা, খোংঙাইনু, কোন্থৌসু লৈরাইনু, লাইনুসু, চীংখৈনু ১২ অসিনে ॥

অমাইবা অমাইবী পুথোকপসি হয়িচক্কী মমৈ ওইরকপদা অশিবনা, লৈনাও তাবীদা তরেং শেনমিৎ মরোল তম্বীদুনা চিংউ লাইপাউ তম্বীখি অসিদগী মাইবী হায়না খঙনখি, কোঞ্জিন তুথোকপা নঙনা চেংবা খুৎলৌ মাইবা হায়বদো শাথোকলো, চিংউ মপাও চেল্লো, মীরমলেল লাইরমলেনগী তংন থানবা মান্নরা নখৈ মঙন্দু পুহনখি (লাইরিক ফিজেৎ লৈতেং) ॥

পাখংবনা ফম্বান তোংবা মতমদা, লাইয়ামগা শানবদা হিয়াং তান্নবা হৌপ্রে॥ (বাখুল পোমিং) লৈবাক্কী অশৈবা লোন্দি হুমলেল, লৈপাইব্রাক, লৈকংলাবা, কাংগুপ্ত, তোংলেংব্রাক, খানিং নোংতংব্রাক, ব্রাইখোং শিংথিবা, শিংগুব্রাক, খাবা লাংথংব্রাক ৭ অসিসু মদোমদে॥ নারুপা নারুব্রাক, চোংপা চোংপাইব্রাক, কাইপা কাইহৌব্রাক, থারুক অশৈবা, সোইকাই থাবা, ঙাংতাশিপাব্রাক অসিনশু মদোমদে ॥

নোংথৌ অশৈবদি মাইবা থিরেন চন্নবদি - লৈপাক ম্রাইবাক হামলেললৈবা শংনোং য়ুনোং, শারক খাইবা, খামুন তৈবা, লাংনা ব্রাইবা লৈশং ব্রাইবা, কোন্দে খুরাইতাংবা, তরেৎ অসিগা নোংথৌ মাইবা, হামলেল লৈপা, চাকব্রা, পুথিয়া চেংপুম লৈবা, কোরৌ লেম্বা, শোংলেনপু, চিরাইতাংবা. তরেৎ অসি শুপচিন্না তরামরি অসিগী মথক্তা তোংবদি খিরুমলেন মৈনাইবা উরুমলেন শানাইবা, নোংনাংলেন অপোংবা, অহুমবু শুন্দা অঙাইলেন্না পুখৎলকই, মমিং উং সন্তরং কৌই, নোংহুম শংদা লৈযে, অঙাকপদি সহোংনে॥ থব্রানা ঙাকই, লাইচিদা চেংঙানা ঙাকই ॥ মৈবমদা য়ুচেংনা ঙাকই ॥ মিৎলমদা য়ুহানা ঙাকই ॥ মরিমক্তা ঙাক্লবগা শুবৈ নিংতোংবা, তন্দুমলেন মৈনাইবা কৌই ॥ লৈরং লেন্না তাখৎলকই, ৭ মক্কী লৈপাক্কী লৈফমদি নোংহুমশংনে ॥ তরেৎপু অমত্তা ওইনা শুপচিন্না লৈবদি মমিং "ঙাংতুমহিংচি" কৌই ॥ লৈপাক্কী করোংদি লৈতংলেন লিনতাং শাংবা কৌই ॥ নোংথৌগী কৌরোংদি লেংনা খুবা নোংতংশাংবা কৌই ॥ ইবুংঙো নংনা কৌরৌ অনিগী মরক্তা হুই ওইনা ফোলাংতুনা ফম্বদি (ঙাংতুলেং) কৌনা ফমই, মানা ফম্লবগা, লৈপাক নোংথৌ নুমিৎ থা পুম্নমক মরা চেৎলে, থিরেন চনবা ব্রাদি অসিনে ॥ মাইবনা অশি হায়বগা ফিদাসু লাইবক কৎলগা ফমগনি॥

য়োইরেন্না পুবা শিন্দি - অশাংবম্না খোং হামই, অরাম্বম্না ইরুজে, আশাংবম অরাম্বম অনিদি লানমী কৌই, খুরাইজম্না লাকথিল্লি, খুমুজম্না কৈ য়ারকই, খোইজু লাংই, মোংবিজম্না কৈ লাৎলি, নাকনবম্না মৈবা চিংই, মৈয়েংবম্না মৈ য়েংই, শিংখাই হুল্লি, য়াঙরৈবী লাৎলি, মৈকাম্বম্না মৈ কামই, মোংবা মৈহুৎ লাংই, মৈহৌবম্না মৈ হৌই, মোইরাংথেম্না ঙামি কৌই, লুব্রাংশংবম্না লুব্রাংগী থৌ তৌই, উপি উরেল লাৎলি, ময়াংলম্বম, খুমনলম্বম, নামোইজম অহুম্না শায়াই কোৎ চঙই, লৈরোংজম্না লোম্নে লাৎলি, থৌদাম্না

নোংমীকৌই, ফম্মিহনবম্মা পাৎ লাৎলি, হুইত্রোম্মা তেন খুম্নি, তেন লাৎলি, লানচৈশু লাৎলি, থোংবম্মা খোং লাৎলি, নোংচেনবম্মা নোংকাম্লি, লাইরেনজম্মা মৈ লাৎলি, শম্বানদরম্মা নোংশিং লাৎলি, পুংগ্রাইজম্মা পুং কাই, যুরুংবম্মা লাল লাউই, লোইজায়াংবম্মা কুমদম লৌ তাই, ফৈরোইজম্মা লপত্রে য়াম্লি, য়োইরেনবম্মা থাংত্রম য়াৎলি, লাংগোনজম্মা মং চংই, ব্রাংবজম্মা পুং লাৎলি, অমাকচম্মা লিরুং তেন লাৎলি, অরুবম্মা অরু অহেন তৌই । য়াংঙমবম্মা থোঙঙাকলম লাৎলি, শাগৈগী থৌরমদি শিনি ॥

মাইবনা পুবা শিন্দি - লিশম্মা ব্রাঙ্গোনগী ফম্বাল শাই । চাবোক, নাউশেংফমশু শাই । অয়াম্মা পাখংবগী মমাইবনে । মাইমোম্মা নৈথোং য়াৎলি। থৌদাম্মা য়াইরা খাংই, ঙাশেপপম্মা তু-খোং লাৎলি, লোংজম্মা লিন লাৎলি, শেবাম, লাইরেনলাকপম্মা অখাক অবাউ লাৎলি, ওইনাম্মা চিংথাং লাইরেম্বী লাৎলি, মুংখোম্মা লৈবাই লাৎলি, শৌবাম্মা মবাউ লৈমা লাৎলি, মাইস্নাম্মা শনমি লাৎলি, মাইবা থিয়াম্মা মং চংই, শরোকখাইবম্মা ফৌওইবী লাৎলি, ফৌমী কৌই, নিংঙোনবম্মা ব্রাঙ্গোনশং লাৎলি ॥ হাউওইবম্মা নুং লাৎলি, শোইবম্মা কৌব্রু কাই, ওক্রম্মা যুমদা উ চেক চংবা লাৎলি, হৈক্রুজম্মা তিন লাৎলি, য়েনখোম, থাঙ্গংশাবম্মা যুমলেপ পুনা য়াই লাৎলি, হৈব্রাম্মা নোংমি কৌই, খম্মাংনা লাইচিং লাৎলি, অহোংশাংবম্মা শগোল লাৎলি, কবোরম্বম্মা লৈশৌ লাৎলি, হোংনেমশুবম্মা পাৎ লাৎলি, শারোম্মা শামু লাৎলি, লাইশোম্মা উচি লাৎলি ॥ চাবুংবম, থিংবাইজম্মা কৈথেল লাৎলি, তেম্বা মাইবম্মা উশোই লাইরেম্মা লাৎলি, খুমন শাগৈ পুম্বা লাৎলি, থিনবম্মা খোই লাৎলি ॥

অশৈবনা পুপা থৌদি, অশৈবম্মা স্না লমওক শকই, য়েনকোকপম্মা খোইজু লমওক শকই, লৈশাংথেম্মা য়াকৈফমতোং শকই, হাউবিজম্মা লৈরক তেরান শকই, থোংঙামনা লালফা ঈশৈ শকই, শিংখাম্মা লংমাই খোনলোন শকই, পাউনম্মা পাউতাক হিদেন লাৎলি, লাইগী পাউ তাই, অহোংলোন শকই, নামবম্মা হিরাংকোক চোংই, নাউশোংপাৎ লাৎলি, লাইতোনজম্মা লমতাপুং লাৎলি, তোইবিজম্মা থরাউচি খোংই, তাইবংজম্মা অতাইপুরী থোকই, মংশাতাবম্মা মংথোংথিংই, তাউরেম্মা অয়াং তৌরানলি, নিংথৌজম্মা চীংঙা

লাংলি ।। কৌরেন্সম্মা যুমজাউ চেংকাপই ।। ব্রাংজিংলৌ তাই ।। লাইশ্রম নোংথৌকাবম্মা নোঙ্গালেমা লাংলি ।। শম্লোং লাংলি ।। মুতুম্মা লনহামপুঙ লাংলি ।। কোংবা চিংকুপশি ।। হৈস্নাম্মা হৃয়িং খোংবান লাংলি ।। নাহকপম্মা নাপি,শিংবী লাংলি ।। চিরোম্মা মং চংই ।। শাঙাইকাপম্মা পুংয়ৈ ।। শিংখাংবম্মা শিং খাঙই ।। খুন্দোংবম নাহাপম অনিনা ম্না লিফক শাই ।। তৌমোম্মা তৌ য়াম্নি ।। পোৎশংবম্মা সঙলাংমৈ লাংলি ।। সনামবম্মা নোংম্মি কৌই ।। চকপ্রম্মা খরাইচিং লাংলি ।। ঙামি কৌই ।। যুমলেমবম্মা যুমঙ লৈমা লাংলি ।। পিতংঙা লাংলি ।। চান্দম্মা খোংচিংলোন শকই ।। থিয়াম্মা হি লাংলি ।। পুত্রমবম্মা লোললৈ লাংলি ।। অশৈবা পুম্নমক্না ঔগ্রী শকই ।। কংলা ঙাকই ।। লাইপৌ শকই ।। তোঙ্গাচিং ঙাকই ।। শ্বাই অবাম্বম্মা শা (ওক) লাংলি । হৈতম্মা অঙোমগী খোং হামই ।। ঈরুজবী, মহৈমরোং ঙাকই, অঙোম শাগৈগী মখেবু আবোংমাই কৌই, অঙোম শলাই পুম্নমক্না তৌই, খুমন শাগৈ মখেবু উ শোইশঙ কৌই, অশৈবনা পুবাথৌদি শিনি, অসিশু মদোমদে ।।

মাইবিনা পুবা শিন্দি - মরোল মরী, খরাই চাবান, খুথেক, শাথেক অসিনে, পাম্লোইবিনা মপন তাউরোই লাইনা শিদম নাদম্বদা অশি অনাগী থৌরম পুম্বা তৌএ, হায়বগী ইবেম্মবু সিদনুবী কৌই, লাইথুং , তিনথুং, লাইপু, শালাই পুম্বগী ফননবা, হিদাক চাবান, খুৎশু খুৎলাই পুম্ববু তম্বীরম্মী হায়বগী মেৎপী লাইপী কৌই, মেৎপী লাইপিনা অমেৎপা লোইশঙ লিংই, খুৎশুদি শিংদুমনে, ব্রাই ১, খুদোন ২ শাংই, মমিং শিনথোংয়াৎ কৌই, (শিনয়াৎথোং) ১ না শেংতোনয়াৎ কৌই, থাং অসিনা অপোম অতং পুম্ন মকপু য়াৎতুনা মেৎতুনা মেৎথোক নমথোকই হায়না তম্বীরম্মী অদুগীবু অমেৎপা লোয়শঙ কৌই (থাংগী মওং মশক খঙগনি) ।।

অমেৎপা লোইশংনা পুবা লাইপুদি - খোইয়াম্মা ঙক্রা লাই, থাউরোইজম্মা নুংশং, কাবাজম্মা পুক য়েকপা ঈ ফাইবা, কৌজেংবম্মা কৌজেংলাই, হাউরোংবম্মা হাউরোংবম লাই, হংলেম্মা উনশালাই, লাইরেনলাকপম্মা মৈপোকপী লাই, হাউরোকচম্মা য়াকা লাই মরৈতম্বা, লোকতোনবম্মা লোকহারা, খোয়বম্মা ঈরাই খোংলাই শেম্ভোইলাই, তাইবংজম্মা তাইবংজম লাই, মোংবীজম্মা কাবোক লাই, ক্যাম্মা ক্যাম লাই,

নবুজম্মা নবুজম লাই, খাইদেম্মা হৈবী লাই, খোংবম্মা না খোনবা লাই, থোইদিংজম্মা থোইদিং লাইনে, চোংথাম্মা হারাকংখু লাই, অখোম্মা অখোম লাই, অরোংবম্মা মথা মথা পাংপা লাই, হৈস্নাম্মা হৈস্নাম লাই, শাগম্মা শাগম্মম লাই, শারাংথেম্মা ঈতোন, শেনকোইলাই ॥ লৈশাংথেম্মা হৈকোইশাবা লাই ॥ খুন্দোম্মা শালাই খৌয়েক ॥ মোইরাং হেস্তাকপম্মা কোক্তা পাংপা ॥ নিংঙোম্বম্মা ঙারেনলাই। কাবোজম্মা লোক লাই তিনলাই । অশিগুম্মা লাইগী মবমশিং অমেৎ লোইশংনা পুবা শিন্দি অশিনি ॥ মশি মশিন লাইশিঙ্গী ফংজবনি ॥

শালাই ১দি শাগেগী যুম্নাক্কী লাইনা লাইথুং ১দি লাইশক খঙনবা হায়গে ॥ হাউলোংপম, লাইদি খোম লৈপাননে ॥ খাউথেম লাইদি নোংশিং লাইগীনে, য়াং খাইপোক খাইনানাইয়ে ॥ নিংঙোমপা লাইদি ঈ ফাইনা নাবনে, লেংতপকুম নাবনি ॥ থোইতিংজম লাইদি, নুংশংনে ॥ কাংঙুচম লাইদি ঈ ফায়না নাবনে, হোইলোং থোকপনে ॥ থোইতিংচম লাইদি থোইতিংকুম হকচাংদা থুংঙে, চক্রিংশু থুংঙে ॥ কৌচেং লাইদি লৈদা ককখাইনা থুংঙে ॥ শলৈপানকুম্মে ॥ খুনতোংপম লাইদি লৈচাবীনে ॥ কবোচম লাইদি লোক খুবনে ॥ কিয়াম লাইদি নাকচি চিংনা থমোই থজিন চিংনা নাবনে ॥ লম্নুজম লাইদি নাতোন নাকচি চিংনা নাবনে ॥ হাংলেম লাইদি য়াংলেন থেগাক চিংনা নাবনে ॥ তাইবংজম লাইদি মঙক মখাঙ মচিন অহমসি লৈথোক্লা নাবনে ॥ নামোইজম লাইদি খৌবু চাউথোক্লা নাবনে, লাইরেম্বীদি খুতুম্বীনে ॥ খোমুজম লাইদি শারৈ ওইনা থুংঙে ॥ হাউলোকচম ১দি কোনথৌজমগীসু অমতনে ॥ অয়িং অশু কাবনি ॥ শচি শঙাই লাইদি খুতাংদা কোনথোক কোনশিন য়াদনা নাবনে ॥ অখোম লাইদি ঈশিং লাই শেংকোই লাইনি ॥ অহোংবম লাইদি অপাৎপা পুম্না শানা নাবনে ॥ মোংপীচম লাইদি হৱাইকুম্না তুম্না নাবনে, শৌবশু শৌবনে ॥ লোংজম লাইদি মৈপোকপী লাইনি ॥ খোইচম লাইদি তিলাইখোম্বী চুবগুমে, হাক্লা নাইয়ে ॥ থোকচোম লাইদি না পংবনে ॥ লোইতোংবম লাইদি খুৎপাক খুনিং খুৎচেপ অহম পোক্লা কুরোল হনা নাবনে, মমিং য়েনফুম্লাইনে ॥ চোংথাম লাইদি হোপী লাইনে (হরানে) ॥ ওইনামগী লাইদি

মতিন চেনা নাবনে মুম্নাকী লাইনা লাইচংডি অসিনি ॥ অশুম্না লাইশক খঙনা লাইনাগী মতুংইন্না লাইবু অইনবীগনি অসিনা চিংবা ময়ামগী মফমদা থমজরি ॥

## 'ঝারম খম্না'

ওসিগী মালেম অসিদা লৈরিবা মীওইবা খুম্নাই ঐখোয়না ঐগী-ঐগী কাংলুপ-কয়াগী ওইবা ইনাং ইচং (ধর্ম্ম) কয়া কয়া লৈবিবা অসিগী মনুংদা অতোপ্পা মীতোপ, কাণ্ডলুপ অমদগী ঝাইকবা, তাংলুবা, পুকবা লৈতবা, নহাননোং কোবৌ নোং লৈতবিঙে, মলেম লৈবু শেমদবিঙে ইমম মম্না লৈবিঙেদগী অঙানবা লাইবু পুখোকতুনা লৈবকলবা চিংউ মিংখৈ অহকপবু শৈথাজবক্লে ॥ হৈযি হয়া হে, হে খোইমোম লাইয়িংথৌ, কোনখৈ অতাম্বা, শোংলেন অথাম্বা, খোয়ম লাইমযেং, যেংহৌ খোইবা মকগী, লংশুং ময়েংগী, যাইপী য়েংহৌকী, হুপলা মপালগী হবা মকগী কোবৌ, মী নোংথৌ, ব্রাংপন মী কশা নোংথি কোংয়াং মীচৈশু, লোকলৌ পনলাং মিনমখাং, থোংলেন ১০ মিপাই পাই, ঈলুম মিলুম থুপ, থৌব্রায় অপক মাগী যাইপী মিংলেনতোং, তোংনা অয়ুক ঙন্না কোম্বোক নুমিদাং থেংনা কোনশিনবা, কোবৌনোং লৈতবিঙে, মালেম তমপাক অনেম্ববু লৈতবিঙে নুমিৎ. থা, থব্রাইমিচাক খোংচোমনুবী ॥ শজিক, থবা, ওকপুবোই তাউহুইলেং থবা তোংলেন পুমনা পানদলিঙে মালং তোংলেন লেংতা লিকলা ব্রাইফেন চল, লাইজা যিফম তাউনা নুংকাং, শাকাং লৈতবিঙেবু অতিযা তবং থক্তা তবং লাইজা ঈবোইনপতা খোইয়ুম য়াব্রা নখোঞ্জেন লাংবন খোইমু খোইতানন্না শেকমোম কাযপিলিপু পবীং লাংশং থাতবিঙে আতিংঙা ঙমখৈ পানতম লৈতববু লাংহে কুমশিং থিঙমদনা নোংলেনখিবপতা লাংওন ঙমচৈঙে মতমগী আতিংঙা মতৌ ওনথোকপনা যাইপি তেশিন্ননা যাব্রা উংলৈ মফম তাউ যেৎতলৈ, ওইদলৈ, পান্দম নাইদা খোইবালিহৌ খঙদনা আতিংঙা উংলৈ লৈচিকনা যাইপি পিবুক য়াকোননুংদা লাংবন খোইপু চৈয়োম্নবদা কজেং নোংথাং কুপপগুম, আতিংঙা উংলৈ মথোং লৈনা হাং, মালং চৈরোইননা য়াব্রা খোনহায় হাললকপা, লিকলা হায়ফেনচন লাইজা ইফম তাউনা মালেম লৈবু লৈশেম্বা, কোবৌ নোংহৌ হোংনেম্বা, চিংউ য়াইবী ফমচাউবা কোরৌ অশুপপা, ব্রাংবন অফাবা হে খোইয়ুম লাইয়িংথৌ অশুম্না শৈথানাবা চিংউ মঙোম্দগী শমথরকপা তাইবং

মীওইবগী খুছোক লোন, পোকপা, শিবা, তাইবং হুমনি (৩)গী কুম্মৈ য়াওজরিবা তাইবং মীওইবগী হৌনা লিচং, য়ুমহৌ খমহৌ, য়ুম্লাল-কৈবাল, অচা-অথক, ফিজেং-চাকচা, হুরাও-কুম্মৈ, লাইনিং-লাইশোল, শিললম-শিনশু, পোকপা-শিবগী, মথৌ-মশম, থৌরাই নুংকাবা (নোংকাবা) হায়রিবা, পালম পুলমগী হৌনা লিচং, থকশি খাশি, থৌগল্লোন, পাওতাক পাওজেল মখল শুনা অমসুং মহাউ শুনা য়াউরবা 'হুরাউলোল' হায়বা ইনাংকী ওইবা মাংবা অমসুং মুৎপা য়ারলোইদৌবা কাংলোল কয়া-কয়া, ইপু ইপানা লিকলম লিকখুন অসিবু ইদুনা থম্বীরম্বদগী থবক ওইনা অমসুং থৌরম ওইনা, মিৎনা উরগা খঙনবা নাকোং তারগা লিকখুল অসিবু থিনবগী খঙনবগী খুন্নাই অসিগী কোরৌ মালেম লৈতরিঙেদগী লাইগী লিকপু, তাইবং মীওইবনা থিগদবা খঙগদববু খঙননবা থম্বীরম্বা পরম অদু 'উমং লাই হুরাউবা, হুরাউ থৌরম অসিনা তাকলি ॥ মতেক খরদং উমং লাই হায়রগা খুন্নাই অসিগী মীওই কয়ানা অতোপ্পা বাখললোন অমা পুবিরম্বা য়াউরম্বা য়াই ॥ মীওইবদী শকতম মান্নদবগী মতুং ইন্না অফবা বাখল, ফৎতবা নৎতবা বাখল, অফবা-ফৎতবা, অহাওবা-হাওতবা, য়জবা-অথিবা, অসুমনা অনি- অহুম থোক্লা বাখল পুক্লিংশু থম্বীরমই ॥ মীওইবগী হকচাংদি কোরৌ অমসুং মালেমগী মওংনি ॥ তাইবং হক্তসু লৈথক -লৈখা, লৈরোল-নোংলোল খাইনা শেম্বীরমই ॥ তাইবং ইহক অসিদা মহাও শুনা মালেমদা ফংলিবা পুম্নমক শুনা য়াউরি ॥ তাইবং মীবু উমং লাইনি, উমং লাইগী শকতমনি হায়বদা থোইদোক্লা হায়মনবা থোকলোই হায়না থমজরি ॥ অশিশু লাইগী লিকলমনা হায়জবনি । থিরগা ফংগনি ॥ হংলগা খংগনি । অশুক্কী মতিক চাউব্রে । হায়বগী লোইঙমলোয় ॥ খুদম ওইনা ঙসিগী খুঙ্গং খুদিংদা 'উমং লাই হায়দুনা চাদা নৌদারকপগী খুছোক লোনগী ॥ পি অমা ॥ পা অমগী শকতমবু লাইয়িংথৌ, লাইরেম্মগী মিংগৌ থমলগা শকতম শেমদুনা ফিজেং লৈতেংদুনা, ইপা-ইপুগী হৌরকফম মরু ওইবনি খন্দুনা অমসুং খংদুনা হৈ-লৈ, মৈরা, অথেন পোৎনচিংবা কৎচদুনা থৌনিজরি ॥ অমসুং চীংঙু মাগী মপাউবু তাইবং মীগী অফ-ফৎতা, অবা-অনা কয়াগী, পাউতাকপু নহান নোং মীগা লাইগা শম্লনা লৈরিঙৈগী লিখুনবু থম্বিরি ॥ হৌজিক হৌজিক নিঙনরিবা শোয়রিবা লাই নোংপোক, কৌব্রু মারজিং বাংপুলেল, থাংজিং, অসিনচিংবা অমসুং অতোপ্পা কাংলুপ

কয়ানা নীংনরিবা যিশু, অল্লা, রাম, কৃষ্ণ, বৌধা, মহাবীর, গুরু নানক, গুরু গোবিন অসিনচিংবা লাইনি হায়না নীংনরিবা পুম্নমক অসি মতম অমসী মী ভাক্তনি ॥ অশিগী মনুংদা ঙসিফাওবদা হিন্দুগী লাইশিংদি তাইবং মীগী, থোক্লক্লদবা থোকখিবা অন্না অনা অফা ফংতবগী পাওতাক পীরি হায়বগী ঙশি ফাউবদা ঐখোয়না তাবা অমশুং উবা ফংদরি ॥ মীতে ঐখোয়গী নিংজরিবা ইপু ইপাগী ওইবা, লাইরমলেনগীদি ঙসিফাওবদা পাওতাক পীবিরী ॥ য়াম্না থাক খেংনবা মতিক ময়াই হেনবরা হায়না থমজরি ॥ অশিগী মনুংদা লাইনিং পরৈগী লিখুনদি ইতোপতোপ্না, মালেম অসিগী মনুংদা অন্নাংবা থাক্তা লৈ হায়না থমজনিংঙি ॥ মরমদি হৈকং-লৈকং, ইলাং-ইশোন, খেংনবনা থমজবনি ॥ অদুবু নুংগী ওইবা পরমদি অমসুং পুয়াগী লিকখুনদদি মান্নে হায়না লৌবসু য়াই ॥ মরমদি পৃথিবীদা লৈরিবা মীওইব পুম্নমক অসি পি, পা অনিগী নুংগী ওইবা শক্তমসি খেংনবা লৈতে ॥ মপাল থোংগী ওইবা লিখুনদা খেংনবদনি ॥ অসুম্না মাংলমচংকী ইপু-ইপাগী ফজরবা লিকলম-লিকখুনবু, তুংগী মীরোল কয়া-কয়ানা লিকলম কায়দনা অমসুং লাইনিং লন্নী অসি লাইলিক ওইনা থমলম্বদগী, করিগুম্বা মীপোক (মীতোপ) ফংতবনা মাঙহনব্রবসু অমসুং মৈনা ঈশিংনা মাঙহনগ্রবসু মাঙদনবগীদমক, থবক ওইনা শিনতাক শিনদমফম অমসুং থিনফম থিফম খম্বম্নবা হৱাও থৌগলোন(খুম্ভোকলোন) নাংকী ওইবা মরু হৃকলবা মালেমগী খুনাই অসিগী খ্বাইদগী তোপ তোপলবা জগোয়, ইশৈ, খুংথেক-শাথেক, ফিজেং-চক-চা, য়াহিপ ফম্ফম, লাইশোন তিনশোন, লৈঙাক-লৈকল, থাঙগী থেংকৌলোল, তাগী খৌশারোল, থেংগৌরোল, জগোইগী থেংগৌরোল অমসুং লিরুং-তেন, মুক্না-কাংজোং, থৌরায় মিকৌলোল, থৌরায় নুংকালোন অসিনচিংবা অমতা অন্নাংপা লৈতনা ইমাগী পিবুকনুংদা থাবুম ১০ নাউ পুনা লৈরিঙেদগী, তাইবং মপুনা নোংদমবীদুনা মালেমদা খুনথোকপিরকপা মীওইবনি। অশুম্না লিকখুন অশি মশক খঙনা চংনরকপনা ঙশি ফাওমবদা লিকখুন কাইদনা উমংলাই হৱাউসিবা (হৱাউবা) পরম অশিদা লোইনা য়াউরিবনি ॥ কুপ্না নিংশিংবিরগা, য়েংবিরগা, থিবিরগা ফংবিগনি॥ মতম শাংনা ইপু ইপানা ইনাংকী লাইনিং লাইশোন্দা চংচরকপবু অমশুং চীংমীগা তমমিগা পুকচেল, লিরি খোংলি তিম্ননা লৈঙাকমিন্নদুনা লৈরকপনা মৈদিংঙু চরাইরোলোংবা নিংথৌগী হাক্তক্তা নিংথৌ ওইরক্লদবা "পামহৈবাবু" নিংথৌ

লৈমনা চিংবদগী মিরাল পুক্রিং চংখিবদগী লৈপাক বাখোক ওইগনি খনবদগী থৌদু নুং ওইনা পোকই হায়শিন্নগা, চিংগী লম মরাম থাজাল খুলদা থৈখিবা ১শুং চিংমীগা তম্মীগা যাম্না নুংশি চান্ননা লৈমিন্নরম্বা চিংমি তমমিগী নুংশিবা শক্তম অদুবু, মিরাল মচা শান্তিদাশ লাকপদগী, চিংমী তম্মীগী ফজরবা নুংশি চান্নবা, অরৈ-লৈতা, অব্রাৎ-অপা, ঐগী-মীগি খায়দনা লৈমিন্নরমববু মাঙহনখি ১শুং জাৎ বিজাৎ অফ ফৎতা অমাং অশেং খাইদোক্লুনা, নিংথৌ অমদি বামোনগা মান্নদুনা ফজরবা শক্তম অদুবু মাংহনখি। নিংথৌরেল কয়াগী মামাংদগী চংথরকপা ফজরবা লিকলম পুম্নমক মৈদিংঙু পামহৈবা নিংথৌ হাক্তকতগীনা মৈদিংঙু চুড়াচান্দনা নিংথৌ ওইদুনা পানবা মতম ফাওবদা মৈতৈগী ইনাৎ লিচৎ লাইনিং লাইশোন অমদি, চীংমিগী নুংশিরবা লিচৎপু মাংহনখি, অমশুং ধর্ম্মবু লৈখা তাহনখি॥ মীতৈ অমদি চীংমি তম্মী খাইদোকখি, নুংশিনহনখিদে॥ থৌওংশিং অদু নিংথৌ মচা মশু অমশুং বামোনশিংনা মৈতৈ মশেন ফাউবদা ইনাৎকী লিচৎপু মাঙহনবতা নত্তনা অমগা অমগা শাগৈ মশেন ফাওবা নুংশিনহনখিদে॥ মতুং নিংথৌ বুধচন্দ্র মহারাজ হাক্তক্তগী, ইরম অশিগী ইনাৎ হান্নগী পু-পাগী লিচৎপু নৌনা চংনবা হৌরকখি ॥ ঙসি ফাওবদা ইমাগী পুকনুংদগী মীতৈ ঐখোয়গী লোল, ইমা লোল অশিবু লোন্দুনা ইরম অশিগী মহাওদা থৌরাই হিংদুনা লৈরিবা কাঙলুপ অশিবু যুমদাংবশিংনা ঐখোয়বু মাঙনবা ১শুং লৈখা তানবা হোৎনবদি লেপ্পা লৈতরী॥ ফজনা থমাইত্রবা, কোকপা ঙমদনবা শংখিবা মচুনি ॥ ইশা ইশাগী ওইবা মিওই ফাওবা মীতৈ, ময়াং মফম খণ্ডগ্রি॥ মশক খণ্ডগ্রি মশানা মশাবু ঐ অসি কনানো, হায়বদু থিবা ঙমদনা মিচাক লাংদা থুদুনা লৈরি ॥ বামোনগী থৌরী অশুপকী মতিক কল্লি॥ পাউরৌ অমা থম্বীরমই॥ পাউরৌদি - ''থা থা থাবুংতোন নচা মোরাম্বী পোবিগে, পোবী শনম নম্বীগে, হৈবোং চরোং অমতা থাদবিরকউ থাবুংতোন, নংনা থাদরকপা হৈবোং চারাদো নথিলক্তা তাবরে, নযুং লক্তা তিনখরে। হা: কনানা খুনশিবা'' অশুম্না থম্বীরম্মী।

অশিগী বাহম্লোকতি, মীওইবা ঐখোয়শি থাদগী মিতম্না হৌই। তাইবং মপু ''হয়ি'' শিদবা ইবুংঙো মহাক্তগী শিথরকপা নমু পোং ওইবগী মরু

অদুবু হৈ পোং চারা হায়না শৈথানরম্মী। অশুম্না ওইরকপা হৈ-পোং চারা নমু পোং মিওইবশিং অদুবু না থিলক্তা তাখরে হায়বদি না থিবা তাদবা মীওইবনা অফবা হায়ববু লৌদবা, নায়ুং লক্তা তিনখরে হায়বদি - না য়ুংবা তাইবং পানবদা নাত্রা শেন্দ্রানবা, মীনা অমা হায়রগা মানা থোকপা অমা তৌবা, থৌওই ব্রাওইদবা, ওন্না তৈনবা লমহেন তুহেনবা ভাক্তা ভাইরে, ঐনচি্যা অশিগুম্বা মীওই ভাক্তা ওইরগনি হায়বগী পাউরৌ অশিবু থম্বিরমবনি। এনহৌঙেদগী ইনাৎকী ওইবা লিচৎ চৎলকপনা, খৃষ্টাব্দ ইং ১৭০৯দগী ইং ১৭৪৮ মৈদিংঙু গরিবনিৱাজনা (পামহৈবা)না নিংথৌ ওইবদগী ধর্ম্মগী অওনবা খোংথাং অমা লাকখি। অশুম্না মৈতৈগী, লাইশোন তিনশোন লোইনা মাঙহল্লগা, রামান্দী ধর্ম্মা, বৈষ্ণব ধর্ম্মা, গৌরিও ধর্ম্মদা ভাউদুনা লৈরকপনা ॥ খৃষ্টাব্দা ১৮৯১দগী খৃষ্টাব্দ ১৯৪১ ফাওবা চহি ৫০ শুনা পাল্লকপা ফাওবা চৎলকপনা মৈদিংঙু চূড়াচান্দশিংহ কে.সি.এস.আই. সি.বি.ইগী মিংথোন ফংদুনা লৈরকপা নিংথৌ অসিগী মতমদা, গৌরিও ধর্ম্মাদা ভাউদুনা লৈরকপা অদুবু, খৃ: ১৯২৩ ইং। শাকাব্দ (১৮৪৫)দা শিলং কাছার জিলাদা লৈবা লাইশ্রম খুনদা লৈবা অহল ইবুংঙো লাইনিংহন কছারগী লাইশ্রম খুন্দা লৈবা 'নাওরেম ফুল্লো'(নাউরিয়া ফুলো) কৌবা অহল ইবুংঙোনা মীতৈগী হান্নগী লৈজবা লাইনিং লাইশোনবু অমুক নৌনা খুদ্বোকনবগী লংলা লংজিল চিংথোকপা হৌদোকপিখি। অদুবু মীতে লৈবাক্কী ইনিংথৌ ইবুংঙো চূড়াচান্দ মহারাজদা, ইনাৎকী লাইনিং চৎচগে হায়জবদা, মীয়ামগী ইহৌ অদুবু, ''ব্রহ্মা সভা''না ধর্ম্মশি মাংই, হায়দুনা লৈবাক ব্রাথোক ওইখি। অদুদগী চৎথরকপনা খৃ: ১৯৪১ শাকাবন্দ ১৮৬৩দা শ্রীযুত বোধচন্দ্রনা নিংথৌ হেক ওইবগা লৈবাক মিয়াম হৌদুনা হায়জবদা, নিংথৌ অসিগী মতমদা ব্রায়েল বিচার তৌবিদুনা, পু-পাগী হান্নগী লৈজবা লাইনিং লাইশোনশি, অপাম্বা মী মখৈ চৎচবা য়াগনি তাকপিখি॥ অশুম্না মথং মথং চৎনরকপনা হৌজিক্তি ইরৈবাক অশি শিনবা থুংলে॥ অশুম্না চীং তমগী নুংশি চান্নববু অমাং অশেংদগী খাইদোকপিখি॥ হৌজিক হান্নগী ওইবা ইনাৎকী থৌরম কয়াদদি খাইদোকপা লৈতে॥ পুনশিনবগী, নুংশিনবগী চালৌ মৌলৌ ফাওবা য়ানরকলি॥ য়াম্না নুংশিবা ব্রাফম্নী, খল্লুরগা এনহৌঙেগী হৌরকফম ইনাৎকী ওইবা কয়া কয়া হায়দুনা লোইবা লৈতে॥ নোংচুপ লমদগী লাকপা মিয়ান মচাদনা খায়দোকপনি॥ ঙশি ফাওবদা মাঙনবা

থৌওং শিনবা লোইদরী॥ অশি পুন্নমক থমজরগা, হান্নগী ইনাৎকী থৌরম, লাইগী লিকখুন অসিবু খৃ: ১৭২৩গী লাংবন থাদা পামহৈবা নিংথৌগা বামোন লপ্নোইবগা তান্নদুনা মীতৈ ঐখোয়গী ইনাৎকী ওইবা, উমংলাইগী লাইশং অয়াম্বা থুগাইবিখি অমশুং থুদেকপিখি॥ খৃ: চহি ১৭২৬কী ইংঙা থাদা মিতৈ লৈবাক্কী উমংলাইশিংগী কোলু, কোমাই পুন্নমক শৎতোকলগা অমশুং খেমগৎতুনা মোংবা হনবা উকোন (মহাবলীগী) হৈবোং শিদগী মখোংদা লৈরোল চন্দুনা ফুমজিনখি॥ অমশুং অদুগী মথক্তা হনুমানগী মুর্তি শাদনা লাইশং শাখি॥ থৌবম অদু মতম অদুগী লোইশংগী অমাইবা, অমাইবী, পেনা খোংবনচিংবা যাউনা মীতৈ লাইনিংবু নমথনবা হোৎনখি॥ অদুগী শমথরকপনা কোনুংগী তেমপন পোর্ডকী অমাইবা, অমাইবী, পেনা লোয়শং যাউনা ভসি ফাওবদা মীতৈ ঐখোয়গী শাগৈ, শালাইগী অপোকপগী খলোং ফাওবা, ইপু ইপাগী শাগৈগী হৌরকফম, মচা মশুগী অফবা নীনফম ওইরিবা নীংনফম ওইরিবা, য়ুমনাক কয়া কয়াগী অপোকপা কোলু অমশুং খসোংবু লৈরোন চন্দুনা অমশুং ইপু ইপাবু লৈনুংদা ফুমদুনা থম্বিরি॥ অশিবু অঙকপগী খুদম নৎতে করম্না হার্যশিগে॥ ভসি ফাওবা ইনাৎ অশিবু নমথনবা থমাইনববু কোনুংগী অমাই লোইশংনা লেপ্পা লৈতনা হোৎনবি॥ হায়মনবা থেককলোই, মীয়াম্না হেন্না খওবিরবা ৱাফমনি॥ মরম অসিবু ইবৈচা-ইবৈবাক অসিদা লৈরিবা খুন্নাইগী মীওইশিংনা ইশাগী ১দি ইপু-ইপাগী হান্নগী য়েলহৌভৈদগী লৈবকপা মুৎপা কাউবা লৈরলোইদৌবা ইনাৎকী ধর্ম্ম লীচৎপু তুংওইনা থম্বীরগা খাংউথক্কী নোংচুপলোমগী অৱাইবা ধর্ম্মদা তাংদুনা অচুমবনি হায়না চৎলিবশি য়াম্না ইকায়বা য়াবগী ৱাফম্নী। মীগী মীপোৎনা ইপোৎ শাবা, ইশাগী হকলবা লুরবা ইরলবু লৈনুংদা ফুমদুনা থম্বা ''মীথিবোং মীতমবান'' হায়বদু ঐদগীচিংনা য়াম্না লৈরী॥ ঐগী ইরোল ফাওবা মরম শুনা খওবা ভমদরীবা অশিদা মীতোপকী মরোলদা শকপা শোনবা অমশুং ৱাহনথোকশু খওদবা নুপী-অঙাং, ইমা-ইবেন ফাওবদা ভাউদুনা লৈরি, ফিজেৎ-চাকচা কাওবা তুক্কচজনিংভাই ওইরে॥ মীতৌ তম্বদা, ফজবা তম্বদি মিয়ামগীনি, অদুবু ইনাৎকী ওইবা থাদোক্লগা মীগী মতৌ তম্বদি য়াম্না ইকাইনিংঙাইনি ৱাখল খরা খনথবদি ফৈ॥ ঐগী ইশাগী পোক্লফমবু মীরাইবদি অমশুং ইনাৎ লিচৎপু থৌওইদবদি মীগী মীখা পোল্লিবনি। ইমাবু ইমা কৌদনা মীগী মমাদা ইমা কৌরুবদি খুম্বিরকপগী মহৎতা কনাগী মচাগী

মচানো মমা-মপা ফাওবা মশক খণ্ডবা মচা অসিবো হায়না হায়রকপা নত্তনা ঐগী ইমানা নুংশিনা খুম্বিরকপা যাবা অদুদি তাবা ফংলরোই॥ অশুম্না ইমা-ইপা, ইপু-ইবেন মশক খণ্ডবা মীওই কয়া কয়া লৈরী॥ ঐগী ইশাগী শাগে-শলাই, ইয়েক্কী পুরোল-পারোল ফাওবা খণ্ডবা ডমদরিবা ঐনা, মীতোপকী পাবোল পুরোল অদুবু করম্না খণ্ডবা ডম্বিবনো, ডক্লা থোকই॥ অশুম্না '... পুবাম্না হায়রী, 'জন্নি জর্ম্মা, ভুমিচো শ্বার্গদাভি গরেএশি' ব্রাহনথোক ... পোক্রুফম লৈবাক অশিদি শ্বগদগীশু হেল্লী, অশুম্না থম্বিবনই ॥ ঐ এগী খোইরি নাওফম তাবা মফম অশিদি ঙশুক্কী মাতক লুই ॥ নাওফমদি লোইনবনি ॥ খুদম:-ঐনা ঐগী লৈফম খোইরি নাওফম তাবা মফম(লম) অদুবু থাদোক্লগা অতোপ্পা লমদম অমদা লৈকবদা, মগু মগুলকপা মতমদদি ঐগী হান্নগী নাওফম ফুমখিবা লমদম অদুদা লৈবগী মওংগা মগুই ॥ অশুম্না ইশাগী নাওফম তারিবা মফম অশি অশুক্কী মাতিক লুই হায়বগী খুদমনি শমপংনা খবনং পনজবনি, মসিগী ব্রাহনথোক শাংস্ত্রে ॥ অশুম্না ইবৈবাক অশিদা লৌরিবা পাথিবা পুথিবা কয়ানা ইনাৎকী লাইনিং চৎচদুনা লৈবম্বু মৈদিংউ পামহৈবা নিংথৌগী ম্না হাক্তগী মাংহনাখ ॥ খৃ: ১৭২৩গী লাংবন থাদা উমংলাইগী লাইশং ময়াম শিদোকখি॥ খৃ: ১৭২৬ কী ইঙা থাদা, মিতৈ লাইনিংগী মরুহকলবা উমংলাইগী শকতম্বু কোলু কোনমাই শৎতোকলগা মোংবহনবা মহাবলী উমংদা লৈরোল চনখি ॥ খৃ:১৭২৯গী লৈবাকপোকপা নুমিৎতা মিতৈ ইনাৎকী মরু হকলবা পুয়া ময়াম খোমখৎলগা কংলা উৎত্রা মাঙদা পৈরগা মৈ থাখি ॥ খৃ:১৭৩৭ কী মেরা থাগী পুর্ণিমা নুমিৎতা পামহৈবা মহারাজনা মনাইশিং অয়াম্বগা লোইননা বৈষ্ণব ধর্ম্মদা লাইমিং লৌদুনা লুকুন থাংখি ॥ অসিদগী মথং-মথং চৎথরকপনা খৃ:১৯৪১ শাকাব্দা ১৮৬৩দা শ্রীযুত ইবুংঙো বোধচন্দ্রগী সনা হাক্তক্তগী, অরিববু অমুক নৌনা মীতৈ ইনাৎকী ফজরবা মরু হকলবা লাইনিং লাইশোন, ইনাৎ-থৌনি, তিল্লম-লাইরম, তিনখুন-লাইখুল, থম্মাইখিবা লাইফম কৈয়াবু ম্না-লুপা কোনয়াই হুন্দুনা চীংদোল কৈয়াবুশু ম্নাগী শোজে, লুপাগী শোজে, শেলগী শোজেনা লোলম্বু, অখং-অহৈ, অহল কৈয়ানা থোঙ হাংবিদুনা, মতমগী খোঙলৈগী মতুং ইন্না ইনাৎকী ওইবা (ধর্ম্ম) লাইনিং লম্বিদা চৎথরকলি ॥ অদুবু মচেং খরা ইকাইখাঙ লৈহৌবনা, মশানা মশাবু মশক খণ্ডবনা, ইপু ইপাবু ইবুথৌবু

মিরাইবা কয়া, অমশুং য়ুমদাংবা লোন্দাংবা শকমান্নদবা খরনশু নমথনবা হোংবদি লেপতরী ॥ কাংশ্রোং চক্কা ফুকপা হৌত্ত্ববনিনা, চাকাদি নোংমা-নোংমাগী অদুম লৈবা ওনবা লেপলরোই ॥ মরম অশিনা "উমংলাইগী থৌরম অশি য়াম্না লুবনি ॥ তাইবংগী খুনথোকলোনগী, খুম্থোকপা, খুন্দাবা, অহাম্বা লাইনি ॥ তাইবংগী য়ুম্বানলোল, লাইনিংলোল, থকশি, খাশি, মাংশোক ফমমেন, ইপা- ইপু, ইমা- ইবেন পুম্নক্কী ইনাৎ থৌনি মশক খংনা, চংনবী চংনবা মরম্বু তাকপি তম্বিবগী (কলচরনি) লম্বীনি অদুবু লম্বী অশিদা লাইগী থৌগল পুরিবা পুরিবী কয়াসি নাহানগী নিংথৌগী লোইশংদগী শমথরকপা, অমাইবা অমাইবী পেনানচিংবা কয়াসি, থাইবা, হৈনবা, থম্মাইবী হৈনবী মাইবা পেননা মাইবীদগী তমলকপনিনা কাউবা য়াদবনিনা ওসি ফাওবা চুমথোকপা ওমদনা খরদি ইরম অসিদা লৈতবা নংতে ॥ কনানশু হান্নগী তাকপী তম্বীবকপা লম অসিদা লমজিংবীরকপশিংনা তাকলিবশিবু চুম্বরা-চুমদব্রা, অচুম্বনা কদায়ফাওবা য়ানিংদবা অরানবনা কদায় ফাওবা, য়ানিংবা অরানবনা কদায়ফাওবা, লাইগী মথৌ মওম অদুবু শিন ওইনা শিনশুরকপা মতমদা, ইশাগী কাওলোন হায়বদি, ঐশি থৌরম তৌবা য়াবা মীওইরা চালৌ-মৌলৌ, য়ুম্বাল-কৈবাল, ইয়েক-শলাই হকচাংগী শকতম অকায়বা অশোয়বা তিনথুং লাইথুংনচিংবা করম্না মীওই অমা ওইফম থোকপগে ॥ লাইগা শম্নবা শোক্রবদা য়াগদবা মী মহাক্কী লৈবাক্কী থৌরম খুদিংগী মাইগৈ খুদিংগী, শিল্লম খুদিংগী, পী অমশুং পাগী মহৎ শিন্দুনা লাইগী মথৌ তৌগদৌরীবা, মহাক্কী পুম্নমক্কী হংনফম তানফম, অকবা ফত্তবা ব্বারি লিখুন, লৈবাক্কী অমদি খুঙ্গংগী, য়ুমথোং খুদিংগী, লাইরম তিল্লম, তিনশক, লাইশক, পাউতাক পাউজেন, অমসুং করি-করি শিনফম শিল্লম কয়া হৈগদগে অমসুং তমগদগে ইহৈ অদু কয়াম হৈগদগে হায়বা ব্বাফম লাকই ॥ য়াম্না পাক চাওরবা ব্বাফমনি হায়না থমজগে ॥ হৌজিক্কী মতম অসিদা লৈকাই খুদিংগী খুঙ্গং খুদিংগী খোঙলৈ হায়গদ্রা, ইথৌ তোংবী লাইপাও চেনবী কয়া-কয়া লৈরি অমসুং মীয়াম্না তানরি উনরি ॥ অদুবু লৈবাক্কী ওইবা অরুবা ব্বাফম কয়া, মশাগী ওইবা ইমুং মনুংগী থোক্রকদবদি পাউজেঞ্জবা ওমজদে, খঙজদে ॥ হৌজিক্কী মতম অসিদা অমাইবা অমাইবীগী লাইশোন তিনশোন শোইবনরা নংত্রগা য়েক শলাই অদুগী অকাইবা অশোইবা লৈবনরা, লঙজবা করি লৈখিবদগী ওইবনো খঙদে ॥ লাইগী লাইহন লোল 'মীনা

তৌবনা মীদা হল্লো, লাইনা তৌবনা লাইদা হল্লো' হায়বা লাইহন তৌনরকপা অসিনরা, ঐখোয়-ঐখোয়গী শাগে-শালাইদা লাইনা লাইওং খণ্ডদনা তিনথুং লাইথুং, অণ্ডাও অফেনচিংবা কয়া অমদি য়াওদবা লৈতে ॥ অণ্ডকপা মতম অমা ওইরবনি, মীনা মীবু হাৎলবা, শিগদবা লৈরবা মী অমবু শিগদবা লৈরবা মীনা হাৎপা, শিদগী হেন্না ণ্ডকপা লৈত্রে ॥

পুয়াগী লিকখুন্দা মতম অমদা মীনুংশি খণ্ডদবা হিংচা য়াইতম্বা ঙাক্তনা য়ুমলিং খুল্লিংদুনা পাল্লখিগনি ॥ অচৌবনা মচাবু চারগনি, হাৎলগনি ॥ হায়বদু য়ৌরমাল্লে হায়না থমজগে ॥ অসিনা মরম ওইদুনা থৌরম পুরিবা, লাইথৌ তৌবিরিবা ইরৈচা, অখণ্ড-অহৈনা অচুম্বা লিকখুনগী লিকলম্ন শুবিনবা তাকপিনবা অমশুং লিচৎ ইচৎপু চুমথোকপীনবা অখণ্ড-অহৈগী মফমদা য়াফম অসিবু থমজবি ॥ খণ্ডদববু অখণ্ডবনা তাকপি তম্বীবদা ইণ্ডক নোন্না য়াজগনি ॥ অচুম্বা তাকপীবদি লাইগী লিখুননি, অখণ্ডবদি অহৈবদি চিংউলাইগী পাণ্ডখক্লী হায়না থম্বীরমই॥ হৌজিক্কী মতম অসিদা পীকলবা ইবৈবাক অসিদা মকোক য়াম্না লৈরকপনা করম্বা অচুম্বগী মকোক্কী মমৈ ওইনা শমগদগে, খনবদা অব্রাবা অমা ওইগ্রে ॥ মদুদি শাই বাবাগী মকোক, যিশু খৃ:গী মকোক, শিব মহাদেবগী মকোক, বৌধগী মকোক, অল্লাগী মকোক, কৃষ্ণগী মকোক গৌরাঙ্গগী মকোক, বামগী মকোক, গুরু নানক্কী মকোক, মহাবির জেনগী মকোক, পাখংবগী মকোক, স্নামহিগী মকোক হায়রিবা মকোক ময়াম অসিগী তুংদা, করম্বা ইনাংকী অচুম্বগী মকোক অদুবু মশক খণ্ডনা থিবা তাবনি ॥ ঐখোয়না য়ুমদগী মপাল থোক্তনা মীরমদা লৈবাক কোয়না মালেম শিনবা থুংনা কোয়রুবশু, চৎলুরবশু, ঐগী-ঐগী য়ুমদা হনজিল্লকপদি, শোয়দবা য়াফমনি হায়না থমজগে ॥ মরম অসিনা ঐগী য়ুমগী ওইবা ইশাগী ইনাংকী ওইবা নাহানগী ওইবা লিকখুন অদুবু থিবিরগা, অশেংবা লাইগী অচুম্বা লিককোক অদুদা শমজিন্দুনা মীগী মকোক লাইগী মমৈ, মৈনা য়ায়, তাণ্ডনা শমনা চৎপনা, লাকপনা, ইনাংকী ওইবা লিকলম্নু অচুম্বা ওইবা লাইনিং লিকখুন্দা থমজগে ॥ ঐ-ঐনা ঐগী লিকখুন থিগে অমশুং থিরগে হায়রবদি ঐ অসি কদায়দগী লাকপনো, করম্বা মফমদগী হৌরকপনো কনানা পাউখোন শিরকপনো, করিগীদমক মালেম তাইবংপানবা অসিদা খুনথোকললকপনো ? কনানা ঐবু লমজিংবীরকপনো ? লমজিংবিরকপা অদুনা কনানো ? কনাদা হংলগা মফম কদায়দা লমদম করিদা

থিরগা ঐগী হৌরকফমগী মরু লেলফু মচি ওইবা অদুবু করম্না খঙগদগে, অমসুং করম্না ফংগদগে ? ঐনা ইহান হান্না তাইবং অসিদা খুম্হোকলকপা মতম অদুদা ঐগী ইমীৎ অসিনা কনা-কনা থেংনরকপনো ? কনানা ইহান হান্না উরকপনো ? পানদম অমা (খুদম) ঙসিগী মালেম অসিদা চেল্লিবা, ঈশিংগী ঈচেল, তু, খোং তুবেল মচা-অচৌবা, মিৎনা উবদা মপাল নাইদ্রবা চাংজৌ কয়াগী ঈচেল শিংশি, অশিগী হৌবকফম মকোক, ঈহৌরকফম অমদি শোইদনা লৈবমগনি ॥ অদুগুম্না মীওইবা ঐখোয়গীসু হৌবকফম লৈফম থোকপনি । মরম অসিনা ঐগী হৌরকফম থিগে হায়ববদি, ঐদগী হৌরগা ঐবু পোকপা ইপা অমা, ইপাবু পোকপা ইপু, ইপুবু পোকপা ইপুবোক, ইপুবোকপু পোকপা ইবুধৌ, ইবুধৌবু পোকপা ইবুধৌ পুরেল, ইবুধৌ পুবেলবু পোকপা, পুবেল নাককপা, অগুম্না পুবোন ৭ অসিবু খঙগনি ॥ পুবোন ৭ অশিগী মথক্তগী ঐগী ঐগী শনাইবু পোকপা ইবুধৌবু খংলগনি অমসুং ফংলগনি ॥ মীগী মকোক লাইগী মমং ওইবিব', শলাই পোকপা ইবুধৌ, ইবুধৌ মাগী মথক চংখং, হনগৎখিবনা লাইবমলেনগী পু ৭ অমশু লৈবী ॥ অদুগী হেক ফংবা মকোক্তি অতিংকোক শিদবা, তাউবীরোইলাইশিদবী শিদবা ফংলগনি ॥ অশিবু ফংলবদি মতুং, আ: তাইবংপানবা মপু মহাকপু থিরগনি ॥ খোয়ুম লাইবু মশক খঙনবা থিরগনি, হংলগনি ॥ অসিখৈবিক অশি খঙনবা থিনবা মরমদি লাইনিংথৌ লাইরেম্মবু নিংজবা লাইনিংলোই কয়া কয়ানা অমসুং লাইগী লিকলম লিখুনবু ইদুনা থম্বিরম্বা লাইলিক (লাইগীলিক) অদুনা তাকপিবা লীখুন লিকলম অদুবু থিরগনি ॥ ইপা মরী ঙাক্তা থিবা য়াদে ইমা মরীসু থিগনি মরম অদুনা ইপাগী মতিক্কা ইমাগী ময়াইগা অনিনা শেমখিবা খোয়ুম নোংদম্বা, নোংদম্বী অনীগী লীচিংদগী ওইখিবা তাইবংনি ॥ হায়বদা লাইবনি থিবদা লুবনি॥ অশিবু খঙগে থিগে হায়রবদা ঐহাক, নহাক, মাহাক ও শিবু খঙনবা থিখিগনি, খঙগনি ঐ মশকখঙগনি॥ ইমা ইপা মশক খঙগনি ॥ ঐবু তাকপীবা তম্বীবা অমসুং পাওতাক পিবীবা অদুবু মশক খঙগনি ॥ মতাঙ অসিদা ঐবু হেক পোকলিবী থাবুম ১০ নাউ পুরকপি ইমানা লমজিং ওইরগা, চিংঙু লাইরমলেন্দা, লাইওইবী ইমাদো কনানো ? ''মমিং খঙগনি ॥'' মশক শক্তম উহম্বীযু হায়না থিগনি অমসুং হংগনি ॥ ইপাবুসু ইপানা লমজিং ওইরগা, চিংউ লাইরেনলেমদা লাই কনানো থিগনি লাইমিং মমিং খঙগনি ॥ নুমিৎ থা

মশক খণ্ডগনি ॥ ঐগী থবানমিচাক্কী মশক মমিং অমসুং মশীং খণ্ডগনি ॥ ঐগী পোকপা থাগী মমিং মশক খণ্ডগনি থা অদুবু পুবিবা লাইবু মশক খণ্ডগনি ॥ মরু হুনখিবা করি থাদা মরু হুনখিবনো হায়বদু খণ্ডগনি ॥ ঐগী ইপোক নুমিৎ মশক খণ্ডগনি ॥ পোকপা নুমিৎ অদুবু পুরিবা পুবিবী লাইনিংথৌ অমসুং লাইরেম্বীবু খণ্ডগনি অমশুং করম্না মতমদা পোকপনো ? অমসুং অয়ুক, নুথিল, নুমিদাং পোকপা মতমদুগী পুবিবা পুবিবী পুংফম অদুগী লাইবু মশক মমিং লাইমিং খণ্ডগনি ॥ ঐগী ইপোক নুমিৎকী মক হুনখিবা নুমিৎ খণ্ডগনি অমসুং থাবান খণ্ডগনি অমসুং বাশি লগ্ন মশক খণ্ডগনি ॥ থা থাগী ওইবা নিংথৌ, লৈমা, পিবা, পন্দিং, মীনাই, খাখনা লৈবিবা অদুগী, থা থা অদুগী নিংথৌদা পোকপরা, লৈমদা পোকপরা হায়বা অদুবু খিগনি খণ্ডগনি অমসুং মীগী মিবোল্দা অবরণ পার্থন, ক্ষেত্রী, বৈষ্য, শুদ্র হায়না মী অমগী মশাদা জাৎ ৪ থোক্ত খায়দোক্লনা লৈবি ॥ মী ঐগী ইশাদশু জাৎ ৪ (মবি) অসি লৈ ॥ ঐখোয়গী ইনাংকী ওইবদা মী লাই, মী মরু, মী মহেন, মী মচং, থম্মোয় লাইমীৎ অরুবা হয়বিবা ৪ অসিবু খণ্ডগনি ॥ ঐ অসি করম্না মীনো হায়বদো থিগনি ॥ লোইদাম থাজা ১২গী পুবীবা চিংঙু লাইচৎ লাইমিং খণ্ডগনি ॥ নুপা-নুপী, লাবা-অমোম খাযনা লৈবিবা মশক খণ্ডগনি ॥ শিঙেল লৈরাংগী লৈশক খণ্ডগনি অমশুং মচু খণ্ডগনি নুমিৎ চৈবোন ৭সিবু পুবিবা নুপা নুপী, লাবা অমোম, লাইগী লাইমিং লাইশক খণ্ডগনি ॥ শিঙেল লৈরাংগী লৈনম খণ্ডগনি, ঐগী ইশাগী থোঙলোল ১৮গী লাইমিং খণ্ডগনি ॥ হকচাং কৈয়াৎ ৯গী মরুওইবা থোংবু পুবিবা লাইপুংথৌ মাপনগী লাইমিং খণ্ডগনি, থিগনি ॥ ঐগী ইশাগী মচু মশক (লৈগী লৈচু) খণ্ডগনি, মনম খণ্ডগনি ॥ করি করম্না লৈগী অমদি করম্না পোৎশক্কী মনমনো হাযবদু থিগনি অমসুং খণ্ডগনি ॥ অসিনশু লোইদে, ঐগী ইশাগী লৈ শাৎপা নুমিৎ হাযবদি নুপী ওইবীশিংনা লোইদাম থাজ অমগী মনুংদা কোরৌ নুমিৎ মঙানি লৈশাৎ তম্না অদুগুম্না নিপা ওইবা ঐখোয়গীশু নোংমা লৈ ॥ নুমিৎ অদুবু খণ্ডবগী থিবগী যাম্না অহকপা রাফম খরা লৈ ॥ নুমিৎ অদু লাইগী থৌগন চঙবা অমসুং হৈ-লৈ কৎপা য়াদে ॥ নুমিৎ অদু থোকপা নুমিৎতা অঙাং মরু তাম্রবদি (হুনখ্রবদি) অঙাং মাঙবা নৎত্রগা অঙাংগী মপা শিবা অশুম্না থোকই হায়না অখণ্ডবশিংনা থন্বীরমই ॥ অশিবু থিবগী খণ্ডবগী য়াম্না মথৌ তাই হায়না থমজগে অমসুং

মৈ, ঈশিং, নুশিং, লৈপাক, অতিংঙা, কোরৌ হায়রিবা মঙা অসিগী ম্চু মশক খঙগনি, মমিং খঙগনি অমশুং মতম খঙগনি ॥ মৈনা পুবা মতম, ঈশিংনা পুবা মতম, নুশিংনা পুবা মতম, লৈবাক্না পুবা মতম, কোরৌনা পুবা মতম হায়রিবশিংশি খঙগনি ॥ হায়রিবশিংশিগী ইশাগী কাংলোলদশু খঙগনি ॥ ইশানা ইশাবু শেংবা হৈগনি॥ লাইগী থৌরম পুবা-পুবী, অমাইবা-অমাইবী, পেনাগী থৌগল তৌবীরিবা ইলাং ইশোল তৌবীরিবা পীবাশিংশু ফিদা মশক মমিং খঙগনি ॥ লাইয়িংথৌগী লাইচং, পাখংবগী লাইচং, লৈমরেলগী লাইচং, পান্থোইবীগী লাইচং, নোংথাং লৈমগী লাইচং, খোরি ফাবগী লাইচং, থাংজিং শরোইগী মকোক অমসুং মমিং, য়াংব্রেন শরোইগী মকোক্কী মমিং, মার্জিং শরোইগী মকোক্কী মমিং, কৌব্রু শরোইগী মকোক্কী মমিং, কোরৌ শরোইগী মকোক্কী মমিং, মালেম শরোইগী মকোক্কী মমিং খঙগনি ॥ কুমহৌবা-কুমহৌবী, কুমতাইবা-কুমতাইবী, মাইগৈ তাইবা-মাইগৈ তাইবী, ঙসি কোরৌ নোংবু তাইবা অমসুং পুরিবা লাইবু খঙগনি ॥ অসিগুম্বা নুংগী অমদি পানগী চিংঙু লাইরমলেলগী অহকপা লিকলম লিখুন অসিবু থিখিনি অমসুং খঙখিনি ॥ অসি খঙনা লাইগী মথৌ-মঙম তৌরবদি লৈবাক্কী অমদি মীয়ামগী য়াইফবা ওইগনি হায়না অখঙ-অহৈ, অহলশিংনা থম্মীরই॥ অসিবু খঙননবা লাইরিকশিংদা ইদুনা তুংগী মীরোনগীদমক্তা থম্মীরমই ॥ হে মী মচং অফবাশিংঙো-থিয়ো............... ॥

মীতৈ লৈবাক ইরেপাক অসিদা লৈশেমঙৈদগী লৈরক্লবা লাই খুন্দা, খুনথোক লকপদগী মাইগৈ নাইনা, শাগৈ শলাই পোকপা ইয়েক্কী ওইবা, নুমিৎ থানা পাল্লিমখৈ লৈরগদবা মুৎপা ককপা তোকপা য়াররোইদৌবা, তাইবং শেম্বদগী শিবা ফাওগী মরুওইবা লৈশেম লোন, অমদি মীশেমলোল ॥ ইনাংকী ওইবা মীওইবগা থানবা য়াম্রবা লাই, মী, তিন- কাং, শা-ঙা, উরি-উপান, চান-থকনবা থৌবাইপানবা কয়াগী হৌরকফম, মীওইবনা চংকদবা ইনাং জিচং, লাই মী খায়না অমম্বা অঙাম্বা অনিগী হৌরকফম, কাংলুপ খুদিংগী, মালেমদা লৈরিবা মিংনা উবা উদবা, থৌবাই পানবা কয়া কয়াগী অমসুং থৌবাইপান্দবা থিরুবদা থৌবাইপান্দবদি থিবা খঙদবা, থৌবাইপানবা ঙাক্তা ওইরম্বা ॥ চংপা চংতবগী য়াফম থমলগা পুম্নমকশি নুমিৎ থাগী অমসুং অমম্বা অঙাম্বা অনিগী মরুম থুপ্পা লৈরিবা পোকপা, শিবা, অউবা উদবা পুমমকশি পি অমসুং পাগী

ময়াইদগী থোকখিবা শাইওন, লাংওন কয়া-কয়াগী হৌফম থিফম ওইরবা মীতৈগী লাই হৌলাওবা (হরাউবা) অশিদগী মুন্না কুপ্না য়েংশিল্লগা মরম শুনা থিবা ফংলবা য়াম্না মরু হকলবা ইনাৎকী ওইবা থৌরমনি ॥ মরিক চুম্না লাইফম-তিনফম, তিনচৎ-লাইচৎ, থৌরম-থৌরম অদুবু মশক খণ্ডনা য়াম্না কুপ্না নৈনলগা মথক্তা হৌখিবা হায়বদি লৈশেমশেদগী লৈবকলবা কায়বা যাদ্রবা, শোয়না য়াদ্রবা কাওলমবু, লাইশিংনা মীওইবগী ফনবগীদমক্তা শেমদুনা থম্বা খোয়ুমশিংনা অফবনি খণ্ডলদুনা হৌদোকপীরম্লবা থৌবমনি ॥ অশিগুম্বা খো.. অসিবু পুরিবা খণ্ড হৈরবা, লাইনিং লাইশোন খণ্ডলবা, ঐগী হৌফম শাংফম পাবি-পুরি, পালেম-পঙ্গৌ, নুমিৎ-থা, ইপামশক, ইপু মশক, ইম্না মশক, ইবেন মশক, থৌরাই মশক খণ্ডবা, ইনুং লোল, খুন্নুংলোল, নুং-পাল, মশক খণ্ডবা, ইনাৎপু নুংশিবা, ইপু-ইপা নীণ্ডবা ইশাগী লিচৎপু ইনাৎকী লাইনিং অচেৎপনি খণ্ডবা (খনবা) ইপু ইপাগী ঈ অশেংবা ওইবা অমসুং ঈয়ান চংদবা, শেম্মী মুকাকলৈ মরু নত্তবা ঈরমগী লাইবুনিংবা, মী অতোপ্পগী মপোৎ মবলবু হুগী মশক্কী খনবা ॥ ইশাগী ওইবা ধর্ম্মা, বাজনিতি, অর্থনিতি, ঐধ্যাত্মিক মশক মুন্না খণ্ডবা মীওই কয়া কয়া, ধর্ম্মবু চাওখৎহন্নিংবা ইনাৎকী (কলচব) বু পৃথিবীগী মফম খুদিংদা য়াম্না ৱাংনা থাংগৎনিংবা ইরৈবাক্কী ইরমগী মৈতৈ লৈমগী মচা অশেংবা লৈরমলোই হায়বগী ৱাফম লৈতে ॥ য়াম্না মরাং কাইনা হৌজিক্কী মফম মফম খুদিংগী মশিং থিবা ঙমদনা লৈববনি ॥ মতম খরা ইমানা লোৎতুনা থমলুরবসূ হৌজিক্কী মফম খুদিংদা ইমাগী মীংচৎ লৈরে, শকশু খণ্ডবীরে অদুবু মীখাদি পোল্লি, অসিদি অহল ফৎতবনা লমজিংবীবনা, মনাং ইনাৎ মশক খণ্ডদবদগী, মশানা-মশাবু মাঙহনবদু খণ্ডদবদগী মীতোপকী মরম্না নুংঙাইহনবদগী নুংঙাইবদগী লান্না লান্না লমজিংদুনা অমাণ্ডবা ওইবতা নৎতনা মীনা উৎশিংহনদবনি ॥ হৈবা য়াবা খণ্ডবা য়াবা হৈণ্ডম্বা, মতিক লৈবা মী কয়া লৈরবসু, শাকোক শামৈ মশক খণ্ডদবনা অফববু মাঙহল্লি ॥ হৌজিক মালেম অসিদা লৈরিবা মী কাংলুপ, শাগৈ শলাই পুম্নমকসি পি অমসুং পা অমত্তগী মচানি হায়না মফম খুদিংদা লৈরিবা মী খুদিংমক্লা লাওনরে খণ্ডনরে, অমসুং অদুবু থাজবা-থাজদবগী ৱাফম কয়া লৈরবসু, ঐখোয়গী ইনাৎকী, ইরম অসিগী লাইনিং লাইশোল মরু হক্লা খংলবা, লাইগা মীগা ঙাণ্ডনবা ঙম্লবা, থোকলক্কদবা থৌদোকপু চৈহি কয়া কয়াগী তুংদা ওইরক্কদবু খণ্ডলবা

মীওইশিংনা ইদুনা থম্বীরম্বা লৈশেম লোল কৌবা পুয়াদা ইদুনা পুম্নমক্কী হৌরকফমসি কংলৈপুং ময়োননি, শাগে পুম্নমক্কী খোইরি নাউফম তাফমনি॥ অমসুং কংলৈপুঙমযোন, কংলা লৈকোয়পুং অসি মালেমসিগী মখোয়নি হায়না থম্বীরমই ॥ 'খোয়বু' শংস্কৃত লোন্দা 'মণিপুর' কৌই অশুম্না শৈথানবা মফমনি ॥ পৃথিবীগী মী পুম্নমকশি মফম অসিদগী চাইথোকখিবনি, হায়না লৈশেমলোন্না মফম অসিদগী চাইথোকখিবনি হায়না লৈশেমলোন্না তাকলি ॥ অসুমনা পুম্নমক্কী হৌফম শাৎফম ওইরবা, চিংউ লাইগী লৈবাক লাইলৈবাক অশিবু ইংনা চিংক্লা মীগী মীখা পোন্দনা মীকোক থোংনা মনিল নাইনা ইরৈবাক অসিদা লৈজবিবা, চিংমী-তম্মী পুম্নামক্লা নত্রগা পুন্না লিচিং অমগী মখাদা য়াম্না নুংশি চান্ননা লৈজরম্বা, পাউরৌ ফাওবদা ইপু ইপানা চিংনা কোয়না পনশাবা, হৌনা কোইনা পনঙাকপা লমনি হায়না শৈথারম্মী ॥ অদুবু নিংথৌ পামহৈবগী হাক্তকতা, নিংথৌ মহাকসু পোকপা মতমদা অথুপ্পা রাফম অমা লৈবদগী 'থৌদু' নুঙ ওইনা পোকই হায়না মীয়ামদা ওইথোক্তবা রাফমবু থমলগা, নিংথৌ মহাকপু শমদা হাপলগা মবাম থাংগাল খুলদা থৈখি ॥ মীতৈ ইরমদা থম্ববু লৈবাক মনিন নাইগনি, অমশুং মবুকচেন চেৎপা হকপদি চীংমিনা হেল্লী, নুংশি চান্না থম্বীবসু য়োকপীবসু চীংমীনা হেনগনি হায়না থাজবা রাফম্বু লৈবনা নিংথৌ লৈমনা থৈখিবনি ॥ ইরৈবাক অসিদা লৈবিবা ফমনাইবা খুদিংমক মমিৎ তাংখি, মনা পঙখি ॥ (লাইবৈ লাথুপ) অঙাং অদুনা মপুং ফারবদা চাউরকলবদা চীংমী তম্মীগী নুংশিনববু মাংই হায়দুনা থাইদোকখি ॥ রামান্দী ধৰ্ম্ম, বৈষ্ণব ধৰ্ম্ম, গৌরিয়ো ধৰ্ম্মদা ঙাউদুনা লাই পাপ্তা শুমাং খুদিংগী চাক্লোয় চাবা মী লাই গৌরাংগো নিংবদগী লৈবাক অসিদা পাপ্তা লুপ্তাশু মরাং কাইনা লৈরকখি ॥ অসুম্না মোইবুং লমশিগী মনুংদা য়াওবা ঈশিং খিকপদা চোংখিবশিংদু লাইথুং পকই অসুম্না ফংই হায়বদি পংথনবা ঈশিংখিক খিক্তনা লৈবকপনা অমসুং ঈরম খোংলম শুদবা হোমো লাই নিংলুবদগী নুপা হোমো, নুপী হোমোশু লৈবাক অসিদা য়াম্না পাক শন্না লৈরে ॥ মফম অসিগী হৈরা, নুংশিংতা থৌরাই হিংদুনা লৈরা ফাওবদা পুকচাক লাং থাকপদি ঙসি ফাওবা লেপ্পা লৈতরি অঙকপনি ॥ য়ুমদাংবনা কৈনাবা, 'য়ুমহৌবনা পেনা খোংবা' অহনগী পাউবৌ, মমিৎ তাঙবা মনা পঙবা, শঙ্খজোম্না শুমহৎপদগী কোকপা ঙমত্রবা তিনচু লাইচুবা য়াম্না মরাং কায়না লৈরি অশুম্না ঙসি ফাওবদা ইনাৎকী

ওইবা, লমদম অসিগী লাইগী হাক্তক্তগী লাইগা মীগা শম্নদুনা, চংনরকলবা থৌরম্বু, লৈবাক অসিগী নিংথৌ পামহৈবদগী খুৎশম্নরকতুনা লৈরিবা অমাইবা-অমাইবী, অশৈবা পেনা, অমসুং মীরম লাই লাংপা কয়াগা চুংশিন্নরগা নমথনবা খুঙ্গং খুঙ্গংগী, লৈকায়গী, শাগৈ শলাইগী লাই ইপু-ইপাগী শকতম অমসুং খল্লোং খাবৈনচিংবা হৌজিক ফাওবদা লৈবোন চন্দুনা থম্লীবী॥ ইপু-ইপা লৈবোন চন্দুনা থমলিবা অদুবু কুমওনগী নোংমগী থৌরম থোকপদা লৈনুং[illegible] তৌথোক্লগা পুখৎলগা অমসুং কোম অমদা থাদরগা মখুম খুমক্লিন্দুনা [illegible] [illegible]নবু মপান্দা পুখৎলগা শেংদোকপনি হায়দুনা মফম কদাইদগী ঈশিংনা [illegible] লাইবোল্লা শেংগদগে অমসুং লাই শেংগদৌরিবা ঈশিংশু শেংদোক্কনা '[illegible] পুংফাইনা' হায়দুনা শেংলগা লাইশংদা শংখলেনগী ফম্বান্দা ইপু ইপাগী ইম্নাগী থিক্লং লৈরং [illegible] লৈ, শাগৈ শলাইগী [illegible], [illegible]চিংবা, চফু, [illegible], [illegible] নুরা [illegible]থেনপোংনচিংবা খুঙ্গংগী অমদি লৈকাইগী যাইফনবা খুনজাই লৈমাইনবা, শাগৈ শলাই নুংশাইনবা, চান [illegible]নবা, পুন্সি নুংশাংনবা [illegible] চহি অমা চুপ্পা লৈনুংদা উপুদা [illegible] শোং ফাওবা হৌনফম লৈতনা [illegible], ইপু অদুনা ইপা অদুনা, ইমা অমসুং ইবেন অদুনা, কংলৈবা [illegible] লৈ, অমসুং তবা লুকলেন অদুবু চানিংলমগদবা খঙজিনংঙি অমসুং [illegible]নজবীবা হি, য়াই পুন্সি নুংশাং চাদা [illegible]ওদাবা হার্যবিবা অদুবু পীনীংলমগদ্রা হংজনিংই॥ তাইবং মীবোল, তাইবং চংলমদা অহিংব, মরোন লোনবা, ভাগুবা শুম্বা লাইওইরদি করি হ্রাবু হাইবক্লদগে, অসিশু খঙজনিংই॥ যাম্না তৌহৈদবা, থবক্লী ইপাবু ইপুবু লৈনুংদা লৈবোন চন্দুনা থম্বা, অদুতা নত্তবনা অমাইবনা কোনয়াই হুনবগী মহুৎতা, কোনযাই চনশিন্দুনা, শুমজিন্দুনা, মচানা মশুনা তৌরুবা থবক খুদিং য়াইফনবা পিগদববু॥ শুমদুনা তুমহন্দুনা থমাইদুনা থম্বিববনিনা, কংপগী কান্নবা, নিংবগী ফংজবা, নিবগী অফংবা লৈত্রে॥ অশিনা ফংবা মহৈদি, খুনগী ওইরগা খুনকাই লৈকাইবা, খংনা চৈনবা॥ শাগৈগী ওইরগা, শাগৈ মশেন, ইপু অমদি ইপা অমত্তগী ঈবু ইমা অমতগী মচাবু শাগৈ মশেন খাইদোক্লবা পুন্সিনবগী মহুৎতা অহল লমমন পুন্সিদবা॥ শাম্বা মপাঙ্গল শোনবা তিনচু লাইচুবা, তিনথুংলাইথুংবা শিফম নাফম খঙদবা, লমহাং তুমাংদা মৈ, ঈশিংনা য়েংথিবা অশিগুম্বসি হৌজিক মতম অসিদা মফম খুদিংগী য়াম্না

থোকলবনি॥ হায়মনবা থোকলোই হায়না খনজে॥ অসিবু করিদগী অশুম্না তৌরিবনো হায়না থিজবদা খনজবদা, নিংথৌগী লোয়শংগী মীওইগা, মীরম লাইলাংপা কাংলুপকনা, নহান মৈতৈ ইনাৎ নমথনবা, হোৎনখিবা পরম কয়া, লৈহুন-চাহুন, লাইনিং-লাইশোন, হৈ-লৈ কৎপা য়াবা য়াদবা, ইশাগী ওইবা কাংলম, নামুংবা নুমিৎ থোকপা, পাখ্রা লুখ্রা, নাম্মা তাবা যুম্বাল কৈবাল শেংদবা, চালৌ মৌলৌ চুমদবা, চাকচা-ঈথক ফৎতবা, চমাং- ফিমাং মশক খঙদবা মীনা লাইবু লাই ওইনা থৌগন চঙদবা, শেনদান লশ্মী ওইনা নোংমগী ওইনা ইশাগিদা খনবা মীগী অফ ফত্তবা খল্লুদবা থৌরম তৌরগা লোইবে লাইনা অশুম খঙলবনি খনবা, লাই কনানো, লাই কদাইদা লৈবগে হায়বা থিদবা ঐশুম্বা, অপক খুরান চনবা, মীওইনা থৌরম তৌকবদগী ফবগী মহুৎতা ফৎতবা থৌদোক থোরকপা লৈবাক্কীশু বাথোক লানথোকপা লৈবাক ইবাং হৌবা। মফম মফম খুদিংগী অসি অনা থোকপা, অরা অনা নংবগী মহৈ ফংবা নত্তনা, অফবা মহৈ ওইদে ফংদে॥ মরম অসিনা ঙসি লৈবোন চন্দুনা থমলিবা ইপা ইপু অপোকপা অপোকপী, খুঙ্গংগী লৈকাইগীশু নিংথৌ পাল্লিভৈদগী মমিং মথা চৎপা, খুঙ্গং কয়া কযা নমথদুনা থম্মাইদুনা থমলম্বা, ঐখোইনা কোয়না থৌগন চৎচবা মতমদা থেংনজবা যাম্না ফংই॥ ওন্না তৈনবা লৈহুন, চাহুন অমসুং লাইগী শকতমবু ফিলুক খুমলগা থম্বিবা, ফিলুক খুম্বগী রাহনথোক্তি খনবিদবা, ইচানা ইশুনা চৎখিববু ফিলুক খুমদুনা লৈবগা করি উফম থোকপগে॥ অনানবা ফৎতবা থবক তৌববু উখিনি খঙ্ভখিনি হায়বগী খুমজিনবা মাল্লি, কবি খঙফম থোকপগে॥ লাইনা চৎপা লিচৎপরম অদুবু মীওইবা ঐখোয়না তমহৌধনি॥ মীওইবনা লিকলম লিকথুন অদুবু চৎচবনি॥ মীনা চৎলিবা অশি লাইনা চৎলমবা লশ্মী লিক অদুবু, ''লাইলিক'' (লাইবিক) কৌনা থম্বিবম্বনি॥ খঙনা, খঙনা মনা পঙবা, মমিৎ তাঙবা, উনা উনা, পাঙনা পাঙনা তাঙবনা খঙদবনি, উদবনি॥ লাইনিংবদি মিৎ উইশিল্লগা নীংবনি॥ লাই খুরুম্না মতমদশু ঐখোইনা উজবদা অয়াম্বনা মিৎ উইশিল্লগা খুরুমনৈ॥ মিৎ উইশিল্লবদি লোইনা উবা ফংই, হিরিকোনবশু কৌই॥ তাইবংদি অমমবদা নোংদম্বনি। লাইদি মশক উদবগী অম্মম্বশিংদা চনবনা মিৎ উইশিল্লগা নীংজবনি অমসুং খুরুমজবনি॥ খঙদুনা হায়বা নৎতে, উদুনা হায়জবনি॥ অসিনা মরম ওইদুনা খুঙ্গংগী অমদি লৈকাইগী শাগেগী অমসুং যুমথোং খুদিংগী লাইয়িংথৌ-

লাইরেম্মা লৈমরেন লাংপিরিবা অমসুং হরাউনরিবা লাইশিংগী থৌরম তৌবিনবা মীওই থিবিবা মতমদা থৌরম নুমিৎকী অকায়বা লৈরোইদৌবা অখণ্ডবশিং তাম্নবিরগা লাইগী মথৌ তৌবিগনি।। মদুনা লৈবাক্কী অমদি খুঙ্গংগী, লৈকাইগী য়ুমগী অফবা ওইগদরা খনজে।। হায়নিং ইনিংবদি লোইবা লৈতে লংজিন খজিত্তা চিংথোকচবনি।। ঐহাকশু বামোনগী থৌরী অকনবনা পুল্লমবদগী ইপুনা ইপানা থারম্বা কৈরাক মচৈ অনি খকতং থম্লগা অহুমশুবা কৈরাক মচৈদুদা ইপুথৌগী খোঙনেৎ খুজেং অদুবু শোকলুবদগী ইবুধৌনা খুৎনা পাইরিবা লাইলিক অদু পারুবদগী, লাইবা অচেৎপা য়াউবা লাইলিক ওইরমান্নে খঙহৌদনা থৌরি অদু নাম্বোকখবে ।। ব্লাই শংলে ২চাবা ২বক কৎপগী থবক তৌদরে ।। অসিনি চিংথহৌবিবা ইচিন ইনাওশু নুমিদাং চাক তোক্লগা ফম্মুংদা লোংনা হিপলগা মিং উইশিনবিরগা ঐ কৌবা লাই অদুদা হংবিরগা, ঐনা তৌখিবা অচুম্বা অকনবা, অফবা ফৎতবা পুম্নমকতু মহাকশু য়াউবিবনিনা লোইনা তাকথোক্লকপনি ।। লোংনা হিপ্পবু লাইগী য়াহিপ কৌই ।। নোংদম্বা কৌবা লাই অদো ফম্মুংদা লৈবনি ।। তাইবং ঐখোয়দি ফম্মুংদগী নোংদমখিবনি ।। তাইবং মরু হুনফমনি কাউবিগনু ।। হে-মীওইবা ইনাৎকী অশেংবা পু-পানা নিংলম্বা লাইবু নিংদনা, মিতোপকী লাইনা লুনা নিংলিবা অসিবু ঐগী অশেংবা লাইদুনা কবি খনক্ম থোকপগে ।। ইমাদা ইমা কৌনিংদবা মিগী মমানা ইমা অশেংবনি খনবা ।। ইপাদা ইপা কৌনিংদবা মীতোপকী মপাদা ইপা কৌবা ইশানা ইশাবু য়োনথোকপা অঙকপগী ব্লাখলনি ।। ঙসি মীগী মরোলনা লাইগী লোন্নি খনদুনা শকলিবা শোললিবা ঈশৈ, শৈশকপশিংদা ঐখোয়না হংজৈ, নখোয়না শকলিবা ঈশৈ অদুগী অর্থ লোইনা খংব্রা হংবদা খঙদে হায়না খুমই অদু ফাওবা ইকাইদে ।। মখোয়গী শৈহৈ অদু ঐখোয়না মুনন তাবনা ঈশৈ অদুবু লেংবীবগ্না ওজা অদুবু যাম্না খল্লুবগা নুংশিজে।। মবমদি ইশৈ অতানবা শৈশকপা অদুনা ইহান হেক হানবদা ঐখোযনা তারিবদুবু অসুম্না তাকপী অদুদি (তা... বি...তা নৎত না ... আ ...রি ... রি... রি... না... ত... না...তা...বি...রি...রি নৎতনা) অশুম্না ফোংদোকপী ঐখোয়না ফংই ।। তারিবশি নৎতি নৎতবা ওইরে হাযনা খঙলে ।। শৈহৌশি য়াম্না চিংনা শৈশক ফজবদগী লৌশিনবা ঙমদবগী তৌবনি ।। করিগুম্বা লোন অদুগী ব্লাহনথোক অর্থ খদ্ববরা হায়না কনাগুম্বনা হংলকলবদি খংলবদি ফৈ, উচারন ফাওবা শেংনা হায়বা ঙমদবদুবু লোন খঙলমগনি হায়বা থাজবা ব্লাৎলি ।। করম্বা মতমদা বেঙ্গোন্দা চৎলগা

ক্লাস কৈয়া ফাওবা তম্লুবনো ॥ ইমাগী লোল ফাওবা শুনা খঙদবা ঐখোয়বু, লমখাঙদা মতম অতেনবদা তম্লগা শকপা ইশৈবু অরানবা য়াওবা নত্তনা করি ওইগদগে ॥ লান্না শক্কুরবশু হৌরেন অরোইবা মৈরা কৎপা মতমদা খোইমুং শম্মা লমশিদা য়াওবা ঈশিংনা চাইরকপদা চোংলগা কোক্কনি খল্লগা শকপনি ॥ অশুম্না মতম খোঙলৈ ঙাইদুনা লৈখিশি ॥ অরোইবা মতমদদি ইমা হায়নদি কৌশিকো, শোনশিকো ॥ নহাক হেক পোকপদগী য়াবা ইহান হাম্না, লৈয়েং অসিনা খোক্লকপা 'মা মা', 'পা পা' হায়বদু শোয়দনা মতমগী অরোইবদা কৌশি ॥ ইপা নাৎ ইপু নাৎ কাউবিগনু, চীংউ লাইগী থৌরম্বু, পরমবু লিক্লম চুম্না চৎথরশি ॥ লোয়নবা শিদবা নাউফমবু য়েন্নখাদা হুন্দোক্তুনা, ফুমহনখিবদগী তৌবনি ॥ ঐগী নাওফম ফুন্নম্বা মফম ইরম অদুবু থাদোক্লগা অতোপ্পা নুংঙাইরবা মফম অমদা লৈরকপদা মঙ মঙবা মতমদদি ঐগী নাউফম ফুমখিবা খুঙ্গং লমদম অদুদা মঙ অদুম মঙবনি ॥ অরুবনি, হায়বদা লাইবগী রানি ॥ নাউফমদি ঐগী লোইনবনি, দোলাইনি, অরোইবা মতমদা ঐগা চৎমিন্নগদবনি, হে মী অপঙবা ইশাবু ইশানা থিজৌও অহন্দা হংউ, অউবদা তানৌ, তেনখরবা মীওইবগী পুন্সিনি ॥ অশিবা মপোক্লী, ঐগী ইপোৎ করি অমত্তা লৈতে, য়াউদে, রারম খৈবিক অসিবু মীওইবা ঐখোয়না খনগনি ॥ খঙদববু থিরগা হংলগা খঙগনি, লৈতববু থিরগা চৎলগা ফংগনি, উদববু য়েংলগা উগনি, তাইবং হক্কুংদা নুমিৎ, থা, থৌরানমিচাক, মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ লোইনা অমত্তা রাৎতনা থাং, তেন, খুৎশু খুৎলাই লোয়না য়াউরিবনি। ইশাগা শাগোন্নরিবনি, কাউবিগনু মী, লাই ওইবা।

## মাইবনা অনম অথৌ কোকপগী মতাং, আমাইবা

মাইবিনা অনম অথৌ কোকপগী হৈথা লৈথা শেম্বা লোয়রবদা, মাইবনা লাইমাঙদা লাচেৎ ৩ লোন্ননা থারগা নাহে চফু মাংদা থম্লগনি, লারোন ৩ অদুদি কৌরৌ, মালেম লৈথক লৈখা মরোল ৩ গী মশক্লী, অমাইবদি লৈরোন নোংলোন ৩ বু তাইগদবনি॥ 'খোইয়ুম' অমাইবগী ফম্ফমদি মাইবিনা খুদৈ অঙৌবা অমা ৩ থোক্লা থুপ্পগা, মথক্তা চেং হৈদুনা শেমলিবা অদু ইমা লৈমরেনগী মশক্লি, ইমাদি পা, পি ২গী মশক্লি অমসুং মতিক্লি ॥ চিংউ লাইগী অমাইবগী ফম্ফমনি খনগনি ॥ তাইবংনা নৌবা অঙাং ওইরিঙৈদা

ইমানা ঈরু শাশেংবিবগুম ঈরুলাইশোন্না চিংউ লাইবু অনম অথৌ কোক্তুনা শেংদোকপনি, খোইয়ুম লাইগীসু পলেম পছৌ লৈ ।। লৈতবগু মাগী হৌরকফমদু ইপা ইমানি, স্না কোনয়াই, লুপা কোনয়াই য়াউগনি, লৈতরগা চেং অঙৌবা, অঙাংবনা মহুৎ শিনগনি, চেঙ লৈ খরা য়াউগনি, অনম অথৌগী থাবদা লফোয় চং তাবা লাফাং ১ হাপকনি, হৈ মনম নাইবা ১, ৭ শেনজা ১, লাংথ্রে লৈহুন, থাংজিং, মাজিং, ব্রাংব্রেন, কৌব্রু, কোরৌ, মালেমগী লৈহুন তমগনি, মাইবনা ফম্বা ফিদাগী মমিংদি লারাক শেং লারাক শন তাংমল কৌই ।। অসিদগী মাইবনা লারোন ৩ লোন্নলা থারিবা লা অদু খুৎনিংথৌনা নম্লগা লাইমিং হায়গনি, লাইমিং হে ইবুংঙো তাইবং পানবগী মপু ইবুংঙো নঙনা নহালনোং লৈপাক মরোন ৭ নোংথৌ মরোল ৭ তুনা হুই থারগা ফমঙেগী নমিংদি ভাংতুলেং কৌই ।। ইবুংঙো নঙনা ফম্বা স্না তাঙবনগী মমিংদি মিহিংতোং তলংবা, হিংতোংমনিক, তে তে নিক কৌয়ে ।। ননাই ঐগী লুব্রাই কোইরেন থক অসিদা ব্রাংলেন মিৎকুপ অমত্তা স্না ফম্বাল লাংবিয়ু ।। অয়োন অরান ঙাকপিয়ু হায়না খুৎনিংথৌনা ফিদাদা নম্লগা লুব্রাইদা ৩ লক শোক্কনি, ৪ লক শুবদা খোয়দা, থজিন্দা, লাইবক্তা কৎকনি ।। নমগনি, অদুগা খোঙ কারন্ননা ফম্লগনি ।। ফম্লগা খুৎ য়েৎকী খুবি, খুৎয়াইগা নাতোন মখুন ২ চপশিন্না নিংশা থিংকাম্নদুনা ঐনা ঐবু কৌগনি, খুম্বা খুমদবা য়েংগনি ।। খুমদ্রবদি নুমিৎ অদুগী লাইগী থৌরমবু খরা পাঙদে হায়বা ইশানা খঙজগনি ।। কৌবদা অপনবা লৈতনা খুম্লবদি থৌরম অদু য়াম্না মপুং ফারগনি, ফারবনি খঙগনি, মশি ৩ লক কামদুনা য়েংগনি, মসিগী তুংদা খুবাক ৩ লক খুরগা ঐবু শেনবীবা লাইয়িংথৌ লাইরেম্বী খোয়দৌদা লৈরিবা পলেম পছৌ ১শুং হরাউরিবা লাইবুংগী লাইয়িংথৌ লাইরেম্বীদা নত্তনা নোংমগী কোরৌ নোংজা অদুগী নুমিৎ থবান অমসুং নুমিৎ অদুবু পুরিবা লাইবু থাগোন্নগনি অমসুং থৌরম অমা পাঙথোকপা তারকপদা অশুম্না য়াকাইজগনি অমসুং ঐবু তাকপি তম্বিবা, লমজিং লমতাকপিরিবা অহল লাইওইবা ইমা ইপাবুসু ঐগী ব্রাখন্না ঐবুসু খুরমজগনি ।। অসিগী তুংদা য়েৎকী খুৎ, খুবি, খুৎয়াই, খুৎনিংথৌ ৩ অসিনা স্না, লুপা কোনয়াই অমসুং চেং লৈ খরা পাইরগা খুৎ লোংথোক্লগা ওইগী খুবাক্তা মখা থারগা খোইদৌ মপা খুদোন ৩ লোম লাপ্লা থম্লগা লাইমিং শোন্দুনা লাইজা ঈকৌ তমগনি, ঈকৌরগনি, লাইমিং ইকৌরোল - হে ইমা,

লাইজা লুনা লানা শেংলবী, নহাননোং আতিয়া শিদবা তাইবংপানবা মপুনা কোরৌ মালেম শেম্না লোইরবদা লাই, মী, তীন কাঙ থৌরাই পানবা-পাং দবা, অচৎপা-চৎতবা, উ-রা, নাপী-শীংবী পুম্নমক্কী অরাম থৌরাং কোক্লবা চিংউ লাইগী ঈরু শাশেংনবা লাইজা ঈরু ঈশেং পুথোক্লগে নিংদুনা ইবুংঙো মহাক্না য়াইবি নিংশা চিংশিল্লগা 'উঁং' হায়না ঙংবদা আতিয়া খায়াৎতগী ঈরিক কোংগোন ওইনা থোক্লক্লগা অমুক 'য়েঁং' হায়না ঙংবদা আতিয়া খায়াৎতগী, লাইজা ঈশিং ওইনা চেনথরকপনা মালেম লৈখালোন ৭ মাইগৈ ৮ মক্তা ঈরম ৭, খোংলম ৯ থোক্লা চেন্দুনা লৈখরবী লাইরেম্মা ইমাগী কোলোয়দি রাংউখোং, কৌরুখোং, চিংগোইলোক, খাব-ঈ, লুরাং-ঈ, চকপা-ঈ, রাইখুলেনবী অশুম্না মমিং থোনদুনা লৈখরবী হে ইমা ঙশি কোরৌ য়াইগা ফবা নুমিৎ........ থবি অচংবা, থবা অকাবা, থৌরায়মিচাক মখোং তেক্তবা, থবা মশা তাদবা নুমিৎ অচঙবা অসিদা ঙসি লোইদাম থাজা 'কালেন থাগী পানখৎলকপা মাকমৈ থাবান ৩নি পানবা' কোরৌ নোংজা নুমিৎ (মমিং) অসিদা ইরম অসিবু কোনবিরীবা কোনবীরিবী, পলেম পম্বৌ ২ গী (মমিং হাপ্পা) মকাইফমদা খুঙ্গং অমদি লৈকাই অসিদা ইবুংঙো ইবেম্মগী (পলেম পম্বৌগী) মরুম থুগ্না লৈজরিবা লৈজরিবি নপারি নমোম কয়ান হৈরাং লৈরাং তমজরকলিবা অসিবুসু তিনকোক লাইকোক্লবা, তিনশেং লাইশেংনবা পলেম নকায়ফমদগী লাইজা ঈরু ঈশেং খরা চিংউ থৌগীদমক্তা ঈনিজরি । য়াঙ্গোয় খোংশানবিরক্লুনা ম্না ফম্বান লাইজা ইকোনফুদা য়াতবিয়ু ॥ পলেম নফম লাংদা ম্না কোনগা থা, লুপা কোনগা হুন, চেং লৈ কৎচরি, য়াইফবা পিবিয়ু, হা উং হা য়েং (ইকোন ফুদা চেং লৈ থাদগনি) কৎকনি । হে ইমা ইরম ৭ খোংলম ৯ মক্তা চেল্লিবা চেল্লিবী ঈখেরেন নামুংবী-নামুংবা, পলেম- পম্বৌ ২ মক্তি লুনরসি-শেংনরসি, হা উং হা য়েং (চেংলৈ, তাইরেন পুংফায় নাহৈবগী পোৎলম থাদরগনি) হে কোরৌ অপানবাও নংবু থিক-রাংনা, থা-রাংনা, থিক-শেংনা, থা-শেংনা, নুং-শেংনা, ঙান-শেংনা ম্না মচুম্না, লুপা মচুম্না, হি মচুম্না, য়াই মচুম্না, পা-ঈনা, পু-ঈনা রারিনা-শিংবুম্না, লাইরানা-তিনরানা, ইয়েক ৭ শলাই ৯ গী অপোকপা লাইমিংনা চিংউ নংবু তাইরগে শেংলশে হা উং হা য়েং॥

তিংতাইবা-য়াংতাইবা, তিংফাংপা-য়াংফাংপা, মিনম্বা-শোরিবা, হারেম-লাললেম, চিনথি-খুলাল, মীচিন-মীপাও, ফৎতা-হাউথি, মীহ্- লাইহ্, তাথি-শোইনাই পুম্নমকপু ফুদোকলগে, হোইথোকলগে, থৌদোকলগে, হ্মদোকলগে হা: উং হা য়েং॥

হে কোরৌ মচি ঈ, য়াংবন মনাও ঈ, কশা লাননা ঈ, খাকপা পুলেলেং, পুলাংনকাফব, খোংমলোক্কী ওনতেবা, খোংম লোক্কী ওন্না হনবা, থোংনাংননি লোঙবা কোংগাই, লৈতুম নুংতুমই, নুংমু নুংডৌঈ, অয়াং কৌবা মরু অশুপ্পগী মকায়ফমদগী শিছুরকপা ঈ, অলানব ঈদি য়াইকোৎঈ, আশাংব ঈদি য়াইচেৎঈ, নোংথৌ শালাইলেন অরিবা, মবিকপি-মবিকপা, সনখোম্বী-সনখোম্বা, ইবেন পিথরকপী, খোংথরকপী কশা অশেম অশা হৈবী ইমানা নপারী নমোম্না চিংউ মকায়ফমদা হৈরাং লৈরাং তমজরকপা অসিদা, হৈরাং হৈশিং শুখিদবা, লৈরাং লৈশিং শুখিদবা, অশোয়-অণ্ডাম, অতেক -অকায় য়াউখিববু অশেম অশা হৈবী পলেম ইমানা শেমজিনবিয়ু, শাজনবিয়ু হ উং হা য়েং॥

## "অনম অথৌ"

উং হৈ, উং হৈ উং হৈ কে: য়োয়মেনগা য়াইগা থৌরি-থৌয়া লাংবু থৌরি, থৌদিনলাংবু থৌরি, থবা পোংথৌ তমলি, থবা মাবু লান্নদে, নুমিৎ পোংথৌ তমলী নুমিৎ মাবু লান্নদে, য়ায়া কোনখাং শাগী শাকাং পোংথৌ মথংপিজগে, কুমজা পাল্লো থৌগে, নোংজা পাললো থৌগে ডান্নরে, তেনরে হা উং হা য়েং॥

নহাননোং তেকপী মওকচা কাউরেল মশনচা, কাইরৈ ময়েনচা য়াংলৈ তাউবা মহুইশা, পোং শাখাই খুৎকায়বনা লাকলম্বা, নমলম্বা, ফিজি ফিনাতোন্না হুমলম্বা, মীনম্বা-থানম্বা, তিননম্বা-লাইনম্বা ,মী-মনু শা-মনু, ঈশিং-মনু, নুংশিৎ-মনু, লৈপাক-মনু, নোংথৌ-মনু, মনু মরম ১০৮ মক্সা মীনমলম্বা, থানমলম্বা, নুমিৎনা নম্বা, থাবানা নম্বা, শজিক্লা নম্বা কোরৌনা নম্বা, মালেম্মা নম্বা পুম্নমকপু ঈরুলাইজা ঈশেংনা তিনকোকনরশে, লাইকোক্লরশে, তিনশেংনরশে, লাইশেংনরশে হা উং হা য়েং॥

উং হৈ উং হৈ থৌবিতেং, লোইবিতেং নুমিৎনা মথোকঙৈ, থাবানা মঙানঙৈ, চকলৈঙান, তাংলৈঙান, উঙানঙৈ, ঝাঙানঙৈ, শিনশুঙৈ শাশুঙৈ, চরোইনা খোঙদমঙৈ, য়াম্বিনা খাইদমঙৈ, হুইথৌনা চিফেংঙৈ, লাইলেন্না য়াথোকঙৈ, লংমাইনা মৈহনঙৈ, লংমাই হিচিন হিয়াথৌনা, থিনখাইঙৈ, লৌখাইঙৈ, পুলৈলোম্বা অঙক অঙাউ হৌ, শিকপ-শিংকাই হৌ, তিনচু-লাইচুনা মরোল মরিল থোক্তনা, হয়িমিংলেন শোন্না লৈরবদা অমাইবা অমাইবী, তমপাক লৈহৌ মাইবা, লংমাই লৈহৌ মাইবী, লৈবাক মাইবা কোনতে খুরাই তাংবা, নোংথৌ মাইবা শোংপু চিরাই হনবনা তাইরেল মলোং লোংনা পাই, চিংউ মিংখৈ শোন্না লাইজা ঈশেংলৌনা লাইজ খিকফেল চাইরবদা পুলৈলোম্বা মরোল থোক মরিন থোকলে, অঙক অঙাউ হৌববু অঙক অঙাউ হৌদবে, খুনথন্নরে, ঙানথল্লরে।। খারৌ-লাইরৌ কোই, চুপচি-লাইচি কোই, খাগা-ঝাংগা, নোংপোকক্কা-নোংচুপকা, কোরৌগা-মালেমগা পান্নরে, কেনরে, শেংনরে।। তিনকোকনরশে লাইকোক্করশে।। তিনশেংনরশে লাইশেংনরশে হা উং হা য়েং।। খুন্নুংনা, লৈনুংনা, খানুনা, ঙান্নুংনা নহানা, নুবিনা য়াহৌঙৈ, ফুথোংঙৈ, ঝানখোংঙৈ, ফৌশুঙৈ, ফৌশুফৌরা খোক, লাইজা ঈপান লাং, ঈমুময়োনশৎ, ফৈজা পোপতেকলৈ, পুলাংলুরৈথোং লৈরাই হুইশোনকা, মচনমনিন তাও, মোইথাপ মোইরেং মতাঙৈ, শলোই লাল্লোই মতিনঙৈ, পান্নরে, কেনরে, শেংনরে তিনয়েৎলগনো, লাইয়েৎলগনো,তিনশেংনরশে, লাইশেংনরশে হা উং হা য়েং।।

## ‘‘হেবুবালোল’’

হেবুবা, খুনমাবা, লৈমাবা, খুনশেম্বা, লৈশেম্বা, অতোংবা অরেংবা ঙান্দুতু কুপথন থন, ঝাউদুতু শলৈনেম, কুমজাগা ওইরিবা, থাজগা ওইরিবা, লৈরী শালাংগা থৌঝান নোংলৈগা ওইরিবা, পনঙাকপা, পনজেনবা, লৈহোনবা, লৈতৌবা, লৈথোনবা, লৈশেম্বা , ওইরিবা মৈরী শালাংগা থৌঝাল নোংলৈগা উরিবা, চারিবা, পুন্নমক ওইরিবা ঙাংঙোইবা, য়োইমোংবা য়োয়চমলেন তমহৈবা, তমপাক লেংকোয় লাংগোয় শেম্বা, শরোং পুংমাইতোংবা, লৈকায় খোমতিন লাংতিনগা অথুপ্পা পামিংগা পুমিংগা, পরৈ খাইথোক্লা তাওখংবা মোংবা য়ুমলাই কৈলাই, শাগা তমহৈবা নংবু হন্না তাইরবনে।

## "কুমহৌলোল"

হে কুমস্না কুমলিকলাই অৱাং কৌব্রু চিংথাং লাম্না কুমমৈতে কুম্পোকপীনা পোকপিহল, তরংনা তরংহল, কেগে য়াংখুজম নিংঙোনবিনা লাংলেন কোংয়াং ফৈনা লাম্না শুবা নেম্বী মকুমশা, খোইনাইজম নিংঙোনবীনা খোইম্না নারোল নুংদা লাংলেন তোম্না ফাক্লা কাউরেন শন খোংগুনদা মিংয়েংবিনা মিংয়েংহৌ কুম, খোইনৌ মতা ঙাইওইনা পাওনেক্লবাকুম, খাম্বী লৈমা কোনুচা, ... লৈমা তোম্বীনা চাদনা তনবুনহৌ, থক্তনা য়ুচাও কা, চাদা কুম্মো হৌবা কুমনা চেক্লা তোম্দৌ য়ুম ওইবা য়ুবা মৈরোম্বনা॥ লৈতাং শেংনাতা পামেন ঊহৈ চানা ঙাও নবা কুমদা হুপলেন্না পুমথাংলোন, থরোনা নুংকাংশা, হৈকক্লা নারেংথাং, থাংজিংনা কেপাক থোকপা কুমবু কুমসনা কুমলিকলাইনা কুম্বী মনুং ওইবা কুম্বু, কুম নোংদম তম্লি, শি নোংদম তম্লি, চঙ নোংদম তম্লি, শিনোংমৈ, পাইনোংমৈ করি হেন্নো করাহেন্নো হৌকুও কশাও ওন্নো কশা লৈমাওন্নো, কশা তিম্লিও, খোংলিও, শেম্বিও' শাবিও কশা খোঙদা ইনবী কশা মাংদা চৎপী, তুংদা ইনবি, কশা ললতেকমবী, থুমতেকমবী, কক্কমবী, কহাইমবী, শমলাং মাইঙৌবী, থিক্লাং থরাংমবি, শুক্র শোইকুমবী, ললকু থুমকুমবী, ফৌকু চেংকুমবী, কশা ইমানংদি ললকুবিরমউ, লাকলেনবিয়ু কোন্নো কোন্নে॥ পোকলেন্না কশা-কশা, নপাউ চাউবিগনো, থিংলৌ নপি তোনগনু, য়াইবী মনুংহৌগনো, ইপু থোংনাং নিংথৌ থোংনাং হিমালচীং শদু য়াংতেকচীং, তোকপা য়েনফৈচীং, মেন্দে নিংথৌ শোরাবা কোরৌ খা, মেন্দে মেন্দাং নুংগাইচীং, নিংনা কৈশিচীং, লৈমা শমদোং পোকপু তাইনা খনবও॥ হাওনু লৌঙৌবী লৌঙৌবা থাংদম লৌচাওবিবু তাইনা খনবও, নথৌ নাঙাল পান নহৈ নারোং চুম্না পাম্ববু তাইনা শেম্বিরম্মো॥ ইপুও হঙ্গোয় নিংথৌও, কাম্বা শলাম্বা শল্লাম মঙম্বা, নমু পোংতিংনা পোংনুচা, লৈমচা নিংথৌ শম্বুম মহারাবাও, নমু পোংদি থা ১০, শমু থা ১০, ইরোই থা ১০, শন্দং থা ১০, শাগোন থা ১০, নোংশা থা ১০, হামেং থা ৫, ওক থা ৫, হুই থা ৩, য়েন থা ২, ঙানু থা ২, খুনু নুমিৎ ১৫, মীরম পোংলম, শল্লম, ওক্লম মাবু তাইনা শেম্বীয়ো শাবিও হা উং হা য়েং॥

হে ইপু লৌথোংজাও থোংজাও লাইরুক লেম্বও, লাইতোংখু কুনরম লাইবাংলেন তাইনরম, খুরোই হাউবা লমলাংদোংবু তাইনা খম্বও, নশোই

পানবু নফৌ নঙান পানবু তাইনা শেম্বিরমও ॥ ইপুও কৌবরোলও কৌবা লৈমচা, কৌনু লৈমচা কাকয়েন ফম যম্মা শংলৌনা কাম্বা তেকপী চীংনে, তেকপী খবুংচীংনে, খবুং তাংলৈচীংনে, মনাই তাইবা ইয়া পঞ্জনচীংনে শেকব্রা তাংদন পুংবু তাইনা খনমও, নথৌ নাঙানপান, মহে় মরোং চুম্না পানববু তাইনা শেম্বীরমও ॥ ইপুও, সহ্বোংনিংথৌও উকু কালেন উরুম্লেন চেংজা ঙাইরোংতোনবু তাইনা খমবও, নথৌ নঙাল পান, নহে় নরোং চুম্না পান্ববু তাইনা শেম্বীরম্মো, হে ইপু থাংজিং নিংথৌ থাংজিং কোয়রেন নিংথৌ, চাউবা কোয়রেন নিংথৌ, শাংবা কোয়রেন নিংথৌ, কোয়রেন ৩ লোয়বা ইপুনা ব্রাতেম্বীও, পোৎপিনে পোৎথাংনে শিংজংনে, ব্রাখাইনে নিংথৌ ব্রা ঙম্বগী পা মরু চেগাই ওইনমচিং ॥ স্না পুনমথোংনচিংবা লৈময়াই থম্বাল নোংশালৌ, চীংয়াই শান্দেংলৌ, কেগে শিংজা ফাইবু তাইনা খনবা থাংঙা তোম্বা নিংথৌ, মোইরাং লাইতোং লৈমা খাংনৌবী, খাংনৌবুং কেগে শিংথা পুংদা তাইবগুম তাইরবনে ॥ হে ইবুংঙো ইবেম্মা (লাইনিংথৌ, লাইরেম্বী) অনিনা কোল্লিবা নাদাইরেম খুঙ্গং অচৌবগী খা ব্রাং, নোংচুপ নোংপোকতা লৈরিবা নমু য়ুমথোং খুদিংমক্কী মোংবা য়ুমলেন নুংগী কাচিন্দা, কোয়াদা, কাংখাদা, লুখাদা, য়েন্নখাদা, য়েনখুন্দা, উতোন্দা, ব্রাতোন্দা, ব্রাখোংদা, উখোংদা, ইরমদা, খোংলম্‌দা, তিলয়েৎলম্বা, লাইয়েৎলম্বা, তিনমু লাইমু ফত্তবা খৈবিকপু পলেম পম্বৌ অনিনা কুমগী লাকয়েন মালেম লৈকোয় থুংনা তাইবগুম, ঙসি কোরৌ নোংদা মালেম চিথেক মরি মাইগৈ ৮ শুংদাই ১৬ পোইরৈ শিংখাই ৬১, উমংলাই ৯, লাইশরোই ৭৬১ মক ইরম, অসিবু কোল্লিবা-কোল্লিবী ইরম লম্মাবা, তুম্মাবা, লমশেনবা, তুশেনবা, লম্মাবা, লমনিংথৌ, তুনিংথৌ, শচিহ্‌কপা, খোংচি য়াম্বা, কনা মৈগা তুপ য়ুবা পুম্না চন, উচি শায়াং শেৎ, হংঙোই ফৌদং লৌ, লাংচেং খোইনু চনু মশা ওন, লাংবন কৌজেং চোংবী চাবু কৌজেং লুগা তুপ, চানা লাগা য়েপ, নলা লমকন থৌবা, য়াম্বা পোইরৈ চালাউবা ঙানবা লৈতোং লেপ্পা, চরৈ নোংহুম চাউবা, লমগী মহিক মতাং চানা কোইবা লাইবু তাইরবনে ॥ নাদাইরেম্না লৈপাক্কা-নোংথৌগা, নুমিৎকা-থাগা, শজিক্কা-থাবাগা থায়াইগা-থাতোনগা, ওকপুরোই-তাউহ্‌ইলেং, নোংথৌ-নাগা, নোংথৌ তুরেন, থৌব্রানমিচাক খোংজোমনুবী, উফোংমৈশা শনলু য়াকোক পুম্নমক চুপচিকোনগা লাইচিকোনকা, খালৌ ঙানবা,

লাইরৌ ঙানবা, হনবা কোকচাউ, হনবা লাইখম, কোরৌ মালেম, লৈরোন নোংলোন অহুমক্তা লৈরিবা লৈরিবী চিংউ লামিং খঙদবা, খোইয়ুম তিনমিং খঙদবা, নুমিৎ থা থৌরানমিচাক্কী মঙান্না য়ৌরিবা লমদা লৈরিবা লৈরিবী চিংউ লাইয়াম পুন্নমক কুমদন্না-কুমদন্নী, কুমখাইবা-কুমখাইবী, কুমহৌবা-কুমহৌবী, কুমতাইবা-কুমতাইবী চিংউ লাইয়াম পুন্নমকপু তাইরবনে॥ নহাননোং কোরৌ মালেম শেমঙৈদা চিংউ অমাইবা খোয়ুম অশৈবনা শৈশকলন্নগী॥ ননাইনা শৈথাজবনে, চিংউ তিনকোক্লরশি, খোয়ুম লাইশেংনশি হা উং হা য়েং॥

## ‘‘পাখংবা নহৈলোন অমসুং লাইকোকলোন’’

হেঃ পুরুম তুইগী ঈ, লংবচীংজাও ঈ, চীংমাং কোইরেন ঈ, থাংজিং শানদেং ঈ, কেকে রাখুপোকপী লোকলাউ ঈ, মোইরাং লাইমম থানবী থাল্লৌ ঈ, কোরেক কোকশোকঈ, ননদা অনী চৈজিং ঈ, চেকলা পোন্নী থিংগ্রি অমুবিনা খুমাং লৈচেং ফম্না হোৎনা লাইজা ঈথিবদি লাইজা ঈখংখোং, মোইরাং শেম্বী শুনা ঈতমখোং, কেকে মানবা সনশেন ঈ, রাইখু খল্লোং ঈ, কেকে রানবী শুনা ঈরান খোং, মোইরাং শেম্মী শুনা ইতমখোং, থৌরাঙ লমশাং ঈ, শোয়থকলম খামরম ঈ, ঙাচিং সনওন ঈ, মমাই অরাং পাংনা চেনবা ঈগা কাইরে পায়েন, পুয়েন লময়েন পাৎ, ফাই কংবা লৌহিংবা, হকপা পুংফাই তোংলোংবা, শিদা নাদা নাখাই নাতং, নাপি-শিংবী, নাপু-নাশেৎ, লৌদ্রে-চাদ্রে, উখোক-রাখোক, তাইরেন পুংফাই লৌনা (য়াউনা) নুমিৎ থবা মচুপ শাববু তম্বীরবদা নুমিৎ মমাই লুরে, থবি মমাই হেল্লে, হে ইবুংঙো, হে ইবেম্মা অনিমক্তি নুমিৎকুম্না লুরশে, থবিগুম্না শেংলশে হা উং হা য়েং॥

## ‘‘লমমিৎলোন, খুম্লোকলোন’’

পোইরৈনা-কংলৈনা, উরা-লাইচিকনা খোইনাই-য়োমপুকনা, চেংলৈয়াং থাউতৈশু, হাউচেং য়াংনম পুশু চেংলৈ উনুংতা হেমচেং খাপৈপুং লংজা লৌপুংফৈ, খোমমিদোক উঙামপৈ, চাকরাইবী হাউদলরাই, রাইরি রাইতোন, থাংঙা য়ুচেং, কৈখু কৈরেন লিংপিরাইজা, লিকলি রাথা, তাংখম লিরাপোক, শোইপী শোইয়াম মতাঙৈ, শরোই লাললোই মতিনঙৈগী পান্নরে, শেংনরে, হা উং হা য়েং॥ হিসোইনা লানসোইনা, উতুমঙৈ রাতুমঙৈ, মিনাইঙৈ

নাইনাইঙে, শোইকাই খমগাইঙে, ঙারা ঙাশিং য়াংঙে, সোল্লম পাইরম মচৎঙে, ঈরিক লমলক মকেঙে, শারোই লাললোয় মতিনঙে, লৈচেন হাউতমপান, চানেম য়ুনেম পাল, থোংগ্রাই মেনতংলাকপা, লেংনা কোংবা, চিংনাংখু চিংঙারেল, সজিক লোননম, থুমপিলৈহৌ, ৱাখা লৈতেং, চীংগোয় নারন থোংখোং, কারলথৌবাল ঈখোঙকায়, কারোং ঙাইখোং মতাঙে, চিন্নলেন মাইকোইহেন, লালাক খ্বাংদৈথোম, ৱাইরং খোইনিংমেন, কানক খ্বাংতোম লাকঙেদা, শরোই লাললোই মতিনঙেগী পান্নরে, শেংনরে, তিনশেংনরশে, লাইশেংনরশে হা উং হা য়েং ॥ খুরাই অঙৌবা, য়ুমখু য়ুমলেপ্পা, চকপা লমবু কোনখাং লাইচৌবা, য়াংনৌ কাংতথেন, নালৈঙম ময়াইলম, সংকৎলম নুংখোংনুংনাউবী, ফুরোই চীংঙা লাংয়ান, থোংগ্রাংবী মানতক, উরাল কৈরাউ, পোইরৌ হেমলৌ, শিংখোং লেংখু লেংলেং তাঙেদা, চীংলেন মাইকোই হেন লারাক খ্বাংদৈথোং, ৱাইরং খোইনিংমেন, কানক খ্বাংতোম্ লাকঙে, শরোই লাললোই মতিনঙেগী পান্নরে, শেংনরে হা উং হা য়েং॥ ৱাংখৈ অপোকপা ফৌরায়াং লাইকোকশু, লৌরেম্বম তোংনেমবম্মা পোকপা, পানম য়াংকোকপা শাচেনলম, কোংবা হিকু হিপাল পারা শিনথি, খাখোং লাইখোং তাকনা লিনচিক, মুৎলৌ ঙাংলৌ, চিংখম চাউপোক, কোইচিং কোইমহৌ, কাতোং কারাংচিং, তোকপা য়েনফৈচিং, হিতাম চীংখুনু, হায়হৈরেম, শেংকোকপাৎ, খুনচাম পাৎ, ঙানুহাই চেকৱা য়াৱা তাঙেদা, চিলেন মাইকোইহেন, লারাক খ্বাংদৈথোম, ৱাইরং খোইনিংমেন, কানক খ্বাংদোম লাকঙে, শরোই লাললোই মতিনঙেগী পান্নরে, শেংনরে, হা উং হা য়েং॥ খাংশু অতোনবা, লাননা শিংনবা নারম ফাইলোংবা, চীংখোং শুম্বা কেক্রুপাৎ, কশানা শাকৎলম, মৈদিংউ উরা কোল্লৌবগী লুরোইচীং, চীংমৈরোং লানঙমথেন অশৈৱাংবিচীং, চিরিক চীংপন, হংগেন পৌশিং, ঈরেং ঈখম, শিংমৈ উমৈ মখামঙে, শরোই লাললোই মতিনঙে, পান্নরে শেংনরে, হা উং হা য়েং॥ উম্মু খুনপুংকোই থেংগাইনা খুমনচা, মাইবা শুম্বা, লামপান খোইকোকপাৎ, লৈমেন চাকোইপাৎ, খোইজু লৌমোনপাৎ, পিতিংকোয় লানমিচাগী তলা উয়োককোন, নিংথৌ শাপাইবগী তলা উলিংকোন, শিংথা লৈথোম, ককলৌ তাউথোং, লোইজিং লোইয়া তাঙে, শরোই লাল্লোই মতিনঙেগী পান্নরে শেংনরে, হা উং হা য়েং ॥ লমলৈ খুনমিৎ ঈ, খুনথাং য়াইকুবা, য়াংলৌ

নহামাং, উরিপোক খোংশায়াম, তাকয়েল নোংথিল, য়ুচীং লাংচীং পেরে সারে, লাকচম ফিফৌ, নৌৱা খোয়মোম, য়াংলৌ হৈত্তুপপোক, চুপান মখা শজিলৌ উংলৌ, কাংঙবুং চীংবা ফুবা, খাবি নম্বোল তাঙৈদা, চিনলেম মাইকোই হেন, লারাক খ্বাংদৈ থোম, ব্রাইরং খোইনিংমেন, কানক খ্বাংদোম লাকঙৈদা শরোই লাললোই মতিনঙৈ, পান্নরে, শেংনরে হা উং হ য়েং॥ খ্বাইখোংমরিল, লাইতোন হেমলৌ, পোইরৈ খুনশা নমপুন ব্রাইনৈ, চীংঙা পিশুম, হৈপোক নারিল তৌরিংবা, লময়াই শালেন য়াংগোয়, লোকতাক হাউতাক তাকমশেন, থাংগা কারাং খমাইতেক, চকপি লৈথোম তাঙৈদা, শরোই লাললোই মতিনঙৈ পান্নরে শেংনরে, হা উং হা য়েং ॥ য়াইশকুল থোংলেন য়াইচমপাৎ, মুত্তুৱা হৈরাংখোই হৈন্নাম নামজৌবা, ককৱা তিনপান, লিলোং থারোং তাপুংবা, চেগাই কৈ কৈমৈশাং সাৱোমপন, ঙাহৈ ফিফৌ লৌখু অচনবা, নোংয়াই লৈকোয়পুং, উচিৱা খোইদুমপাৎ, ককলেনশোয় ফৌগাকচাউ, পুমলেন হাপশা, ইথাই পুনমচীং, শুগুনু ঈৱাইতাগী, থারৈ লমলৈ মতাঙৈ শরোই লাললোই মতিনঙৈ, পান্নরে, শেংনরে হা উং হা য়েং॥

## ''অপোকলোন''

হৌ কংলৈবু লম্মাহল্লো, লমলেম্বু অনী থোক, তুনেম্বু অহুম থোক, তমপাক লোন ৫মক, লৈমুরোল তরুকমক, লৈহৌলোন ৭মক, লৈখাবী, লৈয়ামবী, অপোকচনু, খমমোই য়াংওইবী, তমপাক পোকপিকা, তমপাক লৈশুক লৈশোয় য়াম্বী, তমপাক্কা পোকলিবী তিংথৌকা হুপলা হারগা, কোনদে শেমপাংগা চানা ইমিগা, তোংলেন লৈশংগা, শিংগ্রেং লাংগচৈগা, য়াংলা থৌবোমগা, শদু য়েংতৌগা, তৌমু তলহাউ চারোৎ ফাইবংগা তেৎনা নুমোইগা পোকলিবী নংবু নেমশিককে, ইমাবু তাইগে ॥ য়েন কোকয়েন চুপয়েন চায়েন চেংকুক পান্দোং উচিনা ৱানশাবা, য়েনখুরৈ তেকতেকপান, শংলৌ য়াংগন অকনবা, য়েনথরাম নাপাকপিগা পোকলিবী নংবু নেমশিক্কে, ঈমাবু তাইগে, হৈকক থাংজিং থরোলিনফু, খোংদ্রুম মাইরেন, কৌখা ককলা ঙাচক কোমোলগা পোকলিবী নংবু নেমশিক্কে, ইমাবু তাইগে॥ হুইচিল হুইয়া, মেনলৈ শলাং, লৈসোক থোনকম, হাউরৈ ফোলাং, কোনপি কোংয়াং, পাংকোং নাউদু, চিংথ্রাউ লৈসং, কোকলেন লুসি, ঔরি ঔরাগা পোকলিবী নংবু নেমসিককে,

ইমা নংবু তাইগে॥ উপি উরেন, তৌমু, তলহাউ, হিয়াং, হিরেল, উখোক, থাংখোক, ফৈজা ফৈঙৌ, থাংয়ান মিসি, শৈই-কুহি, উপন লেংতা, উনিংথৌ তাইমরেং, উইন খানগা, পোকলিবি নংবু নেমশিক্কে, ইমা নংবু তাইগে॥ লিথিক লিরেল হুমপোপ সাগন, য়াইরি থাংয়ু লিরেন য়াই থমবোং ইরোক অনি পাফল্লি॥ চীংসাং অনী লামথলি, পনশা থোংশালি পনলোই থোংলোইলিগা পোকলিবি নংবু তাইগে॥ শনথোং হৈমরি, হৈময়াই, হৈরি হৈজাং চিংহৈ য়েনহৈ, হৈশুক হৈশোয় য়াম্বি, খাগোক হৈ লিনচামহৈ, হৈবা হৈবোং, পেরেল হৈ কাংগ্রৌ, হৈরিৎ, হৈবুংগা পোকলিবী ইমা নংবু তাইগে॥ ঝাং উমং লিব্রা, লোংব্রা, খোকব্রা, লাইব্রা, উতং উমু উয়েং উনান নাচৈ নারিনগা পোকলিবী ইমা নংবু তাইগে॥ চংবীলা লামুৎ লায়াইলা, য়ুতাউ থাংপাকলা, কাইরং থুময়োমলা, ক্বাকলা লারোং, মোইথাপ মোইরেং লাগা পোকলিবী ইমা নংবু তাইগে॥ তরা তোংনু লিকশি খারোনশি, য়াইশেন য়াইফৌ, চুজাক চাহৌ, পুমান লংমানবী, চেংমি ফৌগাক মোরশি মানতক, ফৌবৈমা ফৌনিংথৌ, ইরোইয়া কৈতেকপিগা পোকলিবি ইমা নংবু তাইগে॥ থোইদিং ঙৌচা, কবোক কোকনোং খোমনোং, পানফুৎ, পানফোই, শিংখা, শিংথুম, শৌগ্রি, ময়াংবা, তিনহৌ, চনম, থাংপাক, মেমান, লিনাই ,খোইনাইগা পোকলিবী ইমা নংবু তাইগে॥ ঙারা ঙাশিং খৌরেং খৌয়াং য়াংকন শুজা, শরেং মৈহন, ঙারেল কোকপাক, পেংবা মুকলাং ঙারোইশেন, ঙাথি ঙাব্র তেল্লোং শমফা ঙারিল, তোংজেং ঙাখা ঙমহাই, নোংজেং ঙাতুপ নোংলোই, কুমজেং কোকফাই থরোই খৌজাউগা পোকলিবী ইমা নংবু তাইগে॥ মীচঙ মীখোম, হুইমোম, য়েনমোন, শগোল, শামু, ষণমুক, ইরোয়গা পোকলিবি ইমা নংবু তাইগে কুবিয়ু॥ য়ুমশা, লমশা, তোকপা, কাম্বা, শায়ু, লৈরাং, নুংওক পাইবং, খুবেং, খুবাই, য়োংমু, য়োংশেন, খৈরোই, উপেংগা, উমু উয়েংগা পোকলিবী ইমা নংবু তাইগে কুবিয়ু॥ শেকপী শেনবাং, ক্বাক চরোইতু, চরোই য়াম্বি মকু, উপেং খারাগা পোকলিবি ইমা নংবু তাইগে॥ লৈরুম, নোংলুম, তিনফা, কাকফৈ, ককচেং, খোয়াগা পোকলিবী ইমা নংবু তাইগে য়াইফবা কুবিয়ু॥ লিনশুক লিনতেং চিংলাই, তমলাই, খারৌ, তাংলৈ, তিনপুন, নাপুল, হংকোক, নারিলকা পোকলিবি ইমা নংবু তাইগে য়াইফবা কুবিয়ু, হা উং হা য়েং॥

# "লাইয়িংথৌগী মিংথেলোন"

হৈয়ী হৈয়া হে নহাননোং নমুম লুরেললোক, লুরেল খোম্বীলোক, থেয়োংচুম্বা লোক, মানতক থৌবাইলোক, খম্বিং লোম্বালোক, কুমথোংনানৌলোক, চীংকোয় পৌরোলগী, মরিং ঈথেখোং অচনবা, লেমলৈ পাকনা হাথবা, থৌদুনুংশম চীং, পোম্বী নাওথেমচীং লাইনুরা ৭ হন্নগা লাই পাখং ১না ওকলৌচীং, লাই পাখং ১না হন্নগা লাইনুরা ৭না ওকলৌচীং নুরা ফিবুল ঙাইরোংচীংদগী হৌমিন্নরকপা চীংঙু খোয়ুম লাইয়িংথৌ নহান য়াইবী য়েনহৌঙেগী অমম লৈশা হাল্লকপা, খেরে নুংগুম তগুপহৌ, ফোইদিংঙু নোংথাং তরংলেন, তরংলাইজা ঈপোকপা, চীংঙু লিনতাউ তাউপিলোয়লাই, লাইলেন তাউ লোইলাই, নুংমু শিদবা, নুংকাং মহালাবা, য়াইবি নুংঙৌ পিমবা, চীংঙু কোরৌ অয়েংবা, ব্রাংবা নিংথৌ পাচুম্বা, হপলা মপান থাগী হারা মউ লিংগী, মী শেমপোং কাইবী মহমনুংগী, পরিং লাংশংহন, উকা মাইথোং য়ানা, নাপোক খোইরা য়াল্লকপা লাইয়িংথৌ॥ চীংউ য়াবা নখোনজেন অব্রাং কোরৌ নোংমদেনগী হমথরকপা মালং নুংশিং শিদবনা, তোংলেন তপ্পা শিলিকপদা লাংবম খোইবু খোইতাল্লবা খোনজেন উং ময়েক খোক্লা ঙংবদা নমু পোংবু থেংতমলকপা হে লাইয়িংথৌ॥ হৌবা লোইবা নহাক্লি, তারু তারুবদা, লৈরু লৈরুবদা, চীংউ নংগী নওংনী ইবুংঙো নংগী নশকনি॥ নহাননোং শালাইলেন শিদবগী লৈবাক্তা চকু অহিংবগী মনুংদা, হন্নিগী নৌবা অঙাংগী ফিথুপ লৌরগা চীংউ শাউওন হাল্লকই হায়বগী চীংঙু মিংথেলেন অহকপদি নহাননোং চক ৪গী মমাঙদগী থোনখিবা মিংলেন য়াই ওইববু লাইয়িংথৌ নঙবু নঙনা কাউবরা॥ নোংখোঙ কোয়বা অঙম্বা, তরংথক্তা হিহোনবা, কায়াৎ ঈনুংদা শাথৌবা, ঈপাক থক্কী ইপুথৌ, য়েগ্নৌ চুপলী পাইরিবা কোনশেন ম্না পীমবা, ফুহিংম্না লাইজরেল, ম্না ফম্বান মহিরেল, লৈরক য়াংবি থক্তা শাথোকপা॥ খোংবান নুংদা লাংহৌবা ম্নামহি ঙৌবরেন, কে কু হায়বগু নাহাক্লী, কোং কোং হায়বসু নহাকনি॥ লৈয়োনলাংবু তনৌবা, ম্না কোনলৌরেন কৈচোনবা, ভিস্নিরেন কৌবগু নহাক্লি, য়াইমনিক কৌবগু নহাক্লি, তাইবং শেম্বসু নহাক্লি, হে খোইয়ুম লাইয়িংথৌ, খোইয়ুম ম্না অতোনবা, তিনগী তিলহপ লুচিংবা, য়াইবি তিনমরু শিদবা, শিদ হিদাক য়াইরংচান; কোনফু

নিংখম নানৌবা, চৌহে় লোনখাং কোকহেনবা, হিখোম য়াইখোম লোইবা লাইয়িংথৌ ॥ হে ইবুংঙো অয়ুক ঙয়া কোনথাবা, নুংমিদাং ঙাননা কোনশিনবা, মুন্না চাবা মরম ১০৮, শংনা চাবা মরম ১০৮, চকচা, চহাউ, য়াইশেন য়াইফৌ পুন্নমকপু নোংদম্বীবা লাইয়িংথৌ, ইবুংঙো নংগী য়েৎথংবা শাখাইনা সন তরং অনৌবা কৌয়ে, ওই থংবা শাখাইনা সনথুপলেং নুংতলেং অলেংবী কৌয়ে॥ ইবুংঙো নংগী শাখাই ৯দগী লাইপুংথৌ ৯ পুথোক্লে, মিৎ য়েৎতগী মুন্নানিংথৌ পুথোক্লে, মিৎ ওইদগী লায়িংথৌ হনবা পুথোকলে, নাকোং য়েৎতগী মোংবহনবা পুথোকলে, নাকোং ওইদগী নাউকন পুথোকলে, নাতোন য়েৎতগী চাখাবা পুথোকলে, নাতোন ওইদগী কৌবরেন পুথোকলে, য়াদগী খমলাংবা পুথোকলে, ঈশিং থোংদগী লুবাং পুন্সিবা পুথোকলে, পেংথোংদগী মার্জিং পুথোকলে, চীংউ লাইপুংথৌ ৯ মকপু তাইশিক্লে, য়াইফবা থৌজাল ললকুবিয়ু॥ ইবুংঙো নংগী শমু ওই ওইনরীবী শনথুপলেং, নুংতলেং অলেংবী কৌরিবী ইমাশু পারি নাউয়োকপিগে, ইমোম নাউকোনবিগে হায়না ইমাগী শাখাই ৭মক্তগী লাইরেম্বী ৭।৭না খুজিং ওইদুনা পুথোকলে ॥ অমনা লৈরোং কৌএ, অমনা লৈরিবী কৌএ, অমনা থরো কৌএ, অমনা থরোলোংবী কৌএ, অমনা চেনু কৌএ, অমনা পিথেৎলৈমা কৌএ, অমনা তোনথাংনু কৌএ, হে ইমা নাহাক্তি চীংঙাদা লৈরগা মোংশাবী কৌএ, লাংচীংদা লৈরগা তাখেনবী কৌএ, নোংমৈবুংদা লৈরগা অহমনু কৌএ (কোলোই লৈমা), লালানবুংদা লৈরগা ইমোইনু কৌএ, চিকচিরিবী পুংদা লৈরগা অখোমনু কৌএ, ইশাইফুদা লৈরগা শেংচুপ কৌএ, লৈমরেন কাদা লৈরগা লৈমরেল কাজাউ য়াবী ইশাইফুদা য়াতাবী উতং কাংফে থক্তা য়াহিম্নী॥ লিককোননুংদা শাইওনবী নোংদার খোংনেংনরীবী ইশাইফুদা য়াতাবী যুমজাউ লাইরেম্বী হায়না কৌরিবী, পলেম ইমাদি লোইমোম ফৌগেদা লৈরগা ফৌওইবী, লেমলৈ ঙারুককোন্দা লৈরগা ঙালৈমা, নোইনু থুমফুদা লৈরগা থুমলৈমা, মশিন শিনশুদা লৈরগা শিল্লৈমা, হুইয়েন লানফমদা লৈরগা লানলৈমা, লাইজা ইরোননুংদা লৈরগা ঈরাই লৈমা কজেং ঙানবী কৌই, তরেৎ শেনফু নুংদা লৈরগা লললৈমা কৌই, হিকুবী, য়াইকুবি, হিপোকপী, য়াইপোকপী, হিলৈমা, য়াইলৈমা, য়াইম্না হায়না কৌরিবী, ঙালৈমা থুমলৈমা, চেংলৈমা, অরৈনু, অহোইনু, অহমনু, অপিনু, অশুম্না লাংওন ১০৮ পুথোকপিরগা। কোরৌ নোংজা খুদিংগী নমু যুমথোং খুদিংগী

য়ুমলেননুংদা চংলগা স্না ললগেনুংদা, লুপা লনগে নুংদা, লোইমোম ফৌগেনুংদা, তারা চেংগেনুংদা, চরৈ ফিগুনুংদা, লেমলৈ ঙারুক কোন্দা, নোইনু থুমফুনুংদা মিংয়েং শাংখৈবিদুনা তরেং লজখাইনা লন য়েনবীরমও॥ ইমা পলেম পন্থৌ অনীমক্কী হন্নাও শকশেমতমলিঙৈ থৌথোক কুম্মে শান্নরিঙৈ অসিদা নমু য়ুমথোং খুদিংগী নুংঙাইবা-য়াইফবা, ৱাংতবা-পাদবা, পারি-পুন্সিবা, ইমোম নুংশাংবা, শান্বা পাঙ্গল কনবা, পারী মশিং ৱাংতবা, তাইবং মীখা পোন্দবা, খুনজাও... লৈচাওবা, চাকহোংবা-ঙাহোংবা, লৈপাক মরা তপ্পা, লোইমোম-ফৌবান... কাউরেল-সললাই তাদবা, কায়ে- য়েল্লাই তানবা, তেকপী-ওকলাই তাদবা, নমু-পোংলাই তাদবা, ওকচিন -শৌচিন্দা য়ুন্দবা, লুদা লাংদা থুদবা য়াইফবা থৌজাল ললকুবীরমউ॥ ফংতবা খিবিক, য়েক্লবা, কলকপা, তাথিবা, শোইনাইবা, তিনমু ফংতবা, লাইমুফংতবা, শাথৈ-লানথৈ লাক্কদবা পুম্নমকপু নোংমৈগী ওল্লকপা কুমজা য়ৌদ্রিফাওবা পলেম পন্থৌ অনীনা থাংলেন খুংশু য়াইওইববু য়েংথাং ওইথাং পাইরগা, মাইগে মরীমক্তগী হোয় হোয় লাউনা খোমজিল্লগা, হাউরৈ খানা পাংবা মরমখৈ॥ চীংউ ইবুংঙো মাইগৈ ঙাকপা লাই, ৱাংপুরেল কৌবা লাইয়িংথৌ ইরিক কোনগুম কোনথিংবা, ঙারেন কোনগুম কোনথবা, অশি থোংবু থিংবিবা, অচং থোংবু হাংলিবা চীংউ মাগী কংলৈ শুমাংদা পান্বা কৈরেল মপি মচা অহুম্না ফংত হাউথি চারগে, হায়না ঙাইরিবা পান্বা খায়াংতা শিন্নবিয়ু॥ পান্বা খায়াংতগী পাথরকপা চোথরকপনা লাইজা তুখুল ইন্না লমলেন চীংনুংহুৎ য়ৌনা ইরিক কোংগোন তাউবগুম তাউথহনবীরমউ॥ চীংঙু ইবুংঙো ইবেম্মনা পারি-ইমোম, ইখুন-খুনবুক অচংবগী নুংঙাই য়াইফনবা, ৱাকয়ৈ হি ওইনা শাইঙোনবিরগা মাইগৈ ১০মক্তগী হিগী হিরম তরেৎ য়াইগী য়াইরম ৭ শিদা নাদা য়াই অরুবা, অপানবা, খোমজিন তাশিন্দুনা ৱাকয়ৈ হি মনুংদা হাপচিল্লগা অৱাং কংলৈপুং, ইবুংঙো ইবেম্মগী স্না কংলৈ য়ৌনা হোংগৎপিরকলগা চীংউ কংলৈ শুমাংদা ৱাকয়ৈ হিথাবিরগা নমু য়ুমথোং খুদিংগী শিদয়াই নাদয়াইবু নমু মীপুম খুদিংগী য়েনবিরমউ॥ নদাইরেম্মা হৈরাং হৈকৎ তমজবা লৈরাং লৈকৎ তমজববু নমদে থুমদে হায়বিরমগনু॥ নমু তাইবং অপংবনি য়াইফ থৌজান পিবিরমউ॥ হৈ হৈয়া হে খোইয়ুম শিদবী॥

## ''পাখংবগী মিংখেলোন''

লাইয়িংথৌ থাগী মখোয়দা ফন্না নচুবু লিকলা অত্তৌপা কুমবও, নমিং ঈতোং তন্বী কৌএ।। মপুশিদবগী চনিংলুনা মাইয়োকওই, নমিং ''হোচি হ কৌএ, ননম ওনলো'' লাইয়িংথৌ অশুপ্পা শিদবা নংনা লংমাইচীংদা ফমঙেগী নমিংদি কৈঙোয়লেন কৌএ।। থাংচীংবু তাংপল ওইনৈয়ে, নমিংদি ''ঙাংম্না হা অনৌপা'' কৌএ।। মার্জিংবু খুনেং ওইনৈয়ে, নমিং''থোংকংলেল'' কৌএ।। ব্রাংপুলেননা নমথাং ওইনৈয়ে ।। নমিং ''শংকুপলেন নুংসংলেন নাউপুবা'' কৌএ।। নোংপোক্লা মাইয়োকনৈয়ে।। নমিং ''ঙাংম্না হাতানৌবা লৈয়োনলাং'' কৌএ।। নোংহুমশংগী মলকতা লাকলবদি নমিংদি ঙানথরুমিহিং কৌএ।। কংলাগী নমলোন্দা ফমলবদি ''কিংতু তলং'' কৌএ।। মেনদা ফমলবদি ''মী হীংতোং তলংবা'' কৌএ।। ''তে হিং নশলৈ য়োংয়িয়ো য়াইম্না নোংকোই মপু শিদবা'' তে তে তেনোই, উইতে তেনকা কৌএ।। লৈফুরেন্না লাইরেন কিংনাইবা পোকএ।। মকোকনা লৈবাক ঙাকএ, মমৈনা নোংথৌ ঙাকএ, নোংফুরেন্না নোংতাংশাং কিংনাইবা পোকএ, মকোক্লা নোংথৌ ঙাকএ, মমৈনা লৈপাক ঙাকএ, নমিং ''নোংকু পিরেল তরংবা'' কৌনা ফমলে, হে ইবুথৌ পাখংবা নংনা, লৈপাক শুরে নমিং, লৈলুমলেন কৌএ, নোংথৌ শুরে।। নমিং নোংলুমলেন কৌএ, নুমিৎ শুরে, নমিং মিয়ুংপান কৌএ, থা শুরে নমিং থাউংপাই কৌএ, শুক শুরে নমিং শুক মরু কৌএ, থৌরি শুরে নমিং কোংকোয়লেন কৌএ, চুংশুরে নমিং ঙাংকুপফেৎ কৌএ, থাংশুরে নমিং মিচুম মিলাকথাং কুপ ফেৎ, হায় মিলাকথাং কৌএ, তরংশুরে নমিং, আপানবা কৌএ, অপানবা নমিং তোংলেন মীমনিক তরংবা হায়না মরুনা মিংথোক্লে, মরুনা থিংকুচিংগী নমলোন্দা চংখিদুনা অপানববু ঙাকপিরে।। নমিং তুমিন হিং মিহিংচি কৌরে।। হে ইবুংঙো অয়ুক লিন ওইবা নুংথিল লাই ওইবা নুমিদাং মী ওইবা নংনা নপারী নমোয়া কংচরিবা হৈরাং লৈয়াং নখুৎনা ফংনা লৌবিদুনা চিনদম্বীরগা তিল্লাং থয়োংনরগা নুংঙায় য়াইফবা ব্রাৎত পাদবা, তাইবংমীখা পোন্দবা, পুন্সি নুংশাংববু পিবিয়ু।। হয়ি হয়া হৈয়ুম।। হায়না ননাইনা শৈগোনজরে।।

''খোইজু লমওক'' হে লৈ কংপা লুক কংপদা শোনবা য়াই, মৈরা কংপসু য়াই ।।

কোরৌ নোংখৌরেন ও: ও: য়ি য়ি লাইলেন ব্রাংবা মৈদিংখৌল্লা নমিরেল মিলেল খৌয়াংবা নংবু খমওই য়াংমোইরক্কী কোল্লে, হৈরম নোংদমলক্কী কোললে, লৈচিক চিকলীবালককী, লৈথম থমলিবালক্কী কোল্লে, কৌবা কৌনু খোয় মখানা খুনঙমখোয়, হুইয়েন চামাই ঙাংফানা খোয়না কোললে, সঙ্গোং হৈমরি হৈময়াম, হৈশুক হৈশোইয়াম, নবেন খোইমোম লাইরেম্মা, মপুই খাগোয়নুংদা লিরৌহে, তিনচা লাইচা তান্না হে, তিনমু লাইমু তান্না হৈনা কোনবা নঙেনে, চিকশা নুবি মশিংখঙ, মমান লুব্রাং তপতে তপতাইববু হায়নিং শাংনা শোমাই য়াম্মে, সিনসু নুবি খুনতে, ঙাত্রা নুবিনা পিখৎখীয়ে, হাউমন য়েৎ ওই কোনফাবা, ঙাইরোং শিংমিৎ নমফাবা, কশানা খুনঙমশিং হুইয়েন লমশাংববু মিংনাইবা ফানাশিংনা কোনবা নঙেনে, চেপপী ব্রাকাথুম কানাক নাকতে লাকফাবা, চিনলেল মাইকোয় শুফবা, অশেং অরেংবনা কোনলে, হাউনু নৌঙৌবী নৌঙৌবা ফানালা, চংবি লামুৎ লায়াইলা, অশেং অরেংবনা কোনলে, লাইরেন নংবু নয়ু থাংচিংখোক লাবগুম্না নাতাং তেম্নৌও, তিমেন তা লাবগুম্না নচিন তুমনৌও, থাংলেন য়াশাবগুম্না নখৌ হেম্নৌও, ব্রাকয়ে হিরাবগুম্না নখৌ চোম্নৌও হাইবগী কৌবা কৌনু খোইনা মৈখু কানা মৈরা চাউনা পুনসি ইনুংশাংনা থামৈ কোল্লিও॥ মানলৈ কোল্লিও হে কোরৌ নেমলে॥

## "কৈথেল ৯গী মমিং"

লাইরেম্বী ৯গী কৈথেন মমিং (১) খ্বাই লৈচোল কৈথেল, (২) তোলোং কৈথেল, (৩) লৈখোং কৈথেল, (৪) লৈচোন লৈমা কৈথেল, (৫) মোইরাম্বা কৈথেল, (৬) ম্না কৈথেল, (৭) খা কৈথেল, (৮) অব্রাং কৈথেল, (৯) য়িমলেপ কৈথেল - হায়রিবা কৈথেলশিং অসিগী মফমদি কংলা মনুংদা শিদা উপান হৌরিবা অমদি খুছোংয়াই অনীগী মরক্তনে থিরগা খঙগদনে॥ কৈথেল অসি লাইরেম্মা অতৈনা কোইনা ফমলগা ময়াইদা লৈমরেল্লা ফমলগা পোৎ মশিং শুনা য়োল্লি॥ লৈমরেল্লা মরু ওইনা য়োনবা পোৎকী মনুংদা হৌদোক্লবা পোৎকী মকোক য়োল্লি, কৈথেল মমিং ম্না কৈথেন কৌই॥

## ''অনম অথৌগী মাইবগী মখা''

খণ্ডগদবা - লাইথোঙ হাংবগী যাবু হায়গে॥

১। লাইথোঙ হাংনবা যাদি - ইবুধৌগী মমিং ''য়ায় মরু নুংশোংবা'' কৌই॥ ইবুধৌ নঙনা লাইগী থোঙ হাংবিয়ু॥ যাহে অসি হায়রগা খুবাক ৩লক খুরগা লাইগী থোঙ হাংগনি॥

২। লাইগী থোঙ লোনবদি - ''য়ায়মরু পুক্সিবা'' কৌই, ইবুধৌ ইবুংঙোনা থোঙ লোনবিয়ু হায়রগা অদুগা থোঙলোনগনি॥

৩। ''মিংখৈ হাঁ হুঁং হৈঁ হেঁ হিং'' ৫শিবু য়াইবিরেল মিংখৈনি॥ ''হাঁ'' না ঈশিংনি, মিৎ ওইনে, ''হুং'' না অপোকপা মপুনি নিংশানি, থৌরাই মচাকনে, ''হৈঁ''না-মিৎ য়েৎনি, কোরৌ আপানবা নুমিৎনে ''হেঁ'' না অহাংবা অতিয়ানে, অতিংঙানে, ''হিং''না হকচাং মালেমনি, ইমা লৈমরেন শিদবিবু পুক্লিংনা নিংগদনে॥ পঙ্গৌ কৌবদি মিৎ য়েৎনে, পলেম কৌবদি মিৎ ওইনে, অসিবু চেৎনা খঙঙো হে মী ওইবা॥

৪। ''হায় নোংপোক অহন শিদবা নচুবু চিংথ্রাউ অঙৌবগী মচু মাল্লিবা খাখোং, লাইখোং, মালংখোং খোং ৩ মক্তা শাগী শানুং শাথুপফমদা থুপপিরো, লুপথবিরো, শিদবা মাপুগী য়াথংনি॥

''যাহে অসি খোয়দা শোনবিয়ু॥ অঙাউবা, অফৈবা, তিনমন লাইমন কাঙবা, ওনিংবা, থগৎপা ফবনি॥ (মাইবি লাইতোংবা ফাবা য়াই) মরম খুদিং কান্নবনি॥''

## ''ঈকৌবগী মরম খণ্ডনবা''

৫। থৌবাই মরুনা চঙবদা মরুলোল য়াবা লোল ৭না শক্তম ওইদুনা মথৌ মঙম শিনথারে॥ (ক) নোংখোঙ নিকলে, (খ) নোং লাউরে, (গ) মৈবী শংঙাইশেন পাইরে, (ঘ) শজিক্লা নোংদমলে, (ঙ) থাবনা নোংখাইরে, (চ) ওকপুলোইনা ওক ঙমলে, (ছ) তাউরোইলাইনা লেংঙমলে, মরুগী হক্তা লৈবা মচু ৭না ঈশিংদা তিনখরে, মরুগী মমিদি লাইজা ঈশিংদা তারে, অশুম্না হক শেমখিয়ে, অদু নোংগী ঈশিংদগী লাই ঈকৌবনি অশিবু খণ্ডউ॥

৬। (ক) মরুগী য়েংথংবা শাখাইনা শালাইলেন অমম্বা হায়না খঙনৈএ, (খ) ওই থঙবা শাখাইনা ঈখেরেল নামুংবী (লাইরেম্বী) হায়না খঙনরে, অনীশুবদা শালাইলেন অমম্বা তোক্তুনা আতিয়া মরু হায়না খঙনরে॥

## "নুমিৎ চয়োল ৭ পুথোকপা"

ঈখেরেন মিংথোন তোক্তুনা লৈশিলেল লৈপুনবী মিংখেরে "থৌরাই মরুনা লৈবা মফমবু কংলা কৌই॥ "লৈশেমলোন" (ক) শজিবুগী ১২নি পানবদা নোংমাইজিং মরু পোকই, (খ) কালেনগী ১০নি পানবদা নিংথৌকাবা মরু পোকই, (গ) ইঙাগী ৯নি পানবদা, লৈবাকপোকপা মরু পোকই,(ঘ) ইঙেনগী ৮নি পানবা য়ুমশকৈশ মরু পোকই, (ঙ) থৌরানগী ৬নি পানবদা শগোলশেন মরু পোকই, (চ) লাংবনগী ৩নি পানবদা, ঈরাই মরু পোকই, (ছ) মেরাগী ২নি পানবদা, থাংজা মরু পোকই॥ অশুম্না চৈয়োন ৭ পোকই অশিবু চন্দন মরম ৭না তকলগা শোন্দুনা পিথকউ ঈনা নাবা অনাবা ফবনে, অহন ৭কী মমিংনে খঙউ॥

## "থাগী মৈ ঈশিং নুংশিৎ পুথোকপা তাকপা"

৮। শজিবু - অফবা মপুং ফাবা নুংশিৎনা পুবা অথোইবা থা, কালেন-মৈ, ইঙা- লৈবাক, ইঙেন - ঈশিং, থৌরান - মৈ, লাংবন - নুংশিৎ, মেরা-অতিয়া, হিয়াঙ্গৈ-অথিনবা, পোইনু-নোংশিৎ, রাকচিং-মহেন্দ্র, ফাইরেন ঈশিং, লমতা-তরং (যোম) অসিশু মদোমদে, অশিবু খঙগনি।

## "লাইপুংথৌ ৯গী মমিং তাকপা"

৯। লাইপুংথৌ ৯গী মমিং (ক) লাইয়িংথৌ হনবা, (খ) খমলাংবা, (গ) মোংবা হনবা, (ঘ) চাখাবা, (ঙ) নাওহনবা(চ) মুরানিংথৌ, (ছ) লুরাং পুন্সিবা, (জ) মার্জিং,(ঝ) কৌবরেল, ৯ অসিনি।

## "শলাই ৭ পোকপী ইমাগী মমিং"

১০। শলাই ৭ পোকপীগী মমিংশিংদি (ক) লাইকোক, পুকশ্রি খোম্বীনা - মঙাং পোকএ, (খ) ইবেম্মা হুইমুলৈমনা - লুরাং পোকএ, (গ) লোইখুম্বী মাংরাই থোংঙাইরেম্বীনা-খুমন পোকএ, (ঘ) পিথেং

লৈমা লাইয়েক চনুনা - অত্তোম পোকএ, (ঙ) লৈমা উলুম খাউচোনবীনা - মোইরাং পোকএ, (চ) ইবেম্মা লৈথম তারি লৈমনা-খা ত্তানবা পোকএ, (ছ) ইবেম্মা নোংহাইনু লিলিখোম্বীনা শলাই লৈশাংথেম পোকএ অশুম্না শলাই ৭ পোকপগী ফংজবা পরমবু মীয়ামগী মফমদা থমজবনি।

## "নুমিৎনা শিবা মাইগৈ তাকপা"

১১। নুমিৎনা, শিবা মাইগৈবু ১শুং থাবু হায়গে।। কালেন, লাংবন, য়াকচিং থা ৩শি নুমিৎনা মথা মাইগৈদা শি।। ইঙা, মেরা, ফাইরেন অশিনা নোংচুপ্তা নুমিৎনা শি।। ইঙেন, হিয়াংগৈ, লমতা অসিনা অৱাং মাইগৈদা নুমিৎনা শি।। অশুম্না লৈবনা পক্নৌ মশক লেপকদবা নুংগী মৈয়ুংশি য়ুমফম ৩বু য়াইবী খোংচং চেংনা তৌও।। খত্তবা, হুনবা, লাকপা লেপচবা ত্তম্বা মাহাক্তো মীথোই মীহেনবা শোইদ্রবনি হে মীওইবা।।

## "লাইপুংথৌ ৯ পোকপগী থা-নুমিৎ তাকপা"

১২। ত্তসি মেরা থাগী ইরাই নুমিৎতা কৌব্রু পোকই, হয়েং থাংজা হিয়াঙ্গৈ থাদা থাংজিং পোকই মমিং থ্রিং থ্রিং কৌই, হংচিৎ কৌবা নুমিৎত্তি লংমাইচীংনি থাদি পোইনুনি, চীংউবা লাইদি নোংপোক নিংথৌনে, মশেম কৌবদি নিংথৌকাবনি থাদি য়াকচিংনি লাইদি য়াংব্রেম্মী, লৈমরেনগী মমিংদি মিৎচি মা খোম্বী মিৎচি হোরোল খোম্বী কৌএ, মরৌ কৌবদি লৈবাকপোকনি থাদি ফাইরেন থানি লাইদি খানা চাউবনি (লোক্সীংথৌনি), মাকাপ কৌবদি য়ুমশকৈশনি থাদি লমতা থানি, লাইদি মর্জিংনি মশিং কৌবদি শগোনশেন্নি।। থাদি শজিবুনী, লাইদি লাইয়িংথৌ শোরা ত্তানবা লাইহাং থৌবা, লাইরেম্বীদি শোরা ত্তানবী লাইহাংথৌবী কৌই, চীংদা লৈরা চীংশাংলাকপা, চীংশাংলাকপী কৌবিনে।।

## "তাইবং মরু হুনবগী মরম"

১৩। পাখত্তবনা নোংথাংলৈমদা লৈহিংনু লৈনপক, হায়না কোম্রুবদা, নোংথাংলৈমনা পাখংবদা অকখিবা মরম, নুপী ওইহৈবিগী থাগী খোংকাপ হান্নগীদি, ইমানে।। ২নিদি ইচেমনে, ৩নিদি ইনেমনে, ৪দি ইন্দোমে,

৫দি ইচমে, ৬তি ইচানে, ৭তি ইমৌনে, ৮দি ইতেমনে, ৯দি ইনাওনুপীনে, ১০দি ইতুনে, ১১॥১২॥১৩॥১৫ দি যারে, ১৪দি নামুংনৈএ, নিপাদি পোকপগী ৩দি নামুংনৈএ, অশিবু ওক্রা চংপা মীদি মী অথোয়বনে॥ অশিবু লাইগী থৌরম চংলিবা অমাইবশিংনা ওক্রা চংকদনে ১শুং খণ্ডগদনে হায়না থম্বীরমই॥

১৪। হয়ুম অতিয়া শিদবনা হরাউবা হয়িচক্কী চহি ২৫শুরকপদা য়াইবিরেনশিদবনা হরাউবা হৌখি॥

পাখংবগী মচা গুপ্তংবনা লুচিংদুনা হরাউবা হৌখিবা নিংশিংবনি॥ পাখংবা হরাউবদগী শরোই খাণ্ডবা হৌখি॥ শোরালেনগী (শলাইলেনগী) লাণ্ডওনবা মশাবী শবাংম্না মহিরেল ম্না হাক্তক্তা হিগোক কুমলংলেন্না হয়িচক্কী মতমদা হৌদোকলম্বনে॥ লংদাই পুয়া লা: ১৩০॥

১৫। শরোই খাণ্ডবা হৌদোকখিবা লাইরেম্বীগী মমিং (ক) হেংপোক লৈমা মোনশাণ্ডম্বী, (খ) ললহানপুং লৈমা হেমোইবী, (গ) নোংমৈপুং লৈমা অহমনু, (ঘ) লাংজিং লৈমা পিয়াইনু, (ঙ) লিরা লৈমা তংগোন চাইবী, (চ) চীংঙা লৈমা লালহৈবী, (ছ) পিশুম লৈমা শাক্ববী অশিনি, ফি শাবা হৌদোকপা ম্না খোংনাং লৈমানি, ফি লোনবা হৌদোকপা হেরোংলৈমনি, ঔগলি শকপা হৌদোকখিবদি লোইম্নুম্না নিংথৌগী ম্না হাক্তক্তগী মাইবনা ঔগলি শকপা লাইরোন অসি হৌখি॥

## "উমংলাই হরাউবা"

১৬। উমংলাই হরাউবা হৌদোকখিবা ১শু হায়গে। (১) (ক) তিংলি বাফোংবা, (খ) লাবা নোংলৈ ফাবা ২ অসিনা মৈতৈ লাই হরাউবা হৌদোকখি॥ নোংইন্নু পথুপ পুয়াগী লা: ৫দা য়াউবনে॥

১৭। শলাই ৭কী কশা অপোকপা তাইনবা, অমশুং খুজং-খুজংগী লাইশক খণ্ডনা, শলাই মশক খণ্ডনা অমাইবনা তাইবিগনি॥ (ক) মঙাং শলাইগী কশা অপোকপদি য়োইরেন তোনপোকপা কৌই, (খ) লুবাং শলাইগীদি - কৌব্রুচীংদা লৈবা লাই অচিবা কৌই॥ (গ) খুমনগীদি-অউবিলোইনাই কৌই॥(ঘ) অঙোমগীদি - নোংথৌ শোরাজেন কৌই, (ঙ) মোইরাং

শলাইগীদি - সম্ভোং লাইয়িংথৌ কৌই, (চ) খা ঙানবগীদি মার্জিং চিংদা পানবা লাই মার্জিংনি, (ছ) শারাং লৈশাংথেমগীদি মাললংহৃম ওইবা কোই, (জ) হৌরোক কোম্ভৌ শলাইগীদি - লাইরেল কোংচিবা কৌই।। (ঝ) উরোক উশাইগীদি আভিংঙা শিদবা কৌই।। মাগী মাগী শলাইগী লাইশক মতুংইন্না কবোক অথুম অহাউ হৈ লৈ থুম মোরোক, য়েনশাং মনা মশিং মরম শুনা হাওনা কশা তাইবিগনি।। অশি তৌবিবদা খুলগী ১দি, শাগেগী অফবা তিনয়েৎ-লাইলেংপা ফবনি।। খুনকাই লৈকাই, খৎনা চৈনবা ফবনি চেংনা তৌবিয়ু।।

## "খোংচোমনুপী ঙকি মমিং"

১৮। কৌরৌও নোংবান খোংচোম নুবি মতা ঙকী মমিং (ক) লুরাং চনু খোচোমনুবী, (খ) খোমথোক মরা ইমাবা চনু।। (গ) তোংচেং নুরাবী, (ঘ) য়িঙেন নুরাবী, (ঙ) ঙানুরোল লৌশিকাম চনু, (চ) খুৎখোইবা চনু লৈমা য়াংদৌ অতাউবী অসিনি।।

১৯। নোংপাল হাউকু আতাম শোইশেনবা ঙকী মমিং (ক) হাউকু হুইওকরানবা, (খ) আতাম শোয়শেনবা, (গ) মুইয়িম য়াইশিংলোয়, (ঘ) হাওকু পাখং, (ঙ) হাওকু হৃয়য়ু ওক রানবা, (চ) হাওকু লফু ইনাবা অশিনি অশুম্না ফংজে।।

২০। লৈহৌরোল পেনাগী মরোল হায়গে :

(ক) লে-রি, লে, রি, লৈ, হৈ, হৈ, হৈ অসিবু ওলক খোংগনি।

(খ) য়া ফম্বান্দা, ফমবান লাংদা লৈরিঙৈদা খোংগদবা মরোল্দি লৈ রে হৈ অহমলক, রী হৈ ওলক, রে রী রে হৈ লে রি হৈ অসিনী।।

(গ) লৈতাই পেনা মরোলদি - রি হৈ রি, লা রি লা রে লা রি হৈ হৈ অসিনী।।

(ঘ) চক্কী খোংগুম্না মরোল - রে রে রে রে হায়না খোংগনি।।

(ঙ) নোংমাইগী উয়ানবা মরোল - রে রে রৈ (২) রে রি রে রে।।

(চ) লাইকৌগী পেনা মরোল - রে রি রৈঁ, বি রে রি রেঁ রা, রে রা রিহৈঁরা, রে বে রি হেঁ, বে হৈঁ রে রে রৈ রৈ, রি রা রি রি, হৈ রে বে হৈঁ রে, রি র রি রৈঁ, বি র রি হৈঁ রে, বে রৈ বৈ (২) রে অশুম্না ফংজে॥ (ওবা উয়ান)

"পেনাগী হৌরককম"

২১। হে তাইবংপানবগী মপুবু খুরুম্না ইজবকে॥ মীওইবনা পোকলং, মরমবু লৈনুঙবা লৈপুঙ চক্রিবা খুংথোংবা কৌবদি নুংশিং.ন, তাংক্রিকপীদী ঈশিংনে॥

শিংলিগী মীতোন খজিক্তগী অহোবা লাকয়েঙ্গা হায়নবে॥ মাবু তংতবিবা মখে পোককদবনে॥ নুপী, নুপা ২মনা নুংশি নুংঝোনবা অহোবা মফমদা কোননা হায়নবে॥ খোইনৌ কৌবদি পাম্লোইবীনে, পেস্মাদি স্না মহিনে, পেস্মানা নাউয়োম ওইদনা খোইবিনে, চক্রিবা খুংখোংবা কৌবদি স্নামহিনে, অংক্রিবীদি পানথোইবিনে, ৱাবম ১শু হায়গে - থোংঙাবেল্লা ৱাবা কৌবদি থাগী ঈপাল্লেনে, মপাল শাহলে, তোকপদী (থোকপদী) ফম্বিনে, সাবিদি মহী ময়াইনে (মহী মহাউনে) থোংঙাবেলগী যুম্বী পাইনা পাউনৌববুদী যুম্বি কৌবদি মীউবিনে, পাউনৌ কৌবদী চান্নবনে, পোইরেতোন কৌবদী অঙাংনে, চাক্রিবা খুংখোংবা, তাকুপ তাঙাই য়াং হাইবদী নাউফমনে, তাংক্রিকপদী খোইবিনে, তাংপোম তাংয়াং শাবা, চংনিং হেনপা মোইফেংবা মবি লিশাবা, মারাং লাংশাবা, ওনতৌরিবা, শাকাবিবা, হায়বদী ঈমু ঈনাইখিবিকপু হায়বনে॥ হিংনা চাবা মরম চাম্মা, মুন্না চাবা মবম চাম্মা॥ হায়বদী "খোইরিনে", নাউফমদী "থানে", খোইবিদী "নুমিৎনে", হায়ম্ব্রিবা অসি পুম্নমক্না মশক ফাউনা হায়গে॥ নুমিৎনা মক্তনে, থা কৌবা লাইনা মমাই ওইরে॥ থাগী মনুংদগী হৈবোং পাম্বী অদুনা পেনাগী তেংখন ওইবে॥ মখুল অখুবা হায়বা অদুনা পুংগোয়গী মনুংদা ফাউকদুনা অয়াম্বা হায়খিবগী, উং খোঞ্জেন অদুনা শিংলি মৈরোম্বা ওইরুদুনা পুংগোয় মনুং অদুদা॥ উয়েক ওইখিয়ে॥ শিংলি মৈরোম্বগী, মতোন অদুনা তাইবং পানবগী পেন্নরীবা, মখুল অদুনা॥ উতোং ওইদুনা, উয়েক ওইবিবা শিংলিদা হুকলে॥ উয়েক ওইবা॥ অশায় হায়ম্ব্রিবা খোইবি অদুনা চৈজিং ওইবে॥ মরি লিশাবা,মরাং লাংশাবা পুম্নমক্না পেনাগী শবিক

ওইরে॥ লাইফম অদুদা হৌরিবা তুশিং অদুনা অনীনা তকনরদুনা মপান খোক্লা অইবং পানবনা পেল্লরে হায়বদি পেল্লা কৌরে অশিবু মপান খোক্লা খোংবনে, তাইবং পানবা পোক্লবগীদমক অসীবনা হায়া খোংএ॥ অসিগী মতুংদা পাখংবনা কে কে মোইরাং লোইরেল ম্না পুংদা চহি ১০০ (চাম্মা) পাক্লশা কুম শুরে হায়না কংলে খুল কারকপদা থাংজিংনা পেনা খোংখৎলকএ॥ অসিগী মতুংদা অইবং পানবদা খাবি লাইতোং ফাবা খোংবা হালবদী মমিং যুমনাক হায়গে॥ নাহাবা মোইরেং চাম্বনা খোংবা হাল্লে, নাহাবা মোইরেং চাম্বনা খোংবা মতুংদগী অইবংপানবদা খোংনবা হায়দুনা খোম্না (তুম্না) মরু ওইরে॥ মুকম্ু হাইমৈ চোনগী উম্না তিংঙে উয়েক উতোং হাল্লে, চৈচিংদী নোংশারীকনা ওইরে, মারী ২মতি সামুজেন অয়াংবা কাঙেদা, সমথরকপা কেরৌনোং শাগোল অপাইবগী মামৈনা মরী ওইরে॥ ম্না খোংনাং লৈমগী সামুজেন ফাবগী খোংলি মশুং তম্না লংলা (চুপ্) চুমপুন ওইরে, অসিগী মতুংদগী খোইতোম, মামতোম ২ মকনা কে কে কংলৈ লমখোক সকঙেদা খোংলমএ' অসিগী মতুংদা আসৈপনা সকএ॥ নিংঙোন য়াইমাপানা খুংলাই অয়াবা পুখোকতনা খোংএ অসিগী মতুংদা খোয়মোম লাইয়িংথৌ খানা চাউবা সক্লোং মোরিবনা নোংচুপ খোংনাং ময়াং, অখেল খোমা কৌনা পোকলুঙেদা লাইয়িংথৌ খাগেম্বগী হাকথক্তা খোমানা যুবি পুখোকলতুনা খোমদগী যুবিনা শিল্লে॥ পেনা অচৌবশি শাখরে, চৈচিংদি তেংনৌ য়োং কোন্না শিল্লে, সরিক্তি পেল্লা হৈরে, অসিগী মতুংদা পামহৈবা নিংথৌগী হাক্তক্তা অশৈবগা তিল্লবা পেনা খোংবা ময়াম খায়দোক্তনা পেনা লোইশং লিংলে, পেনা শংলাকপা হাপলে, হঞ্জবা হিদংশু, হাপলে॥ অসিগী তুংদা পেনাগী লোইশংনা চিংনা অকপদি হংম্রবদি হায়হৈদে হংলবশু অকপদী নামুংনৈ, অশুম থম্নীরমই, লাইরিক খুবাক খুনম॥

## "থৌনিরোল শৈথালোন"

হঁ হুয়ী হয়াহে - চিংউ খোইয়ুম লাইয়িংথৌ - লাংহৈ কুমজা খুদিংগী লোইলাম থাজা, থাজা অহননোং থাজা খুদিং চিংগু লাইরুপ পুন্নমক, য়েংনা থৌগল্লবা লাইয়িংথৌ॥ অবাং কৌব্রু অশুপ্পনা নমথাং ওই॥ থাংজিংকোইরেন নিংথৌনা নমঙা ওই, ব্রাংনু লৈমা খোংজোম ফাবিচা, ব্রাংবুরেন খানা চাউবনা

খুনেং ওই, অমাং থাংবাই মায়া নিংথৌনা মাগী অংবল ওই॥ নোংপোক মালং হমমোইবনা নোংপোক চাকমিশেল ওই॥ চিংগু নোংথৌ শোয়ামেয়া লুপাগী থকখন ওই, তিমি নিংথৌ শিদবনা মা পোলাংখোক ওই, য়োয় ময়াই মা খোমদোননা শেকপিন ওই॥ লোইদাম থাজা পাথংবনা মৈরা ওই॥ মালেম লৈরোল অরেংমকনা তুলাইফিদা ওই, য়োইবু নোংমোইনু অহোংবিনা, তরা লুকমাইথোং য়েললম মথেন শেম, য়োয়বু শিংজা খোম্বীনা লাইরিক মাংদা থানা য়োইনয়ে॥ নুমিৎ চয়োন তরেংমক্তা, খোইমোম হিরৈমা তরেংমক্তা চরে কিশেংলান, কাংহে মিতম শুনা হয়িং পেংলোইহম, য়ামলা হমাই মাইরেং হৌনা মালং নুংশিং খমখোল অয়াংবনা ভোংলেল তগ্না শিং, লৈনম উনবী পুক্লীংহনা মা কাকোক ওই, য়োইনা থৌগননৈএ, মালং লাইজা, খাম্বি ৩মনা চিংউ মাগী উনগোই ওই, থবিয়ুম, চুমথাং নোংথাং ৩ (অহুম)মনা খোয়ুম মাগী নাউয়োম ওই, চিংউ লাইশিঙ বাংতনা য়োইনাই থৌগন্নবা হে খোইয়ুম লাইয়িংথৌ চিংউ নপাচা খোইয়ুম নপিচানা, ঙসি কোরৌদা, হৈরাং হৈশিংশু, লৈরাং লৈশিংশু, চিংউ নথৌ খনববু য়াইফললবু কুবিয়ু হৈ য়া হে হৈ য়ুম॥

## "কোহ্বালোল"

হৌ......কংলৈবু লমহনলো, লমলেলবু ২ থোক, তুনেমবু ৩ থোকলো তমপাকলোল ৫মক, লৈমুলোল ৬মক, লৈখাবী লৈয়াম্বী অপোকচনু খংঙোই য়াংঙোয়নু, তমপাক লৈশুক লৈশোয় য়ামপিও, ঈবু শিজবা ইবুংঙো লাইয়িংথৌ নোংথৌলেন অথোয়বা চিংগু নখোংখাদা নশু হে ইবুথৌ, হে ইবেম্মশিংনা পা থোইগে, পু থোইগে কবোলাক, ময়াংলাক, মীলেং পানগা, মীবাই লেংতোনকা ইপুসি ইনুংশাংনা হায় হৈ লৌহৈনা পানগে হায়বগীদমক "ঙসি কোরৌ "নুমিৎ" লোইদাম থাজ (পানবা) অসিদা ইবুংঙো, ইবেম্মা ২বু কোরৌ লোংলুম পান অঙৌবনা কোরৌ নোংবু অই॥ মালেম লৈম্রা অঙাংবনা মালেম লৈবু অইনা মা কোনগা থা, লুপা কোনগা হম্নবনে, হৌফলো হে হৌ হে হৌ হে হৌ॥

"ঈকৌলোল পরম অমা"

হৌ.....ঈলোয় ঈমুদোনবু ঈমহল্লো, ঈমুলোন ৬মক, ঈত্তৌলোন ৯মক, ইঙাংলোন ৭মক, ঈথামবী, ঈয়াম্বী, ঈপোক চনু ঈশুক ঈশোয় য়াম্বিও, ঈবু শিজবা ঈনিংথৌ, ঈথায়লেন ঈথৌবদি ঈপাথোই ঈপুথোই, ঈমুলোন ৬মক, ঈঙাংলোন ৭ মক ইমু ঈখম্না-ঈশুক্লা ঈতাইরবনে, হৌফলো-হৌফলো-হৌফলো॥

*"কবোক নাচন ৭তা ৱাহৈ অসি হায়দুনা কবোক অদু ঈশিংদা চাইবদা খুদক্তা কোংগোন থাগদবনো॥ নক্লা থারবদি ফৈ, খরা লাপ্লা থারবদি মতম খরা চংই, অশুম খংগনি॥"*

"ঈকৌলোল"

ঈমু হৌরো, লাইজা তরং ঈহৌরো, ঈত্তৌ ঈথামবী ঈমুলোন ৬মক, ঈত্তৌলোন ৯মক, ঈঙাংলোন ৭মক ঈলোয় ঈমুদোন ঈহৌরো, ঈমু ঈতাইনা ঈকৎচগে হায়বগী ঈশাবী য়াংদৌ ঈহেন্না ঈথাবীয়ো, হে ঈলাই লৈমা ঈখে নিংথৌ, নামুংবী নমুংবা ইবুংঙো ইবেম্মবু ঈতায়জবনে হৌ হৌ হৌ॥ অশুম্না হায়রগা ঈশিংগী ঈমাই হায়দোক্লগা কবোক চাইগনি, শিংজু চাইগনি॥

"খৈয়োম লোল- ১

পাখংবা ঈকৌলোন খৈয়োম থাবা"

১। মহৌ হৌফলো ৩লক হায়রগা খুরাই কংলৈবু লমহনলো, ৱাংখৈ কংলৈবু লমহনলো খ্বাই কংলৈপু লমহনলো, য়াইস্কুল কংলৈপু লমহনলো, টিংঙু নোংদোন লাই পাখংবা কোলৌথক্তা লৈরে, মালেম লৈয়াই থক্কী লাইজ ইমাইথক্তা য়াতাবিয়ো, মালেম লৈখানুংদা লৈরে, মালেম লৈয়াইথক্কী লাইজা ঈমাইথক্তা য়াথোকপিয়ো (য়াতাবিয়ো), হে ইবুংঙো ইবেম্মা ২মকপু পলেম ইমাগী শক্তম লৌ, পহৌ ইপাগী শক্তম লৌরগা থৌনিজগে হায়বগী ঙসি লোইদাম থাজ পানখৎলকপা, শিথরকপদা (থা অমসুং থবানগী মমিং, নুমিৎ মমিং, খুনগী মমিং হায়গনি) ইখুন খুনবুং অচংবগী নপারি নমোম পোইরে তাবা খৈবিক্লা লাইজা ঈকৌ

অমজরি, খৈয়োম লাংগা থাজরী, খুনজাওববু পিবিয়ু চিংউ হোইয়ানশে, খোইযুম হোয়চোন্নশে (খৈয়োম থাগনি)॥ লাইয়িংথৌগী খৈয়োম খুৎ ওইনা লাইরেম্মগী খৈয়োম খুৎ য়েৎনা পাইরগা খৈয়োম থাগনি।

"খৈয়োম লোল - ২"

২। কেরৌ নোংথৌরেল ওঃ ওঃ ইঃ ইঃ লাইরেল ব্লাংবা মৈদিংথৌ স্না নমিরেল মিরেল থৌয়াংবা নংবু, পলেম ইমা লৈমরেল শিদবী তম্পাক লৈয়েল হনবী পলেম ইমানা লাইরেল নংবু হিকৌরকলে, ঈঙাং হিঙাং লাংদা থুগবরা থুদবা লাং, হয়িং পেংলোয় লাংদা থুগবরা থুফদবা লাং, শালম ফৈথিংলাংদা থুগবরা হায়ববু থুফদবা নঙবু চরোংকী লাংদোন বাইনা লাইজা ঈরেন পুঙগী ইমাইথঙ্গা চিংউ নশোং চাউনা ননা হায়না হুম্না খিং খিং য়াকা বিরকও॥ চিংঙু ইবুংঙো ইবেম্মগী নফমলাংদা নকুম কুপ্পি কুমকাউদনা, নথা থাবি থকাওদনা ঙসিও কোরৌ নোং য়াইফবদা নখুন খুনবুং অচংবগী নুংঙাই য়াইফবা পুন্সি ইনুংশাবা থৌনিজগে হায়বগী পারি ইমোমশিংনা খৈয়োম পরিং লাংশং হুঞবী য়াইফববু পিবিয়ু হৈয়ি হৈয়া হে॥ (খৈয়োম থাগনী)

"হোয় লাউবা"

*হৌ... হোয় হোয় ..... হোয় হা: হা: হা: (হোয় ৬)*
*হেলিম্লো হেলিম্লা - হোয় ... হোয়... হোয় হেলিম্লা"*
*হৈয়ুতে খুম্লাইতে - ... হে হৈয়া হে*

শিবু থোইনা হরাউবা লৈবরা আ: লৈবনে॥ শে, শে, হৌ শে য়ানশে॥ হৈয়া মাবু শৈহৌশে, হয়ী হৈয়া মাবু শৈহৌশে, শে শে, হৌ শে য়ানশে, হা ইবেন অপাম্বী অঙৌবা মচনশে নচা অনীগুম তৌশনো শোরোকখাইজা মখাইজা শেকপীনা নেম নেম নোইবদি চাওবা মকোইশে চাওবা মকোয়সে অঙৌবা আ শগোন্নবরা, নোংথৌলেলগী শাগোননে, এ: মমিং কেকে কৌবনে এ: অঙৌবা আ: শাগোন্নবরা ॥ ইংখোননু শংবননু শংব এলাংনু, তোমবী তোমবী নাতুম্বী শিংজু শুরম্মু, নংগী শিংজু য়ায়নম্বী কনানা চাবিনী॥ থোংনাং চমপ্রা য়াইবী খুনোল পানমুবা খুৎতা পানা গিবা নুংশিদবরা? পেম্মা লৈহাউনু, পেম্মা লৈহাউনু

লৈহাউ য়োনগে চৎখিবা, লৈহাউদি য়োল্লমদে মানা পাম্বা নিশাদা খুদোল থোল্লমলে॥ আবাংলোমদা কাখিবা থাংজৌ লেংদা খোংদুনা কায়রংবু য়ানগে চৎখিবা কায়রংবু য়াল্লমদে পাখৌ মচল থোইবিদো (তোম্বীদো) শমুনা ওইরোম থংবদা আ: তালোইনি হায়রদুনা পাচুনরম্মে॥ ঙাপ্রম্মা উকাবা, কাখোক্তনা কাবোইদা উতোন লোম্মীদা॥ থরোইনা মিচিকপা চিকথোক্তনা চিকপোয়দো শরু ফংইদা॥ উদা কাবা ককচেং ও:, ককচেংনিংকাংবী॥ ঐনা কাংগে কাংদেএ, ককচেং ঈহৌশা॥ বারক হৈজাং নম্বোনবী, হৈজাং উনথাবী, ঐনা থাগে থাদেএ:, লাইনা থাবনে॥ লমফেন নাউবা কোনবিলে, তাকয়েন্দা শাংপী কুন্দোম্লে লৈরাং চুনৈদা॥ মোদোললৈ মোদোললৈ পুম্না চিনশি চাউমল্লি তংখাই চিনশি পিকমল্লি॥ মশুংনা চিনশি ফরক তাই শাবিনা লৈপাল্লবিঙে ননাউ কেজগে॥ লৈশু নিংথিরে, কোংয়াংশু ফজরে॥ শাবম্না লৈবি লৈখোংশাং কোংয়াং লৈনুংশি॥ লফু মরুনা মন্ত্রা ওই, মন্ত্রানা অঙাং ওই অঙাংগী মমা খ্বাংদা কোল্লো॥ লাহয়িংথৌ লাইরেম্মা কংলৈদা জগোয় শাশি লাউ॥ শাবিনা লাইপানরিঙে ননাও কেজগে॥ নোংথৌ য়েনদি চাগনো॥ নিংথৌ কাংগনি॥ শা কোমগ্রেক চাগনো নশম শাংগনি॥ তখেললৈনিদা অদোবগুলাপনি তখেললৈগী মনুংদা চিগোংলৈনা নুংদা থমলিবদো, চিনদুম চিলহৌশে॥ য়েংউ য়েংউ শাংলিবা লৈশে শাইগী মতেং পাংবা লৈনি॥ নুরা কুমশুমলৈ চীংগী থম্বাল উথম্বাল তমদা শাংচরো শনজেন থোংগী থোংয়াইদা মৈরাম্বা মচিন মনাওনা 'চেন্না মাংজোং চোংবদা কুনজা কাউখাইবে॥ বাখা তাবা কোইজোম্বা মীগী ফমজাও কাগনবা, মকোয়না মকোয় চোম্বনে, মাগী মকোয় অদুনা কক কক থিনবদি ইখং খংইদা, থোংজাউ হায়রোং মপান্দা নচা ইচা চান্নবা হারৌ তাল্লুশে॥ নোংনা চুবনে লম্বীনা নানবনে, শাবিনা লৈরাং হেকখিবা করম তৌনা লাককবা, লৌরিদা উপথু, শাবন্দা লোংখাক, অশুম মরাকএ:, নহাবী লৌকুম অঙনবী লৌকা মান্নশি, কুমথেন থেন নাকুম থেন থেন॥ অশুম্না হোয় থাগনি॥

*অশিগী তুংদা লাইপুগদবা পুগদবীদা লাই হাম্না লোইরগা লাইমাই লৈথোকপগা লোইন লোইননা, মাইবিনা লাইকৌলা পুখোক্তনা লাইকৌলা থারগা পেনা অনোয়রোন শকুনা মাইবিনা হুকচাং শাবা, পাময়ানবা, য়ুমশাবা, ফি শাবা লোংখোনবা, চোংখোঙ শান্নবা অমসুং*

*মাইবনা লাইরেন মথেক, য়ুমজাউ পাফন চৎপা লোইরগা ৱাকোন লাউদুনা লাই লোইশনগনি॥ লাইগী পোং পুন্নমক লাইনুংদা চনবা লোইরগা ৱাকোন লাউগনি, পেনা খোংবনা লাই তেথগনি (শুমগনি)॥*

**ৱাকোল লাউবা** - মাইবনা লাউগনি॥ লাই পুবা পুবি পুন্না লাইমাংদা নুপামখৈনা লাইয়িংথৌলোম থংবদা লেপকনি॥ নুপী মখৈনা লাইবেম্মা লোম থংবদা লৈগনি॥ মাইবা, পেনানা ময়াইদা অমসুং মাইবিনা ৱাকোন ... হৈ-লৈ লুকমাই অমদা হাপ্লগা জগোয় শাদুনা ৱাকোল লাউবা য়াওগনি॥

## "ৱাকোন লাউবগী মরম"

হৃদক্কী ৱাকোল লাউবগী ৱাহনথোকসি ইবুংঙো ইবেম্মা ২গী মতিক ময়াই ওইরিবা মৈ. ঈশিং, নুংশিৎপু ৱাকোন, ৱাইনু, কাকয়েন অশুম্না শৈথারগা লাই শান্নবা হৌবা নুমিৎতগী চিংউ মতিকপু ফাজিল্লগা, তাইবংনা লাইবু থৌনিজদুনা হৈ-লৈ কৎতুনা অফবা মরম খৈবিকপু নিজবনি॥ লাই লোইবা নুমিৎতদি ৱাকোন থাগনি॥ নহান কোরৌদগী, মালেমদগী চিংউ লাইগী মতিকপু কৌজবা অদুবু অমুক হন্না মাগী মাগী লৈফমদা থিনগৎকনি, অসিবু নুংগাবা কৌই॥

## "ৱাকোন লাউবা"

**ৱাকোল্লো ৱাকোল্লো ৱাকোন্না কাপপা লিকাপপা, ৱাকোন কনোয় নোয়॥ ৱাইনুও, ৱাইনুও, ৱাইনুনা কাপপা লিকাপপা, ৱাইনু ইনেম নেম॥ কাকয়েনও কাকয়েনও, কাকয়েন্না কাপপা লিকাপপা কাকয়েন কানোয় নোয়॥ ৱাকোল্লো ৱাকোল্লো চীংদা তাবা ৱাকোন্না তমদা তাগে মহায়য়ে, তমদা তাবা ৱাকোন্না চীংদা তাগে মহায়য়ে, ৱাকোন্না ফাশে লিফাশে ৱাকোন কনোয় নোয়॥ ৱাইনুও ৱাইনুও, তমদা তাবা ৱাইনুনা চীংদা পাইগে মহায়য়ে, চীংদা পাইবা ৱাইনুনা তমদা পাইগে মহায়য়ে ৱাইনুনা ফাশে লিফাশে ৱাইনু ইনেম নেম॥ কাকয়েল্লো কাকয়েল্লো তমদা তাবা কাকয়েন্না চীংদা তাগে মহায়য়ে, চীংদা পাইবা কাকয়েন্না তমদা পাইগে মহায়য়ে কাকয়েন্না ফাশে লিফাশে কাকয়েন কনোয় নোয়॥ থোইদিংও থোইদিংও, থোইদিং মকেরে, হংগামও হংগামও, হংগাম মকালাম, কবোকও কবোকও, কবোক মকেরে, পোংনরে পোংনরে পোংনা হৌনরে, কুমথেন থেন নাকুম থেন থেন অশুম্না থাগনি॥ মশিগী শৈশক**

অসি অমাইবনা ঊশে হাগ্না শকুগা, ময়াম্মা খুমগনি অসিগী ভুংদা পেনা অশৈবনা লাই শুমগনি॥ লাইরোই নুমিৎকী লাওবদি-ফাবগী মতুংতা, থাশে হায়গনি॥ কনোয়গী মতুংতা তনোয় নোয় অশুম্মা লাউগনি, অশুম্মা থম্বীরমই॥

## "শারেল লৈহৌলোন"

শারেল কংপা হায়বসি মরম ৩ থোক্লা লৈ॥ মদুগী খণ্ডনবদি শরেল কংপা হায়বা অমা, শরেল চনবা হায়বা অমা, শরেন তুবা হায়বা অমা॥ অশুম্না মরম অহুম থোক্লা তাকপিরম্মী॥ কংপগী হান্না থমজগে॥ শরেন কংপা - শরেং ১, ভাপাং ৭, শরেংগী ময়াদা ম্না লুপা কোনয়াই হাপকনি নত্রগা চেং অষ্টৌবা, আভাংবনা কোনয়াইগী মতুং শিন্না য়াই॥ অথেনপোং শিধা ১, থুম মপাক ১, থাউ, পাম্নাউ শিংনাও চক্ফু ১, উয়ান ১ চক্ফুদি চেং হৈগনি॥ হৈবদি খুনগী ওইরগা লাই শেল্লুংবনা নত্রগা শেলুংবিনা নত্রগা চাক থোংগদবা নুপা অদুনা নত্রগা মাইবা মাইবিনা হৈবশু য়ায়, অতৈদি য়াদে॥ উয়ানগী মনুংদা মরোই মপাং, অলু, হৱাইনচিংবা হপ্পগা চক্ফু অদু মাইগৈ খণ্ডনবা মপান্দা থাংনা খজিক্তং খুদম থমগনি॥ উয়ান্দী থমদবা য়ায়॥ চাক থোংনবা চক্ফু লাইয়িংথৌগী মপাদা লা মচেৎ ১ উপ্পা মতোন্দী লাইলোমদা ওনশিল্লগা থাগনি॥ অদুগী মথক্তা চক্ফুগী খুদম থমলিবা অদুনা লাইলোমদা ওনশিন্দুনা থমগনি॥ লাই লৈরিবা মাইগৈবু ফম্মেন (ফমলেন) কৌই॥ অশুম্না উয়ানশু লাইরেম্মগী মপাদা লা ১ মতোন্দী লাই শুমাংলোমদা ওল্লগা থাদুনা উয়ান অদু থমগনি॥ মশিগী মনুংদা ভমু ফুমলৌ লৌনবা ভমু ৩ নত্রগা ১ ওইরবশু হাপনৈ॥ ভমুদি অহিংবনি॥ শরেংনচিংবা ভাশিং অদু চংবী স্নাতোন ১গী মথক্তা হাপ্তুনা শরেংগী মকোক্তি লাইলোমদা ওনগনি, মৈরা ১, অকংশেন (দক্ষিনা) ১হপ্তুনা শেল্লুংবা অমদি চাক থোংগদবা মী ১শুং লাই শেল্লুংবী য়াউনা, মাইবিনা শরিক খিংলগা অমাইবনা অনম অথৌ ১দি তিনকোক লাইকোক্লুনা, শরেল লৈহৌলোন শক শোন্দুনা কংকনি॥ খুনগীদমক কংপনিনা পি-পা নাম্মা তাহনবদি ফংতে, তঙাইফদনা শেলুংবা শেলুংবী য়াউবা ফৈ॥ খুনগী পা ১গী পি ১গী মতুংনি॥ অশি লৈত্রগা খুনগী অহন, অতেক অকায় য়াউদবা য়াউদবী ২না মতুং শিনবা য়াই॥ হুন্দক্কী খুনগী হারাউবগী থৌরম অশিবু কুপ্পা থিরম্নবদি, মরু য়াম্না হকই॥ য়ারিমথৈ

শমজিন্দবা কৈ॥ অশম্লীদি তাইবংগী ১দি মাইবা মাইবিগিশু হৈনবিনি॥ অশিবু লাই পান্নবনা কুপ্পা ইখুন্গী ১দি মিয়ামগীদমক্তা থিজিনবিগনি॥

শরেন চনবা - মথক্তা কংলিবা শরেং অদু কংপা লোইরবা মতুংদা কায়থোকলগা শরেংগী মখৈয়াং অরোইবা মফমদা থাগুনা ককলগা মমৈশু মশা খজিক্তং য়াউনা ককলগা লাইবুং শংলেনগী চুরি তাফম, লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা ২গী ময়াইগী মপাদা খুবোম ১ লুনা তৌরগা স্না লুপা কোনগ্লাই থারবা মতুংদা শরেংগী মমৈ অদু ময়াদা থিংজিল্লগা (চিকহল্লগা) লাইলেল তাউ লোইলাইনা মৈবু য়ানা চিকতুনা খুল অদুবু ১শুং লৈকাই অদুবু য়েক্লুবা কল্লকপা হয়ান চিনথি, মীশি মীনা থোক্তনবা, শাথে লালথেসিল্লক্তনবা, খুনকায় লৈকায় থোক্তনবা, খংনা চৈনবা খিবিকপু থোক্তনবা খুনজা অশিগী অকোয়ববু মৈবু য়ানা চিক্লা কোনবিয়ু হায়না মাইবনা শরেন চনবিগনি, অশুম্না অহনশিংনা তাকশিরমই॥

শরেন তুবা - থৌরাই পানবা, মখোঙ পানবা - ওক, য়েন, ঙানু, খুমুনচিংবা লকুৎ থাদুনা কংপবু হায়বদি লাইদা থৌনিববু শরেন তুবা কৌই, অশুম্না থম্বিরমই॥ অদুবু থৌরাই পানবনিনা, হৈনি লৈনি হায়বা রাহৈনা ফোঙদোক্তুনা কংকনি॥ অকংপা মিশু শোক্তবা, খুনজাবুশু শোক্তনবনি অসুম থমজরি॥

## "শারেল লৈহৌরোল"

হৌ হে হৈয়া হে হয়ি খোইয়ুম লাইয়িংথৌ তাইবংপানবগী মপুনা, মালেম শেমগে হায়না নুংঙোনলকই॥ মালেম করম্না শেমশিগে হায়না মিৎয়েং শাংখৈরকপদা, লাইজা ঈশিংনা নিক নিক লাউনা লৈরম্মী॥ মালেমদি থৌরাই পানবা কনা অমত্তা লৈরমদে॥ হয়ি লাইয়িংথৌনা নোংপোক হারম পাঙনা খোঙশাল্লে॥ নোংপোক লৈহৈচীংদি লৈরম্মী লাইজা ঈমাইথক্ততগী খুদোল ৩ রাংনা লৈরম্মী॥ হয়িনা নুংশিদা ইপানা লোইবী নঙবু মঙাংচিং হায়না থোল্লমলগে॥ অশুম্না অমুক হয়িনা অরাং মাইকৈ পাঙনা খোঙশাল্লকই॥ লাইজা ঈপাকথক্তা, অরাংগী লোইবি চীংলেল অথোয়বা, ঈশিংথক্তগী খুদোল ৩ লিখংতুনা লৈরম্মী॥ নুংশিদা লোইবী চীংলেল অথোয়বা, ইপানা লুরাংচিং

হায়না থোনলমলগে।। হৃয়ি লাইয়িংথৌনা নোংচুপ মাইকৈ থোংশানলকলে, নোংচুপ সন্থোং পাংবদা (থাংজিং) চীংজাও অমা লৈরম্মী, লাইজা ইমাইথঙতগী খুদোল ৩ থুমদুনা লৈরম্মী।। চীংগু মানা থাংখৎলম্মী, চিংখৎলম্মী, থাংচীং হায়না কৌরম্মী।। চিংলেন নংগী নমিংদি ইপানা খুমন চীংলেন অথোয়বা থোল্লগে।। অশুম্না মঙাংচীং, লুৱাংচীং, খুমর্নচীং থোল্লগে।। হৃয়ি শিদবা ইবুংঙোনা অৱাং লৈনা পাংনা থোংশানলক্লে।। অৱাং লুৱাংচীংদা খুনেং খুদানরগা, মশানৌ ইবেম্মা থিরকই।। হৃয়ি শিদবনা মশা মঙোম্দগী মিরেল অমা পুথোকলে।। তাঙজালিনগী মওং মচু ৯ মাপন্না লাংবা, চীলেন ৯ মাপন পানবা তাংজা লিনবু লাংওন্দুনা, লাইজা ঈরোম্নুংদা মমা থিনবা চোংথরকলে।। মালেম মমা থিবা খঙদদুনা অৱাং কৌবা চিংদোন্দা হল্লকলে।। হৃয়ি শিদবনা হায়য়ে, ইপারী ইবুংঙো নুংশিবা নঙদি মালেম নমা থিবা ফংদ্রবা, শে শে ইপা নঙগী নমিং থোল্লমলগে হে তাংজা লিনবুরেল নঙদি খুমন পুংফম পুহৌরো।। ইপাদি মালেম শোয়দনা শেমগনি, ইচাদি খুমন পুংফম পুদুনা মালেমগী ময়োনবু ওইহৌরো।। হয়েং ইচানা ৱারে হায়দুনা য়াওন য়াতাবদা, মালেমশি নিক হাইববু, খুমন পুংফমদা য়ুহার হাবা হায়দুনা মালেম পুম্না তেংথাহৌশনো।। হৃয়ি শিদবনা লাংওন অমা অমুক পুথোক্লগা মখোং ৪ পান্দুনা, শাগী শক্তম অমা ওইরগা, মালেম লৈরোননুং লাইজা ইরেল নুংদা থাদরকলে।। মালেম কোয়না নমা থিব ফংদ্রবদা লুৱাং চীংদোনথক্তা হল্লকলে।। হৃয়ি শিদবনা হায়য়ে, পারি ইবুংঙো মালেম নমাথিবা খঙদ্রবদি ঈপানা নমিং ওক হায়না থোল্লমলগে।। পারি নঙদি লুৱাংগী পুংফম পুহৌরো, ইচানা হয়েং ৱারবা মতমদা নংনা য়াওন য়াতাববু তাইবংনা নুমিৎ য়ুংবা মতমদা য়ুহার হাবা হায়নশনো, অসিগী তুংদা হৃয়িশিদবনা মখোং ৪ পানবা, শা অমা অমুক লাওন্দুনা লাইজা ইনুংবুংদা মালেম নমা থিরগা পুরকউ হায়না থাদোকলে।। অদুশু থিবা খঙদদুনা অৱাং চীংদোন্দা হল্লকলে।। হৃয়ি শিদবনা - পারি নমা থিবা খঙদ্রবা, ফরে ইপানা নমিং থোল্লমলগে।। নমিং থেঙ্গু হায়না কৌরমগে।। পারি নংদি মঙাংগী পুংফম পুহৌরো।। হয়েং নংনা ৱারে হায়দুনা য়াওন য়াতবদা মালেম নিকশনো, তাইবংনা অয়ুক্তা মঙাং পুংফমদা য়ুহার হাবা হায়না খঙশনো হায়না মমিং থোল্লগা'' অমুকশু মখোঙ ৪ পানবা অমা লাংওন্দুনা লাইজা ঈরোননুংদা থাদয়কলে, মালেম নমা থিরকউ তাকপিয়ে ।।

মালেম মমা খিববু খঙদরে, খঙহ্রবদা চাউরবা শা, মিংশেল কাম্বিগুম্না লংবা ভৌরোক ভৌবা শা অমা ফারগা, অৱাং কৌব্রুচিংদা চিংখৎলককলে অদুগা মপু খুয়াখাদা কংলে॥ হয়ি শিদবনা হায়রে, পারি নংদি মালেম নমা থিবা ফংদদুনা অফংবা অমা পুরককলিবোইরে॥ চাউরবা শাবু নমদুনা ফায় হায়বগী নংবু ইপানা নমিং শানম্বা হায়না মিংথোল্লগে॥ হয়েং চাদোন শুদোন ফাউবা নচা নগু পোক্কুনা লাইজা ইরোননুংদা লৈরুরো হায়না ইবোম্নুংদা থাদোকলে॥ ফজেদা ইচানা ফাবা শাশে হায়রগা তাইবংপানবা মপুনা ময়া ৭৬০ (চাত্রেং হম্ফু) পানবা খুৎশু পাইবগা, শাগী থবাক য়ুরেন লেনখাইরগা য়েংলকপদা অদুক কুইনা থিবদা ফংদ্রবদা শানৌ ইবেম্মা নগুদি লৈবমলে॥ পাবি ইবুংঙো ইপানা থবাক ঈবেলদি লেনখাইলুবে॥ ইপানা নংগী য়াইবি নথবাই হাপলগে॥ শে শে নংগী কোলোয় নমিংদি ইপাগী ময়া ৭৬০ পানবা খুৎশুনা নংগী থবাক খাইকরে লেম্নুরে॥ নমিং শবেল হায়না থোল্লমগে॥ নংদি লাইজা ঈরোননুংদা লৈরুরো হায়না থাম্ভোকলে॥ থদোক্লবদা লাইজা ঈবোন নুংদা জগোয় শাদুনা লৈবে॥ হয়ি শিদবনা অদু উবদা ইপাগী ইবুংঙো নংদি ইপাদা থৌনিরিবা ওইবে॥ ইপাদি হয়েং মালেম শেমগনি, চিংগু লাইথোং শুনবা খুহ্নোক্কনি, হয়েং তাইবং মীওইবনা মাগী মাগী শাগে শলাইগী অপোকপা নিবা, নুংঙাই য়াইফবা, চাদা নাওদানবা, খুনজাও লৈচাউনবা, খুলগী অমদি লৈকাইগী থৌনিবকপা মতম অদুদা, শাবেন নংদা নগুনা নংগী নপাং ৭ য়াউরক্কনি ইপাগী ইবেম্মা লাইস্নুনা, পৈয়া চেপশি লোং, শঙ্গাই নানপলোং, লাইজা ইমাই খোংথিনলোং, ফুমদি হাউথি হামৎলোং, পাইদুনা মথংলেল মানজা মবুংঙোবু থিরকপদা, ফাবকপা লৈমলৈনা ভরম ওইয়ো॥ অদুগা লোয়ননা ফুদোই ৱানদোই খিন, তবা চেংমিং চেংমাই ওইহনবিয়ু, চুমহনবিয়ু হায়না অমাইবা, অমাইবিনা চিংউ লাইথোং খুদিংগী কৎলকপদা তাইবংগী নিংবা খৈবিক থুংবা ওইরশনো॥ চিংঙ্কু ঐনা থনমলিবশে শবেল লৈহৌরোল ওইরশনো চিংঙ্কু অমাইবা, অমাইবিনা লাইথোং খুদিংদা কৎহৌরশনো হয়ি হয়া হৈয়ম শিদবা শিদুবী॥

ৱারি অশিবু মালেমগী শারেল লৈহৌলোল কৌই॥

অশুম্না অহনশিংনা থম্মিমই॥

## "নুমিৎ থাবান লাইচা অকবা ফৎতবা খঙনবা"

লাই নোংমা পানবদি লাইনা লাই চায়॥ তাইবংনা চিংউ লাইগী মথৌ য়াংগেনবদি মহে লৈতে, লাই মথৌ য়াম্না চিল্লি॥ তাইবংনা লাইবু থৌনিবদি তাইবংদা লাইনা য়াংগোয়বিদে হায়না তাকপিরকই॥ ২ পানবদি লাইনা য়েন চায় শেংই লাইগী মথৌ তৌবা ফৈ॥ ৩নি পানবা ঙানু চায়॥ ৪দি হুই চায়, ফৎতে॥ ৫দি ওক চায়, শেংই॥ ৬তি সন চায়, ফত্তে॥ ৭তি ইরোয় চায়, ফৎতে॥ ৮দি শগোন চায়, ফত্তে॥ ৯দি শামু চায়, শেংই, ফৎতে॥ ১০দি মী চায়, ফত্তে॥ ২।১৩।২২ য়েন চাই, ৩।১৩।২৩ ঙানু চায়, ৪।১৪।২৪ হুই চায়॥ ১।১১।২১ লাইনা লাই চায়॥ ৫।১৫।২৫নি ওক চায়॥ ৬।১৬।২৬নি ষণ চায়॥ ৭।১৭।২৭ ইরোই চায়॥ ৮।১৮।২৮দি শগোন চায়॥ ৯।১৯।২৯নি শমু চায়॥ ১০।২০।৩০নি মী চায়॥

থাদা নুমিৎনা তেকপা - লমতা থাদা ইরাই তেকই, শজিবুদা লৈবাকপোকপা তেকই, কালেন্দা - নিংথৌকাবা তেকই, ইঙাথাদা - নোংমাইজিং, ইঙেন থাদি লাই নোংপোক্পা পুই, থাংজা তেকই, থৌবান থাদা - ইরাই তেকহ, লাংবনদি - শগোনশেন তেকই, মেরা থাদা - যুমশকৈশা তেকহ, হিয়াঙ্গৈ থাদা - লৈবাকপোকপা তেকই, পোইনুদি - নিংথৌকাবা তেকই, বাকচিংদি - লংমাইজিং তেকই, লাইদি নোংথাংলৈমনিয়, ফাইরেন থাদি - থাংজা তেকই, লাইদি কৌব্রুনে। ইমা কৌনুনে, লোইয়ালাকপনে, থাংজিংনে, কুমতন্না লাইনে॥ থাদা নুমিৎনা তেকপগী বাদি অসিনে॥ নুমিৎ তেকপদা লাই থৌ তৌবদি পাংদে ॥

## "নামুংবদি"

শজিবু থাদি - থাবান ৬।৭ নি পানবা নামুংঙে॥ লাইদি পাখংবনে॥ কালেনদি - ২।৩ নি পানবা নামুংঙে, লাইদি আতিয়া শিদবনে, ইঙাদি ২।১০নি পানবা নামুংঙে, ইঙেন্দি - ৬।১১নি নামুংঙে,থৌবানদি ৪।৬নি নামুংঙে, লাংবনদি ২২।২৮নি, মেরাদি - ২নি নামুংঙে॥ লাইদি পাহ্মোয়বিনে॥ হিয়াঙ্গৈদি - ১।১৫নি নামুংঙে॥ পোইনুদি - ২।১০নি নামুংঙে॥ বাকচিং থাগু ২পানবা নামুংঙে॥ ফাইরেন থাদি ২২।২৯নি নামুংঙে॥ লমতাদি ২।৪নি নামুংঙে - নামুংবগী বাদি অশিনি।

থাগী পক্পবা নুমিৎ : শজিবু - ঈরাই, কালেন - নিংথৌকাবা, ইঙা যুমশকৈশা, ইঙেন - লৈবাকপোকপা, থৌবান - ঈরাই, লাংবন - নিংথৌকাবা, মেরা - যুমশকৈশা, হিয়াঙ্গৈ - লৈপাকপোকপা, পোইনু -০।০, ৱাকচিং - নিংথৌকাবা, ফাইরেন - যুমশকৈশা, লমতা - লৈপাকপোকপা আসান॥ থা ১২গী পক্পবা নুমিৎতি অসিনি - থাবান তৎনবা শজিবু - ১।২, কালেন ৪।৬নি, ইঙা ২।৪নি, ইঙেন ৫।৭নি, থৌবান ১।২নি, লাংবন ৪।৬, মেরা ১১নি পানবা, হিয়াঙ্গৈ ৫নি পানবা, পোইনু ১।২ নি পানবা, ৱাকচিং ৪।৬ ফাইরেন ৭নি পানবা, লমতা ৮ নি পানবা অসিশিংদি থাবান তৎনবনি॥ অফ ফৎত য়েংনবনি॥ অফবা থবক তৌবা ফৎতে॥

## "থাদা নুমিৎনা তৎনবা লকপি, থাবান"

শজিবু থাদি ১৪।১৫।২০।২১।২৭নি পানবদা লৈপাকপোকপা নুমিৎ থোকলবদি তৎনৈ, লকপিনি, কালেন থাগী - ১।৭।৮।৯।২০ পানবদা শগোনশেন ওইরদি তৎনৈ॥ ইঙা থাদা - ৪।১৫।১৬ নি পানবদা যুমশকৈশা ওইরদি তৎনৈ॥ ইঙেনদা - ৪।১৮।১৯।২৫। ২৬।২৭নি পানবদা ঈরাই ওইরদি তৎনৈ লকইনি॥ থৌবান থাগী ৮।৯।২০।২২নি পানবদা লৈপাকপোকপা ওইরদি তৎনৈ॥ লাংবন থাগী - ১৮।১৯।৩০নি পানবদা শগোলশেন ওইরদি তৎনৈ॥ মেরা থাগী - ৩।৪।৫।১২ নি পানবদা যুমশকৈশা ওইরদি তৎনৈ॥ হিয়াঙ্গৈ থাগী ৮।৯।১২।২০নিদা ইরাই ওইরদি তৎনৈ, পোইনু থাগী ২।৩।৪।১৫।১৬।১৭।২৯নি পানবা লৈপাকপোকপা ওইরদি তৎনৈ॥ ৱাকচিং থাগী -৪।৫।১৫।২৫নি পানবদা শগোনশেন ওইরদি তৎনৈ॥ ফাইরেন থাগী - ১৪।১৫।২৮।২৯নি পানবদা যুমশকৈশা ওইরদি তৎনৈ॥ লমতা থাদা ১৫।১৯।২৭।৩০নি পানবদা ঈরাই ওইরদি তৎনৈ॥ থাবান্দা নুমিৎনা তৎনবদি অসিনি।

**নুমিৎ ৭নিদা মাকমৈ (থাবান) তৎনবা :** নোংমাইজিং - ১২।২৭নি পানবা, নিংথৌকাবা : ১১।২৬নি, লৈপাকপোকপা - ১০।২০নি পানবা, যুমশকৈশা - ৩।১৮নি পানবা, শগোলশেন - ৬।২১নি পানবা, ইরাই - ২।১৭নি পানবা, থাংজা - ৭।২২নি পাল্লবদি তৎনবা কৌই॥ অমনা থা খুদিংদা ৬নি পানবদা মেষ রাশি ওইবা, ১৯নি পানবদা বৃষ রাশি ওইবা, ৮নি

পানবা মিথুন রাশি ওইবা, ২১নিদা কর্কট রাশি ওইবা, ২৩নি পানবদা কন্যা রাশি ওইবা, ১২নিদা তুলা রাশি ওইবা, ৪নিদা কুমভ রাশি ওইবা, ১৭নিদা মীনা রাশি ওইরবদি থাগী রাশি তৎনবা কৌই॥

থবক তৌবদা অহানবদা পংবা অকোনবদা শিংবা - শজিবু, থৌবান, পোইনু - শগোলশেন নুমিৎনি॥ কালেন, লাংবন, ৱাকচিং - নোংমাইজিং॥ ইঙা, মেরা, ফাইরেল - থাংজা নুমিৎনি॥ ইঙেন, হিয়াঙ্গৈ, লমতা - নিংথৌকাবা হায়রিবা নুমিৎ অসিদা থোকলবদি অহানবদা পংগনি, অকোনবদা শিংগনি॥

**মীৱা মীশা লাংবা নুমিৎ** : শজিবু, থৌবান পোইনু - থাংজ॥ কালেন, লাংবন, ৱাচিং - লৈপাকপোকপা, ইঙাদি - য়ুমশকৈশা, মেরা, হিয়াঙ্গৈ, ফাইবেন, লমতা - ইরাইনি॥ হাযবিবা নুমিৎ অসিদা য়েখায় থিনখাযবা থবক তৌবা ফৈ, অতৈ থবক্তি ফৎতে॥ ১শু হায়গে : শজিবু থা - ইবাই॥ কালেন - নিংথৌকাবা॥ ইঙা - য়ুমশকৈশা॥ ইঙেন - লৈপাকপোকপা হায়বিবা নুমিৎশিংশি থবক তৌবদা মীনা হনচক-ঙাচক শাবা, য়েখায়-থিনখায়বা তৌই॥

**নুমিৎনা শিবা মাইগৈ** : ইঙা, মেরা, ফাইরেন থাদি নোংচুপ্তা শি॥ কালেন, লাংবন, ৱাকচিংদা মখা মাইগৈদা শি॥ ইঙেন, হিয়াঙ্গৈ, লমতা অৱাংদা নুমিৎনা শি ॥ য়াইরেকপা, লৈরুবা ফৎতে॥

**তরঙ চৎপা নুমিৎত্তি** : শজিবু - নিংথৌকাবা, কালেন - লৈপাকপোকপা, ইঙা - শগোলশেল, ইঙেন - লৈপাকপোকপা, থৌবান - লৈপাকপোকপা, লাংবন - থাংজা, মেরা - শগোলশেল, হিয়াঙ্গৈ - ইরাই, পোইনু - শগোলশেল, ৱাকচিং - ইরাই, ফাইরেন - য়ুমশকৈশা, লমতা - নোংমাইজিং॥ তরং চৎপা নুমিৎতা থবক তৌবদি অশাউবা মাঙওইনৈ অসি খঙগনি॥

**মালং নুমিৎ** : শজিবু, ইঙেন থাদি - লৈপাকপোকপা ॥ কালেন, থৌবান-য়ুমশকৈশা ॥ ইঙা, মেরা পোইনু - ইরাই॥ হিয়াঙ্গৈ, ৱাকচিং - থাংজা॥ ফাইরেন - শগোলশেল॥ লাংবন, লমতা - নিংথৌকাবা॥ নুমিৎশিং অসিদা মৃক্রবা থৌরম তৌফদে॥ পোৎচৈ মাঙ তাকই॥

**থাগা নুমিৎকা লোইনবা** : শজিবু, ইঙেন থা -নোংমাইজিং লোইনৈয়ে॥ কালেন, থৌবান - নিংথৌকাবা॥ ইঙা, ফাইরেন - লৈপাকপোকপা॥ মেরা, পোইনু - য়ুমশকৈশা॥ হিয়াঙ্গৈ, ৱাকচিং -

শগোলশেল।। লাংবন - ইরাই ।। লমতা - থাংজা।। নুমিৎকা থাগা চান্নবা লোইনবদা অফবা থবক তৌবদি ফৈয়ে।।

**থাগী চৈ কাবা নুমিৎ :** শজিবু - থাংজা, নোংমাইজিং, নিংথৌকাবা - চৈ কাবা নুমিৎনে।। তৎনরবশু ফৈয়ে।। কালেন - লৈপাকপোকপা, য়ুমশকৈশা - শগোলশেলনি।। ইঙা - ইরাই, থাংজা, নোংমাইজিংনি।। ইঙেন - নিংথৌকাবা, লৈবাকপোকপা, য়ুমশকৈশা নুমিৎনি।। থৌবান - শগোলশেল, ইরাই, থাংজা।। লাংবন - নিংথৌকাবা, লৈপাকপোকপা, নোংমাইজিং।। মেরা - য়ুমশকৈশা, ইরাই, শগোলশেল।। হিয়াঙ্গৈ - থাংজা, নোংমাইজিং, নিংথৌকাবা।। পোইনু - লৈপাকপোকপা, য়ুমশকৈশা, শগোলশেল।। ৱাকচিং - ইরাই, থাংজা, নোংমাইজিং।। ফাইরেন - নিংথৌকাবা, লৈবাকপোকপা, য়ুমশকৈশা।। লমতা - ইরাই, থাংজা, নোংমাইজিং।। হায়রিবা নুমিৎশিং অসিদা অফবা থবক তৌবা ফৈ।।

**থানা নিনবা মাইকৈ :** শজিবু, থৌৱান, পোইনু - থানা নোংপোক্তা থোকই।। নিনবশু নোংপোক্তা নিল্লে।। কালেন, লাংবন, ৱাকচিং - থানা মখাদা থোকই , কৌব্রুদা নিল্লে।। ইঙা, মেরা ফাইরেন - থানা অৱাংদা থোকই, শগ্লোংদা নিল্লে।। ইঙেন, হিয়াঙ্গৈ, লমতা- মৈরমদা থোকই নোংচুপ্তা নিল্লে।। থানা নিনবা মাইকৈদা, থৌ চৎপা, থবক তৌবদি মাইপাকই, ওইজবা ফংই।।

## "থবক তৌবদা অফবা কান্নবা নুমিৎ থাবান"

১। ইরাই নুমিৎতা থাবান - ১।৬।১১।১৬।২১।২৬ নি পানবা অসি ফৈ।

২। য়ুমশকৈশা নুমিৎতা থাবান - ২।৭।১২।১৭।২২।২৭নি অসি ফৈ।।

৩। থাংজা থাবান - ৪।৯।১৪।১৯।২৪।২৯ নি অসি ফৈ।।

৪। শগোলশেল থাবান - ৫।১০।১৫।২০।২৫।৩০ নি অসি ফৈ।। হায়রিবা থাবান, নুমিৎ অসিদা তৌরুবা থবক য়াইফৈয়ে ১শুং অরুবা অফবা পুক্নিংগী কান্নগদবা পোৎ লৈবা, শেন্না ফৈ।। ফত্তবা খিবিকশু থাবান অসিদা লৈরবশু কোকই।। লৈপাকপোকপা নুমিৎতা থাবান - ৩।৮।১৩।১৮।২৩।২৮শু অফবনি।।

"অফবা থবক থাদোক্লদবা নুমিৎ ১শুং থাবান"

১। নোংমাইজিং নুমিৎ থাবান - ১।৬।১১।১৬।২১।২৬নি পানবা ফংতে॥

২। লৈপাকপোকপা নুমিৎ থাবান - ২।৭।১২।১৭।২২।২৭নি অসিনি॥

৩। নিংথৌকাবা, ইরাই, য়ুমশকৈশা নুমিৎ থাবান - ৩।৮।১৩।১৮।২৩।২৮নি॥

৪। শগোলশেন নুমিৎ থাবান - ৪।৯।১৪।১৯।২৪।২৯নি অসিনি॥

৫। থাংজা নুমিৎ থাবান - ৫।১০।১৫।২০।২৫।৩০নি অসিনি॥

অথুপ্পা অফবা নুমিৎ থাবান - য়ুমশকৈশা ১শুং থাঙজাদা থাবান - ১।৬।১১।১৬।২১।২৬ নি ওইরবদি ফৈ॥ ফৎতবা খিবিক কোকই॥

- লৈপাকপোকপা - ২।৭।১২।১৭।২২।২৭ নি পানবা ফৈ॥
- শগোলশেনদা - ৩।৮।১৩।১৮।২৩।২৮ নি অসি ফৈ॥
- ইরাই - ৪।৯।১৪।১৯।২৪।২৯নি অসি ফৈ॥
- নোংমাইজিং, নিংথৌকাবদা - ৫।১০।১৫।২০।২৫।৩০ নি ফৈ॥ (অমৃত যুক কৌই॥ অফবা তিথিনি) অফবা থাবাননি॥ অফবা থবক তৌবা ফৈ॥

হিদেন ৭কী মমিং - (১) লম্বাল পুংনে হিদেননে, (২) তোংগাচিনে, (৩) য়াইতোন হিদেন্নে, (৪) য়িমখৈ হিদেন্নে, (৫) তেংখৈ খা হিদেন্নে, (৬) শিন্নাইবা শং মনাক্কী হিদেন্নে, (৭) য়োংয়ান খাম হিদেন্নে, চিংশংলোন পুয়াদগী ফংবনে॥ লৌথোকপনে॥

যুক ৩গী রা হায়গে॥ নোংমাইজিংনা থাগী নোংমা পানবা নুমিৎ ওইরদি। থাবান ৬।৮।২৩নি পানবসি (অমৃত যুক্তি) অথুপ্পা অফবা নুমিৎনি॥ নিংথৌকাবা নুমিৎনা ৩।৮।০ লৈপাকপোকপনা ৭।২২।০ য়ুমশকৈশনা ২।১৭।০ শগোলশেন্না ৪।১৯।০ ইরাইনা ১০।১৯।০ থাংশানা ৫।২০ পানবা থাবানসি অফবা অথুপ্পা নুমিৎনি॥ অফবা থবক তৌবা ফৈ॥

"মহাযুক" অয়াম্বা অফবা থাবাননি, ফৎতবা খৈবিক কোকই॥

* নোংমাইজিং নুমিৎতা থাবান - ৫।১০।১৫।২০।৩০নি পাল্লবদি মহাযুক্লি।
* লৈপাকপোকপা নুমিৎতা থাবান - ২।৭।১৩।১৭।২৭ অসিনি॥
* নিংথৌকাবা- ৫।১০।১৫।২৫।৩০নি অসিনি॥
* য়ুমশকৈশা - ৬।১১।১৬।২৬।২১নি অফবনি॥
* শগোলশেল - ৩।৮।১৩।১৮ অসিনি।
* ইরাইদি - ৪।৯।১৪।১৯।২৯ নিসি মহাযুক্তি॥
* থাংজদি - ১।৬।১১।১৬।২১।২৬ নি অসি মহাযুক্তি॥

**ছত্র যুক** : নোংমাইজিংনা থাবান ৫।১৫।২৫নি, নিংথৌকাবা ৫।১৫।২৫নি, শগোনশেন ৫।১৫।২৫ নি পানবা ওইরবদি ছত্রযুক্তি। অফবা থাবান নুমিৎনি খণ্ডগনি।

**যাত্রা তৌবা** : খোঙশানবা মতমদা ইশাগী হকচাংদা পাইবা শোকপদা অফবা ফল ফংবনি॥ নোংমাইজিংদি - কোক, নিংথৌকাবদি - চিল, লৈপাকপোকপদি - ঙক, য়ুমশকৈশদি - পুক, শগোলশেলদি - নাক-য়েৎ, ইরাইদি - নাকোং, থাংজদি - নঙ্গল, হায়রিবা মফমশিংশি ঐনা চৎলমদাইদা পাইরগা, শোক্লগা চৎপদা অফবা মহৈ ফংই, হকচাংগী কাংলোন্নি॥

*******

## হৱাউবগী লীকলম-লীকখুন

লাইগী থৌরম তৌগদবা আমাইবা অমনা খঙগদবা, চৎকদবা, তঙ্খাইফদনা খঙদবা য়াদ্রবা হিরম খরা - পি. পা নাম্মা তাদবা মী ওইগনি॥ (১) ইশাগী থা ১গী লাকফম থোকপা লৈনুং ইঙালেগী মতম নুমিৎ, ইশাগী মনম খঙগনি। নুমিৎ চৈয়োল ৭ অশিবু পুরিবা লাইবু খঙগনি॥ নুমিৎ-নুমিৎ অদুবু পুরিবা-পুরিবী মাইগে ঙাকপা লাইগী লাইমিং খঙগনি॥ নুংশিংকী, ঈশিংগী, মৈগী থৌফম মশক খঙগনি॥ নোংমগী মনুংদা চৈয়োল ৭না পুরিবা মতম খঙগনি॥ ১শুং মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, লৈপাক, অতিংঙা ৫ অসিগী, ১দি কাংলোন খঙগনি॥ মাইবনা ফমগদবা ফিদাগী মমিং খঙগনি॥ ইশাগী ইয়েক শলাই হৌরকফম থোঙ মশক খঙগনি॥ নুমিৎ, চৈয়োন ৭কী মচু ১দি হৈ-লৈনচিংবা মশক খঙগনি॥ লাইগী থৌরমদা চঙলিবা হৈথা-লৈথা, ১দি শেমলি শারিবা পোৎ খুদিংগী, মশক মমিং নুংলোন পাল্লোন কাঙলোন খঙগনি, থিগনি॥ কনাগুম্বনা য়ুম য়ুমদা শংলেন শারগা থৌগন চৎচরিবশিং অদুগী তিনচৎ-লাইচৎ, শাগে-শলাইগা চানবা ১শুং খুল খুদিংগী কোল্লিবা লাইগী লাইচৎলাইমিং খঙগনি॥ শাগে শলাইগী ওইবা হৈ, লৈ, লা, শিং, থাংতেন মশক খঙগনি॥

## "লাইগী ফিজোন শেম্বা"

হৱাউগদবা নোংমা য়াৎলিঙেদা লাইগী ফিজেৎ লৈতেং শেম্বা শাবা লোইগদবনী॥ লাইফম লাইফমগী হান্নগী লৈরম্বা পোংলাং নত্রগা উফম লৈরমলিবা অদুগী মওং য়েংলগা ফজগদবা মওংদা ১শুং ইবুংঙো ইবেম্মগী থোনগদবা ফি অদুগী মওং য়েংলগা, মাইবা ১শুং মাইবীনা ফজনা শেমশাগনি॥ ইবুংঙো, ইবেম্মগী, মাইথোং অদু হৈ নত্রগা, মতমগী ওইবা তিদাকুচিংবা তৈরগা ফজনা শেংদোক্কনি॥ ইপাগী কোক্কী লৈতেং, ইমাগী কোক্কী লৈতেং, খুজি নাচি লৈপরেংনচিংবা ফজনা থোনবা লোয়রগা, ইবুংঙো ইবেম্মনা ফমদেংগদবা ফম্বালশু ফজনা শেম শারগা, স্না তাংবল, লুপা তাংবল মথক্তা, লাই ২ নত্রগা ৩ নত্রগা ৪ ফমদেংবা য়াউই॥ মরম অসিনা ইবুংঙো ইবেম্মা ২না ফম্বান্দা ফমদেংলগা, হয়েংগীদমক খুঙ্গা অদুগী ১শুং লৈকায় অদুগী

ফনবগীদমক লাইমাং অদু ব্রাই তৈথোকলগা, হৈ ১, লৈ ১, মৈরা ১ দক্ষিনা ১ য়াউনা, লাই পাল্লবা, লাই শেল্লুংবা য়াউনা মাইবনা তাইরেন পুংফায় স্না লুপা মচুম য়াউনা নাহে নাশেং, লমশেং তুশেংলগা হয়েংগীদমক অশোয় অশ্ভাম, অতেক অকায়, অরাং অপা কয়ামরুমবু শোইদনবা থৌনিগনি॥ লাইগী (বার্তণ) চিংঙ্গু পাওতাক্কনি॥

লোয়না লোয়ননা খুঙ্গং অমদি লৈকাই অদুদা লৈবিরিবা খুঙ্গাগী ইমা ইবেনশিংনা হয়েংদি ইরম অশিবু কোনবিরিবা, কোনবিরিবী ইবুংঙো ইরেম্মাগী হরাউ থৌনিবা হৌগদৌবা মরমনা ঐ-ঐগী ইমুং অসিবু লৈঙাক - লৈকনবিরিবা লাইয়িংথৌ ১দি লাইরেম্বীনা, ইখুন অশিবু, লৈকায় অসিবু খুনকায় লৈকায় থোক্তবা, খংনা চৈনবা, খোইরাং খোইশাউবা থোক্তনবা চিংঙ্গু লাইনা চিংঙ্গু লাইবু তাইনবিয়ু॥ ইখুন অসিবু ইরাল য়াই অসিবু নুংঙায় য়ায়ফবা পিনবিয়ু হায়না য়ুমগী লাইয়িংথৌদা মৈরা অমমমদং য়ুম খুদিংগী কৎপায় অমশুং লৈকায়শিন থুংনা পাউজেনাবয়ু॥

লাইগী থৌগন য়াউবীগদবা মীওইশিংনা নোংমা ব্রাৎলিঙৈদগী ঐ ঐনা শেৎকদবা, ফৈজোম, ফুরিৎ, ইন্নফি, কোইয়েৎ অমদি নুপীশিংগীশু ফনেক, ইন্নফিনচিংবা শুদোক চামথোকপিগনি॥ অমশুং লাই পুগদবা নুপা মথৈদি ইশানা খঙলগা খঙলে খঙদ্রগনা লাই শেল্লুংবদা নত্রগা অমাইবদা নত্রগা অখঙবা অমদা হৈ-লৈ, পায়বা য়াবা য়াদবা হংদোকপিবা ফৈ॥ লাইবু লাই ওাইনা নিংশি॥ থৌরম চুম্না চৎথশি॥ ইনাৎশি ময়েংতাবা কুইরে॥ মিনম লাং থার্কাখবনা হৌজিক ফাওবা মচু কোক্তরী, মাইবা মাইাব ফাওবা য়াউার॥ উমংলাই হায়বসি তাইবং মীওইবগা মিৎকুপ ১ ফাওবা থানবা য়াদ্রবা লাইনি॥ খঙদবনা য়াম্মনখিবনা, খঙলবশু নমথবিবদগী থৌওইদবনি॥

লাইদি ঐখোয়গী হকচাংদা লোইনা য়াউরিবনি॥ পরম অদুবু শোয়রগা ঐখোয়গী অমাঙবনি॥ ব্রাখন খঙ্গবিগনি, অশেংবদি মালেম অসিগা মীওইবগী তাইবং হকচাং অসিগা মান্নবনি॥ মরম অসিনা লাইনিং খঙবা ১দি কাংলোন খঙবা অহনশিংনা নোংচুগদবা ১শুং থোকলক্কদবা থৌবম কয়া কয়াবু হকচাংগী কাংলোন্দগী চিংউ লাইগী লাইপাউগুম্না হায়দোকপা ভুম্মী॥ মরম অসিনা

লাইগী থৌগন তৌবিবা ১শুং খুনগী ১দি থৌরমগীদমক্তা লাকপিরিবা অমাইবা, অমাইবী, পেনা খোংবশিংশু, হকচাংগী কাংলোন মুন্না খণ্ডবিগনি ১শুং থিবিগনি॥ লাইগী হে লৈ পায়বা য়াদবা নুমিৎতা, মাইবা পেনাশিংনা লাইগী থৌরম তৌরবদি খুনগী ১দি লৈকায়গী ১শুং লৈবাক্কী অমাণ্ডবদা নত্তনা অফবা অমতা ওইরোই হায়বশি খন্নবিগদবনি॥ ঐখোয়না থবক অমা পাণ্ডথোকপা তারবদা অখণ্ড অহৈ, অহল লম্মান, ইথক থোংবা, ইখা থাবনচিংবগা পুন্না খন্নবা য়াম্না মথৌ তাবনি, অচেৎপা ব্রাফমী॥ অখণ্ডবা হায়বশি অণ্ডাং অহনগী ব্রা লৈতে॥ ব্রাখল (জ্ঞান)বু লৈরবদি হৌজিক্কী মতমসিদা লাইরিক লাইশু, লাইনিং লাইশোন য়াম্না থিনরবা মতম অসিদা ঐখোয়না ইনাৎকী ওইবা থবক্তা য়াম্না কুপ্না থৌরম চৎথগবনি॥ অতোপ্পা (কলচর) মিনাৎ ১গী মমিংদা চাং তানিংঙাই ওইবা মওংদি ঐখোয়না তৌফরোইদবনি॥

হৌজিক্কী মতম অসিদা অহৈ অসিং কয়া কয়ানা ইনাৎতি মশক খণ্ডদবা ফজবা মওংনি হায়না ইনাৎকী ফজরবা ব্রাখললোন ১দি (কলচরবু) য়াম্না লৈখা তাহনবা ঐখোয়না উবা ফংজে ১শুং ইকাইজে॥ মরম অসিনা থিরগা হংলগা অয়াবা য়াদবগী মখাপোন্না থৌরম চৎথবিয়ু॥ নত্তনা ইনাৎপু লৈখা তানবা, মিনাৎ থৌরমগা পুশিনবিগনু॥

## ''লাইগী পোৎচং''

লাই ঈকৌবদা চংগদবা পোৎলমশিং, মশিং অমতা ব্রাৎতনা শেম শাগনি॥ চংগদবা পোৎচংদি - চফু মচা ২, নাহৈ ফু ওইনবা, লাইগী লাইনুংদা শিজিন্নবা ১, মীয়ামগী চাইথোক্লবা হৈ লৈ কৎপা লাকপদা শিজিন্নবা ১॥ লাইগী মীগা য়েৎনবা ফৎতে॥ পাংবা লৈতেং, ঈহায়ফু মচা ২, ঈশায় চফু অচৌবা ১, খৈয়োম ২, অথেনপোৎ (শিধা) ৩, তুরেন হৈরুক ১, য়াম খরা, কবোক নাচন ৭, হৈরম ৭, লৈরম ৭, হৈবী মনা য়াওবা শিংজু খরা, ফৌদাংলুক ১, খোইজু লাইখাম, মৈতৈ ঙমু৭, ঙানু মরুম ২, হৈ মনম নাইবা ৩, লৈশং মতোন ৩, মনাহি ৪।৫, থুম মপাক ৫, পান্নাও, শিংনাউ, য়েৎকোন, ওইকোন, লিকোন ১, চকপী লাইশম, চকপী নোংদার, স্না লুপা কোনয়াইপু ময়োম৩, লাংথ্রৈ ..তোন ৩০মুক, মপান শাৎপা য়াওবা য়াদে॥ চংবী লাতো.

১০মুক।। খুদৈ অষ্টৌবা লম খরা হেন্না শাংবা ৬, লফোয় লাফাং চংথোকপা ৭, শি তাবা ৫, কা মনাগা কোন্নবা ১৪।১৫, শেন এচোযবা পৈশা ১০।৫ চৎপী লুপা ৪ লোমগী ভারি পরেং ১, উত্তংগী পৈয়া ১০মুক, কবোক অথুম গ্রহাও খরা, লং অহিংবা মতুম ২, উচান মপুন ৩।৪, লৈবাই য়ুখাংনবগী য়েংতৌ উতোং ৯+৭=১৬ চুষ্টৌ চুশাং ১, মমিং যাওবা মতমগী অফংবা হৈ লৈ, তাইরেন পুংফাই, নোনে লা লাপুন ৪।৫ চংগান, য়াম খরা (পৌব্রা ১)।।

**ইহায়ফু শেম্বা** - লা মচেং খুদুপ মখাইমুক শাংবনা লাচিন অদু লাইয়িংথৌগীনা লা শেংলগা উপ্পা তারক্কবা লাচিন অদু হকচাংলোমগী মপানলোমদা কোনগনি।। মরিনদু খুদোনবীমক লাওনা কোনগনি।। ইহায় ফু ওইগদৌরিবা (পাংবা লৈতেং) চফু অদু লাবা-অমোম, পি-পা ওইবা শক্রম য়েংগনি।। পাগী শক্রম মানবা খরা তোংগানবা চফুদা, লাইয়িংথৌগী শেমগদৌরীবা কোল্লিবা লা অদু চফু মপান্দগী খুবি মফৈ ১ ব্রাংবগী পাদম লৌরগা, লং অহিংবনা কিরগা, লাশেং মচা মচা কুপ্পা শেংথগনি।। য়ারবদি নিয়োমগী থিরগা লাশেং মশিং ৬৪শুনা শেংথগনি।। অদুবু শরোই ৮৫ কৌই।। মতুং ময়ায়গী অহোবা অদুদা হাপ্পবা থিংজিন্নবা লা লোংনা অউপ্পনা মপান থংনবা কোনগনি।। অদুগা থিংজিনগনি।। অরোইবা মতোনদু খরা হোহনগনি।। মতোন অহোবা অদুদা থাংজিং, মার্জিং, ব্রাংব্রেন, কৌব্রুগী চুক্কী মওং ওইনা লৈনা ওইনা লা মচেং মচা ৫না লাগী লাবাক অপাকপা তংখাই ১ থেকলগা, মথক্তা কোনখিবা ময়াইগী মতোনগী অহোবদা হাপকনি।। অদুগী তুংদা লাংথৈ মতোন ৩দা তাইরেন মনা ৩না য়োমলগা, তাইরেন মখোক হুইমুক শাংবদা পুল্লগা, লা অকোনবা লাশেং মচা ৪ থিংজিল্লিবা অদুদা হাপচিনগনি থিংজিনগনি।। অশুম্না লাইরেম্মগীশু শেমগনি।। লাদি উপ্পা কোল্লগা, শেংথরকপা মতমদা লোংনা লাশেং অদু তারক্কবা শেমগনি।। অনিগী অব্রাংবদু লাইয়িংথৌগীনা খরা হেনহনগনি।।

**লৈয়োম** - লারোন ৩ হুইমুক পাকপা লা লোংনা থারগা।। লাংথৈ লৈতোন ফজবা মনা তংপা হোবা য়াউদবা লৈনা ২গী কারক্তা লৈয়োন ফজনা থোকপা লৈপোপ ৯গা, ৭শেঙ্গা ময়েক অমগা লৈশং মতোন ১গা হাপ্পগা, ইশাগী য়েংলোমদগী লাশেং অদু মচিন খোমজিল্লগা কোব্জিনলক্কনী।।

ওইরোমদগীশু শেমলগা কোনশিনগনি, খুদোন ২ মখাইমুক পাক্লা কোনগনি॥ লাংথ্রে মতোন্দি লাশেং অদুগী লারুংলোম থংবাদা লৈতোন তাহনগনি॥ লারাক্কী তংখাইদগী লৌগনি॥ অদুগা লৈয়োম অদু ময়াইদা থেকচিল্লগনি॥ অদুগা লং অহিংবনা ৩লক নত্রগা ৫য়েৎতুনা পুনগনি॥ অশুম্না লাইরেম্মগী লা লোংনা লারোল ৩ থারগা লাংথ্রে লৈপোপ ফজবা লাইয়িংথৌগী শেমলিবা অদুগা মান্ননা লৈপোপ ৭কা, ৭ শেঙ্গা ১গা য়োমলগনি॥ লা থেকচিনবদা লাইরেম্মগী লৈতোন্দী (লাংথ্রে)দি লাগী মতোনলোমদা লৈহনগনি॥ হায়বদি ওনথগনি॥ লাইয়িংথৌনা ওনখৎপা, লাইরেমনা ওনথবা, অশুম খন্নগনি, খঙনগনি॥ লৈয়োম শেম্বশি হান্নগী অমাইবা অমাইবীগদি খরা খেৎনরে॥ খেৎনবগী মওং কোনুংদগী হৌরকপনি, য়াখননুংদা থমজরগে॥ মরুগী লৈহুন লৈপোপ ৫, থৌরাইগী মশক ওইরিবা লৈয়োমদি লাইয়িংথৌগী লৈয়োমগা মান্ননা য়োমগনি॥ লৈয়োমদি, ঈকৌবা মতমদা ঈশাইফু শোকপা মতমদা ইশাইফুদা থাদরগা শোক্কনি। মথক্কী লৈয়োমদা অতৈ লৈহুন য়াউবা য়াদে॥ অসিগী মরমদি হন্দক ইকৌরিবা লাই অসি নহান নোংদা মালেম লৈশেমঙৈদা পাওইবা ১গী শক্তমগা, পী ওইবী ১গী শক্তম পুথোকলগা, পি, পা ২গী ময়ায়দগী॥ মালেম তাইবংপানশি শেমখিবনি॥ ২ অসিগী হৌফমদি পাগী শক্তমশু ওইরিবা পিগী শক্তমশু ওইরিবী মালেম তাইবং পানগী মওং ইশাইফু নুঙদগী হৌখিবনি ॥ অশুম্না মালেমদা মিৎনা উবা উদবা থৌরায় পানবা, পান্দবা, লাই, তিন, কাং, শা, ঙা, উরি উপানচিংবা পুম্নমকশি ২গী ময়ায়দগী ওইখিবনি, হায়বা লিক খুনগী মতুংইন্না লাইয়িংথৌ, লাইরেম্ম ২গী মতিক ময়াইবু কৌজবনি॥ মরুগী লৈয়োম খুৎয়োমদি মথক্তা লাইয়িংথৌগী লৈয়োমগী মওংদা লৈপোপা ৫ খক্কা লৈশঙ মতোন ১গা ৭ শেঙ্গা ১গা য়োমগনি। লৈয়োম অদুদি - ঈশাইফু চিংখৎপা মতমদা ঈশাইফু মনুংদা হাপকনি॥ মরু লৈমরেন ২মক্তী নুংদা থুপ্না লৈবগী মওংনি॥ মুন্না খনবিয়ু মরু লৈমরেন ২দি মপাল থোকপা য়াদে॥ ২না থোকত্রবদি মালেমশি লোইরে॥ তাইবংপান্দা লৈতেরে, নুংগী কাঙলোন্নী॥

হন্দক্কী লাই হরাউবা হায়বশি ইনুংলোনগী কাঙলোন ঙাক্কনি॥ মিয়াম্না হেন্না খঙবিরিরনি॥ থৌরম অসি মথক্তা হৌখিবা মতমদা নুংঙাইতবা কাঙলোন খরা হায়বদি (শেমমী মরুগা মান্নরগা, অমাইবা অমাইবিদা ঈথিন চংলগা

(চংহল্লগা) শেমখিবা, অচুম্বদি থিদবা নুংলোন কাংলোনশু থিদবা, (খংলবশু উরবশু ইথক থোংবগী চৈরাক কিবদগী) থম্মাইলোন কয়া কয়ানা, ইনাৎপু ঙসি ফাওবদা মাঙনবতা হোৎনরী॥ হৈনখিবা, হৈনবিনা লমজিংবদগী পুম্ন মকশু খঙদবদগী অচুম্বা ওইরবোই নিংদুনা অশুম পংথবী॥ অখঙবশিংনা খরা কুপ্না নৈনবিয়ু, খন্নবিয়ু॥

মথক্তা য়োমখ্রিবা লৈয়োমশিংশি, লাই ইকৌবা নুমিৎতগী লাই হবাউবা, লাথৌ লোইদ্রি ফাওবা হাংবা য়াদে॥ ঈমাগী ঈপাগী নুংগী ওইবা মশক্লি, মতিক্লী, হাঙহৈদে॥ লাইরোই নুমিৎতা, লাইতেথবা মতমদা হাংগদবনি॥ লৈহুন অতৈদি নোংমা নোংমগী লৈহুন কাগনি॥

**হিরী তিংবা** - নোংদোন হিরী লংলা ৯ তিংগনি॥ লৈখা হিরী লংলা ৭ তিংগনি॥ শাংবদি ঈকুম ঈতাফমগী মতুংইন্না শাংহনগনি॥ নোংদোন হিরী ৯ বু লাইয়িংথৌগী হিরী কৌই॥ লৈখা হিরী ৭পু লাইরেমগী হিবী কৌই॥ খঙগদবা অমা করিগীদমক্তা হিরীগী মশিং মান্নদ্রিবা করিগীনো ? লাইয়িংথৌগা, লাইরেম্মগা ২শি, (পি ১শুং পাগী) হকচাং কায়াৎশি, করি খেৎনবা লৈবগে॥ পাগী হকচাং কয়াৎ ৯, পিগীশু হকচাং কয়াৎ ৯, হকচাং কয়াৎতী পি, পা খেৎনবা লৈতে, খায়দে॥ শিংলি নাওরী চপ মান্নে॥ খেৎনবা থোইনা লৈতে॥ খেৎনবা হায়ববু পাগীনা শিংলি তোলোম্না (খোং অয়ুংবা) অসিনি॥ পিগীনা লৈনুং য়ারিরোক (ইশায়ফু তাইবং থোং য়াফম) অসিনি ১শুং মিউবীশু কৌই॥ মরম অসিনা নোংদোন হিরী ৭, লৈখা হিরী ৭ মান্নবা য়াবনি॥ অদুবু মরম অমনা, তাইবং পানবা মপুগী মতিকময়াইশি॥ মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, লৈপাক, অতিংঙা, কোরৌ মালেম ৭।৭ অসিনি॥ অদুবু নোংদোন হিরী ৯ তিংলিবশি, নুমিৎ ১শু থা-২গী ময়ায় য়াওবনি॥ লৈখাদদি নুমিৎ থা থোক্তে॥ মঙান ফংজবতনি॥ অশি মরম লৈবনা নোংদোন হিরী ৯বু ময়াম্না খঙনরিবা লাইয়িংথৌগী হিরী ৯ হায়রিবশিনি॥ নুংলোন পাংলোন্দি খঙদবা য়াদে॥ হায়রিবা হিরী ৯ অসি তাইরেন মখোক হুই ১ শাংবদা য়েৎশিল্লগা, লাইয়িংথৌগী লৈয়োমদা থেৎচিনগনি॥ হিরী চৈ অদুগী মমিং ''হুইনহা খ্বাংনৌবা কৌই''॥ পংলা লংজিন ১না লাইয়িংথৌগী ইহায় চফুগী মঙক্তা পুন্সিনগনি॥ অশুম্না লাইরেম্মগীশু ইহায় চফুদা পুনগনি ॥ অদুগা খুদৈ অঙৌবা লম খরা হেন্না

শাংবা ১গী ময়াইদা লা মচেং ১ উপ্পা থারগা মথক্তা ইহায়মু হাপজগা ফি অদুনা য়োমশিন্নগা থমগনি॥ য়োমলিবা ফি অদুগী মমিংদি নাওহোং কৌই॥ লাইরেম্মগীগু লামচেং ১ লোংনা থারগা য়োমগনি॥ হৌজিক ইহায়মু শেন্না লোইরে॥

### "খেয়োম"

খেয়োম - লাইয়িংথৌগী খেয়োম চংবী লাতোন ৩না কারন্ননা লা উপ্পা থারগা, থারিবা লা অদুগী মথক্তা লাচেং খুবিমুক পাক্লা শেংলগা লাশেং ৪না ২।২না মখোক মখোক ওনশিন্নরগা, কারন্ননা মালেম চিথেক ৪গী মাইগে লৌবগী (লাকপগী) মওং থাংজিং, মার্জিং, ৱাংব্রেন, কৌব্রুগী মাইগে লাক্লগা মথক্তা চেং হৈরগা, য়াম খরা চাইরগা ময়াইদা হৈ মনম নাইবা ১ খিন্নগা লৈশং মতোন, লাংথ্রে লৈপোপ ৩গা হাপকনি॥ মাইগে লাকপগী লাশেং ৪গী চেংগা তাইনবদা লাংথ্রে লৈতোন ১।১ মম হাপকনি॥ লৈতোন ৪ শুনা লাশেং খুদিংগী হাপকনি॥ ৭ শেঙ্গা ১গা হাপকনি, অদুগা খেয়োম অদু থেক্কংলগা পৈয়া অকুপ্পা ৯না য়েংওইননা পরে কিশি ৩লক লৈগনি॥ পৈয়াগী মতোন অদুদি মখাদা হায়রদি লৈখালোমদা ওনথহনগনি॥ লাইরেম্মগী খেয়োম লাতোন ৩ কারন্ননা লোংনা থারগা॥ মথক্তী অশুম্মা লাশেং ৪ না ২।২না কারন লাক্লা লোংনা থারগা মাইগে লৌরগা মথক্তা চেং হৈরগনি॥ য়াম খরা চাইরগা, ময়াইদা মনাহি ১ খিন্নগা লংথ্রে লৈতোন ৩গা ৭ শেঙ্গা ১ হাপকনি॥ মাইগে লাকলিবা লাশেং খুদিংগী চেংগা তাইনবদা লংথ্রে লাতোন ১।১ হাপকনি॥ লাতোন অদু কোনখৎলগা পৈয়া মচেং ৭না ওই ওইননা পরে কিশি ৩লক লৈরগা, পৈয়া মতোন অদু কোরৌদা লৈখৎহনগনি॥ অদুবু লৈখাগী খেয়োম (মালেমগী) কৌই॥ অশিগী তুংদা হৈবী মনা য়াওবা শিংজু ভারি ভাতাই, থুম মোরোক মরম শুনা য়াওবদু লাতোন ১দা শরোই চাকথাক শেমগনি॥ লাতোন ১দা য়াম, কবোক নাচন ৭ অশিগা লৈরাই য়ুখাংনবা শেমগনি॥ য়েংতৌ উতোং ৯।৭ হায়বদি লাইপুংথৌ ৯গী, লাইনুরা ৭কী লৈরাই য়ুখাংনবনি॥ হৌজিক্তী তৌনদরে, তৌফম থোকপনি॥ মশি ইকৌফমদা তৌগনি॥ মওংদি - লাশেং মচা ৯ উপ্পা থাগনি॥ লাশেং মথক্তা চেংগা লোয়ননা হৈবী মনা শিংজু ১দি ৭ শেঙ্গা ১।১, কবোক নাচন ৭কী কবোক হাপকনি॥ য়েংতৌ উতোং ১।১ লাশেং মনাক্তা য়ুংগনি॥ অদুগা য়াম্না শেন্না

পুকমু হৈগনি॥ লাইনুরা ৭কীগু লাশেং ৭ লোংনা থাবগা মথক্কী অশিগা মান্ননা চেং, শিংজু, কবোক মরম শুনা হাপকনি॥ ৭ শেঙ্গা ১।১ হাপকনি॥ য়েংঙৌ উডোং ১।১ লাশেং মনাক্তা য়ুংলগা পুকমু হৈগনি॥ মশি ইকৌফমদা তৌগদব: মরমশিংদুগী হায়বনি, হৌজিক শেম্বা লোইরে॥

**লাই ঈকৌবগী মরম** - করিগীদমক লাইবু ঈশিংদগী ঈকৌবগে॥ নহাননোংদা, তাইবংপানবা মপুনা তাইবং কুম্মে শান্নগে হায়না নিংখল্লবদা ইমম মম্মা লৈরমই॥ মপু মানা আঙানবা লাই পুথোকলে॥ মকগী হক্তগী "অসিবা", লাই পুথোকলে॥ চিংঙু পাউতাক মতুংইন্না কোবৌ নোংলোন ৯, মালেম লৈবোন ৯ অশিবনা শেম্বা লোইবে॥ অশুম্না নুংশিং, ঈশিং, মৈ, নুমিৎ, থা, থৌরানমিচাক, সজিক থাবা, ওকপুবোই, তাউহইবেংনচিংবা থৌরাই ওইনবগী মচাক লোইনা তাইবংপানবা মপুনা পুথোকপ্রবদা লাইদগী মী শেম্নবা, তেংপানবা মপুগী মতিক ময়াই মমিবু মালেম ইমাগী তম্পাক লাইজা ঈবেনপুংদা মপু মাগী মমি তাখি॥ মপুগী মমি মশক মান্না তাইবং মী শেমখি॥ অশুম্না ওইখিবনা, কোবৌনা ইপানি, মালেম্না ইমানী হায়বগী লিখুন্দা, কোবৌ নোংলোন ৯গী মতিকপু লাইজা ঈপাথক্তা কৌজবগা, মালেম লৈখেবোন ৭তগী ইমাগী ময়ায়বু লাইজা ঈমায়থক্তা কৌখৎলগা, হিরী লংশুং থাদুনা থৌরাই মিবেন অথোয়ববু চিংখৎপা অদুবু ঈকৌবা কৌই থৌরাই মিকৌতম্বা কৌই॥ য়াম্না কুপ্পা বাখললোম্নী ॥ অসিগী মবমদা য়াম্না ইনিংঙাই, হায়নিংঙাইদি লৈ॥ অদুবু খবদং ফোংদোকচবনি॥ ময়াম্না হেন্না খঙবিবিবনি অসিনশু মদোমদে॥

খৈয়োম - কবিদমক খৈয়োম কৌবনো ? নাহান মালেম তাইবংপানবশি কোবৌ মালেম শেমঙেদা মপুগী হকচাংদগী পুথোকখিবা পোৎলম কয়া ইদুনা মমিং মথা হায়বদা পান্দম ওইনা কোবৌথক্তা লৈরিবা নুমিৎ, থা, থৌরানমিচাক চিংবা মীওইবা ১গী পুক্সিদা মশিং থিবা ঙমললোইদৌবা ১শুং মালেমদা হৌবিবা, লৈবিবা, থৌরাই পানবা পান্দবা মী, শা, ঙা, তিন, কাং, উরি, উপান নাপীশিংবীনচিংবগী মমিং মথা মখল শুনা খঙবা ঙমদরবা পুম্নমক অসিশিংশি কোরৌথক্তগী ইপাগী ঈলিক্না মালেমদা তাবগা ইমা মালেম লৈমগী তমপাক ।ইমাগী মহাও ফংজবদা, মপু মাগী ঈলিক্না পুম্নমকপু ওইবিবনি ১শুং হিংজরিবনি॥ অসি মরম লৈবনা লাইগী থৌরম খুদিংদা তেংপানবা, ইবুংঙো

মাবু নিংশিংবগী মওংবু লৌরগা হৈরাং লৈরাং কৎচবনি।। হরাউবগী থৌরম হৌবদা ইহান হান্না তেংপানবা মপুবু নিংশিংদুনা খৈয়োম কৎপদি।। ইবুংঙো মহাক্তি খৈয়োম চাবা নৎতে।। মালেম ইমাশু খৈয়োম চাবা নৎতে।। তৌবগীদি মপুগী মতিক অসি নৈ।। মালেমগী ময়াইশু অশুক্কী মতিক চাউই হায়বসি।। ইমাগা ৴৴পাগদা শেথাজবগী খুদম্মী।। ইবগী থাবগী লোইবা নাইরোই, খজিক্তো য়াৎথোকচবনি।। লারোন ৩ থাবদি, লৈরোন, নোংলোন ৩বু নিংশিংবনি।। লাশেং ৪শুং মাইগৈ ৪ লাকপনি।। মাইগৈ লাইবু তাইবনি ১শুং ইবুংঙো মাহাক্তি মমাই ৪ পাল্লি ১শুং লাইনা লৈতবা মাইগৈশু লৈতে।। মফমশু লৈতে, শিনথুংনা লৈবনি হায়না শৈথানরি।। চেংনা কোরৌদা, মালেমদা লৈরিবা পুম্নমক্কী মহুৎ শিন্দুনা শৈথাজবনি।। য়াম্মা, মকুপ মতা, অশোয় অঙাম্মশু য়াউই হাইবা তাকপনি।। "হৈ", মনম নাইবদি মপু মাগী মিংখৈ, তাইবংনা শোঞ্জবদা ইপাগী মতিকপু উৎচবনি।। "মনাহিনা" মালেম ইমাগী তম্পাক্তগী থোকপা হি য়াই পুম্নমক্না তাইবংপানবদা লৈরিবা পুম্নশি ইমাগী ময়াইনা হিংজবনি, হায়বগী পান্দম উৎচবনি।। লাংথ্রৈ লৈপোপ ৩দি, নুংশিৎ ঈশিং, মৈ ৩শিগী মতিকপু উৎচবনি।। ৭ শেঞ্জা অদুশু ইমাগী তম্পাক্তগী থোকপগী উৎচবনি।। অশুমনা মরমশিং অশিবু খৈনা য়োম্মী হায়বগী মমিং খৈযোম কৌই।। অশিশু মদোমদে।। খজিক্তো পান্দমজবনি।। কনাগুম্বনা (য়েকম) ঙানু মরুম্মা শেম্বা য়াওই।। অদুগী কাঙলোন থিরুবদা, থৌব্রাই পানবা ১গী শক্তম ওইরবনিনা, অপাম, নুংশি, কলক মিহৌ য়াওরবনিনা লাইরমলেম্দা চয়েৎনবা খরা লৈবদগী ঐহাক্কী হাপচরে।। খনথবিয়ু।। কোরৌগা, মালেমগদি মীচঙ মীথাই নাইদে, ঐগী মীগী থাইদে।। খৈয়োমগী লাগী মমিং চপোৎ কৌই।। চেংগী মমিং চুপলুপ কৌই।। লাংথ্রৈগী মমিং তুরৈ তুরৈ কৌই অসিনি।। মঙাং মরুগী পরৈ, লুব্রাং মরুগী পরৈ, খুমন মরুগী পরৈ পরৈ ৩ মক্লা তিল্লবদি মমিং শফ কৌএ, খৈয়োমদি ইখৈনিংথৌ ইখৈরেম্বীদা কৎকনি।

**ঈকৌনবগী মফম** - মমাংথৈদগী লাইফম খুদিংগী লাইজ্র ইকোম লৈরম্মী।। মসিবু অনৌবা লোনদা পুখ্রি হায়না খঙনৈ।। ঈপু ইপানা ঈরানখোং কৌই।। হায়বিবসিংশি মফম মফমগী লাইফম খুদিং লৈরম্মী।। হৌজিকশু লৈবা য়াওরী।। অশুম্না সুনা, অমাং অশোয় তৌদনা থম্মরমই।। হৌজিক্তি লৈতবনা অযাম্না ওইরে।। ঈশিংতমু লৈরবদি খল্লে ১শুং লাই খুদেং, কোরফুদগী

ফাওবা লৌখৎনরে।। মালেমগশু শম্মদরে।। শর্মাজ্জনবা হৈনবাদি তাইবংগী ওইবমাল্লে।। লিকলমদি মফেদা চৎলে।। ঈকৌবা চৎলমদাইদা লৈকায় ১দি খুঙ্গংগী অহল-লমহন, ইমা-ইবেন, ইচে-ইচন, ইচিন-ইনাও পুম্নমকপু পাউজেল্লগা, লাইগী থৌগল য়াউগদবা ইকৌবদা লাইগী মথৌদা চংগদবা মীশিং, লৈমা, পীবা, চনু, পাখং, য়েক মচা নত্তবা ১শুং লাইপুগদবা, পুগদবী ২দি অফবা চাদা নাউদা, অতেক অকায় য়াউদবা, খুঙ্গংগী ১দি লৈকায়গী লৈবাক্কী য়াইফনবগীদমক য়ুম ১তগী ওইবা পি ১, পা ১, লৈমা পিবা ২না নোংমা রাৎলিৎভেদা শাহেন, ভাহেল্লগা (ফমদিন্নদবনা) লাই পুহনগনি।! য়ারি মখে য়ুম পানবশিংদি হায়রিবশি থাদোকপিবা ফৈ।। মাস ময়ামগী ১দি ইশাগী ফনবনি।। নুংলোম্নি, মতুং থৌরম অসিদা চগুগদবা মীশিংদু মাইবা মাইবিনা লাইমাংদা কৌশিল্লগা, তাইরেন পুংফাই মচুম্না হায়দোকপিরগা, লাইফি শেৎপিগনি।। মতাং অসিদা মথক্রো চৎলম্বা খরা লাইগী লিকখুন থিজরুবদা ১দি ইনাৎকী ওইবা ফজবা লিখুন অশেংবা লাইনা-লাইগী, মীনা-মীগী, নুপানা-নুপাগী মথৌ, নুপীনা-নুপীগী মথৌ ওন্নবা য়াদবা মতাং খরা ফংজবদগী ১শুং লাইনিংথৌ-লাইরেম্মগী শমচেৎ মিংশেন ফাওবা তিন্নবা য়াদবা, পাগী মমি তাবা মিংশেন্দা পিগী মমি তাবা য়াদবা, নুপানা হাৎপা শমজেৎ নুপীনা হাৎপা য়াদবা, নুপীনা হাৎপা শমজেৎ নুপানা হাৎপা য়াদবা, নুপানা হাৎলুবদা শম অশাংবা থেংনরবদি নুমিৎ অদুগী থৌ চৎপদা অফবা (মঙ্গল) ওইদে।। ফজরবা য়ুমবাল্লোন ফাওবা লাইগী থৌরমদগী ফংজৈ।। অশুম্না লিকলম অমা শেংদোকচরী লিকখুনশি কংলা হরাওবা মতমদা মিয়ামগী মফমদা থমজখরে।। ইং শোংক ২০০০ ইংদা মিয়াম্না খন্নবিয়ু হায়না, কাংলোন অশি পুথোকচখ্রে।। অচুম্বা অরানবদি থিবগী লোইবা লৈতে, লাইগী লিকলমবু থিজবনি।। মিনম লাং থাকখিবনা লাইরমলেন ফাওবদা য়াউশিনবিরমই।।

লাইগী থৌরমদা য়াউগদবা মীওইশিংনা শেৎকদবা ফিজেৎকী মওং - লাইরেম্মা লোমগী লৈশাবী ৫, লৈশাবী ৫শি ফনেক মপান নাইবা ফনেক শেৎকনি।। লেশোন ফুরিৎ, কোক্তা কজেংলৈ, খ্বাংদা ইন্নফি অপাবানা খ্বাংচেৎ লাক্কনী।। লাইরেম্বী পুনবা মৌ নুপী ১, মৌ ১না শেনপোৎ (ফিদা) পুবী ১, মৌ ২ চগুগনি।। মৌদি ফি মথক শেৎকনি, নীং কুপ্পা খ্বাংচেৎ শেৎকনী, ইন্নফি

অপাবা মরাক তাইবা ইনগনি, লায়িংথৌ লোমগী পাখং ৫ ফিজেৎ-ফৈজোম অঙৌবা শেৎকনি, ফুরিৎ পুময়াৎ খুদাং লাউবী লিংকনি, ইন্নফি অঙৌবা ময়ুংনা-শ্যাংনা থুপচিল্লগা থাংলি লাক্কনি, কোক্তা কোইয়েৎ শলাই য়েৎকনি, লায়িংথৌ পুনবা ময়ুম পানবা নুপা ১, খুদেশেন, কাউশেন (ফিদা) পুনবা নুপা ১, হায়রিবা নুপা ২, মথক্কী মৌ ২শি য়ুম তোঙান্দবা ইমুং ১গী পি-পা ওইগদবনি॥ লিকখুন চুমথোকপনি, হজোয়নিঙাই থোইনা লৈতে॥ লাইয়িংথৌ ১, লাইরেম্বী ১গী তুমা তুমাগী য়ানি॥ নুপীগী মহুৎ নুপানা শিনবা য়াদে, নুপাগী মহুৎ নুপীনা শিনবা য়াদে লাইগী অরুবা লিকখুম্নী॥ ফৈজোম শেৎকনি, পুময়াৎ ফুরিৎ লিংকনি॥ ইন্নফি ১ ইনগনি, শেমপোৎ পুগদবা নুপাদি ইন্নফি ইন্নরোই॥ ইন্নফি থুপচিল্লগা খ্যাংলি লাক্কনি॥ কোইয়েৎ শলাইদি নুপা ২মক য়েৎকনি॥ হায়রিবা নুপা, নুপি জুরা ২শি॥ য়েক লৌনদবা য়েক মচাশু নত্তবা, অতেক অকায় য়াউদবা মীওইনা লাই পুগনি॥ হায়রিবা মীওইসিংশি কংদ্রগা, লৈত্রগা লৈশাবী ১দি পাখংনা শিনগনি॥ লাইয়িংথৌ, লাইরেমগী অথেনপোৎ পুনবা মৌ ৩, ইশাই চফু পুনবা মৌ ১, ইশাইচফু পুনবা মৌ অশি লাই পান্নরিবা লাই শেল্লুংবগী নুপিনা পুগনি॥ করিগুম্বা য়াদবা মতাং লাকজবদি খুনগী মৌ ১না পুগনি, অতেক অকায় লৈবদি য়াদে॥ মশি ময়ামগী ফনবনি॥ মাইবা মাইবিদি অশোয়বা কয়ামরুমবু য়েংশিনবিগনি॥ অশুম্না ফিজেৎ লৈতেং শেম শাবা লোইরবদা ঈকৌবা চৎনবা থৌরাংলগনি॥ চৎকদবা মীওই কয়াশু শেম শাবা লোইশিনবিগনি ১শুং শাগে শালাইগী ওইরবদি, শাগেগী লৈমা পিবানা লাই পুগনি॥ অতে পোৎ পুবদি, শাগে নত্তবশু য়াই॥ ইশাইফু পুবিশু শাগে শা লাইগী ওইবা মীনা পুগনি॥

হৌজিক ঈকৌবা চৎপা, ঈকুন্বগী থৌরম হৌবগী মরম - লাইগী শংলেন মথক্তা, লাইমাংদা, লাইয়িংথৌগী মপাদা লা মচেৎ ২ উপ্লা লাইরোমদা লাগী মতোন ওনশিল্লগা থাগনি॥ লাশেৎ ২গী মথক্তা খুনেৎশেন ১।১ হাপকনি॥ লাইরেম্মগীশু, লাইরেম্মগী মপা লাইমাংদা লা মচেৎ ২ লোংনা থাগনি, লাগী মচিনদি লাইবুংলোমদা ওনগনি, ৭ শেনজা ১।১ হাপকনি॥ লাইয়িংথৌ পুগদবা মী অদু কোইয়েৎ শলাই য়েৎকনি॥ ইন্নফি অদু ইন্নগা য়েৎ থংবা ফিজিন্না ওইরোম থংবা লেংবান্দা হাইগৎকনি॥ ওই থংবা ফিজিন্না

য়েৎথংবা লেংবান্দা হাইগৎলগা ফিজিন ২ অদু তুংলোমগী লুখমদা কিশি কিগনি।। অদুগা ৭ শেনজা হাপলিবা শেনগী মথক্তা লাইবক কৎলগা খোংয়াই মপা চানা নেৎলগা লেপকনি, লাইলোমদা মাই ওনশিনগনি।। অশুম্না লাইরেম্মগীশু ইন্নফি অদু ফজনা ইন্নগা ওইথংবগী ফিজিন্না য়েৎলোম থংবা লেংবান্দা হায়গৎকনি, য়েৎলোম থংবা ফিজিন্না ওইরোম থংবা লেংবান্দা হায়গৎলগা তুংলোম লুখমদা ফিজিন ২ অদু কিশি কিগনি।। অদুগা ইন্নফিগী ফিবান অদু কোক তংখাই ১ কুপকনি ।। অদুগা ৭ শেঙ্গা হাপ্লিবা লাশেংকী মথক্তা লাইবক কৎলগা খোংয়া থম্বান মপা চানা নেৎলগা লাইরেম্বী লোমদা মাই ওনশিনগনি।। মতুং - লাইয়িংথৌগী ইহাইফু অদু ইন্নফি অদুনা কোনখৎলগা নাহোংগী ফিজিন লেংবান্দা য়েৎ ওই হাইগৎলগা, নাহোংগী ফিজিন ২ অদু তুংলোমদা কিশি কিদুনা পুনগনি।। ইহায়ফুদি শোয় মপা চানা থম্মগনি।। অশিগা মান্নানা লাইরেম্মগীশু পুনগনি।। ইন্নীবা ইন্নফিগী ফিজিন ২ অদু মায়য়োকনগনি।। লাই হাপ্না লোইরে।। লাইয়িংথৌ থাং ফানগদবা নুপাদু খ্বাইগী মাং থানা লাইলোমদা মাই ওনশিল্লগা লেপকনি।। অদুগা লাইয়িংথৌগী থাং অদু য়েৎ থংবা খুৎনা লুমান নত্রগা লা ১না য়োমশিল্লগা, লেংবান্দা হাইগৎলগা পাইগনি।। অদুগুম্না লাইগী পোৎ পুম্নমক মথং মনাও নাইনা, মাইবিনা লাই পুগদবা মীশিংদা লৈবাক তাবা য়াদে হায়না মুন্না শিন্নবিগনি।। লাইগী পোৎ খুদিং খুৎতা লুমান নত্রগা লা ১।১ থাবগা পাইহনগনি। অশুম্না লাইরেমগী থাং পাইবিগদবী লৈশাবী অদুশু খ্বাইগী মাং থারগা লাইলোমদা মাই ওনশিলনা লেপলগা খুৎতা লুমান ১না থাংগী থাংখোক অদু য়োমশিল্লগা পাইগনি।। মথং মথং লাইয়িংথৌগা মান্নানা লাইরেমগী পোৎ পাইহনগনি।। লাইয়িংথৌ পরেং ১, লাইরেম্মগী পরেং ১, পরেং ২ থোক্লা লাইগী চোং, পে য়ুংলিবা অদুগী লাউবা মান্নানা পরেং লেংদুনা লেপকনি।। অশুম্না লাইগী পোৎ পুম্নমক শিনথোকপা লোইরবদা ইকৌবা চৎনবগী মাইবনা খুবাক ৩ লক খুরগা, মাইবিনা শরিক থিংলগা, ইবুংঙো ইবেম্মা ২মক, (লাইগী মমিং হায়বা য়াই) ফজবা থৌগল্লোন্দা, ইরম খুন অশিবু কোনবিরিবা লাইয়িংথৌ, লাইরেম্মা অনীগী থৌবাই মিকৌ তস্না য়াংদৌ খোংশাল্লশি হায়রগা লাইমাই লাইবুংলোমদা ওল্লগনি।। মাই খুৎওনদি লাইয়িংথৌনা য়েৎলোমদা, লাইরেম্মনা ওইরোমদা মাই ওনশিন্নরগা লৈগনি।। ময়ামশু অশুম্না ওনগনি।। হায়রিবা থৌরমশিবু

শেম শানবা থৌগন য়াউগদবা মীওই খুদিংমক তাইরেন পুংফাই মচুম্না মাইবনা নত্রগা মাইবিনা হায়দোক্কনি।। অতৈ লাইবুংদা লৈরিবা পুম্নমক হায়দোকপিবশু খ্বাইদগী হেন্না ফৈ।। হৌজিক লাইমাই ওনবা লোইরবদা, মাইবিনা লাইমাংদা জগোয় ওক্লগনি, পেনা য়াউগনি।। জগোয় ওকপা লোইরবদা বেন খোংবা য়াউরগা (বেন্না খ্বাইগী মাং থারগা) মাইবা, মাইবি পেনা থৌগন য়াউনা খোঙশানবা হৌরগনি।। অশুম্না চৎপনা ইকৌফম য়ৌনবা চৎকনি।। চৎপা মতমদা চোং পাইরিবা, পাইরিবি ২না লাইয়িংথৌগী তুংদা লাইয়িংথৌগী চোঙনা থৌগন চৎকনি।। শেমপোৎ ফিদা পুবনা চোঙগী তুংদা চৎকনি।। হুমাইখোক অশাংবা পাইরিবা নুপা ১না, ইবুংঙোগী ফিবুল য়াউবা খুদেশেন পুরিবা অদুগী তুংদা চৎকনি।। অশিগী মওং চপ মান্ননা লাইরেম্মগীশু চৎকনি।। অশুম্না চৎপনা ইকৌফম য়ৌরবদা লৈরাই মপান্দা মাইবনা তাইরেন পুংফায়না হায়দোক্কনি।। অদুগা লাই পুবা, পুবি ২বু কৌখৎলগা লা মচেৎ ২ উপ্না থারগা মথক্তা ৭ সেন, ১।১ হাপলগা, লাইয়িংথৌ পুরিবা নুপা অদুনা শেনগী মথক্তা খোংয়া থম্বান্না নেৎলগা লেপকনি।। লাইরেম্মগীশু লা মচেৎ ২ লোংনা থারগা মথক্তা ৭ শেন, হাপ্লগা লেপকনি।। অসিগী তুংদা লাইয়িংথৌলোম থংবা নাকন্দা লাশেৎ ৯ থাগনি চেংনচিংবা শিংজু খরা খরা হাপকনি।। ৭ শেঙ্গা ১।১ হাপকনি।। য়েংতৌ উতোংশু লাশেৎ থারিবা অমমমগী মনাক্তা য়ুংগনি ১শুং পুক য়ু হৈগনি।। অশুম্না লাইরেম্মগী নাকন্দা লাশেৎ ৭ থারগা মরম শুনা শেমগনি, লোইরগা লৈরাই য়ু খাঙগনি ১শুং ঈশিংদশু কোরৌ, মালেম, মাইকৈ ৪গী শরোই য়ুপান থাগনি।। লোইরগা অমাইবনা ঈশিং মপান্দা ফমথরগা খুবাক ৩লক খুরগা খুৎয়েৎকী খুবাক্তা স্না, লুপা কোনয়াই হাপলগা, কোনথারোল লাইমিং শোল্লগা খুৎওইনা কোনয়াই থাবা মতমদা লাইজা ঈশিংগী ঈমায়বু হায়দোক্লগা কোনয়াই হুনগনি।। তুরেন হৈরুকতী মাইবিনা শরিক খিংদুনা থাংজিংদগী হৌরগা মাইগৈ শুনা কোরৌ মালেম য়াউনা কৎকনি মতুংদা মাইবনা কোরৌ নোংলোন ৯দগী লাইয়িংথৌগী মতিক ময়াই কৌথগনি।। মালেমদগী লাইরেম্মগী ময়াই কৌখৎকনি।। খৈয়োমগী লাইমিং শোল্লগা, লাইয়িংথৌগী খৈয়োম ওইনা পায়গনি। লাইরেম্মগী খৈয়োম খুৎ য়েৎনা পাইগনি।। খৈয়োম থাবগী মওংদি লাইয়িংথৌ তাউরোইনাই ইবুধৌশী লাংওন ওইবা ইখৈ নিংথৌ ইবুংঙোগী খয়াৎনুংদা খৈয়োম ইনগনি (পিজগনি) ।। লাইরেম্মগী তাউবীরোইনাই

ইবেনথৌগী লাংওন ওইরিবী ঈখেরেনবীগী খয়াংনুংদা খৈয়োম ইনগনি॥ খৈয়োম থাবা লোইরবদা, মাইবিনা খুৎ য়েংনা লাইরেমগী ই হাইফু লৌথোক্লগা পাইগনি॥ খুৎ ওইনা লাইয়িংথৌগী ইহায়ফু পাইগনি॥ অদুগা নুমিৎ অদুগী পুরিবা পুরিবি লাইবু থাগোন্নরগা, খুদক অদুদা পাইরকপা থৌবাই পানবা উচেক বাইয়া নত্রগা কুরাক তীন, মী নত্তবা থৌবায় পানবা অউবা ১ ইহায়ফু ২না য়েং, ওইনা কোনশিন্দুনা থৌবাই মিরেন অদুবু ফাগনি॥ লাই হারবগী মতিকপু থৌবাই অদুবুনি॥ অসি খণ্ডনা থবক তৌগনি॥ অসিগী তুংদা ঈহায়ফু ২দু ঈশম্নরগা থাংজিং, বাংব্রেন, মার্জিং, কৌব্রু, ওন্না ওন্না মাইগৈ লাকলগা মাংলোমদা হায়দোক্তুনা ৩লক লৈরগা অমুক হকচাং ইশালোমদা ৩লক লৈশিল্লগা ঈশিং খজিক্তং ইহায়ফুদা চংহল্লগা লাই ২গী মরক্তা কাখৎলগা মফম চাবা মফমদা জগোয় শাবদা খুদোং চাবা মফমদা লেপলগা, থাংজিং, বাংব্রেন, মার্জিং কৌব্রু মাইকৈ লাক্তুনা মালেম্বু পুরিবা লাইবু থাগোন্নরগা থাংজিংলোমদা মাই ওল্লগা, মালেম চুকফারোন, লৈতাই জগোয় কৎপা শাবা হৌরগনি॥ মথং কোরৌ নোংতাই জগোয় শাগনি॥ নোংথৌগী চুক ফাগনি॥ মালেম লৈতাইগী জগোইদি - থাংজিং, মার্জিং, বাংব্রেন কৌব্রু কারল লাক্কনী ॥ মথং মালেম লৈখাগী লৈনেৎ লৈতাই জগোয় শাগনি॥ থাংজিংলাইবু থাগোন্নরগা, য়েৎলোমদা লৈরগা বাংব্রেন থাগোন্নরগা, চুকফা জগোয় কৎপা শাবা হৌরনি॥ ১শুং কোরৌ নোংতাই জগোয় শারগা, মালেম লৈনেৎ লৈতাই জগোয় শাগনি॥ অদুগা বাংব্রেন থাগোন্নরগা য়েৎলোমদা লৈরক্তুনা মার্জিং লোমদা মাই ওনশিন্দুনা, মথক্কী পরম অদু ১তা বাংতনা তৌগনি॥ মথং য়েৎ লোমদা লৈরকলগা কৌব্রু মাইকৈদা অমুক জগোয় কৎপা লোইবদা য়েৎ ওইননা লৈরকলগা জগোয় খুথেক ৩।৩শি তোঙান তোঙান্না কৎপশু য়াই॥ নুমিৎনা থোকলিবা মাইকেরোমদা মাই ওনশিল্লগা, খোং য়েৎওই ২ খজিক কাপ ১ রোম লপ্পা লেপ্পগা ইহায় চফু য়েৎ ওইনা পাইরিবা অদু খোইদৌ মপা লাকলগা হকচাংগী লেংদোন মপা মিংকী মথক হেনলপ্পা থাংগৎলগা ইহায়ফুগী লৈত্তোন ২ অদু (হায়বদি য়েৎ ওই) হায়ফেৎ শম্নরগা চফু মনিং ২ ফাকলপ তৌরগা কোরৌগী ময়াইবু খোইদৌ মপা য়ৌনা চিংথগনি॥ মশী ৩ লক চিংথগনি॥ অসি চিংথবা লোইরগা অমুক খ্যোং ২গী খুনিং ২ শম্নরগা খোংদোন্দী ২দি ফাকলপ তৌরগা হায়ফেৎ খুৎ ২শু ফাকলপ তৌদুনা ফমবগী মওং লৌন্নগা

মালেম লৈমা ইমাগী ময়াইবু ফুক্কং থাংগৎপগী য়াখল্দা ইন্নার ফুগী মনিং ২ শম্মরগা লৈজোন ২দি খরা ফাকলগ্না খোয়দৌ মপা য়ৌনা ওলক চিংখৎকনি॥ অসি লোয়রগা হুকচাং ফজনা তিংনা হৌগৎলগা খুৎনা মাও থারগা মাওলোমদা পুখৎলগা খুৎ ওইনা ইহায় চফুদি নিংজোন মপাদা, চফুনা হুকচাংলোমদা খুৎকী খুৎনমদি মপানলোমদা খুৎনিং কোল্লগ্না ফনদোক্লগা য়েৎ ওইননা হুকচাং পুমলৈ লৈগনি॥ খুৎ ওইনা অমুক য়েৎনা তৌবগুম মাওলোমদা পুখৎলগা খুৎয়েৎনা তৌখিবা অদুগুম্না ইহায় ফুদি নিংজোন মপাদা খুৎনমদি মপাললোমদগী কোনশিনবগী মওংদা খুৎনিং ফনদোকলগা ওইরোমদগী য়েৎলোমদা হুকচাং পুমলৈ লৈগনি॥ অদুগা ইহাইফু ২ অদু খোয়দৌ ময়াদা পুশিল্লগা থাংজিং মাইকৈ, জগোয় হৌখিবা মাইগৈদা মাই ওল্লগা জগোয় লোইশিনগনি॥ জগোয় খুৎশাগী মওংদি ইহান হান্না থাংজিংলোমদা ওনবগী মতাংদা খোং ২ চপ মান্ননা লেপ্লগা য়েৎকী খোংবিনা ওইথংবা খোঙগী খোঙয়াই মপাদগী য়েৎকী খোঙবী মতোন্না নমলগা, খোঙবী মরুলুক্না থাংগৎলগা মালেম কোনশিনবগী মওংগুম তুংলোমদা হায়ফেৎ ইম্বোকপগী মওং উৎলগা মাওলোমদগী কোনশিল্লকুনা ১শুং চিংশিল্লকুনা অশায়গী অহানবা হৌখিবা খোঙ ওইগী খোঙয়াই মপাদা য়েৎকী খোঙবী মতোন্না নমদুনা লেৎকনি॥ মসি ওইগী খোঙনা অমুক য়েৎকী খোঙয়াই মপাদগী মথক্তা তৌখিবা অদুগী মওং চপ মান্ননা ওইগী খোঙনশু তৌগনি॥ অসিবু মালেমগী চুকপু ফাবা নহাল লৈশেমঙৈগী লৈতাই লৈনেৎ, লোইখোম, থেংগৌগী মওং হায়ফেৎ চঙবা লৈশেম জগোয়গী মওংনি॥ হয়াউবদি লৈশেম্বনি লৈশেমলোন্নী॥ লৈশেম্বা মওং অদু উৎপনি॥ অশুক লুবা য়াকস্নু ঐখোয়না খণ্ডউদবগী, থিরুদবগী ইনাংকী লিখুনবু লাইনা খল্লুবনি॥ হুন্দক্কী মাইবা, মাইবি, পেনাদি অশুক্কী মতিক হুকই॥ অতিয়া, অশিবা, পাখংবা, নুংশিৎ, ঈশিং, মৈ, অহুম্মক্কী পান্দমনী, খজিক্তা উৎচবনি, য়াম্না উৎখোকচবগী ইতিক লৈজদে॥ নোংথৌগীশু অহৌবগী অদুগুম্না য়েৎকী খোঙবিনা খোঙ ওইগী খোঙয়াইগী মপাদগী খোঙবী মতোন্না নমলুরগা, খোঙবী মতোন অদু হায়ফেৎতং লোংখৎলপ তৌনা খোঙ খুবোম অহোম্বগী মপা য়ৌরগ্না থাঙগৎলুরগা কোরৌদগী হি-য়াই চিংথরকপগী মওংদা থাজৎলুরিবা খোঙ অদু থাদলমদাইদা খোঙবী মতোন লুকথরগা ওইগী খোঙয়াগী ময়াইদা খোঙবীনা নমগনি, খোঙ ওইনশু অশুম্না তৌগনি॥ মশি মশিংদি থোইনা

লৈতে মওং উৎপনি॥ তাঞ্জা য়েংদুনা ভাইহাক ভাইহাক শাগনি॥ অসিগী তুংদা মালেম লৈখোঙ চেংনবগী মওংনি॥ য়েংথংবা খোঙগী খোঙনিংনা থাঙ্গৎলগা ওইগী খোঙয়া থম্বালগী মপাদা তুংদগী লৈবাক খোৎচিনবগী মওংদা খোঙনিংনা কাওশিন্দুনা নেংকনি॥ অমুক খোঙ থাঙ্গৎলগা খোঙ অদু মাঙলোমদা হায়ফেৎ ইম্থেক্লগা খোঙ পুশিল্লকপা মতমদা খোঙবিনচিংবা খোঙশা অদু মরু হায়ফেৎ লুকলগা লৈবাক খোৎচিনবগী মওংদা খোঙ চিংশিল্লগা খোঙবি মতোম্না খোঙয়াইগী মপাদা নেংকনি॥ খোঙদি য়েং ওইনা শিন্ন.শিন্ননা জগোয়গী তান্দা অদুম তৌগনি॥ মওংদি অকাও ১শুং অখোম থেংগৌগী মওং খজিক্তং লৌবনি॥ লৈবাক ১দি খুনগী ফনবগীদমক লৈশেম্বগী ৱাফম্ থমজবনি॥ অশুম্না জগোয় লোইশিল্লবগী মতুংদা, লাইয়িংথৌ, লাইরেমা পুরিবা পুরিবী ২গী মরক্তা চঙলগা ঈতাফমদা ফমথরগা, ইহায়ফু ২দু ঈশম্নরগা থাংজিংলোম থংবা মাগেদা ইহায় চফুগী লৈতোন ২দু চুনগনি, অদুগা ৱাংব্রেনলোমদা খুৎ ২ ইনথৎলগা লৈতোন ২ অমুক চুনগনি॥ মথং মার্জিং মথং কৌব্রুদা চুনবা লোইরগা চফু ২ মাং মপা চানা খুৎ য়েংনা ওইরোমদা মালেম কোইবগী মওংদা লৈগনি॥ খুৎওইনশু য়েংওইননা মালেম কোইবগী মওংদা য়েংনা লৈবা অদুগা চপমান্নরা ৩লক লৈগনি॥ ৩লক লৈবা লোইরগা, অমুক য়েংনা য়েংলোমদা ওইনা ওইলোমদা ৩লক লৈরগা চফু ২দু হায়ফেৎ কোরৌদা থাংগৎলগা লৈতোন ২ চুনগনি॥ অমুক খুৎ থাদরগা লাইজা ঈশিং শোকফাৎতনা চফু মনিং ২ অদু শম্নগনি, লৈতোনদি ফাকলক থমগনি॥ অসি লোইরগা লাইপুবা, লাইপুবী ২গী ভক্তা পুল্লিবা নাওহোংগী মনুংদা লাইয়িংথৌগী ইহায়ফুনা লাইয়িংথৌ পুবদা লাইরেম্মগী লাইরেম্বী পুবিদা হাপকনি॥ অসিগী তুংদা ইহায় ফুদা য়াউরিবা লৈয়োম ২ অদু লৌথোকলগা লৈয়োমদা থেৎলিবা হিরি য়েৎলিবা চৈ অদুদগী হিরি অদু ঈশিং ফাওবা য়ৌনবা চিংথোক্লগা মাইবিনা লৈয়োমগা কোম্ননা পায়বদা খুদোংচাগদবা য়েংদুনা চিংথোক্কনি॥ অশুম্না লাইরেমগীশু তৌগনি॥ লৈয়োমদা লাইয়িংথৌ হিরি লাইয়িংথৌগী লৈয়োমদা থেৎকনি॥ লাইরেমগীশু লাইরেম্মগী লৈয়োমদা থেৎকনি॥ লৈয়োম ২ অদু লিপক্লরগা হিরিনা পুল্লগা হিরিদি, লৈয়োম ২গী কারক্তা লিৎথোকলগা, লাইয়িংথৌগী লৈয়োম্না মথক থংলগা মাইবিনা খুৎ য়েংনা পাইগনি॥ খুৎ ওইনা হিরি অদু ওইথংবা লেংবান্দা থাংগৎলগা, শরিক্তা শাগোম্ননা পায়গনি॥

মাইবিদি হান্নন ইন্নফি অদুনা কোক মাইখুমজিন্নগা শেম শাগনি॥ অদুগা লা ১ থারগা নিংগাং ফমবগী মওংদা ফমগনি॥ লৈয়োম পাইরিবা খুৎ অদু খু ২গী ময়ায় মপাদা ঈশিংদা চুপ চুপ লুপতুনা, শরিক খিংদুনা লৈহৌ নোংহৌ শৈথাদুনা লৈহৌরোন শক্তুনা লাইপাউ চেনগানি॥ লাইপাও চেনবা লোয়রকপদা, মাইবনা তাইরেন্না হায়দোকলগা লাই ফারগনি॥ অদুগা লৈয়োম ২ অদুদা হিরি য়েৎশিবদু হনদোকলগা লাই ২গী হিরিদু খায়দোকলগা, য়েৎনহন্দনা লৈয়োম ২ অদু লাইয়িংথৌনা মথক থংনা পাইরগা ইবুংঙো ইবেন্মগী (লাইমিং হায়দুনা) থৌরাই অচংবা, মিরেন অচংববু মাইগে ১০ মক্তগী হীগী হীরম ৭, য়াইগী য়াইরম ৭, শিদ নাদা য়াইগা লাইজ ঈরেন পুংদগী চিংউ লাইকোন্নু ম্নাগী শংলেননুং য়ৌনবা হিকারশি॥ থৌরাই ৫ মিগা থাগা ৬মক তোয় তোয় তোয়, মি মি মি, কুক কুক কুক, রিরিরি, কোন কোন কোন, হি: হি: হি: হায়দুনা হিরি পাইদুনা হিগাওফু য়ৌনবা চিংখৎকনি॥ ৩লক চিংখৎলগা হিরি অদু চৈদা য়েৎশিন্নগা লাইয়িংথৌগী হীরি চৈ য়াউবা লৈয়োম অদু লাইয়িংথৌগী ইয়াইফুদা হাপকনি ১শুং লাইরেম্মগীশু হাপকনি॥ অদুগী তুংদা মাইবিনা ঈশায় চফু পুবি নুপি অদু লাই ২গী মরক্তা কৌশিন্নগা মাইবিনা চফু অদু ঈশিংদা মনুং মপান ফজনা শেংদোকলগা, মরুগী লৈহন লৈয়োম অদু ঈশায়ফুদা হাপলগা ফিজম অমনা কুপশিন্নগা ঈশায়ফু অদু য়েৎ ওইননা ৩লক ওই ওইননা ৩লক লৈরগা খুৎনিংথৌনা খুৎকান্নী কোঙোন কানা ৩লক কাপলগা থাংজিং, রাংব্রেন, মার্জিং, কৌব্রু মাইগে ৪দগী ঈশিং খরা খরা লৌরগা, ঈয়াইদা ৩লক্তা থন্নবা ঈরানগনি॥ মাইবি অমনা মতাং অদু শরিক খিংগনি, পেনা খোংবা অমনা পেনা খোংগনি॥ ইশাইফু ৭লক ঈরানবা লোইরগা ৩লক ঈহল্লমগনি॥ অশুম্না ইশায়ফু চিংখৎলগা ঈশায়ফু পুবিগী কোকথক্তা ফৈজা ১ থারগা তাইরেল মনা ১ থারগা থোংগৎপিরগনি॥ মতুং ঈশাইফু পুবি, লাই পুরিবা পুরিবি ৩অদু লাইখোঙ চামবিগনি॥ অদুগা ঈশাইফু পুবিদু য়েৎওইননা লৈরগা লাই ২গী মরক্তা কাখৎহল্লগনি॥ লাই পুবা ২শু লাইয়িংথৌনা ওই লোমদগী লৈশিনলগনি॥ লাইরেম্বী পুবিশু য়েৎলোমদা লৈশিন্নক্কনি॥ অশুম্না লৈশিন্নগা মাইবিনা শরিক খিংলগা, পেনা থৌগনশু লমমিন খোংদুনা খোঙগারগনি॥ মফম চাবা য়ৌরগা, ঈশায়ফুনা খ্বাইগী মাংদা, থাঙ পায়বা ২না য়েৎ ওই থৌগন তৌদুনা লেপলগা মাইবিনা জগোয় ওক্কনি॥ লাইয়িংথৌ লাইরেম্মা

২গী পরেং অদু ঈকৌবা লাকপদা চৎলিবদু কায়বা য়াদে॥ অশুম্না ভগোয় ওকপা লোয়রগা থাঙ পায়বা পায়বী ২দি খুৎতা চেং খরা পায়হনগনি॥ ভগোয় ওকপা লোইবা মতমদা চেঙ খরা য়েৎথংবনা য়েৎতা, ওই থংবনা ওইদা চাইথোক্কনি॥ খরা অমুক চৎলগা ভগোয় অমুক ওক্কনি, চেঙশু চাইগনি॥ অশুম্না থেনখাং ৩লক নত্রগা ৫লক, লাইবুং য়ৌবা ফাওবদা চঙ্গত্তানা ভগোয় ওক্কনি॥ লাইবুং য়ৌরবদা খোইজু মৈ ওক্কনি॥ মতাঙ অদুদা মাইবনা খোইজু লমমোক শক্কনি॥ অদুগা ভানু খোঙগাল, খুনু খোঙগাল ১শুং ভরী পরেং য়াওবা থুম কাগুপ, য়াউবা ফৌদাং লুক অদু ঈশায়ফু পুবিনচিংবনা কানগনি॥ য়েৎতা ওইদা চৎপা লাই পুবা পুবীশু লোইনমক কানগনি॥ লাইনিংথৌরোম চৎপনা খোঙয়েৎনা লাইরেম্বীনা ওইনা কানগনি, কানবা মতমদা শরিক খিংগনি, পেনা খোংগনি॥ অদুগা ঈশায়ফু পুবিনা মাং থানা লাকপনা লাইমাং য়ৌরবদা লাইগী পোৎ পায়রিবা থাঙনচিংবা পুরিবা ১শুং পায়রিবা পুম্নমক লেপহল্লগা, ঈশাইচফু পুবিদু ষ্নাইগী মাংদা লেপলগা লাই পুরিবা পুরিবি ২ অদু পরেং ২গী ময়াইদা ঈশাইফু পুবিগী মনাক য়ৌবা ফাওবা চিংখৎলগা লাইয়িংথৌগী লৈয়োম অদু লৌথোকলগা ঈশায়ফু মনুংদা থাদগনি॥ হীরিদি খরা শাংলপ্পা তিংলগা খুংগং অদুগী নত্রগা লৈকায় অদুগী নিপা ৩না য়েৎকী খুৎনা লোংনা, ওইগী খুৎনা উপথরগা হীরি পায়দুনা থৌগন তৌগনি ॥ অশুম্না লাইরেম্মগীশু হীরি লৈয়োম লৌথোকলগা ঈশাই চফুদা থাদগনি॥ লাইরেম্মগী হীরিদশু নুপী ৩না খুৎয়েৎনা উপ্পা, ওইনা লোংনা হীরি অদু থৌগন তৌগনি॥ নুপীদি ষ্নাংশেৎ শেৎকনি ১শুং কোকশেৎ শেৎকনী॥ লাইয়িংথৌগী হীরি মাইবনা শেন্নগনি॥ লাইরেম্মগী হীরি মাইবিনা শেন্নগনি॥ মাইবনা হীরি লাউগনি॥ মাইবিনা শরিক খিঙগনি॥ অশুম্না পায়দুনা লাইনুং য়ৌনবা চঙশিনগনি॥ মাঙদা চৎলিবা মাইবনা হি: হি: হি: হায়না চঙশিনগনি অদুগা হি: থাশে হায়রগা ময়াম থারশে হায়না খুমগনি॥ অসিগী তুংদা লাই ২গী (হায়বদি ফমদেংলিবা লাই) ময়ায় চানা লারোল ৩ লোংনা থারগা ঈশাইফু অদু থারগনি (থমগনি) লৈয়োমদি লৌখৎলগা লৈয়োমদা থেৎলিবা হীরিচৈ অদুদি ঈশাইফু মনুংগী লৈয়োমদা থেৎলগা থাদগনি॥ চফু মঙক্তা কিরিবা হীরি অদু লৌথোকলগা লৈয়োমদা পুল্লগা লৈতোন অদু ওনখৎলগা লাইয়িংথৌগী খোয়দৌ হকচাং শোক্লা থমগনি॥ থম্বা মতমদা মিংথৈ হায়গনি॥ "য়ে: য়ে: ঙং ঙং

চিচি নপ নপ ফা'' ফারবনে হায়রগা থমগনি॥ অশুম্না লাইরেম্মগীশু লৈয়োম লৌখৎলগা লাইয়িংথৌগী অদুগুম্না থমগনি॥ হীরি চৈদি ইশাইফুগী লৈয়োমনুংদা থেৎকনি॥ লৈয়োমদি লাইরেম্মগী খোয়দা হক শোক্লা থমগনি॥ মিংখে হায়গনি য়ে য়ে ঙং ঙং চি চি নপ নপ ফা ফারবনে।'' অসি হায়দুনা থমগনি॥ লৈতোনদি ওনথরগা থমগনি॥ লৈয়োমদি নাউফমনি, লাই লোইম্রি ফাওবা হাংবা থোকপা য়াদে॥ হীরি চৈ তাইরেন মখোক অদুদি হুই ১শাংগনি, মমিং ''হুইনহা খ্বাংনৌবা'' কৌই॥ মরুগী লৈয়োমদা থেৎচিনগনি॥ হীরি চৈ অনীদু লাই লোইম্রি ফাওবা লৌখৎপা য়াদ্রি মরমদি নুংতিগী হকচাং শাগৎলি ১শুং নৌবা মীতম্মী॥ মরম অসিনা হয়াউবগী লাইরোই য়ৌম্রিফাওবা লৈয়োম থোকপা হাংবা ১দি হীরি চৈ লৌখৎপা লেঙবা য়াদ্রে॥ ঈশাইফুদি ফনেক, ইন্নফি খ্বাংচেৎনচিংবা লৈতেংলগা ফজনা থমগনি॥ ঈশাইফু মখাদা চকপি নোংদার থমগনি॥ চকপী লাইশমদি নাকন্দা ওইরোমদা থমগনি॥ চফু মখুমদি মনিংদা খজিঙং হৎকনি॥ ইমাগী নিংশা হোনফম্লী॥ অসিগা লোয়ননা লাই পুবগী ইহায়চফু অদুদা নাহোং ফি ফজনা য়েৎশিল্লগা লাইয়িংথৌগীনা লাইয়িংথৌগী নাকন্দা, লাইরেম্মগীনা লাইরেম্মগী নাকন্দা থমগনি॥ অদুগা লাইয়িংথৌগী থাঙনচিংবা লাইগী পোৎ পুম্নমক লাইয়িংথৌলোম থঙবদা থমগনি॥ লাইরেম্মগীশু লাইরেম্মগী নাকন্দা থমগনি॥ অসি লোইরগা মাইবিনা ফানখোং মখাদা লাই ২ ফমদেংলিবা অদুগী ময়ায় চ না চংবী লাতোন ৩ লোম্নরগা উপ্পা, লাতোন্দী লাইমাংলোমদা ওল্লগা থাগনি॥ অদুগা খুনগী ফনবা চনিঙতোঙনা চেঙ হৈগনি॥ হৈমনম নাইবা, লৈশঙ হাপকনি॥ কা-হৈ তরেৎ শেঙ্গা ১ লফোয় লফাঙ চঙ থোকপা অমা উপনা হাপকনি॥ ফানখোং ৪মক চেঙ হৈগনি॥ হৈ-লৈ মরমশুনা হাপকনি॥ লাইয়িংথৌ লোমগী লাদি উপ্পা থাগনি॥ লাইরেমা লোমগী লাদি লোংনা থাগনি॥ কা-হৈ, লফোয় লোংনা হাপকনি॥ হৈ লৈ মরমশুনা হাপকনি॥ লাইয়িংথৌগী মমাং থংবা ফানখোংগী মনাক্তা লাশেৎ ৯না কারম্ননা উপ্পা থারগা চেঙ খরা হৈ লৈ মরম শুনা হাপ্পুনা লাইপুংথৌ ৯গী হৈথা লৈথাগনি॥ লাইরেম্মগীশু মমাংথংবা ফানখোঙগী মনাক্তা লাশেৎ ৭না কারম্ননা লোংনা থারগা চেঙনচিংবা হৈ, লৈ, মরমশুনা হাপকনি॥ অশিগী তুংদা শংলেনগী সম্বোং থংবা কাচিন্দা লা লাতোন ৩ লোম্নগা উপ্পা থারগা চেঙ হৈগনি, হৈ মনম নাইবা লৈশং মতোন ১, কা,

হৈ, লফোয় চংথোকপা ১ উপ্পা হাকপনী লাতোন্দী থাংজিংলোমদা ওনগনি॥ লাংথ্রে লৈপোপ ৯না লৈহুন তমগনি॥ লাইরেম্মালোম থংবা কাচিন্দগী মমাংলোমদা খরা চংখৎলগা লাতোন ৩ লোন্নদুনা লাইমাং ওন্না লোংনা থাগনি, চেঙ হৈগনি॥ লফোয় লোংনা হাপকনি॥ মনাহি ১ হাপকনী॥ লৈহুন লাংথ্রে মতোন ৭না তমগনি॥ হৈ লৈ মবম শুনা হাপকনী॥ অসিগী তুংদা লাইমাংদা থমলিবা ঈশাইফু অদুগী মমাংদা ১শুং লাতোন ৩ থারগা ১শুং খা ব্রাংদা লা লোংনা থারগা, লফোয়নচিংবা অরৈবা চেংনচিংবা হৈরদুনা চামাংগী লৈতেং য়েংবা ফজনবা চামাং থারগনি॥ অসিগী তুংদা খুদৈ অঙৌবা ১না ৩থোক্লা থুগুনা লাগী মথক্তা থারগা, চেঙ হৈরগা ইমাগী শক্তম শেমদুনা লফোয় ১, হৈ লৈ, ৭ শেঙ্গা, মাগে ৪গী চুক্কী মওংদা ৭ সেঙ্গা হাপুনা লাংথ্রেনচিংবা লৈহুন তমদুনা শেন্নগা নাহৈফু ১, তাইরেন পুংফাই, স্না লুপা কোনয়াই ১শুং চেঙ লৈ খরা নাহৈফুগী মনাক্তা থমগনি॥ মৈরাদি অপোকপগী, লৈমরেনগী, ফানখোঙ ৪গী ১শুং অনম অথৌগী মৈরা ১।১ থাল্লগনি॥ মোমবতি, উচান, খোইরু থাউমৈ কংপা য়াই।।

অপোকপা লৈহুন তম্বা মতমদা, লাংথ্রে লৈপোপ ৯ অদু খুবাক ময়াইদা মতোন ওলখৎলগা আ চি উং কুংফা হুংসো অসি ৩লক হায়রগা অপোকপা লাইয়িংথৌবু থাগোম্নরগা লৈহুন তমগনি (থমগনি) ইমা লৈমরেনগীশু লাংথ্রে লৈপোং ৭ পুন্না পাজশিল্লগা লৈতোনদি ওন্থরগা আ চি উংয়েং ফা কুং হুংশো ৩লক হায়রগা লাইরেম্মা লৈমরেনগী লৈহুন তমগনি॥ হৌজিক পুম্ন মক শেন্বা শাবা লোইরবদা মাইবনা অনম.অথৌ কোক্লবা শেম শাগনি॥

অমাইবদি লারোন ৩ লোম্ননা থারগা ফমপ্রেংনা ফমগনি॥ লারোন ৩গী ব্রাফমদি, কোরৌ মালেম, লৈরোন ৩গী পানদমনি॥ লৈরোন লোংলোন ৩বু তাইগনি॥ মাইবনা ফম্বা ফিদাগী মমিংদি "লারেংশু লারাক সন তাং মলং" কৌই, নাওফমী তাংবন নংতে॥ থৌরম খুদিংমক্তা ফিদা য়াওগনি॥ ফিদা য়াওদনা নিংকাং ফমলগা ইরাৎ ইশোন তৌবা য়াদে॥ ফিদা মমিং খঙগনি॥ করিগুম্বদা কনাগুম্বনা নিংকাংফমলগা থৌরম তৌবা অনম অথৌ কোকপা য়াউই॥ মদু করিগুম্বদা হকচাং নুংঙাইতবা মতাং থোক্লুনা খাগী থোঙ হাংবা য়াউববদি খুনগী অকায়বা ফংতবা থোকই॥ নিংকাং ফমলগা থৌরম তৌগদবদি

নুংশিংক্কী হিংচাবী চঙবগী থৌ তৌবা মতমদদি য়াই, অসি খঙনা থবক তৌগনি॥ ফিদা য়াওদবা য়াদে নহান তাইবং মিতমলকপদা পলেমগী পীবুকনুংদা থাবুম ১০ নাউপুদুনা লৈরিঙেদা ইমাগী নাউফম মথক্তা লৈবা মতমদুদা তাইবংপানবা মপুগা শমু মাইয়োক্লদুনা নৌবানা তাইবংপানদা শাফোংলকপদা তাইবংনা শুরুগদৌবা শিলম-শিঙ্বা মতিক ময়াই খুদিংমকপু নৌবাগী মফমদা মপুনা লোইনা তাকপি তম্বিখি॥ তাইবং মপুগা মাইয়োক্লনা উজবা ফংবগী ময়াইদি ইমাগী পিবুক্লুংগী নাউফম অদুগী মতিক্লা তাইবং মপুবু উজবা ফংজবনি॥ মসি য়াম্না লুবা লিকখুন্নী, লাইনিং খুদাগী কাঙলোন্নী॥ লাইগী থৌরম তৌবদি ১শুং নীংবদি ফিদা য়াওদবা য়াদে॥ ফিদাদি নাওফমনিমরম অসি লৈবনা নাওফম মশক খঙগনি থিগনি ১শুং মমিং খঙগনি॥ মতিক অদুবু খঙজরবদি ইরাৎ ঈশোনগী মতমদা থৌনিজরিবা ইবুংঙো, ইবেম্মবুশু থৌজানবিরবদি শং শং উবা ফংজবনি॥

মাইবনা অনম অথৌ কোকলিঙেদা শেলুংবা, শেলুংবী য়াউগনি॥ পুক্লিং তয়াং তশোয়বা য়াদে ১শুং চরাংনবা য়াদে॥ শঙলেন্দা লৈরিবা মাইবী ১দি লাই শেল্লুংবনচিংবা অমাইবনা লাই তাইনরিঙে, পলেম পম্বৌগী মিংখে শক শোল্লিঙে মতমদা হৈরাং লৈরাং কৎচবা তমজবা লাকলিবা মীওই খুদিংবুশু লাইবুংদা লৈরিবা মীওইশিংনা ১দি মাইবিনা, ভাইহাক্কী তৌরিবা মতম অদুবু নিংবা কায়বা তৌহনবিদনা পুরকপা হৈ, লৈ লাইনুংদা পুশিনবিদনা কাতুক কারন চৎহন্দনা মফমচানা ফম্বীনবা হায়জগনি॥ হন্দক অমাইবনা চিংউ লাইবু তাইনরিবশি খুঞ্জা অদুগী ফৎতবা মিনম থানম লৈরম্বা, তাইবং য়ুমথোং খুদিংগী ১শুং নমু মীপুম খুদিংগী ফনবা, চিংউ লাইবু তাইনরগা তিনকোক লাইকোকলিবনি॥ মদু মাইবগী নৎতে, মাইবীগী নৎতে, খুনগী ১দি লৈকাইগীনি॥ ময়াম্না হেন্না খঙবিরিবনি মতম অসিনা পুক্লিং চেৎনা অশিগুম্বা মতাং মতম অসিদা পুক্লিং মনিন নাইদনা চিংউ লাইবু তাইনগনি॥ অ রাকপশু হান্না লৈবশু রাফম অশিবু থমজরী॥ হৌজিক চৎনরিবশিদি মশি নৎতরে॥ কাতুক কারন য়াম্না চৎপা লাংশিনবা, ১গা ১গা লাউনবা, লাইনুং চংবা য়াবা, য়াদবা ফবা ফৎতবা থিদবা খঙদবা হৌরকফমদগী শোয়রকপানা, মাইবা মাইবি শিথবগী রাদি নৎতবা ঐ ঐনা তৌরিবা থবক অসিবু করিনো, লাই হায়বদুনা করিনো করম্না লাইগী মথৌ অসিবু তৌজবদা করি শোইখিগদগে হায়বগী রাফমশি

খজিক্তং খল্লবা ৱাংলিবনরা ঐগী শেন্তান লম্বী ওইনা খনশিরা, মাইবি হায়বদু হেক্তা ওইবা য়াদে॥ অমাইবা হায়বদুশু লাইরিক খরদং পারগা হেক্তা ওইবা য়াদে, ইনুং খুন্নুংগী কাওলোন খণ্ডন্রিঙৈদা, থিন্নিঙৈদা হেক্তা ওইরুবনি, তাংখুনশু হেক্তা শারুরবনি॥ য়াম্না হকপা মীওই ঙাক্তনি॥ হায়রিবা মীওইশিংশি খুন ১গী লৈকায় ১গী ফনবা থৌরম তৌবা লাকপা খণ্ডহৈরবা মীওই ঙক্তনি॥ অদুবু ঐনা ঐগী মমল থমদবা অসি খণ্ডবা কনাগুম্বা ১নসু হেক্তা লংনবগী, থৌওইদবগী মওংশু তৌবিবা, শি, মাইবরোমদা খল্লুরগশু মাইবিলোমদা খল্লুরগশু, খুঞ্জালোমদা খল্লুরগশু য়াম্না ইকায়নিংঙাই, হঙ্গোয়নিংঙাইদি য়াম্না লৈম্রে॥ অসিনা হৈ ১ শুং লৈনচিংবা চেঙবী চেঙবা কৎলিঙৈদা অমাইবনা পুক্লিং চেৎনা লাইবু তাইনহনবদি লৈবাক্কী ১দি খুঞ্জাগী ১দি লৈকায়গী তাইবং য়ুমথোং খুদিংগী অফবা ওইনবা তাইবনি॥ ঐখোয় পুম্নমকশি শুমহৎ য়াইনা শুমখিবদগী লাইগী পরমশু হৌজিক ফাওবা থৌনি-থৌনিনা শুমহৎলি॥ অমাইবা অমাইবিনা থিবা য়াম্না ৱাংলি ॥ মতাং অসিদা থমজগে খরদং থমজবনি, লোইবা লৈতে॥ অমাইবনা শোনগদবা, হায়গদবা মখাদা থমজরি॥ লারোল ৩ থারিবা লাদা য়েৎথংবা খুৎনিং থৌনা নমলগা, 'হে ! ইবুংঙো তাইবং পানবগী মপু ইবুংঙো নংনা নহাল লৈপাক মরোল ৭, নোংথৌ মরোল ৭ হুই থারগা ফমঙৈগী নমিংদি 'তগুপ তরেং তরেংনু ঙাংতুলেং তরংবা' কৌয়ে॥ ইবুংঙো নংনা ফম্বা স্না তাংবনদি ''মিহিংতোং লাইরেম্মা হিংতোংমনিক তে তে নিক কোই'' ননাইগী লৌৱাই কোইরেন থক্তা ৱাংলেন মিৎকুপ অমতং স্না ফম্বাল লাংবিয়ু॥ হায়না খুৎনিংথৌনা ৩লক নমলগা লৌৱাইদা নমগনি॥ অদুগা খোঙ কারন্না মওংতানা ফমলগা ঐবু ঐনা কৌগনি॥ কৌবা মতমদা খুম্বা খুমদাবা খণ্ডগনি ॥ কৌবদি খুৎ ওইনা খুবি, খুদোনবী খুৎয়াই ৩না নাতোন মখুন অনিবু মেল্লগা নিংশা থিংলগা কামদুনা কৌগনি নাকোংদা কামগনি, নাকোংদু নুংশিৎ চৎপগী মখোগুম তৌরবদি খুম্লে॥ তৌদ্রবদি খুমদে॥ অশি খণ্ডগনি তেংনা হায়রবনে॥ খুমদ্রবদি ঙসিগী থৌরম অদু খরদি পাঙদে, খণ্ডগনি॥ থৌরম অদু মপুনা চানবিরে হায়বা খণ্ডজগনি॥ অদুগা ঙসিগী নুমিৎপু পুরিবা-পুরিবী ইবুংঙো-ইবেম্মবু থাগোন্নরগা খুবাক অহুমলক খুরগা হে ইবুংঙো মঙাং, লুৱাং, খুমন, মরু অহুম মক্লা অমাতা ওইনা পুন্সিল্লগা অসি কৌয়ে॥ হে ইবুংঙো ঙসি কৌবা মপু অমম্বা নোংদন্নিবা অঙানবা নোংখাইবিরিবা

ইবুংঙো নংগী নমিংদি ‘মিৎ শারি, মিৎশাখা, মিৎমরু অশুম কৌই॥ চিংঙু নংনা মাঙথরগা চিংঙু হৈনা তুংইন্না চিংঙু মথৌ খনজগে॥ অয়োন-অরান খৈবিকপু ঙাকপিয়ু॥ অশুম্না থৌনিরগা খুৎয়েৎনা চেঙ-লৈ, স্না, লুপা, কোনয়াই, নৎত্রগা চেঙ অঙৌবা অঙাংবা য়াওনা খুবি, খুৎয়াই, খুৎনিংথৌ অহুমনা পায়রগা লাইক্তা ঈশৌ তম্মলগা, ঈরম তরেং, খোংজম মপাঙাল্লগী ঈশৈরগা চেং, লৈ, স্না লুপা থাদদুনা হংকনী অমসুং লাইক্তা ঈশিং অদুবু লাইরোম্মা শেংদোক্কনি, তাইরেন পুংফাইনচিংবা হাপ্পগনি॥ অসিগী তুংদা লাইয়িংথৌ লাইরেম্মবু ঈরু শাশেংলগনি॥ অনমঅথৌ কোক্কনী কানগুম্বানা ঈশিংগা অমতা শেংনবা লৈতনা থৌরম হেক্তা হৌবি॥ খজিক্তং খঙ্বদি সৈবাক্কী ওইনা ফগদরা খনজবদগি পনজবনি॥ নাহৈ নাশেংলোন্দী মথক্তা থমজল্লে অমসুং অফংবা খরদং হাপচবনি॥ শুনা শোনবগী ফোংবগী ইতিক লৈজদ্রী, ঙাকপিগনি॥ অসিগী তুংদা মাইবিশু শরিক খিংদুনা হৈ-লৈ কৎকনি॥ অশৈবা পেনা থৌগন তৌগনি ॥ অশুম্না ঈকৌবা অমসুং হিগবগী নোংমদুগী থৌরম লোইরে অমসুং নোংমা খক্তগী থৌরম ওইরবদি মরমশুনা নোংমা অদুদা থৌরম তৌবশু য়াউই॥ অদুদি ইজদরে অশিদগী লৌথোকপা য়াগনি॥ লাই ঈকৌবা নুমিৎতা লাই শুপ্পীদবনা ফৈ॥ পোৎথাবিয়ু হায়না নিজগনি॥ মথংগী থৌরম- নিনি চনবগী থৌরম- অয়ুক নুমিৎ থোকতরিঙৈদা পেনা শৈশকপনা লফুৎতা ফমদুনা চিংঙু লাইরোল নুংঙোনববু শৈথা শৈহৌদুনা অশুম্না শৈশকলকপনা চিউ হৌরো, খোয়ম হৌরো পলেম পঙৌ অনি মক্তী খোমলেন মিকপ থোকলশি, হারগা চিংঙু মতিক ময়াই শৈথাগনি॥ তুমসিঙৈদা শৈথাবদি মরম চাদবা মাল্লি॥ মতম অদুদা অমাইবিনা ঈরু শাশেংবা লোইরগা ফিঙৌ শেৎলগা লাইনুংদা চংলগা খুবাক অহুমলক হান্না খুরগা শরিক খিংখিং খিংগনি॥ অদুগা শরিক থমলগা লাইফি অমোনবা অমনা ইবুংঙোগী মাইথোং নাম্ভোক্কনি, মাই মিৎ শেংদোক্কনি॥ শেংদোক তৈথোকপগী ফিদু লাইয়িংথৌগী নাকন্দা মফম চানা থমগনি॥ অদুগা লাইরেম্মগীশু ফি অমানা মাই মিৎ শেংদোক্কনি, তৈথোক্কনি॥ তৈথোকপা ফি অদু মফমচানা লাইরেম্মগী নাকন্দা থমগনি॥ পি,পা অনিগী মাইশেং ফি তিম্নবা য়াদে॥ থৌগললোন কায়গনি॥ অসুম্না ফিজি ফিনা শেন্থা লোইরবদা, লৈহুন তম্মাবা শেম শারগনি॥ লৈহুন্দী লাংথ্রে লৈতোন ফজবা য়েংগনি॥ মনা তৎপা হোবা তিন চাবা, মপান শাৎপা য়াওবা

য়াদে॥ লাইয়িংথৌগী লৈপোপ মাপল লাই শেঙ্গুংবা-খুনগী পুন্না লৈতোন অমা মাইবগী অমদি পেনাগী য়াওনা লৈতোন ১২ শুহনগনি॥ লৈতোন লৈপোপ ১২ অদু পুনশিল্লগা লৈতোন অদু কোরৌদা হায়বদি থাক্তা ওনখৎলগা মিংখৈ শোল্লগা লারোন ৩না উপ্পা য়োমলগা তাইরেন মচুম্না হাইদোয়ক্লগা ইবুংঙোগী খোয়দৌ মপাদা হকশাং শোক্লা লৈতোন ওনখৎতুনা লাইরেম্বী লোমদা লেপলগা লাইরেম্মনা লৈ অদু লানবনি হায়বগী ব্রাখন্দা থমগনি॥ মিংখৈদি-'হাঁ, ং, হৈং, হেং, হিং, কুং, ফাঁ, উং শোঁ' মসি অহুমলক হায়রগা য়োমগনি, কৎকনি॥ লাইরেম্মগী লৈহুন - লাংথ্রে লৈতোন ৭, লাই শেংলুংবীগী ১, পেনাগী ১, মাইবিগী লৈতোন ১ পুন্না লৈপোপ ১০, লৈপোপ ১০ সি পুন্না মাইবিনা খুবাক্তা লৈতোন ওহুদুনা খুবাক ২ না চপ্পগা মিংখৈ শোল্লগা লারোন ৩ না লোংনা য়োল্লগা, তাইরেন্না হায়দোক্লগা লাইনিংথৌলোমদা লেপলগা ইবেম্মগী খোয় মপা হকশাং শোক্লা লৈতোন ওহুরগা (লুকথরগা) থমগনি । লৈদি লাইয়িংথৌনা লানবনি হায়বগী ব্রাখলদা থমগনি ॥ লাইমিং 'হিং হেং হৈং হুং হাঁ য়েং কুং ফাঁ উং শোঁ' মসি ৩ লক শোনগনি ॥ থাইনগী ১ দি কোনুংগী মাইবিদি শোনবীদে । অসিগী তুংদা লাইয়িংথৌগী লেংগোন ফিগী ব্রাংমা নোংঙাগা তাইনদা লাইপুংথৌ ৯ গী লৈঙাক লৈহুন তমগনি । লাইরেমগীশু লাইরেম্বা, লাইনুরা ৭ কী লৈঙাক লৈহুন থমগনি ১সুং লৈতোনদি ওহ্বোক্ল গনি । ফাংখোঙ, শেনখোঙ, চনিঙ চামাঙ, অপোকপা লৈমরেনগী চনিঙগী চেঙ হৈবা, হৈ লৈ থাবা লোইরগা মৈরা ১।১ কৎতুনা খুলগী ১দি লৈকায়গী অতোপ্পা কারকপা হৈ লৈ পুম্নমক লাইনুংদা মফম চানা হাপ্পীরগা তাইরেন্না হায়দোক্লগা, শরিক খিং খিংনা হৈ লৈ কৎপিগনি ॥ লোয়রগা লাইপাউ চেনগনি, তাঞ্জা ফংলগা লাইপাউ চেনবা লোইরগা পেনা অশৈবগা, মাইবিগা ইবুংঙো ইবেম্মগী মতিক ময়াই থাদুনা শৈথাদুনা জগোয় ওক্কনি ॥ জগোয় ওকপা মতমদা খুনগী ইমা ইবেন য়াউবা য়াই ॥ অশুম্না অয়ুক্কী থৌরম লোইশিনগনি । লৈহুন্দি অনম অথৌ কোকপা লোইরগা তমগনি, কৎকনি ॥ ইরুজদনা ফি হোংবা য়াদে, হৈ লৈ কৎপা য়াদে ॥ হকশাং হান্না শেংদোকপনা অচুম্বা ওইগনি ॥ নুংথিনগী থৌরম - খুনগী ১ দি লৈকায়গী মীয়াম্না লাইবুংদা কারক্লগা মীয়াম্না মাগী মাগী ফম্ফমদা, ফমনাইবা, ফমনাইবী, অহল - লক্ষন, নহা নুবী য়াইতোং খমদোং, ইচন ইচে শুনা তিল্লবা মতমদা লৈরোই হঞ্জবা

হিদংনা ফিরোই শুনা শেংলগা মাইবিনা খায়দোক্তুনা থল্লিবা লাইয়িংথৌলোমগী লৈগী পোলাং অদু অহানবদা তাইরেন পুংফাই য়াওবা নাহে ফুদগী ঈশিংনা খুংশা ১ দি হুকশাংবু হায়দোক্লগা লৈগী পোলাং অদু পায়রগা অহানবদা লাইগী থৌগন্দা পায়গদবা চোং ১দি হুমাইগী মখোঙদা লৈ ১।১ কংলগা মাইবদগী হৌরগা লাইগী য়েংথংবা ফমমেনলোমদা ফল্লিবা অহল লক্ষ্মন মীপুম শুনা লৈ লাংগনি অসুম্না লাইরেম্না লোমগীশু লৈরোই হনজবিনা, লাইরেম্মা লোমদা খায়দোক্তুনা থল্লিবা লৈগী পোলাংদু পায়রমদাইদা, তাইরেন পুংফাইনা হায়দোক্লগা, লাইরেম্মগী থৌগন্দা পায়গদবা চোঙ হুমাই মখোঙদা লৈ কংলগা মথং মথং মাইবিদগী হৌদুনা, মাঙশোক লোমদা ফল্লিবা ইমা ইবেনশিংদা লৈ লাংগনি ॥ অশুম্না লৈ লাংবা লোইরবদা, অমাইবনা লাইগী থৌগন য়াউগদবা, য়াউগদবী নুপা নুপী ময়াম কৌশিল্লগা লাইমাংদা লাইয়িংথৌ লাইরেম্মা ২ গী মমাং লাইগী শুমাংদা হৈ ১, লৈ ১, মৈরা ১, কংলগা নুপা মখেনা লাইনিংথৌলোম থংবদা লেপ্পগা, নুপী মখেনা লাইবেম্মা লোমগী নাকন্দা লেপ্পগা নহান লৈশেমঙেদা তাইবং মপুগী পিবুকনুংদগী 'অশিবনা' মালেম লৈশেম্নবা খোইয়ুম লাইয়ামবু হোয় লাউদুনা কৌথোকখিবা অদুগী পান্দম লৌদুনা অমাইবনা হোয় ময়েক ৬ তরুক্তা শৈহৌদুনা হোয় লাউগনি, ময়াম খুমগনি ॥ হোয় লাউরিঙৈদা লাইমাংদা খা ৱাং কাভুক কারল চংপা য়াদে॥ হোয়গী মরোম্দী মথক্তা থমজখরে॥ অশুম্না হোয় লাওবগী মতুংদা নহান ঈকৌবগী মওং অদুগা মান্ননা লাইপুগদবা, পুগদবীশিং অদু লাইফি শেংলগা লাইয়িংথৌ পুগদবা মীনা নেংনবা ইবুংঙোগী মপাদা লাশেং অনি উপ্পা লা মতোম্দী লাইলোমদা ওনশিন্দুনা থারগা লা মথক্তা খুনেং শেন অনি হাপলগা লাই পুগদবা নুপা অদুনা পৈশাদু লাইবক কংলগা খোঙয়া থম্বাল চানা নেংকনি॥ মায়দি লাইলোমদা ওনশিনগনি, অদুম্না লাইরেম্বী পুগদবী নুপিশু লাইরোম থংবদা লাশেং অনি লোংনা থারগা লা মতোম্দী লাইগী শুমাংলোমদা ওনগনি, খুনেং শেন হাপকনি অদুগা লাইবক কংলগা, লাইলোমদা মায় ওনশিন্দুনা লেপকনি॥ অদুগা মাইবিনা লাই হাপকনি॥ লাই হাপ্পগী মওংদি খুদে অঙৌবা মচা লম ফাবা অমগী ময়াইদা লাইয়িংথৌদা হুল্লিবা লৈয়োমদগী, লাংথ্রে লৈপোপ অমা লৌথোকলগা, খুনগী লৈপোপ এমা মাইবা, পেনাগী অপুনবা লৈপোপ অমা, পুম্না লৈপোপ অহুম্শি লাউপ্পা তরেং শেলজা অমাগা

থাদুনা য়োল্লগা খুদৈ অদু কিশি অমুক্তং কিগনি।। অদুম্না শেম্নদ লাইয়িংথৌগী পুগদবা মী অদুগী ভুকশম ইয়ফি মচিন অনি লোম্নারিবগী মরক্তা লোনশিল্লগা খুদৈগী ফিজিন অনিদু চিংখৎলগা তুংলোগী ভুকশমদা পুনগনি।। অশুম্না লাইরেম্মগীশু, ইমাদা হুল্লিবা লৈপোপ অমা লৌরগা খুনগী শেল্লুংবিগী, অমা মাইবিগী অমা, পুন্না লৈপোপ অহুমশি তরেৎ শেনজা হাপকনি।। লা লোংনা থারগা য়োমগনি খুদৈদু ময়ায়দা য়োর্মলিবদু কিশি কিরগা, লাই পুগদবী নুপীগী ভুকশমদা পুনগনি মওং চপ মান্নৈ।। পি, পা থায়বদনি।। লৈয়োম লৈপোপ অহুম অদুগী ব্রাহনথোকতি লাইয়িংথৌগী লৈপোপ্পা ভুরাং ইপাগী মশক্কী লাইরেমগীদি ইমানী খুনগী লৈপোপ্তি 'ভুসি' ঐবুনি।। মাইবা, পেনাদি হয়েংনি, ইচানি, লোয়নবনি।। ইপালৈবগী ঐ লৈবনি, ঐ লৈবগী ইচা লৈবনি।। তরেৎ শেনজাদি ইপা ইমাগী মতিক ময়াইনি।। অশুম্না মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, নুংশিৎ, ঈশিং, মৈ অহুমগী মতিক ময়ায় লৌনা লাইগী থৌরম তৌবিগনি।। অসিগী তুংদা লাইয়িংথৌগী থৌগল তৌগদবা পোৎ চৈ থাঙনা চিংবা পায়গদবা মী মখৈ লাইয়িংথৌলোমদা লেপকনি।। লেপ্পদি লাইলোমদা মায় ওনশিন্দুনা লেপকনি।। লাইরেমগীশু নুপী মখৈ লাইরেম্মা লোমদা লেপক্কী লাইদামায় ওনশিনগনি।। খ্বাইগী মাং থাবা নিপাদা লাইয়িংথৌগী থাঙ পীগনি (পায়হনগনি)।। লাইরেম্মা লোমগীশু খ্বাইগী মাং থাবা নুপীদা লাইরেমগী থাঙ পায়হনগনি।। অশুম্না মথং মনাও নাইনা পোৎশিংদু পায়হনগনি।। অশুম্না লাইগী পোৎচৈ মরমশুনা শিন্দোকপা লোইরবদা মাইবিনা লাইকৌলা শেমলগা লাইকৌলা থাফম ব্রাই তৈথোক্লুনা থমলিবা মফমদু খুদক্তা তাইরেম্না হায়দোকলগা, মাইবিনা লাইকৌলা থানবা পুথোক্কনি।। অসিগী তুংদা লাইলোমদা মায় ওনশিন্দুনা লৈরম্বা মী পুম্নমক লাইবুংলোমদা মায়, ওল্লগনি।। মাইবিনা লাইকৌলা অদু লাইলোমদা লাতোন ওনশিন্দুনা থমলগা, অহানবদা লাইয়িংথৌ লাইরেম্বদা মায় ওনশিন্দুনা থৌনিরগা, থাংজিংগী লৈহুন অদু লৌখৎলগা মাই থাংজিংলোম ওন্দুনা ইবুধৌ থাংজিংগী লৈহুন তমগনি, মথংদা ব্রাংব্রেনগী তমগনি, মথং মার্জিংগী তমগনি, মথংদা কৌব্রুগী লৈহুন তমগনি, মথংদা লাইলোমদা মায় ওনশিল্লগা কোরৌ মালেমগী লৈহুন তমগনি।। লৈহুন তমবা মতমদা খু, খুদক কুনথরগা, খুৎ অনিনা লৈহুন অদু পায়দুনা কৎকনি।। অসিগী তুংদা লাইয়িংথৌগী লৈপোপ ৪, খুরক্কৈ য়েপ্পবা, লাইরেম্মগী

লৈপোপ ৪, খুরকলৈ য়েপ্লবদু লৌখৎলগা, খুরকলৈ য়েপলগা লাইগী থৌরম হৌনবা, মাইবি মকোক্তা লাইয়িংথৌগী মপাদা লেপলগা মথং মনাও নাইনা লেপলগা, লাইচিংজগোয় হৌগনি॥ (লাই থেম্বশু কৌই) খুরকলৈ হান্নগী মওংদি খুৎ য়েংতা খুতোনবী খুৎয়াই অদুগা খুৎয়াই খুৎনিংতৌ, অনী অনীগী মরুক্তা লৈপোপ ১।১ য়েপকনী ॥ লৈতোন্না খুৎনমলোমদা থিন্দাকহনগনি॥ ওইথংবা খুৎতশু অশুম্না য়েপকনী॥ অদুগা লাইলোমদা মায় ওনশিল্লগা খুরকলৈ য়েপ্লিবা মাইবিনা মকোক চিংলগা, পেনা মাইবনা পেনা খোংবগা লোয়ননা লাইকৌ জগোয় লাইচিং জগোয় শাদুনা লাই চিংগনি, হৌগনি॥

লাইকৌলা শেম্বগী মওংদি চংবী লাতোন লারোন ৩ লোল্লগা মথক্তা খুদৈ নত্রগা লাইফি ওইরবশু ৩ থোক্লা থুপ্লগা থাগনি॥ থাংজিংগী লৈপোক ১, লফোয় অশেৎপা ১, ৱাংব্রেনগী লৈপোপ ১, লফোয় অশেৎপা ১, মথং মার্জিংগী লৈপোপ ১, লফোয় ১ কৌব্রুগী লৈপোপ ১, লফোয় অশেৎপা ১, কৌরৌ, মালেমগী, লাইয়িংথৌ লাইরেম্মগী পুন্না লৈপোপ ৩, লফোয় ১।১, মাইবিগী খুরকলৈ য়েপ্লবা, লাই ২গী লৈপোপ ৪।৪ অসি হাপকনি॥ লাতোন্দি লাইলোমদা ওনশিল্লগা থমগনি॥ অসিনি॥ লাইকৌ লা থাপ্লবদি, লাইমাংদা শমদুনা চৎপা য়াদ্রে॥ মাইবিনা লাইয়িংথৌ, লাইরেমা থৌনিরগা খুরুমলগা জগোয় হৌরগনি॥ জগোয়গী মওংদি - লাইলোমদা ওনশিন্দুনা হকচাং চপতিনা লেপকনি॥ খোঙনিং ২ শমননা, খোঙদোন হুই ১ ফাকলপ্লা লেপকনি॥ অদুদগী ফন্দোক্লগা নিং কাংলপ্লা ফমথগনি॥খুৎ ২ হায়ফেৎ য়েৎ ওই হায়দোক্লগা, খুৎ ২ অমুক হায়জিলক্লগা লৈবাক্তগী খুতোন ৩ লোম ৱাংনা, খুবাক মরু ২, খুবি ২ শম্নহল্লগা খৈয়োম শানা (থম্বান শাৎকাইবগী মওংগুম) পুখৎলকলগা হান্নগী মওং তানা লেপকনি॥ খুৎনা মিৎকী মপা য়ৌনা পুখৎলগা হকচাংলোমদা খুবাক ওনশিল্লগা, খুৎতোন থবাক মপাদা লৈশিল্লক্তুনা হান্নগী ফিবম তানাবা খুৎ ২ লোংনা লৈথোক্তুনা খুজেং লৈথদুনা নাকন্দা থাদগনি॥

অশুম্না শাবা জগোয় অশিবু "লৈপেক জগোয়" কৌই॥ মশি ৩ লক শারগা, য়েৎকী লোঙতোন্না মাঙদা লৈপাক্তা নেৎকনী॥ লোয়ননা হকচাং য়েৎলোমদা লৈথোক্লগা খুবাক অমুক খুগনি॥ অদুগী তুংদা য়েৎকী খোঙনা

হান্নগী মফমদা হকচাংগা লোয়ননা হনজিন্দুনা লেপ্লগা খুবাক অমুক খুগনি।। মথং ওইগী খোঙগু য়েংনা তৌখিবগুম মাংদা হেক নেংপগা হকচাংশু ওইদা লৈথোক্লগা খুবাক অমুক খুগনি।। অশুম্না য়েং, ওই অহুমলক তৌগনি।। অশিবু "খুবাক জগোয় কৌই" আসিগী তুংদা য়েংকী খোঙবিনা, ওইগী খোঙপাক্কী ময়াইদগী খোঙবীনা নেংপগা লোয়ননা মাঙলোমদা থাংদোক্লুনা য়েংকী খুংশু ওইগী খুং মপাদা খাঙ মপা চুম্না মাঙলোমদা খুং তিংথোক্লগা খুংয়ায়, খুংনিংথৌ অনীবু, খুংগী মতোম্না শোক্লগা, খুংতোনবী খুংনাউবী অনী তিংথোক্কনি।। খোঙ থাঙজিন্দুনা লৈবাক্তা নেংলগা খুংশু চিংশিল্লক্লুনা খোয়গী য়েং থংবদা খুংওং অদুদা অদুম থমগনি।। য়েংকী খোঙনা তুংলোমদা পুশিল্লকপগা লোয়ননা, য়েংকী খুংনা তৌখিবা অদুম্না, ওইগী খুংশু তৌগনি।। য়েংকী খোঙনা হল্লকপদা লৈতাবগা ওইগী খুংশু তিংথোকপা লোইগনি।। ওইগী খোঙনা হনজিল্লকপগা ওইগী খুং খোয়গী ওইদা থমগনি।। অশুম্না শিন্না শিন্ননা ওইনা ২রক হল্লগা য়েংনা অহুমলক শুবগা, খোঙফম অহুম মাঙদা থাঙজিনবগা লোয়ননা খুবাক ৩ লক খুগনি।। লাইচিংবগী খুংশিন্নবা অশি, খুং ওইনা মথক থংনা থংনা শিন্নগনি।। খুং ওইনা লাইয়িংথৌগীনি, উপকনি।। খুং য়েংনা লাইরেম্মগীনী, লোংগনি।। মতাঙ অসি লাইয়িংথৌগী মপাদি হকচাংগী, ওইথংবগা লাইনিংথৌগা মপা চান্নবনি।। মরম অসিনা য়েংওই ওন্নবনি।। পেনা মরোনদি লাইরৌলোন খোংগনি।। লাইচিংবা লোইবগা নোংদাইজগোয় শাগনি।। হকচাংশি য়েংলোমদা লৈথোক্লগা, য়েংকী খোঙনা ওইগী খোঙনা জগোয় শাগনি।। হকচাংশি য়েংলোমদা লৈথোক্লগা, য়েংকী খোঙনা ওইগী খোঙ মমাঙদা চপতিংনা লৈতারগা ওইগী খোঙনা কপলাক কোছদুনা মাংলোমদা হকচাং কোছদুনা য়েংকী, খোঙতোন মপাদা কোক নোছরগা খোঙ মথক্তা খুবাক অমুক খুগনি।। অদুদগী হকচাং খরা খরা তিংখৎলকপদা ময়ায় য়ৌরকপদা হান্নগী মায়ওন্দা খুবাক অমুক খুগনি।। মথং হকচাংতিংখৎপা লোইবদা লাইলোমদা মায় ওনশিন্দুনা লেপলগা কোকতোন্দা খুবাক অমুক খুগনি।। অশুম্না ওইরোমদা হকচাং লৈথোক্লুনা ওইগী খোঙনা চপ তিংলগা, য়েংকী কপলাক কোছদুনা ওইরোমদা হকচাং অমুক কোছগনি।। কোক নোছবা হৌবদা খুবাক অমুক, খোঙ মপা য়ৌনা কোছরকপদা খোঙ মথক্তা খুবাক অমুক খুগনি।। অশুম্না য়েং ওই অনীমক্তা খুবাক মাঙাল্লক খুগনি।। পেনাদি লৈতাই নোংদাইরোন খোংগনি।।

মথংদা হান্না তৌখিবা মওংগা মান্ননা খুবাক খুনা খুনা অমুক হায়গৎলগা লাইদা ওনশিন্দুনা লেপকনি।। অদুগা কোকতোন্দা খুবাক খুগনি।। য়েৎলোমদা অমুক কোম্বুগনি।। হান্নগী মওংগা মান্ননা খুবাক খুগনি।। মশি লোইবগা লেপখৎতুনা হান্নগী তাল (খোঙথাঙ) অদুদা অদুম্মক য়েৎলোমদা হকচাং তংখাই অমা লৈথোক্তুনা খোঙ থাংলগা, ওইলোমদা হকচাং পুমলৈ লৈগনি।। অশুম্না য়েৎলোমদশু অমুক লৈথোক্কনি।। অশুম্না হকচাং পুমলৈ লৈবশি অনী অহুমলক তৌগনি।। খোঙ খুৎ তান চানহনগনি।। খোঙথাং খুদিং খুবাক খুগনি।। মতাঙ অসি পেনা খোংগনি, পুংশেন য়ৈগনি।। অসিগী তুংদা খুবাক খুদুনা লৈবা, অসিগী মওংদা খুৎ য়েৎ ওই ওন্না ওন্না, হান্নগী তান অদু চানা খুৎশা জগোয় শাগনি।। খুৎতোনবীগা খুৎয়াইগা পুক্নিন্নরগা খুৎপীনা মতোন্দা শোক্লগা, খুৎনিংথৌ ১দি খুৎনাউবীদী মচা তানা তিংথোক্তুনা থমগনি।। মশিবু খুৎচা জগোই কৌই।। য়েৎ থংবা হকচাং নাকন্দগী লৌরগা, ওইথংবা নাকন্দা থাগনি।। অহানবা লৌবদা য়েৎথংবা খুৎনা মাঙ থাগনি।। খুৎতি লোংগনি।। ওই থংবা খুৎনা য়েৎকী খুজেং মপাদা হুই অমা লাপ্পা উপ্পা থমগনি।। জগোয় থাবা মতমদা ওইরোমদা ওইগী খুৎনা লোংনা মাঙ থংগনি।। য়েৎকী খুৎনা ওইগী খুজেং মপাদা হুই অমা লাপ্পা লৈগনি।। অদুগা ওইগী খোঙদোন্না লৈপাক নেৎপদা য়েৎলোমদগী লৌগনি।। য়েৎকী খোঙনা লৈবাক তাবা মতমদা ওইরোমদা থাগনি।। অশুম্না ৩লক থাগনি ।। মথংদা খুবাক জগোয় অমুক শাগনি।। অসিগী তুংদা নাপ্পা জগোয় শাগনি।। মওংদি খুৎ হাইগত্তুনা নাকোঙ মপা চানা, খুৎনাউবীদগী হৌদুনা খুৎশা পুম্নমক, মথং মথং কোনশিনবনা খুৎপিগা শম্ন রবা মতমদা খুৎতোন পুম্নমক মখা ওন্থদুনা লৈথোকখিগনি।। মশিবু নাপ্পা জগোয় কৌই।। য়েৎকী খোঙতোন্না মাঙদা, লৈপাক শোক্লগা, হকচাংলোমদা চিংশিল্লপ তৌগনি।। অদুগা য়েৎকী খুৎনা মথক্তা হায়রিবা জগোয় অশি শাগনি। য়েৎকী খোঙনা হেক থাঙদোকপগা কোক্সিল্লিবা খুৎশা পুম্নমক তিংথোকতুনা য়েৎ থংবা নাকন্দা কেনা ফজনা হাইথগনি।। য়েৎকী খুৎনা হাইথরকপগা লোয়ন লোয়ননা, ওইগী খোঙশু মাঙদা য়েৎনা তৌখিবগুম তৌগনি।। অদুগা ওইগী খুৎশু ওইগী নাকোং মপাদা জগোয় শাগনি।। ওইগী খোঙনা হেক থাঙদোক্পগা খুৎচা তিংথোক্তুনা খুৎ থাগনি।। অশুম্না য়েৎনা লৌরগা ওইদা লোইবদা ওইরোমদা হকচাং লৈগনি।। মথংদশু হান্নাগুম্না য়েৎনা হৌরগা

ওইদা লোইদুনা জগোয় শাগনি॥ অদুগা য়েৎলোমদা হকচাং অমুক লৈগনি॥ হকচাংদি পুমলৈ লৈবা অশি অহুমলক, অহুমলক হঞ্জিন হঞ্জিন্না তৌগনি॥ মসি লোইরগা হান্নগী মওং অদুদা খুবাক জগোয় অমুক শাগনি॥ অসিগী মতুংদা খুৎয়েৎনা মাঙদা তিংথোক্লগা, খুৎশা পুম্নমক লোংনা উপশিল উপশিল্লগা ওইলোমদা লৈগনি॥ অদুদগী ওইগী খুৎনা তিংথোকলগা খুৎশা কোনশিন্দুনা য়েৎলোমদা লৈগনি॥ মফম লেংদনা লৈগনি॥ মশিবু ফিবুন জগোয় কৌই॥ মথংদা নাপ্পা জগোয়গী খোঙচৎতা য়েৎকী খোঙতোন্না লৈতাবা মতমদা য়েৎকী খুৎনা মাঙদা শাংনা তিংথোক্লগা খুতোনবীদগী খুৎনাওবী ফাওবা খুবাক্তা কোন্সিল্লগা খুবিনা মথক্তা চপতিংনা থমগনি॥ ওইগী খুৎশু মথক্কীশিগা মান্ননা শাগনি॥ মশিবু খুৎতুম জগোয় কৌই॥ অসিসু ৩লক শাগনি॥ ফিবুন জগোয়গা খুৎকী মওং মান্নদ্রবশু খোঙদি অমত্তনী॥ অসি লোয়বগা হান্নগী খুবাক জগোয় অদু অমুক শাগনি॥ অদুদগী হান্নগী অমুক হন্না হান্নগা মান্নবা খুৎচা জগোয় শাগনি॥ মসিগী মথংদা খুজেংলৈবী জগোয় শাগনি॥ হকশাং থেক্লা থেক্লা ফমথরগা খোঙতোন্না লৈবাক্তা নেৎলগা ব্রাংখৎলিবা খুনিং অনীদা ফল্লগা মাঙদা কোক্লা লৈবাক শোক্লিং লুকথরগা খুৎ অনীশু কোক্কী ব্রাংমদা লৈবাক শেক্লিংনা খুজেং য়েৎকী মথক্তা ওইগী খুজেংনা নন্দুনা লাইলোমদা মায় ওনশিল্লগা খুরুমগনি॥ য়েৎকী খোঙনা মাঙদা খুতোন্না লৈবাক্তা নেৎথবা মতমদা, ওইগী খুৎনা মথক থংনা খ্বাং মপাদা মাঙলোমদা খুৎশা পুম্নমক তিংথোকলগা য়েৎকী খুৎজেংদা খুবাক ওনশিন্ননা ননগনি॥ য়েৎকী খোঙনা তুংদা হত্থখিবগা মান্ননা ওইগী খুজেংনা য়েৎকী খুজেংগী মথক অমুক থংগনি॥ ওইগী খোঙনা য়েৎকি খুনিং মপাদা খুদোন্না নেৎপগা লোয়ননা, ওইগী খুজেংনা য়েৎকী খুজেংগী মথক্তগী লৈথগনি॥ অশুম্না লৈথোক লৈশিন তৌরগা, খুকউ অনীনা লৈবাক তাদুনা ফমথরগা কোক নোত্থদুনা, কোক্কী ব্রাংমদা খুৎ অনিমক্লা লৈবাক শোক্লা লাইবু খুরুমগনি॥ মসিগী তুংদা লাইকৌ জগোয় শাবগী মতাং লাকলে॥

## ''লাইচিং জগোয় শাবা লোইরবদা''

অমাইবিনা লাইচিং জগোয় শাবা লোইরবদা, লাইমাংদা লেপলিবা লাইগী পোৎ চৈ পুরিবা, পুরিবী, পরেং ২ থোক্লা লেপলিবা, লাইয়িংথৌগী চোং পুরিবা নুপাগী মমাঙদা লাইয়িংথৌ পুরিবা নুপাদুনা লৈহল্লগা, লাইরেম্মগীশু

অদুম্মা মাঙদা থারগা, শেমপোৎ পুরিবা নুপা অদু লাইনিংথৌগী চোঙগী তুংদা চৎকনি॥ লাইরেম্মগীশু শেমপোৎ পুবী নুপী অদু লাইরেমগী চোঙ পায়রিবী নুপীগী তুংদা থংগনি চৎকনি॥ অশুম্মা মাইবিনা পরেং ২দু কায়দনা য়েৎ ওই নাইনা চৎকনি॥ পরেংদি ঈকৌবদা চৎখিবা মওং অদু কায়দনা চৎকনি॥ পরেংদি লাইয়িংথৌগীনা নীপানা লাইরেম্মগীনা নুপীনা চৎকনি॥ অশুম্মা চৎপশি অমাইবিনা মাঙ থারগা, মাইবা মাউদনা পেনা খোংবনা ওইরোমদনা চৎলগা, লাইকৌ লা থারিবা অদুগী য়েৎ ওইননা খুবাক মখোন থোক্তনা খুদুনা থাংজিংলোম থংবা মাইকৈ হায়বদি লাইয়িংথৌগী শংলেনগী য়েৎ থংবা চিথেক থাংজিংলোমদগী কোয়রকপনা ৩লক শুবদা লাইমাঙ মপা য়ৌরকপদা লেপ্লগা মাইবিনা খোঙনিং ২ শম্নরগা খুদোন ফাকলপ্লা লেপকনি, ময়ামশু লেপকনি॥ পেনা শৈশকপা অদুনা লাইকৌলা থারিবা অদুগী মনিংদা, লাইলোমদা মায় ওনশিল্লগা খোঙতোন ফাক্লা, খোঙনীং শমননা লেপ্লগা পেনা খোংবনা হোয়রৌ লাউনবা শেম শাগনি॥ মাইবিনা "হোয়রৌ, হৈয়া লাওগদৌরে" ময়ামদা অশুম্মা হায়গনি॥ "হো লাইয়িংথৌ লাইরেম্মগী মপারী মমোমলোয়, হায়না কৌগনি॥ ময়াম্মা হাউ হায়না খুমগনি॥ 'হোয়রৌ হৈয়া" লাউগদৌরে নখোং নখুৎলেংবা, হায় হুন্না যাদোকো॥ খোং খুৎ লেংলবদি হয়েং ইচা ইশুদা খুদম ফৎতবা ফংগনি অশুম লাউগনি॥ ময়াম্মা "হোয় হোয়" হায়না খুমগনি॥ মাইবির্নাচিংবা মীয়াম পুম্নমক লেংদনা চুম্না লেপ্তুনা লৈগনি॥ অসিগী তুংদা পেনা শৈশকপনা "হোয়রৌ ৬ ময়েক" হৈয়া ময়েক ৬ শৈশকপা হৌরগনি॥ "হোয়রৌ" লাউবা লোইরগা অনোয়লোন শরুনি॥

## "পেনা চৈজিংহইনখৎলগা"

পেনা - আ: হোয়রৌ আ: না: আ: আ: হোয়রৌ হোয়রৌ হোয়রৌ (হে) আ: না: আ: হোয়রৌনগে, লাইয়িংথৌও হোয়রৌ নে: সে: পেনা চৈজিং চিংথরগনি॥ আ: হৈয়া আ:না আ: হৈয়া হৈয়া আ: হৈয়া হৈয়ানগে: য়োইবুবীগী হৈয়ানে শে:॥ অশুম্মা লাউবা লোয়রবদা, মাইবিনা মখুৎ ২না খৈয়োম জগোয় শাগনি॥ মতাংশি খোঙ খুৎ লেঙবা য়াদরী, খৈয়োম জগোয় শাবগী মওং উৎকনি॥ থবাক্কী মপাদা হকচাংদগী হুই অমরোম লাপ্লহনগনি॥ খুবাক ২ ওনশিন্নরগা খুবাক মরুদী থেংনহনগনি॥ খুৎপী খুৎনাউবী ২ থেংনরগা খুৎশা অতৈনা মচা তানা লন্না লৈগনি॥ অশিবু খৈয়োম জগোয় কৌই॥ অশি

শাবা মতমদা খুরক নৈ তাবা ১দি থাদোকপা য়াদে॥ অসিগী তুংদা পেনা শৈশকপনা অনোয়লোন শক্কনি॥ ''হয়িঙৈদা নোয়বদি মৈনা য়ায়না নোয়য়ে॥ হে তাংনা শমঙৈগী নোয়য়ে॥'' মশি শকপা মতমদা হকচাং ফৈ নমলপ্পা খোঙ য়েৎনা হান্না, মথংদা ওইনা চৎতি চৎতনা মফম অদুদা হকচাং য়েৎ ওইদা হায়দোক হায়জিন তৌদুনা লৈরম্বদগী, পেনা শৈশকপনা ''মালেম হৌঙৈগী'' হায়রকপা মতাঙদগী খোঙ য়েৎনা হান্না, ওইগী খোঙ খোঙয়াই মপাম্পা, য়েৎকী খোঙতোন্না নমলমলগা খোঙশিৎ খোঙথাংদা (মওংদি মালেম লৈশেম্বগী মওংনি) খোঙ থাংবা হৌরগনি॥ লোয়ননা ময়ামশু চৎপা হৌরগনি॥ খৈয়োম জগোয় শাবগা লোয়ননা লাইবুংগী লাইগী শংলেনগী য়েৎ থংবা থাংজিংগী মপা লাইবুংগিদি চিথেক য়ৌরকপদা হকচাং পুমলৈ য়েৎওইননা লৈদুনা কিশি ১ কিবগী মওংদা থাংজিংবু খুরুম্লগা চুক ফারমগনি॥ মথংদা য়াংপুবেনগী মপা য়ৌরকপদা, য়াংব্রেন ইবুথৌবু খুরুম্লগা অমুক হকচাং য়েৎ ওইননা পুমলৈ লৈদুনা কিশিকিবগী মওং লৌদুনা য়াংব্রেন চুক ফারমগনি॥ অশুম্না মার্জিং, কৌব্রুনচিংবা চিথেক ৪মক তৌগনি॥ মালেমগী চুক ৪মক ফাগনি॥ লাইগী লাইমাংদা অমুক হকচাং পুমলৈ লৈগনি॥ মসিনা কোরৌ, মালেম ১শুং খুনগী চুক ফাবনি॥ মশি খুল অদুবু ফনবনি॥ খুনকায় লৈকায় থোক্লনবনি॥ অশুম্না লাইবুংবু ৩লক কৌইগনি॥ ৩লক কোয়রকপগী লাইমাং য়ৌরবদা লাইদা মায় ওলশিল্লগা, কোক নোল্লপ্পা লাই খুরুমদুনা খৈয়োম জগোয় কৎকনি ১শুং জগোয় থারগনি॥ খৈয়োম জগোয় থাখিবগী তুংদা, লৈশি জগোয় শারগনি॥ মতাং অসিদা পেনা শৈশকপনা হৈয়ীঙৈদা নোয়যে, কোরৌ হৌঙৈগী নোয়রে॥ মালেম শেমঙৈগী নোয়য়ে অশুম শক্কনি ॥ অশুম্না মথং মথং শৈশক্লগনি॥ মাইবিনা লৈশি জগোয় শানা লাকপনা লাইবুংগী চিথেক থাংজিংমপা য়ৌবদা, মাইবিনা লাইয়িংথৌ লাইরেম্মগী মদাইরেম ময়াম্না হাউ হায়না খুমগনি॥ ইখুন খুনবুকলেন অচংবশিবু, খুঞ্জাও লৈচাওনবা, মালেম চুকপু ফানা, নোয়নু খুৎথেক লৌনা লৈরশে, হায়বগা হকচাং পুমলৈ লৈগনি॥ মশি ময়ামশু লৈগনি॥ অশুম্না চিথেক ৪ চুক ফানা চিথেক ৪শুরবদা, লাইমাং য়ৌরবদা লৈশি জগোয থারগা হকশাং শাবগী জগোয় হৌরগনি॥ লৈশি জগোয়গী মওংদি - য়েৎকী খুৎনা হৌরগা খুজেং অনী শম্নহন্দনা লৈরক্লনা খুৎপী খুৎতোনবী শম্নরগা খুৎশা অতৈনা মচা তানা তিংনা তিংনা

থন্নগা যেংকী খুংনা মখা থংনা খুং অনীদু হুই অমবোম লাপ্পনা থবাক মপাদা য়েংতগী ওইলোমদা খোঙথাঙ অমদা জগোয় থাগনি হায়বদি খুংশা লোইনমক তিংথোক্কনি॥

## "হুকচাং শাবগী মওং জগোয় খুংথেক"

১। মাইবিনা নৈশি জগোয় হেক শাবগা হুকচাং শাবা হৌবগনি॥ মাইবী - হো লাইয়িংথৌ লাইরেম্মগী পারি ইমোমখোয় ময়াম, হাউ খুমগনি॥ মাইবী - খোয়দৌ মমি তম্না, লুরাই কোকলেন শারশে॥ জগোয়গী মওং খুংপী ২ ফন্দোক্কগা চিল্লোক্কগনি॥ খুংশা অতৈ অতৈশু খুংতোন খুংতোন শম্নবগা, থম্বাল শাবগী মওংদা খোয়দৌ মপাদা থমলগনি॥

২। মথং খুং ২মক্তা হান্নগী মওং কায়দনা লুরাইদা খুং থাংগৎলগা থমগনি॥ অশুম্না লুরাই শাগনি॥ অশুম্না হুক কয়াৎ শাবা খুদিংগী অবোইবদা নৈশি জগোয় হেক হেক শাগনি॥

৩। চিরা শাবা - খুং অনীমক পায়শিল্লগা লোংনা নৈখৎলগা, খুংতোনবী ২না তিংথোক্কগা লাইবক্কী চিরা য়েং ওই অনীদা শোক্কনি, খুংশা অতৈদি কোনশিনগনি॥ খুংপীদি খুংতোনবী মখোঙদা তিংনা থমগনি॥

৪। কোকচি শাবা - চিরা শাবগী মওংগী খুংপী খুদোনবী পুল্লম্নদগী, খুদোনবীশু খুংশা অতৈশু কোনশিল্লগা, খুং ২তিংলগা লোংনা কোকচি শোক্কনি শাগনি॥

৫। লাইপক শাবা - খুং অনীমক্তা খুংলোংনা থাংগৎলকুনা, খুংপী ২ কোনশিল্লগা, খুদোন মরিনা উপ্পা নৈখৎলকুনা খুবাক লোংথোক্কগা খুং মতোন অনীনা লাইবক্তা শোক্কনি॥ খোঙথাং ৩ থমলগা মথং অমুক লৌগনি॥

৬। পিশুম শাবা - খুংপী ২ তিংথোক্কগা খুংশা অতৈদে কোনশিল্লদুনা পিশুমদগী মিংমৈলোমদা অনীলক চিংথোক্কনি॥ খোঙথাং ৩ থমগনি॥

৭। মিংচী শাবা - খুংপী খুংতোনবী অনী চপশিল্লগা, খুংশা অতৈনা তিংনা তিংনা মরক লল্লা থমলগা, খুং অনীমক্তা মিং অনীগী মিংলুদগী মিংমৈলোমদা চিংথোক্কনি॥ খোঙথাং ৩।৩ লক চিংথোক্কগা থাগনি॥

৮। **মিং শাবা** - খুৎপী খুৎতোনবী অনীগী মরক্তা খুবি ১গী মরুম ফাক্লগা তিংথোক্লগা ফন্দোক্লুনা মিংকী মপাদা, মিংলুদগী মিংমৈলোমদা খোঙথাং ৩লক্তা, ৩লক চিংগনি॥ মিংমৈ মপাদা লেপকনি॥

৯। **নাখাং শাবা** - য়েংকী খুৎ খুদুম পায়শিল্লগা খুৎপিনা তিংথোক্লুনা পিশুম ২গী মরক্তা, খুবাক্লা হকচাংলোমদা উপথদুনা খোঙথাং, অহুমলক চিংথগনি, ওইগী খুৎতি য়াওরোই॥

১০। **নাতোন শাবা** - য়েংকী খুৎপীগা খুৎয়ায়গা চপ্পগা, খুৎতোনবীনা তিংনা নাতোন মতোন্দা শোক্কনী॥ খুৎপী খুৎয়ায় অনীনা নিংশা শ্বোর হোনফমদা শোক্কনী॥ খোঙথাং অহুমলক থমগনি॥ খুৎ ওইদি তিংনা থাদগীনি॥

১১। **নাকচি অনী শাবা** - খুৎ অনীগী খুৎপী খুৎয়াই চপলগা, খুৎশা অতৈনা তিংনা নাতোন নাকচিদা শোক্লা মখারোমদা অহুমলক লৈরপ্পা শাগনি॥

১২। **খজায় লেংওন অনী শাবা** - খুৎ অনীমক্লা খুৎপী কোনশিল্লগা খুতোন ৪।৪না তিংথোকলগা খজাই অনীদা অহুমলক খুবাক্লা হকচাংলোমদা উপ্পা খুজেং লৈরপ্পা নাছবগুম তৌগনি॥ খোঙথাং অহুমলক থাংগনি॥

১৩। **নাতোন শুমাং শাবা** - খুৎপী খুনাওবী কোনশিল্লগা খুৎতোনবী, খুৎয়ায়, খুৎনিংথৌ অহুম তিংথোক্লুনা নাতোন শুমাংদা শোক্কনি॥ খোঙথাং ৩লক থাংগনি॥ খুৎ ওইদি তিংনা লৈগনি॥

১৪। **চিনবান থকখা শাবা** - খুৎ অনীগী খুৎপী অনীগা, খুৎতোনবী অনীগা মতোন মতোন শোক্লরগা চিনবানগী মপাদা শোক্কনী॥ খুৎচা অতৈদি খুৎতোনবী মপাদা তিংনা থমগনি॥ খোঙথাং ৩ থাংগনি॥

১৫। **য়া শাবা** - খুদোন ১০না তিংথোক্লুনা য়াগী মপাদা উপ্পা থমগনি॥ খোঙথাং ৩ থাংগনি॥

১৬। **খদাং শাবা** - খুৎয়েংকী খুৎয়াইগী মখোংদা খুৎপী কোয়া থমলগা খুদোন ৪দি তিংনা খদাং মপাদা ফৈনা ৩ হায়গনি॥ খুৎ ওইদি থাদদুনা থমগনি, খোংথাং ৩লক থাংগনি॥

১৭। **নাকোং শাবা** - খুৎপীনা খুৎতোনবীগী অরোইবা তাংদা শোক্লগা খুৎশা ৩না ফন্দোক্লুনা নাকোং মপা মপাদা, খুৎ অনীমক য়েৎ ওইদা, অহুমলক খুজেং লৈরপ্লা তৌগনি, খোঙথাংদি ৩লক্লী।

১৮। **নাকোং চক্র শাবা** - খুৎপীনা খুৎয়াইগী তাং মতোন্দা শোক্লগা খুৎ মতোননা নাকোংদা ওনশিন্দুনা ৩লক লৈগনি॥ খুৎ অনীনা নাকোং য়েৎ ওই অনীদা অমমম তৌগনি॥ খোঙথাং অহুমলকনি॥

১৯। **লুখম শাবা** - খুৎ ২ মক্লা উপ্লা খুদোন শম্লনা লুখম শোক্লনী, খোঙথাং ৩লক থাংগনি॥

২০। **খৌরী তোংদম শাবা** - খুৎ অনীমক্লা খুবাক উপ্লা, খুবীদি ফং দাক্লুনা খৌরী মপাদা হনগৎ হন্দা অহুমলক চিংগনি॥ খোঙথাংদি ৩লক থাঙগনি॥

২১। **লেংজুম শাবা** - খুৎ অনীমক্লা উপ্লা হায়গৎক্লুনা খুৎয়াইগী খুৎতোন্না খুবাক তিংনা লেংজুম শোক্লনী॥

২২। **লেংদোন শাবা** - খুৎ অনীমক্লা মাংলোমদগী উপ্লা, হায়গৎলক্লুনা খুৎয়াইগী খুৎতোন্না, খুবাক্লা কোন্নলা লেংদোন্দা শোক্লনী॥ খোঙথাং ৩লক থাংগনি॥ খুৎতি অদুম্মক থাদগনি॥

২৩। **লেংপাক শাবা** - খুৎ অনীমক চুম্লা খুৎনা মথক থংনা কারন্ননা, লেংপাক্লা খুদোন ৪না শোক্লনি॥ খুৎপীদি কোনশিনগনি॥ খোঙথাংদি ৩লক থাংগনি॥ খুৎতি অদুম থমগনি॥

২৪। **পাম্বোম শাবা** - য়েৎকী খুৎনা খুৎপীগা খুৎতোনবিগা ফাক্লগা খুৎচা অতৈদি তিংনা, ওইগী পাম্বোম মরুদগী খুনিংলোমদা হম্বুনা অহুমলক নাম্বুগনি॥ ওইগী খুৎনা অমুক য়েৎনা তৌখিবা অদুম্লা, য়েৎকী পাম্বোম মরুদগী খুনিং ফাওবা ৩লক নাম্বুগনি॥ খোঙথাং ৩।৩।৬লক থাংগনি॥

২৫। **খুৎনিং শাবা** - ওইগী খুৎনা মাঙদা খুৎনীঙ থেককৎতুনা খুজেং হায়গৎলগা, য়েৎকী খুৎনা লোংনা খুৎপীনা খুৎয়ায়গী মখোঙদা শোক্লগা খুৎনিংথৌনা ওইগী খুনীংদা শোক্লনি। খুৎনাউবিদি হাইথনা থমগনি॥ য়েৎকী খুনিংশু ওইগী খুৎনা শোক্লনী॥ খোঙথাংদি ৩।৩ লক ৬ লক থাংগনি॥

২৬। **খুৎকী খুবোম শাবা** - খুৎপীগা খুতোনবীগা ফনদোক্লুনা, খুৎশা ৩দি তিংনা ৩।৩ লক খুজেংলোমদা চিংথগনি।। য়েংনা হান্না ওইগী খুৎতা তৌরগা, ওইনা অমুক য়েৎতা তৌগনি।। খোঙথাং ৩।৩-৬ লক থাংগনি।।

২৭। **খুজেং শাবা** - খুৎতোনবী, খুৎয়ায়, খুৎনিংথৌ, খুৎপীনা চপ্লগা খুৎনাউবিনা ফনদোক্লুনা ৩লক হয়া চিংথগনি।। খুৎ য়েৎ ওয় অনীমক্লা ৩।৩ লক শাগনি।। খোঙথাংদ ৩।৩ - ৬ লক থাংগনি।।

২৮। **খুৎনম শাবা** - য়েৎকী খুৎপীনা খুৎয়াইগী মখোংদা শোক্লগা খুদেন মরিনা ওইগী খুনমদা নপ্পনা ৩লক নাস্থগনি।। অদুগা ওইগী খুৎনশু য়েৎতা ৩লক নাস্থগনি।। অশুম্না য়েৎ ওইদা ৩।৩ লক নাস্থগনি।। খোঙথাং ৩।৩ - ৬লক থাংগনি।।

২৯। **খুবাক শাবা** - খুখবনা খুৎয়াইগী তাংময়ায় শোক্লগা, খুৎ মখোংগা খুজেংলোমদগী, খুৎতোনলোমদা ৩লক নাস্থগনি।। অশুম্না য়েৎ ওই অনীমক তৌগনি।। খোঙথাং ৩।১-৬লক থাংগনি।।

৩০। **খুৎপী খুৎনাও শাবা** - ওইগী খুৎনা নাকন্দা খ্বাং মপাদা উপ্পপ্না থমলগা খুৎ য়েৎনা খুৎপীগা খুৎতোনবীগা নপলপ্না, খুৎতোনবীগী মপাদা হস্থনা চিংথগনি।। খুৎপীনা খুৎয়ায়গী তাং অরোইবদা শোক্লবদা খুয়াইগী মপাদা চিংথগনি।। খুৎনাউবিগী তাং অরোয়বদা খুৎপীনা শোক্লগা, খুৎনাউবিগী মপাদা চিংথগনি।। অশুম্না য়েৎকী খুৎনা উপ্লপ থমলগা ওইগী খুৎনা শাগনি।। খোঙথাং ১০লক থাংগনি।।

৩১। **খুজিন শাবা** - খুৎপী খুৎনাউ শাবগী খুৎথেক্লা খুৎতোনগী অরোইবদা কোইরপ কোইরপ্না লৈখৎকনি।। খোঙথাং মান্নানা থাংগনি।।

৩২। **খুৎপাক মায়ৈ হান্না** - খুৎপীনা খুৎয়ায়গী অরোইবা তাংদা শোক্লগা খুৎনা লোংনা থল্লগা, খুজেংদগী হৌনা খুৎতোনলোমদা অনীরক চিংগনি।। অরোংবা খুৎপী খুৎতোনবী ফনদোকলগা খুৎচেপলোমদগী ২রক চিংথগনি।। মথংদা খুৎতোনবী তিংথোক্লগা, খুৎতোনবী খুৎয়ায় ফাকলগা খুৎশা অতৈনা নপ্পরগা মরক অদুদগী খুৎচেপলোমদা অমুক চিংথগনি।। অশুম্না য়েৎনা ওইদা হান্না তৌরগা, খুৎ য়েৎ ওই অনীদা খুবাক ময়ি হাপকনি।।

৩৩। **খুংতোনগী ময়ি ১দি (চক্র) হান্না** - খুংপী খুংনাউ শাবগী খুংথেক্লা খুংতোন পুম্নমক্কী মতোন্দা অমুক অমুক উপ্লা লৈগনি॥ মশি য়েং-ওইগী খুং ২মক্তা তৌগনি॥ খুং ওইদা হান্না তৌগনি॥ খোঙথাং ১লক থাংগনি॥

৩৪। **য়াংশাবা** - খুং অনীনা তুংদা খ্বাংগী মপাদা খুংতোন ১০মক শোক্লরগা খুনম অনীমক থেংননা খুংতোন্না মথক্তা ওনখৎকনি॥ খোঙথাংদি ৩লক থাংগনি॥

৩৫। **থবাক মিহ্নফম শাবা** - খুং অনীমক্লা থবাক মিহ্নফমদা থমগনি॥ খোঙথাং ৩লক থাগংনি॥

৩৬। **থবাক শাবা** - খুং য়েংনা মথক থংলগা খুং অনী কারন কারন্ননা থবাক্তা উপ্লা নমগনি॥ খোঙথাং ৩লক থাংগনি॥

৩৭। **ঙানফম শাবা** - ওইগী খুংনা নাকন্দা থাদরম্বদগী হায়গৎলকপগা খুং য়েংকী খুংয়ায়, খুংনিংথৌ অনীনা ঙানফমদা শোক্কনী॥ অদুগা য়েংকী খুজেংদা ওইগী খুংয়াইনা শোক্কনী॥ খোঙথাং ৩লক থাংগনি॥

৩৮। **থজিল শাবা**-খুং অনীনা খুনম খুনমগা ওনশিন্নদুনা, খুংতোন শোক্লনা থজিন্দা শোক্কনী॥ খোঙথাং ৩লক থাংগনি॥

৩৯। **লাকা শাবা** - খুবী মতোল অনীনা উপ্লা লাকা মপাদা শোক্লরগা, খুংচা অতৈনা উপ্লা কোল্লপ তৌগনি॥ মতম অসিদা খোঙথাং ৩ থাংগনি॥

৪০। **চনিং য়াফম শাবা** - য়েংগী খুংনা লোংনা তিংথোক্লগা ওইগী খুংনা মথক্তা উপ্লা তিংথোক্লনা কুপ্লগা চনিং মপাদা থমগনি॥ খোঙথাং ৩ থাংগনি॥

৪১। **খ্বাং শাবা** - খুংপী খুংতোনবীনা ফাক্লা, খুংচা অতৈনা তিংলগা খুং ২মক খ্বাংগী নাকন্দা শোক্কনী॥ খোঙথাং ৩লক থাংগনি॥

৪২। **নিংজোল শাবা** - খুং অনীমক্লা কোল্লপ তৌনা তুংদা খুনম্না নিংজোল শোক্কনী খোঙথাং ৩লক থাংগনি॥

৪৩। **লৈনুং খোংলোন মিউবী শাবা** - খুং অনীমক্কী খুংপী খুংতোনবী অনীনা মতোন মতোন শোক্লরগা, ময়ায় অহোবনা তুংশোমদা থোং মপাদা থমগনি॥ খোঙথাং ৩ লক থাঙগনি॥

৪৪। **মীপোক লম্বী শাবা** - খুবাক অনীমক থেংনরগা য়েৎকী খুৎপী হাইগৎলগা, ওইগী খুৎপীনা য়েৎকী খুৎপী মরুদা নম্না কোনশিন্দুনা মতোন লোৎলগা খুৎতোন পুম্নমক্তি মতোন মতোন থেংনহনগনি॥ খ্বাং মখাদা ফৈগন ২গী মরক মপাদা থমগনি॥ খোঙথাং ৩ থাংগনি॥

৪৫। **কময়া শাবা** - খুৎ অনীমক্না খুৎতোন খুৎতোন ওনশিন্নদুনা কময়াদা শোক্কনি॥ খোঙথাংদি ৩লক থাংগনি॥

৪৬। **ফৈগন শাবা** - খুৎ অনীমক মতোন মতোন শম্নরগা খুৎচা, অতৈনা লেংনা লেংনা য়েৎ ওয় অনীমক্কী ফৈগন্দা ইছুগনি॥ খোঙথাং ৩ থাংগনি॥

৪৭। **ফৈরু শাবা** - খুবাক অনীনা ফৈরু মপাদা উপ্না থমগনি॥ খোঙথাং ৩ থাংগনি॥

৪৮। **ফৈবোম শাবা** - খুৎপী ফন্দোক্লগা খুৎচা অতৈনা তিংলগা উপ্না লৈনা লৈনা ইছুগনি॥ খোঙথাং ৩লক থাংগনি॥

৪৯। **খুকলু শাবা** - খুৎপী খুৎনাউবী অনীনা কাঙলগা খুৎচা অহুম্না খুকউ মপাদা লৈরপ লৈরপ তৌনা শাগনি॥ খোঙথাং ৩লক থাংগনি॥

৫০। **খুরায় শাবা** - খুৎ উপ্না খুৎচা মঙামক তিংনা খুকউদগী খুরায় মপাদা ৩।৩ লক ইছুগনি॥ য়েৎকী শাবদা য়েৎনা মাং থারগা খুৎ য়েৎনা, অদুগা ওই শাবদা ওইনা মাংথারগা খুৎ ওইনা শাগনি॥ খোঙথাং ৩লক ৩লক ৬লক থাংগনি॥

৫১। **খুবোম শাবা** - খুৎপী খুৎতোনবী হায়গৎলগা খুৎচা অহুম্না খুবোমদা ৩লক নাছুগনি॥ খোঙ ফৈরপ ফৈরপ থাংলগা য়েৎকী খোঙদা ওইগী খুৎনা ওইগী খোঙদা য়েৎকী খুৎনা শাগনি॥ খোঙথাং অনিদা শাগনি॥

৫২। **খোংজেং শাবা** - খুৎপী ফন্দোক্লগা খুৎশা ৪না তিংলগা খোঙজেংগী মপাদা খুৎ লৈরপ লৈরপ্না হকচাং খরা নোনথরগা শাগনি॥ খোঙথাং ৩নি॥

৫৩। **খুমিৎ শাবা** - খুৎপী খুৎতোনবী অনী মতোন শোক্লনা খুমিৎ মপাদা লৈরপ শাগনি॥ য়েৎকী খুৎনা ওইগী, অদুগা ওইগী খুৎনা য়েৎকী খুমিৎ শাগনী॥ শাবা মতমদা মাংলোমদা খোঙ থাংদোক্কনি॥ খোঙথাং ৩।৩, ৬লক থাংগনি॥

৫৪। **খোঙনীং (খুনিং) শাবা** - ওইগী খোঙনা মাঙ থারগা, য়েৎকী খুৎপিনা খুনার্উবিগী মখোঙদা শোক্লগা উপ্লগ্লা খোঙগী খুনিং মপাদা লৈরপ লৈরপ্লা শাগনি॥ য়েৎকী খুনিংশু ওইগী খুৎনা অদুম্না শাগনি॥ খোঙশু লৈরপ্লা থাংদোক্কনী॥ খোঙথাং ৩।৩- ৬ লক্পী।

৫৫। **খোঙনম শাবা** - খুৎপী কোনশিল্লগা, খুৎতোন ৪না তিংনা খুৎতোন লোমদা ফৈনা হায়গনি॥ খোঙথাং ৩ থাংগনি॥

৫৬। **খোঙপাক শাবা** - খুবাক লোংনা খুৎচা পুম্নমক তিংনা খুৎতোন্দগী খুনিংলোমদা চিংখৎকনি॥ খোঙথাং ৩ থাংগনি॥ -

৫৭। **খোঙতোন শাবা** - খুবিনা খুয়ায়গী মতোন শম্নরগা খোংবিগী মপাদগী কোনলপ্লা খুৎ উপ্লা নাক্কল্লোমদা লৈথোক্কনি॥ অশুম্না খোঙ য়েৎনা মাঙ থাবদা, খুৎ ওইনা, অদুগা খোঙ ওইনা মাঙ থাবদা খুৎয়েৎনা তৌগনি॥ খোঙথাং ৩।৩, ৬লক থাংগনি॥

৫৮। **খোঙশা শাবা** - খুৎচা শাখিবগী খুৎথেক্লা খোঙশাশু শাগনি॥ খোঙথাং ৩।৩, ৬লক থাংগনি॥

৫৯। **খুজিন শাবা** - খুৎশাবগী খুৎথেক্লা খোঙতোন্দা লৈরপ লৈরপ শাগনি, খোঙথাং ৩।৩, ৬লক্পী॥

৬০। **খোঙশা মতোনগী মন্নি হাপ্পা** - মথক্কী খুৎথেক অসিনা খুজিন শাবগুম শাগনি॥ খোঙথাং ৩।৩, ৬লক থাংগনি॥

৬১। **খোঙয়া থম্বাল শাবা** - খৎপীনা খুৎয়াইগী অরোইবা তাংদা শোক্লরগা খোঙয়াদা লৈরপ লৈরপ্লা শাগনি॥ য়েৎকী খুৎনা ওইগী খোঙদা, ওইগী খুৎনা য়েৎকী খোঙদা শাগনি॥ খোঙথাং ৩লক ৩লক থাংগনি॥

৬২। **হকচাং লাংবুম্বা** - ওইগী খুৎনা মথক থংলগা, খুৎ অনীমক্লা থবাক্তা কোনশিন্দুনা খুদোননা পাম্লোম মরুদা শোক্কনী॥ খোংথাং অহুমল থাংগনি॥ মতাং অসিদা মাইবিনা ময়ামগী মফমদা হায়গনি॥ হো লাইয়িংথৌ, লাইরেম্মগী মনাইশা তাইবং হকচাং শাবা লোইরে॥ লোইদাম থাবুম ১০নি, নুমিৎ শিংবুম ৩০০নি শুরে॥ তাইবং হকনুংদা ঈরম ৭, খোংলম ৯, শিংলি ১০৮, মিহুন ১০৮, খোয়য়ুম লাইফম

১০৮ শেন্না লোয়রে॥ লুদগী তোংপোকলে॥ তোংদগী উন পোকই, উনদগী তু পোকই॥ হৌজিক্তি তাইবং পানবা মপুদগী, শিদা, নাদা য়াই থৌবায় য়াইবী নিরশে॥ ময়ামনা নিরশে খুন্না॥

৬৩। **থৌবায় নিবা** - হকচাংদগী কপ অমরোম লাপ্পা খয়োম জগোয় শাদুনা য়াগনি॥ খোঙথাংদি হান্নগী অদুম হোংদে॥

৬৪। **থৌবায় হাপ্পা** - খোয়দৌ মপাদা খুৎ অনীমক ওইনা মথক থঙলনা খুবাক কাগুপ্পা খুৎ অমগী খুদোনগা, খুৎ অমগী খুবাক মরুগা থেংননা থমগনি॥ খোঙথাংদি হান্নগীদু হোংদে॥ মতাং অসিদা মাইবিনা হায়গনি॥ (খোয়যুমগী মতিক ময়ায়, মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ ৩মকপু তাইবং হকনুংদা হাপচিল্লে হায়গনি॥) ময়ামগু হাপচিনলে খুমগনি॥ মতাঙ অসিদা জগোয় খুথেক ৬৪ শাবা লোইরে॥

**অসিগী মথাদা অমাইবিনা** - ''হো লাইয়িংথৌ, লাইরেম্মগী মপারি মমোমশা''॥ ময়াম ''হাউ'' খুমগনি॥ হৌজিক্তি শলাইলেন শিদবনা পিরকপা, তাইবঙ মরু স্না ঈলিক অথোয়ববু, লৈফুরেন অচিবিনা চনিং লৈখৈদগী লৌথোকলগা, অশিবদা শিন্নরে॥ অশিবা লাইয়িংথৌনা স্না ঈলিক অথোয়ববু ''লোইদাম থাদা'' থমলুরে ॥ ময়াম ''থমলুরে'' খুন্না॥ থানা থৌবানমিচাকশিদবদা শিন্নরে॥ থৌবানমিচাকশিদবনা খোঙজোম নুবিদা শিন্নরে॥ খোঙজোম নুবিনা, ওকপুরোইদা শিন্নরে॥ ওকপুলোয়না, তাউহুইলেংদা শিন্নরে॥ তাউহুইলেংনা মহে মশিং তম্বিদুনা, লাংলম ৭তা শিন্নরে॥ লাংলম ৭ অসিনা শজিক্তা শিন্নরে॥ শজিক্লা থবাদা শিন্নরে॥ থবানা তাইবংগী পম্থৌ মপাদা শিন্নবিরে॥ পম্থৌ মপাগী কয়াৎনুংদা তাইবং মপুগী, স্না ঈলিক অথোয়ববু চিংখৎ থাংগৎতুনা থমলে॥ তাইবংগী হক ওইগদৌরিবা শা অচিববু চিংখৎলে, হায়বগী থাজ অদুগী মমিংবু ''শচিফু'' (শজিবু) থা হায়না কৌরে॥ তাইবঙ মপুনা তাইবঙ লাংওনগে হায়না খল্লিবা স্না ঈলিকতো নৌব্রা অদুগী কায়াৎ কালেন য়াৎলে॥ কা ১২ (তরানিথোই) য়াৎলে॥ লৈথক লৈখা তুনা থোঙলোন ১৮ নুংপান নাইনা হকচাং কয়াৎ থোঙ ৯, য়াৎলে, কালেন থা কৌএ॥ পম্থৌ মপানা লোইদাম থাজ ২ নাউপুরবগা, পলেম মমা ওইবিদা শিন্নরে॥ তাইবং

মপুগী স্না ঈলিক অথোয়ববু মাঙলে, ইমাঙ কৌবদগী ইঙা থা হায়না কৌরে।। তাইবং মপুনা লাংএনবা নৌরাদো পলেম খোযজিখাদা তাইবং মীতমখরে।। তাইবং মরুদো থা অমা ফারে (শুরে) নৌবা মমিং থুম্নীশংনু কৌএ:।। তাইবং মপুগী ঈদি মাঙবা য়াদবগী, স্না ঈলিক অথোয়বদো নৌনা ঈহুন তমলে।। ইঙা কুম তমলে, ঈঙেন কুম খাইরে।। থাজা মমিং ইঙেন থা হায়না কৌরে।। নৌবা অঙাংদো থা ২ শুরে।। মমিং "তে তানু" কৌএ।। তাইবং মপুগী স্না ঈলিক্কো পলেম পিবুকনুংদা থাজ ৩ শুরে।। মপুগী মাইবি চোয়বনু খোমজিল্লে, খোম্ববু রানবা কৌএ।। থাজ মমিং থৌরানথা কৌএ।। নৌবা মমিং "হোয়ুং" কৌএ।। নৌবা অঙাংদো মীগী মওং মীতম শুরে।। তাইবংনা হয়েং মালেম লমচাউ থোকলগা, শুরুগদবা শিল্লম থৌরাং কয়া কয়াবু লাঙশিন্দুনা থমলে।। "লাংবা থা" লাংবন থা কৌএ।। নৌবা মমিং "হোয়ুংহো" কৌএ।। লোইদাম থাজা ৫ শুরে।। তাইবং শক্তম মপুং ফারে।। থৌরাই য়াইবী, মিহুন থাহুন, ঈরম খোঙলম পুম্নমক শুরে।। হয়ি মেন তোংলে।। মেনতা থা, মেরা থা কৌএ।। নৌবা মমিং "হো সো" কৌএ।। থাজ ৬ শুরে নৌবা অঙাংদো লেং ওংলে, রাকয়ৈ হিহোন তমলে, হিয়াংকৈ থা কৌএ।। নৌবা মমিং "মীমীহো" কৌএ।। লোইদাম থাজা ৭ শুরে।। পুক্রিং রাখল খল্লে, পলেম পিবুকনুংদা লমপোইনা কোয়না কোয়না পোইনা চংলে, পোইনু থা কৌএ।। নৌবা মমিং "হো হো ইমাঙতাংশাং" কৌএ।। থাজা ৮ শুরে, রাকয়ৈ হি চিংখংলে, রাকচিংথা কৌএ।। নৌবা মমিং পোইরৈতোন কৌএ।। থাজা ৯ শুরে।। তাইবং মপুনা নৌবা মাবু তাইবংপান্দা থোক্রেশি হায়না থেমলে। নৌবানা তাইবংদা থোকপদি মীনম্বা য়াম্মে হায়না খুমলে।। নৌবা মমিং "হোরা হাকিহে" হায়না মমিং থোল্লে (কৌরে) থাজা ১০ শুরে, তাইবং মপুনা নৌবা খুজেং পায়না তাইবংদা থোকলশি নুমিৎ শিংবুম ৩০০নি শুরে।। পলেম পিবুকনুংদা লৈবা য়াদ্রে হায়না থেমলে।।-নৌবা মমিং "মীমরু" হায়না কৌরে।। মতাংসি য়ৌরবদা মাইবিনা হো লাইয়িংথৌ, লাইরেম্মগী পারি ইমোমশা, হৌজিক্তি কুমশিং থাশিং শুরবনিনা নৌবাশে তাইবংপান্দা ফাওগে হায়রে।। রাঙ্গোন শং শারো।। ময়াম শারে খুম্বা।। চাওন নাউওনলকলে।। স্নালিক্ক পুশিল্লো, পুশিল্লে, মাইবি - মাইয়োক্সবী চংলো, চংলে।। লাইজা তরং ঈহৌরে, ঈশিং য়াবা তারে, নৌবা লু থোংলে, (মকোকউরে) মতাং অসিদা মাইবিনা তুংগী

ফিজিগী ফিবান খুৎ ২না পায়বগী মওং উহনগনি॥ অদুগা খুবাক ২না নিংজোন্দা পায়গনি॥

**মাইবি** - হো অঙাং পোকলে, চিংউনা নোংদম্বীবা তাইবং নৌবাদো মালেমদা খুনথোকলে॥ নৌবা মমিং "অঙ্গো অঙ্গা" কৌএ॥ তাইবংনা অঙাংকৌএ॥ অঙাংশে নুপানি হৌজিক্তি নাউফমদগী থৌবায় মীরেন অচংববু নাওফমদগী খোয়রী নুংদগী নৌবা পিবুকনুংদা চিংশিল্লু ময়াম চিংশিল্লে খুম্না॥ চিংশিনবা মতমদা থৌবায় মমিং, লোইনবগী মমিং হায়রগা চিংশিল্লু॥ "থৌবায় মমিংদি নিংথীখোং হিংনাইবা" কৌই॥ লোইনবগী মমিংদি "মপু শেনবা অতাউবা অচিবা" কৌই॥ হে নৌবা নংগী থৌবায় ৫ মিগা থাগা ৬ মক থবায় মমিং নোনা, নেনা, উতা, পিয়া, য়াপি কৌই॥ লোইনবগী মমিং হায়রগা মি মি কুক কুক, রিরি, কোন কোন" হায়না নাউফমদগী চিংশিল্লগা (৩লক হকচাংলেমদা চিংশিল্লগা) খোয়রি কক্কনি॥ খোয়রিদি খুদুম ১ শাংনা কক্লগা কিশি কিগনি॥ কিশি কিবা মতমদা "লৌপতোনশোন নপফা" হায়রগা কিশি কিয়ু॥ "কিশি কিরো" হায়না লাউগনি॥ মাইবিনা বাকথৌ পায়রগী মওং তৌরগা, উৎলগা, খুৎ ওইনা খোয়রি পায়বগী ১শুং ককপগী মওং উৎকনি॥ অসিগী তুংদা মাইবিনা হো হৌজিক্তি মালেম লৈশা ফুহিং পুশিল্লকলো, নাউফম য়াই ওইববু হাপচিল্লো॥ ময়াম "হাপচিল্লে" খুমগনি॥ "ম্না কোনয়াই, লুপা কোনয়াই হাপচিল্লো, ৭ শেঙ্গ১, হাপচিল্লো, মখুম খুমজিল্লো, মখুমদো চিরিক ১ হৎলো॥ হো লাইয়িংথৌ লাইরেম্মগী মনাইশা", (হাউখুম্না) মাইবীনা - হৌজিক্তি "য়ুমগী অহন" মেন উরেশকী (যাত্রাগী) য়েৎলোম থংবদা কোম তৌরো॥ খুবোম ১ লুহল্লু, নুপীনা যাত্রাগী ওইথংবা নাকন্দা তৌ (নাওফমদি য়ুমদগী মপান থোক্লা পুথোকহৈদে, নৌবাদুগী লোইনবনি) মপান্দা ফুমহল্লম্মশি, থমাইরম্মনি, ঐখোয়বু পংথহল্লম্মনি॥ খজিক্তা হায়জবনি ময়াম্না খনবিয়ু॥ লোয়নবা মপান থোকপনী॥ ম্না কোনগা থারো, লুপা কোনগা হল্লো॥ নাউফম য়াওবা ফুহিংদু ফুমজিল্লু॥ (ময়াম ফুমজিল্লে, খুম্না) মাইবি মালেম লৈশা খোংচিল্লু, মৈরা ১ কৎলু খোইজু মৈ ওকউ, অদুগা আতিয়া শিদবদগী পুজি নুংশাংবা, নুংঙাই য়াইফবা, মিংচৎ মিংলেল অথোইবা পিনবিয়ু হায়না নিয়ু॥ ইপান থাদরি ফাওবা লৈবাক য়্রেশিনবা, শুজিনবা, কুপশিনবা, ননশিনবা, য়াদেকো, অঙাং পঙগনি, মপাঙ্গল মথৌনা বাংকনি, চেংনা খঙঙো॥

মাইবিনা ''ব্রাং খুদেং পুশিল্লকলো, নৌব্রা অঙাং ঈরু শাশেংবিরশে'' ময়াম ''শাশেংবিরে'' খুন্না।। ''ঈচুম তৈথোকলো'', ময়াম ''তৈথোকলে'' খুন্না।। মাইবিনা ''কোন্না য়ানফিদু ফিরোন ৩ লোল্লগা কোনশিনবিরো'' হায়বা ময়াম্না ''কোন্সিল্লে'' খুন্না ।। পন্থৌ মপা ''কৌশিল্লো'', ''কৌশিল্লে'', য়েংথংবা নাকোংদা ''হুয়ী মিংলেন শিদয়াই কামশিল্লো''।। ওইথংবা নাকোংদা ''হৈয়া মিংলেন নাদয়াই'' কামশিল্লু।। ময়াম ''কামশিল্লে'' মাইবিনা ''অঙাংদো খোমলাং মাইয়োক্লরো য়েংতা হাল্লু, ওইদা অমুক শিল্লু, হো খোমলাং ঈনৌহল্লে'' হায়বগা অঙাং পমদুনা খোম পিথকপগী মওং উৎকনি।।

মাইবি -''হো লাইয়িংথৌ লাইরেম্মগী পারি ইমোমশা'', ময়াম হাউ খুমগনি।। ''অঙাংশে নোংমা নোংমগী চাউরক্লে, মখুৎ মশা হায়রকলে।। অঙাং চোংগে হায়রক্লে, অঙাং চোংলসে''।। মাইবি শলাইলেনগী মপারি, থবিনা চাউরিঙৈ চাউহৌরো, নুমিৎনা ব্রাংলিঙৈ ব্রাংহৌরো।। ইপু মচুম তারো, ইপা মচুম তারো, তিং তিং তিং চাউরো, চাউরো শাংলো।।

ময়াম্না শলাইলেনগী মমোমলোই, নুমিৎনা ব্রাংলিঙৈ ব্রাংহৌরো, থবিনা চাউরিঙৈ চাউহৌরো, ঈবেন মচুম তারো, ইমা মচুম তারো তিংগ তিং তিং চাউরো, চাউরো শাংলো।। অশুম্না অব্রাই অখুম খুমদুনা অঙাংচোংবগী মওং তৌগনি।।

মাইবি - নৌব্রা লেপ্তম ফারে, পুগী পুরেপ তাল্লকলে, পাগী শারেপ ফারকলে, চাউরে শাংলে, লোংমাই তেংনা য়ুমগাগে হায়রে।। চরৈ ফি শেৎনিংলকলে।। ময়াম - হো শেৎলশে শেৎলশে খুন্না, ফি শেৎপগী মওং উৎপা।। মাইবি - ফৈরা য়ৈনা য়ৈনা য়া য়া চোংলশে।। হো য়া য়া হো য়া, ময়াম - হো য়া য়া য়া য়া য়া খুমগনি।। মসিগী মতাং অসি খোঙ অনীমক ফৈনা ফৈনা খোঙফম অনী অনীরক চোংদুনা লাওগনি।। অসিগী তুংদা মাইবিনা জগোয় লৌরগা, য়ুমশারোনগী জগোয় শাবা হৌরগনি।। অশুম্না শাবা জগোয় লৌরগা, য়ুমশারোনগী জগোয় শাবা হৌরগনি।। অশুম্না শাবা জগোয়সি, অঙাং চোংবা ফাওবদা জগোয় বুৎথেক মথং মনাও কায়দনা খুৎথেক ৩৬৪ (চহুম হুম্ফুমরি) নিং।। মসিগী মখাদা ইগদবা খরা লৈ, অদুবু ব্রাহৌদোক্কী মৎ.দা থমজগে।।

## "য়ুমশারোনগী জগোয় খুৎথেক"

অসিদগী য়ুম শাবগী, য়ুমফম থোনবা, পরিং থাবা, লাংশংহনবা, য়ুম শারগা লাইদা কৎপা ফাওবসিগী, মাইবিনা জগোয় ওইনা শাদুনা উৎপবু য়ুমশারোন জগোয় খুৎথেক কৌই॥ ব্রাখ্‌লগী অনীংবগা লোয়ননা চিন্দা ফোংদোক্লুনা মওং মতৌ উৎতুনা তাকপবু ১শুং খুৎনা মওংদুগী শক্তম তাকপবু খুৎথেক কৌই॥ অসিগী মতমদা পুংশেন য়েগনি, পেনা খোংগনি॥ খোঙথাং কায়দনা মাইবিনা লাউদুনা য়ুম শাবগী মওং তাক্কনী॥ ময়ামশু জগোয় শানা শানা খুমগনি॥

**মাইবী** - হো লাইয়িংথৌ লাইরেম্মগী পারি ইমোমশা - ময়াম হাউ খুমগনি॥ মাইবী - ইবুংঙোগী স্না সঙ্গায় শানবা য়ুম্ফম অফবা মালেম লৈমা ইমাদগী লৈনিরগা, য়ুম্ফম থোনবা হৌরসে॥ ময়াম হৌরশে খুম্না, পরিং লাংশং থারশে॥ ময়াম থারশে খুম্না॥

**জগোয় মওং** - খুৎ অনীমক্লা খ্বাংগী মপাদা কারন কারন য়েৎ ওইগী খুৎতোন্না, হায়দোক্লগা মপাচুম্না মাঙলোমদা ইনগনি॥ মশী পরীং থাবগী মওংনি॥ খুৎ ওইনা চুক পায়বগী মওং তৌগনি, য়েৎনা থেঙ্গু পায়বগী মওং উৎকনী ১শুং চুক য়ুংগনি॥ মসি মওংদমক উৎপনি॥

২। অসি হায়রগা মাইবীনা - খুৎ য়েৎনা মাঙ থারগা, ওইনা মনুং চন্না খুৎশা পুম্নমক কোনশিন্দুনা (লৈয়ে পায়বগী মওংদা) মাঙলোমদা থাঙ্গৎলগা থাদগনি॥ মশী লৈতেম জগোয় কৌই॥

**মাইবী** - "হো: লাইয়িংথৌ লাইরেম্মগী পারি ইমোমশা" - ময়াম "হাউ" খুম্না॥ "হৌজিক্তি স্না শঙ্গাই শানবা লাংশং" হন্নশি, কা ৯ য়াংলশি" ময়াম য়াংলশি খুমগনি॥

৩। **জগোয়** - খুৎ অনীমক্লা য়েৎনা মাঙথানা খুৎতোন তিংনা তিংনা, কা য়াংপগী মওংদা জগোয় শাগনি॥ মাইবীনা "লাইরেম মনাইশা" ময়াম্না "হাউ" খুম্না॥ "হো: পরিং হন্নশে" ময়াম হন্নশে খুম্না॥

৪। অসিগী তুংদা মাইবীনা খুৎ অনীমক খ্বাং মপাদা মাগুলোমদা হঙ্গৎ হন্দা কারল কারল হায়গনি।। পরীং থাবগী মওংনি (জগোয়নি)।

মাইবী - "হো: লাইয়িংথৌ লাইরেম্মগী মনাইশা" ময়াম "হাউ" খুমগনি।। পরীংগী থৌরী কোনশিল্লশে।। ময়ামশু কোনশিল্লশে খুম্বা।।

৫। জগোয় - খুৎ য়েৎনা খুজেং লৈরপ্পা খুৎপী খুৎতোনবী নপ্পরগা খুৎশা ৩না ফন্দোক্লগা, খুৎচা অতৈনা তিংলগা, খুনীংদগী খুৎতোন ফাওবদা থৌরি কোনবগী মওং, য়েৎকী খুৎনা হঙ্গৎ হন্দা তৌগনি।। মশি পরীংগী থৌরি কোনশিনবগী জগোয়নি।।

★ মাইবী - "হো লাইয়িংথৌ লাইরেম্মগী মনাইশা" ময়াম "হাউ" খুম্বা।। "হৌজিক উহৌ উরেপ (মেন উরেপ যাত্রা) য়ুংনবা উখুল তৌরশে" ময়াম তৌরশে খুম্বা।।

★ মাইবী - উখুল তৌবগী মওং উৎপা, খুৎয়েৎ ওই ২না থাংজৌ পায়রগা লৈতৌবগী মওং উৎপা।।

★ মাইবী - "হো লাইয়িংথৌ লাইরেম্মগী মনাইসা"-ময়াম্মা "হাউ" খুমগনি।।

মাইবি - "হৌজিক্তি চুক য়ুংলশে", ময়াম "য়ুংলশে" খুম্বা।। জগোয় - ওইগী খুৎশা পুম্নমক খুৎতুমগী মওংদা কোনশিল্লগা, য়েৎকী খুৎশু খুৎশা পুম্নমক কোনশিন্দুনা থাঙ্গৎলগা, ওইগী খুৎতুম মথক্তা থাদবা, থাঙ্গৎপা মওং অসি ৩লক তৌগনি।।

★ মাইবী - "হো লাইয়িংথৌ লাইরেম্মগী পারি ইমোমশা", ময়াম "হাউ" খুম্বা, "মালেম লৈশা তৌবদি নুপীনা তৌবা তৌহৈদেকো তম্বা নুপানা তৌগনিকো, উখুন্দগী মালেম লৈশা চিংখৎলু, উখুনগী মখা থংবদা থম্মু"।। ময়াম "থম্মে" খুম্বা।। "হকচাংগী শা তংখাই ১ লুহল্লু" ময়াম লুহল্লে খুম্বা।।

★ মাইবী - "হো লাইয়িংথৌ লাইরেম্মগী মনাইশা" - ময়াম "হাউ" খুম্বা।। "হৌজিক্তি - শলাইলেন শিদবগী ফম্বাল ১ শেমলো, ঈলাংফু ১ খিল্লো, হৈ ১ লৈ ১ তম্মু, অথেনপোৎ ১ শেম্মু, মৈরা ১ থাল্লু,

মেক্রুক মৈখু, খোইজু লাইখাম থারো মা কোনয়াই লুপা কোনয়াই থানবা তাইরেন পুংফায় পায়না লাইজা ঈরু ঈশেংনা চায়থোকলো'' ময়াম ''চায়থোকলে'' খুম্বা মাইবী ''হো: লাইয়িংথৌ লাইরেম্মগী মনাইশা'' ময়াম ''হাউ'' খুম্বা - হো হৌজিক্তি ৭ শেঙ্গা ময়েক ১গা শিঙেন লৈরাং নিংথিরবা ১গা খুৎয়েৎকী খুবাক্তা হাপ্পগা, ''অঙান নিংথৌ নুমিৎ কৌবা লাইবু থাগোন্নরগা, কোরৌদগী শিদ য়ায়, নাদ য়ায় পীনবিয়ু হায়না নিরগা শলাইলেন শিদবগী ফম্বাল থক্তা লৈরাং লৈকৎ তমলশে''॥ ময়াম ''তমলে'' খুম্বা ॥ মালেম লৈখাদগীশু মালেম লৈমা ইমাবু থাগোন্নরগা শিদ নাদ য়াই ওইবু পীনবিয়ু হায়না বাখল্লা চিংখৎলগা, ফম্বালথক্তা লৈহুন তমলশে''॥ ময়াম ''তমলশে'' খুম্বা ॥

মাইবী - ''হৌজিক্তি উখুল মনুংদা মা কোনগা থারো, লুপা কোনগা হুল্লো''॥ ময়াম ''হুল্লে'' খুম্বা ॥ ''শিদ য়াই মপান ফাহনবীয়ু, নাদ য়াই মউ চাউহনবিয়ু হায়না চুহিং, শঙোম, খোয়হি হৈথরো''॥ ময়াম ''হৈথরে'' খুম্বা ॥

মাইবী - ''হো লাইয়িংথৌ লাইরেম্মগী পারি ইমোমশা'', ময়াম ''হাউ'' খুমগনি॥ ''হৌজিক্তি উহৌ উরেপকী পুংজে শেম্বা লোইরবনিনা, লংহিংলংলা ৯না তাইরেন মনা ফজবা ৩দা লেংলগা মেন উরেপ্তা কিশিল্লো''॥ ময়াম ''কিশিল্লে'' খুমগনি॥ ''মেন উরেপ পুশিল্লকউ, থাখাং ৩ থারগা থমউ॥ মাউওন্দি চিংখৈ ওল্লগা থমউ॥ নাহে নাশেং থোকলো, তম্বা নিপা ৩না মেন উরেপ য়ুংলশে॥ নিংশা ইহুন য়েংউ॥ য়াইবিরেন মিংখৈ হা, হুং, হৈ, হে, হিং মিংখৈ ৫ শোল্লু''॥ ময়াম ''শোল্লে'' খুম্বা॥ ''হৌ শা য়ুংলশে॥'' ময়ামশু ''হৌ শা য়ুংলশে'' খুম্বা॥

মাইবী - ''মালেম লৈশা খোৎচিল্লু খা, বাং, নোংচুপ, নোংপোক লাক্লা খোৎচিল্লু॥'' ''মালেম লৈশা য়েশিল্লু॥'' হৌজিক্তি মেনউরেপ লেংগোন্নরো॥ নখুৎ খুবাক ২না উরেপ্পু কোল্লগা ৩লক নানখৎলু॥ মাইবীনা - হৌজিক্তি ইবুংঙোগী উরেপ য়ুংবগা লোয়ননা, ইখুন খুনবুক, অচংবগী, লৈকায় অশিগী, নুংঙাই য়াইফবা, খুঙাউ লৈচাউবা, অবাং

অপা লৈতবা, মিংচৎ মিংলেন অথোয়বা, পুন্সি ইনুং শাংবা নিরশে ॥ ময়ামশু নিরশে খুম্বা॥ উথুন শুথিবদা লেমহৌবা লৈবাক্তি য়ুস্ফমগী ব্রাংমদা হন্দোকপা য়াদে - অহানবদা চাকখুমদা, ২শুবদা লাইনিংথৌ কাচিন্দ, ৩শুবদা নিপা চাক চাকমদা হপচিল্লু॥ ৪শুবদা নুপী চাক চাকমদা, ৫শুবদা য়ুম্বী উথোঙ খুদিংদা হাপচিল্লু॥ জগোয় মওংদি খুং য়েংনা মথক থংনা, খুবী খুৎতোনবী মতোন শোক্লরগা খুৎচা অতৈনা কোল্লপ তৌগনি॥ অদুগা ওইগী খুৎশু খুথেক অসিদা য়েংকী খুং মথাদা থমলগা, হঙ্গৎ হন্দা ৩লক লৈপাকলোমদা থাদগনি॥ অদুগা য়েংকী খুৎতোনবী থিনগংলগা খুৎচা পুম্লমক কোনশিনগনি॥ খুৎতোনবীদি মথক লোমদা থিংগৎকনি, খোংথাঙ খোঙকাপ মান্নগনি॥ মাইবী - "হো: লাইয়িংথৌ লাইরেম্মগী মনাইশা" - ময়াম "হাউ" খুম্বা॥ মাইবী - "উরেপ উয়ুংগী মপা হাপলশে॥" ময়াম হাপলশে খুম্বা॥

৮। জগোয় - ওইগী খুৎশা কোনশিল্লগা খুৎতোনবী য়ুংখৎলগা ভিংখত্তুনা মথক লোমদা ওনখৎকনি॥ মথং মাইবী হো লাইয়িংথৌ লাইরেম্মগী পারি ইমোমখোয়॥ হাউ খুম্বা॥ থাংজেন হাপলশে, (ময়াম হাপলশে খুম্বা)॥

৯। জগোয় - খুং য়েং ওই ২গী খুৎয়াই নংতবা, খুৎচা অতৈদি কোনশিল্লগা খুৎপিনা নল্লগা নাতোনগী মপাদা খুবাক অমরোম লাপ্পা, খুৎয়াই ২গী মতোনদু থেংনহনগনি॥

মাইবী - হো: লাইয়িংথৌ লাইরেম্মগী মনাইশা - (ময়াম হাউ খুমগনি॥) মাইবী হৌজিক্তি য়ুম্বীরেন ৬ য়ুংলশে, লোয়শু মশিং শুনা হাপ্লশে॥ ময়াম হাপলশে খুম্বা॥

১০। জগোয় - খুৎপি খুৎনাউবী অনী কোনশিল্লগা খুৎয়ায়, খুৎনিংথৌ, খুৎতোনবী য়ুংখত্তুনা খুং ২ মক্সা খুৎতোল্লা মথক্তা ওনখত্তুনা, মাংলোমদা কাপ ১রোম লাপ্পা, লেংবান মপাদা থমগনি॥ খোংথাংদি হান্নগী কায়রোই॥ অসিগী মথং খুৎশা ১০মক ভিংথোক্তুনা, খোংথাং কায়দনা চৎকনি॥ মশিংগী তুংদা মাইবীনা লাউরগা, ময়াম্না ককলাং খারগনি॥

১১। খুবাক অনীমক চপ তিংনা অমগা অমগা শমদনা হকশাংলোমদা ওনশিন্দুনা খুদোন্না থক্তা ওনখৎলগা থমগনি॥ মথং খাংণ্ডবু হাপকনী॥ মশি মাইবিনা লাউগনি॥ ময়াম খুমগনি॥

১২। খুৎ অনীমক লেংজুম মপা মপাদা মাংলোমদা নাইতোম নাইতোম তিংথোক্কনী॥ মাইবীনা লাউদুনা হুমদাং য়াল্লশে হায়রগা, ময়াম্মা খুমদুনা হুমদাং য়ানবগী মওংদা জগোয় খুৎথেক শাগনি॥

১৩। খুৎ অনীমক খদাং মপাদা উপ্পগা খুৎতোন খুৎতোন থেংনহনগনি॥ খুবাক মরুদি থেংনরোই॥ মাইবীনা উরা থারশি হায়না লাউবদা, ময়াম্মা থারশে খুমগনী॥

১৪। খুৎ অনীমক থবাক মপাদা উপ্পা খুৎতোন ওচোক্কনী॥ খুৎপী ২ নক্ল গনি॥ খুৎপী ২না ব্রাংখৎলগা, খুৎচেপলোমদা নেমথগনি॥ খুৎশা পুম্ন মক অমগা অমগা নপ্লহল্লোই॥ মাইবীনা কৌবদা, ময়াম্মা খুম্লগা উরা থাবা লোইরে, ই কুপ্লশে হায়না ই কুপ্লগী মওং জগোয়না উৎকনি॥

১৫। ওইগী খুৎমথক্তা য়েৎকী খুৎনা নমদুনা, মাংলোমদা মতোন তাহন্দুনা ই কুপ্পা, মানবা ওইনা মতোন খরা হেনহনগনি॥ অসি মতুং মাইবিনা শাই ককপগী ব্রা লাউগনি॥

১৬। খুৎ য়েৎনা খদাং মপাদা খুৎশা পুম্নমক কোনশিল্লগা, হকচাংদগী কাপ অমরোম লাপ্পা মাংদা উপ্পা থমলগা খুৎ ওইনা, খুৎ য়েৎকী মখাদা খুবাক অমরোম লাপ্পা খুৎশা পুম্নমক কোনশিল্লা খুবী নমদুনা থমগনি॥ মথংদা চিরেন লাংয়েন হাপ্লবা তৌগনি॥

১৭। খুৎ য়েৎ ওই অনীমক খুবাকতিংনা, লাইপক মপাদা য়েৎকী খুৎনা মাং থারগা, ওইগী খুৎনা হকচাংলোমদা (হকচাংগা তাইনবা) খুজেং ২দি শম্নরগা থেংনরগা খুবাক ২দি হকচাংলোমদা ওনশিল্লগা কারন চন্দুনা উৎকনি॥ মসি মিৎকী মপাদা তৌগনি॥ লাইয়িংথৌগী চিরেন্না, মথক হায়বদি য়েৎনা নমগনি॥ মথং মাইবিনা ব্রাহৈনা লাউগনি ময়াম্মা খুমগনি॥

১৮॥ খুবাক অনীমক মাংলোমদা ওচোক্তুনা, খুৎতোন্না মথকলোমদা ওনখৎলগা খুবাক ২মক্তি থমচেৎ শানা, শম্নহল্লগা অরাও অখু মান্নানা য়েৎ ওইদা

হনগৎ হন্দা হাইগনি।। মাইবিনা লৈমায় ব্রাই তৈরশে হায়গনি (ময়াম তৈরশে খুমগনি)।।

১৯। খুবাক তিংনা মাংলোমদা, য়েৎকী খুৎনা মাং থারগা, ব্লাং মপাদা ফৈনা ফৈনা হাইগনি।। অশুম্না য়ুম শাবগী জগোয় খুৎথেক শাবা লোয়রবদা, মাইবিনা চিরেন লাংয়েন শাদুনা মখুৎ ২না মিৎকী মপাদা ওইগী খুদাংবু য়েৎগী খুদাংনা নন্দুনা, কারল চল্লগা, খুদোন ২ হায়দোক্লুনা হকচাংদগী কাপ ১ রোম লাপ্লা থমলগা, হো লাইয়িংথৌ লাইরেম্মগী মনাইশা চিয়েন লাংয়েন হাপলশে হায়না লাউদুনা, পেনা শৈশকপগা লোয়ননা থৌগন পরেংদগী থোকললগা, লাইমাংলোমদা খোঙথাং কায়দনা চংশিল্লগা, খুৎ লোম্নদুনা লাই খুরুমদুনা লাইশং কৎকনি।। মতুংদা থোরক্লগা লাইকৌলাগী মথক্তা খুরকলে অদু থমগনি। মাইবিনা খুরুমদুনা লোয়শিনবা, মতমদুদা পেনা শৈশকপশু লোইশিনগনি।। ময়ামদি পেনা ১দি মাইবীনা চংখিবগা জগোয় থাগনি।। মতাং অসিদা য়ুমশারোনগী জগোয়· শাবা লোইরে।। পাম্বোইবী জগোয় হৌখ্রিঙেদা মাইবিনা লাউগনি।। "হৌজিক্তি নবুংঙোগী সনা শঙ্গায় কৎলুরবনিনা জগোয় ফজনা সারসে।।"

## "পাম্বোইবী জগোয়"

নোংপোক পাম্বোইবী অনীনা পাউশানদুনা ইশৈগা লোয়ননা শাবা জগোয়বু, পাম্বোইবী জগোয় কৌই।। লাই হরাউবগী লাইরিক কয়াদা পাম্বোইবী জগোয়গী মখল কয়া কয়া ইরী।। অদু হরাউবদগী ওইনা চংদবা য়াদবা খরতা লৌখৎলগা ইজবনি।। জগোয়দি মখল য়াম্মি।।

জগোয়গী মওং - খোঙ নাম্মা নাম্মা খোঙথাং অনীরক থাংলগা, তুংথংবা খোঙনা তুংদা কারন চন্দুনা লেপকনি, ওইনা খোঙ য়েৎতা কারল চনবা মতমদা, ওইথংবা লেংজুম মপাদা, ব্রাংলপ্লা ওইগী খুৎতোন তাহনগনি ।। য়েৎকী খুৎনা থবাক মপাদা খরা নেম্না খুবাক অনীমক্তা মপাক্লোমদা ওম্বোক্লুনা থমগনি।। মিৎনা ব্রাংখৎলিবা খুৎকী মতোন্দা য়েংগনি।।

অশুম তৌনা নাকয়েৎ অনীমক্তা ওম্না ওম্না তপ্লা শাগনি।। জগোয় শাবা মতমদা মাঙলোমদা খরা খরা চংখৎকনী।। অশুম্না শাবা জগোয় লাইবুংগী

শুমাং অদু কোয়না থুংনা চংকনী।। শুমাংগী চিথেক মরিদা জগোয় অতৈগুম পুমলৈ লৈবা অদুম্মা লৈরোই।। পুং য়েরোই পেনা খোঙবগা লোয়ননা শাগনি।।

অহানবা জগোয় শাবা হৌবদা শকপা ঈশৈ।।

লাইমাংদা

১। আ ...... নুমিদাং বাইগীনা মতমদা আ ....

নুমিৎনা চীংয়ানা থাংলকলে। এ .......

চীংগীনা মৈনা তময়া থেং।।

তমগী মৈনা খোঙমৈ নেম।।

চীংগীনা পামেন্না নিংথিবা।।

তমগী পামেন্না নাপুংবী।।

শাবিনা মাঞ্জনা পাম্মুবা আ ........

থংলেনগী চেংলৌনা উবরা ?

মাঞ্জগী কায়দোংফমবু তাকপিয়ুদা ?

২। থাংজিংলোমদা -

আ .... হা কেগেগীদিনা কশারেল।।

মোইরাংগী লাংবুমদি অরিবা আ:

ইবুধৌ থাংজিংনা কোয়লেল লাই।।

লোক্তাক্না ঈশানা মাপন্দা।।

চেংলৌনা শক য়েংনবা লাইয়িংথৌ।।

ঈশাবী মাঞ্জা পামমুবা।।

থংলেন্না মাঞ্জনা নুংশিবা।।

নোংপোক্না মালংনা হুমমোইবা।।

কাউরেন্না শনবোইন থিববু।।

কেগেনা মায়গৈদা পাংলকপরা।।

৩। ৱাংঙ্গেন লোমদা -

আ হা - খানবু চাউবা ৱাংপুরেন ॥

লমলেননা শুগুনুনা ঈৱাইতা আ ॥

খমনুংনা শৱানা য়াংদৌলম ॥

থোংনাং মোংবিনা চীংনুংহুৎ ॥

লাইজনা ঈথোংনা লোল্লিবা

লেমলৈনা ভাথোংনা থিংলিবা ॥

ভাকচিক্লা কোনগুম্না কোনথাবা ॥

ভারেম্না কোনগুম কোললিংবা ॥

পাম্মুগী লমদমবু তাকপিয়ুদা ॥

৪। নোংপোক্তা -

আ হা: নোংপোক্লা মালংনা হুমমোইবা,

হরাওরেনা নোংপোক্লা পাংবদা ॥

কাউরেম্না সনবোই থিবগুম ॥

গুলাপমচু ফৈজোম্না শেৎতুনা ॥

কোয়য়েৎনা তোলোকনা য়েৎশিল্লে ॥

কাংহনা লেংদা থোংদুনা ॥

ময়ুম্না শেল্লোম্নবু তুং ওইনা ॥

য়াংদৌনা খোংদোয় হুল্লকলে ॥

ঈকায়না চরৈবু লুখুমজৌ ॥

ঈশৈ অমা -

আ: হা: নোংনা হৌবনা মাইগৈদা আ

হাউরেনা নোংপোক পাংবা লম ॥

নোংপোক্লা মালংনা হুম ওইবা॥
উত্তংনা নাকচিনা লোনববু॥
য়াইহ্রিনা খাংদোং নরকপা॥
চরৈনা ময়েক নাইববু শেংচিল্লে॥
খুবোমদা য়াইবুনা হাপচিল্লে "পুল্লিনলে"
খুজেংদা হায়শিনা শিজিল্লে॥
পাম্বোমদা য়াইবুনা হাপচিল্লে॥
না নাদা চোমলাং য়ানশিল্লে॥
কোয়য়েংনা তোলোক্লা য়েংশিল্লে॥
কাংজে কাংহুনা লেংদা থোং॥
শিঙোম্না নাচোম্না থোংচিল্লে॥
ইবেম্মনা লৈবদি মাইগৈদা॥
লিরিনা খোঙদোয় হুল্লকলে॥

অসুম্না মীশৈ শকপা লোয়বদা, জগোয়দি খুৎথেক অদুম কায়দনা শাগনি॥ অদুগা চিংথৈ পাংবা মাইগৈদা খুৎ খন্দুনা য়েংলগা -

- মাইবী - হো লাইয়িংথৌ লাইরেম্মগী মমোমশা (ময়াম হাউ খুম্বা) নোংপোক চিংথৈ পাংবা লোমদা, চরৈ কি চোম্না শেংলগা কাংহুলেংদা থোংদুনা, কোয়য়েং তোলোক নাইবা য়েংলগা লাকলিবা অশে, নবুংঙো মানবরা য়েংউ॥ (খুৎখাল্লগা য়েংবা)
- মাইবী - হো নবুংঙো লাকলে, ইকায় খুম্নবা ওইনা চরৈ কিজিনা চিনবান খুম্মো॥ (ময়াম 'খুমলে' হায়রগা চিনবান খুমগনি॥) মসি নোংপোক অপানবা লেংঙকপগীদমক, পাম্বোইবিনা ইকায় খুম্নবা উৎপনি॥
- মাইবী - "লাইয়িংথৌ লাইরেম মনাইশা, নবুংঙো লাকলে॥ হো নবুংঙো লেংলকপগী হুমাই খৌগন চংলশে॥" ময়াম্না খুল্লগা, য়েংকী খুৎনা কিজি পারদুনা হুম্মাই হুরনী মওং উৎপা॥

* **মাইবী** - হো লাইয়িংথৌ লাইরেম্মগী পারি ইমোমশা (ময়াম্মা হাও খুম্বা) নোংপোক চাকমিংশেন, চেংলৌ শকয়েং পানবু শমু মাগুদা থারো (ময়াম্মা থারে খুম্বা) - খুৎওইনা মাগুদা তিংথোক্তুনা খুৎতেন্না মথকলোমদা ওনখৎলগা খুবাক্তা য়েংগনি॥

* **মাইবী** - য়াঙ্গেন শমজেৎ তুনানগী হাৎলো॥ ময়াম-"হো হাৎলে হায়না খুম্লগা", ওইগী খুৎনা হান্নগুম থমলগা খুৎয়েৎনা কোক্তা থাঙ্গৎতুনা শমজেৎ হাৎপগী মওং উৎকনি॥

* **মাইবী** - "হো লাইয়িংথৌ লাইরেম্মগী মমোমশা" - ময়াম "হাও" খুম্বা॥ নবুংগোদা হৈরাং অথুম্বা, লৈরাং লৈনম নাইববু লানশিল্লো॥ (ময়াম লানশিল্লে হায়না খুম্লগা খুৎবাক ২মক শম্নদুনা লোংথোক্কনী॥)

অশুম্না লাইয়িংথৌ লাইরেম্মা অনীমক্না নুংঙাইমিন্নবা শিবু পাউশানবা কৌই॥ পাউশানবদা পাউরৌনবা মরোলবু পাউশা হৌরগনি॥

* **মাইবী** - হো লাইয়িংথৌ লাইরেম্মগী মমোমশা॥ (ময়াম হাও খুম্বা) নপা নপা মাইওনশিন্নরগা, খুবাক্কা খুবাক্কা মালহৌনরো। (ময়াম মালহৌনরে খুম্লগা), মী অনী অনীনা মাইগা মাইগা ওনশিন্নরগা, অমগী খুৎয়েৎকী খুবাক্কা, অমগী ওইগী খুবাক্কা খুবাক ২ উৎনগনি॥ অদুগী তুংদা লৈহৌরিবা খুবাক অনী অদু উৎনগনি॥

* **মাইবী** - নপা নপা খুদোন খুদোন পায়নদুনা (তো রে রে) য়া য়া তৌরো॥ (ময়ামনা হো য়া য়া য়ায়া য়া॥) মসি তৌরগা মী অনীনা ওনশিন্নদুনা, ১গী য়েৎকী খুৎকা ১গী ওইগী খুৎকা পায়নরগা, অনীমক্কী হকচাং পুমলৈ লৈথোক্কনী॥

* **মাইবী** - হো লাইয়িংথৌ লাইরেম্মগী মনাইশা ময়াম হাউ খুম্বা॥ লেংবান, লেংবান পাইনা লৈরশে॥ ময়াম "লৈরশে" হায়না খুমলগা, অমগা অমগা ওনশিন্নদুনা অনীমক খুৎ ওইনা, অমগী য়েৎথংবা লেংবান পায়নরগা, হান্নগুম্না ওই ওইননা হকচাং পুমলৈ লৈগনি॥ লৈবা মতমদা "হো য়ায়া য়ায়া য়া" হায়না লাউগনি॥

★ মাইবী - হো লাইয়িংথৌ মনায়, লাইরেম্মগী মনাইশা নপা নপা খ্বাঙ খ্বাঙ পায়নদুনা য়া য়া চেল্লো॥

ময়াম্মা - হো য়া য়া য়ায়া য়া, হায়না লাউরগা, হান্নগুম্মা মায় ওনশিন্নরগা, ওইগী খুৎনা অমগী য়েৎকী খ্বাঙদা কোল্লগা লৈনরগনি॥ অশিগুম্বা মওং অশিবু পাউশা জগোয় কৌই॥ মশি নুপা অমগা নুপী অমগা শান্নরমই।

মসিগী মথংদা পাউশা ঈশৈ শক্কনী॥

অহানবদা খোঙ নামমনা অনীরক কাংলগা, চোংবগী মওংদা খোঙ নাম্মগী খোঙবিনা লৈবাক শোক্লগা, খুবাক অনীরক নত্রগা অহুমলক খুবগী খোংথাংদা, মাংদা খুবাক অনীমক লোংথোক্কনি॥ অশুম্মা য়ায়া ৩লক লাওরগা, মখাগী ব্রাহৈশি মাইবীনা লাওরগা মরম্মা খুমগনি॥ মশি অব্রাই অখুমগী মওংনি॥ মতাং অসিদা মাইবীনা পরেং ২গী মরক্তা চংলগা লাওগনি, ময়ামশু খুমগনি॥

★ মাইবী - শনম থোকশে মথোকশে ॥
শনম হনশে মহনশে ॥
পাখং শামৈ ব্রাইনশে॥
নুরা শম্মৈ চুনরে চুনরে॥
হো য়ায়া হোয়া॥

★ মাইবী - হা পেম্মা নিংথিবী, খিং খিং লৌজশে॥
পায়না খুদাপ পিনশে, নুরা তাউজিং হৈরানশে॥

হে নহাবা অপিশক লৈকু মরুম খোইচোপ্পা॥

লৈরাই মরুম খোই হাইবা, লৈতুম হুম্না পাউশাবা॥

নংনা লৈতুম হুনবদা, ঈপনগী পুল্লাং কায়রেদা শিংবিরোইবু হায়বরা, শিংবিয়ু শিংবিয়ু, মশিংবিয়ুদা, হো য়া য়া, হো য়া॥

পেম্মা নংবু হুনদেদা, ঐদি নংবু হুন্দেদো, লৈপাক শংদা লৈবিদো, মনম নোংশা য়াইবিদো, লৈতুম হুম্না পাউ শাইয়ে॥ নংনা শিংবিয়ু

হায়রগা, কুমশি মপান শারগা, নোংমৈ মহৈ য়াম্লগা, শিংবিগে শিংবিগে মশিংবিগেদা॥

হে নহাবা অপিশক, য়ারৌদগী শংঙাইনা, মচি কেক্রুথোক্তুরী (থোনদরী)'' ললহান পুংগী কাকফৈনা, মনাহুমাই শাদরী থোকফমদগী ঙমুনা, খোইজু তোলোং চিন্দ্রিদো, কোংবদগী ঙাখানা পোলাং কানক নক্তুরী, - (নকত্রিদো) শুক্লা মপান শাদরী য়াংকোক্লা মহৈ য়ান্দরী॥

✱ ওকওক্লবী মৈকামও, ঈচিন তুম্মে কামফদে॥

থোঙ্গুও অঙাং পো, ঈনম পোল্লি পোফদে॥

অরে অরে লাইকম্বা, শাগোন তোংবা কায়রম্বা॥

নংবু তোংবা য়াংদেদা, চীংয়া চৎপা লাহকম্বা॥

তময়া কোইবা খোংশাংবা, হা-কৈদা তাগবা॥

ঈতৈমা ফুংগা শংবিদা তাররে তাররে॥

✱ লৌরী চৎপী ফিঙাং ইনবী তাদে ঈতৈমা॥

ইংখোল্লু শম্বননু শংবা এলাংনু॥

ব্বারক হৈজাং নম্বোনবী হৈজাং উনথাবী॥

শাবিনা করি হৈনোদা শানৌ হৈরাংখোয়॥

য়েংউ য়েংউ শাৎলিবা লৈশে, শাইগী মতেং পাংবা লৈনি॥ নুরা কুশুমলৈ॥

✱ য়োয়মা য়ায়দা পোমলগা, তাউদনবদা শাৎননৈ॥

থবিরেংদা হেক্লগা, শেনগোয় রেংদা চিন্নলৈ॥

শাবী শানৌ লৈচিনলৈ, পারি ঈমোম শুক্তা লৈ॥

পঙ্খৌগী পুন্সি ঈয়াল্লে, পলেমগী পুন্সি ঈখোমলৈ॥

য়েংউ য়েংউ শাৎলিবা লৈশে, শাইগী মতেং পাংবা লৈনি॥

শানৌ কুশুমলৈ॥

## অনোয়রোল

**পেনা শৈশকপনা** "হোয়রৌ হৈয়া লাওনা" অনোয়রোল শকপা মতমদা মাইবীনা, লাইপৌ খুৎথেক্কী মরম হকচাং কয়াৎলেন, তাইবং নমু পোংগী কয়াৎপু জগোয় ওইনা পুথোক্নুনা উৎপা মথং মথং॥

**পেনা** - "হোয়রৌ হৈয়াগী" লাউখরবা মতুং - হয়িঙৈদা নোয়বদি মৈনা ৱায়না নোয়য়ে॥ হে তাংনা শমনা নোয়বদি মালেমমদা নোয়য়ে, মদাইদ নোয়য়ে॥ লমলেল মহৌচিংদা নোয়য়ে॥ মহৌ ফাইবোকচিংদা নোযয়ে॥ নোয়বী নোয়তম চিঙদা নোয়য়ে, কোন্দে খুৎচুম মাইবনা নোয়য়ে॥ হে লাইকন চীংদা নোয়য়ে। পুয়তিংঙাং তাংকা চনুনা নোয়য়ে॥ তোইবী তাংকা চনুনা নোয়য়ে॥ হে শায়োন চিঙদা নোয়য়ে॥ তাংকা নুবি পুয়তিংৱাক্লা নোয়য়ে॥ খুয়োয় ফুইদিং লৌবীনা খাবি লেংনাউ মোমবীনা মপন লাইবু য়ুকৌই॥ তাউরোয় লাইবু য়ুকৌই॥ হনবা লুকথুংদবদা হনুলুকথেক্তবগী, নহানুবী নুংদবু লিলকাম লাইদুবু, পাক্লা তাইনা লায়থুংলে॥ তোয়বী তাংকা চনুকা, কোরৌ নোংতং লেংবীনা খাবি মথি নাইরে॥ অমাই মরাং হৌরে॥ হৈরেম ফুনিংশিংবিগা, খুনজান ৱাননিংশিংবীনা চামলৌ লাপোৎ পুদুনা, লাপোৎ৫শুনা, শিংপোৎ ৫ য়াওদুনা, হে চেনগে চেনশিনখি॥ হে পাংগে পাঙশিনখি॥ মানবী নিংতেক অদুগা কোরৌ লংমাই হনবীগা, লৈগী মরি পায়না, নোংগি (নুংগী) মরীথিনা খিকমরোক্লা খিকপদি, শায়াই লনয়ায়বু থিকখৎলে॥ খিকমরোক্লা খিকপদি, হনব হনুমক্তদা হেখিককী খিকথরে॥ হনবা হনুমক্লা পোকমরক্লা পোকপদি, হে পোক্তি পোকয়ে॥ মহৌ মহৌপোকয়ে॥ মহৌ ফায়বোক চিংদা, খাবি লেংনাউ মোম্বীনা, তোইবী তংকা চনুনা থিংলৌনিংনা তেনা, মপল লাইবু য়ুকৌয়ে, লাইলেল লাইবু য়ু কৌই॥ তাউরোই লাইবু য়ুকৌই॥ হননু লুক্কা থুংলে॥ হনু লুক থেক্তাবশু, হনু লুক্কা তেকলে॥ নহা নুবি নুংদগী, লিনকাম লাইকাম লাইদুবু, হে পাক্লা তাইনা লাইকোকলে॥ তুবী ঙাংয়েকচনু, খাবি লেংনাও মোমবীনা, অমাই মরাং হৌনা, হে লৈয়োন চীংদা, কোন্দে খুৎচম মাইবনা, হে লাইকল চীংদা, নোয়বী নোয়তম চীংদা, য়োংমু শলম চীংদা, তংকানুবি পুয়তিং ৱাক্লা, খুয়োন পুইদিং লৌবী, তৌলা নোংতম লেংবীনা, মপন লাইগা নোয়য়ে॥ লাইরেল লাইগা নোয়য়ে॥ তাউলোয় লাইগা নোয়য়ে॥ খোংশিং

মামপল হৌনা নোয়য়ে।। খুৎথেক্লা নোয়বু নোয়তময়ে।। নোয়ম লাংবু নোয়তময়ে।। নোয়না ঙমদমহৌঙৈদা, শাবি লৈরাং মশেননা, নুগুক পাইবং মশেন্না, খুবিং খুবাই মশেন্না, খৈরোয় য়ুচেংমশেল, হুয়রি য়ারোই খোং চাদুগা, লাইখোং লাইহিংচাদুগা, শিংজুঙ ব্লাখায় য়াওনা, পিথেক পিথাঙ য়াওনা, তৌইবী তংকা চনুগা মপল লাইগা নোয়তময়ে।। লাইলেন লাইগা নোয়তময়ে।। তুবী চাগা নোয়তময়ে।। খোঙশিৎ অমরক্তা মহৌ ফাইবোকচিংদুবু হে নোয়গী নোয় খায়য়ে।। তুবী চানা নোয়বদি চারেম্বনা নোয়বদি নোয়চুনশে।। নোয়চুনশে লাইয়িংথৌও, তুবী চানা নোয়বদি, লাইরেম্মনা নোয়বদি চারেম্বন নোয়ববু শাবিরেননা নোয়তময়ে।। শবি য়াম্বা মঙাই তোম্বা, নোংদা চিঙখল য়াংনা, লাইলেন লাইগা নোয়তময়ে।। তাউরোয় লাইগা নোয়তমঙৈ, মথংলেননা নোযঙৈদি মকুমবীনা ঙৈনোকনৈয়ে।। মকুম্বীনা নোয়ঙৈদি মপারিনা ঙৈনোকনৈয়ে।। ঈপল পলেম ঈমাও, চানোইবদি নিংথিয়ে, শারেল য়ানা চাউইদা।। হে ঙৈনোক নৈয়ে।। শবি চীংদা নোয়বা, ঙৈনোংচীংদা নোয়বদি নোয়চুনসে লাইয়িংথৌ।। নোয়চুনশে লায়য়িংথৌ-ও, হয়িঙৈদা নোয়ববু, মৈনা ব্লাইনা নোয়য়ে, তাংনা শম্মা নোয়য়ে।। কোরৌ তোনদা নোয়য়ে।। নোংমতোন্দা নোয়য়ে, খোইমোম পাক্তা নোয়য়ে।। লাইলৈপাক্তা নোয়য়ে।। নুংনাং কোন্দা নোয়য়ে।। কৌখং কোন্দা নোয়য়ে।। খোইমোম লাইগী লৈবাক্তা কোরৌ তাশিনলৈদা, ব্লাংবন তাংদত্তৈদ, চিংঙু নোংখনলেন্দ, কোরৌ ঙাননা নোয়য়ে।। নোংদোন ঙাননা নোয়য়ে।। নোংথৌরেন্না নোয়য়ে।। শোরারেন্না নোয়য়ে।। খাকপা নিংথৌ তেনহৈবা, ব্লাংবা নিংথৌ পানচুমবা, চিংঙু নোংথৌ, য়োয় য়েনবা তলমু ফমশিংপা, মালং লৌতম হুম্বা লাইবক খেলাই ঈবা, কোরৌ নোংখোয় ফম্বা, নুংনাং য়াইবিরেল শিদবা, য়ায়বি মখোয় লেপপা, খাকপা পুলৈলোম্বা, চিংঙু পুলাংনা কাবা, খোক মরক্তি ওন্তেবা, খোকমলোক্তী হলব্লাইবা, চিংঙু নোংথৌ সোরালেন, কোরৌ নোংথৌ নোংশাবা, ব্লাংবা নিংথৌ লিহৈবা, খোইয়ম লাইগী লাইয়িংথৌ, খোইয়ম য়াইবী য়েনহৌগী চিংঙু থংবা নোংনিংথৌ, খোইয়ম পাখং য়োয়য়েনবা, চিংঙু লাঙ্গোয় মখুৎনেৎ, লাংগোই ঙৌনা হেনবা, শা, মরি পানববু, লাঙ্গোয় খুৎনেৎনবা, কোরৌ চয় খাংবা, ব্লাংবা তেনথা চুমবা, চিংঙু নিংথৌনা নোয়য়ে, নোংপাখংনা নোয়য়ে, অত্তেংবনা নোয়য়ে, হে খোইমোম লাইরেম্মা, মপানৌগা নোয়য়ে, কোরৌ

লৈমনা নোয়য়ে, নোংদোন লৈমগা নোয়য়ে, কোরৌ নোংদোল লৈমা, খোইথাং নোংখাইফম্বী, কোরৌ লৈমনা নোয়য়ে, নোংদোন লৈমগা নোয়য়ে, নোংথৌরেনগা নোয়য়ে, সোরারেনগা নোয়বদি মপারিগা নোয়য়ে, সনাহনগা নোয়য়ে, নোয়বদি, হে খোইমোম লাইয়িংথৌ, চিংউ হৈনা চাউবা, হৈনা নউ চাউবা, পামেন উচন হকপা, খোইমোম কোরৌহনবা, কোরৌ নোংদোন হনবা, নোংথৌ খোয়রী হাইবা, নাউৱা খোয়দাং শিংপা, চিংউ লৈশং খেকরায়বা লৈরাং খয়োম লৈনৌবা, লাংগোই তুখায় তোংবা, মপারিনা নোয়য়ে।। খোয়মোম লাইনুরাগা নোয়য়ে।। স্না লৈমগা নোয়য়ে।। থম্বাল লৈমগা নোয়য়ে।। চিংভুরেলগা নোয়য়ে।। সোরারেনগা নোয়ববু চরৈফিঙৌ শেংনা, তরা চা মাংদনা, চরৈ ফিঙৌ খননা ফিজঙ থাখয়না, বাংলেল থিন্না নোয়য়ে, তরেংশেন য়েনা নোয়য়ে, শেনফাং য়েনা নোয়য়ে, শরিক নোংদম খিংনা, সনা চোংলেন খাননা,থাংলেন য়াঙৌ য়াথৌ ফান্না, চিংভুতম্না নোয়য়ে, মঙান তম্না নোয়য়ে, খোয়মোম মালেম তম্না নোয়য়ে, কোরৌ কুপ্না নোয়য়ে কুপ্তুম কুপ্না নোয়য়ে, লংদুম লংনা নোয়য়ে, কোরৌ নোংদোন ঙান্না, চিংভু মঙাইরোয়দুগা. খোইমোম মহীশাংগা, কোরৌ লাইবুংথৌশিংগা, চিংভু মাইকৈ ঙাকপগা, মায়কৈ শুংদাই ঙাকপ, লৈথিং নোংথিংবগা, চিংভু শেমদম শেম্বা, হুপলেন য়াইবী মশেন, মৈবী হাজন তোংয়াওনা, নোংলৈ ঈরৈ মশেল, মালেম লৈশুবগা. কোরৌনোংলি চিংবগা কাপ্তুবনা নোয়য়ে, লৈখেবনা নোয়য়ে, চিংয়োম লোয় হৌনা, অপোক চাদা য়াওনা, চাদা লাইহুই য়াওনা, অশং অমান য়াওনা, অতোং অরেংবগা কোরৌ লেন্দা নোয়য়ে, নোংখোংলেন্দা নোয়য়ে, নুংনাং য়াকোন নুংদা, খোইয়ুম লাইরুপ তিন্না, খোয়মোম তিন্না নোয়য়ে, ঙায়রোয়ননা নোয়য়ে, নোংতিন্ননা নোয়য়ে, নোংতিন্ননা নোইবদি চিংভু নোংথৌ শোরালেল, কোরৌ থংবা নোংনিংথৌনা, য়ায়দা লাংনা নোয়য়ে, খোয়মোম কুপ্তুম কুপ্না, চিংভু ঙান্দুম ঙাননা, কোরৌ থৌনা নোয়য়ে, নোংথৌরেননা নোয়য়ে, কোনখৈবনা নোয়য়ে, অতাম্বনা নোয়য়ে, শঙলেম্বনা নোয়য়ে, অথাপ্পনা নোয়বদি, নুমিৎ চাউনবা নোয়য়ে, নুমিৎ চাউনবা নোয়বদি মালেম পাক্লবা নোয়য়ে, মরাক পাক্লবা নোয়য়ে, কোরও কুপ্না নোয়য়ে, নোংলি কুপ্পবা নোয়য়ে, খোয়মোম থৌনা নোয়য়ে, লায়য়িংথৌনা নোয়য়ে, য়োম্বরেনবনা নোয়বদি, নোয়চুনেশে, নোয়চুনেশে লাইয়িংথৌ, হুয়িঙেদা নোয়বদি সোরারেন্না নোয়ববু

চকপরেননা উরকয়ে, চকপা সব্রাংবনা, কোরও নিংখমতোন, লাইশা য়ারৌ, শজিবু, লাবা খুমন পুবা য়াংদৌ শারমলিবনা, কোরও লম্বু তানখৎলকলে॥ নোংগা লমদা তানখৎখিঙে, খোয়মোম থৌনা নোয়য়ে, লাইয়িংথৌনা নোয়য়ে, সোরালেন্না নোয়ঙময়ে, অহোং পুঙবু নোয়ঙময়ে, পুংফা পুংবু নোয়ঙময়ে, পুল্লাং নোয়বু নোয়ঙময়ে, য়ায়ফা নোয়বু নোয়য়ে, কোরও চিন্দগী পুরকয়ে, কোরৌ মথোংচিনন্দগী, ব্রাংবল মব্রাক চীংদগী মেললাং মিংনা উরকয়ে, শজি তানবনা উরকয়ে, কুরাক তানবনা খঙলকয়ে, চীংথং নোংনিংথৌ পাখংবনা নোয়য়ে, য়োয়রেনবনা নোয়য়ে, নোংথৌরেননা নোয়বদি, শোরারেলনা নোয়ববু চকপরেলনা নোয়তময়ে, শাব্রাংবনা নোয়তময়ে, ময়ুম হেমচেং নাক্ত, চকপা মশাইকোন্দা, চরৈ ফিজং খন্না, চরৈ ফিঙৌ থাখন্ননা, চকপরেলনা নোয়য়ে, সাব্রাংবনা নোয়য়ে, মেলাং হামেঙ মিংনা হয়ি হয়া তাংনা, হেমচেংচীংদা নোয়য়ে, শুপ্না চীংনা নোয়য়ে, চকপা চা পাখংবনা, হেমচেং চনুরাগা চকপা য়ুমলোয় হৌনা, কোরৌ নোয়বু নোয়য়ে, নুংনাং নোয়বু নোয়তময়ে, হেমচেং নোয়বু নোয়তময়ে, পুংপা নোয়বু নোয়তময়ে, হয়িঙৈদা নোয়ববু কোরৌও শমনা নোয়য়ে, ব্রাংবন ব্রাইনা নোয়য়ে, মৈনা ব্রাইনা নোয়য়ে, তাংনা শমনা নোয়য়ে, নোয়ঙম হৌনা নোয়য়ে, ঙমদম হৌনা নোয়য়ে, খোয়মোম থৌগী নোয়দম্বা লাইয়িংথৌগী নোয়তম্বদি নোয়চুনেশে, নোয়চুনশে লাইয়িংথৌ॥

হায়া হে, হে খোয়মোম লাইরেম্মা তম্ফা ব্রাঙমলোন পাছোইবী নপল তাংশক্তা, নদু মীথাদবী, লংমাই খুরাই মৈতে লৈমা, অঙৌবা য়ুমলেন লৈমা, কংলৈ পুংফা নীকপী, য়োয়বু তোইবী কৌবী, তোইবী তাংকা চনু, তংকানুবী পোইতিংব্রাক, তমফা খাবী নাপাউশাবু তম্বী, নশাবী কোরৌও খোংজোম্বগা, কোরৌও নোংদোন ফাও, মালেম লৈকা তুনা, তম্ফা পাউদোয়ননা, সনা য়োয়বু, খেলাং নহৌশানা মালেম লৈবাক ঙাক্লিবী তম্ফা ব্রাঙমলোল য়োয়বু নোইনু থুমলৈমা, য়োয়বু তোনদৌ তুংইনবী, তমপা শকতোং ঙাকলিবী, লালফম মায়য়োক লেপলিবী, তংকা নশাবী অঙৌবা, কোরও খোংজোম্বগা, মালং য়াইবী ফেনজিন হুম ওইননা, নয়ুম শেল্লোয় লৌরেন্নবা, চাইজি লৌরাং চান্দা, খালৈ লৌকুময়ে॥ তম্ফা কোরও অব্রাংবীদি, তাংখুল শরম নুরাবিবু ওইনা শালওোনখিয়ে॥ চিনফি খানিকনা লাইফি খোয়দোম্নমা, চিক্লা য়াওরুম

খোংককচাং শমখোমননা কোনডৌ পনচিশি. লিকলাই নাথংন, খোতাক মাংয়িন্না, হাউশম তুংথাংননা, লংমাই চিংনুংচাদ লৈববু, চুবা লৈথোন তৈনা খালে লৌতাখিয়ে।। নশাবী অডৌবা কোরও খোংজোম্বদি তাংখুল হুয়তোক পাখংববু ওইনা শাললোনখিয়ে।। চরৈ শেংকুমনা মাললৌ য়ুংচিংননা শরু কৈথেংনা রাকতং নাশিন চুম্বুল লালৈ থেম, হৈরাং লুংফান চন, কুবাউ ফাললং থাংনা, য়াইরি খাংথোমনা, তাংখুল লোইরোই খোম্না থাং, মচিন, হাইনু কৌবী মিনকৌ থাঙ, থাংলেন চিনি নোংববু, তুংশেৎ নামৈ য়েপ্পা, তাংখুল য়াইরোং নামিববু, চরৈ লেংদোন য়ান্না, চেংজা খোকনিংনুং, থৌদু খুৎরাই থাং, শাফবনা পানবা কেথৌ ইন, থৌদু নুংদা পকলে।। তম্ফা রাঙম লোন্না, থৌদু ইপক পুংবু, লংমাই পোমবা শেল্লোয় থাংশাবা নিংথৌসনা, অসি খোইগুম্বনা চীংশেৎলম, খোইমোম লাইথুপ ফমদা, থৌদু নুঙবু থমলময়ে।। পামবা খোংদুম খোং, কৈরেল লাউদুম লাউবে।। তাওরা থেলও তৌনা কৌযে।। তৈযা তে।। মতাং অসিদা পেনাগী তাংকক অমা লোইরে।।

## "পাম য়ানবা"

পাম য়ানবা হায়বা রাফম অসি, মীওইবা ঐখোয়না ইহান হান্না লৌ উবা, হৌখিবগী মরম্নী।। মীওইবনা তাইবংপানবা অসিদা লৈকু লৈরাই, উমং রামংদা উহৈ রাহৈ চাদুনা লৈরম্বদগী, চাউখৎলকপগী মতুং ইন্না লৈননবা য়ুম শাদুনা লৈরকপা, ইশা অসিবু চানিংবা থক্লিংবা, ফিলোন অতৈ অতৈ অকে অমৌ পামলকপা, লৌউরকপা মহৈ মরোং থারকপা অমসুং ইশানা ইশাবু, কন্ননবা হোৎনরকপসি মতম শাংলবগী রাফমদা, অহানবদা ফি লৈরমদবদগী ফিনচিংবা শাবা হৌখিবগী লিকথুন্নি।। মীওইবনা শিঙলকপগী মতুংইন্না, হৈরকপদগী লৈননবা য়ুম কৈ শাবা হৌরকই।। ফি শাবা হৌরকই।। হায়রিবসিংসি ঐখোয়গী মাঙবা ১দি মুৎপা য়ারোইদৌবা, ইনাৎকী মরু ওইবা থবক থৌরম কৈয়া, ইদুনা লাইরিক ওইনা থমলম্বদগী, মিৎনা উবা ঙম্বা অমগুং খঙবদগী, পাঙ্গল ওইনবা থবক ওইনা, ১শুং জগোয় ওইনা, শানবগী কাঙলোন ওইনা মীওইবা অমনা পোকপদগী শিবা ফাওবগী কাঙলোনবু, "কংলৈ হরাউবা" হায়বগী থৌরম অসিদা, লাইবু নিংবা লাইদা হৈ-লৈ কৎপা, ইরাৎ ইশোন থৌনি কাংলোন, থৌরম থৌরমগী ওইবা মরম তাকপিরমই অমসুং

ইদুনা থম্বিরমই॥ থবক ওইনা মীয়ামগী মফমদা কুম্মৈগী মওং য়েংবদা নুংঙাইহনবা অমসুং কাউরোইদবা য়াখল্লোনগা লোয়ননা থম্বিরম্বগী য়াফম্নি॥ য়াম্না মরু হকপা লুরবা কাঙলোন্নি॥ ঐগুম্বা অপংবনা, থিজিল্লুদবদগী লাইনা খলহনবনি॥ অশুম্না হৌজিক পাম য়ানবগী মখাদা লাকলে॥ মতাং অসি পাম য়াল্লগা, লশিং থাবা, লশিং হেক্লগা লং নাইবা, ফি শাবা শরিবা ফি অদু লাইদা কৎপা, মীওইবনা হৌজিকশু ফি অহনবা শেৎপা হৌবা তারবদা লাইদা হান্না কৎলগা ফি শেৎপা হৌই॥ মসি মওংদি মখাদা উৎচরী॥

মতাঙ অসিদা পেনা শৈশকপনা পেনাশু খোংগনি॥ ঈশৈশু শক্কনী, মাইবিনা মকোক চিংদুনা, জগোয় শাদুনা খুৎথেক্কা লোইননা উৎকনি॥ মতাং মতাং চানা য়াহৈনা লাউদুনা ময়ামগা লোইননা জগোয় শামিন্নগনি॥

"পামহাই জগোয়"

খোঙ নাম্মনা খোঙ নাম্মগী মাঙদা, কারন চন্দুনা চোংনা চোংনা মাঙওয়ননা চৎকনি॥ কারল চনলুরিবা খোঙগী মতোন অদুনা, কারন চনবা মতমদা লৈবাক শোক্কনী॥ লৈতারিবা খোঙগী খুনীং অদুনা লেঙদুনা হকচাং ঈপোম অনী অনীলক পীগনি॥ হকচাংদি খর খর ইনগনি॥

১। য়েৎকী খোঙনা কারল চনবদা, য়েৎকী খুৎকী মতুং ইন্না মাঙদা ওই থংবা নাকল ফাওবা থাঙ পায়বগী মওং উৎতুনা খুৎ খুদুম চন্দুনা পাম্বোম পুমতিং তিংথোক্কনী॥ ওইগী খোঙনা কারল চনবদা, ওইগী খুৎনা খোঙগী মতুঙ ইন্না য়েৎথংবা নাকল ফাওবা খুদুম চন্না পাম্বোম পুমতিং তিংথোক্কনী॥ মসি মথক্তা হায়খ্রিবা, খোঙথাংগী মতুংইন্না য়েৎতা অহমলক ওইদা অহমলক উ য়ানবগী মওংদা, নাপী হাইবগী মওংদা ৩।৩ - ৬লক তৌগনি, খুৎ য়েৎনা ওয়দা হাইবা মতমদা ১শুং ওয়না য়েৎতা হাইবা মতমদা য়েৎনা মাঙ থাগনি॥ কারল চল্লিবা খোঙগী খুদোন লৈবাক তাবদা খুনীং (খোঙনিং) কাঙগদবনি॥ মরমদি খুনীংনা লৈবাক শোকলবা, অদুগা খোঙতোন্না কাঙলবদি খুলগী ১দি লৈবাক্কী ফৎতবগী খুদম্নি॥ মরমদি মলেম লৈশেম্বগী মওংনি॥ থেংগৌগী ফিদুপ লৌবনি॥ মথক্কী জগোয় অসি লৌরমদাইদা, মাইবিনা ময়ামদা "হো লাইয়িংথৌ, লাইরেম্মগী পারি ইমোম্মশা," (কৌবা) ময়াম "হাউ"

খুমগনি॥ থিংবাই পামদি পাম হুইশে॥ থাঙলেন খুংতা পায়রো'' হায়না মাইবিনা পাম হায়বগী জগোয় হৌরমদাইদা হান্না লাউগনি।

মথক্কী অশুম্না কৌরগা ''পাম চাইরশে'' হায়রগা ময়ামশু চাইরশে চাইরশে হায়না খুমলগা জগোয় শাগনি॥

২। হান্নগী খোঙথাং অদুম চোংলগা, খুৎ অনীনা অমগা অমগা অমুক অমগা অমুক অমুক অমুক চংনগনি॥ খুৎয়েৎনা মাঙ থাদুনা ওইনা ইল্লগা য়েৎলোমদা খুবাক উপ্না খুৎশা পুম্নমক লৈদুনা, ওইরোমদা পুরক্লগা হকচাংগী মপা য়ৌরকপদা, খুজেং লৈখৎতুনা খুৎয়েৎনা মথক থংনা উপ্না, অদুগা ওইনা লোংনা থাদোক্লনী॥ মসিগী মথংদা ''মাইবিনা'' থিংবাই পাম থানবা, খাম্বী মৈবা চিংলশে হায়না লাউবদা ময়ামশু ''চিংলশে'' হাযনা খুমলগা জগোয় অদুম লৌগনী॥

৩। হান্নগী খোঙথাং অদুদা চোংলগা, খুৎ অনিনা খুদুম পায়দুনা য়েৎকী খোঙ থাংবদা, ওইগী খুৎনা ওইগী খোংথাংবদা, য়েৎকী খুৎনা মাঙদা হায়দোকলগা, খুজেং নৌনা মশা মশাগী নাকন্দা অমুক অমুক মাঙলোমদা তুংলোমদা ৩লক চিংগনি॥

- য়েংগদবা হন্দক্কী মৈবা চিংবা হাযবসি, মমাংঙৈগী মৈ শীজিন্নবা হৌরকপগী ৱানি। মৈ লৌবগী মওংদি উ অকংবা অমদা লি নত্রগা পৈয়া কনম্না, হন্না হন্না হনগৎ হন্দা চিংবদা, থোরকপা মৈনা-মৈদু ৱায়ননবা হাপ্না মৈশুৎতা (লশিংগুম্বা নত্রগা পৈয়া মকুপ খোইজু হায়না খংনবা) অদুদা মৈ ৱাইরগা মৈ লৌববু মৈবাচিংবা কৌই॥ মসি নত্তবা নুংঙৌ অনী থেংনরগা অদুদগী লৌবশু য়ায, মদু মৈয়ে কৌই॥ অসিগী তুংদা পাম মৈ থাবগী মওং তৌগনি অমসুং পাম মৈ থারশি হায়না মাইবিনা লাউগনি॥ ময়াম্না থারশি খুমগনি॥ অদুগা জগোয় লৌরনি॥

৪। হান্নগী খোঙথাংদা খুৎয়েৎনা, খুৎওইনা ইল্লগা, খুৎ অনীমক খুৎশা কোনশিল্লগা খোঙথাং অহূমলক ফাওবা থমগনি॥

৫। মসি মথংদা মাইবিনা মৈখাক মৈহুম, খোমদোক্লশে হায়না লাউরগা হান্নগী খোঙথাংদা খুবাক অনীমক উপ্না য়েৎকী নাকন্দগী খুৎশা

পুন্নমক কোর্নসিন্না হকচাং নপলপ্না পুরক্লগা. ওইগী নাকন্দা কোর্নশিল্লিবা খুৎশাদ থদোক্কনি॥

মশি মৈ থাবদা চাকহৌদবা উত্তেক রাত্তেক, হাপু হারাং খোমদোকপগী মওংনী॥ অদুদগী মাইবিনা য়োৎ পায়দুনা পাম য়াল্লশে হায়না লাউগনি॥ ময়াম্মা য়াল্লশে হায়না খুমগনি॥

৬। হান্নগী খোঙথাংদগী খরা কয়া চোংলগা, খোঙদি খরা রাংনা চোংদুনা, য়েৎ থংবা খুৎনা মাঙ থানা, ওইথংবা খুৎনা তুংইন্দুনা খোঙ খোংথাঙদি, ঈরোয়ননা মাঙলোমদা খুৎতুম য়েৎনা পায়রগা থাংগৎ থাদ তৌগনি॥ মসি য়োৎনা লৈবাক তৌবগী মওংনি॥ খোঙথাংশু খরা খরা থুজিনগনি॥ মসিগী তুংদা মরু হুন্নবগী মাইবিনা লাউগনি॥

৭। হন্দক্তি খোঙথাং তপথরগনি॥ খুৎ ওইনা ফিজিন পায়গনি॥ য়েৎকী খুৎনা ফিগাও শারিবা, অদুগী মনুংদগী খুৎশা পুন্নমক কোন্সিন্দুনা য়েৎলোমদা পুথোকলগা, মাঙলোমদা অমুক ফৈরপ্না খুৎ উপ্না খুবি খুদোনবী তিংথোক্লগা হায়রগা, অহুমলক শুবদা খুৎশা পুন্নমক পুমথা থাদোক্কনি॥ মসিগী খোঙথাংদি অহৌবগী খোঙথাং অদুনি॥

"লশিং মরু হুনবগী মওংনি" মসিগী তুংদা ওম্নবা মাইবিনা য়োৎপায়নবা লাউগনি॥

৮। হান্নগী খোঙথাং অদুদা থাঙলগা, খুৎ য়েৎনা মাঙ থারগা ওয়না তুংইন্দুনা মাঙলোমদা, খুৎ অনীমক খুৎতুম পায়শিন্দুনা থাঙ্গৎলগা তপলপ্না থাদগনি॥ অশুম্না খোঙথাং ওলক তৌগনি॥ মসিগী তুংদা মাইবিনা "মরু ওম্বা লোইরে॥" "লৈরাং খুমু হুল্লে, মরু পোকখায়রে, মতোন চোংলে" হায়গনি॥

৯। য়েৎকী খুৎনা মাঙ থারগা, খুৎশা পুন্নমক কোন্সিন্দুনা খুৎতোনবী থিংগৎকনি॥ খুৎ ওইনা থাদদুনা থমগনি॥ মসিনা খোঙথাং ওলক ফাওবা থমগনি॥

১০। মথাঙদা মাইবিনা লৈরাং হৌরে হায়রগা হান্নগী খোঙথাংদা মাঙলোমদা, থবাক মপাদা খুৎ অনীমক খুৎপীনা মখা ওনথদুনা, খুৎউপ্না খুৎশা তিংনা থমলগা লৈখৎলক্তুনা খুৎপি খুৎতোনবী তিংনা থাঙগৎকনি॥ (মসিগী মথাংদা লৈনা ২ শুরে হায়রগা)॥

১১। হান্নগী খোঙথাংদা খুৎশা অতৈনা, কোক্লিল্লগা খুৎতোনবিগা খুৎয়াইগা তিংথোক্নুনা খুৎতোন্না মথক্তা হায়গৎকনি॥ থাবাক মপাদা হকচাংদগী কাপ অনীরোম লাপ্পা শাগনি॥ খুৎ অনীমক নাকল অনীদা থমলগা খুবাক ওনসিনগনি॥

১২। হান্নগী খোঙথাংদা ওইগী খুৎনা ওইদা, খুৎপীনা খুৎতোনবী খুৎযাইগী মতোন শোকলবা, খুৎ অতৈনা কোমলপ থমলগা, য়েৎকী খুৎনা ... ওইগী মখাদা খুৎশা পুম্নমক, কোনশিন্দুনা নাকনদা চিংথোক্লকলগা খুৎশা পুম্নমক থাদোক্কনি॥ খোঙথাং ৩লক তৌগনি, থাঙগনি॥ (মথংনা মাইবিনা লৈরাং পোমলে লাউগনি॥ ময়ামশু পোমলে খুমগনি॥)

১৩। হান্নগী খোঙথাংদা য়েৎকী খুৎনা মাঙদা, লেংবান মপাদা খুৎশা পুম্নমক শম্ননা মথকলোমদা ওনখৎকনি॥ ওইগী খুৎতি নাকন্দা থাদদুনা থমগনি॥ খোঙথাং ৩লক থাঙগনি॥ মথং লৈরাং শিন্নৌ শাৎলে লাউগনি॥ ময়াম শাৎলে খুমগনি॥

১৪। মথক্কী খুৎ অসি কায়দনা থমলগা, খুৎতোন উপশিল্লিবা অদু খরা ফংে দাক্কনী॥ খোঙথাং ৩লক ফাওবা থমগনি॥

(মথং শিন্নৌ লৈরাং শাৎলে হেকলগে লাউগনি॥ ময়াম হেক্লশে খুমগনি॥)

১৫। হান্নগী খোঙথাংদা ওইগী খুৎনা নাকন্দা খুৎশা ফন্দোক্নুনা লৈগনি॥ য়েৎকী খুৎনা মিং মপাদা মাঙদা, শাংনৌ তিংথোক্লগা খুৎপিগা খুৎয়াই খুৎতোনবিগা খুৎতোন পুম্নমক শম্ননা, খুজেং লৈনা ওইগী খুৎতা পুশিল্লক্নুনা, খুৎশা শম্নবা অদুগা থাগনি॥ ওয়গী খুৎনা খুজেং লৈনা উপ্পা থাদগনি॥ য়েৎকী খুৎনা অমুক লৈখৎলক্নুনা, হান্নগী মতৌগুম খুৎ অনীমক অমুক শাগনি॥ অশুম্না ৩লক তৌগনি॥ (মথংদা মাইবিনা লৈরাং হেকপা লোইরে, পোন্দা নম্লসি হায়গনি, ময়াম খুমগনী)

১৬। খুৎ অনীমক্তা য়েৎকী নাকন্দগী খুবাক অনী উমশিন্দুনা খুৎবি ২ কাংনা, খুৎনাওবী অনী শম্ননা মাংদা মিৎকী মপাদা খুজেং অনী লৈরগা, খুবি ২ নপ্পনা মখাদা কাপ অমরোম নমথগনি॥ অশুম্না ৩লক শাগনি। (মথং মাইবিনা লশিং কায়রশি হায়গনি) ময়ামশু কায়রশে খুমগনি॥

১৭। হান্নগী খোঙথাংদা খুৎ ওইনা উপ্পা, ওইগী নাকন্দা খুবি, খুৎতোনবী, খুৎয়ায় মতোন শোক্কনা, খাংগী মপাদা থমলগা খুৎ য়েৎনা, খুৎ ওয়গী মনাক্তা হায়থরক্কনা, খুৎ উপ্পা খুৎতোল পুম্নমক শোকনরগা, অমুক উপ্পা চিংথোক্কনা য়েৎকী নাকন্দা থাগনি॥ অশুম্বা ৩লক তৌগনি॥

(অসিগী তুংদা মাইবিনা লশিং ফৌরশি কনথোক্লসি ১শুং মল্লসি হায়না লাউরগা ময়াম্বা খুমগনি॥)

১৮। খুবাক অনী মাঙলোমদা লোংথোক্না, চপ মান্ননা হনগৎ হন্দা ৩লক তৌগনি॥ অদুগা ওয়গী খুৎনা থবাক মপাদা, খুবি, খুৎতোনবী, খুৎয়ায় ৩গী মতোন উমশিল্লগা, য়েৎকী খুৎনা খুবিগা খুৎতোনবিগা শম্না, খুৎশা অতৈনা কাংনা ৩লক, য়েৎকী খুৎনা খুজেং লৈদুনা লোংথোক্কনী খোঙথাং হান্নগী অদুগা মান্নগনি॥

(মথঙ লশিং লোকশিল্লগা লশিং তকনবা মাইবীনা হায়গনি॥ ময়াম তকলশি খুমগনি॥)

১৯। ওয়গী খুৎনা থবাক মপাদা, খুৎপী অমসুং খুৎতোনবী মতোন শোক্ক রগা ৩লক মাঙলোমদা লোংনা ইনগনি॥ অদুগা খুৎয়েৎনা খুৎতুম পায়শিন্দুনা লৈরগা ওইগী খুৎনা চিংশিল্লকপদা, য়েৎকী খুৎনা মাঙলোমদা ইনথোক্কনী॥ মসি ৩ লক তৌগনি॥ জগোয় শানা চিন্না কপত্রেং মখোলগী মওং মতৌ, ''করে কেরে কেরে'' হায়গনি॥ মাইবিনা লশিং কাপ্পবা লাউগনি॥

২০। ওয়গী খুৎনা লেংজুম মপাদা, খুৎশা পুম্নমক লোংনা কোনশিল্লগা খুৎতোনবী তিংথোক্কনি॥ অতিংবা খুৎতোনবিগী ময়ায়গী তাংদা খুৎপী মতোন্না শোক্কনী॥ খুৎ য়েৎনা খুৎপী খুৎতোনবী শম্না, খুৎশা অতৈনা কোল্লপ্পা মচা তানা তিংথোক্লগা ওয়গী মনাক য়ৌনবা লোংনা পুখৎকনি॥ মতুং অমুক হান্নগী মফম তান্না নাকন্দা হাইথবগা লোয়ননা খুৎপী খুৎতোনবী থাদোক্লগনি, মসি ৪রক তৌগনি॥ খোঙথাং হান্নগী কায়দনা লৈগনি॥ চিন্দা ''ফদ্রং ফদ্রং'' হায়গনি॥ (মতুং মোইথাপ তাদুনা পুম্নবা মাইবিনা হায়গনি॥ ময়াম খুমগনি॥)

২১। খুৎ অনীমক মাঙদা উপ্না থমগনি॥ অদুগা খুৎপীনা খুৎয়াইগনা মতোন্দা শম্নরগা খুৎ ওয়না উপ্না পায়শিল্লগা খুৎ য়েৎনা খুবাক তিংনা খুৎ অনীমক চপ মান্নবা মাঙলোমদা অহুমলক ইনগনি॥ (মথং মোইথাপ শৎকনি)

২২। খুৎ অনীমক মাংদা উপ্না থমগনি॥ অদুগা খুৎপীগা খুৎয়ায়গনা মতোন্দা শম্নরগা, ওয়গী খুৎনা খুৎতুম পায়শিন্দুনা খুৎ খরা থাংগৎলগা খুৎ খুৎনা খরা নেম্না খুৎতুম পাযদুনা য়েৎলোমদা ৩লক চিংথোক্কনি॥ (মথং মোইথাপ পুনগনি)

২৩। ওয়গী খুৎনা খুৎপীগা খুৎতোনবীগা ফাক্তোক্লগা খুৎশা অতৈনা তিংনা মাঙলোমদা থবাক্কী মপাদা থমলগা য়েৎকী খুৎনা জগোয় শাদুনা খুৎপী খুৎতোনবী খুৎয়ায়গী মতোন শম্নরগা অহুমলক ওয়গী খুৎতা হায়দোক হায়জিন তৌগনি॥ অদুগা ওয়গী খুৎপীগা খুৎয়ায়গা মতোন শম্নরগা (খুজি শারগা) থমগনি॥ য়েৎকী খুৎপীগা খুৎতোনবিগা মতোন শম্নরগা, ওয়গী খুৎতোন শম্নরিবা অদুদা উপ্না লৈরমগনি॥

("মতুং লং নাইরশি, তরেং মাঙদা থারো" হায়গনি, মাইবীনা লাউগনি অদুগা "মোইথাপ মপুনথোকল্লে" হায়গনি ময়াম্না "নাইরশি" খুমগনি॥)

২৪। খুৎ য়েৎনা খুৎশা পুম্নমক কোম্বিল্লগা, খুৎতোনবীনা থজিক্তং ব্রাংখৎনা তিংথোক্লগা, খুৎউপ্না য়েৎকী থবাক মপাদা, মাঙলোমদা ৩লক লৈবদা, খুৎওইশু খুৎপী, খুৎতোনবী, খুৎয়ায় মতোন নপ্পরগা, খুৎশা অতৈনা হায়ফেৎতং ফনদোক্লুনা মাঙলোমদগী ওয়গী শেগা য়ৌনা চিংগনি॥ অদুগা য়েৎনা লৈবা ৪লক শুবদা ওয়গী খুৎনা মাঙদা হায়দোক্কনি॥ হান্নগী খুৎথম কায়দনা থমগনি॥ মশি ৪রক তৌগনি॥ অদুগা চিন্না মখোন থোক্লা "নেং নেং কোৎ" ব্রাহৈ অসি হায়গনি॥ খোঙথাংদি হান্নগী অদুম লৈগনি॥ (মথং লংদুম শৎকনী)॥

২৫। ওয়গী খুৎনা লোংনা খুৎপীগা, খুৎতোনবি মতোনগা শম্ননা মাঙলোমদা থমগনি॥ য়েৎকী খুৎনা মনুংথংনা খুৎপী, খুৎতোনবী, খুৎয়াই মতোন শম্ননা লোংনা, হকচাংলোমদা চিংশিনগনি॥ অশুম্না ৩লক চিংশিল্লগা হান্নগী খুৎথম অদুদা থমগনি, খোঙথাংদি হোংদে॥(মশিগী ভুংদা লংদম শংলগা লং লংগনি)

২৬। ওয়গী খুংনা লোংনা, খুৎপী খুৎতোনবী মতোন শোক্লনা মাঙলোমদা মাঙ থানা থমগনি॥ খুৎ য়েৎনা মনুং থংনা খুৎপি খুৎতোনবী খুৎয়ায়গী মতোন শমনা খুৎলোংনা হুকচাংলোমদা চিংশিনগনি॥ অশুম্না ৩লক চিংশিল্লগা হান্নগী খুৎথম অদুদা হপ্পিল্লক্কনী॥ (খোঙথাংদি হোংদে) মথং লং লংগনি॥

২৭। খুৎ ওয়না খৎতুম পায়শিল্লগা খুৎপী ব্রাংখৎকনি॥ খুৎ য়েৎকী খুৎপিনা খুৎতোনবীগী নাক্কন্দা চপতুনা, খুৎ ওয়গী মনাক্তা পুশিল্লগা হনগৎ হন্দা থক্কা খাগা কারন চৎতুনা ৪ ময়েক অশি অশিগুম্না হন্না হন্না তৌগনি॥ (মথং তৌওৎতগী লং শৎলগনি॥)

২৮। মথক্তা লংখাই শাবদা লৈখিবা, খুৎতুম পায়দুনা লৈরিবা, খুৎ ওয়গী মনাক্তা খুৎ য়েৎশু খুৎতুম পায়দুনা পুনসিনগনি॥ অদুদগী য়েৎলোমদা অমুক থুনা পুথোকখিবগা কোন্ননা খুৎশা তিংথোক্কনী॥ (মসি অমুক তৌগনি॥) মথং মাইবীনা ব্রাং খুদেং পুশিল্লো, লাইজা থন্না হাপচিল্লো, লংলা মাবু পোপ পোপ শুদোকলো হায়গনী)

২৯। খুবাক অনীনা উপ্লা মাঙলোমদা অমনা অমুক, অমনা অমুক থাংগৎ থাংথা ৩লক ৩লক তৌগনি॥ অদুগা খুবাক ৩লক মখোন থোক্লা খুগনি॥ (মথং লং শুম্লশে হায়না মাইবিনা লাউগনি।)

৩০। খুৎ অনীমক নাকন্দা খ্বাং মপাদা তোপ্লা তোপ্লা লৈরগা, খুৎশা পুম্নমক কোক্সিল্লগা খুৎউপ্লা লৈগনি॥ খুৎ অনীমক অমগা অমগা খরা হেন্না লাপ্লহনগনী॥ অদুগা ফি শুম্বগী মওংদা লৈগনী॥ খোঙথাং হোংলোয়॥ (মথং লং কনগনি)

৩১। খুৎ ওয়না খুবাক তিংনা, খৎপীনা মথক ওনখৎনা মাঙদা থমগনি॥ খুৎয়েৎশু খুৎ ওয়গা মান্ননা ওয়গী খুৎ মনাক্তগী মখারোমদা থুনা থুনা হায়থগনি॥ খুৎ মওং অদু কায়নরোই॥ (মথং লং লোক্কনী॥)

৩২। খুৎ ওয়না থাদদুনা থমলগা, খুৎয়েৎনা তিংথোক্নুনা মাঙলোমদা, নাতোন মপা য়ৌনা চাউকোন কোনশিল্লক্কনী॥ অদুগা লোয়ননা খুৎশাশু কোনশিনগনি॥ মওং অদুদা অদুম্মক পুখিদুনা য়েৎলোমদা থাদখিগনি॥ অমুক্তা তৌগনি॥

(মথংদা মশা পায়দুনা লংচাক চাক্কনী)

৩৩। লং নাইবগী খুৎ মওংদা. ওয়গী খুৎ খুৎতোন্সনা খুং মপাদা কাপ অনীবোম সাপা খুৎপী খুৎতোনবী খুৎয়াই মতেন পুন্না লেংদনা থমগনি॥ খুৎ য়েৎনা ওয়ওইননা লৈগনি॥ (খোঙথাং হোংদে॥

(মথং ফি শাবগী লংদম থাদুনা ফি তৌগনী॥)

৩৪। মতাং অসি য়ৌবদা খোঙথাং খরা ওন্নগনী॥ হান্নগী খোঙথাং অদুমক লৈরগা, মাঙদা খোঙকাপ অহুম চৎপা, তুংদা অমুক খোঙকাপ ও হনবা এশুম্না তৌগনি॥ অহানবা মাঙদা কাম্বোকলকপা, খোঙফম অদু খরা লাউনা কাম্বোক্কনি॥ খুৎকী মওংদি ওয়গী খুৎনা খ্বাঙ মপাদা কাপ অমা লাপ্না নাকন্দা থমগনি॥ লং পায়বগী মওংদা খুৎশা কোনসিন্না লৈগনি॥ য়েৎকী খুৎনা য়েৎকী নাকন্দা মাঙদা খরা লাপথোক্না খুৎ উপ্না খুৎপী খুৎতোনবী শম্নরগা লোযননা খুৎশা অতৈশু কোন্সিনগনি॥ অদুদগী উপ্না উপ্না লৈখৎলকতনা, খুবাক লোংনা খুৎশা পুম্নমক তিংথোক্কনী॥ মসি ওলক তৌরগা য়েৎকী খোঙনা, মাঙলোমদা লাওনা থাংদুনা লৈতাবা মতমদা য়েৎকী খুৎশু উপ্না উপ্না মাঙদা পুশিল্লমল্লগা লোংথোক্লনা তিংনা লান্নগা খোঙনা তুং হন্নরকপদা লোংলিবা খুৎ অদুশু চিংশিন্দুনা য়েৎকী নাকন্দা পুশিল্লক্কনী॥

(মশি শানিংবা মওংদা শাবা য়াই, মথং শুনা খল্লগনি॥)

৩৫। খোঙথাংদি হান্নগী খোঙথাংদা চৎকনি॥ ফি তৌবগী খোঙথাংদি চৎলরোই॥ খুৎ ওইনা খুৎপী খুৎতোনবী, শম্ননা থবাক মপাদা থল্লগা, খুৎয়েৎনা খুৎতোনবী তিংনা লৈরগা, খুৎপীনা খুৎয়াইগী তাং মপাদা নাকচেপ্তা পায়রগা, খুৎশা অতৈনা কোনসিন্দুনা, খুৎ ওয়গী মনাক্তা ৪ ময়েক অসিগুম্বা কারল কারল লৈগনি॥ খুৎ ওয়দি লেংলোই॥ খুৎ উপ্না নায়েৎচৈ পায়বগুম অদুগুম্না থমগনি॥

(ফিশি খ্বাঙদা শাবগী মওংনী অদুনা নায়েৎচৈদা শুনা খনবগী মওং উৎপনী॥ মথং "ফি লাইজি থোংলশি" হায়না, মাইবিনা লাউগনি॥ মশিবু ফিশা জগোয় কৌই॥)

৩৬। শুনা খনবগী খোঙথাংদা শাগনী॥ খুৎয়েৎ, ওয় অনীমক লোংথোক্কনি ॥ খুৎ পুম্নমক কোনসিনগনী॥ খুৎতোনবীগী নাকন্দা

থাংবদা খুৎ য়েৎনা খাং মপাদা হকচাং নপ্লপ্পা থম্লগনি॥ ওয়গী খুৎনা মাঙলোমদা খোয়দৌ মপাদা খরা ব্রাংলপ্পা থমগনি॥ অশুম্না খোঙ ওয়না থাঙবা মতমদা ওয়গী খুৎনা হকচাং নপ্লগা খুৎ য়েৎনা, খাঙগী মপাদগী খরা ব্রাংলপ্পা ওয়রোমদা লৈরপ্পা থমগনি॥ অদুগা লাই শুমাঙগী চিথেক য়ৌরকপদা খোঙথাং কায়দনা অহুমলক লৈগনি॥ লৈরকপা খুদিংগী লাইকৌলা থাকমলোমদা ওনশিন্দুনা, খুৎশীগা খুৎয়ায়গা মতোন থেংনরগা কাপশিনগনি॥ মসিগী তুংদা হান্নগী খোঙথাং অমশুং খুৎথম অদু কায়দনা, হান্নগী মতৌপুম্না চৎলগা চিথেক ৪ মক্তা, ৩।৩ লক লৈরগা হেক হেক কাপশিনগনি॥ মওং অশুম্না চিথেক ৪ শুরকপদা, (খোল্লকপদা) লাই পুবনচিংবা মী পুম্নমক পরেং শানা লাইরেম্মগী মমাঙ য়ৌদ্রিঙদা ময়াম পুম্নমক লেপহল্লগা, মাইবিগা পেনা খোঙবনা জগোয় কায়দনা, লাইকৌলা থারিবা মফম অদু য়ৌনা চংলগা, লোং অমুক খোনগনি॥ মতৌ অশুম্না খোঙথাং কায়দনা, ময়াইদা চংলক্লুনা লাইকৌলা থারিবা অদুগী ব্রাংমদগী, লাইলোমদা মায় ওনসিন্দুনা লেপ্পগা, লৈরকতুনা ওনথোক্লগা, ফিগাও অদু মপাল্লোমদা ৩লক ইনথোক্কনি॥ অদুগা লাইলোমদা ওনসিন্দুনা ৩লক ইনশিনগনি॥

(মসি শান্নবদা নিপা ৩।৫ নুপী ৩।৫ অসিনা থৌগল তৌগনি॥)

মথক্কী হায়রিবা মওং অসি মরক্কী নুমিৎতা তৌগনি॥ লাইরোই নুমিৎতদি ৭।৭ লক তৌগনি॥ মপাল্লোমদা ইনথোকপা মতমদ মাইবিনা "হো লাইয়িংথৌগী মপারী, লাইরেম্মগী মমোমশা," ইবুংঙো ইবেম্মগী কংলৈ শুমাংদা, পৈয়া চেপশি লোং, শংগাই য়াইনশ লোং, ফুমথি হামৎলোং, চোল্লাং খোঙথিনলোং লোংলেন খুৎতা পায়দুনা কুমশি কুমজা অসিগী খুনগং অসিদা লৈরিবা ফৎতবা হাউথি, ব্রানা ভৌদোং লাই, পুকচেৎ ঈফায়লাই, তিনমু লাইমু ফৎতবা, ওকচিন লৌজিন যুগদবা লাই ফৎতবা পুম্নমক্তী, হাউরৈ খানা পাংবা মাইগেদা হোইথরসি॥ "ব্রাহে অসি হায়দুনা মপাল্লোমদা ৩লক হোইদোক্কনী॥ অদুগা অমুক মাইবিনা হায়গনি॥ ব্রাহে - হো লাইয়িংথৌ, লাইরেম্মগী পারি ইমোম শা, ইবুংঙো ইবেম্মগী কংলৈ মশুমাঙদা কুমসি কুমজাগী হয়াউ মাগী

শকশেম তম, থৌদোক কুম্মৈ, শান্নবা অসিদা থৌবায় অচংবা মিরেন পুনশিববু থৌবায় ৫ মিগা থানা ৬ মক থৌবায় অচংববু ম্না সংগাইনুংঙ্গা হোইজিল্লশি।। (ময়ামশু হোইজিল্লশি খুম্না) মাহে অসি হায়দুনা ফিগাও শারিবা অদুগী ফিজিন ২ পায়দুনা লাইলোমদা মায় ওনসিন্দুনা ৩লক ইনসিনগনি।। অদুগা নুপা নুপী থৌগন ম্নাউরিবশিংদু মাইবিনা ১।২।৩ শ্বা হায়না লমজেন থারগনি অদু লাইমাও য়ৌনবা চেনগনি।। (লাইংেল অসি হায়বা মতমদা চোংবা খোৎপা তৌরোই, চুম্না লেম্লগা খুৎতনা ইম্তোক ইনসিন তৌগনি।। লাইলোমদা চেনশিনবা মতমদা, খুৎ অনীমক্না লোংখোনবদা পায়বা খুৎপায় অদুম্না চংশিনগনি।। (মশি ৩।৫ লক তৌগনি।।) লাইমাওদা লেম্লগা মাইবিনা হায়গনি।। মাহেদি "চিংউ ইবুংঙো, খোয়মোম ইবেম্মগী, কংলৈ নগুমাওদা ওসি কোরৌচুম্না শান্নবদি, নদাইরেম থাবিনা খুরক ম্না লৈগা য়েণ্ণুনা, ইবুংঙো ইবেম্মবু চিংথোক্নুনা শান্নরুববু, ম্না শংগায় নুংঙাইবদা হল্লিনবিরো।। হে ইবুংঙো ইবেম্মা লেমলৈ ঙাবু খোনবা নত্তে।। লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী থৌবায় ৫ মিগা থাগা ৬ মকপু খোল্লিনবনি।। লেংবিগনু ইবুংঙো লেংবিগনু ইবেম্মা।।" মা অসি হায়রগা লাইকৌলা থাফমদগী লাইশং ফাউবা চংলকপা।। অদুদগী অমুকয় হন্দোকখিবা, মতম অদুদা লাইনিংথৌনা থোইরে, লাইরেম্মনা কারে, য়া য়া হো য়া, হো য়া য়া য়া য়া য়া, অসি হায়বদা খুবাক খুগনি।। মাহে অসি মাইবিনা হান্না হায়রগা লাইয়িংথৌলোমদা নিপা ৩, লাইরেম্মলোমদা নুপী, মাইবিনা তুং ইনগনি।। হায়রিবা নুপা নুপীশিং অদুনা, লোইকৌ থাফমদগী লাইলোমদা চেনশিনবা মতমদা লাইশং য়ৌবা হানবা তান্নগনি।। অদুগা লাইমাও য়ৌবা হানবনা, লাইয়িংথৌনা হান্নগা লাইয়িংথৌনা থোইরে হায়গনি।। অগুম্না লাইরেম্মনা হান্নগা লাইরেম্মনা থোইরে হায়গনি।। অগুম্না লাইমাও য়ৌনবা ২রক চেল্লুরগা, থোরকলগা নুপানা লাইয়িংথৌগী নাকন্দা নুপীনা লাইরেম্মগী নাকন্দা লেপকনি।।

মাইবি - হো লাইয়িংথৌগী পারিশা - নুপানা "হাউ" খুমগনি।।

মাইবি - ওসি অয়ুক য়েনদা অঙনবদা, তরা চাকওনচা খুৎতা লোংউপ পায়দুনা, লেমলৈ ঙামি (থেম্বদি) তানবদি করি পাৎতা তাল্লি, করি ঙাবু ফাবগে? নুপা - খা খোংদা খোল্লি, ঙানোয় ফায়।।

- মাইবি - হো লাইরেম্মগী মমোমসা - নুপীনা হাউ (খুমই)॥
- মাইবি - ঙসি অমুক য়েনদা অঙনবদগী, তরা চাকঙনচা খুৎতা পৈয়া চেপশি লোং, শঙ্গাই য়াইনপ লোং ফুমথি হামৎলোং চোমলাং খোঙুথিনলোং লোংলেন খুৎতা পাযদুনা লোং খোনবদি করি পাংতা খোল্লি, করি ঙাবু ফাবগে? নুপীনা - লাইখোংদা খোল্লি, ঙমু ফায়য়ে॥

মথংদা মাইবিনা ময়ামদা ফবে - নখোয়না ফাকলিবা লৈমলৈ ঙাদো, হয়েং চিংউ লাইতোন লোমলগা, খোয়য়ুমগী থৌরম লোইরগা শিজিন্নবা নিংথিনা চেৎনা থমউকো" অশুম হায়গনি॥ ময়ামশু হোয় খুমগনি॥ অদুদগী হায়গুম্মা লাইমাঙ য়ৌনবা চংশিন্দুনা মথক্তা হায়ত্রিবা লায়লোন ব্রাহৈদো হায়দুনা লাইদা থৌরায় মি হপ্পিনগনি॥ অসিগী তুংদা - (মাইবিনা লমজেন যাউরিবশিংগা লোয়ননা পাৎতোন জগোয় লাইরেল মথেক চৎকনি॥) লাইদা থৌরায়মি হপ্পিল্লগা, থোরক্লুনা লাইবৌল্লা থাফমদা মায় ওনশিন্দুনা, মাইবিনা মকোক চিংলগা খোঙ নাম্মা নাম্মনা মাঙদা থাংজিল্লগা থাংজিন্দুনা অমুক থাংদোক্লুনা খোঙ অনীমক ওন্না ওন্না হন্না হন্না থাংগনি॥ হকচাংদি চোংলোয়, ঈপোম খরা খরা নাইনা মাঙদা তুংদা ইস্লোক ইনশিন তৌবতনি॥ য়েৎকী খোঙনা অনীরক থাংবদা খুবাক ২রক খুগনি॥ ওয়গী খোঙনা অনীরক থাংবগী অহানবদা খুবাক অনীরক খুরগা খুৎ মতোননা লাইলোমদা ওনশিন্দুনা লোঙথোক্কনি॥ খুবাক অনীমক নক্লহনগনি॥ ওয়গী খোঙনা তুং হল্লকপা অনীরকশুবদা লোংথোক্লিবা খুবাক অনীমক খুৎ মতোন্না মথক থংনা লোংনা ওনখৎসক্লুনা, অমুক উপ্লা লৈথোকলগা, য়েৎকী খোঙ থাংলকপদা হান্নগীগুম খুবাক অমুক খুগনি॥ অশুম্মা খুবাক খুবা লোংথোকপা অসি, অহুমলক তৌরগা হান্নগী খোঙথাং অদুদা খুবাক খুদুনা লাইকৌল্লাগী অকোয়বদা, ওই ওইননা কোয়বকলগা, সঙ্লোং মাইকৈ (থাংজিং) মপা য়ৌরকপদা, খুবাক খুনা খুনা ওয়ওইননা উপলৈ ৩ লক লৈরগা, য়েৎওইননা লোংলৈ ৩লক অমুক লৈগনি॥ লোংলৈ লৈবা লোইরগা হান্নগী খোঙথাং অদুম্মা মাঙদা চংশিল্লগা, ব্রাংপুলেন লোমদা মায় নোংপোক ওল্লগা লাক্কনী॥ খুৎনা লৈশি জগোয় শাগনি॥ অশুম্মা পান্দম লাকপনা মার্জিং (চীংথৌ) মপা য়ৌবদা থাংজিংগীদা তৌখিবগুম, জগোয় শানা শানা উপলৈ ৩লক লৈরগা অমুক লোংলৈ ৩ লক লৈগনি, মতম অসিদা পেনা সোংগনি॥ অদুদগী হায়গুম্মা অমুক জগোয় শাদুনা মায় নোংচুপ

ওয়া লাকলগা, কৌব্রু এমদি থাংজিং শমদুনা লাক্লগা, ব্রাংপুরেল (মৈরম) মপাদা অমুক জগোয় শাদুনা উপলৈ অহুম, লোংলৈ ৩ অহুমলক তৌগনি॥ মথংদা মায় অব্রাংওয়া লাকলগা, মাজিং শম্না কৌব্রু লাইচি মপাদা হান্নগী মওংগুম উপলৈ অহুম, লোংলৈ অহুম অমুক তৌগনি॥ মথংদা মায় অব্রাং ওয়া লাক্লগা মার্জিং শম্না লাকলগা কৌব্রু লাইচি মপাদা হান্নগীগুম উপলৈ ৩, লোংলৈ ৩লক অমুক তৌগনি॥ মতৌ অশুম্না চিথেক ৪ মন্নী উপলৈ, লোংলৈ লোইবগা মায় মথা ওয়া লাকলগা, থাংজিং মপাদগী মায় নোংপোক ওন্দুনা, ব্রাংপুরেন শমদুনা চৎলগা, মায় অব্রাং ওন্দুনা মার্জিং ১দি নোংচুপ ওন্দুনা কৌব্রু শম্না লাক্কনী॥ অশুম্না ওয়ওইননা পুমকোয় কোয়গনি, ৩লক কোয়গনি॥ কোয়বা অসি লোয়বগা হান্নগী লাইকৌ লাগী মনাক্তা, লাইদা মায় ওনশিন্দুনা লেপ্লগা অহানবদা খুবাক লোংথোকপি জগোয়দু ৩।৩ লক শারগা লাইলেন মথেক লোইশিনগনি॥ লাইলেন মথেক চৎপসি লোয়রবদা, লাইকৌলা থারিবা অদুগী, মথক্তা থারিবা ফি অদুগী মথক্তো লৈরিবা, লাংথ্রেশিং অদু য়োমশিন্দুনা লাই শান্নবদা য়াউখিনি॥ লৌখৎলগা অমতা চোয়থোক্তনা, লাইগী থৌরম লোইদ্রিফাওবা, লাইশংগী অব্রাং থংবা নাকথা মাইকৈগী শঙ মথক্তা নত্রগা লাইনুংদা ফজনা চেকশিন্না থমগনি॥ হয়েং লাইরোয় নুমিৎকী অরোইবগী শরোয় খাংবা মতমদা নুমিৎ খুদিংগী থমলিবা লাশিংদু শরোয় খাংবদা য়াউহনগনি॥ লাই কৌথোক্লগা শান্নখিবনা মরম ওইদুনা খোঙনা খুৎনা লাইগী থৌরম লোইদ্রি ফাওবা নেৎহৈদে॥ নেৎলবদি লাইথুং পানগনি॥ খঙদবগী তৌবনি॥ মরমদি লাইগী ফিবুল শান্নবদা লৈয়োমশিংদু য়াউখিবনি॥ (মসিগী তুংদা)

লাইয়িংথৌ ১শুং লাইরেম্মগী থৌগন্দা পায়রিবা, চোঙ পায়বা, পায়বী মী ২ অমসুং হুমাই মথোক অশাংবা পায়বা পায়বী মী ২, কৌথোক্লগা লাইকৌলা থাবস্না মফম অদুগী, থাংজিংলোম থংবদা লাইয়িংথৌগী চোঙ পায়রিবা নুপা অদু লেপকনী॥ চীংখৈ থঙবা মাইকৈদা লাইরেম্মগী চোঙ পায়রিবি নুপী লৈশাবী অদু লেপকনী॥ কৌব্রু লাইজি থংবদা লাইরেম্মগী হুমাইখোক পানবদু পায়রগা লেপকনী॥ ব্রাংপুরেন থংবা মাইকৈদা লাইয়িংথৌগী হুমাইখোক পানবা পায়রিবা নুপাদু লেপকনী॥ অদুগী তুংদা ইন্নফি অত্তৌবা ১না ফিজন, ৪ অদু চোং

অমশুং হ্য়াই থৌগল তৌরিবা, তৌরিবি মী ৪না, ফিগী ফিজিন্দু চোংগা, হ্য়াইগা কোন্ননা ফিজিন্দু খ্বাংমুক ব্রাংনা পায়শিনমিন্নগনি॥ পায়রিবা ফিজিন অদু নাহোকপা য়াদে॥ য়েংশিন্নগা চেকশিন্না পায়গনি॥ অশুম্না মাইকে ৪ তিংলিবা, ফি অদুগী ময়ায় চবুক্তা, লাইকৌলাগী লাংথ্রে ময়োম অদু মফম লেংদনা, ইন্নফি অদুগী মখাদগী য়োমখৎলগা, লাগী মশিংনা পুন্সিনগনি॥ অশুম্না শেন্না লোইরগা লাইগী খুদেশেন পুরিবা পুরিবিগী, খুদেশেন মনুংদা য়াউরিবা লাইয়িংথৌ, লাইরেম্মগী ফিবুল ২ অদু, মাইবিনা লৌরুবগা তিংলিবা ইন্নফি অদুগী মথক্তা মনুংদা হাপকনী॥ মাইবী মকোক অমনা ফিজিনগী মখা থংবা লাইনিংথৌলোম থংবদা লেপকনী॥ মাইবি অমনা অব্রাং থংবা লাইরেম্বী লোমদা লেপকনী॥ অশুম্না মাইবী ২না মীওইশিন্নদুনা লেপলগা মখারোমদা লৈরিবা মাইবি অহন্না, হো লাইয়িংথৌ খুবাক লাইরেম্মা জগোয় য়া'' হায়রগা, অশুম্না হেক হায়বদা খা-ব্রাংগী মাইবি ২না খুবাক ২।২।২ লক খুরগা ৩লক শুবদা, খুৎতি লোংথোক্লা লৈরম্বদগী খুৎ ওয়না ওয়দা, য়েংনা য়েংতা, হায়দোকনরগা, খুৎতোন ২মক মথকলোমদা ওনখৎতুনা খুবাক মপান্দা ওনথোক্তুনা মাঙ মাঙদা ইনথোক্কনী, অদুগা ফিবুল পায়গনি॥ মখা থংবা মাইবিনা লাইয়িংথৌগী ফিবুল পায়গনী॥ অব্রাং থংবা মাইবিনা লাইরেম্মগী, ফিবুল পায়রগা মখাদা ইরিবা খোঙথাং, অসিদা লৈনা লৈনা জগোয় চপ মান্নন শাগনি॥ (খোঙথাংদি)

খোঙ অমমম্না খোঙকম অনী অনী থাংদুনা লৈনগনী, অহানবদা য়েং ওইননা লৈবদা য়েংকী খুৎনা কোকথক্তা ব্রাংনা থাংগৎতুনা ফিবুল পায়গনি॥ লৈবা লোইরকপদা ব্রাংখৎলিবা য়েংকী খুৎ অদু হায়থরক্তুনা, হকচাংগী তুংদা ওয়গী খুৎতা ফিবুল পিগনি॥ মসি লোইরগা ওয়রোমদা অমুক লৈরক্নী॥ ওয়গী খুৎশু ব্রাংনা কোকথক্তা থাংগত্তুনা ফিবুল পায়গনি॥ অশুম্না শাবা জগোয় অসি মপুম ৩লক শাগনি॥ অশুম্না ৩লক শাবা লোয়রবদা, ফিবুল অনীমক ফিজং মথক্তা অমুক থন্নগনি॥ মথংদা মাইবি অনীনা ফিবুল ২ অদু ওয়ন্দুনা পায়রগা, হান্নগুম্না জগোয় অমুক শারগনি॥ জগোয় অসি শাবদা মাইবি ২মক্না মখাগী ঈশৈ অসি পুন্না শকমিন্নবনী॥

ঈশৈ নূরানা ফিবুল গ্রাইরোইচাং,
লাইবুংথৌনা হুন্নগা,
লাইনুরানা ওকলৌ চীং,
লাইনুরা ৭না হুন্নগা,
লাইপুংথৌনা ওকলৌচাং রে রে রে রে রে অশুম্না শরুনী॥

অকোনবগী জগোয় লোইরগা, ফীবুল অনীমক ফীজঙ মথক্তা হান্নগুম্না থন্নগা, অহৌবদা তৌখিবগুম মাগী মাগী ফিবুল অদু পায়নরগা ঈশৈ য়াউবদা অমুক জগোয় শাগনী॥ মথা থংবী মাইবিনা ফীবুল থমলগা, থাংজিং মাইকৈদা লেপলিবা লাইয়িংথৌগী চোঙ অদুগী মমাঙদা, ফীজঙ মখাদা লিৎলগা, নোংচুপলোমদা লাক্লগা মায় নোংপোক ওন্না লেপকনী॥ অদুগুম্না অবাংগী মাইবনগু চীংখৈ পংবা, লাইরেম্মগী চোঙ মমাংদা ফীজঙ মখাদা লিৎতুনা মায় নোংচুপ ওন্না লেপকনী॥ অশুম তৌনা নোংপোক নোংচুপ্তা লেপ্পরগা, অমুক ইহান হানবগী খুবাক জগোয়গী মওং অদু ইকায় কায়দনা তৌগনি॥ ঈশৈ য়াউরোই॥ খুবাক জগোয় লোইবগা মাগী মাগী ফিবুল অদু পায়দুনা ঈশৈ য়াউদনা, হান্নগুম জগোয় শাগনি॥ মসি অহুমলক তৌগনি॥ (অসি লোইরবদা)

ফিবুল জগোয়গী মতুংদা অমুক কোইরগনি॥ অদুগা ফিবুল পায়দুনা চোঙখোং ৪ মক য়েৎনা য়েৎনা চেনগনি॥ মওংদি নোংচুপকী মাইবিনা, লাইয়িংথৌগী চোঙ অদু কোনশিল্লা ফীজঙ মখাদা লাক্লগা, লাইরেম্মগী চোঙগী ওয় ওইননা য়েৎলগা, মশাগী হান্নগী লৈফম অদু তারক্কনী॥ মসি ৩লক হল্লিন্না য়েৎকনী॥ য়েৎলিবা মওং অসি ৪ অক্ষগী মওং মান্না য়েৎকনি॥ নোংপোক্কী মাইবিশু বাংপুরেললোমদা লেপলিবা হুইমাই মখোক পানবা পায়রিবা অদুবু য়েৎওইননা কোল্লিন্নগা ফীজঙ মখাদা লিৎতুনা কৌব্রু পাংনা লাক্লগা, ওয়ওইননা কৌব্রুগী মাইকৈদা লেপলিবি হুমাই মখোক পানবা পায়রিবী অদু কোয়রগা (য়েৎলগা) মায় নোংপোক ওন্না লাক্লুনা মশাগী হান্নগী মফমদা য়ৌরক্কনী॥ মসি ৩লক য়েৎকনি॥ অশুম্না য়েৎপা অসি মথক্তা হায়খিবা ৪ ময়েক মান্না অদুম য়েৎকনী॥ অমুক নোংপোক্কী ফীজঙ মখাদা, বাংব্রেন তমনা চংলগা ওয় ওইননা হুমাইখোক কোল্লিন্নগা নোংচুপ ওন্না লাক্লুনা থাংজিংগী চোঙবু, য়েৎ ওয়ননা কোইশিনগনি॥ মমায় নোংপোক ওন্না অমুক লাক্লুনা,

ওয় ওইননা অমুক কোইগনি॥ মসিশু হান্নগী খুয়েৎ অদুগী মওংনি॥ অসিগী তুংদা নোংপোক্তা লৈবা মাইবীনা, অমুক মমায় নোংচুপ ওল্লা লাক্লগা, কৌব্রুগী হুমাইখোকপু ওয় ওইননা কোয়গনি॥ মথংদা মায় নোংপোক ওল্লা লাক্লগা, মারজিংগী চোঙ অদুবু য়েৎ ওইননা কোয়রক্লুনা মায় নোংচুপ ওল্লক্লনি॥ অদুগা কৌব্রুগী হুমায়খোক অদুবু অমুক কোয়গনি॥ মসিসু ৪ অক্তদা ৩লক য়েৎকনি॥ অশুম্না খা অব্লাংদা য়েৎপা লোয়রবদা, নোংপোক নোংচুপ অনিগী চোঙখোংদা, অমুক অমুক য়েৎনগনি॥ নোংচুপকী মাইবিনা অব্লাংদগী ওয় ওইননা য়েৎপা হৌরগা মখাগীশু য়েৎ ওইননা য়েৎতুনা চৎকনি॥ অদুগা নোংপোক্কী মাইবিনা, মখাগী ব্লাংব্রেনগী ওয় ওইননা য়েৎপা হৌরগা, কারল চৎতুনা মার্জিংগী চোঙখোংবু য়েৎ ওইননা কোয়গনি॥ মসিশু ৩।৩ লক ৪গী মওংদা য়েৎকনি॥

মতৌ অসুম্না চোঙখোং য়েৎপা লোইরগা, মাইবি অনীমক মাগী মাগী হান্নগী মফম ফীজঙগী খা অব্লাংদা অমুক লেপ্পগনি॥ মতম অসি ফাওবদা মখুৎ য়েৎনা ফিবুল পায়গনি॥ মতম অসিদা মাইবি অনীনা ঈশৈ অব্লাই অখুম শক্লনি॥ লৈশী জগোয় নত্রগা চোংদুনা খুবাক ২ মক নাকোং মপা মপাদা থাংগৎলগা লৈথোক লৈশিন তৌগনি॥ হায়বদি থাংগৎলিবা খুবাক মনুং মপান্দা ওল্লোক ওনসিন তৌগনি॥

**ঈশৈ**

**অহানবা মাইবি** - থং থং থংনরো রশো থংনরো॥
নোংমাইজিংদা উয়াল্লে, খোংদা যুহা হাররে॥
থাংজবা লৈকাই খুরাই লৈমা
নুংশি কপোনুং রে রে রে॥
**অনীশুবা মাইবি** - নুরাবীগী পামলৌদা নুরাবিগী পামলৌদা,

হাওলৈনা ভাং ভাং শাৎপদি॥
ভাংনা নিংথিরে, ভাংনা ফজরে॥
ঈবুংখোয় মোমবিখোয়॥
কদেংগোই খোংজাউ লাল্লিঙে

লৈহাউ নায়াং খায়রিঙে॥

ঐগীনা শমলাং তাহৌবদো॥

খিংতা খুনবিয়োরে রে রে॥

১। হা নুংবাননা পুন্সি ইবাল লৈ॥

ফত্রবশু শিন্নলৈ॥

য়ামন্নবশু চাইশিন্নে॥

লৈরাংনা খৈয়োম লৈনৌবা॥

শিঙেন লৈপুন শাবনি দে॥

নবেম্মদিকো, চীংদানা লৈরে হাও ওইবী॥

ভমঙ্গনা লৈরে লাইওইবী॥

২। নুংশাবু শাদনা খৌ কংবী॥

নোংবুনা চুদনা শাইচোংপী॥

ইদুনা নোংথাং লৈমনে॥

ঈয়েক্লা পানথোয়বীনিদা॥

নবেম্মা হোয় হোয় হোয়॥

৩। ঈখোঙনা হাউখোঙ তাবিনে,

ঈনম্মা হাউনা নমবিনে॥

কৌবনা লোকশা অমদা

উপিনা উরেন থারকপী॥

লোইবীনা লোকমাই অমদা

শদুনা য়াংগেন লিংবীনে॥

নবেম্মা নবেম্মা নবেম মদিকো॥ "পাচুনবা"

অশুম্না ঈশৈ শকপা লোইরবদা জগোয় শাবা লেপকনী॥ অদুগা মাইবি অনীনা পায়রিবা, ফিবুল অনী অদু থাংজিংলোম থংবা চোঙখোং পায়রিবা,

নিপা অদুগী মতুংদা, মাইবি অনীনা পায়রিবা ফিবুল অনীদু থেংনহনগনি (চুনগনি)॥ থেংনবা মতমদা "চুই" হায়গনি॥ মথংদা মাৰ্জিংলোম থংবগী চোঙখোং পায়রিবি নুপী অদুগী মতুংদা, অমুক চুনগনি, মথং ৱাংৱেনগী হুমাই খোক পায়বিবা নুপী অদুগী মতুংদা অমক তৌগনি॥ মথং অরোয়বদা কৌব্রুলোম থংবা হুমাইখোক পাইবিবা, নুপা অদুগী মতুংদা চুনরগা লোইশিনগনি॥ অশুম্না চুনবা অসি লোইরগা হান্নগী মফমদা লৈরগনি॥

## "চোংখোং লিংপা"

মতাং অসিদা মাইবী ২না খল্লিবা ফীজঙগী মনুংদা চংদুনা, ফিজংগী ময়াম চনা মাইবী ২না ফীবুল অমুক চুনরগা মাইকৈ ওন্না তৈননা লেপ্পগনি॥ অদুগা খাগা অৱাংগদা অমুক লেপলগা, ফিজং মখাদা চংদুনা ফিবুল ২ অদু পাচনগনি, অশুম্না চুনবসি ৩লক চুনগনি॥ অকোনবগী ৩লক চুনবা লোইবগা, ফিজং ময়েদগী হায়দোকনবক্তুনা মখা থংবা মাইবিনা ফিজংগী নোংচুপতা অদুগা অৱাংগী মাইবিনা নোংপোক্তো লেপলগা ফীজঙ ময়ায়দা অমুক হন্না অহুমলক চুনগনি॥ অহুমলক চুনবা লোইবগা মাইবি অনীমক্তা খুং শম্নদুনা মায থংতিং ওন্না নোংচুপ লোমনা থোবক্ননি॥ ফীজঙদগী মপান থোক্লগা লাইমাংদা খুংশম্নবদু থাদোক্লগা, মাইবী অনীমক য়েং ওইননা অমুক অমুক লৈনগনি॥ লৈব লোইবগা মাগী মাগী হান্নগী মফমদা হায়বদি অমুক অমুক লৈনগনি॥ লৈব লোইবগা মাগী মাগী হাননগী মফমদা হায়বদি খা ৱাংদা লেপনারগনি॥ মতম অসিদা পায়রিবা ফিবুল ২মক ফীজঙ মথক্তা হাপচিল্লগনি॥ মতুং ফীজঙ পায়রিবা ফিদু খদেকহন্দুনা ফিবুল অদু ফীজঙ খল্লম্না ইন্নাফি অদুনা য়োমসিন্দুনা অৱাংগী মাইবিনা কোনশিন্দুনা, ইন্নাফিগী ফিজিন অনীদু লেংবনা য়েং ওইদা হায়গৎলগা তুংলোমদা (নঙ্গদা) কিশি কিদুনা পুনশিনগনি॥ মাইবি ২না খা ৱাং কায়দনা খুং শম্না লাইলোমদা চংশিনগনি॥ (চোঙ পায়রিবা মীদি অদুম লৈগনি)

মাইবি অনীনা চংনা খোঙথাং চানা, ঈশৈ শক্তনা চংগনি অমসুং জগোই শাগনি॥ মখুং অমুকশু থাদোক্লনী॥ খোঙচৎতি ওয় য়েংকী খোঙতোন ২না, খোঙনম্মগী মাঙদা অমুক অমুক নেৎলগা মাগী মাগী হান্নগী মফম মফমদা অমক মক হন্দোক্লগা লেপ্পনি॥ ৬কচাং চেংনা চোংনা খোঙথাংশি তৌগদবনি॥

খোঙ থাংগৎলগা চোংবনি নত্তে॥ পায়নরিবা খুৎ অনীদু পুন্না পোঙথাং চানা হায়গনি॥ মখাগী মাইবিগী খুৎয়েৎ, অবাংগী মাইবিগী খুৎ ওয়না নাকোং মপা তম্না হায়গৎতুনা জগোয় শাগনি॥

''ঈশৈ''

''নরুইথেং নরুই হোং মাইলৌ হৈ'' হাইনথোক করিনো ... ঈনুংলোল, খন্নুং লোন্নি॥

হৈরাং মঙা লাংগু তাউ॥

হে মেলো লাংগু তাউ॥

অথম মেলো লংগু তাউ॥

অনু খায় খায় খায়॥

তেরা কোহিং কোয় কোয়॥

কচিরা কোহিং কোয় কোয়॥

হৈ লৌ মাই॥

মসি মাইবি ২না মখুৎ শমনদুনা লাকপদু থাদোকনরগা জগোয় শাগে হায়রবদি, মখাগী ঈশৈ অসি শক্কনী॥ খুৎ অনী নাকোং তম্না থাঙ্গৎতুনা খুবাক তিংনা খুৎতোন ওলখৎলগা খুবাক লৈথোক লৈশিন তৌগনি॥ খোঙথাংদি হান্নগী অদুম তৌগনি॥

''ঈশৈ''

চিংউনা খোয়ুম লাইয়িংথৌ॥

য়োয়বুনা খোয়মোম লাইরেম্মা॥

পলেম্মা পম্বৌ ২না

অয়ুক্কী য়েনদা অঙনবা॥

তরাগী চাকঙন চাদুনা,

চরৈনা ফিজেৎ লৈতেংলে॥

কংলৈনা নংগী নশুমাং,

ৰৌবোম্না নংগী লংপুরোই॥

চেকলা নংগী চাক তাকম,

পোম্বী নংগী কায়দোংকম॥

চিংউবা লাইয়াম লোয়ননা,

হয়াউনা মথোই কারুবা॥

থৌদোক্না কুন্মে শান্নবা,

নিংথিয়ে ফজরে দে॥

চিংউনা খোয়য়ুম লাইম্নিংথৌ ও: ও: ও:

ম্নাগী শংগাই নুংঙায়বা॥

মীলাই মনা কাওমদা

পোংলাই মাশু যৌওমদা॥

পাম্বনা লৈবা লোককুমই,

শোংকিনবা শংনিদা॥

"ঈশৈ"

খুবোম্না তাংবুম খুদিংদা

ম্নাগী থম্বাল অনীনা॥

ঈঙাংনা ঙাংনা শাংকায়রে রে রে রে,

শলাইলেনগী লৈবাক্তা॥

ম্নানা থশৌ তোননিংথৌ লাইফাওরে দে:,

শজিক্না অনী থোকপগুম॥

থবানা অনী পানবগুম,

ম্নানা ফম্বাল লাংলিবা,

নিংথিরে ফজরে দে :,

নদাইরেম খুংগং অচৌবা,

নমুনা য়ুমথোং খুদিংগী,

পারিনা ইমোম খুদিংবু,

খুনজাও ববু পিবিয়ু,

লৈচাওববু পিবিয়ু,

য়াইফববু পিবিয়ু,

লাইয়িংথৌ লাইরেম্মা দে : ॥

ইবুংঙো ইবেম্মা অনিনা,

কোরৌনা চুপনা শান্নবা॥

ব্রাংবন চুপ্না শান্নবদি,

অহিংনা নোংলেল শোয়য়াইদা॥

নদাইরেম খুঙ্গং অশিগী,

নমুনা মীপুম ব্রাংতনা॥

থৌব্রায়না মিরেন চংখোনবা,

মিরেন্না মাবু কোনবিয়ু॥

শিঙেন্না লৈকা থক্তবু

লৈরাংনা লৈয়োন নুংদবু,

হঞ্জিল্লসি লাইয়িংথৌ লাইরেম্বী দে॥

অশুম্বা ঈশৈ অসি শকপগা লোয়ননা, মাইবিনা লাই খুরমগনি॥ জগোয়গী মওং মাইবিনা খুবাক অনীরক খুরগা, খুবাক অনীমক তিংগনি॥ খুৎ ওইনা লাইয়িংথৌদা হান্না য়েংকী লেংজুম মপাদা তিংথোক্কনি॥ অদুগা খুৎ য়েংনা লাইরেম্মগী ওইগী লেংবান মপাদা তিংথোক্কনি ॥ তিংথোকপা মতমদা ওইগী খোঙনা য়েংকী খুমিং মপাদা, খুনিং কাংনা খুদোল লৈতাগনি ॥ মথা -

অশুম্না খোঙ অনীমক তৌগনি।। মসি লোয়রগা মাইবিনা পুরিবা ইন্নফিনা য়োম্বা ময়োম অদু থোকলগা, লৈশিং অদু লাইদা কৎশিন্নগা মফম চানা লাই লোইদ্রিফাওবা থমখিনি।। ইন্নফি অদুনা থৌগল তৌরিবা, চোঙ হুমাই পায়বা মী ৪দা ইন্নফিগী ফিজিনদু হান্নগী খনবগুম্না ব্রাংনা নানথোক্তনবা পায়হনগনি।। ফিবুলদি খুদৈ শেন পুরিবা পুরিবি অনীনা পায়রিবা অদুগী মনুংদা হাপকনি।। মসিগী মতাং অসিদা মাইবি অমসুং পেনাগী থৌরম লোইরে।।

## ''লাইরেন মথেক চৎপা''

লাইকৌগী জগোয়গী থবক লোইরবগী তুংদা, মাইবনা লাই খুরমলগা লেপলিবা অনীগী থৌগল তৌরিবা মী পুন্নমক অদু লাইরেম্মনা মাঙ থারগা লাইয়িংথৌগী থৌগন তৌরিবা মীনা তুংদা, মাঙগা তুঙগা মরক্তা চংহনগনি।। নত্রগা লাইরেম্মগী পরেং অদুনা শাংনা চিংখৎলগা, অদুগী মতুংদা লাইয়িংথৌগী পরেং চৎহনবগু য়াই।। অশুম্না পরেং অমতা ওইনা চৎপা য়াই।। মাইবনা পরেং অসিগী খ্বাইগী মাঙদা চৎকনি।। মসি অহানবদা (মসি চৎলমদাইদা মাইবনা লাই খুরমলগা খোঙ ২ চপ মান্ননা লেপ্লগা, য়েৎ থংবা খোঙনা ওইথংবা খোঙগী খোঙয়াইদগী নেৎপা হৌরগা চৎকনি।। মশি থেংগৌগী খোঙথাং খোঙচৎনি।। য়েৎকী খোঙবিনা নেৎলমলগা খোঙচৎ অসি খুঙ্গাও লৈচাওনবা লৈবাক মরা তপনবা নিংথৌলৈমা পুনশিনবগী খোঙচৎনি।। খোঙ য়েৎনা মাঙ থাদুনা অহানবদা থাংজিংলোমদগী হৌদুনা, হায়বদি হরাউরিবা লাইবুং শংলেনগী মায়য়োন য়েংলগা, লাইয়িংথৌগী য়েৎলোমদগী হৌনা চৎপা হৌগনি।। চোঙখোং ৪ অদু য়েৎনা য়েৎনা য়ুমজাও পাফল ময়েক চৎকনী।। লাইকৌ লা থারম্বগী মফম ফীজঙগী মখা ময়ায়দা, মমৈগা মকোক্তা হেক থেংনগনি।। মসি মমৈগা মকোক্তা চিক্রবা কৌই।। হন্দক্কী পাফল চৎপসি মালেম চিথেক ৪গী হায়বদি মাইকৈ ৪ তাইবা খোমজিনবা অমগা অমগা লোনদিম্নবা, লৈশেম্বা মখলগী মরম অমনি, মুন্না খন্নফম থোকই।। চৎলিবা মাইবনা ব্রাখনলোন খোঙথাং অসি কায়বদি খুনগী অমদি লৈবাক্কী ফৎতবা ওই।। অসি খঙনা মাইবগী থৌরম তৌবিগনি।। অখঙ অহৈশিংনা তাকপিবনি।। মাইবা হায়বসি য়াম্না লুই।। হন্দক্কী লাইকৌলা থাফম (লাইবৌলা থাফম) শি কংলৈগী খোইদৌনি, কংলানি।। অদুনা লাই পুন্নমক্কী পুথোকফম্মী, অমসুং পুন্নমক্কী পুন্নফম্মী।। ইনুংলোনগী ব্রারিদা য়াম্না কুপ্না লৈরী।। মাইকৈ ৪দা নৎতে মাইকৈ ১০ তাইবগী খোঙচৎনি।।

অশুম্না লাইগী মথেক চৎলিবা খোঙচৎকী য়েকলিবা মথক্কী অসিনি॥ খোঙচৎতি ১গী মশিং থারিবা অসিদগী হৌরগা ২গী মশিং য়ৌবা ফাওবা চৎলগা অমুক ৩ গী মশিং য়ৌবদগী ৪গী মশিং থারিবা য়ৌনা চৎকনী॥ অমুক ৪দগী ৬ ফাওবদা য়েকলিবা মওং অসি চৎপা লোইবগা ৭শুবদগী ৮শুবা মশিং ফাওবদা য়েকলিবা মওং অসি চৎলগা, অদুগী মতুংদা ৫শুবা খুয়েক অদু চৎপা হৌগনি॥ মশিং ৯ থাবদগী ১০ থাবা ফাওবা চৎলগা লাইয়িংথৌগী পরেং লাইরেম্মগী পরেং ২ থোক্লা খাইদোকলগনি॥ লাইগী মথেক খোঙচৎ অসি চৎপা মতমদা তৎপা, কায়বা অমদি শোয়বা য়াদে॥ শোয়রবদি অমুক নৌনা হৌগনি॥ ফংতবগী মরমদি খুনকায় সৈকায়বা, রাথোক লানথোকপা মীশি মীনা ফংতবা থোক্লল্লী॥ অসি খঙনা থৌরম তৌগনি॥ খুৎচৎ ময়েক অসি য়ুমজাউ পাফল কৌই॥ ময়েক পাফলসি ৯ শুই তাকপিরমই॥ অদুবু লাইন্নিক অসিদদি উৎচদবে॥ অসিদা চৎলিবা খৎচৎ অসি কংলৈ হরাউবগী ময়েক্কী॥ অশুম্না মশিং ১০ ফাউবগী খোঙচৎ লোইবগা ইবুংঙো ইরেম্মগী পরেং ২ থোক্ল খাইদোক্লগা অমুক পরেং ২চপ মান্ননা চিংখৎলগা, থাংজিংগী মপা লাইশংগী চিথেক য়ৌরগা মাগী মাগী মপা চানা, লাইয়িংথৌনা ওয়দা, লাইরেম্মনা য়েৎতা লৈরগা, মায মায় ওনসিন্নবগা অমাইবনা মাইকৈ লাইবু তাইবগী লোন্দা লাউবকপগী মতুং ইন্না, থাঙগা থাঙগা, চোঙগা চোঙগা পানবিবা পোৎশিংদ মপা চানা চানা চুনগনি (থেংনগনি) (অমাইবনা মাইগৈ তাইবগী লাইবোল লাউগনি) (মাইবা - ''হো: লাইয়িংথৌ মপারী, লাইরেম্মগী মমোমলোয়'' ময়াম্না ''হাউ'' খুম্না॥ মাইবা - কুমশি কুমজা অসিগী ঈরম সমলেন (খুনমমিং হায়রগা) ইখুল অসিবু কোনবিরিবা, কোনবিরিবী, লাইয়িংথৌ, লাইরেম্মা ২গী হরাউ মাগী শকশেম তম, থৌথোক মাগী কুম্মৈ শান্নবা, ভুসি নুমিৎ (মশিং হায়বা) চনবদা, চিংউ ইবুংঙো থাংজিং কোয়রেন নিংথৌ, চাউবা কোয়রেন নিংথৌ, শাংবা কোয়রেন নিংথৌ, পলেম ইমা ইরেম্মা থাংজিং কোয়রেন লৈমা, চাউবা কোয়রেন লৈমা, শাংবা কোয়রেন লৈমা, ইবুংঙো ইরেম্মা ২না পানফবিবা মাইকৈদা ওন্সিল্লগা থাঙ্গা ২, চোঙগা ২, হুমাইবা ২, খুদৈ শেনবা ২, কাউশেনগা ২, লেংপাক্কা ২, লেংদোনগা ২, খুবাক্কা ২, খুৎনমগা ২, লাইয়িংথৌগা, লাইরেম্মগা খরা খরা ভান্না থেংনরগা, ইখুন অসিবু খুঙ্গাওনবা, লৈচাওনবা, চাকহোংনবা, ভাহোংনবা,

পারি পুন্সিনবা, ইমোম নুংশাঙনবা, পারি ইমোম শাংনবা, পা নাম্মা তাদনবা, পী নাম্মা তাদনবা, নপা নপা মাইগা মাইগা ওন্সিনরগা য়া য়া লাউনা থৌগন তৌসিকো।। (ময়াম হোয়) "হো য়া য়া হো য়া" (ময়াম খুম্না) অমুক মাইবনা "হো য়া য়া য়া য়া য়া" ময়ামশু "হো য়া য়া য়া হো য়া" ময়াম খুম্না।। অশুম্না ওলকসি লাউগনি।। লাউবা লোইরগা মপা মপা অমুক ওহ্বোকনগনি।। মরমদি চৎপা মতমদা লাইয়িংথৌনা য়েৎতা, লাইরেম্মনা ওয়দা চৎকনী।। মাইকৈ লাউবা মতমদদি ওহ্বোক্লরগা লাউবগী ইচেন্দী লাইয়িংথৌগী মপাদা লাইয়িংথৌবু মাই ওক্লবগীদমক লাইরেম্মশু লাইরেম্মগী মপা মাইয়োক্লবগীদমক্তনী।। অশুম্না অমুক চৎপনা, ব্রাংব্রেন ইবুংঙো, ইমা ইবেম্মা অনান নানফৌ চনু, শানৌ খোম্বী, ইবুংঙো ইবেম্মগী মতিক ময়াই থাদুনা অমুক চুনগনি।। অমুক ওহ্বোকনরগা লাকপনা মার্জিং মপা চীংখৈ থংবা চিথেক্তা মপা মপা ওহ্বোক্ল রগা চীংখৈদা ওল্লগা চীংখৈনিংথৌ মার্জিংগী মতিক ময়ায় অমসুং খুনবু লৈমা নোংইনখোম্বী ইমাগী মতিক ময়াই থাদুনা থাঙ চোঙ পে শেমপোৎ লাইপোৎ লাইয়িংথৌ লাইরেমা অমুক চুনগনি।। অদুগা অমুক মপা ওহ্বোক্লরগা, লাকপনা কৌব্রু মাইকৈ চিথেক য়ৌরকপদা অমুক মপা মপা ওহ্বোক্লরগা চিংউ মতিক অহকপা, পলেম ইমা কৌনু লাইরেম্বী স্না য়াইরেন খোম্বীগী মতিক ময়াই থারগা লাউগনি।। অমুক মপা মপা ওহ্বোকলগা (লাইমাঙ য়ৌনবা লাক্লগা লাইমাঙদা লেপ্লগা) খুন অদুবু কোল্লিবা, কোল্লিবী অমসুং কোরৌ মালেমগী মতিক ময়াই থারগা চাকহোং, ঙাহোং খুঞ্জাও লৈচাও পুন্সি নুংশাং পারি ইমোম শাংনবগী মতিক থাদুনা লাউরগা) পরেং ২ অদু মপা ওহ্বোক্লরগা লাইয়িংথৌনা য়েৎ লাইরেম্মনা ওয় পরেং অনী অদু লাইরেম্মগী পরেংদা মাইবিনা নত্রগা পেনা খোংবনা মকোকচিংলগা ওয়রোমদা চৎকনি।। লাইয়িংথৌগী পরেংনা মাইবনা মকোক চিংলগা থাংজিং মাইকৈলোমদগী চৎলগা লাকপনা লাইবুংগী অকোয়বদু চৎকনি।। চৎপা মতমদা লাইবুংগী মতোনগী লাইমাঙ মপা য়ৌরকপদা লাইরেম্মগী পরেংনা মপান লাইয়িংথৌগী পরেংনা মনুং চননা লাকপনা লাইমাঙ হেক য়ৌরকপদা লাইরেম্মনা মনুং চঙনা লাইয়িংথৌনা মপান্দা লাকপনা লাইবুংগী নোংপোক থংবা লাইগী মপা পরেং ২না য়ৌরকপদা লাইয়িংথৌগী পরেংনা ওইরোমদা অমুক হল্লরুগা লাইমাঙ য়ৌবা ফাওবা লাকলগা অমুক য়েৎলোমদা লৈরগা লাকপনা লাইবুং মতোনগী লাইমাঙ য়ৌনা

লাক্কনি॥ অশুম্না লাইরেম্মগী পরেংশু লাই শুমাংগী লাইবুং মতোনগী লাইমাঙ য়ৌরগা য়েৎলোমদা লৈরগা লাকপনা লাইমাঙ য়ৌরগা অমুক ওইরোমদা লৈরগা লাকপনা লাইবুং মতোনগী লাইমাঙ য়ৌবদ লাইয়িংথৌ লাইরেম্মী ২গী পরেং ২ চপ মান্ননা য়ৌবদা লাইয়িংথৌগী পরেং ওইরোমদা লৈশিনলগা লাইরেম্মগী পরেংনা য়েৎলোম লৈশিন্নগা, লাকপনা লাইগী মমাং শংলেন মমাঙ য়ৌনা চৎলগা অমুক লাইয়িংথৌনা ওইরোমদা লাইরেম্মনা য়েৎলোম লৈরগা অমুক লাইবুংগী শুমাং মতোন ফাওবা লাকলগা, অমুক লাইয়িংথৌগী পরেংনা য়েৎলোমদা লাইরেম্মগী পরেংনা ওয়রোমদা ওনশিন্নদুনা লাইমাঙ য়ৌনবা চংশিন্নগনি॥ লাইমাঙ য়ৌরবদা পরেং ২ অদু লেপ্পগা মাইবনা চিংউ ইবুংঙো ইবেম্মগী লংমাই মাইবি লৈতবরা চিংউ লাইকারকলে লাই ওকশে হায়রগা অমাইবনা নাহৈক্ষু পায়দুনা লাইগী পোৎ পায়রিবা অমসুং লাইয়িংথৌ পুরিবা লাইরেম্মা পুরিবী ময়াম পুন্নমক তাইরেন পুংফায়না হায়দোকলগা লাইনচিংবা পোৎ চৈ লোইনা মাইবিনা লোক্কনি॥ পোৎ লোকপা লোইরগা লাইমাঙদা লাইগী থৌগল য়াউরিবা য়াউরিবি ময়ামগা বাকোন লাওগনি॥ বাকোন লাউবা মতমদা নুপা মথৈনা লাইয়িংথৌগী নাকন্দা লেপকনী॥ নুপী মথৈনা লাইরেম্মা লোমথংবদা লেপ্পগা বাকোন লাউগনি॥ হৈরুক্তী বাকোন লাউবা লোইরগা য়েনগনি॥

## "বাকোন লাউবগী শৈশক"

"বাকোন লাউবগী ঈশৈ" মাইবনা ঈশৈ হন্নগা ময়াম খুমগনি॥

বাকোল্লো বাকোল্লো,

বাকোন্না কাপ্পা লিকাপ্পা

বাকোন কনোয় নোয়

বাইনুও বাইনুও বাইনুনা কাপ্পা লিকাপ্পা

বাইনু ইনেম নেম

কাকয়েনও কাকয়েনও কাকয়েন্না কাপ্পা লিকাপ্পা

কাকয়েন কনোয় নোয়

ৱাকোল্লো ৱাকোল্লো চীংদা পাইবা ৱাকোন্না

তমদা পাইগে হায়রেদো তমদা তাবা ৱাকোন্না

চীংদা পাইগে হায়রেদো ৱাকোন্না ফাশে লিফাশে

ৱাকোন কনোয় নোয়

ৱাইনুও ৱাইনুও পাৎতা তাবা ৱাইনুনা

চীংদা পাইগে হায়রেদো চীংদগী ৱাইনুনা

পাৎতা তাগে হায়রেদো, ৱাইনুনা ফাশে লিফাশে

ৱাইনু ইনেম নেম

কাকয়েনও: কাক য়েনও: চীংদা পাইবা কাকয়েন্না,

তমদা তাগে হায়রেদো তমদা তাবা কাকয়েন্না চীংদা পাইগে হায়রেদো

কাকয়েন্না ফাশে লিফাশে

কাকয়েন কনোয় নোয়

থোয়দিংও: থোয়দিংও: থোয়দিং মকেরে

হংগামও: হংগামও: হংগাম মকালাম

কবোকও: কবোকও: কবোক মকেরে

পোংনরে পোংনরে পোংনা হৌনরে॥

কুমথেন থেন নাকুম থেন থেন॥ অসি হায়বগা ঈশৈ থাগনি॥ পুংলোম্দি - দোং, দোং, দোং তান অসিদা য়ৈগনি॥ খুবাক খুগনি॥ তান অথুবা অতপ্পা য়াই॥ লাইরোয় নুমিৎতা ৱাকোল লাওবদি "কনোয়" হায়বগী মহৎতা "তনোই নোয়" হায়রগনি॥

"ফাশে হায়বগী মহৎতা থাশে" হায়গনি॥ মথক্তা হায়রিবা ৱাহৈ অসি শোয়ফদে, মশি কায়রবদি খুনগী থৌরম কয়াদা অকায়বা ওই॥ চাপোকপদা চিংনবদগী ফৎতবা থোকই॥ হায়না লাই হরাউবগী অরিবা পুয়ানচিংবদা ইদুনা থম্বিরমই অমসুং লাই হরাওবা লোয়বগী নুমিৎতদি, "মাইবিনা মাইকৈ ৪ লোংখোনবা লোইবগা, লাইকৌলা থাফমদা পেনা শৈশকপনা, লাইলোমদা

মাইওন্সিন্দুনা লেপললগা, হোয়রৌ হৈয়া হঞ্জিনগনি॥ অমসুং থৌরায় মি কোনশিনগনি॥ মশি লোইবগা অমাইবিনা, পাংতোন চংতুনা জগোয় শাগনি॥ মথং ''মাইবনা লাইরেল মথেক চংপা লোইবগা, ''বাকোন লাউদুনা বাকোন থাগনি॥'' মশিগী অচেংপদি লাই হরাউলিঙে মনুংদা লাইগী মতিক ময়ায় থৌরায়গী মশক ওইবা, ''মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ ময়ায় ও অসিবু ''বাকোন, বাইনু কাকয়েন'' হায়না পান্দম লৌদুনা, লাইগী মতিক ময়াইবু ফাজিল্লগ, খুঞ্জাউ লৈচাউনবা নুংঙাইনবা, চাদা নৌদানবগী থৌনিরোল তৌজবনি॥ মসম অসি লৈবগী লাই হরাউবগী থৌরম অসিবু পানাৎ পুনাংকী লিকখুনগী মতুং ইন্না নহালগী লৈববু শৈথানবনি॥ অশুম্না থৌনিবা লোইরগা নহান ঈকৌবা কোরৌ ইপাগী মতিক মাঙেম ঈমাগী ময়ায়বু তাইবংনা কাওফদে হাষবগী লৈশেমঙৈগী কাংলোনবু, তাইবংনা খণ্ডননবা হরাউ খুম্বোকলোন, ওইনা থম্বিরমবগী কুম্মৈ ওয়না লিকখুন অসিবু পুথোকপনি॥ লাই লোইবা নুমিংতা ''বাকোন থাগনি অমসুং লাই নুংগাগনি॥

বাফম অসি থৌরম পুবিবা অমাইবনা চেকশিন্না তৌবিগনি॥

## ''কংলৈ থোকপা''

- অসুম্না লাই হরাউবগী থৌরম চংথরকপদা, লাই লোইগদবা অফবা অচংবা মাকমৈ চাকপা থোক্তবা লাইচা অশেংবা য়েংলগা হরাউবগী ৩।৫।৭।৯।১১।১৩নি চল্লকপা ১দি শরোই লৈবা নুমিৎ য়েংলগা কংলৈ থোকপগী থৌরম অমা য়াউহল্লম্মী॥ মসিগী বারিশি অখং অহৈশিংনা শলাইলেন শিদবগী মপারি নৌবাথোরি ফাবগী তালোয় তুথি (তুইন) তমঙৈগী, থৌদোক অদু উৎপনি॥ অসুম্না হায়নরি॥

- খোরি ফাবগী বারী মতেক খরা - খোরি ফাবা ইবুংঙোসি পলেম মমা তম্ফা লাইরেম্বীগী মনাক্তা লৈরকপনা চাউবা লেপতম ফারকলে॥ কংলৈ লৈবাক কোয়না চংলকলে॥ পলেম মমানা ইবুংঙো মাবু শেন্নজবা ওমলক্তরে॥ চিংউ মমান্নবনা নোক্লরকপদগী ইকায়দুনা শলাইলেনগী ময়ুমদশু চংপা হৌরকলে॥ অশুম্না পম্বৌ মপাগী মনাক্তশু লৈনিংলগা লৈ॥ পলেম মমা তমফাগী নাক্তা লৈনিংলগা লৈ॥ অশুম্না লৈরকপনা

তম্ফা লাইরেম্মনা মবুংঙোদা হংগৎচৈ।। চিংউ ইবুংঙো নোংথৌ শলাইলেন শিদবা হৌজিক্তি নচা চাউরকলে নচাবু কোনশিনবা মতম ওইরকলে।। নচাবু অমুক হন্না য়োকপিরো।। ননাই ওইবী ঐদি মোমনু নুজা ওবিনিনা, নচাবু শেয়াজবা গুমজদরে।। অশুম্না হবুংঙোগী মফমদা তম্ফানা রাকৎচৈ।। মতম অদুমক্তদা খোয়রীফাবা ইবুংঙোদি খুমন লৈকোয়

কাবা লম নোংপোক লৈকোইমিয়রকলে।। অশুম্না মতম অমা ওইরকলদুনা, ঈরুম নিংথৌগী মমোমলোই চীংঙা লৈম চনিং খোম্বীবু তালোইশিংদা চন্দুনা খোয়রীফাবা ইবুংঙোনা পুরকলে।। অশুম্না লৈরকপনা নোংমগী নুমিৎ অমদা খোয়রী ফাবা ইবুংঙোগী মফমদা ইবেম্মনা অব্রাংবা চীংগী চীংদোম্দা ইপাম লমদম উনবা স্নাগী শঙ্গাই শাবিয়ু হায়জরবদা লাইয়িংথৌ শলাইলেনগী মফমদা মচাইবুংঙোনা হায়জরবদা লাইয়িংথৌ শলাইলেন্না চীংগী মপু থাংজিং, মার্জিং, কৌব্রু, বাংপুরেন, চীংখৈ নিংথৌ, চীংফুনচিংবা কৌরদুনা ইচানা লৈননবা চীংপীয়ু হায়বদা শলাইলেনগী য়াথং ফংবদা, থাংজিংনা, চীংফুনা, লোইজিংনা, চীংখৈনা, মার্জিংনা স্নাগী লুপাগী চীং অনী লৈবনে, নোংখোং ৪ কোয়দুনা লাইয়াম নখোয়না চীংমাবু হেক থেংনবদা ফোয়দুনা চিংদুনা পুরকউ হায়না তাকপিরবদা, নোংপোক চীংখৈদগী স্নাগী লুপাগী চীং অনীদো ফোয়দুনা চিংদুনা পুরকই, হায়বগী লমলেন "ফোইচীং" চনিং স্নাগী কোলোয় লৌদুনা চনিং নিংথৌগী মমোম ইবেম্মা, তম্ফা স্নারিকপিনা লৈনবা স্নাগী শঙ্গাই শারে।। অদু নোংগী নুরা কোলোয়লৌ, ফোইচীং কোলোয় লৌ চনিংচীং ফোইচীং চনিংলৈমগী চীং, খোয়রীফাবগী চীং হায়না স্নাগী লুপাগী শঙ্গাই অনী শারদুনা লমলেন ফোইচীং চীংদোম্দা লাইয়িংথৌ খোয়রীফাবা লৈনবা সনরুপ শঙ্গায় শাবিদুনা ইবুংঙো ইবেম্মা অনীনা খুঙ্গং ১০বু কোনবিদুনা স্নাগী ফম্বাল লাংদুনা লৈখি।। অশুম্না খোয়রীফাবগী তালোয় থিবগী ব্রারীগীদমক লাই হরাউবা মতমদা থৌরম অসিবু উৎখিবনি।। লাইয়ামগী কুম্মৈ ওইনবা ১দি লাইয়াম্না হরাউবগী খুদম্নী।।

"থৌরম মওংদি" কংলৈথোকপসি হোয় লাউরগা থোকপনা অশেংবনি, অচুম্বনি॥

অহানবদা মাইবনা হোয় লাউরগা থোকপশু য়াই॥ হোয় লাউদ্রিঙৈদা কংলৈ হান্না থোকপশু য়াই মসিগী মরম এনীথোক্না ইরীবশিগী মরমদি - হান্না লাইরিক পুথোকঙসম্বা খরগী থেংনরুবদা ২ থোকপনি॥ হন্দক্কী হরাউরিবা লিকখুন অসি লৈশেমলোন্ন॥ তাইবংপানবা মপুনা কৌরৌ মালেম লৈতরিঙৈদা, কোরৌ মালেম শেম্নবগীদমক লাইয়িংথৌ অশিবা স্নামহিনা তাইবং মপুগী পিবুকনুংদগী মালেম শেম্নবগীদমক চিংউ লাইয়ামবু "হোয়" লাউরদুনা চিংউ লাইয়াম পুথোক্নগা কোরৌ মালেম শেমখিবনি। মরম অদুনা লাই পুথোক্লীঙৈদা, শরোয় লৈত্রিঙৈদা কংলৈ শান্নবশি য়াফম থোক্কে॥ মরম অসিনা হরাউ থৌরম তৌবিরিবা অমসুং অখঙ অহৈ কয়াগী মফমদা ৱাকম অশিবু খন্নবিনবা থমজবনি॥ হন্দক পুথোকচরিবা হরাউ খুম্ফোক অসিবু হান্নগী লাইরিক কয়া পাজরুরগা, নৈনজরবা মতুংদা ইনাৎ অশিবু খাংহুথক্তা মৈতৈগী লাইনিং লাইশোন অমদি ইরম অসিগী য়েনহৌঙগী উমংলাই হরাউবা চৎনরম্বা ইবুংঙো ইবেম্মগী শক্তম শেমজবা "কোলু (মাইথোং) কয়া কয়াবু নিংথৌ পামহৈবনা ময়াং লাইনিং লৌরুবদগী (ৱাইরুবদগী) ময়াং লম্বোইবগী মব্রা লৌদুনা লাইয়িংথৌ লাইরেম্মগী "কোলু" (মায়থোং) ময়াম খোমগৎতুনা মহাবলি উমংদা লৈরোন চনখিবদগী অমাইবা অমাইবি, পেনানচিংবা কয়াশি নিংথৌ শাগোননরুবদগী থমাইখিবা কাংলোন ঙাক্তা ঙসি ফাওবদা কোম্নুংদা লৈরিবা লোয়শংগী মীওইনা অচুম্বা মশক থিরুদবনা খুন খুদিংমক্তা থৌরম অসি থমাইবা লৌইদরী॥ থিজরুবনা অখঙ অহৈ তান্নরগা অশেংবা অচুম্বা চিংডু মতিক ময়ায়বু খঙনা থৌনিমিন্নশি, হায়বগী ময়ামগী মফমদা লাইরিকশি পুথোকচবনি॥ হান্নগাদ খরা খেৎনগনি, শেংদোকপা য়াবা ৱাখন্না তুংগীদমক য়েংদুনা ৱাফম অসি থমজবনি॥ নত্রবদি লাইগী অমদি ইনাৎকী থৌরম ফজরবা অসিবু ঙসিগী মালেম অসিদা অনৌশুনা লৈতরবা, মৈতৈ এথোয়গী লিরবা পু-পাগী হৌরকফম লিকলমবু

ওন্নতৈনবা পরমদা লাইগী থৌরমদা অশোয়বা ওইনা অশুম লৈহৌরগনী খঙ্গুবদগী লাইলিক অশিবু অমুক নৌহৌননা মীয়ামগী ১দি থৌরম পুবিরিবা, অমাইবা অমাইবি পেন্নানচিংবা চিংউ মহিলোই খোয়য়ুম মণ্ডায়লোয় কয়ানা খনবিনবা অমসুং খণ্ডবিনবা থমজবনি অরানবা কয়া য়াউরবশু তাকপিগনি, তমবিগনি ব্রাফম অদুদা ইকোক নোন্না য়াজরী॥ হৌজিক থৌরমগী মরমদা মখা চৎথজগে॥ মাইবিনা লাইমাণ্ডদা লাইচিংবগী জগোয় শারগা খণ্ডহৌদনা মাইবিনা লাই তোংলকপা মতমদা, য়ৈরিবা পুংশেন অমশুং পেনাসু খোংবা লেপ্লগা, তুমিন্না লৈরবদা মাইবি অমনা লাইতোংলিবি মাইবি অদু ফিরুক খুমজিনবিগনি॥ লোয়ননা লাইগী পাওচেনগনি॥ লাইপাও পীবা লোইরগা, ''খোয়রী ফাবা অমদি লোয়য়া লাকপগা'' মুক্লা শান্নবগী মওং উৎকনি॥ অদুগা মুক্লা শান্নরিবা অদু ইবুংঙো ২না, শিন্না শিন্ননা থারে হায়না মাইবিনা হায়রক্কনি॥ মতুংদা কাংজে শান্নগে হায়রক্কনি॥ মতম অদুদা মাইবি অমনা মখুৎ য়েৎতা কাংজে পায়হনগনি অমসুং মখুৎ ওয়দা কাংক্রম পায়হনগনি॥ কাংজে শান্নবগী মওংদি অহানবদা, থাংজিংলোম থংবা মাইকৈলোমদা পায়রিবা কাংক্রম অদু লংখৎলগা লৈবাক তাদরিঙৈদা কাংজৈনা থোমগনি॥ মথংদা কাংজৈ অমসুং কাংক্রম অতোপ্পা অমা শিন্নগা ব্রাংপুরেললোম থংবা মাইকৈদা থাংজিং লোমদা তৌখিবা অদুগা চপ মান্ননা তৌগনি॥ মথং মার্জিংলোম থংবা মাইকৈদা অমুক তৌগনি॥ মথং কৌব্রু মাইকৈদা অমুক তৌগনি॥ মথংদি ইবুংঙো ইবেম্মগী শংলেল মনুং য়ৌনবা লাইমাণ্ডদগী লাইনুং য়ৌনবা কাংক্রম অদু থোমজিনগনি॥ কাংজৈ অমশুং কাংক্রমদি মাইকৈ খুদিংগী শিনগনি॥ করিগুম্বা কাংজৈ অদু শুনম্রবদি হান্না য়ৈনখিবা কাংজৈ অমশুং কাংক্রম অদু তাইরেন পুংফায়না নাহৈথোকললগা পায়হনগনি॥ হন্দক্কী থাংজিং, ব্রাংব্রেন, মার্জিং, কৌব্রুদা কাংজৈ কাংক্রম থোমলিবসি মালেম অসি কোয়রক কোয় হায়বগী কোয়না শান্নবনি॥ হান্নগী থাংজিং, মার্জিং, ব্রাংব্রেন, কৌব্রু য়ৈবসি কারন তাবনা করুবগী মওংনি॥ কারন্দী করুবনিনা অরাবানশিংদা লৌনৈ॥ অমসুং লাইনুংদা থোমজিনবা অসিগী ব্রাহনথোক্তী কাংজৈ অমসুং কাংক্রম অসি ইবুংঙো ইবেম্মদগী

থোকপনি হায়বগী মশাদা হঞ্জিনহনবনি॥ অমসুং খুদম চাংদমনা কাংক্রম অদু লাইশংগী মনুং নত্তবা মপাল্লোমদা তারবদি ফৎতবা লৈ হায়না থম্বিরমই॥ লাইগি লাইনুংদা কাংক্রম থোমজিনবা, য়েশিনবা লোইবগা কাংজৈ শান্নরিবা মাইবিনা, কাংজৈ অদু লেংবান্দা থোংলগা মশাবী লোইনবি তালোয়বু শৈথাদুনা ঈশৈ শক্কনী॥ ঈশৈ অসি শক্করিঙৈদা খোয়রী ফাবা শারিবা মাইবিনা লাইবুংগী মাইকৈ কোইনা চৎতুনা মাগী তালোয় থিবগী মওংদা চৎকনি॥ লৈবা উরক্কবদা মখাদা ইরিবা ঈশৈ অসি শৈথাদুনা শক্কনি॥

## ঈশৈ

তুবী চীংলাই লৈমা

    য়া কদেং ঙানবিদি ঈশানৌ

শানৌদি ইয়া তম্ফা ঈনেমমচা পাম্মুবী

ঙসিও কোরৌও নুমিৎতা

শানৌগী মরা খোঙগুন নিরকপবু

উখিদরেকো, ঈশানৌ

শানৌ তম্ফা ঈনেম মচা নংবু

লৈকায় পনবান লান্দুনা

খাম্বী মৈলৌববু চৎখিবরা

উরকতরেকো ঈশানৌ

হা তম্ফা ইশানৌ নঙবু

নপলগী তুরেল চেঙলৈ মপান্দা

উতি শমখোংবু শেংখিবরা

চেংহি শম্বালবু লাংখিবরা

নত্রগা পম্লৌগী মোংবা য়ুমজাউনুংদা

শম্লাঙ তোয়না, নাননা

শমচেৎ তোনানবিবু হাৎলিবরা
হা ইশানৌ ঈনেমমচা নগুবু
লৈকায় পনবান লান্দুনা
কৈরোম্ন নবুংলক্তা থেৎতুনা
শানৌ লেংমান্নবা মরক্তবু তিন্দুনা
চেকফৈ কাংমিবু তমখিবরা ?
লমথা পাঞ্জনবু লৌখিবরা
মপনগী পামলৌ, লমশোনবীগী লময়াইদা,
নুরা খ্বাংচেৎ মচি নাইনা
ফৈজা পোপতেকপু লৈদুনা
লোয়মোম ফৌমিবু লাংখিবরা ?
হা: খোয়নৌ চান্নবী ওঃ
তম্ফা ইনেমচাবু চেংলৌ শক্তমবু উবরা ?
কোলোয় পাউদমবিয়ুদা (ঐঙোন্দা)

অসুম্না ঈশৈ শকুনা থিরকপদা থেংনদ্রদুনা, চৈ মতেক ৭ খক পায়দুনা মমাঙলোমদা লংথোক্কনী॥ খ্বাইদগী লাপ্না চৈগী মচিন ওহোক্লুনা তারিবা, মচিন অদুনা তাবা মায়কৈদা মানা থিবিরা নুপী অদু লৈরে খঙগনি॥ (মাইকৈ অদুগী মতুংইন্না মাগী কাংজৈনা, কোৎপদা থেংনবা নুপীদু মানা থিরিবা নুপি অদুনি হায়না লাইমাঙদা জগোয় শামিন্নগনি॥) মসি মানা হান্না থিজবা নুপীনী খঙগনি॥ অশুম্না জগোয় শামিন্নরগা চিংউ ইবুংঙো ইবেম্ম ২বু খুরুমজগনি॥ নুপী অদুগীদমক শেংনা ইন্নবা মফি মরোল লাইবুংদগী লৌথোক্লগা তস্বিগনি॥ অদুগা (মাইবনা অনম অথৌ কোকপিগনি॥) অশুম্না থোকখিবা ব্রাফম অসি হৌজিক্কী মতমগী মতুং ইন্না কাংজৈ শান্নবা উৎলগা মাগী তালোয় থিরকপা মতমদা, মহাক্না হান্না নহাননোংদা লৌখিবা (থিজখিবা) তম্ফা চিংঙালৈমবু (চনিং খোম্বীবু) মাইবি অমনা থোরক্লগা, খোয়রী ফাবনা ঈশৈ শৈথাদুনা শকপা হেক লোইবগা থোরকলিবা মাইবিগা লোইনদুনা লাইমাঙদা পুশিল্লগা

থৌনিবিগনি।। অশুম্না থমজগে।। নত্রবদি খোয়রী ফাবনা লাইবুং খুদিংগী থিরিবা, লাই নুংশীদু কদায়দা থম্বিবম্বগে পুদুনা চৎখিবগী বাফম লৈতে।। হায়বগী ব্রায়েৎনবা খরা লৈবনা, ইবুংঙোগী হান্নগী ইবেম্মবু উনবনা অচুম্বগী বাফম্মী হায়না থমজবনি।। নত্রবদি মৈতে ঐখোয়গী ইনাৎকী মাঙজবা খরা লৈ।। মনুংগী অকুপ্পা বাফম লৈবনা অশুম্না থমজবনি।। অরানবদি ঙাকপীগনি অমসুং তাকপিগনি।। মসিগী মরমদা ইগদবদি খরা লৈ।। লাইরিক অসিদদি থমজদ...

## "লাই লোয়বা নুমিৎ লাইরোইগী থৌরম"

লাই হরাউবা লোয়বা নুমিৎকী নুমিদাংদা চৎথগদবা থৌরমগী চংগদবা পোৎলমশিং - থৌরি লিশাং মি: ৩০ শাংবা থৌরি লিশাং ১, য়েংতৌ মখোক লম অমা খরা হেন্না শাংবা মশিং ৯।৭ মশিং হেনবা য়াই।। ব্রাংপা য়াদে অমসুং লাশেৎ খুবিমুক পাকপা মশিং ২৫+২৫ = ৫০মুক মশি তোঙান-তোঙান থমগনি। থাঙ অমসুং লাশেৎ খুবিমুক পাকপা ৫০।৫০ মুক, শরিক ১, লাইফি মচা অমনা শরিক্কী ময়াইদা কিরগা থমগনি। ফৌদাং থুম্মোক ১. য়োৎ ১. হাউ শম ১, পুকয়ু লিকলি ১, চৈয়োম ১, অসিনি। অদুগা হোরেন তাংখুন্না খোয় লোক্লগা খোইহি য়াউবা খোয়রা কৎপদুগা লোয়ননা, ইবুংঙো ইবেম্মদা ফোরন কৎতুনা খুলগী অমদি লৈকায়গী অমদি লৈবাক্কী য়ায়ফনবগী থৌনিজনবা, শঙ্গোম অনৌবা কিলো অমা, চহাউ চেঙনা শুবা য়াম কিলো মখায়মুক, খোইহি খরা, চুদগী শুম্বা চুহিং অসিনা ফোরমন কৎকনি।। থৌরম অসিদা লাই পান্নবা শেলুংবা শেলুংবী অমসুং লাইগী অশিন অরাং যাউরিবা, খুলগী মীশিংগা লোয়ননা কৎমিন্নগনি। অমাইবনা অনম অথৌ কোক্কুনা কৎকনি।। য়েনবদি হোরেন লাই লোইবগী হিগারকপা মতমদা য়েনগনি।। মশি য়াম্বা য়ামদবা থিদনা ইবুংঙো ইবেম্মা (পলেম পম্থৌনা) নোঙ্গালমদাইদা অফ নুংঙাই হি য়াই নিজবগী মহৈনি খঞ্জদুনা তাইবংনা নিজবনি।। অমসুং খুঙ্গংগী য়াইফনবগীদমক্তা নিজবনি।। মশিগী বাখল্লোন্দী (ইচেন্দী) হন্দক লাই হরাউবদা, তাংখুন্না খোইরা লোক্লগা, খোইরা শারিবা লফোয় অদু ময়ামদা, মফম মরাং খঙদনা অর্থা (ব্রাহনথোক) য়াউদবা ইচাই চাইনা য়েঙ্খোকপা অমসুং অদুবু তাংখুনগী মচানি হায়বগা, মচা অদুবু ময়ামগা লোয়ননা চাথোকপা অসি ঐখোয়না থিজরুবদা অকায়বা তৌহৈদবা খরা ফংজবদগী তেংপানবা মপু মঙোন্দগী

ওইখিবনি।। মপু মঙোন্দা কংলগা ময়ামগী ওইবা থৌনিরগা, মপুগী মতিক হি য়াই ওইববু নমু মিপুম খুদিংগী মহে অদুবু ফংজবনা খুঙ্গংগী অফবনি হায়না থমজরি।। অশুম্না লাংদুনা থমলিবা পোংলম পুন্নমক, মাইবিনা লাই কারকপা লাইগী পো-চৈ লোকশিলবা লোইরগা লুকমাংদা থারিবা, হৈ-লৈ পুন্নমক লৌখৎলগা, মথংগী থৌরমগী চংগদবা পোংলম পুন্নমক অদু খুদে মরাক তাইবা অমা ফি থুপ ও থোক্লা থুগুনা থারগা, চেঙ হৈদুনা অনম অথৌ কোকপগী শেমলগা মথক্তা অমসুং মনাক্তা শম ফৌদাং, শরিক, থৌরি, লাশেৎ অমসুং থাঙ কংনবগী থাঙথা ফি অমগী মথক্তা মাইবনা থাঙ কংপদা চঙগদবা পোংলম অমসুং লাইয়িংথৌলোম থংবদা য়েংথৌ নৌ ওইনবা ৯, লাইরেম্মা লোম থংবদা য়েংথৌ ৭ অমসুং নুরাবী শাবিনা পাম য়ানবদা চংগদবা পোংলমশিং, থাঙ ২, ফিরাল ২, থাঙদি লাইয়িংথৌদগী ১, লাইরেম্মগী ১ লৌথোক্কনি।। থাঙথা ফিগী মথক্তা লাইয়িংথৌগী লৈহন লৈপোপ ৯গী মথক্তা লাইয়িংথৌগী থাঙ থমগনি ।। অশুম্না লাইরেম্মগী লৈপোপ ৭কী মথক্তা লাইরেম্মগী থাঙ থমগনি।। মশি পুন্নমকশি শেম্বা লোইবগা মৈরা অমা কত্তুনা মাইবনা অনম অথৌ কোক্কনী।। লাইলোনদি - য়ুমদাই নাশেং, নাহৈলোন, লমমিংলোন, পোংনিং, তুদৌলোন, তুশেংলোন অমদি অরোইবদা অতাইলোন অমসুং থৌনিলোন শোনগনি।। অসি লোইরগা লাইবুংগী চিথেক থাংজিংলোম থংবা মাইকৈদা চরু খরা থারগা লাইনুংদগী থাঙ থারিবা ফিগা থাঙগা কোন্ননা চরু থারিবা অদুগী মথক্তা থমগনি।। লৈহন্দী কায়বা য়াদে লাইকৌলাগী লৈহন মওংদু হুনগনি।। থাঙগী মতোনদি থাংজিংলোমদা ওনগনি।। অসি লোইরগা মকোকচিংবি মাইবিগা লোয়ননা লাইচিং জগোয় শাগনি।। পফন, পাংতোন চংকনি।। পাফল খুচংতি অহানবদা থাংজিংদগী হৌগনি, মথং ব্রাংব্রেন, মথং মার্জিং, মথংদা কৌব্রু চংকনি।। পাফন চংপা লোইরগা থাংজিং মাইকৈদা হজ্ঞিল্লগা (চংশিল্লগা) থাঙ-লৌখংতুনা থাঙগী মপু থাংজিংবু খুরমগনি ।। অহানবদা থাঙ পায়রগা হুকচাং শাগনি মাইবি ১না ফিরাল পায়গনি।। অশুম্না মাইবিনা জগোয় শারিঙৈদা লাইবুংগী চিথেক ৪ মক্তা মৈ হৌগনি।। মৈ খুৎথাদি লাইবুংগী মনুংলোম থংবা মচিন্দগী হৌগনি।। মৈ থারবা মতুংদা মাইবিনা থাঙ কংকনি।।

থাংজিং মাইকৈদা থাঙ কংপা লোয়রগা মথং ব্রাংপুরেনদা মথং মার্জিং মথং কৌব্রুদা কংকনি।। অদুগী মতুংদা থাংজিং মাইকৈ থাঙথাফম য়ৌরগা,

থাঙ ২ অদু খাইদোক্লরগা মাইবি অহন্না, থাংজিংদগী মৈহৌরিবা অদু কোল্লগা মার্জিং তমনা চংকনি, অতোপ্পা মাইবি অমনা থাঙ পায়দুনা মার্জিংগী মৈ হৌরিবা অদু য়েংওয়ননা কোল্লগা থাংজিংলোমদা লাকপনা লাইকৌলা থাকমদা থাঙ ২ চুনগনি॥ মশি ৩লক চুনগনি॥ মথং মাইবি অহন্না কৌব্রুদা লাক্লগা মৈ অদু ওয় ওইননা কোল্লগা অতোপ্পা মাইবি অমনা বাংব্রেনগী মৈ থারিবা অদু য়েং ওইননা কোল্লগা ময়াই তম্না লাক্লগা লাইকৌলা থাকম অদুদা থাং চুনগনি॥ চুনবশি ৩লক চুনব লোইরগা মাইবি অহন্না থাং ২দু পুনশিল্লগা লাইমাঙদা অমুক অরোইবা ওইনা থাঙ কংলগা থাঙ হজিনগনি॥ অসিগী মতুংদা হান্নগী থাঙ থাকমদা থাঙ অদু থমদুনা থাঙগী মতিক ময়াই হজিনবিরো হায়না খুরুমজগনি॥ অশুম্না ফিরালশু থাঙগী মওং চপ মান্নন কংকনি॥ থাঙ হাইবগী মওংদি হকচাং শাবা লোইরগা খুজেং লৈবী মওংগুম থাঙ পায়দুনা হায়গনি॥ অশুম্না থাঙগী থৌরম তৌরিঙৈ থাঙ কারল কারল চংতুনা থাঙ চুনবা হেক লোইরকপদা মাইবিনা ঈশৈ অসি শক্কনি॥ থাঙ চুনবা মতমদা মৈ থোকপা হৌবা য়াদে॥ মৈ থোকলবদি খংনা চৈনবা থোক্কল্লি, ফংতে।

"ঈশৈ" ঈশৈদি চোঙথোঙ শান্নবদা শকলিবা অদু শকপা য়াই॥

**ঈশৈ** - নোংপোক্লা মালং হমমোইবা, নোংপোক্লা মালং হম্মোইবা আঃ নকোক্তা চিরোং থেংচিল্লে ননাদা চোল্লাং য়াম্লিল্লে, খুবোমদা য়াইশি পুম্লিল্লে, খুদাংদা হাইশি পুম্লিল্লে॥ অংখুনগী শকফমদি হোংদেকো ওঃ হনহৌরো দে - মসি শক্ল শক্লা থাঙগা থাঙগা, ফিরান-ফিরানগা ২ চুনবা য়াই॥ চুনবা হেক লোইবগা হম্দোক্লরগা মথাগী ঈশৈসি অমুক শক্কনী॥

ঈশৈ - হল্লরোইনে নুরাবী হল্লরোইনে নুরাবী, নুংশিংপু লাংদা থুবরা ? লিনবু শৌদা য়ুবরা ? ঈশিংবু শায়দুনা য়োংপরা ? তুমিংপু লম্নুনা থিনবরা ? কৌজেংবু তেল্লা পানবরা ? ওঃ ওঃ হল্লরোইনে দে॥

* নোংপোক্লা মালং হমমোইবা নুরাবী নঙনদা ঐবু পাল্লগা নঙনা ঐবু পাল্লগা পম্বৌগী কোংয়াং বাখোঙদা পম্বৌগী কোংয়াং বাখোঙদা ষনদংগী লাবা ৭কা পুখম্না শেঞ্জা ৭কা ঐবু পোকপা পম্বৌগা নিংঙোনবু পোকপী পলেমগা ফম্লিঙৈগী মতমদা হায়জরো লৈবিগে দে॥

* নোংপোক্কা নুরাবী ''হল্লরোইদা নুরাবী নংনদা ঐবু পাল্লগা নংনা ঐবু পাল্লগা নংবুনা পোকপা পম্বৌগা নিংঙোল্লা পোকপী পলেমগা ওং হায়হল্লো ওং লৌবিগে দে ...॥ অশুম্না থাঙ চুনদুনা শৈশকপা লোইরগা থাঙ ১শুং ফিরানদু হান্নগী থাঙ থাফমদা থল্লগা থাঙজিং লাইবু খুরুমগনি॥ মতুংদা মাইহবিনা হাউফি শেংলগা খুলং নুপী ৭কা লাইমাঙদা পরেং ২থোক্কা লেপলগা নুরাবী শাবিনা শম অমা য়াল্লগা মখুৎতা য়োং অমা পায়দুনা লাইদা মায় ওনশিল্লগা লৌতারোল ঈশৈ শক্কনী॥ শমগী মনুংদা লফোয় লফাং ১, কবোক্কী ময়োম ১ য়োল্লগা পৈয়ানা পুন্দুনা হাপকনী॥ পুকয়ু ব্রাইয়ু লিকলি অমশু য়াউগনি॥ নিংশিংগদবা শরম নুরাবি শাবিদি মাইহবিগী ফি শেংলোয়॥ মতাং অসিগী মথাদগী তাংখুন থৌরম লাকলগনি॥

* অহানবা শক্কদবা ঈশৈদি - নহানমখে লাইগী থৌরম চৎথরকপদা অশোয় আঙাম য়াওখিবা খিবিকপু ঙাকপিনবগী ১শুং খুলগী লৈবাক্কী ফনবা নুংঙায় য়ায়ফবা পিবিরমউ হায়না নিজবা ওইনা ঈশৈ শক্কনী॥ ঈশৈদি লম লম অদুবু কোম্নিবা হয়াউজিবা লাই অদুগী মমিং মথা শৈথাদুনা শক্কনী॥

* মাইহবি - চিংঙু ইবুংঙো হা: খোয়ুম লায়য়িংথৌ (মমিং) ইবুংঙো নংগী শমু ওয়ওইনরিবী, য়োয়বু খোয়মোম লাইরেম্বী (মমিং) ইবুংঙো ইবেম্মা পলেম পম্বৌ অনীগী হয়াউ নংগী শকশেম তম থৌথোক কম্মে শান্নরকপবু ইখুন খুনবুকলেন অচংবা অসিবু খুহুক মনিন নাই, খুনথা ময়াং হৌ, লিকলাং কোন্দেং ফেংনা ইবুংঙো ইবেম্মা অনীগী কংলৈ নশুমাঙ অসিদা ঙসিগা থানা নমিং (মশিং পনবা) নি শুরবা অসিদা ঙসিও লাইরেল কোরৌ নোংজা অসিবু তিনচা লাইচা ফত্তববু চিংউ নঙনা ঙাকপিয়ু খোয়য়ুম নঙনা কনবিয়ু॥ চিংউ ইবুংঙো চিংঙু নহিরোয় খোয়ুম নঙাইরোয় নদাইরেম চিংউ নথৌ খনবা, খোয়ুম লান্নুপ কাবা, অমাইবা, অম্রাইবি, অশৈবগা শঙ অহম কুল্লদুনা চিংউ থৌগন তৌজবদি ঙসিও কৌরৌ নোংজা অসিদা চিংউ লাইরোয় তাল্লগে, খোয়ুমগী ঈয়োংশংদিং কক্লগে হায়রেদো !

ইবুংঙো ইবেম্মা এনীনা ইখুল খুনবুকলেন অসিদা লৈরিবা পারি ইমোম, পষ্টৌ পলেম, ঈপু ঈবেন, তাইবং নয়েকচা পুম্নমকপু॥ পুক্সি চারি শাংবা ম্না লনগৈ লিংজবা লুপা লনগৈ লিংঙম্বা লোয়মোম ফৌগৈ খিপ্পবা মহৈ মরোং চুম্বা, কাউরেল সনগোন থন, ওয়ুম নাইকোন থন, কাইরৈ য়েনগোন থন, তেকপি ওক্লোন থনবা, পারি মশিং ব্রাংতা ঈমোম মশিং ব্রাংতা পষ্টৌ পলেম ঈপু ঈবেন মশিং ব্রাংতববু য়াব্রা পুক্সি শাংবা পিবিরমউ হায়বগী চিংউ নতিক অচৌবা খোয়ুম নয়াই অহকপবু চরৈ ফিগাও শানা শিদা নাদা য়ায়বু পিবিরমউ হায়না নিজরী॥ নদাইরেম শং ঈপাচা অহুমশু পারি ঈমোম শল্লাই ঈপাচা খুদিংগী, থৌবায় হামচংনদবা মিরেল হামপোইনদবা নমু পোংলাই ক্লব্দা কাড্রেল শল্লাই তাদবা, কাইরৈ য়েল্লাই তাদবা, তেকপি ওক্লাইতাদবা, সাষ্ট খুনান থোক্তবা, ওকচিন শৌচিন য়ুদবা, লুদা লাংদা থুগদবিবু থুদবা য়ায়ফববু থম্বিরমউ॥ হায়না চিংউবা ঙাংলৌখাদা পুনেমজে॥ চিংঙু ইবুংঙো খোয়ুম লাইরেম্মনা কোনবিরিবা ঈখুল অসিদা লৈজরিবা, লৈজরিবী পারি ইমোম কয়াদি, মপারী নুংশিববু কায়নবা মমোম নুংচানববু শেংনবা, পষ্টৌ পলেম মমা কায়নবা, মশাবী, মশানৌ শেংনা খায়নববু য়াউরমগনিয়ে লাইয়িংথৌ, পারি চেংলৌ উদবগী, মমোম চেংলৌ উদবগী, পষ্টৌ চেংলৌ উদবগী, পলেম চেংলৌ উদবগী, মশাবী মশানৌ চেংলৌ শক্তম উদবগী, তাইবং পুক্লিং নুংওনব্রারি নিংশিংনা, মিংলু পিরাং শিহ্নবা খোমলেন মিকপ্পবু থমবিরমগনু লাইয়িংথৌ॥ ঙসিও কোরৌ নোংজাদি চিংঙু লাইরোয় তানগে হায়রকলে। নদায়রেম খুঙং অচৌবগী লোইমোম ফৌকৈ লিংনবা, তরা চাক ব্রাংতনবগী চিংঙু ইবুংঙো, নহান নোং নোংমাই নুরাবী, খুলং ৭না তরা চাকগুন চা, খ্বাংচেং মচি লাং, য়োংলৈ খুংতা পায়দুনা তেংপাক লাল্লু শোই, হারু তেংমায় ফুক, মালেম লৈকন তৌ, শেল্লোয় লৈথোঙ হাংববু, চিংঙু ইবুংঙো লোইদাম নকুম কুমদম লৌ নথা থাজলৌ পোহরৈ খুছোক লৌ, মালেম খুনশেম লৌ, চায়োক নাওয়োক লৌবু নদাইরেম খুঙং অচৌবগী মহৈ মরোং চুম্বা, লোয়মোম ফৌবান চাউবা খালৈ নরৌচাবু লৌতাজরুগে লাইয়িংথৌ॥ অশুম্না লৈজাগনি॥

✱ অসিগী তুংদা লৌতারোল শকপদি - লম লমবু কোল্লিবা কোল্লিবি হয়াউলিবা লাইগী লাইমিং মতুং ইন্না মাইবিনা শক্কনী॥ মথা লৌতারোলদি (১) নোংপোক পাম্ভোইবিগী লৌতারোল, (২) ফৌওইবী অকোংজাম্বগী লৌতারোল, (৩) শৌবোল লাইরেম্মগী লৌতারোল, (নুমিৎ লৌতরোলশু কৌই॥) (৪) পোইরৈতোনগী লৌতারোল অসিনচিংবা লৌতারোলশিংশি শক্কনি॥ মাইবিনা লাইচৎ য়েংনা শক্কনী॥ লাইশক লান্না শকপা য়াদে॥ লাল্লবদি মিনম থানম্বা, তিন্নম লাইনম থোক্কবদি ফৎতে॥ মরম অসি খঙনা মাইবা, মাইবিনা কুমদম কুমথাই, কুমতাই মশক খঙনা লাইগী থৌরম তৌবিগনি॥

## ''লৌম্নান ঈশৈ'

লম অদুগী কোল্লিবা লাইগী মমিং মথা পন্দুনা শৈশক হৌগনি॥ চীংগু ইবুংঙো, খোয়মোম লাইরেম্বী (২গী মমিং হায়গনি) গী কংলৈ অসিদা লৈরিবা, চীংগু খালৈ মরৌচানি য়াল্লো, খোয়মোম মরৌচানি য়াল্লো॥ খুম্বা - হে য়ানশে॥

ঈপু লৌনি য়াল্লো

হো য়ানশে

ঈপা লৌনি য়াল্লো

হে য়ানশে

লৈবাক মরা তপ্পবা লৌনি য়াল্লো

হে য়ানশে

লৈমা নিংথৌ পুন্সি লৌনি য়াল্লো

হে য়ানশে

খুঙ্গাও লৈচাও লৌনি য়াল্লো

হে য়ানশে

মহৈ মরোং চুম্নবা লৌনি য়াল্লো

হে য়ানশে

পুন্সি ইনুং শাংনা লৌনি য়াল্লো

হে য়ানশে

চানান চয়িন লৌনি য়াল্লো

হে য়ানশে

পানফুক পানফোয় লৌনি য়াল্লো

হো য়ানশে

শৌগ্রি ময়াংবা লৌনি য়াল্লো

হে য়ানশে

লোম্বা তেক্কা লৌনি য়াল্লো হে

হে য়ানশে

ফৌরেল ফৌজাও, মোরশি লাইফৌ লৌনি য়াল্লো

হে য়ানশে

ফদিগোম পাখোল লৌনি য়াল্লো

হে য়ানশে

শিংখা শিংথুম লৌনি য়াল্লো

হে য়ানশে

অশুম্না শৈশক্নুনা লৌ য়াল্লিগে মতম অসিদা ''নোংপোক্লা'' তাংখুন শাদুনা, খুলং নুপিবু শৈথাদুনা শৈশক্নী॥

তাংখুল - ঈশৈ - হাঃ ইবেম্মা চীংশোং খুনুদি লমলৈমা, লমগী খুনুদি থারিকপী চেকলাল্লা পামেল উকা থক্তবু তোংলদুনা হা - ইবেম্মা চেকলানা খোঙ্গাং অহুম মক্তবু খোংবদি ঈশানৌ ঈনেম মচা লমদম তাম্না লৈখরবী নিংঙোল ওইবীগী মপাওবু পুরকপরনে॥ চেক্লা নংগী নপাও মক্তবু তম্মুগবা ঐঙোন্দা॥

✱ নুরাবী - ঈতা ঈবেম্মা পম্বৌগী পামদি পাম্মন্দা, পামেন শয়ী থেঙ্গ্রাবু মথক্তা চীংগী খুনুদি থারিকপী লমগী খুনুদি লমলৈমা চেক্লানা খোনথাও

নাইনমক্তবু খোংবদি নিংঙোনশু লাইবক থিবিগী, পাম্মুবা মপাওবু পুরকপরনে ইতারোয়, ঈশাবী মাঙ্গা পাম্মুবা, খোয়ুমগী মপোক লাংওল্লকপা মক্তবু ঙাইবদি লোয়দাম থাশিং য়ামশিল্লকলে।। লাংহৈগী কুমশিংশু কুমকাউরকলে কো ঈতারোয় চেকলাশু নপাউ শেংনমক্তবু তম্মুগবা ঈতারোয়।।

★ তাংখুল - হা: ঈবেম্মা শেল্লোয় চীংজাওনিশু অরাংবা লংমাই রাংববু চীংদগী, নিংঙোন্না তরা চাকঙন মক্তবু চান্নদুনা লংমাই খুৎলং ৭ মক্তবু পুরদুনা, য়োৎলৈ নোংথাং কুপ্তুনা তেংপাক লাল্লুশোয়, হারু তেংমাই ফুক, মালেম লৈকল তৌ, শেল্লোই লৌথোংবু কাংবদি, হাউনা পাং দাং ফুকপবু য়োৎলৈ ও: মশিং কয়া শুরবগে ঈবেম্মা, নিংঙোল ও: নপাউশেংনা অমুক্তা তমউগবা ইবেম্মা।।

★ নুরাবী - হা ইবুংঙো তাংখুল শরমদি হাউ পাখং ইবুংঙো ঈপনগী শেল্লোয় চীংজাওনিবু অরাংবা, মঙল তরংচীং, হয় য়াই পোকপী রাংবচীং শদু য়াংগেন পোকপী চীংদগী, হা ইবুংঙো অয়ুক্কী য়েন্দা অঙনবা তরা চাকঙনবু চারগা, চরৈ লেংদোন য়ান, খুবোম হাইটৌ লোনশিল্লে, খুদাংদা হায়শি পুন্সিল্লে।। নাদা চোমলাং য়ানশিল্লে ।। হাউদৈ অয়াকপা, রাংলৈ অফিংববু থকলগা ননমদা তেন্দোং পো, লেংবান্দা লিরুং য়ান, তিমেন খুৎতা পায়, নপনগী মোংবা নরাল য়াইদগী, অয়ুক্কী য়েং দা অঙনবদগী খোঙকাপ নাউরৈ থাংলকপা, খুদোন লাবা নাউরৈ হল্লকপবু পাখংও খোঙকাপ মশিং কয়া শুরকলবগে, পাখংও কোলোয় নপাউ শেংনমক্তবু তম্বীয়্নে, তাংখুলগী শরমদি হাউ পাখঙ।।

★ তাংখুল - হা: ইবেম্মা লংমাই নুরাবী ও নপন শেল্লোয় নিক্কপরা নিক্তা চীং, লংমাই হাগবরা হাদচীং, তেৎনৌ য়োৎপীশু হুইথাচীংদা য়োৎলৈ নোংথাং কুপ্লগা পাখংনা য়াংদৌ খোঙদোই হল্লকপগী খোঙকাপ নাউরৈ মশিংগা মান্নরুরবোইদো ইনেম মচা হয়গুম হয়শুং নাইনগনুসি, লৈরাংগুম লৈচা নাইনগুমসি হায়ববু নিংঙোনও নপাউ শেংনা মক্তা তম্মু তম্মু ঐঙোন্দা।। মরক অসিদা লম্বী হংবা অমসুং তাকপগী মতাং খরা লৈরি।। ইবদা য়াউদরে।।

তাংখুন - এ: নোংমাই ইচল ?

নুরা - কৃরি ওইবা ইবুং॥

তাংখুন - এং ইচল কৃরিগী ঐগী মরৌ য়ানব্রা ?

নুরা - চিংগু ইবুংঙো খোয়ুম লাইয়িংথৌগী খালৈ মরৌচানি॥

য়াল্লোহে - খুম্বা হো য়ানশে॥

য়োইবু খোয়মোম লাইরেম্মগী খালৈ মরৌচানি য়াল্লো॥

হো য়ানশে॥

লৈবাক মরা তপ্না লৌনি য়াল্লো - হো য়ানশে॥

লৈমা নিংথৌ পুল্সি লৌনি য়াল্লো - হো য়ানশে॥

তাংখুল - ওঃ নোংমাই নুরাবি - ও নোংমাই নুরাবী ওং নোংমাই নুরাবী।

নুরাবী - কৃরিগী মীগী মরৌ য়ানব্রা॥ এ: তানা থিনগে॥ তেন্না কাপকে শরিশো- ওঃ য়ানকনো, য়ানকনো, য়ানকনো, এ কৃরি ওইপা শাব্রা॥

নুরা - ওঃ তাংখুল কোকচাওবা নারাওপা ঐগী ইরৌচা পামলৌ য়ানপপু, তাংখুল কোকচাউপা নারাওপা নপচোবা নংনা য়ানকনো য়ানকনো হায়বা কি ওইপা শাপ্রা॥

তাংখুল - এঃ নোংমাই ইচল, ঐগী মরৌনে য়ানকনো॥

নুরা - ও: ইবুং ঐগী পামলৌনে য়ানকনিয়ে॥

তাংখুল - এ: লংমাই ইচল, ওমগী ননুং ব্বাংকনো তা অসিনা থিনকনী॥

নুরা - ওঃ ইবুং ওমবী মনুং হৌকনো, তিল্লাং নখোয় শাওখিগনো। নচল ওইবী ঐনা য়াবা অমতা চিঙ্গোয়কে॥

তাংখুল - ওঃ ইচল নংনা ইপুং হায়তনা কৌপিপা নপুংনা নুংশি শাবা ওইব্রেতা য়াবা নপাও চীংগোয়ওঃ ঐ তাপিগে॥

নুরা - ওঃ ইবুং, ইবুংবু পোইরৈ কিদায়তা পানপ্রা ॥ কৃ তৌবা লাকপ্রা॥ ইবুং কৃ কৃ পোরকপরা, য়াবা চীনকোয়পিয়ো ইপুং॥

অংখুল - ওঃ ইচন, ইচনকী য়াবা অসিতি কো: নপুং ওইপা ঐতিকো মখোঙ থাংতনা চংনিংতপা ওইয়েনে॥ য়াম্না নুংশি শাগ্রে ইচন॥

নুরা - ওঃ ইবুং, নচল ওইপী ঐশুকো ওমপী ইনুং হৌএ: তিল্লাং খোয়দায়ে ইবুং নংশে নুংশি শাগ্রেদা॥

অংখুল - এঃ ইচল, ইচন্না নপুংবু নুংশি শাপা ওইপা, তমপা ওইপা ঐশুকো এ: ইচলবু য়াম্না য়াম্না নুংশিয়েনে॥ ঐগী মপুকশে থরো থরো ওনপা ওইয়েনে॥

নুরা - ওঃ ইবুং নচল ওয়পীনা কো পাওহংপা কৃগী পাওখুমতপা ওইপ্রা ?

অংখুল - ঐঃ ইচল, ওমপী মনুং হৌকনো, য়াবা চীংকোয়পিকে॥

নুরা - হো: হায়পা শাপিয়ো॥ হায়পিয়ো হায়পিয়ো, ইবুং॥

অংখুল - হোঃ ইচল, ঐতিকো, লোইপি আঃ বাংপা চীংতকো পানপনে॥ নপুংতি লাংহে কুমচা অসিদি য়াম্না য়াম্না অনাপা শাপিতনা কো, পামশু থপক শুপিতে॥ নহাল হৌখিবা কুমগী পাম্মনতকী, লফু মকক মনাও, পান্নাও পান্দ্রেং হান্দ্রেং, থবি মচা মশু খরা হেক্পা কো, অসি পুতুনা মীতৈ তমতা পুতুনা লাকপিপনে॥

নরা - হো ইবুং অদুতী কৃ ওইপকিনো ?

অংখুল - এঃ ইচন নখোয়কী মীতৈ কৈথেল্দা, ঐগী মপোৎশিগা মখোয়গী ৭ শেনচাকা ওনপিকে॥ কোঃ অদুগী শেনচা অদুনা ঐগী মতুগী ফনেক মপান্দা হাপ্পপা হিগে কুমলং খরশু লৈপিকে॥ ৭ শেনচা খরশু শিন্নপিকে॥ অতুকা মীতৈকী লাংখোং খরশু তৌপিকো, অতুকী ফংপা শেনচা খরা নিপিকে॥ কো, হুইপী হুইনাও খরশু লৌপিকে লাকপা কো ইচন॥

নুরা - হো ইপুং ইপুংকী য়াবাশে তাপতা য়াম্না নুংশি শাপা ওইয়ে॥ হৌখিবা চহিশু য়াম্না য়াম্না অনাপা শাপিতুনা পামশু য়ানপা ভমতপা কো থায়নকী পামতকী লফু, পান হুবাই থাওপাক, থবি, মাইরেল পোরকই॥ হুবাই শীঙেন খর থাবশু উচিনা কোক কোক্লা চাথোকপ্রে অসিরা ইবুং॥

অংখুল - হোয় ইচন হায়পিপনে হায়পিপা॥

নুরা - ওঃ অতুতি ইবুং চীংতকী কুমলকপগু কৃ থাজ কুমপিগা ওইগ্রা ?

অংখুল - হায়পিকে এঃ কাউখ্রেহে ইচল ... হায়পিকে খনপিকে।। কৃ থা (খনবা) এঃ খঙপীপা ওইয়ে।। নপুংনা চীংতকী কুমপিপা থাতি কো থৌবান থাকী মমৈতা কুমপিগনে।।

নরাঃ - এঃ ইবুং, তমতা লাকপা, ইপা নিংথৌকী মনাক্তা চংকনি. হায়পাকো।। ইবুং থবক শুবদা ফংবা শৈশাকো ৭ শেনচা অদুনা নচনগী পোৎ খরা লৈপিরকউ।। নুরাবিনা পোৎ তপ্লা মতাং অসিদা ইশৈ খরা হাপনৈ।।....

তাংখুম্না তমদা কুমলগা, মীতৈ নিংথৌ উনবা

অংখুল - হোঃ .... ইপা মীতৈ নিংথৌ ......

হোঃ ... ইপা লমগী মপু ইপানিংথৌ ....

হোঃ ... ইপা নিংথৌ অশুম্না ৩লক কৌগনি।।

মতাং অসিদা নিংথৌ থোরকপা -

নিংথৌ - হোঃ কনানো ? ইপা নিংথৌ হায়না কৌরিবা, পারি ইবুংঙো, ইপাবু কৌবদি ইপাগী ইফমদা করি হায়নিংবা লৈবগে ।। ইচানা হায়নিংবা য়াবাবু ইপাদা হায়য়ু।। ইপা তাগে।।

অংখুল - হায়পিগে, ইপা নিংথৌ... ঐনা তমতা কুমতুনা ইপাগী নাক্তা লাকপতি কো: কুমশিদি পামগী থবকশু শুবা ওমদবা, ইপাশু ইমাশু নাদুনা লৈবা কোঃ অতুনা মীতৈ তমদা কুমলগা, ইপা নিংথৌগী নাক্তা চংলগা থবক খরা নিপিগে, খোংবান তৌপিগে, লৈপল নাপিগে, থবক শুপিকে।। অদুকা ইপাদগী ৭ শেঙ্গা খরা নিপিকে।। অদুকা হুইপি হুইনাওশু লৈপিকে, ঐগী মতুগী ফিনেক ফিপানতা হাপনবা কুহি কুমলংশু খরা লৌপিকে তৌপা কো:

নিংথৌ - ঐঃ ইচানুপা, ইপানা লৈরিবা কংলৈ অশিগী অকোয়বা অসি লৈপন খরা লৈনাবিরমউ (থোনবিরমউ) খোংলম ফুল্লিবশিংশি তুদেং খোংদেংবিরমউ।। পাম্রা খোং, লুম্রা খোং ফুনবিরমউ, ইরম ৭ খোংলম ৯শু তেংবিরমউ, শিদা পুং নাদ পুং, হি য়াই পুংশু থোনবিরমউ, করি করি মচাক চংগনি।। খুৎশু খুৎলাই চংগদবদু ইপাদা হায়য়ু।।

অংখুল - ইপা নিংথৌ নচাদি লম লাপ্পা লাকপগী য়োংলৈ য়োংপক্তি পুবিতে, ইপাগী লৈরদি খরা লৌপিকে॥

নিংথৌ - এ: ইপাগীদা করিশু ব্রাংতে শিগনি॥ শে মশি য়াগদবা য়েংই। য়োং অসিদি লৈনুং মোরিবা য়োংশুংবা খমলাংবনা শাবা য়োংনি॥ খোঙনা শোকপা তৌহৈদেকো॥

অংখুল - হোই ইপা তাংখুল্লা য়োং লৌরগা, (য়োং অদু মালেম লৈকল তৌরমদাইদা অহানবদা কোরৌ শিদববু থৌনিরগা, মথংদা মালেম লৈমবু থৌনিরগা, মথংদা য়োংকী মপু খমলাংববু থৌনিরগা অমশুং লম অদুবু কোল্লিবা, লাইয়িংথৌ, লাইরেম্মবু থৌনিরগা থাংজিং মরম খৈদগী (মাইগৈদগী) লৈতৌবা হৌবা॥ য়োং খুংতৌদি "▽" ফিদুপ ৩, য়োংলৈ ৩ না ফম্বী মওং মায়া লৈতৌগনি॥ তৌরিবা লৈবাক অদু পুরকলগা লাইকৌলা থাফমদা মফম ৩ থোক্লা ফুংগা লোংজুম শানা পুং ৩ থোনগনি॥ মথংদা ব্রাং পুরেন মরম খৈদা মথক্কী মওং অদু কায়দনা তৌগনি॥ লৈবাক্তি পুরকলগা পুং ৩ মক্তা ১।১।১ অমমম হাপকনি॥ মথংদা মার্জিং মাইকৈ চীংখৈদা অমুক তৌগনি॥ মথং কৌব্রুদা তৌগনি॥ অশুম তৌদুনা ইরম ৭, খোংলম ৯নচিংবা ইরম খোংলম শেমগনি॥ অশিগী মতুং খা মাইগৈদা চিরিক ২ ফাংকনি॥ অদুনা লৈতৌবা লোইশিনগনি॥ অদুগা ইপা নিংথৌ কৌদুনা লৈতৌবা লোইরে হায়না তাকপা॥

অংখুল - হো: ইপা নিংথৌ, নচানা ইরম খোংলম তুদেং খোংদেংবা লোইরে॥ করি করি ব্রাংলিবগে য়েংপিয়ু - অসি পুং, হয়েং পুং, শিদ পুং, নাদা পুং, অশৌ পুং, হি য়াই পুং, চাদা নাউদা পুংশু, থোনপিবনে, য়েংপিও, ইপা নিংথৌ॥

নিংথৌ য়েংবা .... এঃ ইচা নুপা করিশু অব্রাংপদি লৈতরে॥ ইপা য়াম্না নুংঙাইরে॥ অদুবু ইপানা খঙদবা ব্রাফম অমা লৈরে॥ আঃ খা পাঙবদা চিরিক অনীখক হুংলিবা অশি করিগীনো ?

অংখুল - ইপা নিংথৌ অসি থোং, অচং থোং, নোংদম থোংনে॥

নিংথৌ - নুংঙাইরে ইচানুপা, ইচানা ইপাগীদমক থবক শুবিবগী অব্রামনদি

- য়াম্মী য়ামদে হায়গনু॥ ইপানা ৭ শেঙ্গা খুয়া পিবা অসিনা নংনা অপেনবা ওইরোকো॥ (নিংথৌনা তাংখুন্দা পৈশাপিবা)

তাংখুল - এঃ ঐগী মবুকশে নুংঙাইয়ে. ইপা নিংথৌ, ইপাগী ইরমশে, রাংতা পাদবা ওইপিয়োঃ খুঙ্গাউ লৈচাউবা, নুংঙাইনা পানবা ওইবিয়ো ইপা নিংথৌ॥

নিংথৌ - ঙাইখো ইচানুপা ? ইপানা অশুম য়েংবদা, ইচাগী চেংলৌ শকশে ঐনা য়াম্না মানবা কুইরবা রাফম অমা ইপানা নিংশিংলকপা অমা লৈরে॥ শেংনা খুমউ ইপানা রা অমা হংগে॥ ইচানুপা করি খুন্দা পানবনো, নংবু পোকপা॥ পচৌগী মিংনা করি কৌই॥ নংবু পোকপী পলেমগী মিংনা করি কৌই॥ অদুগা ইচাগী মিংনা করি কৌই॥ নবুক শেংনা ইপাদা য়ারা নপাউ শেংনা হায়য়ু ? ইপা তাগে ?

তাংখুল - আঁঃ ইপা নিংথৌ, ইপা হংপিবা রাশিদি কো: নচানা করম হায়শিপা, নচাদি লাইবক থিবিবা কো, অদু ইপানা হংপিবগী হায়দবদি য়াদ্রে॥ হায়বিগে ইপা নিংথৌ মুন্না তাপিয়ো॥

হা: ইপা ইবুংঙো ঙসিদি মতম কুইনা. অকাউ পরৈ চন্দ্রকবা শক্তিক মতুং ইনখরবা, থাবা মমৈ রাইখরবা, কোরৌ নোংগা লম্বী তানখরগা, খোইয়ুম লাইরমলেন্দ্র তিনখরবা, হা: পচৌ পোকমবা হাঃ পলেম ইমাও: শক্তিক মতুং ইনখরবী, থাবা মমৈ রাইখরবী, হা: পলেম ইমাও: নচা লাইবক থিবনা ঙসিদি পলেম পচৌগী নুংশিরবা মিংলেনবু॥ মীতৈ নিংথৌ ইপানা হংবগী পচৌগী মিংলেনবু, পলেম ইমাগী মিংলেনবু, নপারী ঐনা ইপা নিংথৌগী মফমদা তাকচগে॥ নচাবু রারৌবিগনু॥ হা: ইপা নিংথৌ তাবিয়ু ঐবু পোকপা ইপাগী কলোয় মমিংদি॥ ''হুন্দুং লানথাবা'' খুল্লাকপা কৌই॥ ইমানা হুন্দুং লানথাবী, থিরেল লিনম্বী কৌই॥ নচা ঐগী ইমিংনা, ''নানবা চরুলেং তাংখুল শারম পাখংবা কৌই॥ হুন্দুং খুন্দগী লাকপনি ইপা॥

নিংথৌ - এ: নুংশিদা ইচাগী য়ারাশি তাবদি, ইপানা ইচাগী চেংলৌ শকপু খঙলুদরে॥ শমুনা ঙাইথিদে নিংথৌনা ঙাইখঙদে হায়বদু ইপাদা

থোকলরেদো॥ পারি ইবুংঙো শারম পাখংবা, নংবু পোকপা পঙৌ অদুদি, ইপাগা চাকলুক অমদা পুন্না চামিন্নবা ঐগী নুংশিরবা মরুপ্পী॥ নঙবু পোকপী পলেম অদুদি ঐগী ইচন্নি॥ লাউ ইপানা ঙসিদি চেংলৌ শকখঙলবনিনা- নুংঙাইরে ইপাগা থাবাক লেংঙন্নবা ইপা কোক্রুগে লাউ॥ নুংঙাইরে ইপাগা শক খঙনবা। (কোন্নবা লোইরগা)

নিংথৌ - ইচানুপা নোংমৈগী কুমওন্দশু ঙসি ইপাগা উননা নুমিৎশি কাউদনা (কালেনথা ২নি পানবা) নুমিৎ অসিদা ইপানা লৈরিবা ইরম অসিদা হি: য়াই: য়ান্না পুরগা ইপাগী নাক্তা লাকউকো: ইচানুপা:॥

অংখুল - লাক্কনি ইপা নিংথৌ, ইপাগী নাক্তা শোয়দনা লাক্কনি॥ অদো নচা ঐনা করিনো অমা হংপিকে ? অশে উমংলাই ১না কাবা, লাইরেম্ম ৭না, পোৎফম ফম্বা খ্বাই লৈচোন কৈথেল হায়বদো কিতাই লমতা লৈপরা, ইপানা খরা তাকপিয়ো :

নিংথৌ - এ: ইপানা তাকপিগে॥ শে ইপা লৈরিবা মফম অসিদগী অৱাং চীংখৈ পাংবদা চৎলগা লৈবনি॥ মাইকৈ ৪ মক্তা লৈরিবা মী খ্বাই পুন্নমক্না পুন্নগা কায় হায়বগী, খ্বাইলমপল কৈথেন কৌবনি ১শুং মী পুন্নমক্না সন্না কাই হায়বগী সন্না কৈথেনশু কৌবনি॥ অদুগী ময়াইদা হনুবী অমা ফম্নমগনি, হনুবী অদুগী মমিংদি তাইবংগী অফবা, ফৎতবা অমসুং থৌৱায় পুন্নমকপু কোনশিনবী হায়বগী, "কোনশিনবী" কৌবনি॥ তাইবংনা লোল থেখিবদগী "কোনশবী" কোচ্বী কৌবনি॥ "খুমজাউ লাইরেম্বীগী লাংওন্নী" ইচানা হেক লৈনিংবা পোৎমখৈ লৈবা ফংগনি॥ চৎলু চৎলু॥

অংখুল - অদুদি ঐ চৎপিকে ইপা নিংথৌ॥ তাংখুনচৎখিবা॥

(মথং তাংখুন্না কৈথেল য়ৌরবদা কোনশাবী কৌবা)

তাংখুন - হো: ইমা কোলশবী হায়না ওলক কৌবা॥

কোনশবী - থরাইনু কৌবী চনুরা ১গা, মশু মবেন লোকমাই অমা মাঙদা থারগা পোৎ চৈ হাপ্পগা পোৎফম ফম্বা॥

কোনশবী - থরাইনু কনানো অমা লাউরিবসিবো॥

থরাইনু - খঙদে ইবেন মরাং মরাংবা অমা লাকএ:॥

কোনশবী - আ: পরি কনানো ? ইমা ইমা হায়না কৌরিবা পারি মদম মানবা নহাকপু কনানো ? ইমাবু কৌববু করি হায়নিংবা লৈবগে ইমাদা হায়য়ু॥

অংখুল - ঐ: ইমা লাইরেম্বী মাপন্না কাবা, কৈথেনদু অসি ওইপিবরা?

কোনশবী - মান্নি পারি॥ লাই মাপন্না কায় হায়বা কৈথেল হায়বদু, ইমানা ফল্লিবা মফম অসিনি॥ ভাইখো পারি মফম মানবা, ইমা ব্রা অমা হংগে॥ পোইরৈ কৈদগী লাকপা করি লমদা পানবনো ইচানা মৈতৈ তমদা লাকপদি করি অপাম্বা লৈ, ইমাদা শেংনা নপাও তম্মু ইমা আগে॥ হায়য়ু হায়য়ু ইমাদা ?

অংখুল - এ: মৈতৈ ইমা ঐতি লোইপী চীঙতগী লাকপিপনে, অদুকা ইপা মীতৈ নিংথৌকী মনাক্তা চংদুনা মাকী থবকশু খরা শুপিপাকো অদুকা মীতৈ কৈথেন্দা চৎপিকে লাকপা কো॥

কোনশবী - ব্রাখল - ঙসি ঐগী ইনাক্তা লক্লিবা লোইবি চিংমী মচাশি ঐবু খংহৌদনা, মাগী চেংলৌশি উবদা খঙহৌদনা তুজুং মাঞ্জুংবা পোকই॥ খঙহৌদনা খোমলাং ইনৌ হুল্লি॥ ঐবু নহাননোংগী লাংওন অমবু নিংশিংলকই॥ মাগী চেংলৌ অশি য়েংলগা হায়গদৌবা ব্রাবু অকাউ পরৈ চল্লুরে॥

কোনশবী - পারি ইবুংঙো নংবু ইমাগী লোকমাইদা লৈরিবা পোৎলমশিংশি ইচাগী অপাম্বা য়াউদবরা ?

অংখুল - হো ইমা ফনেক্কী ফিপান্দা হাপপা হিগে কুমলং হায়বদু য়াউবিপা ওইপরা ?

কোনশবী - পারি ইবুংঙো, ইমানা পাইরিবা অসিনি॥ ইমানা কুম অমা চংনা ফৈবাক্তা খুৎনা তাদুনা তাদুনা নাইবা হিগে কুমলং হায়বা লংদো অসিনি॥ ইমাগী ইবুংঙো॥

অংখুল - উম য়েংপিকে ....... হো ইমা মশিকো ঐকী মতুগী ফনেক্কী ফিপান্দা হাপ্পদা ফজবা ওইগেরা ইমা॥

কোনশবী - ইমাগী ইবুংঙো য়াম্না ফজবা ওইগনি ইমাগী ইবুংঙো॥

তাংখুল - হো ইমা কোনশবি চপ খুদোপতি য়াউপিপা ওইবরা ?

কোনশবী - হো য়াউরিয়ে, ইমাগিদি করিশু বাংপা লৈতে॥ ইচানা হেক অপাম্বা মখৈ লোইনা য়াউরি পারি॥ সে সে অসিনি॥ (পীবা)

তাংখুল - এ: অসিশু য়াকেরা- হো ইমা চপ চাপিবা ওইয়ে॥ হো ইমা অমশু বাংলেনে আ: করি হায়শিরা এ: এ: লাকএ: হো ইমা উমমেন হৈ (বামেন হৈ) হায়পকো: অদুশু পামমে য়াউপিপা ওইপরা ?

কোনশবী - ইমাগী পারি, ইচানা হায়বা হৈ অদুগী মওংদি ইমা পিগে অদুবু পারি ইচানা হায়রিবা হৈ অদুদি তাইবং মীতম হৈনি, হৈ অদুগী হৌফমদি লংমাইচীংগী হায়থরকপা ফৈবোমচীংগী চীংলক্তা পানবনি, ইমাগী ইবুংঙো॥

অংখুল - এ: অদুদি ইমা তরেৎ শেঞ্জাশু য়াম্না য়াউবিদে, কয়া লৌগেরা?

কোনশবী - ইমাগী ইবুংঙো ইমাগীদি মমল নাইদে, ইচানা পিনিংবা খরানা অদুম য়াগনি॥

তাংখুল - নুংঙাইয়ে ইমা পুকফবি অশে অশিনা য়াপিরো ইমা নচানা পিবা তরেৎ শেঞ্জা অসিনা ইমাগী ইরমসি বাংতা পাদবা পোংশিৎ চাশিৎ ফবা, ম্না লনগৈ, লুপা লনগৈ লোইমোম ফৌগৈ লিংবা ঙম্বিবা ওইপিয়ো॥

কোনশবী - কদায় কদায় পারি ইবুংঙো ইমানা লৈরিবা লম অশিশু চাকহোং ঙাহোংবা নুংঙাই য়াইফবা খুঞ্জাউ লৈচাউবা পারি পুম্নিবা ইমোম নুংশাংবা চাদা নাউদবা পী, পা কায়নদনা নুংঙাইনা পানহৌরগে॥ পারি নংশু ইমানা পীরিবা পোংলম অদুনা নহান নোংগী লাংওন মশক খঙদববু খঙনবা ওইরো, পোম্বী চেক্লা মপাং কায়নরম্বশু চেক্লা শকখঙমিন্নদুনা পারি শুক্তানা, ইমোম শোইদনা লৌরি য়ুম্ফম খঙনা পাল্লুরো॥ অদুবু পারি নঙবু ইমাগা চেংলৌ শকখঙনখিশি, নঙবু পোকপা পম্ভৌগী কোলোই তাকলমখো, নঙবু পোকপী পলেমগী মিংশু তাকলমখো, পারি নঙগী নমিংনা করি কৌই॥ ইচানা পাল্লিবা লমগী মমিংশু ইমাদা তাকলমখো, পারি নঙনা তাক্তরবদি ইমাগী নাক্তগী চৎখিবা য়াখিরোই শেংনা হায়য়ু পারি॥

তাংখুল - উম: ঐগী মশকশি খঙনিংপা কো ঐ হায়পীতবশু ইমাগী মবুক্তি উন্বী মনুং শাউকনি॥ তাক্তবদি য়াদেকো মখোয় চীংমীশি মবুক ফত্তে হায়কনী হায়পিকে ইমা॥

শিকপলোন্না - ইমা ইবেম্মা হা পলেমগী চেংলৌ শক্তম মানবীও: ঐবু পোকপা পম্বৌগী কোলোয়দি হুন্দুং খুল্লাকপা লানথাবা কৌই॥ ঐবু পোকম্বী পলেমগী কোলোয়দি - হুন্দুং লানথাবী, "লীশি লিনম্বী কৌ" নপারী ঐগী ইমিংনা নম্বা চরুলেন তাংখুল হুইথোক পাখং কৌই॥ নচা ঐনা পানবা লমদি হুন্দুং খুলেল হায়না কৌই হা পলেম ইমাও॥

কোনশবী - আ: হা: নুংশিদা পারি ইবুংঙো, ইমানা নহান নোংগী ব্রাবু লৈবনা ইমানা খঙনিংদুনা পারি নংঙোন্দা ইমানা পাউহংবনি॥ লাংহে কুমজা খুদিংদি ইমানা ইচাবু ঙাইবনি॥ পারি ইবুংঙো কুমজা কুমজা খুদিংগী, ইমানা পারি নঙবু লাক্লিফাওবা, ইমা কৈথেন অসিদা ইচাবু ঙাইদুনা লৈরমগে পারি নঙবু লাঙহে কুমশিং থাকাউদনা ইমাগী নাক্তা লাকউকো॥

তাংখুল - হোয় ইমা লাকপিবা ওইগে, নুংঙাইনা পানবিও: ইমা: নচাশু অমুক চৎপিবা ওইগে। (অসি হায়রগা তাংখুল চৎখিবা) (লৌ য়ানফমদা চঙবা)। মশি তাংখুন থোকপগী মতাংদা হাপকন্দা মতাংনি॥

মথং তাংখুন্না পোৎ লৈরগা হনখিবা -

তাংখুল - কোনশবীদগী কুহি কুমলং, চপপা খুদোপ, উম্মেনহে লৈরগা অমুক নুরাবীনা পাম য়াল্লিবা মফম তান্না হনখিনি॥ তাংখুন্না নুরাবিগী মনাক য়ৌবদা নুরাবী খুলং ৭ কা পাম য়ান্দুনা লৈরমগনি॥ নুরাবিনা লৈবিরকউ হায়না তপ্পা পোৎশিংদু শিন্নগনি॥ তাংখুন্না চয়োম মু দুনা চাগনি অমসুং পুকয়ুশু থক্তোক্কনী॥ য়ু ঙাউদুনা পাম য়ানগনু হায়গনি নুরাবীগা ইপা লৌনি, ইপু লৌনি হায়না খৎনগনি॥ মতাং অসিদা নুরাবিনা ইপা লম্বু হায়না কৌবদা শলাইলেন শিদবনা পারি ইমোম ২গী শরি ব্রাশক কাইখিনি হায়দুনা লম্বু ওয়না শাফোঙখিবনি, লম্বু শাদুনা ব্রাতেমবিগনি॥ লম্বুদি তাইবং

মপুনি (মসি তাংখুন্না পোৎ লৈবা লোইরগা, পাম য়ানফমদা নুরাবিগা খংনবা মতুংগী য়ানি॥

লম্বু - ভাইখো... ভাইখো, পারি ইমোম অনীমক অশাও পরেদি হঙ্খিল্লু॥ ইপানা য়া হংগে নবুক শেংনা তম্মু॥ ইমোম চনুরা নত্তনা ইপাগী ইপুগী লৌফম্মী হায়বা অদুগী অশেংবা খুদম করি লৈ, নত্তনা অখত্তবদু ইপাদা তাকউ॥

নুরাবী - ইপা লম্বু হাইপিকে, ঐগী ইপানা নাহান উক্রোং হোংঙৈদা শন্দং লাবা৭কী মচি ৭কা, নুংমু শিদ নাদবা য়াউবা খাউয়াই অমগা লুপাগী হাংজে ১গা ফুমখিবা, খরা তোংতক্না লৌরি ২গী ময়াইদা লৈরিবা অসি য়েংবিয়ু॥

তাংখুন - এ: ঐকীশু হায়পিকে ইপা লম্বু॥

লম্বু: - হায়য়ু হায়য়ু পারি মতম মানবা, ইচাগীশু কারি কারি খুদম লৈবা ইপাদা শেংনা হায়য়ু॥

তাংখুল - হো: ইপা লম্বু, ঐগীশু নাহান ইপানা উক্রোং হোংঙৈদা পুখম শেঙ্গা ৭কা ম্রাগী য়াইখু অমগা, লৌরি অনীগী ময়াইদা খরা কুৎতক তৌনা, ককই ইচুম থোকপা চোৎ চোৎ লাওনা লৈরিপা অসি য়েংপীও:॥ অদুদা নত্তনা ঐগী য়াই ৭ অমসু মাঙোন্দা লৈপিপনে॥

লম্বু উম মসিশু চুম্মী॥

অদুদি ইমোম চনুরা ওইবী, পারি হাউবা মাগী য়াই মরুম ৭ অদুদি মফম কদাই কদাইদা থম্মী, ইপাদা ময়েক শেংনা হায়য়ু ইপা খত্তগে॥

নুরাবী - লৈতে ইপা নিংথৌ, মানা শিদবা য়াদে হায়রগা ঐনা তাকপিগে ইপা লম্বু॥

মাগী য়াই মরুম অমদি, নহাল থাংজিং মরম খৈদা খোয়য়ুম লাংওন পুথোকলগা, মাইগৈ ভাক্কনি হায়দুনা চৎখ্রে॥ য়াই মরুম অমনা য়াংপুরেন মরমখৈদা খোইয়ুম লাংওন পুথোক্লগা মৈরম মাইগৈ ভাক্কনী হায়দুনা চৎখ্রে॥ অহুমশুবা অদুশু চীংখৈ পাংবা মরমখৈদা খোইয়ুম লাংওন পুথোক্লগা চীংখৈ মাইগৈ ভাক্কনী হায়দুনা

চৎখ্রে॥ ৪শুবা য়াই মরু অদুশু কৌব্রু মাইকৈদা খোইয়ুম লাংওন পুথোক্লগা মাইকৈ ঙাক্লনী হায়না চৎখ্রে॥

তাংখুল এ: ৫ শুবদি কতাইদা চৎখ্রে॥

নুরাবী ৫শুবা য়াই মরুমদি কো - কোরৌ নোংদোন থক্তা খোইয়ুম লাংওন পুথোক্লুনা কোরৌ নোংদাইখরে॥ য়াইমরুম অমনা মালেম লৈখানুংদা মালেম লৈতাইখরে॥

তাংখুল অমা ব্রাৎলি ইপা লম্বু।

নুরাবী অমা ব্রাৎপা অদুদি - মাবু পোকপা পম্বৌগী খোঙগুন লিগনী মালেম কোইনা থিরুনি হায়না পাইখরেনে ইপা লম্বু॥ অদুগা ঐগী য়েনপী অমা লৈবশু মাকী পামদা, অদুম চংদুনা মরুম কোকপা মানা অদুম চাথোকপকো॥ ঐগী পামদা খোংদ্রুম থাবশু মাকী পামদা মরী চৎতুনা অদুম পানবা মানা হেক্লুনা য়োনথোকপা খোংদ্রুম হ্রানপা শকথিপা॥

তাংখুল - এ: হায়কনো ঐগী মবুক অসি শাওএ: ঐকিশু য়েনপা অমা লৈবকো, মাকী পামদা অদুম চংবা মানা মচাক পিদুনা অদুম কৌপা॥ ঐগী ওকপী লাপাশু মাকি পামদা অদুম চংবা হ্রানপী শকথিপি শাউপিএ॥ (অশুম্বা খৎনবদু তরাগা লম্বুনা ব্রাতেম্বা।)

লম্বু ঙাইখো ঙাইখো ইচানুপা ইমোম নঙশু তারো ইপা ব্রা হায়গে॥ ইপানা অশুম তাবদা ঐনা ব্রাখল অমা লাম্বা ফংই॥ ইমোম চনুরা ওইবী নংগা, পারি মতম মানবা নখোই অনী নিংঙাই শংদানরগনু অশাও পরৈ হঙ্গিন্নৌ॥ নখোয় অনীশি নহান নোংদা চিংউ লাংওনমিন্নশি খোইয়ুম শাইয়োনমিন্নশি হায়না শরিনখিবা ব্রারমবু অকাউ পরৈ লৈবনা ঐগী অওইববু ওইরমলোইদ্রা হায়বগী চিংনা পরৈ লৈবনা ইমোম নংগী পুক্লিংবু খোইরাংবনি॥ হৌজিক্তি নখোয় অনীগী লাংওন পরৈ মশিং শুরে॥ লাংওন পরৈ হল্লসি॥ ইমোম নংবু শেল্লোই নিংথৌ লংমাইকৈনৌ চীংশোম্বগী মমোমলোই তাংখুল শারম নুরাবী লংমাই ম্না চিংচরোইবী নত্তবরা?

নুরাবী - মান্নি ইপা লম্বু॥

লম্বু - পারি মতম মানবা পারি নংবু হুন্দুং ললথাবগী মপারি তাংখুল লুইথোক শারম পাখংববু নত্রবরা পারি॥

তাংখুল - মান্নি ইপা লম্বু করম্না খংব্রা।

লম্বু - এ: ঐনা খঙবদি ইচা ২গী খৎনবগী বারীদগী খঙবনি॥ ইপা ব্রা হায়রগে পারি, ইমোম অনীমক মুম্না তারো, শে শে নখোয় ২গী নহাননোংগী লাংওনবু ইপানা লাংওন ৭।৭ পু শাফোংবিরগে, তারো পারি॥

✱ (১) ইপারি নঙগী অহানবা লাংওনদি নোংপোক অরিবা য়োইরেনপা কৌনা লাংওল্লি॥ (১) ইমোম নঙনা য়াই খুতোন হায়না লাঙওল্লি॥ ২শুবদা পারি নঙগী লাংওন্দি নোংপোক অচিবা চোথে লাকপা কৌনা লাংওল্লি॥ ইমোম নঙনা নোংমাই তাংকানুবী কৌনা লাংওল্লি॥ ৩শুবা লাংওয়া পারি নঙনা নোংপোক কোলু অপানবা কৌনা লাংওল্লি॥ ইমোন নঙনা নুংপোক পাছোইবী কৌনা লাংওল্লি॥ ৪শুবা লাংওন্দি নুংপোক চুংথাং খেলেনবা কৌনা লাংওল্লি॥ ইমোম ওইবী নঙনা - আপাছোইবী কৌনা লাংওল্লি॥ ৫শুবা লাংওন্দি নোংপোক নাহাকপা কৌনা লাংওল্লি॥ ইমোমনুবী নঙনা নোংপোক বাইরম অপাম্বী ওইনা লাংওল্লি॥ ৬শুবা লাংওন্দি পারি নঙনা নোংপোক নোংলেন হনবা কৌনা লাংওল্লি॥ ইমোম চনুরা নঙনা হাউরৈমা শম্বুবী ওইনা লাংওল্লি॥ ৭শুবা লাংওন্দি - পারি নঙনা নোংপোক শারম পাখংবা নম্বা চরুলেং কৌবনে॥ ইমোম নঙনা লংমাইম্না চীং চরোইবী তাংখুল নুরাবী ওইনা শাইওনবনি॥ অসি মরম লৈবনা পারি ইমোম অনীমক চিংন পরৈ লৈরগনু, নখোয় অনী পুন্না ইবুংঙো ইবেম্মগী খালৈ লৌ অশিবু খুঞ্জাও লৈচাউনবা, চাকহোং ঙাহোংনবা, পারি পুন্সীনবা, ইমোম নুংশাংনবা, লোইমোম ফৌবান চাউবা, পারি শুক্তাবা, ইমোম শোইদাবা পা নাম্মা তাদনবা, পি নাম্মা তাদনবা ম্না লনকৈ, লুপা লনগে, লোইমোম ফৌগে, লিংদুনা লৈবাক মরা তপ্পবা খালৈ লৌ য়ানমিন্নারো॥ ইপাশু ইনুংলেনদা হঞ্জিল্লগে॥ তাংখুল নুরাবী ২না হোয় ইপা ইপানা হায়বা য়াবগে॥ (অনীনা য়ানবা)

তাংখুল - নুরাবী হোই ইপা লম্বু অনীনা য়ানরদনা পাম য়ানমিন্নবা, খুলং ৭কা লোয়ননা হো য়াগ্লো. হে য়ানশে অশুম লাউদুনা পাম য়ানবা অমসুং খোইনা চিকপা মতাং অসিদা তাংখুন্না মৈবা চিংদুনা মৈ পুথোকপা, মৈখুনা খোই তাম্ছোকলগা খোই লোকপা অমসুং খোইবা কৎপা অমসুং খোইরা চারুবদগী তাংখুম্না খোইথি ফাইবা।। অসিগী মতুংদা অমুক লৌ য়ানমিন্নদুনা ফৌ হুনবা, লৌ লিংবা, কাম্বোংবী লাউবা (কাম্বোংবী হৌরো, নচা ননাই চিংখৎ থাঙ্গৎতুনা লোইমোম ফৌবান চুম্না পাল্লো, কাম্বোংবী হৌরো হৌরো ।।) অশুম লাউবা ফৌ লোকপা অমসুং ফৌ কাবা, ফৌ কারগা জগোয় শাদুনা তাংখুল নুরাবীগী থৌরম লোইশিনবা।। (মথংদা মাইবনা ঐগ্নী লাইরোল শকপা)

- তাংখুল খুনগুম্বগী মরোল খরা - তাংখুন্না খুনথোকলকলগা অহানবা মাইগৈ ৪মক্তো তেনা কাপলমদাইদা লাইমাঙদা শালাও লাল্লা ওবা লাইমিং "(নোংদোন থক্কী লাইয়িংথৌ, স্না কোনদুম য়াইমরু, শিদ হিদাক য়াইরংচান, চিরেন য়েৎলোম থংবদা স্না য়াইগা চনবা, চিরেন ওইলোম থংবদা লুপা য়াইগা পানজন হুকপা, লোইবি চীংশাং নাপোম তরাতরেৎতা (১৭) মরল খৌশা তম্বা চৎলা নুংশিৎকুম্বা ফমলা নুংগুম্বা নশেক ৭ শেৎথরিবকউ, নঙান ৭ ঙানথবিরকউ, নহাদে নিপাদে তাংখুল শারম পাখংবদে হি: হি: হি: হি: হি:)" অশুম লাউগনি।।

- (১) হুন্দুংদগী চৎখিবনা শিংকাপ লমদম থেংনরে।। শিংকাপ তুংওইনরগা, শোকপাউ থেংনরে।। মশিশু তুংওইনরগা মপিথেল হৈরোই পোকপী চীংজেন থেংনরে।। মশিশু তুংওইনরগা শিখোংদি লমহামপাৎ লমলেন তবুংবী লমদম থেংনরে।। মশিশু তুংওইনরগা ককয়াইলম্বী শমলকলে।। মশিশু তুংওইনরগা লংমাই নিরুবরা নিরুচীং শেল্লোই হাগবরা হাদচীং, লংমাইচীংবু কারকলগা শংগাই য়ুম্ফম থেংনরে।। মশিশু তুংওইনরগা খল্লোং লমদম থেংনরে।। মশিশু তুংওইনরগা লফুপোকপী লমদম থেংনরে।। মশিশু তুংওইনরগা থোংগ্রাংবী লমদম থেংনরে।। মশিগী মতুংদা (লাইবুং য়ৌগনি হরাউলিবা লাইবুংদা চংলনি)।। অশুম্না খুনগুমগনি।।

## লৈমরেল লাংওন কোনশবীগী ৱারম খরা

হন্দক্কী কোনশবী হায়দুনা খ্বাই লৈচোন কৈথেন্দা, লৈমরেল্লা লাংওন অমা পুথোকলগা কৈথেল পোৎফম ফমদুনা ঙাইহিরিবা অসি থোইদোক্লা পোৎ য়োনবগী মওং নৎতে।। নহান তাইবং মপুনা মালেম লৈশেম্নবা তাইবং খুনশেম্নবগী পাগী শক্তম অমা, পিগী শক্তম অমা পুথোকলগা তাইবং মীওইবগী চানা থক্লবা মরু মরাং উঁহৈ-ৱাহৈ, মনা-মশীং, মরোই-মপাং, হৈরাং-লৈরাং, অখাবা, অথুম্বা, অশাবা, অশিনবা, অফকপা, ওইনম্বা, অয়াকপা, হিংগাইনম্বা, ইচম চম্বা, মুন্না চাবা মরম ১০৮, শংনা চাবা মরম ১০৮ পুথোক্লবা অমসুং য়ুম্বান কৈবান তম্বীদুনা, চাদা নাওদা তম্বীনবগীদমক শিল্লম শিনথা কয়া কয়া পুথোক্লবগীদমক লাংওন ৭।৭ পুথোকহনখিবা, মপারী মমোম অনীগী লাংওন মতমবু শুরকলে হায়বগী মপারীবু ঙাইবনি।। করম্না শকখঙনগনি হায়বগী খুদমদি - পারি মহাক্লা কোনশাবী ঐবু থিরকপা, "কুহি কুমলং, চম্লা খুদোপ, উম্মেন হৈ থিরক্লবদি ইমোম মাগা, পারি মাগা উন্নরে, লাংহৈ কুমশিং লাংওন শুরে, খঙলগে হায়বগী পোৎফম ফম্বী শাদুনা মচাবু ঙাইবগী লিকখুন্নি।। শকখঙনবগী মওং খরা - কোনশাবী অমদি মশুনুপী থরাইনুগা পোৎ য়োল্লি।। তাংখুল - ঐনা ঙসি অশুম লাকপশিদা মাঙদা উরিবা ইপানিংথৌনা তাকলিবা লাইরেম্বী ৯না কৈথেন কাই হায়রিবা খ্বাই লৈচোন কৈথেল হায়দু অশি ওইরমাল্লে, অদুদি ইমা কোনশবী কৌদুনা য়েংগে।। হো: ইমা কোনশবী হা: ইমা কোনশবী হো: ইমা কোনশবী হায়না ৩লক কৌবদু মথক্তা লৈখরে।।

## ঙম্লি লাইরোল

মথক্তা থমজখিবা লাইরোইগী পোৎচংদা য়াউখিবা থৌরিদু পুথোক্লগা লাইকৌনা থাফম অদুগী অকোয়বদা নুপারোমদগী মীশিং য়ামদ্রবদা চঙ তানবা নুপা ১০, নুপী রোমদগীশু চঙ তানবা নুপী ১০, মীশিং ২০ অসিনা কোয়শিল্লগা থৌরি অদু লৈপাক তাহন্দনা পাইগনি।। করিগুম্বদা খঙহৌদনা লাইগী থৌরম লৌইদ্রিঙৈদা লৈপাক তারবদি, খুনকায় লৈকায় থোকল্লি।। ফৎতবগী খুদম্লি।। অদুম তৌরবদি খুদক্তা মাইবনা অনম অথৌ কোক্কনি।।

লাইগী মমাঙ মপা চানা নুপা ১গা নুপী ১গা অতেক অকায় লৈতবা ইমুং অমত্তগী পি-পা ওইবনা, শরিক পুন্দুনা থমলিবা শরিক্তগী লেমলিবা

ফিজিন অদুনা ১না নুপাগী খুদাংদা পুনগনি॥ ফিজিন১না নুপীগী খুদাংদা পুনগনি॥ শরিক পুল্লিবা নুপা ১শুং নুপীদু লুহোংদুনা লৌনা য়েক পোক্লনা ১শুং তেক্কে কায়দবা মী ওইগনি॥ মশি লৈবাক্কী, খুঙ্গংগী, লৈকায়গী ১শুং মালেমশিগী ফনবনি॥

ঔগ্রি চোংবা হৌরবদি পায়রিবা থৌরীদু থাদোকপা য়াদ্রে॥ পায়বগী মওংদি নুপানা ওয় থম্ভবা খুৎনা উপশিনবা, খুৎ য়েৎনা লোংনা থৌরিদু পায়গনি॥ নুপীনা খুৎ য়েৎনা উপ্না, ওইনা লোঙনা পায়গনি॥ অউপ অরোঙসি কায়বা য়াদে॥ অশুম্না নুপা নুপী মশিং চপ মান্নগনি॥ তুমা কায়বা য়াদে॥ লাইরোল শকপা হৌদ্রবদি, খোঙখুৎ লেংবা য়াদ্রে॥ করিগুম্বদা কাঙ তুমিৎ তিন্না চিকপদা ঙাকথোকপিনবা, নিপারোমগী কাং হুম্নবা নুপা ১, নুপীরোমগী নুপী অমনা হঙ্গৎ হন্দা চৎতুনা কাংতিন্নচিংবা চিক্কনবা ফি অমনা হুম্বীগনি॥ ঔগ্রি চোংবদা য়াউরিবা মীশিংদু নোংমা বাৎলিঙৈদগী মশক খঙনা ঔগ্রি চোংবা য়াউবিয়ু হায়নগনি ১শুং শাহেন ঙাহেনগনি, চাকমাং চাবা ফিমাং শেৎপা, নুপী নুপা ফমদিন্নবা য়াদে॥ অসিগুম্বা য়াদবশিংশি য়াওরবদি ঔগ্রি চোংলিঙৈদা লাহৎকল্লি॥ মশা চোকথৈ, য়েংবা নুংঙাইতে॥ অঙাও অফৈগুমনা তৌই॥ মশি য়ারিমাইশ শেংনা অচুম্বা পরমদা লাইগী, খুলগী ১দি লৈকায়গী ফনবগী হায়জনি॥

ঔগ্রি শকপা হৌরমদাইদা অমাইবনা ময়ামগী মফমদা শোয়বা য়াদবা, শোয়রগা ফৎলোইদৌবা ৱাফম ময়াম অমবু মরম শেংনা তাকপীগনি॥ হন্দক্কী লাই হরাউবা হায়বগী মতাংদা খ্বাইদগী লুবা ১শুং খ্বাইদগী ফবা কান্নবা খুল্লাও লৈচাউবা মরম খুদিংগী অফবা য়াইফবা থৌরম্নী॥ অশি খঙনা "মাইবশু, মাইবিশু" থৌরম অদুদা য়াউবিরিবা মীওইশিংশু য়াম্না পুক্রিং লৈতানা থৌরম য়াউবিগনি।

হৌজিক ঔগ্রি হৌরগনি - শরিক পুল্লিবা পুল্লিবি লৈমা পিবা ২দু লাইয়িংথৌ লাইরেম্মগী অনীগী মমাঙ চানা লেপহনগনি॥ অমাইবনা হো লাইয়িংথৌ লাইরেম্মগী মপারি মমোমশা ঔগ্রি লাইরোল শকপা হৌরশি খোঙখুৎ লেঙবা য়াদ্রে কো হায়না লাউবিগনি॥ ঔগ্রি হৌদ্রিঙৈদা হুইথি-য়েম্বি য়েন্নগী থৌরম লোইথোকপা য়াই॥ হুইথি, য়েম্বিগী ৱাহনথোক্তি হুইথি - তাইবংপানবা মপুদগী হুইথরকপা মিওইবগী থানবা য়াদরবা য়েন॥ য়েনথি - তাইবং হকচাংগী পোংশক অদুবুনি॥ ৱাহৈ অমনা অশুম্না হায়বা য়াই॥ শিদায়াই য়েপসে, নাদ-য়াই য়েপশে॥

মাইবা আ: হোইরৌ হৈয়া, হোইরৌ হয়া, হোইরৌ হৈয়া, হৈয়া শোয়ে হৈয়া শোয়ে হৈয়া শো॥ ঈংশো, ঈংশো, ঈংশো, হে হুপ, হে হুপ, হে হুপ অসি শকনী॥

মাইবা ঔগ্রি কোল্লো এ:॥ অসুম্মা মাইবনা লাউবদা ময়াম্মা "হঙ্গেন কোল্লে" অশুম খুমগনি॥

মাইবা ইরম লমলেন মদাইমদা মাদংমদুবু কোললো এ:॥ ময়াম হঙ্গেল কোল্লে খুমগনি, মাইবনা কোল্লো ময়াম্মা কোল্লে খুমগনি॥

মাইবা কংলৈয়োন্দা পুংময়োন্দা কোল্লো এ: ॥ ময়াম কোল্লে খুমগনি, কোল্লো লাউবা খুদিংগী॥ ময়াম্মা হঙ্গেন কোল্লে হায়না খুমগনি॥ য়োয়ময়াইবু তাউদনববু কোল্লোএ:॥ তাউরোইলাইবু আঙানববু কোল্লোএ:॥ মালেমখৈবু লাংজখৈবু কোল্লোএ:॥ সনা তোনবু থোম মতোনবু কোল্লোএ:॥ থবিরেংবু শেংগোয় লেংবু কোল্লোএ:॥ অপানববু চারংশেনবু খোইবুং শেনবু কোল্লোএ:॥ নোংশামৈবু নোংপোক লৈমমচাবু তৌরিং লৈমচাবু কোল্লোএ:॥ মালেম মহৌ লৈরাই পাংগা নিংথৌ চনুবু কোল্লোএ:॥ পায়মগিদি লিনগোয়গীদি কোল্লোএ:॥ পলেম শিল্লা পীথাং শিল্লা নাউয়োকমৈবু কোল্লোএ:॥ মপন লোনবু কোরৌ নোংবু খোনবা চনুবু কোল্লোএ:॥ মালেম লুম্বা চনুবু লৈবু লুম্বা চনুবু কোল্লোএ:॥ ম্লাগীদি লিনগোয়গীদি য়োয়ম য়াইদি তাউদনবদি কোল্লোএ:॥ নুমিৎ ওল্লবদা ঈমি ওল্লবদা কোল্লোএ:॥ থবি চায়রবদা দোলাই চায়রবদা, মিরেল চায়রবদা, চেপ্পা লয়রবদা কোল্লোএ:॥ হেমপা থারবদা মাদা থারবদা কোল্লোএ:॥ লোইজিং লুমলবদা চীংজাউ লুমলবদা কোল্লোএ:॥ য়োয়ম য়ায়দি তাউদনবদি থবি লৈজহনখিশনো কোল্লোএ:॥ হয়িঙৈবু কোল্লোএ:॥ মালেম হৌঙৈগী লৈগ হৌঙৈগী কোল্লোএ:॥ পোইরৈ শেমঙৈগী লৈগা শেমঙৈবু কোল্লোএ:॥ ওংলৌতোন লৌথিবনা কোল্লোএ:॥ পুক্লুং থাগী হবাই থাগী থাংপাক থাগীবু কোল্লোএ:॥ এলাং লামলবদা মতা লামলবদা পুক্লুং ওল্লববু মীতম ওল্লববু কোল্লোএ:॥ মহয় অঙ্গো পাল্লববু কোল্লোএ:॥ শামুদোন অয়াংবনা পুকলিবু হবাইলিবু কোল্লোএ:॥ মরিলেদা নেৎথৎলেদা মরা বায়গী

নেথং বাইগীবু হৌনখিয়ে কোল্লোএ:।। ওংলৌতোন লৌখিবনা কোল্লোএ:।। য়ায়বী হৌরে মনুং হৌরে কোল্লোএ:।। তিললাং শাওরে মখোয় শাউরে কোল্লোএ:।। শামদোন অয়াংবগা ওংলৌতোন লৌথিবগা কোল্লোএ: হাওমুক্করে লেংফায় চল্লেদা কোল্লোএ:।। মোংবা য়েৎলে তাজিন য়েৎলেদা কোল্লোএ:।। শমদোন অয়াংববু হুন্না থুরে কোঙ্গোয় থুরেদা কোল্লোএ:।। লা'জন লৌরে সীগা লৌরে কোল্লোএ:।। শমদোন অয়াংববু মশা কক্লা মরেং কক্লা বারক থৌপাউ তমখিয়েদা কোল্লো এ:।। মতু ফোয়রে মকোয় ফোয়রে মরাং ফোয়রে কোল্লোএ: খোয়নৌ মৈবু মরাং মৈবু কোল্লোএ:।। লাংজেং শৎনা কোংবা শৎনা কোল্লোএ:।। লৈশৎ চীংদা চীংলাংমৈদা কোল্লোএ:।। শবাচীংদা তুকেনবা চীংদা কোল্লোএ:।। মরাংচীংদা কোয়কোয়চীংদা কোল্লোএ:।। থাংজবগা মরাহনগা কোল্লোএ:।। ওংজাবগা চীংমবগা কোল্লোএ:।। মযোম্বীগা অবাংবিগা কোল্লোএ:।। ঔগ্রী থাংদা থাঙমৈ থাঙদা কোল্লোএ:।। লাওজন বাইনা লিতোন বাইনা কোন্নরস্মে কোল্লো:।। মকোন থোক্কীবু কোল্লোএ:।। হংগেন কোল্লো, হংগেন কোল্লো, হংগেন কোল্লো।। ময়াম হংগেন কোল্লে।।

মতাঙ অসিদা মাইবনা ময়ামদা হায়গনি।।

মাইবা - "হো লাইয়িংথৌ লাইরেম্মগী মপারী মযোমখোয়।।"

ময়াম "হাউ" খুম্বা।।

মাইবা - হৌজিক্তি খোঙ খুৎতি লেঙবা য়ারে।। অদুগা থৌরিদি থাদোকপা য়াদরি কো।। মসিগী মথংদা মাইবনা ঈশৈ হল্লগা ময়াম্না খুমদুনা থাবন চোংবগী খোঙথাংদা চোংদুনা ঈশৈ খুমগনি।।

"ঈশৈ"

মাইবা - লিকশারী লিকশারী, লিক্তা লিকশা, কুন্দো পরেং, লৈরেল খুজি, সনা চোমলাং, লিক্তা লিকশা, কুন্দো পরেং।। কৌথেম্বী, কাউনশে।। কৌনা মতোন বাইনশে।। শং শংদো, শংদোবিনে, শংদোফা।। বাইনৌশে।। বাইনৌশে ।। চরোং লাংমৈ, বানৌশে।।

কে কে ক্রেক মো মো য়াঙ্গোয় শম্বা শাউ শাউ, তোকপগা কাম্বগা, কৈগা য়েনগা কাউনবা, য়েনখোং ফংতে চাশিল্লো॥ লাইগী য়েননী চাফদে॥ (মখা থৌরায়মি কোনগনি॥)

## থৌরায় মি কোনবা

ঙসিনা লাইরেন, নোংজাদা (কালেন থাগী ৭নি পানবা কোরৌনোংজা নোংমাইজিংদি নুমিৎনি, চিংউবা লাইরোই নুমিৎনি, ঈয়োংনা শংদিং ককলনী, ইঙুয়লিনী লৈকাইচিমী) মফম মতমগী হোংগনি॥ (নমুনা মুমখোং খুদিংগী, পারি ইমোম, পলেম্মা পম্বৌ, নমুনা মীপুম খুদিংগী, চিংউবা কংলৈ শুমাঙদা, থৌরায় মাবু কোল্লগে॥ মীরেন্দা মাশু কোল্লগে॥ হেদা থৌরায় ৫মক মিগা থাগা ৬মক॥ কোরৌথক্কী কোনথগে, মালেম্মা খাগী কোনখৎকে নোংপোক লমগী কোনশিনগে, নোংচুপ লমগী কোনশিনগে, অৱাংলমগী কোনশিনগে, মখালোমগী কোনশিনগে, থৌরায়মাশু মশিংশু মিরেন মাশু মশিংশু, হেদা থৌরায় ৫মক মিগা থাগা ৬মক তাইবংগী হকচাং কয়াৎনুং থৌরায় নঙবু, কোল্লগে মিরেন নঙবু কোল্লগে, থৌরায়নুংদা চঙলেদো, মিরেল মাশু চংলেদো পুখ্রি অমা লৈরমলে, শঙ্গোম্মা লাইজা পুখ্রিনে, স্নাগী থম্বাল শাৎলিয়ে, লুপাগী থম্বাল শাৎলিয়ে, থৌরায় ঈরু শাশেংলে, মিরেল মাশু য়াউজরে, স্নাগী থম্বাল য়েৎনা পায়, লুপাগী থম্বাল ওয়না পায় খোয়দৌ থম্বাল লৈয়োনথক স্নাগী তাংবল মথক্তা লুপাগী শেকপিন মখাদা হয়ি হয়া অনীনা স্নাগী ফম্বাল লাঙলিয়ে॥ হোয়রৌ ইপানা হোইরকপা হয়া ইমানা য়াবিরে হয়ি হয়া অনীদা স্নাগী থম্বাল লুপাগী থম্বাল কৎচরে॥ খোয়দৌনা মখা খুদোন অনী মখায়দা স্নাগী কাকোক লুপাগী কাকোক লৈরিয়ে॥ স্নাগী হাংজৈ লুপাগী হাংজৈ॥ অনীনা স্নাগী কাকোক হাংলেদো লুপাগী কাকোক হাংলেদো থৌরায় মাবু চংলেদো, মিরেল মাশু চঙলেদো, থৌরায়না নংগী নওংদি হংঙোয়না তাংশাং মওংনি॥ মচুনা স্না ফিগেনি॥ থৌরায় নঙগী নমিংদি নোনা নেনা উতা পিয়া য়াপি হায়না কৌইদো॥ মিরেলনা নঙগী নমিংদি মিরেল্লা তোম্বা মিরেল্লা শাম্বা, মিরেল্লা নানম্বা, মিরেন থৌয়াংবা তোংঙারাবা মিরেল্লা মুবা কৌইদো॥ স্নাগী কাকোক মখুম খুম, লুপাগী কাকোক মখুম খুম, স্নাগী শোজৈ, লুপাগী শোজৈনা লোল্লেদো, থৌরায়না ময়োল চোংলেদো, মিরেল মরা রাইরেদো॥ মতাং অসিদা মাইবনা ময়ামদা হায়গনি "তো পাইয়িংথৌ লাইবেম্মগী মদাইরেম॥" (ময়াম "তাউ" খুম্বা)

হৌজিক্তি থৌব্বায় মিরেন মাবু তোই তোই তোই, মি মি মি, কুক কুক কুক, রি রি রি, কোন কোন কোন ৩লক হায়রগা তিল্লাং ৩লক য়োৎশিল্লশো॥ থৌব্বায় মমিং তাকপা ১দি তিল্লাং ৩ য়োৎশিনবা মতাংদা লোইশিনবা য়াই॥ মাইবনা থাবল খোঙচোং থাগনি॥ কুমথেন থেন নাকুম থেন থেন অশুম্না থাগনি॥ অদুগা থৌরি লোক্কনি॥ খুদম অসি মথক্তা শকখিবা অদুগী মতাংদা থৌব্বায়কোনবগী মতাংদা শৈশক অশুম্না য়াউবা য়াই॥ শৈশক্তি তোয় তেক হায়না কৌবদি তেকপী মাবু কৌদেয়ে॥ মনুগী থৌব্বায়বু কৌবনি॥ কুক কুক হায়না কৌবদি॥ কাইরৈ মাবু কৌদেদো মোনুগী থৌব্বায় কৌবনি॥ মি মি হায়না কৌবদি মোনুগী থৌব্বায় কৌবনি রি রি হায়না কৌবদি তাইবংগী থৌব্বায় কৌবনি॥ কোন কোন হায়না কৌবদি কাউরেন মাবু কৌদেয়ে॥ থৌব্বায় মাবু কৌবনি॥ থৌব্বায়না নংগী নমিংদি নিংথিখোং হিংনাইবা কৌইদো॥ মসিগী মখাদা থৌব্বায় মমিং হাপ্পা (হায়বা) মশক তাকপা অদুগা শম্নবা য়াই॥ অশুম্না থমজগে॥

অশিগী শৈশকশি লোইবগা থৌরী লোক্কনি॥ থৌরী লোক্কনি ১শুং শরিৎ লিংকনি॥ শরি হনগনি॥ লোইরগা নুপাগী পরেং ১, নুপীগী পরেং ১, পরেং ২ থোকলগা॥ লাইলোমদা মায় ওনশিল্লগা তিনহুক পাওশা ঈশৈ শক্কনি॥ মাইবনা ঈশৈ হান্না শক্লগা ময়াম্না খুমগনি॥ মথক্কী শরিৎ লিংপগী মওংদি থৌরী লোকপা লোইরগা লাইদা থৌরী কৎলুরগনি॥ ময়ামদি খুৎ শম্নদুনা লৈখিগনি॥ থৌরী কৎলুরগা ময়াম্না খুৎ শম্নরিবা খুৎ অদু নুপাগীনা মাইবনা শরিক পুল্লম্বা নুপা অদুগী মখুৎ অদু মাইবগী খুৎ য়েৎনা পায়গনি॥ মাইবিনা শরিক পুল্লম্বা নুপী অদুগী মখুৎ অদু মাইবিনা মখুৎ ওইনা পায়গনি॥ অশুম্না পরেং অদুগী মনুংলোমদা চপ মান্ননা চৎলগা নুপা নুপি ২গী তাইনবা অদুগী মরক্তগী লিংপা হৌরগা নুপানা নুপারোমদা, নুপীনা নুপীরোমদা মথং মথং শরিৎলিংকনি॥ (লিংথোক্কনি) অদুগা মাইবনা শরিৎ লিংশে হায়বদা, ময়াম নুপা নুপীনা মরিৎলে হায়না খুমগনি॥ অশুম্না হায়রগা খুল্লগা লিংপনা শরিক পুল্লম্বা পুল্লম্বী ফাওবা লিংপা লোইবগা শরি হনবগী থবক তৌগনি॥ শরি হল্লমদাইদা নুপাগীশু নুপা ২।২ মখুৎ পায়হনগনি॥ মমায় মমায় ওনশিন্নগনি॥ নুপীশু নুপাগুম্না মওং মান্ননা তৌগনি॥ অদুগা খুৎ থাদোক্লদনা লৈথোক্লগনি॥

মসি ওলক তৌগনি॥ মসিগী মতমদা মাইবনা শার হনশে হায়বদা॥ ময়াম্মা মহল্লে, হায়না খুমগনি॥ অসি লোইবগা ঔগ্রি হঙ্গেনগী থবক লোইরে॥ অসিগী মথাদা খেনচো পাউশা ঈশৈ শক্কনী॥

## খেনচোগী ঈশৈ

মথওলা পঙ্গখিবা লাইলোমদা মায় ওলশিল্লগা নুপাগী পরেং ১, নুপীগী পরেং১, পরেং ২ থোক্লা লেপ্লগা মাইবনা খেনচোগী ঈশৈ হনগনি॥ ময়াম্মা খুমগনি॥ মওংদি খোঙ ওয়না মাঙ থারগা নুপানা খোঙকাপ ১ লাইরোমদা কাগনি॥ নুপীনা খোঙ য়েংনা মাঙ থারগা খোঙকাপ ১ লাইরোমদা কাগনি॥ অমুক তুংলোমদা মায় নৈথোক্লনা (ওনথোকলোই) তুংহল্লা খোঙথাঙ (খোঙকাপ) ১ হনগনি॥ নুপীশু অদুম্মা তৌগনি॥ অসিগী মতুংদা নুপানা খোঙ য়েংনা মাঙদা অমুক থাং তুংদা অমুক থাং হন্দোক হঞ্জিন তৌগনি॥ নুপাগী মওং অদু মান্ননা নুপীসু তৌগনি॥ মাইবনা ঈশৈ শক্কনি॥

মাইবা - ঈশৈ খেনচোরে, খেনচোরে খেনচো লাংমৈ খেনচোরে॥ অচি চীরোং চীচীরোং হামেং খেনচো মখেনচো॥ খুয়োনও লৈখোংকায়॥ মোরিও লৈরানবী চেংগোয় লিকলাং ৱাইরংখু কোককায় মোইদাং অয়াংশা, হিথা থাংমৈ॥ অচোংশা থোয়দিংও মকেরে, কবোকও, মকালাম হংগামও মকালাম হঙ্গাম মুবা লিয়ো লিয়ো॥ ঈপুলোয় চনিংলোই নকা ঈকা খোঙইনলোয় খোয়নিংও ভুকথরো নাউবা ঐনা খুগুগে॥ হে নৌবা নশমদোন পুরুম পুরুম॥ লিখাও খাউ কাকয়েন খুজিন চু চু শগোন তোংবা কায়রম্বা নংবু তোংবা য়াংদেদা লমগী পানা খোংশাংবী নংবু শায়বা ভাংদেদা ঈমিং ঈমাং হায়রৌনা ঈখুৎ খুবাক হায়রৌনা অথিংকোরে॥ থিংকোরে থিংকো লাংমৈ থিংকোরে॥ লাইলেন পোকপা থিংকোরে॥ অশুম শকথবা য়াই॥ অসিগী মথাদা হান্নগী মওংদা অমুক লাইয়িংথৌ লাইরেম্মা ২গী তিল্লুক পাউশা শক্কনী॥

হে হৌ, হে হৌ, নে নে নে, নে নে নে॥ নহাশিংখোয়, পোংখুখোয়, হায়া ঙিখোয় খোয খোয় ইভা খোয় মুরাখোয়॥ হৌনশে, হৌনশে, য়োয়বু ৱাংগুম শুমাঙদা শিংগ্রেংনা মপাল শারেদো শিয়ৌনা ময়ায় কারেদো পশি লাংলোই অঙস্না নুংযাই চালিক ৱায়েনবা হা কৈদা তাগবা য়োয়বু ৱাঙুম শুমাঙদা তাররো তাররো ম্না কৈথেন নিংথৌবা পৌদু নুংপাক ৱায়েনবা হা কৈদা তাগবা

নোংপোক নৈমগী য়োয়বু বাঙম শুমাঙদা তাররে তাররে হে হে লাইরেম্মা চরৈ ফিগাও য়াররো॥ হে হে লাইরেম্মা হে হে কামরেংগা মানশে অঙৌবা খোইমোম তবংগা হৌনশে, হৌনশে হে কংদা লিহৌবা হৌনশে, হৌনশে লিরি লিরি পাউ থেম্বী খুবি শুনা লিবি রি কৌরোংশুনা লিরি রি খুজেং রাইনা লিরি রি, শরেল লাম্মা লিরিরি, য়েৎ ওয় লাম্মা লিরি রি॥ শানা রাইনা, লিরি রি লাংজন রাইনা লিরি রি লাংশঙ কুমশঙ লাকমা দোনবা খাসে মরৌদা অকুবা কুবিয়ো॥ পীমরোইবী পীজসো লিরি খুম পাউথেম্বী হে হৌ লিরি খুম॥ থিংকোরে থিংকোরে থিংকো লাংমৈ থিংকোরে॥ লাইলেন পোকপা থিংকোরে নিংথৌ খংশা মরারে॥ থেঙ্গ নম্বোল নোয় নোয হরাই থাংপাক মথংপাক চেংবী লোয়য়া মরোইয়া লমলোই খারোই খাচিকয়ে খজিক খাচাক খাচম চম॥ শিদা য়াই য়েপশে ময়েপসে॥ শিদায়াই লোকশে মলোকলে ॥ নাদা যাই য়েপসে ময়েপসে নাদা য়াই লোকসে মলোক্লে॥ কনাগী শানো য়াংকোক শানে কনানা ফাবা য়াম্বনা ফায়য়ে॥ কারিনা য়াংকোক শানোদা ইরমাশগী লাইয়িংথৌ, লাইরেম্বী অনীনা কোম্লিবা খুঙ্গং অসিগী (খুন মমিং হাপ্পা, লৈকাই হায়বা) য়েক্লবা য়াংকোক শানিদা লাইদা শরেল কংলসে লোলুক থৌরুক ফদি ফোংচিন মফোংচিন, য়েৎতুম হজিন মহজিন॥ হা নাউরা মখুল্লা ললহালবুংগী কাকফৈনা মানা হুমাই শাদরী॥ থোকফমদগী ঙমুনা খোইজু তোম্লোং চিনদরী য়ারৌদগী শাঙাইনা মচি কেক্রু থোক্তরী, কোংবদগী ঙাখানা পোলাং কানক নক্তরী, শুক্ল ৷ মপাল শাদরী, য়াংকোক্লা মহৈ য়ান্দরী, লালহাবুংগী কাকফৈদো মনা হুমাই শারেদো, থোকফমদগী ঙমুদো খোইজু তোম্লোং চিম্লেদো, য়ারৌদগী শাঙাইদো মচি কেক্রু থোকলেদো, কোংবদগী ঙাখাদো পোলাংনা কানক নকলেদো, শুক্লা মপান শারেদো য়াংকোক্লা মহৈ য়াম্লেদো হে পেম্মা নিংথবী খিংখিং লৌজশে পায়না খুদাপ পীনশে শাবি শানৌ পুম্নমক ইনুং শাঙপোক ইয়াশঙ চিংউগী মথৌ খল্লকপা খোয়ুমগী লালুপ কাজবা চিংউবা কংলৈ॥ মথৌবুং মিৎকী মখৈ য়েংনবা চিনগী মখৈ হায়নবা ঙসি মখৈ কোক্লরে কোকলে কোকলে, মকোকলে থিংকোরে থিংকোরে থিংকো নাংমৈ থিংকোরে লাইলেন পোকপা থিংকোরে কুমথেন থেন, নাকুম থেনথেন অশুম্না থাগনি॥

মখাগী হিঃ হোনবগী থৌরম মতাং লাক্লে॥

হিগী মরমদা থিজরকবদা, য়েৎনবা খরা লৈরে উশু য়ান্দরে॥ নুমিদাং উ য়ানবা ১দি উগী মরমদা থিবদা লাইরমলেন্দা য়াম্না অকায়বা লৈরমলে॥ হি শু হি পাম্ব্রা তাবনা কৎচদরে মসিগী মরমদা মখাদা মমুৎ তানা থমজগে॥

হি: জিং হিংরাউগী থৌরম অসি হৌরমদাইদা নাহাল লাই হৌবগী ঈকৌবদা য়াউখিবা মীশিং অমতা, অকায়বা য়াউদনা অরোইবগী থৌরম অসি য়াউবিগনি॥ মশি হৌবগা লোইবগা কায়বা য়াদে॥ মশি মমৈবুময়ানা চিকপা কৌই অশুম্না থম্বিরমই॥ করিগুম্বদা ঙমদদুনা নাবা নত্রগা তঙাইফদনা চৎতবা য়াদবা চৎথোকখিবা য়াউবা নত্রগা য়ুম মাংবনচিংবা য়াউবা থোকলবশু মশানা শেৎপা ফি নৎত্রগা ইন্নবা ফি লৌরগা নত্রগা লংলা অমতা ওইরবশু লৌরগা ঙসিগী লাইগী থৌগন্দা মহুৎশিল্লিবা নুপা নৎত্রগা নুপী অদুনা শেৎলিবা ফিদা কিশিনবিগনি॥ অদুগা থৌগন য়াউবগী ব্রাখল্লোন থম্বীগনি॥ মদু অশোয়বা য়াউখিবগী ঙাকথোক্লবা ইমাগী ইপাগী থৌগন্দশু, কায়দনবা ১সুং মপুং ফানবা অশোয় অঙাম য়াউদবগী খুদম্নী॥ অশুম্না মথং মনাও ঈকৌবগী মওংগুম মথং মথং থাঙ পায়বা থাঙপায়বি, মশিং ব্রাৎতনা, লাইগী মাঙদা লেপকনি॥ লাইয়িংথৌগী লাইপোৎ পুবনা লাইয়িংথৌগী মপাদা লেপকনি॥ লাইরেম্মগী লাই পুবী, থাঙ পায়বি, চোঙ পায়বিনচিংবা লাইরেম্মগী মপাদা, লাইলোমদা মায় ওনশিল্লগা লেপকনী॥ মাইবিনা লাইগী পোৎচৈ পীগনি॥ লাইগী পোৎ চৈ অমদি লাইগী থৌরম য়াউগদবা, য়াউগদবী ময়াম অদু মাইবা নৎত্রগা মাইবিনা তাইরেন পুংফাইনা নাহৈথোকপিগনি॥ অদুগী মতুংদা লাইগী পোৎচৈ শিন্নবিগনি (পায়হনগনি)॥ অসিগী তুংদা পোৎচৈ পায়বা লোইরবদা, হি: শানবা নিপা ৭, নুপী ৭না নৌগী মওংদা, য়েংতৌ চৈ লম খরা হেন্না শাংবা, অমমম পায়দুনা নুপা, নুপী মশিং চপ মান্ননা চঙতানা, চৈ অদু খ্বাঙমপাদা ফৈনা পায়দুনা য়েংতৌ অদু অমগা অমগা শমননা, হিংগী মওং শেমদুনা পায়গনি॥ অশুম্না পায়বনা লাইয়িংথৌলোম থংবা নৌ মতোল অদু, লাইরেম্মগী নৌগী মথক থংহনগনি॥ অশুম্না শেম্বা শাবা লোইরবা॥ মাইবনা লাইগী মমাঙ লাই ২গী মরক্তা লেপ্লগা লাইলোমদা ওলশিল্লগা, লাইগী শৈরোল শক্কনি॥ শৈরোল্দী মখাদা থমজগে অসুম্না শৈরোল শকপা লোইরবদা, অশাইগী নৌ শারিবা য়েংতৌদু য়ুংখৎলগা, নৌগী খুৎপায়দা পায়রগা লাইমাই ওহ্নোক্কনী

(লৈথোক্কনী)॥ ওনথোক্লগা মাইবনা লাইয়িংথৌগী পরেংগী মকোক্তা চৎকনী (মকোক চিংগনি)॥ মাইবিনা লাইরেম্মগী পারেং মকোক চিংগনি॥ শরিক খিংগনি, শরিক খিংনা খিংনা মকোক চিংদুনা চৎকনি॥ পেনা থৌগল তৌবশু পেনা খোংনা খোংনা, হিগারোল, লমমিন মরোল খোংদুনা চৎকনি॥ হিঃ শারিবা নৌ পায়রিবা, পায়রিবিশিংনা লাইগী তুংদা হি হোনবগী মওংদা চৎকনী॥ চৎপগী মওংদি লাইফমদুগী লাইগী শংলেনগী মাইওনগী মতুং ইন্না, লাইয়িংথৌগিনা থাংজিংলোমদগী চৎপা হৌগনি॥ লাইরেম্মনা কৌব্রু মাইগেদগী হৌগনি॥ অশুম্না চৎপনা লাইয়িংথৌগী মমাঙ নোংপোক থংবা মাইকৈ মমাঙ মপা য়ৌবগা লাইগী পরেং অদু লাইয়িংথৌগী পরেংনা মপান, লাইরেম্মগীনা মনুং চন্না থৈনদুনা চৎকনি॥ অশুম চৎপনা লাইমাঙ অমুক য়ৌরকপদা লাইরেম্মনা মপান, লাইয়িংথৌনা মনুংচন্না লাকপনা, অমুক নোংপোক থংবা মাইকৈ, লাইগী মমাঙ মপা হেক য়ৌবগা লাইয়িংথৌ লাইরেম্মা ২গী পরেং খাইদোক্করগা লাইয়িংথৌগী পরেংনা য়েৎলোমদা লৈথোক্লগা লাকপনা লাইগী মমাঙ য়ৌনা লাকপনা লাইমাঙয়ৌরগা অমুক ওইরোমদা লৈখৎলগা লাকপনা, লাইশুমাঙগী নোংপোক থঙবা, লাই ২ খাইদোক্লবা মফম অদু য়ৌনবা লাক্কনী॥ অশুম্না লাইরেম্মগীশু ওয়রোমদা লৈথোক্লগা লাকপনা লাইগী মমাংয়ৌনা লাকলগা অমুক য়েৎলোমদা লৈথোকলগা, লাইশুমাঙগী নোংপোক থংবা লাইগী মমাঙ মপা য়ৌবা ফাওবা লাকলগা লাইয়িংথৌ লাইরেম্মা ২মক চপ মান্নবা লাইমাঙলোমদা লৈশিন্দুনা (লৈশিন্নদুনা) লাইমাঙ য়ৌনবা চংশিনগনি॥ লাইযিংথৌনা লাইযিংথৌগী মপা চানা চংশিনগনি॥ লাইরেম্মগীশু লাইরেম্মগী মপা চানা লাইমাঙ য়ৌনা চংশিনগনি॥ অশুম্না চংশিল্লগা অমুক লাইয়িংথৌনা ওয়রোমদা, লাইরেম্মনা য়েৎলোমদা লৈখৎলগা নোংপোক থংবা অশাইগী লাই অনী লৈশিল্লকপা মফম অদু য়ৌরগা অমুক হান্নগী মওংশুম, লাইয়িংথৌনা ওয়রোমদা, লাইরেম্মনা য়েৎলোমদা লৈশিল্ললগা লাইমাঙ য়ৌনবা চংশিল্লগা, লাইমাঙ য়ৌরগা, মাইবনা হিঃ খামগনি॥ মাইবা - হো লাইয়িংথৌ লাইরেম্মগী পারি ইমোমলোয় "হিঃ খামশে" হায়না লাউরকপা মতম অদুদা হিরোইশিংনা পায়রিবা নৌ অদুগী মখোক অদু লাইলোমদা লৈবাক্তা শৌরগা হিঃ খামগনি॥ নৌ মতোন (মথক) থংবনা লেংবান্দা পৈথরগা শৌদুনা লৈবাক্তা নৌ মচিন্দু য়েশিন্দুনা হিঃ খামগনি॥ লাইপুবা লাইপুবী ২দি ময়ামগী মরক্তা চিংখৎলগা

লাইয়িংথৌ লাইরেম্মগী লৈয়োম য়াউবা ফি অদু লৌথোকলগা লাইয়িংথৌগী ইবুংঙোগী খোয়দৌ মপাদা থমগনি॥ লাইরেম্মগীশু অদুম তৌগনি॥ অদুবু অমাইবনা হান্না থৌগন য়াওরিবা পোৎচৈ পায়রিবশিংদু লাইনুংদা পুশিনগদবনিনা, তাইরেন পুংফাইনা চাইথোকপিগনী অদুগী মতুংদা লাইগী পোৎ লৌশিনবিগনি॥ পোৎ লৌশিনবা লোইরগা হিরোইশিংনা পাইরিবা নৌ অদু নুপাশু, নুপীশু লেংবান মপাদা থাংগৎলগা মাইগা মাইগা ওনশিন্নদুনা নৌগী মতোন অদু থেংনগনি॥ মদুবু নৌখোংব্রেন হানবা কৌই॥ মদু ৩লক থেংনরগা পায়রিবা নৌ অদু লৈবাক্তা ফৈনা থারগা ফমগনি॥ অসিগী তুংদা লাইদা কৎপা হৈরুক্নচিংবা ময়ামদা য়েন্থোক্নুনা পিজনি ১শুং মথক্তা ফোরমন কৎখিবা অদু মতাং অশিদা য়েনবা য়ারে অরৈবা মখে॥ (মশিবু হিরোয় চাক খাওবা কৌই) অশুম্না লাইগী থৌগল য়াউরিবা য়াউরিবি ময়ামশু পরেং চানা নুপা মখৈনা লাইয়িংথৌগী পরেংদা নুপীমখৈনা লাইরেম্মগী মপাদা পরেং চানা ফমগনি॥ হৈরুকশু মশিং শুনা য়েনগনি॥ অশুম্না হৈরুক চাবা লোইরগা, হিরোয়শিংনা হৌগৎলগা অশাই পায়রম্বা, নৌ অদু পায়রগা নুপা নুপী মায় মায় ওনশিন্নদুনা কং চাইনগনি॥ কংগী মওংদি চক্র খরা চাইথোক্নুনা শেমগনি॥ নৌশিংদু নুপানা চংতানা পায়রগা নুপীশু চংতানা পায়রগা লাইনুংলোমদা হনগনি, শানবা তান্নগনি ১শুং নুপাগী নৌনা মথক থংনা তাবদি ফৈ নুপানা কায়॥ নুপীনা থংলগা নুপীন কায়॥ অসুম থম্বিরমই॥ মশি লৌইরগা লাই নোংগনবগী থৌরম তৌগনি॥

## লাই নুংগাবা

লাই নুংগাবগী থৌরম তৌরমদাইদা, লাইশং মনুংগী লাইয়িংথৌগী লাইরেম্মগী মমাঙদা তৈথোক্লগা মৈরা ১, হৈ ১, লৈ ১ থারগা মাইবনা চিংউ ইবুংঙো খোয়ুম লাইয়িংথৌ ইমা ইবেম্মা খোইমোম লাইরেম্বী অনীবু নহান নোং (থা মমিং, নুমীৎ থবান হায়গনি) লোইদাম থাজা কালেন থাগী ৩নি পনবা, কোরৌ নোংজা ফবা, থবী চৈজেন্দা থাবা লালনংদবা, থৌবানমিচাক মখোঙ তেক্তবা, থাবা মশা তাদবা, থবি অচঙখন কোরৌ য়াইগা ফবা নুমিৎ (শগোলশেন) নুমিৎতা, চিংউ নতিক অহকপা, খোয়য়ুম ময়াই অচৌববু, শিদা য়াই, নদয়াইগা লোয়ননা কোরৌ নোংলোল ৯দগী কৌথরগা, মালেম লৈখারোন ৭তগীশু শিদয়াই, নাদায়াই, চিংখৎলগা, স্না কোনগা থা, লুপা কোনগা হন,

খৈয়োম নংগী পরিং হন্দুনা, নখুল খুনবী অচংবগী নুংঙাই য়ায়ফবা ব্রাৎতা পাদবা খুঞ্জাও লৈচাওবা থৌনিজগে হায়দুনা চিংউ নমিতম, পলেমগী শক্তম লাংজদুনা থৌনিজববু ঙসিগা থানা নুমিৎ শিংবুম ৯নি শুরে॥ চিংউ লাইরোয় তান, খোয়য়ুম লাইথৌ লোইরবা অসিদা পলেম পম্বৌ অনীগী নতিক, নয়াই হি য়াই ওইবা পুম্নমকপু নখুল খুনবুক অচংবগী নমু য়ুমথোং খুদিংগী, নমু মীপুম ব্রাৎতনা নুংঙাই য়ায়ফববু থম্বিরমলগা খোয়য়ুমগী নতিক নয়ায়, ঈং, ঈশিং, নুংশিৎ, কোরৌ, মালেম, থৌব্রায় ৫গী মশকপু মৈনা মৈদা, ঈশিং ঈশিংদা, নুংশিৎনা নুংশিৎতা, কোরৌনা কোরৌদা, মালেম্না মালেমদা হঞ্জিনবিরো, হনজিল্লসি হয়ি হয়া হৈয়মহায়রগা॥ লাইথোং লোল্লগা নৎত্রগা য়ুখল হায়থরগা (থাদরগা) পেনা খোঙলগা, মাইবিনা শরিক খিংলগা নোংগা ঈশে শক্কনী

## "নোংগা ঈশে"

শলাইলেন্না নোংথৌ কাগে হায়রেদো॥
আ: ইপা খৌবুবা পুররো পুররো॥
অব্রাং লাইনা পাংবদা, মৈরা চাউনা থান্দুনা
হুমলেল শৈয়াং থক্কুদা, মিংশেনগী মৈরানা ঙনবগুম
কোরৌ থক্তা কারশে কারশে দে,
কুমথেন থেন নাকুম থেন॥ অশুম থাগনি॥
হয়ি হায়া হৈয়ম হৈয়ম হৈয়ম
লাই লোইরে॥

## "হিংগী মরম তাকপা"

হি: গী মরমদা চাউরাকপা অহনশিংনা থম্বিরম্না খরা থমজরী। হি: নহাননোং হয়ি চক, হয়া চক, লাংবা চক, হৌখ্রবদা, হয়ি লাংবা কোন্না চক্কী মতমদা মালেম তাইবংপানবসি লাইজতরং হৌরকলবদা খোইয়ুম পুম্নমকশু লৈফম লৈরক্রুবা, নমু তাইবং মীওইবশু লৈফম লৈরক্রুবা ব্রাংলেন মতম অদুদা লাইশু মীশু ইমা ইমা লাউনা লৈরকলবদা, খোয়য়ুম শিদবনা মালেম লৈরেন হনবী ইমাবু য়েংলগা ব্রাহমলকখি॥ লৈমরেনবী নঙনা নংগী নিংশাগী ইহন্দগী ব্রাকয়ৈ হিবু চিংথোকলো॥ ব্রাকয়ৈ হি: মোম ওইরো॥ নংনা ওইরিবা

ৰাকইয়ে হি অদুদা, নমু তাইবংমী মখৈ পোখৎলো, থাংগৎলো॥ ঐনা ঐগী নিংশা ইহৎদগী ৰাকইয়ে হিবু চিংথোকলগে, ৰায়ে হিৰাবা ওয়রগা, খোইযুম লাইযম্ পুম্নমক ঐগী ইনংগন্দা পোরগে॥ ঐখোয় অনিনা খোইযুম মিৎ চাননা ৰাকইয়ে হিদাংনগুম লাইজ তরংথক অসিদা অৱাং লাইনা পাংবা চাংদেন যৌনবা, ৰাকইয়ে হিদন নরশে হায়না হিগাখিবা অদগী পান্দম লৌরগা॥ (হরাউলিবা লাইগী মমিং ১শুং খুলগী মমিং হায়রগা) ভসি ইবুংঙো, ইবেম্মগী কংলৈ শুমাংদা, ইখুন খুনবুং অচংবগী পারি ইমোমশিংনা ৱাকইয়ে হিদায়গে হায়রইভনে॥ হিঃ হিঃ হিঃ হয়া চিংথোকলে॥ মাইবনা - "হি শমাই লৈরশে" হায়রগা লাই পুবা পুবিনচিংবা লাইবুং লোমদা মায় ওম্বোক্লগনি॥ অদুগা মাগী মাগী মফম চানা চানা লৈহল্লগা ইকৌবদা চৎপগী মওংগুম হি হোনবা হৌবগনি॥

## "হিগী ঈশৈ" মাইবনা শক্কনি

মাইবা - হি: ও: হি: ও: হি: নংবু হোন্দেয়ে॥ লাইয়িংথৌবু হোনবনি॥ হি: ও: শমদে করেংঙা করেংঙা ময়াম্না হিং হিং খুমগনি মাইবিনা অমুক খুমগনি (শক্কনী) মাইবী - হি: ও: হি: ও: হি: নংবু হোন্দেয়ে॥ লাইরেম্মা ইমাবু হোনবনি॥ হিও: শমদে তরেংঙা তরেংঙা॥ মাইবা - খুঙ্গাওনবা হোনবনি॥ লৈচাউনবা হোনবনি॥ পারি পুঙ্গিনবা ইমোম নুংশাংনবা হোনবনি॥ পারী শক্কনবা, ইমোম শোয়দানবা হোনবনি॥ হয়ি মিংলেন শোন্দুনা, হয়া মিংলেন শোন্দুনা শিদয়াই নাদ য়াই পুদুনা ও: ও: ও: লংগা হিহোল্লে॥ "চোথে কুমলংশিবিনা, কুম্বি চানৌ কোয়াং চাদুনা হো হো লাংগা হিহোল্লে॥ লাপোং শিংপোং পুদুনা, লাপোং ৫, পুদুনা, শিংপোং ৬ পুদুনা ও: ও: ও: লাংগা হিহোল্লে॥ দে অশুম্না শকলগা মথক্তা হিগাবগী মওং তাকখিবা অদুগী মতুং ইন্না হি খামগনি॥ হান্নগী হি শাবা ১শুং উয়ানবগী মরমদা খরদং থমজগে॥ হন্দক্কী হি শানাবা উ অসি চয়েৎনবা খরা লৈবনা উ অশি, হন্দক্কী হবাউবা লাইরিক অসিদা থমজদরে॥ মরমদি, খুম্নাই অশিগী ইনাৎকী চৎনবিদা, থিজরুবদা চিংউ লাইরমলেন্দা, লাইগী মনাক নকপা অমদি থৌগন চংবা য়াদবগী মরম হায়বদি লুৱাংগা, লুৱাংগা চারৌনবা অমা॥ পাখ্রা লুখ্রাদি লাইগী থৌগন চংবা য়াদে, অশুম্না অখণ্ড অহৈশিংনা থম্বিরি॥ উ অসিগী মরমদা থিজরুবদা, লম্মাং তুহাংগী চারৌ মৌরৌ ওইনা থেংনজে॥ অসিমশু লাইগী থৌগন্দা একায়বা লৈ হায়না থক্কী অহৈশিংনা থম্বিবি অমশুং হান্নগী হি

শারবিা উনিংথৌ ওইনা শাইওনখিবশি মপা মশক তাক্তবদগী (খণ্ডদবদগী) ব্রাফম ওইনা থেংনজে॥ মশি মপা, মচা শকখণ্ডনদবগী শকখণ্ডনরকপগী নুংশিবা ব্রারী অমা লৈবগী, হারাউবগী থৌরমদা হাপচিনখিবগী ব্রাফম ওইনা তৌই॥ অমনা হি অশি লুব্রাংনিংথৌ পুক্সিবনা হান্না শাই হায়না থপ্পিরি॥ অদুবু নৌদি, মোইরাংগী নৌ, নৌতোনপাক, নৌচিনতুম লাইজমহিশোক হায়না মোইরাংগী নৌবু পুশিল্লকই॥ অদুনদি হিশি মোইরাংনা হান্না হি পুথোকপগী খুদমশি নৌদগী লৌজবনি॥ লুব্রাংগীদি অব্রাংবা মফম (লমদা) দা লৈবনিনা ঈশিংগী থোইনা অব্রাবা লৈতে॥ মোইরাংলোমদী ঈশিংগী চিথফম্লীনা মোইরাংনা হেন্না হিগী মথৌ লৈরম্মান্নে হায়না থমজরী অমসুং হন্দক্কী লুব্রাং পুনশিবগী হি শারোন অসি, লাই হরাউগী থৌরমগদি মরী থোইনা লৈনদবারা হায়না থমজনিংই॥ লাই হরাউবা অণ্ডনবগী মতমদদি হি, য়াউরম্বগী ব্রাফম থেংনজদে অশিগুমদোমদে॥ লাই হারাউবা হান্না হৌদোকখিবসি ঐখোয়না থেংনজবদা হৈয়ুম অতিয়া য়াইবিরেন শিদবনা, হয়িচক্কী চহি ২৫ শুরকপদা, য়াইবিরেন শিদবনা হারাউবা হৌখি॥ পাথংবগী মচা প্রত্নংবনা লুচিংদুনা, হারাউবা হৌখিবা নিংশিংদুনা মথং মথং হারাউখিবনি॥ অমনা তিংলি ব্রাফোংবা ১ লাবা নোংলৈফাবা, লাইমী ২অসিনা উমংলাই হরাউবা হৌখি॥ ব্রাফম অসি নোংইলনু পাথুপ পুয়াগী লা: ৫দা য়াওবনি॥ অমশুং পুদিনগী লা: ৩৬৬ শুবদা ইদুনা মরম শুগায়না তাকলি॥ অশুম্না থেংনজে হায়না থমজরী॥ মরম অমনা মীওইবগী তাইবং হকচাং অসিনা ব্রাকয়ে হিগী মশক ওইরগা, হি অসিবু হোনবদি তাইবংমপুনা হিশিবু হোল্লি॥ অমশুং তাইবংগী অরোইবা মতমদা নহান নৌব্রা মীতমণ্ডেগী পলেম পিবুক নুংগী নাউফম অদুনা হিগী মশক (পান্দম) ওইরগা খোয়রীনা নৌ ওয়রগা থৌব্রায়গী মশক ওইরিবা নিংশানা হিরেলগী মশক ওয়রিবা তাইবং হকচাংশিবু হোল্লি ॥ অসিবু লাই নোংকাবা (নুংগাবা) কৌই॥ মসি অরোইবা পুক্সিচেংজেন লোইরবদা (ব্রাকোকলোন থিলেন, থম্মোই য়াংতোই শেক্লিং পোম্বীলাং) পুয়াদা অশুম্না থম্বীরমই ॥ লাই হরাউবগী লাই নোংগাবা হায়রিবা অশিনা নহান লাই ঈকৌবা হায়দুনা ঈশিংদগী থৌব্রায় মিকৌ তমখিবা খোয়মুমগী মতিক ময়াই, মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, লৈবাক, অতিয়া ৫ অমসুং থৌব্রায় মিরেল শাগৎতুনা তাইবং হকচাং শাদুনা তাইবং মীপোক তমখিবা মিরেল ময়াম অদুবু হরাউবগী লাইরোই নুমিৎতা

লাই নোংগাবা হায়বগী থৌরম অমা অমাইবা, অমাইবি, পেনা য়াউনা খুঙ্গংগী ১দি লৈবাক্নী য়াইফনবগীদমক পরম অসিবু থম্লম্বনি॥ অশিবু খুঙ্গংগী অমদি লৈকায়গী লাইয়িংথৌ, লাইরেম্মনা অরোইবগী নোংগাবগী থৌরম অসিবু, ইপা লাই ওয়বা ইমা লাই ওয়বীগী অরোইবা মতমদদি হন্না য়েংবদা কনা অমতা উবা ফংদে॥ ভগুাই ফদবা মী খরদগী ওয়না তৌই॥ মসি মীয়াম্না খরা খল্লববিনবা থমজরী॥ যাইফবা নিরমদাইদগী নিবগী অপেনবা লৈতে॥ অরোইবা মতম মচাগী মশক মশুগী মশক য়েংনিংবা উনিংবা মতমদদি উবা ফংদে॥ অসিব লাই হারাউবা, লাইবু থৌনিবগী কান্নববু করিনো॥ মতাঙ অদুদদি মাইবা মাইবি, পেনা শৈশকপা, লাই শেল্লুংবনচিংবা মীওই খরতগী ওইনা খল্লিবা অশিবু হবাউবগী কান্নবা কৰিনোহায়না মীয়ামদা থমজরী ॥ মতাঙ অসি মীয়ামশু য়াউবিগদবনি॥

## "লাইলোইবা মতুং লৈখোমবা"

লাই নুংগাবগী থৌরম লোইবা, লাইরোই নুমিংতগী নুমিৎ হুমনি (৩) নত্রগা ৫নি কোনবা নুমিৎতা লাইনুংদা থারিবা চনিং অমসুং অপোকপগী ১শুং লৈমরেল ঈশায়চক্পুগী হৈ-লৈ ফুক্নী (কায়গনি)॥ অদুগা ইবুংঙো ইবেম্মগী শক্তম শেমলিবা ফিলোন ১দি মাইথোং শিথগনি (লৌথোক্কনী) ॥ ফজনা লৌথোকপা লোইরগা ফম্বালগী মথক্তা পলেম পছৌগী শাগোন্নবা ফিজেৎ লৈতেংলগা লাইয়িংথৌনা নুপাগী মথক্তা ফমদেংগনি॥ লাইরেম্বীনা নুপাগী মথক্তা ফমদেংগনি॥ ইমা ইপাবু লেংগোলফি অমনা কোল্লগা থমগনি॥ ফি অমনা ফৈজুপকী মওংদা খ্বাং মপাদা কুপ্পুনা থমগনি॥ মাইথোংদি কুপ্পা য়াদে॥ ফিরুক খুমহৈদে॥ ইনুংলোন খুনুংলোন থিরুদবনা অমসুং খঙলুদবনা মাইথোঙ কুপ্পুনা থম্লম্বনি॥ মশি থিজিল্লুবদা য়ারমদরে॥ অশুম্না কুপ্পুনা থমলিবসি, কুমওন য়ৌদ্রিফাওবা থমগনি॥ মশি তৌদ্রিঙৈদা হৈ, লৈ ফুকপা লোইরগা, ফজনা শেংদোক শিংতোক্লগা, পলেম পছৌগী লৈহুন ১দি লৈঙাকলোনগী হৈহুন তমলগা, মাইবনা ফানখোং মখাদা মা, নুপা কোনয়াই হুনগনি॥ কোনয়াই অদু মানা মাঙ থাবা, নুপানা মাঙ থাবা য়েংগনি॥ অসিগী মমাঙদা লাইমাঙদা লাতোন ১ থারগা, চেঙ খরা হৈরগা, লফোয় চংথোকপা লাফাং ১, হৈ মনমনাইবা ১, ক্বা ১, মৈরা ১ দক্ষিনা ১ হাপ্লগা, অমাইবনা অনম অথৌ

কোক্কনী ।। অনম অথৌ কোকপা লোইরগা কোনয়াই হুনগান।। "চনবা য়াদে" চনবা হায়বগী বাহনথোক্তি শুমজিনবা, (লোইশিনবা) হায়বনি।। শুমজিল্লবদি খুন অদুদা লৈরিবা মীপুম খুদিং অনম এহা চুই।। অসি য়েংনা লাইগী থৌবম তৌগনি।। ফাংখোং ৪দি লাইলোইবা নুমিৎতা ফুক্কনী ১শুং লৈ খোম্বা নুমিৎতা ফুকপশু য়াই।। থোয়না অকায়বা লৈত্তে।। হবাউলিদুদা লাইগী লৈহুং ওম্বা ময়ামদু, লৈখোম্বা নুমিৎতা লোইনা লৌথোক্লগা, লৈহুনশিংদু অমতা চোইথোক্লো লাইশংগী ফমলেন্দা লাইয়িংথৌলোম থংবা য়েন্নখাদা ফুমগনি।। ১না চফুদা হাপ্লগা লাইনুংদা থম্বা য়াই।। থম্বদি ফমেন্দা থমগনি।। মশিনা খুনগী ১দি লৈকায়গী হরাউবগী থৌরম পুংলোয় লোইরে।। মুক্লা, কাংজৈ লমজেন কুম্মৈ কয়াদি, খুল খুলগী হান্নগী চৎনবিগী মতুং ইন্না চৎথগনি।। লৈ খোম্বগী থৌরম লোইখ্রে।।

## "লাই চৎলোন"

অতিয়া শিদবগী লাইচৎ নোংশাবা, চাখাবা, মার্জিং, লুবাংনিংথৌ, লাংপুম নিংথৌ, শম্মুম নিংথৌ, থবাইরেন (থোংভারেন) পোম্বী লুবাংবা শিংতাপুং, পোইরৈতোন খুনথিবা, পুদাংকোয়, নুংপোকপা, নুংকাংমহারাবা, চীংখৈ য়াইফুনিংথৌ, মহৌনিংথৌ, উতিনউকাং নিংথৌ, ঈপুমলেন, ঈতাউরেল, মকুরেল, থোংথোক কারন, অন্দ্রো লাকপা, চেংঙা, থবা, কৌব্রু, লাই ২৬ অসিনি।। মসি পেনা খোংবা এক্লা অপাবিদগী ফংজবনি।। কোঞ্জিন তুথোকপগী লাইচৎ কোংলৌলে অপানবা (পোংলৌলেন) পাখংবা, নাউহন অহানবা, খমলাংবা, মরানিংথৌ, তাউথিংমাং, য়াংকোইনিংথৌ, তুবুচীংনিংথৌ, অচিবা, থাংজিং, শেনত্রেং, ঈকোপনিংথৌ, অয়াপা, লৈকাচেং বানমুনবা, নুংজেংবা, নোংথিন চাইবা, য়াউ ভাইবা, কোংতিংলেল অসিনি।।

১। ইহৌ ইপু শিদবগী সাইওন, লাংওয়া কোনশেং তুরৈশেংবা স্নামহি পুথোকলে।।

২। অতিয়া শিদবগী সনতোকলকপা লাইচৎ।। কোনশেংতুথোকপা, ফুহিংশিদবা, শামুতোন, খাকপা পুরাং পুলৈলোম্বা, নোংপোক, শোরালেন, পুথিবা, লোয়া লাকপা, ময়ুংনহা, সলৈথেম্বা, স্নামতি, য়োইমোংবা, খোংনাংনিংথৌ, তাঙরোইলাই, কুপত্রেং, ভাউহুইরেং

অহনবা, খুম্মু তুংইন্নবা, ব্রাংথা মরোয়নবা, ব্রাইকোক্ শারিবা, লাইয়িংথৌহনবা, য়েংলাংবা, ব্রাংবা তংগোই নিংথৌ, সেপান খানা চাউবা, ব্রাংফুলেন (ব্রাংব্রেন) ব্রাখালাকপা, কৈরাউ লাকপা, খোংজিল লাকপা, অরোন নুংলোক নিংথৌ, ঈশিংচাইবা, নোংগাচেং, ব্রানডৌবা, নুংগাপাক (নুংকাংমহারাবা)॥ ফুহিংশিদবগী লাংওন লাইচৎতি ২১নি, ব্রাখৈ খরা মথকতা থমলম্মী মখা মোংবা হনবা, কৌবশু লৈমরোনশাৎ, কাম্বোংপুৎ ওকশু লাকপা, থোংঙাইবা, য়ুচেং য়ুহা, খোয়রিফাবা, কোরৌহনবা, লাই ৯ অসিনা খণ্ডনরিবনি॥ লাই ২৯ থানা লাই ৩০ শিনা, শিদবগী লাইমিং লাইচৎনি, লানবা য়াদে চেৎনা খংঙো॥ অশুম থম্বিরমই॥

- লৈশিরেল লৈপুনবী লৈমরোন শিদবীগী লাইওং লাইচৎ - মহাক্তগী লাইখুলেনবী (লাইখুলোংবী), নোংথাংলৈবা শৎতোকলে, মহাক্তা থানা লাই ৩ শুইয়ে॥ লাইচৎ লাইমিংদি : য়াবিরোক, হিরৈবা, য়াইলৈমা, (ইরৈমশু কৌই) হিকুবী, তবুংলৈমা (তরংলৈমা) য়ুমজাউ লৈমা, নুংথেন লৈমা, য়াউরৈবী, নুমিৎ লৈমা, উশোয়লৈমা, পেতংঙানচিংবা লৈমা, ঈরোংলৈমা, লোকলৈমা, নোংগা লৈমা, য়ুমলৈমা, খাংবা নোংদম, নোংখুল লৈমা, চীংথাংলৈমা, নোংখোং লৈমা, লাংজিং লৈমা, চীংঙা লৈমা, হৈপোক লৈমা, হীয়াংথাং লাইরেম্মা, (য়াইকুবী) ঈচুম লৈমা, চেঙলৈমা, অসিনা লৈমরেল লাইচৎনি॥

- নোংথাংলৈমনা মমিং ৮ থোক্লুনা মাইকৈ ৮ অমশুং মাইকৈ ১০ পুরিবগী মমিং মেলৈখোম্বী (নোংপোক), য়াইরেন খোম্বী (কৌব্রু), শংলেনখোম্বী (মখা), হিলেনখোম্বী (অব্রাং), নোংইনখোম্বী (চিংখৈ), মনিক খোম্বী (নোংচুপ), তরংখোম্বী (সম্বোং) কোরৌ নোংদোন্দা লৈরগা নোংথাংলৈমা, মালেম লৈখাদা লৈরগা লাইখুরেনবী॥ অশুম্না মাইকৈ ১০বু ঙাকপিরি অশুম থম্বীরমই॥

- নোংথাংলৈমগী লাইচৎ - পাম্বোইবী, তাম্বোংলৈমা, লেমথোং লৈমা, লৈতেং লৈমা, হৈনৌপোকলৈমা, চংনিংলৈমা, নুংগোয়বী, কোলোয়লৈমা, থুমলৈমা, ঙালৈমা, ফৌওইবী, য়োংলৈমা, ব্রাত্রেশিনহৈবী, কোলৈমা, খাকপা নিংথৌচনু ইমোইনু লৈমা,

পিথেংলৈমা, লেরা লৈমা লাইসন থানবী, য়াইবীলৈমা, পীথ্রাইবী (পিতাইবি) খোংম্রাইবী (খোংভাইবী), শরিক লৈমা, খাবি পুকোক চনু লৈকলাপিচা, থোংভাকলৈমা, শিদনুবী চবাংলৈম, পুকশ্রিলৈমা (খোম্বী), নুংখোং নুংনাউবী॥ থাম্বি ঈয়েংচেং মিনুলৈমা, নুংকেয়বী অসিনি, লানথৈদে অশুম থম্বিবমই।

- **লাইখুলেম্বীগী লাইচৎ** - লৈনাউ তাবী, লাইম্না, চিংনু লৈমা, থুমনুলৈমা, অহমনু, অরৈনু, খেরে লোংবম চনু তোন থাংনু, চেঙশৌবী, চরিক খোম্বী, শৌবোম লাইরেম্মা অসি লায়না তৌগনো চেংনা তৌও অরুবনে, লাই নুপী ৯গী মমিংনো খঙ্গো॥

- **খোয়রী ফাবগী লাইচৎ** - কোরৌহনবা, তাম্লোই লৈমা, খুল্লৈমা থম্বাল লাইরেম্মা, খুবোম্বা - চনিংলৈমা, নুংথেল্লৈমা (খুল্লৈমা), খোঙভাবা - চোথে শুনলেনবী, মৈরাবা - চীংভালৈমা, থৌবান নিংথৌ - খুল্লৈমা, খুনবুলৈমা, লাংপোক নিংথৌ - পান্থোইবী, শম্বুশংনিংথৌ শংত্রিক চনিংখোম্বী, ঈশিং চাইবা - ইচুম লৈমা, পনমনিংথৌ - শংত্রিক চনিংখোম্বী, অরোংনিংথৌ - শংত্রিক চনিংখোম্বী, খোরি ফাবা - অয়াং লৈমা, খোরিফাবা - চিংভালৈমা, ইরুম নিংথৌগী মমোমলোই, খোবিফাবা থাইনুরেম্বীগা লোয়ননা শম্লোং য়ুমোইকোন্দা নিংথৌ ওইহন্খি (লৈশেমলোন অরিবা তশুবা শরুক)॥

- পান্থোইবীনা চিনবা লৈগী মমিং নুরা খুম্থোকলৈ, খুন্দোংলৈ, নুরা ফুদোংলৈশু কৌই॥

- লাইপুংথৌ ৯গী মমিং (১) ইরাউথেন পোংমিনবা, (২) পোইরৈ মোইরেং চাম্বা, (৩) খুং খুং অশিবা, (৪) লৈনুং থোংভারেল খোইরো লিখৎপা, (৫) নুংকাং মাহারাবা, (৬) লৈনুং খাবা (লৈনুং য়াচাখা) ১শুং তাউরোইলাই, (৭) নোংপোক লাই কৈরুংবা, (৮) অশিবা, (৯) কোঞ্জিন ভুথোকপা অশিশু মদোমদে॥

- লাইনুপী ৯গী মমিং (১) নুংম্বু তুমদ মাংদবী, (২) নোংপোক লৈমা, (৩) ম্না খোংনাংলৈমা, (৪) হৈরোং লৈমা, (৫) শিল্লৈমা খুম্থোংভানবী, (৬) লাইয়েক লৈমা, (৭) ফৌলৈমা চাকশৌবী, (৮) লৈনাওতাবী, (৯) মল লৈমা অহোং অচাউবী অসিনি॥

* লাইপুংথৌ ৯গী মমিং - লাইয়িংথৌ হনবা, খমলাংবা, য়োংবহনবা, চাখাবা, নাউহনবা, মুব্রানিংথৌ, লুব্রাং পুন্সিবা, মার্জিং, কৌবরেন ৯শীনী॥

## "ঈশিংদগী ঈকৌবা লাইগী মমিং"

* (১) কৌব্রু, (২) লোইয়ালাকপা, (৩) ব্রাংপুরেল, (৪) মার্জিং, (৫) থাংজিং, (৬) লাইখুলেনবী, (৭) পাখংবা (৮) ইরুমনিংথৌ, (৯) অয়াংলৈমা, (১০) শারাংলৈশাংথেম লাইরেম্বী, (১১) খমলাংবা, (১২) হংগোয়নিংথৌ, (১৩) য়াংগোয়নিংথৌ, (১৪) খোরিফাবা, (১৫) হাউবা শোরালেন, (১৬) থৌবান চুমব্রম, (১৭) লাইয়িংথৌ ঈশিংচায়বা, (১৮) লাইয়িংথৌ স্নামনি, (১৯) নাউথিংখোং, (২০) নোংপোক নিংথৌ, (২১) মোইরাং চাউবা - অরাইলৈমা,(২২) কোরৌহনবা, (২৩) নোংশাবা, (২৪) লুব্রাংনিংথৌ, (লুব্রাংপোকপা), (২৫) ঈকোপনিংথৌ, (২৬) পুলৈলোম্বা, (২৭) নুংগোয়নিংথৌ, (২৮) পুথিবা, (২৯) লাইব্রাংবা, (৩০) চীংখৈ য়াইফুনিংথৌ, (৩১) খোয়মোম লাইরেম্মা, (৩২) তুবু চীংনিংথৌ অসিনশু লৌদেয়ে॥

* লৈকংদগী লৌখৎপা লাইগী মমিং - ওক্লরেল, নুংগোয়নিংথৌ, শোরালেন, (শলাইলেন) নামুংবী, ঈনাংবুং অসিনি॥

* ঔগ্রী শকপা য়াদবা লাই - খোয়রীফাবা, মোইরাং থাংজিং, থাংগা চীংনিংথৌ, অসিনি॥

* নোংগাদবা লাই - থাংজিং, ওক্লরেল, চীংনিংথৌ, পোইরৈতোন, অয়াংলৈমা, অপোকপা, খোয়রীফাবা অসিনি॥

## "শরোই লুচিংবগী মমিং"

* (১) কৌব্রুগী শরোই ৬৪গী লুচিংবগী মমিং - কৌলু অচিবা কৌই॥

  (২) থাংজিংগী শরোই ৬৪গী লুচিংবগী মমিং - ভোবা কৌই।১

  (৩) ব্রাংব্রেনগী শরোই ৬৪গী লুচিংবগী মমিং - লংমুনবী (লাংঙনবী) কৌই॥

(৪) মার্জিংগী শরোই ৬৪গী লুচিংবগী মমিং - পশিপুকোক লানথাবা কৌই॥ অশুম্না অমাইবনা হ্যরাউবগী শরোই খাংবদা শরোইগী মকোক্কী মমিং কৌদুনা শরোয় চাকথাক পিগনি ১শুং নোংপোক, নোংচুপ, কা ৱাং কোরৌ মালেমগীদি শরোই মকোক্তি, মখাদা থমজরক্কে॥

**"য়েনহিং থাবদা শিন্নগদবা লাইগী মমিং"**

★ (১) থাংজিংগী য়েনহিং থাবদা শিন্নগদবা লাইগী মমিং থাংকোকলেন মৈনাইবা কৌই॥ য়েনদি অভাংবনি॥

(২) ৱাংব্রেনগীদি - খিলুমলেন মৈনাইবা কৌই, য়েনদি চেংগোয়নে, চেংগোয় হায়বদি মরিক মরিক লাংববুনে॥

(৩) মার্জিংগীদি - উলুমলেন মৈনাইবা কৌই, য়েন্দি অঙৌবনি॥

(৪) কৌব্রুগীদি - কুরুমলেন মৈনাইবা কৌই॥ য়েনদি অমুবনি॥ য়েনশিং অসি লাবা ঙাক্তা ওইগনি॥ য়েনহিং চানবা লাইকৌবদা ও: হারম হায়না কৌগনি॥ অদুগা মাইগৈগী মতুংইন্না মমিং হায়দুনা মাইগৈ তাইনগনি॥ লাইবুংগী খুনগী থাবদি হরাউলিবা লাই অদুনা শিন্নহনগনি॥ শিন্নবদি হারমদা শিন্নগনি॥ য়েনহিং চাবা লাইগী মমিংদি হারম কৌই॥ অশুম্না অহনশিংনা তাকপিরমই॥

★ লাইয়ামনা হরাউবা উরুবদগী চকপা হরাউবা হৌখি॥

★ শরোই খাংবা হৌদোকখিবা - কোরৌ নোংদোন অৱাংবা, নোংথৌ শোরালেন্না লাংওনবা॥ কাংলৈলেনগী মশাবী সৱাংম্না মহিরেনগী ম্না হাক্তক্তা, হিগোক কুমলংলেন্না হয়িচক্কী মতমদা হৌদোকলম্বনে অশুম্না ফংজে॥ শরোই খাংবা হৌদোকখিবা লাইরেম্বীগী মমিং - হৈপোক লৈমা - মোনশাঙবী, ললহাম্বুং লৈমা - হেমোইবী॥ লিৱা লৈমা - তেংগোন চাইবী॥ চীংঙা লৈমা - লালহৈবী॥ পিশুম লৈমা - শাফবী, লাংজিং লৈমা - তখেনবী, নোংমৈবুং লৈমা - অহোমনু ॥ ৭ অসিনা শরোই খাঙবা হৌদোকখি, অশুম ফংজে॥

★ হৈয়ুম এতিয়া য়াইবিরেনশিদবনা, হয়িচক্কী চহী ২৫ শুরকপদা, য়াইবিরেন শিদবনা হরাউবা হৌখি।। মথং পাখংবগী মচা প্রস্থংবন লুচিংদুনা, হারাউবা হৌখিবা নিংশিংদুনা মথং মথং হারাউখিবনি, অশুম্বা ফংজে।।

★ উমংলাইগী ব্রাহনথোক - উরগা খণ্ডলগা লৈরিবা তাইবং হকচাংগী পোৎ মপালদু (১) উম্বং মাপান কৌই, উম্বং হায়রগা, উ, ল্লা মাম্লা হৌববু নত্তে।। উরগা খংদবদগী লাইদি লৈবা, উদি উদবা মংওইনা খনবা হায়বদি উদবদগী মংওইনা খনবা।। মদুদগী লৌরগা উমংলাই হায়খিবনি।। মতম অমদা লাইয়াম খুন্দা হায়দুনা লাই ময়াম্বা খুলল্লিংদুনা ইরৈপাক এসিদা লৈরম্মী।। লাইগী মমিংশিংদি খজিক্তা মপা লাক্লা হায়রবদা।। কৌব্রু, থাংজিং, মার্জিং, নোংপোক, ব্রাংবপুরেন, লোয়য়ালাকপা, খমলাংবা, খোয়রী ফাবা লাই নুপা কৈয়া কৈয়া।। লাই নুপী কৈয়া কৈয়া মশিং খণ্ডদনা চিংউ লাইয়াম হায়দুনা লৈরম্মী।। লাইগা মীগা শম্লনা লৈরম্বগী ব্রারী, লাইরিক কয়াশু লৈরী।। মতমগী মতুংইন্না হৌজিক্তি মখোয়শিংদো উখিদরে।। মখোয়শিংদু মতম অদুগী মীনি।। হৌজিক মী হায়দুনা লৈরিবশিংশি।। মথক্কী লাইশিং অদুদগী শমথরকপা, চাদা নাউদা ঙাক্তনি, হায়বদা হায়মনবা থোকলোয়।। ময়াম্বা খণ্ডনরবা উনরবা ঙাক্তনি হৌজিক্কী লৈহৌরিবা মীরোল অসিগী ফনবা ১শুং চাউখৎনবগীদমক মথক্তগী হৌনা ইলাৎ থৌনি, লাইশোন তিনশোন কয়া কয়া থৌরম থৌরমগী মতুংইন্না থম্বিরমবদগী হৌজিক ফাওবদা চৎনরী।। মথক্কী পান্দম লৌদুনা, থৌনিরিবা পোকপগী শিবগী নুংঙাই য়াইফনবগী শাগে, শলাই শলাইগী লাইচৎকী মতুংইন্না খুনগী, লৈবাক্কী ফননবা থৌরম কৈয়া কৈয়া তৌরিবনি।। লাই লৈতে হায়বদি য়াদে, মদু খণ্ডদবগী হায়বনি।। অদুগী মতুংইন্না হরাউবা, অপোকপা নিবা, হিংলিঙে মতমগী থৌরম কৈয়া, পরম কৈয়া কৈয়া হৌজিকশু চৎথরি ১শুং চৎনরী।। অশুম্বা লৈতা খুন্দা অহানবা লাইবু ঐখোয়না থৌনিরি।। থৌনিরিবা অদুবু হরাউবা কৌই।। অশুম্বা খুন খুনবু কোনবা লাই ১শুং লৈকায়বু কোনবা লাই।। মতম অমগী লৈরমলবা (লৈলকলবা) ১শুং তাইবং ঐখোয়না ইপা ইপু লাইনি হায়না খুকম য়াখিবা অদু মতম ১গী খুম্ছোকলকপা খুন্দা অহানবগী খুদম ঙাক্তনী।। উমংলাই হায়না ঐখোয়না

হৌজিক শোন্নরিবা।। ঙাংনরিবা, থৌরম অসি নাহান মথক্কী লাই ওইগ্লবা ইপা ইপুনা, চৎথরমলবা লাইনিংলোল ঙাক্তনী।। লাইগী নিংথৌ কৈয়া, মীগী নিংথৌ কয়াগী মতমদগী চৎনরকলবা ঝাখল্লোন ঙাক্তনী।। অখণ্ডবা অহৈবশিংনা নুং ১শুং পান, ইনুংলোন, খুন্নুংলোন খায়না।। নুংলোল, পাল্লোন খায়না থম্বিরম্বা ঝারী, ঝা অরীবা, লাইগী লিকলম ঙাক্তা ওইনা থিরুরগা থেংনজে।। খণ্ডউদবা ঐখোয়দদি য়াম্মা লুই।। অখণ্ডবর্দাদ লাইরমগনি।। থিবগী লোইবা লৈতে।। তম্বগীশু লোইবা লৈতে।। অশুক্কী মতিক চাউই।। চিংউ মাগী পরমদি খজিক্তা পঞ্জবনি।। হন্দক্কী হরাউবা হায়বসি, য়াম্মা লুবা, মীওইবগী হৌরকফম থিবগী মরু হকলবা লাইথৌ ঙাক্তনী।। মরম অসিনা লাইগী থৌরম পুরিবা, পুরিবিশিং ইবুংঙোশিংনা ঐখোয়বু পাউতাক পিদুনা, লাইবু লাই ওইনা, মীবু মী ওইনা শিন্তাকপিয়ু হায়না খজিক্তা পঞ্জবনি ।। হৌজিক থৌরম পুরিবশিংনা খণ্ডবা য়াদ্রবা অহন্না থম্বিরম্বা ঝাফম খরা খরা মরক মরক্তা নিংশিংজগে।। অমাইবা অমনা খণ্ডবা য়াদ্রবা ১শুং মাইবিনা খণ্ডগদবা পরম মথক্তা থমজগ্রে।।

## ‘‘স্না মহিগী হক্তগী ওইখিবা’’

তাইবঙপনবা মপুগী পাওতাক্কী য়াথং মতুংইন্না ‘‘অশিবা’’ লাইয়িংথৌ ‘‘স্না মহিনা’’ মালেম শেম্বা লোইরবদা, মরুগী মফমদা তমলুরে।। লৈরোন ৯, নোংলোন ৯ শুগদবা মরোল অমা ঝাৎলবদা ।। নঙনা শেমলপদি লৈপাক চেৎনবা নহাক্কী হকচাংবু ‘‘হুং সেৎ’’ হায়না মালেম থক্তা চাইখাইরো তাকপিরে।। অদু তাবদা অশিবনা অশাইগী পরিং লাংশং ময়াইদা থুংলে।। মরুগী য়াথং মতুংইন্না মরুনিংনা লাইশোন ৩ (অহুমলক) শোল্লে।। (হুং সেৎ) হায়না মালেম থক্তা মহক চাইখাইরে।। হকনা মালেম থক্তা পোৎশক কয়া থোক্লা পোকখিয়ে (ওইখিয়ে)।। মবুক্লা নোংথৌ ওইয়ে।। মনম্মা মালেম লৈবাক ওইয়ে।। মিৎ য়েৎনা ‘নুমিৎ’ ওইয়ে ।। ওয়না ‘থাজা’ ওইয়ে।। মদুদগী ফুক কৎখিবনা থঝাইমিচাক খোমচোমনুবী, আপকমা ওইয়ে।। লিলথুপ ৩মক্লা ইম্ফাল, ইলিল, থৌবান তুরেল ওইরে।। মরুগী খোয়না পিশুম চীং ওইয়ে।। মমিংদি ‘‘চিপুকলেন’’ কৌয়ে।। খোম য়েৎনা ললহামপুং ওইয়ে।।

মমিং ''স্নাহিংবানশৌপুং'' কৌয়ে॥ ওইনা নোংমৈপুং ওইয়ে॥ মমিং ''পুংমিং লংবান নোংপুং'' কৌয়ে॥ নিংশানা নুংশিৎ ওইয়ে॥ মশিংখানা মৈ ওইয়ে॥ ময়ুং মফৈনা চীংমান অপকমা ওইয়ে॥ মহোপ্পা (মতোংনা) লৈপাক ফাইয়ে॥ শিনুংনা স্না চিং ওইয়ে॥ লুকংলা কংতুলৈ ওইয়ে॥ মকন মনুংনা নুংমু শিদবা অনী ওইয়ে॥ থবাক্লা ''থৌ'' নুঙ ওইয়ে॥ ''থৌ'' শিদবগী ফম্বিনে॥ খোংশাপিনা নিংউ ওইয়ে॥ মতু লৈবাথাবক্লা উ, বা অপকপা ওইয়ে॥ ময়ানা য়োৎ ওইয়ে॥ মরুনা নুং ওইয়ে॥ মখুৎ য়েৎনা শিংখা ওইয়ে॥ ওইনা শিংপোং ওইয়ে॥ মনাকোংনা উয়েন, বায়েন ওইয়ে॥ (অপকমা) থোপনা কোংস্রৌ মিশি ওইয়ে॥ মরিম্না নোংনাং কোরি ওইয়ে॥ মরিন মনুংগী মতাওনা কোরি পিথ্রাই ওইয়ে॥ মতিংনা শেন ওইয়ে॥ শিংলিনা হুপলা হারা আকপমা ওইয়ে॥ শম্না ক্রুশিং ওইয়ে॥ খুৎচিন্না চাক ওইয়ে॥ মনপনা শমুতিনহৌ ওইয়ে॥ মপানা তিংথৌ ওইয়ে॥ নাকোং মনুংগী তুনা নাপু ওইয়ে॥ নাকোং ওইগী তুনা নাশেন ওইয়ে॥ মিৎ য়েৎকী মশেক্লা পিচিংলৈ ওইয়ে॥ ওইগী মশেক্লা য়াইলুলা ওইয়ে॥ নাতোন য়েৎকী নুংগী তুনা শিদবা য়াই ওইয়ে॥ ওইগী তুনা নাদয়াই ওইয়ে॥ চিনবান মথক্কী তুনা নাউহিং ওইয়ে॥ খদাঙ মখাগী তুনা নোংলৈশঙ ওইয়ে॥ থবাক্কী তুনা লোইলং ওইয়ে॥ শেগ্রাক য়েৎকী তুনা উলিকশিবি ওইয়ে, ওইগী তুনা অমুলৈ ওইয়ে॥ খাগী শম্না (মুন্না) নাপি, শিংবি ওইয়ে॥ শৌজগী তুনা চাতালৈ ওইয়ে॥ তুলুমগী তুনা ইচুংলোই ওইয়ে॥ খুউগী তুনা লৈকলু লৈ ওইয়ে॥ য়েৎকী খোঙপিগী তুনা উহন ওইয়ে॥ খোঙতোনপিগী তুনা অস্ত্রৌ লৈ ওইয়ে॥ খোঙয়াইগী তুনা কাংহে ওইয়ে॥ খোঙনিংথৌগী তুনা পাখংবা লৈ ওইয়ে॥ খোঙনাওপিগী তুনা লিশিং চাইপা লৈ ওইয়ে॥ ওইগী খোঙপিগী তুনা উয়েনলৈ ওইয়ে॥ খোঙতোনপিগী তুনা ঈশংলৈ ওইয়ে॥ খোঙয়াইগী তুনা কোক তানলৈ ওইয়ে॥ খোঙনিংথৌগী তুনা লুমথোকপী ওইয়ে॥ খোঙনাওপিগী তুনা লৌবুকলৈ ওইয়ে॥ খুৎনমগী তুনা বানতেং খোইপী ওইয়ে॥ য়েৎকী খুৎপীগী তুনা লাংথ্রে ওইয়ে॥ খুৎতোনপিগী তুনা শমালেম লৈ ওইয়ে॥ খুৎয়াইগী তুনা লাইলেনতাপা খ্বাঙয়েৎলৈ ওইয়ে॥ খুৎনিংথৌগী তুনা শিলেমপি ওইয়ে॥ খুৎনাওপিগী তুনা হাউকালৈ ওইয়ে॥ ওইগী খুৎপীগী তুনা চুমলাংলৈ লইয়ে॥

খুৎতোনপীগী তুনা ইণ্ডেলনৈ ওইয়ে॥ খুৎয়াইগী তুনা মাইবা লৈ ওইয়ে॥ খুৎনিংথৌগী তুনা লৈলিলৈ ওইয়ে॥ খুৎনাওপীগী তুনা কাঙেন লৈ ওইয়ে॥ খুৎতাণ্ডগী তুনা কাকলৈ ওইয়ে॥ পাম্বোমগী তুনা কৈলাংলৈ ওইয়ে॥ লেংতোনগী তুনা লৈশোক ওইয়ে॥ নমগনগী তুংনা তাইরেল ওইয়ে॥ খোম অনীগী তুনা কুমলিক লৈ ওইয়ে॥ তাউনা তিন কাং অয়াম্বা পোকখিয়ে॥ অসিসু মদোমদে॥

"ইবুংঙো মাগী শৈহৌদি"

"হোইরৌ হৈয়া, হোইরৌ হৈয়া হৈয়া"

"স স হিঃ স স হেঃ হুপ হে॥" অশুম শকয়ে॥

মনাক্তা লৈবদি ১) লৈহৰুলেল য়াশাবা, ২) থিনপি, ৩) কামলি, ৪) য়াইলৈমা, ৫) খাবি লুকোক চনু অসিনি॥ হুঁ নোংলোন অমদি লৈচিন নাপু ৭নি॥ লৈচিনগী মথক্তা ফম্বা শলাই লেনদি "খোংঙাই লেন" কৌয়ে॥ ইঙা, ইঙেন, কুমশাবা থা শাবা, নোং চুহনবা, লেল তাহনবা, নোংমৈ শিংজং শুবা, উন তাহনবা, উ-ৱা, নাপী-শিংবি, হৈ, লা মতোন চোংহনবা, চুমথাং খনবা, নোংথাং কুপ্পা, অসি খৈবিক ইবুংঙো মানে॥ মনাক্তা চিংচলোইবি লৈয়ে॥ ইপা ৱারী অচেৎপা, ঈপু ৱারী অরুববু পুথাং পাথাং লেংশিন্নবা শিন্নৌ লংলা নাইবগুম তুংগী মীরোনগীদমক শমথরকউ অশুম্বা ইদুনা তাকপীরমই॥

ঈরুজবগী ৱা হায়গে ১) নোংমাইজিং নুমিৎ লুবদি- মায় লাইচি পাংঙো (ওল্লো) লৈমরম ৭ থারম্মো, ২) নিংথৌকাবা লুবদি - মায় নোংপোক পাংঙো, কাংকোন মরু ৭ থাদরগা লুও মীনা চানবনে, ৩) লৈবাকপোকপদা লুবদি - মায় মৈরম পাংঙো, মুকাকলৈ অমুবা থারম্মো, নিংথৌনা লন পীনৈয়ে, ৪) য়ুমশকৈশদা লুবদি মায় খা পাংঙো, কাওকোন মরু ৭ ফুৎলগা লুও, অহৈ অশিং ওইয়ে, ৫) শগোনশেন্দা লুবদি মায় নোংচুপ ওল্লো, কাংকোন মরু তরেৎকা লুও, পোৎ অফবা ফংজৈএ, ৬) ইরাই নুমিত্তা লুবদি মায় অৱাং ওল্লো, কাংকোন মরু ৭না লুও, হৈক্রু মহৈ-মনা থারমমো "পুক্লিংনা নিংবা পাংঙে (ফংঙে) ৭) থাংজদি মায় খা পাংও, কাংকোন মরু ৭না লুও, ফৈএ: খণ্ডও ঈরুজবগী ৱাদি অসিনে॥

## "হকশাংগী কাংলম "

★ ॐ লাইমিং হায়গে॥ তাইবং পানবা মপুগী য়েৎকী চুবাদা 'নুমিৎ' ওইগী চুবদা 'থা', য়েৎকী কমখোংদা 'থাংজিং', ওইগী কমখোংদা 'কৌব্রু' য়েৎকী খোমখাদা মার্জিং', ওইগী খোমখাদা 'ব্রাংব্রেন', থম্মোয় থজিন্দা 'লাংলেপ্পা' চনিং কমখোং ময়াইদা "আতিয়ানা নোংচুপ অরিবা" কৌনা লৈ॥ য়েৎকী নাক্তা "পুলৈলোম্বা" ওইগী নাক্তা থাংমৈ মারনিংথৌ, ওইগী লাকাগী হায়থরকপদা (শোরালেন) শলাইলেন, খোয়দৌ অকুৎপদা "তাইবং মপু", খোয়গী সম্থোং পাংবদা "স্না মহি", খোয়গী কৌব্রু পাংবদা 'কোনজিনতিংথোকপা, খোয়গী চীংখৈ পাংবদা আতিয়ানা নোংশাবা কৌনা লৈ॥ খোয়গী মৈরম পাঙবদা "তাউরোইনাই", লাইবক ময়াইদা "পনম য়াইবিরেন", য়েৎকী পাম্বোম মরুদা "নুংশিৎ মুব্রানিংথৌ" ওয়গী পাম্বোম মরুদা "থাংজিংনিংথৌ" খোয়দৌ মখা ঈরুদা "লাইনিংথৌহনবা" ওয়গী খুজিনখা ২মক্তা লৈবাক নিংথৌ মালেমনী, খুয়া থম্বান ২দা লৈবাকলৈমানা, লৈহুকলেন য়্যাবা কৌনা লৈ॥ খুৎ ২মক্তা "শংকুরেং" পিশাতাওনে, মিৎ য়েৎতা শজিক চেংঙানে' (নুমিৎনে), মিৎ ওয়দা "থবানা য়ুহা" কৌনা লৈ॥ শিংলি তোলোম্বগী মখাদা কুরুগী হিগা লৈমরেনগী য়াইগা অনী লৈ॥ ওইগী লকা মচিন্দা "য়োইমোংবা" ওইগী কমখোংদা হেক হাইগৎপদা "তাউথিংমাং", অশি খৈবিক্লা তিনবা তাইবং হকশাঙনে॥

## "পাখংবা নাউয়োমগী ব্রাবু হায়গে"

★ ॐ ক-দি কৌব্রু, খ-দি খানাচাওবা, গ-দি কোরৌহনবা, ঘ-দি খোরিফাবা, ঙ-দি অঙৌবা, চ-দি চীংখৈ নিংথৌ, ছ-দি শেনত্রেং পাখংবা, জ-দি চীংখৈ, মার্জিং, ঝ-দি শোরালেন, ঞ-দি নোংগাশেন, ট-দি তাউরৌলাহ, ঠ-দি থব্রাইরেন, ড-দি কুদাংকোই, ঢ-দি থোংথোক কারক, ণ-দি নুংপোকপা লাইনে, ত-দি তাউথিংমাং, থ-দি থাংজিং, দ-দি শিদপুং, ন-দি নাউহনবা, প-দি পুলৈলোম্বা, ফ-দি ফুনান নিংথৌ, ব-দি বুদাং কোই, ভ-দি ভকথোং, ম-দি মার্জিং, অ-দি লাইয়িংথৌ

এচিবা, য়-দি লোইয়ালাকপা, ৱ-দি ৱাংব্রেন, শ-দি নোংশাবা, স-দি সনামহি, য-দি শমুতোন, ক্ষ-দি পাফলনে, লাইয়োনপান ময়েক ৩৬ পুবা লাইনে।

ক-না পাখংবা, খ-না আতিয়া, গ-না লাইশ্রা, ঘ-না লৈহানবী, ঙ-না অশিবা, চ-না চীংখৈ, ছ-না লম্মাইবী (লম্মাবী), জ-না কৌব্রূ, ঝ-না খাবা, ঞ-না শজিক, ট-না পানথোইবী, ঠ-না থোলেপমা, ড-না লুচাউবী, ঢ-না পাউদোইবী, ণ-না কোৱৌহনবা, ত-না থোংঙারেল, থ-না ঈরাই লৈমা, দ-না শিদপুং, ধনা মালেম, ন-না খানা চাউবা, প-না নোংপোক, ফ-না হুমলেন, ব-না লাইখুরেম্বী, ভ-না নমানে, ম-না মার্জিং, অ-না থাংজিং, য-না লৈরুংলেন, র-না নুমিৎ, ল-না থরৈমা, ৱ-না আপানবা, শ-না কৈরুংবা, স-না লাইয়িরেন, য়-না তিল্লিরেন, হ-না অতিংঙা, ক্ষ-না অতিংকোক, ঁ-না থাপ, ঃ - না লুম, ৎ-তৎ ময়েক ২৭না পুবা লাইমিং অসিসু মদোমদে॥

১। লোকনিংথৌগী ইবেম্মগী মমিংদি - নোংগাংলৈমা কৌই,

২। ৱাংপুরেনগী অনান চনু ঈরৈমা শানৌখোম্বী (অরোনবনি),

৩। লাইয়িংথৌ ঈশিং চাইবগী মমাগী মমিং য়োয়বু থিংপাঙম্বী, মরান ঙম্বী কৌই, মপা - খবোম্বা,

৪। পুথিবগী - ইমা অমগী মমিং লাংবমচনু অতাউ হৈরোংনা য়েনবা মমা লাইতোংহনবীনা পোকপী খারোনি লৈমা পান্নদুনা ফম্বান তোংএ, নিংথৌগী মমোম ২ ফুইয়ে, (১) শৌবোম লৈমা, (২) মা খোংনাংলৈমা ২সিনি॥

৫। চিংউ পাঙ্গলবগী নুপীগী মমিং ময়াং লৈবাক্কী খোংনাং ফেন্দ্রিগী মচানুপী লৈরী লৈশাংখোম্বী কৌই। মচা ২ পোকই (১) থিবোংনু, (২) মোনথৈ, লম্মিৎলোল লা: ৬৭॥

## ''কংলাগী লাইফম তাকপা (পুথোকখ্রবা)''

ইংশোক ১৯৯৯ ইংগী তাং ২১।৩।৯৯ ইংদগী তাং ৩০।৫।৯৯ইং ফাওবদা মণিপুর চীং-তম গান্ধিজম সোসাইতিগী প্রসিডেন্ট ঐ (অমর মচং)না ওইরিঙৈদা বোর্দকী মেম্বর ময়ামগা লোয়ননা ''কংলা''দা লৈবা লাইফম ১০৮ (চাম্মা নিপান) পুথোকখি॥ পুথোকখ্রবা লাইফমগী মমিং মখাদা পিজরী॥

১॥ সঙ্গায় যুম্ফম (ওকসঙ) নিংথেম কোন
২॥ অকোয় পুঙ - কংলা লাইফম॥
৩॥ ঈপুঙ - ঈশিং হৌরকফম মরু॥
৪॥ নুংশিৎ পুঙ - নুংশিৎ হৌরকফম মরু॥
৫॥ মীতম পুঙ - মরুনা অহানবা তাইবঙ মী শেম্নাহৌখিবা মফম॥
৬॥ শজিক পুঙ - শজিক কৌবা থৌরানমিচাক থোকফম॥
৭॥ থাবা পুঙ - থাবা কৌবা থৌরানমিচাক থোকফম॥
৮॥ তাউরোইলাই পুঙ - তাউরোইলাইগী লৈফম॥
৯॥ সনা পুঙ - সনা থোকফম॥
১০॥ লুপা পুঙ - লুপা থোকপা মফম॥
১১॥ মিরেন পুঙ - ......................
১২॥ লাং পুঙ, (লাংশঙ) - য়ীমজাউগী লপলেনকা (থিংগরুচীং)॥
১৩॥ লুফৌ, নুঙগোয়বী - নোঙ্গাফম॥
১৪॥ কোক পুঙ (কোকশঙ) - পাখংবা পোকফম॥
১৫॥ লৌপুঙ (হেয়েং পুঙ) - নিংথৌ পুথিবগী লৌফম॥
১৬॥ ঈকৌ পুঙ - পাখংবা ঈকৌফম॥
১৭॥ ঙসি পুঙ - মালেম শেম্না হৌবা নুমিৎ॥
১৮॥ নুঙ্গোয়বী - মরুগী ওই থংবা মীৎনা ওইখিবা লাইফম॥
১৯॥ অঙ্গো পুঙ - তাইবঙ মরু হুনফম॥
২০॥ উত্রা থোঙ - মিৎ
২১॥ ঈশিং পুবা শুরুং - ঈশিংগী মরিল॥
২২॥ খাবা পুঙ - খাবা (শলাই) পোকফম॥
২৩॥ নুংশিৎ পুবা শুরুং - নুংশিৎকী মরিল॥
২৪॥ ফানথোং - মরুগী ফম্বাল॥
২৫॥ নোঙদম চাংয়েংপুঙ -

২৬॥ চরাই পুঙ - চরাইলোংবা পোকফম॥
২৭॥ খুমন পুঙ - খুমন (শলাই) পোকফম॥
২৮॥ লুৱাং পুঙ - লুৱাং (শলাই) পোকফম॥
২৯॥ মঙাং পুঙ - মঙাং (শলাই) পোকফম॥
৩০॥ সিদা উপান - নুংমুসিদবানা লৈবা মফম হৈনৌ পান্থী॥
৩১॥ থা পুঙ - থা থোকফম॥
৩২॥ নুমিৎ পুঙ - য়াউরেবী লাইফম (নুমিৎথোকফম)॥
৩৩॥ য়ায় পুঙ - হি য়ায় থোকফম॥
৩৪॥ নোংহুম সঙ - সঙলেল (অমাই লোইশং) মখল (১)॥
৩৫॥ ওক সঙ - পাখংবা সজায়গী লপলেন কা॥
৩৬॥ হংবা চরাই পুঙ -
৩৭॥ চরাই থোঙ -
৩৮॥ মরু অহুম থুপ্নফম - চীংয়েনশিং উপান হৌবনে॥
৩৯॥ নুপী থোঙ -
৪০॥ লিন হা খোং -
৪১॥ হিরু সঙ -
৪২॥ খুমন খোং -
৪৩॥ লৌসঙ -
৪৪॥ সামু থোকফম -
৪৫॥ মরু থোঙ -
৪৬॥ য়ুশৌ পুঙ -
৪৭॥ খাগী মিরেন পুঙ -
৪৮॥ পুয়া পুঙ - পুয়া থমফম শঙ
৪৯॥ ৱাঙ্গোল সঙ - অঙাং পোকফম॥
৫০॥ চীংখৈ পুম্রি -
৫১॥ লুৱাং পুম্রি -

৫২॥ নুংশেং পুস্ত্রি - অচৌবা মচা অনী শুই॥

৫৩॥ ব্বাঙ্গোন পুস্ত্রি -

৫৪॥ পাখং শাশেং পুস্ত্রি -

৫৫॥ নোংপোক নিংথৌগী সংলেন -

৫৬॥ পাহ্বোইবী সংলেন -

৫৭॥ সনামহি হিরুসঙ -

৫৮॥ খুহ্বোংয়াই -

৫৯॥ মরু নোংশাবা সঙ -

৬০॥ লৈসিলেন পুঙ -

৬১॥ পাখংবা শঙলেন (য়ুমজাউ)-

৬২॥ উমংলাই ৯গী চাকতাফম॥

৬৩॥ মরু মোংশোং -

৬৪॥ কুচু (খাংজেং পাখংবগী শঙলেন) -

৬৫॥ নোংমৈ কাপ্পা পুঙ -

৬৬॥ লুচাম পাৎ -

৬৭॥ ঈকোপ মরু -

৬৮॥ কংলা ব্বানান পুঙ -

৬৯॥ লময়েনফম -

৭০॥ সনামহী পাখংবা ব্বাতানফম -

৭১॥ পাখংবদা লাইস্না শিন্নফম -

৭২॥ থোকপুঙ -

৭৩॥ নুঙ্গোয়বী - সরেন চনফম, লৈনুংয়াবিলোক (খুনবীলোক)॥

৭৪॥ ওইদ পুঙ -

৭৫॥ কৌব্রু, খোমইন পুঙ -

৭৬॥ পাখংবা খোমইন পুঙ -

৭৭॥ নুঙ্গোইবী পুঙ -

৭৮॥ নোংমাই পেতংঙা নোঙ্গাফম -

৭৯॥ ব্রাখৈ পুঙ -

৮০॥ ব্রায়েন কাটি লোয়সঙ - মরুগী চিনবান॥

৮১॥ মংলেন - ফৈতেনবী॥

৮২॥ মংলেন খোং - খোং অয়ুংবা॥

৮৩॥ খা পুত্রি -

৮৪॥ থোংনাং নুংকা শেকনিং -

৮৫॥ মুব্রাপাৎ (খমজিংকোন) -

৮৬॥ হায়না পুঙ -

৮৭॥ কৌব্রু পুঙ -

৮৮॥ থাংজিং পুঙ -

৮৯॥ মৈরা চীং -

৯০॥ লাই পুত্রি -

৯১॥ সনা পাৎ -

৯২॥ পাখংবা শুরুং - (নোঙ্গাফম) গোবিন্দগী লাইশং মনুংদা লৈ॥

৯৩॥ ব্রারেপ পুঙ

৯৪॥ খন্না পুঙ

৯৫॥ চীংমু চীংজাউ

৯৬॥ মরু থোকফম

৯৭॥ য়াকা পুঙ

৯৮॥ য়াউরেবী - মরুগী য়েৎ থংবা মীৎনা ওইখিবা॥

৯৯॥ কেক্রুপান - কেক্রুপাৎ॥

১০০॥ থিজিং পুঙ -

১০১॥ ফৈদা পুঙ -

১০২॥ নোংদম খোং -

১০৩॥ মীকা পুঙ -

১০৪॥ খমজিং কোন -

১০৫॥ তোকপা পুঙ -

১০৬॥ ম্না কৈথেল -

১০৭॥ শরোই পুঙ - শরোই ৬৪গী লৈফম॥

১০৮॥ ফমদা পুঙ -

অসিগু মদোমদে॥

জিরিলোমদা লৈবা উমংলাইগী মমিং॥

১॥ লক্ষিপুর - খোইরাকপা লায়িংথৌ নাবান্দর॥

২॥ কলেব তলা - ইবুধৌ থোংনাং॥

৩॥ লক্ষিপুর - উমংলাই॥

৪॥ কোংজেং লৈকাই - কংলা লৈমা॥

৫॥ নিংথেম খুন - ঈবুধৌ পাখংবা॥

৬॥ শ্রিবান মমাং লৈকাই - ফৌওইবী লাইরেমা॥

৭॥ অব্রা পল্লি - উমাংলাই॥

৮॥ কামারান্দা - থাংজিং ইবুধৌ॥

৯॥ পালাবন্দা - লাইরেম্বী॥

১০॥ কোরোই কান্দি - উমংলাই, শিলচর রামনগর॥

১১॥ ভুকোবাম - উমংলাই শিলচর রামনগর॥

১২॥ শিংগেবন্দ বিন্না কান্দি - উমংলাই॥

১৩॥ ধরাবিন - উমংলাই॥

১৪॥ লুপাইবারি - নোংপোক নিংথৌ॥

| | | |
|---|---|---|
| ১৫ ॥ | বার মণি | - নোংপোক নিংথৌ ॥ |
| ১৬ ॥ | ধন তেরাপুর | - নোংপোক নিংথৌ ॥ |
| ১৭ ॥ | বন তেরাপুর | - নোংপোক নিংথৌ ॥ |
| ১৮ ॥ | বাম হিংলার | - নোংপোক নিংথৌ ॥ |
| ১৯ ॥ | লৌরাং লালা | - নোংপোক নিংথৌ ॥ |
| ২০ ॥ | থিজোম খুল লালা | - নোংপোক নিংথৌ ॥ |
| ২১ ॥ | চেংবীন লালা | - নোংপোক নিংথৌ ॥ |
| ২২ ॥ | করিমগঞ্জ দুল্লা শারা | উমংলাই ॥ |
| ২৩ ॥ | থিংলা | লাইরেম্বী ॥ |
| ২৪ ॥ | থিংলা | পাখংবা |
| ২৫ ॥ | ভুবোন | |
| ২৬ ॥ | সোনাই | অশিখক ফংজে, চৎলুবা মীদা হংজবদ ফংজবনি ॥ |

## "লমকোনবা লাইগী মমিং"

**কংলা** - কোনবদি কংলৈ পুংময়োন, কংলা লাইফমলেন, মালেমগী ইয়োনপুং অশিবু কোনবা লাইদি, কোরৌ মালেম লৈরোন নোংলোন ৩মক্তা লৈরিবা খোয়য়ুম লাইয়াম পুম্নমক্কী হৌফম, লোইফম, নুমিৎ, থা, থৌরানমিচাক, খোংজোমনুবী অমমম অণ্ডান খায়না লৈরিবা লাই খুদিংমক্কী হৌফম্লি হায়না পুয়া কয়াদা ইদুনা থম্বিরমই ॥ থাক্তা লৈববু খাদগু লৈ ॥ খাদা লৈববু থক্তগু লৈ অশুম্না তাকপিরি ॥ মরম অসিনা মফম অসিবু চিংউ লাইয়াম খৈবিক্লা কোনবা, খোয়য়ুম লাইফমলেন অথোয়বনি ॥ মরম অসিনা ঐখোয়না থিরুবদা, লাই পুম্নমক অসিদা নত্তনা, তাইবংমী ফাওবা মফম অসিদগী চাইথোকখিবা ঙাক্তা ওইনা থেংনজে ॥ মফম অসিদগী চাইথোকলগা মফম মফম খুদিংদা ১শুং লম লম খুদিংদা খুন্দাদুনা লৈখিবা ঙাক্তনী ॥ খরনা চীংদা কাদুনা খু ন্দাখি ১শুং চীংমী ওইখি ॥ ঙসি উমংলাই হায়দুনা ঐখোয়না থৌনিরিবা ॥ হরাউনরিবা লাইয়ামশু মফম অসিদগী থোকখিবনি হায়না থেংনজে ॥

খজিক্তা মপা লাক্লা হায়জবনি॥ অসিগী মরম শুগায়না ইবা তারবদি য়াম্না পাক চাউবা ওইবনা খরতা পঙ্জবনি॥ লাইমিংশুনা থাবা ঙমজদে॥ অমম অঙান হায়জরিবা অসিগী মনুং চন্না লৈবা ঙাক্তনী॥ ইরেবাক অসিদা লৈরিবা উমং লাই হায়না খঙনরিবাশিংগী মনুংদা তাইবং মীওইবদগী চিংউ লাইরমলেন্দা তিনখিবদগী শাগেগী ১দি অপোকপা, অপোকপী হায়না থৌনিদুনা, হরাউবগী থৌরম পাঙথোকপা চিংউ লাই খরশু লৈরী॥ মখোয়শিংদু পন্দ্রবশু মীয়াম্না হেন্না খঙবিরবা ঙাক্তনী॥ লাইরমলেন্দা হায়বদি লাইগী শীঙদা চনখিববু - চিংউ হায়না পাউথানে॥ লাইগী লাই ওইববু খোয়ুম হায়না শৈশক্লে, শৈথানে॥ অসিনী লাইনা মী ওইখি॥ মীনশু লাই ওইখি॥ লাইগা মীগা থানবা তংনবা য়াদবগী রাফম য়াম্না পাক্লা শন্না লৈ॥ মরম অসি লৈবনা ঙসি ঐখোয়না লাইগী মথৌ, লাইগী থৌনিলোল তৌজবনি॥ থৌরম অসি মীওইবগী অমদি লৈবাক্কী, খুঙ্গংগী ১শুং য়েক শলাইগী, ফনবগী পরম ঙাক্তনি॥ অসি খঙনা (খন্না) থৌরম তৌবিগনি॥

**"লম কোনবা লাই অখঙবা খরদং পঙ্জগে"**

- **কোইরেঙ্গৈবু কোনবা লাইদি** - পাখঙবা, লাইস্নানা কোল্লি॥
- **পাংশোয়বু কোনবদি** - পা খঙবা, লাইস্নানা কোল্লি॥ শগোলতোংবশু অসিনি॥ নিংথেম পোকপা, খাগেন্বা, খুন্নুলৈবা, খুন্নেমা, লাইস্না, খুম্মবী॥
- **চাঙাঙ্গৈ কোনবদি** - পাখংবা খুবোম্বা, ইবেনথৌ হাউরোকনিংথৌ মমোমলোই, লিক্লানু, খুন্নুলৈমানা কোল্লি॥ মালোম অরাংবু কোনবদি পাখংবনি॥ অদুবু খুঙ্জাওবশু কৌই॥ লৈমদি হাউরং লৈশং শাফবী কৌই॥ মালোম মখাদি পাখংবা, লৈমদি খুমন লাইস্নানি॥ খারমানবু কোনবদি পাখংবা লাইস্নানা কোল্লি॥ মালোম খারমান, চঙাঙ্গৈ, খুল ৩শিবু কোনবদি মথক্তা পল্লিবা ৩অসিনি॥ ৩অসি ১গা ১গা চংনদে॥ মরমদি নাহানগী মরম লৈবনী, হাউরৈবিবু কোনবদি পাখংবা, লাইস্নানা কোল্লি॥ কিয়ামগে কোনবদি - খাগেম্বা পাখংবা, পাহ্লোইবী, ময়াংঙম্বা, খুন্নেমা, চিংউ মপা-মচা, মনি-মমৌনা কোল্লি॥ মোংশাংগেদি পুথিবা পাখংবা, চুমই মোংয়াং ঙম্বা, চনিং লৈমা অসিনা কোল্লি॥

* **কুপ্পী খাথোংবু কোনবদি** - পাখংবা (খাথোংনিংথৌ) লাইস্নানা কোল্লি॥

* **ক্লাশিফাইদি** - চোথে থাংমাই পাখংবা, লৈমা য়াংদৌ, খমলাং তাউবিনা কোল্লি॥ উরিবোক কোনবদি - খমলাংবা, নুংশিংলৈমা অমুদোননি, শগোনবন্দ মোইরাং লৈরক, তেরা কৈথেনশু কোল্লি॥

* থৌবাল খেত্রি লৈকাইদি - খমলাংবা, ইমাদি কালিকা কৌখ্রে॥

* হৈরোক, ককচীং, ৱাইরি খুল্লেন, ককচিং খুনৌশু কোল্লি॥ মোইরাং পুরেন, থৈয়োং, নোংদম, নোংদ্রেন ১শুং তাংখুন শরমপাখংবা, হাউরৈমা শম্বুবীনা কোল্লি॥

* **খুরাই পানা** - খুরাই শাজোন লৈকাইদি, লাইয়িংথৌ মচি হনবা, লমলাং লৈমনা কোল্লি॥ খুরাই চীংগাংবম লৈকাইদি, লাইয়িংথৌ ৱাংবা, লৈমা ফিজমচনু তুবী লৈমানা কোল্লি, খুরাই থোইদিংজম লৈকাইদি তাইবংজম লাইরেম্বী (লাইখুরেম্বী) তাইবংজাম্বা (ঈশিংচাইবা-নোংদালাই)না কোল্লি॥ খুরাই কোনশম লৈকাইদি নোংমাই নিংথৌ, কৈনৌ চিংচরোইবিনা কোল্লি, খুরাই শোয়ম লৈকাইদি থাউমুলৈমা-থামুনিংথৌনা কোল্লি, লাইচংতি - লাইখুল্লেম্বীনী, ৱারেপ্পম্মশু লাংলি॥ য়ুমনাক ১দি তাইবংজমনি॥ খুরাই অঙৌবা, (মপারী) পুলৈরোম্বশু কোল্লি, শোইবম লৈকাইদি শোরালেন (শলাইলেন) থারৈমা, খাকপানিংথৌ চনু নোংথাংলৈমা, পাখংবা, লাইস্না অসিনা কোল্লি॥ খুরাই নিংথৌবুং তাবা নোংমাইথেম্মা পুরি, পুরাবা, ইবেন নোংমাইলৈমা লাংলি॥ খুরাই অহোংগৈদি শৌবোম লাইরেম্মা, স্না খোংনাংলৈমা অসি অরাম্বম্মা লাংলি, লাইখুলেম্বীশু লৈ॥

* শংগুম্বস্না শম্বে তাদুনা, ৱাংগোন নিংথৌ, ৱাংগোন লৈমা লাংলি॥ মফমদি চিংখুদনি, ঙাইরাংবম্মা মপাউ তাদুনা খুম্বোকপদি খুম্বুনিংথৌ, খুম্বুলৈমা লাংলি॥ খুন্দ্রাকপম্মা - চিংউ পাঙ্গনবনা য়েংতা, ইবেম্মা কালিকা (খুম্বুলৈমা) লাংলি॥ তাংখমদি পাঙ্গনবা, কালিকা লাংলি, অঙোম্মা য়ুমজাওলাইরেম্বী লাংপদি অঙৌবা পুলৈলোম্বা, (পাম্বোইবী) য়ুমজাওলৈমনি॥

* **ঝাংখৈদি** - ঝাংবা নিংথৌ পাজুম্না, ঝাংঙু তম্ফা, অয়াংলৈমা ১শুং ঝাংখৈদা খুন্দাদুনা লৈবা লাইদি- লৌরেম্বম লাইরেম্মা, (কৌরাংয়াং লাইকোকশু) লাইশ্রম লাইরেম্মা (ঈরেম্মা) অয়াংনিংথৌ, পাখংবা, অতাম শোয়শেম্না, পিয়াই লাইরেম্বী, পুলৈলোম্না, চেংবা লৈমা, নোংমাই লৈমা, ঝাকম পাম্হোইঙানবী ১শুং কথোংতাবা ঝাংখৈমযুম্না যুমজাও লাইরেম্বী, ঝাংবা নিংথৌ পাজুম্না অসি লাংলি,লমফৈ চাওপোকপু কোনবদি লাইম্না, পাখংবানা কোল্লি॥

* **লমফৈ তাবা খাইদেমদি** - পাখংবা লাংলি।

* **চিংখমদি** - আতিয়া শিদবা, শিদবিনা কোল্লি॥ তুরেন অহনবীদি অঙৌবা, অমুবা মচিন মনাওনা কোল্লি॥ লাইচংতি তাওথিংমাং য়োয়মোংবগী লাইচংনি॥ চোংথাম কোনাবু কোনবদি - কোন্নারাবা, পাখংবনা কোল্লি॥ নিংথৌখোংদি - খুমন, মচিন মৌপ্পানা কোল্লি॥ থিয়ামদি - ফুনান্নিংথৌ মোইরাং নিংথৌনা কোল্লি॥

* থৌবান খুনৌদি পোইরেতোন লৈমা লৈনাতাবী (নুংকাং মহারাবা) - নুংগাংলৈমা, নংগাংনিং থৌনা কোল্লি॥ খুমন মচিন মৌপ্পানা কোল্লি॥ সনত্রোক্তি (খনত্রোক্তি) ফুনান নিংথৌ, নোংপোক নিংথৌনা কোল্লি॥ অংথাদি - থাংজিং, নোংপোক পাম্হোইবীনা কোল্লি॥

* পোইরৌ খোংজিন্দি - পোইবেতোন, পোইনাওতা, লৌথিবী অসিনা কোল্লি॥

* হুইকপতী - হুইকপ নিংথৌ, হুইকপ লৈমা, উরাল লাকপনা কোল্লি॥ নোংপোক শেকমাইদি - নোংপোক নিংথৌ, পাম্হোইবী শেকমাই নিংথৌ, ঈরেং তুবী লৈমা, ঈকোপনিংথৌ, লাইম্নানা কোলি॥ শেকমাইনিংথৌনা কোনবা লমদি - পলেন, ককচিং, ককচিংখুনৌ, ঝাবগাই, তেরাউরক, হিয়াংলম, শেকমাইজিন, খরুংপাৎ॥ নোংপোক শেকমাই, অঝংা শেকমাই, চকপনা পানবা লম্সুগু কোল্লি॥

* **ককয়াইবু কোনবদি** - পলেম লুখ্রাবিনা কোল্লি॥ নিংঙেনবু কোনবদি নোংপোক, পাম্হোইবী॥ অকোংজাম্না, ফৌওইবীনা কোল্লি,

* **নোংপোক ম্নাকৈথেন্দি** -নোংপোক্লা কোল্লি, লৈরোংথেন নুংগায় পোকপী, নুংব্রং, ফানজংখোং, চন্দ্রখোং নোংপোক্লা কোল্লি॥ চিংলোন

অমা লাল্লগা - নোংদম, শিংকাপ, হুন্দুং যৌগ্রে॥ পাছোইবিদি - য়াউদ্রে, নোংপোকতি অদুম কোল্লে॥

* হুন্দুংথি - নোংপোক স্নামহি, পাখংবানা কোল্লি॥

* শৌবুংখোক, লৈমাখোং, শৈজাং, চীংনুংকোক, য়াইঙংপোকপী, স্না কৈথেল, লমলাং, লমলাই, উখুল, তাংখুনচাপাৎ, চকুবু কোনবদি, পাছোইবী, হাউরৈমা শসুবীনা কোল্লি॥ (নোংপোক্তি য়াউদ্রে॥)

* নোংপোক্লা কোনবা - তুমুখোং, মোইরাংপুরেন, ঈথম, মোনথৌ, খোংনাংপন (চংঙমদবী কংলা) উখোক স্নাপাৎ, লাংলৌ চীংজেন, লেম্বা খুল, লিশমপোক, কৌথেম, চেংগৈপাৎ, অসি পছোইবিয়াউদনা, নোংপোক্লা কোল্লি॥

* মকোকচীং, চীংদাই খোংবাল, পিদোম্নু, নোংদম, লমলাং, লমলাই, লাইরোব (লাইরোকচিং) লাইকোম, লাইরৌ সদু, নোংমাই পুরুম লম অসিমখৈদি, তাংখুল নুরাবিনা কোল্লি॥ লাইচংতি পাছোইবিনি, নোংপোক্তি য়াউদে, শসুবিদি য়াউই॥ (শসুবিদি পাছোইবিনি)॥

* মপাও থাঙ্গাল যৌরগা পাখংবা, নোংপোক্লা কোনখ্রে॥

* হিদাম্না কোংপাল তারগা হিকুবিগা, য়াইকুবিগা লাৎলি॥

* নোংথোনবম্না কোংবা তাদুনা নোংপোক পাছোইবি লাৎলে॥

* কোংপান কোনখামদি উরালৈমা ১দি পুরাবা য়াংগোইনিংথৌ হিদাম লাইরেম্বীনা কোল্লি॥

* মোনখাংবম্না মোনখাংলম্বী তাদুনা নোংপোক পাছোইবী লাৎলি॥

* নোংপোক লৌরেম্বম্না য়ুমজাও লাইরেম্বীগা, পাখংবগা লাৎলি॥ লাইচংতি পাছোইবিনি॥

* লাইতোঙম্না য়ুমজাও লাইরেম্বী লাৎপদি মতোমদা ফম্মী (লাইচংতী লৈমরেম্নী)॥

* খ্বাই পানাদা লৈবা লাইদি - খ্বাইনিংথৌ, পাখংবা, নাগা নিংথৌ, নম্নুল লাকপা, অমুদোন, (মখেলাকপা কৈব্রু) কথোং তাবা, চখেৎপী॥ ৱাঙবী,

অকোয়লৈমা, পুংত্রৈতোন, ব্রাংথোনবী, মণ্ডাল লৈমা, লমফেল লৈমা (লাঙ্গোললাইরেম্বী), তাকয়েন পুকংবী, সয়াংনিংথৌ, খ্বাইরাকপা, শনদ্রেম্বী, চৈশ্রা, হনুবা, হনুবী, ফদিবী, লাইয়িংথৌ নাপংবা, তিনফা কাকফৈ, শোরালেন, ঙানুলৈমা, খল্লাংবা, থোংঙাকলৈমা, পাখংবা অসিনা কোল্লি অসিগু মদোমদে॥

* উরিপোক্তা লৈবা মৈনম্না লাৎপদি কোংদোংলৈমা, নারল পাঙ্গনবা, লাৎলি॥ খাবা ময়েকচানি॥ মফম অনীথোক্না লাৎলি, লৈমনা য়েৎতা ফম্মি, (লাই ২শি - মচিন মৌপ্পানি) অগুম্না ফংজৈ॥

* সলাম কোনবা লাইদি শোরালেন, হাউরোক লৈমা, সলাম লাইরেম্বী, ৩শিনা কোল্লি॥

* য়ুরেজম্বু কোনবদি - মাইনু লৈমা, মশাবী তরং খোয়নুচাকা কোল্লি॥ (হুইত্রোম লাইবেম্বীগু য়াউই) লোইতোংবম্না লাৎপা লাইদি তরং অপানবা খোইনুচা, হুইত্রোম লৈমবু লাৎলি॥

* ললাম্বুংদি - অরাই লৈমা, মোইরাং চাউবা, মখিলাকপনা কোল্লি॥

* ব্রাহেংখুমন (অতোন খুমনদি) পাখংবা, লাইস্রা, ব্রাইশেনলাকপা, অতোম পোকপগু কোল্লি॥

* লৈমা পোকপমদি - শেবু অঙৌপানবা, শেবু লৈমানা কোল্লি॥ লৈমপোকপম শিফাইদি থাংজিং কৌইরেল লৈমানা কোল্লি॥

* ঈশোক্তি - চীংবু লৈমা, চীংবুনিংথৌ অপানবনা কোল্লি॥

* উরিবোক খোইস্নাম লৈকাইদি - নাউথিংখোং, পেতংঙা, তম্ফাতোন, (তম্ফাদি নিংঙোল্লী খোইবু লংমাইনী অগুম ফংই)

* থাংমৈবন্দা কাংহজম্না, নাউথিংখোং, পেতংঙা লাৎলি॥

* পাৎশোয় তাউইমংদি - নাউথিংখোং, পেতংঙা (খারম লৈশোক চনুনা) কোল্লি॥

* ফোয়জিং কোনবা লাইদি - খোরিফাবা, চনিং লৈমনা কোল্লি॥

- থাউইজমদি - খারম লৈশোক চনু পেতংঙা লৌথিবী॥ "মোংবা য়ুমজাউলাইরেম্বী পাখংবনা কোল্লি॥
- মোইদাংপোক্তি কোরৌহনবা, থম্বাল লাইরেম্বীনা কোল্লি॥
- ইরেংবমদি - খুবোম্বা, চনিংলৈমা, খুনবুলৈমা, খোরিফাবানা কোল্লি॥
- কিয়াম্বু কোনবদি - অরাইলৈমা, মোংয়াংচাউবনা কোল্লি॥
- অতোং খুমন্দি - ব্রাংঙুবা লাইরেম্বী, পাখংবনা কোল্লি॥
- কোম্ভৌজম কোনবদি - তম্ফা লাইরেম্বী, শোরালেন, খোরি ফাবনি॥
- বমদ্যার কোনবদি - চিংথাং লাইরেম্বী, অয়াংলৈমা, য়াঙ্গোয়নিংথৌ, পাঙ্গনবনা কোল্লি॥
- খাইদেম কোনবদি - লোয়া লাকপা, নুংথেল লৈমানা কোল্লি, ঙানু লৈমশু কোল্লি॥
- মৈত্রম কোনবদি - শোরালেল, ওকলৈমা, খোংবিফাবানা কোল্লি॥
- লাইরেঞ্জম কোনবদি - শোরালেন, কোম্ভৌ লাইরেম্বী, খোরিফাবানা কোল্লি॥
- ইরোম মৈস্ত্রাওদি - য়ুমজাউ লাইরেম্বীনি লাকপ অনিনা কোল্লি॥
- পুখ্রম্বমদি - অঙোম পোকপা, পাখংবা, লাইম্নানা কোল্লি॥
- শঞ্জেনবমদি - লুবাং সঞ্জেনহনবা, লৈমা লৈনাওতাবীনা কোল্লি॥
- কোকচাইদি - সনথাম লাইরেম্বী, খুমন মচিন মৌপ্পানা কোল্লি॥
- কোকচাইদি ব্রাংবা শোরালেনশু কোল্লি॥
- নিংথৌখোংদি - পাঙ্গনবা, কালিকা, ওক্লরেল, লাইজিংলৈমা, মচা ইবেম্মা খুদিথিবী, কেগে থংনরেল, কোইরেল লৈমানা কোল্লি॥
- ফুবালা কোনবদি - কংলা পাখংবা, লৈমা লাইম্না অসুং য়াইবিরেন শিদবা শিদবীনা লোক্তাক মরু কোল্লি॥
- থিনুংঙৈ কোনবদি - থোংনাংঈশিং চাইবা, লোয়য়া নহা শাফবা, থোংনাং লাইরেম্বী, থোংনাং ঈশিং চাইবী অসিনি॥

- থাঙ্গা তাবা তোংব্রম্মা - মবেনথৌ য়ুমজাউ লৈমা লাংলি॥
- ঈথাই কোনবদি - ফৌওইবী, অকোংজাম্মা, ঈথাই লাইরেম্বী কোল্লি॥
- থাঙ্গদি - থাঙ্গা চিং নিংথৌ॥
- শগোনবন তাবা লৌক্রাকপম্মা - লৌকু লাকপা, থম্বাল লাইরেম্বী, অসিনা কোল্লি, লাংলি॥
- নম্বুল মপান তাবা হোদাম্মা - লুব্রাংতুবী লৈমা॥ সঞ্জেন হনবনা কোল্লি॥ লাংলি॥ লাংলি॥
- ব্রাহেংবম্মা য়ুমজাও লাইরেম্বীবু লাংপদি - লুব্রাং লোম্লাংপান পাথংবগা ফমই, লুব্রাং পোকপিনা কোল্লি (লাংলি)॥
- কাংঙবম্মা য়ুমজাউলাইরেম্বী লাংপদি - নিংথৌ কাংবগা ফমমিন্নে, কাংঙবম লৈকাই, লাইচংতি - সাইস্না, পাথংবনি॥
- মুতুম্মা য়ুমজাও লাইরেম্বী লাংপদি - নোংয়াই শাফবগা ফম্মিন্নে॥ মুতুম পোকপাগু য়াউই॥ লাইচংতি পোইরেতোন, লৈনাওতাবিনি॥

## কৈশামপাং

- কৈশাম্মা য়ুমজাউ লাইরেম্বী লাংপদি - মৈদিংঙু কৈরেনচাগা, ফম্মিন্নে॥ অপোকপগী শরুকগু তম্বী॥
- হুইদ্রোম্মা য়ুমজাউ লাইরেম্বী লাংপদি - মথন্তা ফমই॥ হরাউবা, মীগী লাইগী নিংথৌ ওইরিবগা ফম্মিন্নে॥ লাইচংতি নোংপোক লৈমা লৈনাওতাবীনি॥
- লৌরেম্বম্মা য়ুমজাও লৈমা লাংপদি - লৌকুলাকপা পাথংবগা ফম্মি॥ লাইচংতি - শোরালেন, তম্ফা হাউরোক চনুনি॥
- লোংজম্মা য়ুমজাউ লৈমা লাংপদি - শোরালেনগা ফমদেংএ লাইচংতি - নোংশাবগা, লৈমরেনগনি॥
- থিংথোম্মা য়ুমজাউ লৈমা লাংপদি - পাথংবগা ফম্মি, লাইচংতি কোরৌ অরাংবনি, শলাইলেন শিদবগী লাইচংনি॥ নোংদা লাই হায়না লৌবয়াই।

- ইতুদম্না যুমজাউ লৈমা লাংপদি - মতোমদা ফমই, হৈ, লৈ কংপদা লাইচংতি - নোংপোক পাছোইবিনি॥

- খুরাইজম্না যুমজাউ লৈমা লাংপদি - তরং অপানবাগা ফমই, লাইচংতি - নোংপোক পাছোইবিনি॥

- হুইরেম্না যুমজাউ লৈমা লাংপদি - অঙৌবা পুলৈলোম্বগা ফমই, লাইচংতি - নোংপোক পাছোইবিনি॥

- এলাংবম্না লাংপদি - শলাইলেনগী মচানুপী পেনু লাইরেম্বী ইবেম্মানা পোকচবা, পাঙ্গলবশু লাংলি॥

- এলাংলৈকায় এলাংখাংপোকপী, হিয়াংলম, হরাউবা মতমদা ইবেম্মনা য়েংতা, মসিগী মরমদা অখণ্ডবনা অচুম অরান তাকপিয়ু চু মথোকসি॥

- খা পোংশংবমদি - পাঙ্গলবনা কোল্লি, ইবুংঙোগী মিংনা থোংনাং পাঙ্গলবা কৌই॥ ইবেম্মনা থোংনাং লাইরেম্বী, লাইরৌরেনবী কৌই॥

- পোংশংবম্না লাংপদি - নাহাল খমলাং তাউবিগী ব্রাবিদগী লাংপনি॥ হায়বদি চোথে খমলাংবগী ব্রারিদগীনি॥ কাকৈথেল মোইরাংপুরেম্দা খুফম য়াদুনা, পাঙ্গলবগা, ইমা ইবেম্মা থোংনাং লাইরৌলেম্বীগা লাংলি॥ থোংনাং ফেম্দ্রিগী মচা নুপীনি॥

- নিংথৌখোং তাবা ইবুধৌদি পাঙ্গলবা, খমলাং তাউবিনি, লাইচংতি হাউদিং চাউবা খোংদৌবগী লাইচংনি॥

- খ্বাই নাগা মপান তাবা - কঞ্জান তাবা, পাউনিয়া পাউদম্বগী হাক্তক্তা লৈখিবনা - অঙৌবা ঈশিং চাইববু, নাগা পুংদা লাংপনি॥ লাইরেম্মদি - য়েংখোম চম্নুনা য়েংতা, চিংগাংবম চনুনা ওইদা ফমদেংই॥

- য়াইস্কুল কোনবা লাইদি থোংনাংনিংথৌ থোংনাংলৈমা - লোকনিংথৌ, ন্নামহি, পাখংবা, নোংশাবা, হৈম্নাম লাইরেম্বী, তিল্লম, লাইরম, লোকলাউ লৈমানা কোল্লি॥

- খাইদেম লৈশাংখোং কোনবদি - পাখংবা, লাইন্নানা কোল্লি॥

- শমুরৌদি - খ্বাইরাকপা (শমুরৌলাকপা) পাখংবা, পাছোইবিনা কোল্লি॥

* লংথবান্দী - শোরালেন, পুলৈলোম্বা, পুথিবা, পাখংবা, নম্বুল লাকপা, থম্বাল লাইরেম্মনা কোল্লি॥
* শমুশংদি - কৌব্রু, কৌনু, লোয়য়া লাকপা, নুংথেল লৈমনা কোল্লি॥
* ককরা তাবা শোরোক খাইবম্না - ফৌওইবী, অকোংজাম্বা, নোংপোক, পাছোইবিনা কোল্লি (লাৎলি)॥
* ককরা কোনবা লাইদি লিরা নিংথৌ, লিরা লৈমা খোংনিংথৌ, খোংলৈমা অসিনা কোল্লি॥
* হৈরাংঙ্গোইথোং, কৈবুং কোনবদি - খাগেম্বা, মোংয়াং ঙম্বনা কোল্লি॥ লাইচৎতি - ম্লামহি, পাখংবনি॥
* লংথবান কোনবদি - হৈপোকনিংথৌ, হৈপোকলৈমনা কোল্লি।
* লিল্লোংদি - পাখংবা, ইরৈমনা কোল্লি॥
* চীংমৈরোং কোনবদি - নোংপোকনিংথৌ, পাছোইবি, চীংগোন নিংথৌ॥ চীংগোন লৈমা, লাইচৎতি পাখংবা লাইম্লানি॥
* চীংঙা পিশুমদি - পাছোইবি, অয়াংলৈমা মচিন মনাওনি, পিশুম লাইরেম্বীগী মমিং (চুপ শেন্নুবী কৌই) পি পুম্নমক পুথোকপা (পোকপিনি) ১শুং শুম্বিনি, তাংনা খংউ॥
* থাংমৈবন্দ তাবা হিজম্না - লাইজিংলৈমা, লাইজীংনিংথৌ লাৎলি, লাইজীং উমংদনি॥ লাইচৎতি - লাইজিংখু তেনহৈবা, তোম্নুলাইজিলেম্বিনি॥
* থোংনাংদগী লাকপা হিজম্না - নোংগাংলৈমা, নোংগাংনিংথৌ লাৎলি, লাইদি - নোংপোক, পাছোইবিনি॥
* ককরা তাবা লাইশ্রম্না - লাইশ্রম লাইরেম্বী, লাইয়িংথৌ, লাইম্লাগা লাৎলি॥
* কোইরৌ তাবা কোইজম ময়েকচানা কোইরেল লৈমা, কৌরৌ লাক লাকপবু লাৎলি॥ লাইচৎতি - অঙৌবা পুলৈলোম্বনি॥
* থাইখোং তাবা থাইখোমনা য়ুমখোম লাইম্রা (থুমখোং) মবুথৌ পাখংবা লাৎলি॥

* শোরাম্না য়ুমজাউলৈমা লাৎপদি - অপানবগা ফমই॥

* মৈয়েংবম্না য়ুমজাউ লৈমা লাৎপদি - লুরাংনিংথৌগা ফমই॥ লাইচৎতি - পাখংবা, লাইস্নানি॥ (পোইরৈতাদা - য়াউরোইবী, নাওফংবা কৌই (কৌখি)॥

* ইরোম্না য়ুমজাউ লৈমা লাৎপদি - নিংথৌ পোকপী মমানি হায়না ফমদেংই, লাইচৎতি লৈমরেন্নী॥

* য়ুমনাম্না - য়ুমজাউলৈমা লাৎপদি - পাখংবগা ফমদেংই, লাইচৎতি - অতিয়া শিদবগা লৈমরেনগনি॥

* চীংঙাখম্না - য়ুমজাও লৈমা লাৎপদি - নোংনিংথৌগা ফম্মিন্নে॥ লাইচৎতি - নোংপোক, পাহ্নোইবীগী লাইচৎনি॥

* শারাংথেম্না য়ুমজাউলৈমা লাৎপদি - মতোম ফমই, ইবেম্মগা লোইনবী লাইনুপি ৭ অমশুং মপন য়াংগোয় নিংথৌগী অপোকপগীশু হৈকৎ লৈকৎ তমই॥

* লৈশাংথেম্না য়ুমজাউ লৈমা লাৎপদি - মতোমতা ফমই॥ লাইচৎতি অয়াংলৈমা পাহ্নোইবিনি॥ অদুবু হাউদিংচাউবা খোংদৌবা, তুবীলৈমা, মনাই চেংঙা লাবা ৩শিগী মনুং চনবা রারিদগী - য়ুমনাক অসিনা লাৎপনি, চালাম্বা স্না হাক্তক্গীনী॥

* থোংঙাম লৈকাইদি - পাঙ্গনবগা মমাগা অনিনা কোল্লি, থোংঙাম মো দুম তাবা থোংঙাম্না চিংউ পঙ্গনবা কালিকাগা লাৎলি॥

* কোকচাই তাবা থোংঙাম্না, রাংব্রেনগা, ইরৈমাগা লাৎলি ১শুং পাঙ্গনবা, কালিকা ইমাগী হৈ লৈ তম্মী॥

* হনগুন তাবা কাংবুনা - কালিকা ১দি পাঙ্গনবা ২বু লাৎলি॥

* কোমলাখোং, লফুপাৎ তাবানা - পাঙ্গনবা, কালিকাবু লাৎলি॥

* থুমখোং লাইরেম্বীনা কোনবা লমদি-লমদেং মনীং, কদাংবন্দ, তেংনৌখুল, লম্মাংদোং, রাইনেম, সম্ভেন॥

* রাংজিং, শিখোং, নিংগুেন, চন্দ্রখোং, নোংঙাদা, লৈতান পোকপি, চীঙ্গোয় অসিনি॥ লাইচৎতি পোইরৈ লৈমনি॥

* খুমন পোকপনা কোনবদি - হৈক্রুজম, লোকপচীং,ময়াং ইম্ফাল, চৈঙ্গেপাৎ, মোইরাং শঙ্গোল, পাম্রচীং, লমফে ব্বারোক লৈহৌচীং, তাওবালম, কুরুমচীং, মেরাখোং, হঙ্গেন, লাইপন, য়েনদাউ, তোকপা য়েনফৈচীং অসি কোল্লি ১শুং ময়াং ইম্ফালশু কোল্লি॥

* লাইয়িংথৌ অহিংবনা কোনবদি - সংগাইথেন, পল্লাংসোয়, কাচিখুল, লৈতোংশায়াং, বমদ্যার॥ (হৈবীমখোং, মাকলং) চীংমাং লাইদ কোম, ওইনাম, ওইনাম কৈনৌ, নরাল শৈনা, শন্দংখোং, লাইকোন, উরুপ, কিয়ামগৈ খমলাংপাৎ, ফকনুং, শেক্তাকৈ, নোঙদা, নুংশাংখোং (লৈশাংখোং) অসিশিংসি লাইয়িংথৌ অহিংবনা কোল্লি॥ লাইচৎতি - পোইনাওতা পাখংবনি॥

পাখংবগী খোঙ :- কংলা, কৌব্রু, মরাম, হৈঙাং মপাউ, শুগনুশিংজংখোক, তোরবুং, তাংজেং, হুন্দুং মাক্তক, নোংমাইচীং, লোক্তাক, ইকোপ, ফান্দুংখুল্লেন, ব্বাইথৌ খমপুক ক্কারোক, মকেং থাঙ্গাল, শনরিক, লাঙ্গোলতোংবা, কিয়ামগৈ, লংথবাল, লাংমৈদোং, শমুরৌ, চোথে, লৈশাংখোং, লাঙ্গোল কৌক্রুক, চীংখৈ কংলা, কোংজু কোংমৈ লমদিং অসি অখণ্ড অহৈনা পাখংববু থৌনিদুনা লৈবাক্কী ফনবা তাইয়ে॥

* মৈতৈ লোইজিং লোইয়াদা, লোইজিং মশাইকোন্দা, পাহোইবি, নোংপোক অনীনা ব্বারোইয়ে॥ হে লোইজিংলৈমা, লোইজিংনিংথৌ, পানাই পিনাইদবা নখোয়না লোয়রশি॥ লোইরে ঈরাউখোন কনাগী ? লোয়জিং ঈরাউখোন তারে॥

* ইরৈবাক অসিদা লাৎনরিবা, থৌনিরিবা - য়ুমজাউ লাইরেম্বী ময়ামসি, নোংদা লাইলেন পাখংবগী চৎথরকপা, শুথাং নিপান শুরকপদগী লাৎপা হৌখিবনি হায়না অখং অহৈশিংনা তাকপিরমই, মৈদিংগু খুঞ্জাওবা, পাইখোম্বা ২গী মরক্তা লাইগী লাংওন লাংদাইগী মতুং ইন্না লাইরেম্মা য়ুমজাউ লাইরেম্মা ওইখিবনি অশুম থম্বিরমই॥

* লুকের কোনবদি - খোয়মোম লাইরেম্মা লাইয়িংথৌ শোরালেন ২না কোল্লি॥

* লংমাইলৈমনা কোনবা লমদি - তোপ কোংপাল, কৈবাউ, বাংখেম, কাম্বোংপুৎ, তখেল থুমখোং, ইবিনবুং, কোংবা লৈকোয়বুং কোনবদি - লংমাই লৈমা, অঙৌবা পুলৈলোম্বা, মশানৌ কৈনৌচিংশোম্বীনা কোল্লি॥ য়াবন কোম্বদি নোংপোক পাছোয়বিনা কোল্লি॥

* নহাকপ কোনবদি - হুইবেম (চেংবা লৈমাগা) পুলৈলোম্বগনা কোল্লি॥

* আবাস্তী কোনবদি - ঈবৈমা, পুলৈলোম্বা ২না কোল্লি॥

* চজিংদি - চজিংলাকপা, পুলৈলোম্বা, চজিংলৈমনা কোল্লি॥

* অম্প্রো কোনবদি - অঙৌবা পুলৈলোম্বা, পনমনিংথৌ, চীংশোম্বা, চীংঙু ১০মক্লা কোল্লি॥ মমিং হাপচদবে॥

* বাইতোনদি - পুথিবা, পুথিবী, মচা ইবুংঙো তোলোংখোম্বনা কোল্লি॥

* তাউথোংদি - পুথিবনা কোল্লি, লাংপোকশু, পুথিবা, নোংশাংবা, পিথেংলৈমা, চনিংলৈমনা কোল্লি॥

* পৌবাবী - পুথিবা, পিথেংলৈমা, তোলোংখোম্বা, নুংথেন লৈমনা কোল্লি।

* নুংগোয়দি (পুথিবা) নোংপোক, পাছোইবী, নুংগোয় লৈমা, নোংপোক মপুথিবনা কোল্লি॥

* য়ুম্নাম খুনৌদি - পুথিবা, পিথেংলৈমা, লৈমবেল লাংওন, ম্না খোংনাং লৈমা, শৌবোম লাইবেম্বী, খোবিফাবা, চনিংলৈমনা কোল্লি॥

* খুবাই - পুথিবা, পিথেংলৈমা, লংমাই লৈমাগা, মপাবি শক্লা পুবকপা খোরি ফাবা, চনিংলৈমাগা কোল্লি॥

* মোইরাং কসুদি - ফক্কুং কোনবা লাইগা মান্নে, চিংখৈদি নোংমইলৈমগী লাইচংনি, চীংখৈনে, য়াইফু নিংথৌ, য়াইফুলৈমা অশুম্নখঙনৈ॥

* তরুং কোনবদি - লাংগোন নিংথৌ, লাংগোল লাইবেম্বী, পাখংবা পাইখোম্বা, তরুং লাইরেম্মানা, কোল্লি॥

ইরোইশেম্বদি - থোংজাক লাইরেম্মা, লুবাং পোইরৈতোন পোইরৈতোন পোইনাওজা লৈমা লৈনাওতাবীনা কোল্লি॥

* লাংগোন্দি - লুরাংনিংথৌ (লাঙ্গোননিংথৌ), খমনুং লাইরেম্বী, পোইরৈতোন লৈনাওতাবীনা কোল্লি॥

* লমদেংদি - খম্নুং লাইখুলেনবী, খমনুং থোংঙারেল, পোরৈতোন, লৈনাওতানা কোল্লি॥

* মন্ত্রি পুখ্রিদি - লুরাং কুরু পুন্সিবা, খুমনলৈমা, লুরাং শনশেনহনবা, লৈনাওতাবিনা কোল্লি, ফৌওইবীশু কোল্লি।

* থাংমৈবন্দি - থাংমৈবন্দ তাবা শৌবাম্মা, লুরাং পুন্সিবা, মরামলৈমা, লুরাং শনশেনহনবা, লৈমা লৈনাওতাবীনা কোল্লি, লাংলি॥

* খামরন্দি - লুরাং পুন্সিবা, খুমনলৈমা, শনশেন হনবা, লৈমা লৈনাওতাবিনা কোল্লি॥ মৈশাম্মা, ইমোইনু লৈমরেন লাংওনচংখোনবী, য়ুমজাউ লাইবেম্বীবু পুরগা থাংমৈবন্দা লাংলি।

* মানতক থৌরাই কোনবদি - থাংজিং, কোইরেললৈমানা কোল্লি।

* শাপমদি - খোমজোমনিংথৌ, চনিংলৈমা লাংলি, কোল্লি॥

* শাগ্রাম কোনবদি - খোমজোমনিংথৌ, শত্রিক চনিংখোম্বী, ঈকোপ নিংথৌ, অয়াং লৈমানা কোল্লি॥

* চীংখম্বু কোনবদি খোংজোম নিংথৌ, সনত্রিক চনিংখোম্বীনা কোল্লি॥

* খোংজোমদি - খোংজোম নিংথৌ, খোইবু চনিংলৈমা, পাম্থোইবীনা কোল্লি॥

* লাঙথেন্দি - খোংজোম নিংথৌ, সত্রিক চনিংলৈমা, পাখংবা, থাংজিং লৈমনা কোল্লি॥

* অরোংদি - অরোংনিংথৌ, নোংপোক নিংথৌনা কোল্লি॥

* উয়ানবু কোনবদি- অরোংনিংথৌ, নোংপোক নিংথৌনা কোল্লি॥

* লৌরেম্বমদি - অরোংনিংথৌ, সত্রিক চংনিং লৈমনা কোল্লি॥

* থোকচোমবু কোনবদি - অরোংনিংথৌ, চনিং লৈমনা কোল্লি॥

* চরাং পাংতি - অরোং নিংথৌ, চনিংখোম্বীনি, হৈকংলৈকংতি নোংপোক, পাম্থোইবী, অরোং, চনীংলৈমা, খমলাংবগী তম্মী॥

- থৌবান অথোকপমদি - অরোং নিংথৌ, চনিংলৈমা, কোল্লি॥
- পেচিদি - অরোংনিংথৌ, চনিংলৈমন্না কোল্লি॥
- পেঙ্গিদি - অরোং নিংথৌ, খুল লৈমনা কোল্লি॥
- কাইরেনবিখোক কোনবদি - ঈকোপনিংথৌনি, চরাংপাৎ নাক ১শু কোল্লি। পেচী নাকল ১শু কোল্লি॥
- হৈরোক্তি - ঈকোপ নিংথৌ, কালিকা, খমলাংবনা কোল্লি॥
- ৱাংবন্দি - ঈকোপ নিংথৌ, নোংপোকনিংথৌনা কোল্লি॥
- খাংঙবোক্তি - ঈকোপনিংথৌ, শিজকালিকা (খুল্লৈমা) অরোং নিংথৌ, চনিংলৈমনা কোল্লি॥
- লমদিংদি - ঈকোপনিংথৌ, খুল্লৈমনা কোল্লি॥
- তেনথা খুনৌদি - ঈকোপ নিংথৌ, কালিকা ১শুং তেনথাদি ঈকোপনিংথৌ, খুল্লৈমনা কোল্লি॥
- থৌদাম লৈশাংথের্মদি - ঈকোপনিংথৌ, কালিকাবু লাৎলি॥
- উচিৱা হৈয়েনদি - ঈকোপনিংথৌ, কালিকা নোংশাবনা কোল্লি॥
- পোরোমপাৎ - খুমল অথৌবা, (য়াংগোয়নিংথৌ) অয়াংলৈমনা কোল্লি॥
- থাংতেক্তি - হঙ্গোয়নিংথৌ, যাঙ্গোয় নিংথৌ, (মচিন মনাও) অয়াংলৈমা, চনিংলৈমনা কোল্লি॥
- ময়াং ইম্ফাল কোনচাক কোনবদি - খুমনপোকপা, য়াঙ্গোয়নিংথৌ, ইরৈমনি॥ লাইচৎতি য়াঙ্গোয়নিংথৌনি॥
- ঙাকট্রৌপোকপীদি - য়াঙ্গোয নিংথৌ, যাঙ্গোয লৈমা, লৈইয়া লাকপা, নুংথেনলৈমা য়াউনা কোল্লি॥
- ঙাইখোংদি - য়াঙ্গোয়নিংথৌ, য়াঙ্গোয়লৈমা, খোংঙাবা, নুংথেন লৈমা অসিনা কোল্লি॥
- তৌবুলদি - য়াঙ্গোয়নিংথৌ, অয়াংলৈমা, শোরালেন, লুফুনিংথৌ, লফুলৈমা, লোয়য়া লাকপা, নুংথেল লৈমনা কোল্লি॥

- খোইজুমান্দি - য়াঙ্গোয়নিংথৌ, অয়াং লৈমনা কোল্লি॥
- লম্মাংদোংবু কোনবদি - (য়াঙ্গোয় নিংথৌ, ময়াংগুম্বা) থোংনাং ঈশিং চাইবী, য়াঙ্গোয়লৈমা, লফুপোকপী, অসিনি, লফুপোকপী হায়বদি তোংজৈ লাইরেম্বীনী॥
- লমমাংদোং চোথেদি - ঈরুম পাখংবনা কোল্লি॥
- ককচীং খুল্লেন্দী - ঈরুম নিংথৌনা কোল্লমই॥ মথং খমলাংবা - লাকই॥ নাউহনবা লাকই, ঈথৎনিংথৌ লাকই, খোরি ফাবা, তম্ফা, ফৌওইবী, শেকমাইনিংথৌনচিংবা লাকই, কোল্লি॥
- পাৎপান কোনবদি - ঈরুম নিংথৌ, চনিং লৈমনা কোল্লি॥
- ঈরেংপন্দি - ঈরুমনিংথৌনি, হে লৈ কৎপদি (ইরুমলৈমগী ইরৈমা) খোয়বু চীংলৈমা, চনিংলৈমা, নোংপোক অপানবা, অশিশিংগী তমই॥
- থৌবাল নিংঙোম্বমদি - শাবনতোং, থৌবান কিয়াম, থৌবান খেকমন কোনবদি - হাউগা শোরালেন্না লমশিংবু কোনবদি, থৌবাননিংথৌ, নোংপোক নিংথৌ, পাছোইবী, খুম্বুলৈমা, চিংঙালৈমা, শোরালেন, হাউরোক লৈমা, শগোন পোকপা, লাইশিং অসিনা কোল্লি॥
- অহোংশাংবম্না - পাছোইবী লাৎপদি - নিংঙোম্নি হায়না, নহানগী লৈবনা লাৎপনি॥
- চাইরেন কোনবা লাইদি - নোংপোক, পাছোইবিনি॥
- উখোংশাংদি - নোংপোক, পাছোইবী, লাইজিংনিংথৌ, লাইজিং লৈমনি॥
- কোথাবু কোনবদি - খোইবু নোংপোক নিংথৌ, পানথোইবী, খোইবু সত্রিক চনিংলৈমনি, চনিং লৈমশি (নোংপোক পাছোইবীগী মচানি)॥
- পলেন কোনবদি - মচা ইবুংঙো শেকমাই নিংথৌ, ইরেং তুবী লৈমা, চনিংখোম্বী, মতাউ ইবুংঙো ঈরুম নিংথৌ, ঈরুমলৈমা, খমলাংবা, নোংপোক পাছোইবী, লাইশিং অসিনা কোল্লি॥
- উচেককোন কোনবদি - তোরৈ ৱাংমদা নোংপোকনিংথৌ, তোরৈ ৱাংমা ১দা পাছোইবী অশুম্না কোল্লি॥

* নোংপোক শারম কোনবদি - নোংপোক থাংমাই পাখংবা, মবেনথৌ শাবম নুরাবী পাখংবা অসিনি॥
* লাংমৈদোংদি - পাখংবা, স্নামহি, নোংপোক পাম্বোইবীনী॥
* লাংমৈথেৎতি - নোংপোক পাম্বোইবিনি॥
* ঝাংজিং কোনবদি - নোংপোক্লী, অদুবু ঝাংজিংনিংথৌ কৌখ্রে॥ পাম্বোইবীবুনা, (অনান নানথৌচনু ইরৈমা পাম্বোইবী কৌখ্রে। মচা ইবেম্মবু খোইবু নিংঙোন সনত্রিক চনিংখোম্বী, চনিংলৈমা হায়না কৌখ্রে অসিনা কোল্লি॥
* (নুংঙু) লাইমনাইবু কোনবদি - ইরুম নিংথৌনা হান্না কোল্লি॥ স্নামহি লাৎপদগী, সেত্রেং নিংথৌগী হাক্তক্তগী (লাইমনাই হায়বা মমিং অসি থোল্লমলে॥) কোনবদি ঈরুম নিংথৌ, ঈরুমলৈমা, নোংপোক পাম্বোইবী, সনত্রিক চনিংখোম্বী॥ স্না মহি, হায়রিবা লাইশিং অসিনা কোল্লি॥
* লংদুম কোনবদি - নোংপোক পাম্বোইবী লাকপা অসিনা কোল্লি॥
* লাইফ্রাকপমদি - নোংপোক পাম্বোইবী ১শুং খানা চাউবনা কোল্লি॥
* পুংদোংবমদি - নোংপোক পাম্বোইবী মচাইবুংঙো ওইনিংবদা ওইবা ঙম্বা লাই অসিনা কোল্লি॥
* শল্লুংফম কোনবদি - নোংপোক পাম্বোইবিনা কোল্লি॥
* খুম্বোংবু কোনবদি - নোংপোক পাম্বোইবী, চাইরেল লাকপনা কোল্লি॥
* ঙাইরাংবমদি - নোংপোক থাংমাই পাখংবা, লাইস্না পাম্বোইবীনী॥
* কৈরাউ কোনবদি - তারিয়া, নোংপোক পাম্বোইবীনা কোল্লি॥
* য়াইরিবোক্তি - নোংপোক পাম্বোইবীনি॥
* য়াইরিবোক য়াম্বেমদি - য়াইরিনিংথৌ, তোপ চীংখাম ঈনামুংনা কোল্লি॥
* খোইরোম - নোংপোকনিংথৌ, য়াম্বেম কেক্রু - পাম্বোইবী, নোংপোক খুনফম ৫শি কোল্লি॥

* তখেন কোনবদি - থাংতেক নিংথৌ, লাইজিং লৈমা, নোংপোক নিংথৌ, অপানথোইবীনি॥ খঙবিগদবা মরম খরা - লমদম অসিনা লাইফম ওইবা পুং খরা লৈ॥ (১) ওম্বা পুং (ওইনাম পুং), (২) কদেং পুং, (৩) কদাং পুং, (৪) নোংমাই পুং অসিনি॥ পুং ১ থিগদবা ঝাংলি মথংদা কোন্না থমজগে॥ মখা লৈরি॥ খাবা অথৌববু লাইনিংথৌ হায়না খুরুমজে॥ লাইজিং লৈমবুনা কালিকা হায়না কৌখ্রে॥ নোংপোক, পাছোইবীদি অদুম লৈ অসিনি॥

* লান্নাবন্না - ইরৈমা লাংপদি ইরৈমনা য়েংতা পাছোইবিনা ওইদা ফমই॥

* কাকৈথেন লাইশ্রম লৈক্যাইদি - ঈখৈ নিংথৌ অমদি লাইশ্রম নিংঙোনবু ইরৈমা হায়না লাংলি॥

* নম্বোন মখা ওইনাম কোনবদি - ইরৈমগা ঝাংব্রেন ইবুংঙোগা কোল্লি॥ ওইনামদি খুমন্নী খল্লোংপুংদি - তাংলৈ হাদা পুংনা অহানবনি, থাঙ্গা তাবা ওইনাম্নাশু ইরৈমা লাংলি, হিরু হিনাও খায়না লাংলি॥

* পিশুম তাবা ওইনামশু ইরৈমা লাংলি॥ ইবুংঙোদি ঝাংব্রেন্নী হিশু লৈ॥

* ওইনাম শওমবুংশু, ইরৈমবু মখোয়গী নিংঙোন্নী হায়না লংলি॥

* মুতুম ফিবৌদি - ঈরোংলৈমনি, হরাউবা মতমদা ঝাংব্রেন্না য়েংতা ফমই॥ মতুম পোকপশু লৈ॥

* ইরম শিফায় কোনবদি - ইরৈমা, ঝাংব্রেন, খানা চাউবা, লৌকুলাকপা, অনীশিগী হৈ লৈ তমই॥

* কৈবুল শেন্দ্রা কোনবদি - লম মখৈদি - থাংজিংগী হৈ লৈ তমই॥ চাইরেল লাকপদি মীগী মপোক্তা পোকুনা থাংগা লাকপা ওইখি॥ ইরৈমা, চীং নিংথৌ ২দি মোইরাংদা লাংওন তাখি॥

* কারোং কোনবদি - খুমন পোকপা, শোরালেন, ইরৈমা, পাছোইবী ১শুং চীংনিংথৌগী হৈ লৈ তমই॥

* থাঙ্গাবু কোনবদি - থাঙ্গা চীংনিংথৌ, থাঙ্গালাকপা, ইরৈমবু পাছোইবিনি হায়না লাংলি ১শুং চাইরেল লাকপা, অঝাং চীংমাই, চীংখা হায়না

